

# "শরাব মহলগী লৈরাং"



শ্রী মনোহরময়ুম্ শশিকুমার শর্ম্মা



# "Shabab Mahalgi Leirang"

(A Novel of Manipuri Language)

*By.*

**M. Shashikumar Sharma**

*ফোঙজবী ঃ-*

**শ্রীমতি মনোহরময়ুম্ ঙংবী, কক্‌চীংতাবম্ নিংঙোল্ বিলাসিনি দেবী।**

(খুরখুল্, সেবোক্ লৈকায)

*অহান্‌বা ফোঙ্‌বা :-*মার্চ্চ ২০০০ ইং।

*কোপী মশীঙ্ :-* লীশীঙ্ অমা।

*ফংফম্ থোক্‌পা :-* অইবা অমদি ফোঙ্‌জবী।

নম্ফম্ :- য়ুনিক্ প্রিন্টর্স, বি,টি,রোড্ ইম্ফাল্।

**মমল্ :- লুপা ১৬৫/-**

# কৎচবা



স্বর্গীয়, পাবুং তোঁলেন্ শর্ম্মা,

ইমা নুঁপীমচা দেবী

অমসুং

ইচানুপী ইঁবেম্চা দেবী

গী

মফম্দা, কৎচরি ঐহাক্কী উপন্যাস

## "শবাব্ মহল্গী লৈরাং"

# ৱাহৈ খরদং

মাণপুরি সাহিত্যগী মন্দবদা, লৈকোলগী লৈবাং কযাগী, পবেং - নাচোম, কাব, লেখকশিংনা মবাং কাগ্না' খুদোল তম্লখবে । কযা 'মস্ু খুদোল তম্লবকখিগনি । তম্লবকপস্ু ওইসনু, বারেং-শৈরেং, বারীমচা, নাটক, উপন্যাস কযানা মন্দিবদা পুজাগী লৈবা' ওইরম্লসি । ঐগী মগুণ্ যাওদ্রবা উপন্যাস অসী মীযামদা' লাম্থোকচবি । পামজকরবগীনি, ফজবে, নাংথীবে, মতীক চাবে, হাযবগীদি নৎচদে ।

সংসার অসিদা বস (মহাও) মখল-মথেল কযাসু লৈখ্রে । শবেং, বৌদগীনা, ঈরোনবা, হরাই, উতাথোংবা, নোংমাংখা সুপ্তানি ফাওবগী মথেল্ কযামুক্কী । বস চেল্লবা মহাওমক সংবীদ্রগস্ু, নোংমাংখা সুপ্তানি গুম্না, মীযাম্না হাইফেৎ খুদোন তংবীববদি..., হাযবগী আশাদা লাম্থোকচবনি ।

বাবা', নাটক্, উপন্যাস, ইবা অসি জোনোম্থোন হাযম্লুলদা তম্লীভৈদগী, দি,এম, কলেজ তম্লফাওবদা থরায তানা পামজবকই । ইবগী অপাম্না অসীমক ড্রামা (নাটক্) না অহানবা ওইখিবনি' । মথংদা উপন্যাস, বারীমচা... । নাটক, বারী, উপন্যাস, ইবগী নিযম্ কবিমতা খওদনা, ফজবা, ফজদবা, পঙইদা ইজাখ । অদুবু লাইবিক ওইনা ফোঙদুনা পুথোকপা ঙম্লগা শক্তিদি লৈজখিদে । মণিপুরদা পব্লিসর লৈতবা অসীসু খ্বাইদগী লাইবকথীবা অমনি । লাইবিক লৈদুনা পাবীবা মীওইসু খবা ব্রাৎপগুম তৌবি । লাইবিক পাবদগীদি, সেনেমা, ড্রামা, টি,ভি,না হেন্না খুৎলোযনগুম্ন অমা...!

কলেজগী পুম্নিদাদি সাইন্সকী ছাত্র ওইরুবনা ইবগী থবক খবা লেপ্লাখ । পামজবদি হেক থাদোকপা ঙম্লখিদে । বঙ্কিমচন্দ্র, সরতচন্দ্র, ররান্দ্রনাথ ঠাকুর, সেক্সপীযার, বনার্দশো, প্রেমচন্দ্রনাচিংবা খবা নৈনজখি । শৈরেংদাদি যাম্না কা হেন্না থবায যাওশিনবা ঙমখিদে । উর্দুগী গালাব, জফর, ওমর খযাম্, নচিংবা খবাদ ... । ইতিহাসসু খবায তাঙ্জে।

শৈরেং খবস ইখি । ঈশৈদি যাম্না পামজবনি অদুবু খুৎ থাকদে । দি, এম, কলেজ তম্লীভৈগী অদুরাইদা, মরুপ-মপাং খবা পুনশিন্দুনা "মণিপুরি সাহিত্য সেবা সঙ্ঘ" কৌবা সংস্থান্ অমা শেমজখি । সাহিত্য, সংস্কৃতি অমদি ঈ পাওগী চেফোঙ "লিচিং" কৌব অমসু ইদিতব ওইদুনা পুথোকচখি । লাইবকথীবদা সংস্থান্ অদু তুং কোইখিদবে । মতম অদু লাইবিক অমদি চেফোঙনাচিংবা পাবীনবা লৈতে হাযবা যাই । চেফোঙগী মগুণ, মহাও যাওদবা নত্রগা ঐখোযনা তোৎনবা ব্রাৎপনসু ওইরমগনি । মী ব্রার্লি, কোযনা চত্তুনা চেফোঙ যোনবগী থবকস্ু তৌখিদ্রে । মতম অদুদা, মীযাম্না খঙনববা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মগুণ্ লৈববা চেফোঙ "সাহিত্য" নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতিগী "ৱাখল", কলচরেল্ ফোরমগী "ঋতু", চেফোঙনাচিংবা মতীকচাববা, ওঝাশিং কযানা শাবা সংস্থান্শিংগী মগুণ্ লৈরবশি অদুফাওবা পাবীনবা মী যামদে । মবম অদুনা চাং নাইনা ফোঙবা ঙমদবা মতাং ফাওবা হ'ওখ্রবনি ।

সাহিত্য পরিষদ অমদি কলচরেল্ ফোরমদসু, সাহিত্য নৈনবা পাম্বদগী মিং চঙ্খি।

লাইবকথীবা হায়গদ্রা, অখাঙ্কন্দবা হায়গদ্রা ...। লব্রাযদা লৈবনসু মখম ওইদুনা খুদোংচাবা যাম্না বাংখি। সাহিত্যগী সংস্থান্শিংগী লুচিংবা ওঝাশিং, সরকাবগী থবকতৌবা, ইম্ফাল সহরদা অমদি সহরগী অকোযবা, অনকপদা লৈবা ঙাক্লা অযাম্বনি। ন্যামদাং পনবা ঙাক্তা ওইনা তৌবনা ঐহাক্কীদি খুদোং চাদে। ঈশানসু খবা ইকাইথীগল্লী। অখাঙ কন্দবসু ওইবা যাই। অদুবু ঐগী পোক্লফম অবাং কৌব্রু মাযকৈ অসোমদা, হিবম অসিদা থব্রায যাওবা ইবৈ লৈতে। ইথম্তা নাইতোম তাখি। ইমুং-মনুংগী ফিভমসু খুদোং চাখিদে।

মণিপুর সরকারগী এদুকেসন্ দিপার্মেন্টনা গ্রান্ট পীদুনা লাইবিক ফোঙবগী ঈহৌবু খবদি পুক্লীং থৌগৎপীবম্মী। স্কুপ্ অনি থাগৎচখি। ঐগী স্কুপ্না মতীক চাদবনা ওইবা যাই। সেলেক্সন্ ফংখিদে। ব্রাচৎ-ব্রানোমদি তৌজখিদ্রে। স্কুপ্সু অদুম মাঙহনবীখ্রে।

মতম খবা লৈবগা "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী" লিংখৎলবদা, স্কুপ্ অনি, অমুক্কা থাগৎচখি। নোভেল্ গ্রুপ্কী ওইনা "খোম্থাং যৈখিদ্রবা সুব" সেবিযেল্ নম্বব টুদা, "অবোইবা পাও" সেবিযেল্ নম্বব সভেন্দা, গ্রান্টকী সেলেক্সন্ ফংর্জখি। খুঙ্গংদা লৈরুবনা ওফিসতা তোযনা চৎপা, ঈ পাও লৌবগী খুদোংচাবা লৈতে। সঙ্গসু লৈজদে, শকখঙ মাযখঙনবা খবা মব্রাংলি। খঙন-চান্নবা, তিন্নরুবদগী প্রেস প্রোইপাইটবগী মনাওনুপা, প্রেস অদুগী মেনেজব, (মমীং মথা, লৈফম্দি পঞ্জনীংদ্রে) মকপ্ অমদা, পব্লিসব ওইহন্নবা, মমীং থাগৎপগী ফোর্মদা ইখি। ঐহাক ঈশা খঙদনা মহাক্লা গ্রান্টকী শেন্ফম লৌগোকখিবল্লে। লাইবিক ফোঙনবা যাম্না হাযনবে। অদুবু লাইবিকশিং অদু নম্বীদবে। স্কুপ্ অনিগী মনুংদগী অমসু মাঙহনবীখ্রে। মমৈর্দদি খৎনবে।

ষ্টেট্ কলা একাদমীগী অহানবা সেক্রেটবি ওঝা শ্রীযুক্ত এলাংবম নিলকান্তা সিংহনা, ঐহাকপু ওফিসতা কৌবীবকখি। ঐহাক্লা সাইন্সকী ছাত্র ওইববসু, মতম অদুদা দি, এম, কলেজগী ওঝাশিং ছাত্রশিং শক ঈখঙ-খঙনৈ। ওঝানসু ঐহাকপু শক্কীমখৈদি খঙবীবম্মী। ওঝানা লাইবিকশিং ফোঙননবা যাম্না কন্না হাযবী। ঐহাক্লা "ওঝাবু ঐহাক ঈশাদা তাকপীদনা, ঈশাগী অযাবা যাওদনা পব্লিসবনা শেল লৌথোকপা যাহনবীব্রবনি। ওঝানা চানবীদুনা পব্লিসবদা নোটিশ থাবীযু। যাবগদি লাইবিক ফোঙহনবীযু। যাদ্রগনা এক্সন্ লৌখৎপীযু।" হাযজখি। অদুবু মখাতাবা এক্সন্ লৌখৎখিদবে।

ইকুই-কুইদনা শ্রী এল, জযচন্দ্রসিংহনা সেক্রেটবি ওইবে। ঐগী মরুপ শ্রীযাইমা (লাঙ্গোল ইবোযাইমা) গা লোযননা সেক্রেটবিদা মখা থবক চৎথবীননবা উন্নজরুই। ঐগী মরুপকা সেক্রেটবিগদি খঙনৈ। যাম্না লুনা তিন্নবা মরুপ্নী। মদুদসু থোইদোকপা কান্নবা ফংখিদ্রে। লাইবিক ফোঙবগী আশা লোইবে।

মতম অদুদা ইমুং-মনুংগী যাম্না ফিভম চাদবগা, ঐহাক্কী ইনিংবগী অমদি লাইবিক ফোঙনিংবগী ইথিল, ঈহৌ অদুবু শৌগৎপিবগী মহৎত্রা, অহল-লমন্নসু যাম্না থীনা চৈ থাংই। মখোযনা ঐগী ইবা-খোৎপগী থবক অসী ইযা-যাবমদে।

নোংমদি, থব্রায অসী নুংঙাইমন্দ্রদুনা, ঐগী লৈজবম্বা অইবা পুম্নমক

খোমজীন্দুনা মৈ থাদোকখিবন্মী । অগ্নীদেবদা দান্ তৌগ্রবনি খন্না...। ইবগী থবক পায়খিদবে । ছাত্রগী মতমদগী বাজনিতিগা মবী লৈনবা থৌবম কযাদা,থৌদাং কযাবুদি লৌবকই । অদুবু হৌজিক্কী মতমগুম্না, ছাত্রশিংনা বাজনিতিদা পুবা যাওশিনবদি চৎনদে । মণিপুরদা চাক্তাংবগী অন্দোলন্ অদুনা, বাজনিতিগা মবী লৈনবা খ্বাইদগী চাওবা, অমদি অহানবা ছাত্রগী বাজনিতিগী ঈহৌনি হাযবা যাই ।

শোক ১৯৭১ গী অদুরাইদগী বাজনিতিদা খোঙদাবে। ষ্টেটহুদ অন্দোলন্দা,হঙ্গব ষ্ট্রাইক্নাচিংবা কযাসু যাওবকখি । মতম্ অদুদা এম্,পি,পি, লিংখৎখি। ঈশামক এম,পি,পি,দদি যাওদে । অদুবু খুৎশম্লৈ, সি,পি,আই, গসু লোযনৈ । দিল্লিনচিংবদা চত্তুনা ষ্ট্রাইক্, বেল্লীর্নাচিংবা যাওকই । বাজনিতিগী এক্তিব ব্রার্কব অমা ওইনদি সাহিত্যগদি খবা চনবা নাৎলী হাযনসু ঐগী থম্মোইদা ফাওখি । ইবগী থবকপুদি লেপ্লে । ইনিংবগী ব্রাখলদি কোকপা ঙমদে । সাহিত্য পামজবা অমদি পাকবদগী এ্রাঙ্গলেত তৌনীংবগী ঈহুল অমসু ফাওবকখি । লাইবিক অনি অহুমসু হৌকববনি । অদুবু ফোঙবা ঙল্লোইদবগী ব্রাখল লাকপদা, আশা উদবদগী, থেংখাঙ অহুল্লক অদু তোকখ্রে । মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংলবদা কংগ্রেস পার্ত্তিদা চপ চানা বাজনিতি যাওবে । পার্টিগী এক্তিব্ বার্কব ওইবে । মবক অদুদা, লৈকায় খুঙ্গংগী যাইফ থৌবাং, সোসিযেল সার্ভিসনচিংবা কযা পাঙথোকই । ক্লব্কী থবক কযা, লাইব্রেবিগীদমকসু, হোৎনবা যাবা হোৎনবন্মী । উ থাবগী থবক কযাস্ তৌখি । শান্ন খোৎনবা স্পোর্টকী মাযকৈদসু ক্লবকী নহাবোলগী মতেং পাংর্জখি । খুঙ্গংগী পঞ্চযেটকী থবকসু তৌখি ।

হিংননবগী লানফমদা, ইমুং-মনুংগী থবক্লা মক ওইবকপা, অহল লমন লৈখিদবা, মথং-মথং ওইনা খুদোংচাবক্তবগী..., শোক ১৯৯১ অদুরাইদগীদি বাজনিতিদগী অমুক লাপথোক্লে । মণিপুবগী বাজনিতি অসীদগীদি তশেংনা সন্যাস লৌবা পাম্লে । ব্রাশকপমক্তি হৌনদে হাযদ্না...।

পুন্সিগী থেংখাঙ কযাদা খুদোংচাদবা কযা মাযোক্লবকখি । পুন্সি অসী হেন্না হেন্না লুশিল্লকখি । সমাজগী, মীযামগী সোসিযেল্ ব্রার্কব ওইনা অমদি বাজনিতিদা মতম মাঙখিবনা সবকাবগী থবকসু তৌহৌদ্রে । হিংননবগীদমক কবিনো কাবিনো খবদি তৌদবা যাদে । ইন্দষ্ট্রিজগী মখাদা, বেঙ্ককী লোন্ লৌবগা বসকী কাববাবদা চঙই । লোন ফংননবা ব্রানোম্না অমদি মদুগী প্রোসেসতা খুত্তা লৈজবম্না লুপা লীশীঙ কুন্থ্রামঙা হেন্না লোইখি । বেঙ্ককী শেন্থংনা গাড়ীগী অচঙবসু কোন্নদে । মীঙোন্দগী শেন্দোই চাওনা কাদুনা শেল পুখি । মীগী শেল শিংবদা, নুপী ভঙাং অমদি ইতৈমগী লীক-কোল লোইনা চৎখি । বেঙ্ককী লোন্ শিংবদা অহল লমন্না খাইবীবা লৌ ইংখোল পুন্নমকসু লোইখি । কোগোক-কোকখি । মসীসু লুববা তাঙ্কক অমনি ।

পুন্সিদা ক্রক্-ক্রক্ লাকশিনবা মতাং লাকই । লাইবক্লসু কবেম্নবীববগুম...। গাড়ী এক্সিদেন্ট থোকপা, অতৈ অতৈ থৌদোক কযাদগী...। শেল্ অমুক্তসু পূবা তাখি । লুববা,

খুদোংচাদ্রবা তাঙ্কক অমসু য়ৌরকখি । মরম ইচা-চাদনা, খুৎ অসী গাড়ী বসকী চাকানা পুরা শমদুনা চৎখিবদগী, আর, এম, সি, দা লাইকন্নখি । খুৎশাগী শরুক পুম্নমক তেকখি। খুবী মরুগী শদোং পুম্নমক পুমচাই-চাইনা কায়খিবনি । খুবীদগী, খুদাংয়ৌনা ফোৎলবা তুংদা; নুমীৎ মঙানি প্লসটর বেন্দেজ তৌদুনা থম্লগা, তরুক্নীদা হাংদোক্লুবদা খুনম অমদি খুৎশা পুম্নমক পুমদুনা লৈরম্মী । ঈ-নাই মহী, লিটর অমগা মখায় হেন্না পেলা পিক থনখি । R.M.C গী ডাক্তরশিংনা, ককপগী ৱাফম কন্না হায়রকখি ।

গৌহাটিদা চত্তুনা লায়েংখি । লাইবক ফবদগী খঙনবা ডাক্তর ওইরমদুনা শেল-থুমসু য়াম্না কাহেন্নদি তিংখিদে । খুৎ ককখিদ্রে । চহী মঙা হেন্না, করিগুম্বা অমত্তা তৌবা য়াদনা লৈরকখি । চাবা-থকপসু খুৎ ওয়নানা চারকখিবনি । পুম্নমক অদু, ঐগী লোয়নবীনা য়াম্না ৱানা ইতেং পাংলকখিবনি । পুন্সিগী অকা-অকুমদা ঐগী ওইনদি অকাবা অসী ইয়াও-য়াওখিদ্রে । অকুম্বা ঙাক্তা ...। খুদোংচাদ্রবা মতমদদি মরুপ-মপাংসু লৈবা হৌনদে ।

ইনিংবগী ইথিলদি কোকপা ঙমদনা অদুমক থম্মোইগী কাচিন্দা লৈরম্মী । খুৎ অসি যাদবগী খাঙ্ঙদ্রবা চৈনা ফংই । থম্মোইদা লোন্না কপখি । ওয়নানা ইবসু হৈহৌদ্রে । হোৎনদুনা য়েংবদসু য়াদে । য়াম্না কন্না হোৎনদুনা খুৎ অসী কলম পায়বা তম্লম্মী । তপ্না-তপ্না হোৎনদুনা কলম পায়বা য়ারকপদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা পোকচরম্মী । ঈশ্বরবু থাগৎচবম্মী । কুইনা ইবদি হৌজিকসু ৱাবি । কলম পায়বা, চামচ পায়বা যাবসিমক লাইবক ফরে খঞ্জে ।

" শবাব্ মহল্গী লৈরাং" হৌখিবা, ঐনা ইজখিবা ৱারীশিংগী প্লোট্ নীংশীংদুনা, শোক্ ১৯৯৬ ইংগী জুন তাং ৭ তগী ইবা হৌখি । য়াম্না কন্না হোৎনদুনা জুলাই তাং ৭ তা ইবা লোইরম্মী । থা অমা চূপ্না শেমদোক-শাদোকপা হোৎনরম্মী । ফনা কন্না হোৎনদুনসু মমাংঙৈদা ইখিবা অদুগদি য়াম্না থীনা খেন্নরে, মান্নবা ইয়া-য়াদ্রে নীংই । শোক ১৯৯৮ ইংগী আগষ্ট তাং ৮ থাংজ (রাখি পুর্ণিমা) নুমীত্তা ইথোকপা পুমলোই লোইরে ।

শেল-থুমগী ফিভম চাদবনা লাইরিক অসী পুথোকপদি ঙমদনা অদুমক লৈরক্নী । হন্দক মীয়ামগী মফমদা লাম্থোকচরিবা অসীমক, ঐগী মরুপ, প্রোফেসার শ্রী লাঙ্গোঞ্জম ইবোয়াইমা সিংহগী মফমদা ষ্কুপ্ পাহঞ্জরুই । মরুপ্না পুক্নীং থৌগৎপীরকপগী মহৈনি । মরুপকী চাওরবা লমন তোল্লে খঞ্জরি ।

মণিপুরি বনান্গী মতাংদা মৈতৈলোল্/মীতৈলোল্ (মৈতৈলোন্/মীতৈলোন্, মৈতৈরোল্/মীতৈরোল্, মৈতৈরোন্.মীতৈবোন্) ময়ামসী থেংনজে, মসীমক ঐহাক ভাব্ তাজদ্রে । অরুম-অয়াং খেন্নবদা আর্থ কয়া চৎপা, লূপ্লবসু, য়াংলবসু ৱাহৈ অমত্তনা শোৎশক কয়া, ৱাহৈ কয়া থোকপা, অরুম-অয়াং খেন্নবদা আর্থ তোঙানবা ঐখোয়গী Language নি । মরম অদুনা বনান্গী মতাং অসী য়াম্না লুপ্প্রে । ঈশাগী ওইনা মান্নবা নিয়ম অমদা থম্নবা ফনা কন্না হোৎনজবনি । অদুম ওইনমক চপ-চানা ঙাকপা ঙমজখিদ্রে । মসীগীদমক পাবীরিবা পূকচেল চাওরবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিংনা ঙাকপীগনি । অশোয়বা, অরানবা

তাকপীরক্লবদি, করিগুম্বা লাইবক ফদুনা মথংগী খুৎনম পুথোকপগী খুদোংচাবা ফংলবদি শেমদোকচগে । মীয়ামগী পাওতাক খৌরাংনা ঙাইজরি ।

চাউখৎলবা লোলশিংগা য়েংনরুরবদি, ঐখোয়গী ইমালোল অসী ৱাহৈ কয়া য়াম্দবগুম তৌই । ৱাহৈ খরদা ঐখোয়না হেনবসু লৈতবদি নত্তে । অদুগা লাইবকথীবা অমনা, ঙসি ফাওবদা ঐখোয়গী Grammar (ব্যাকরন্) লৈতবগুম তৌরি ।

পৃথিবীদা মীওইবা জাতি লৈরবা মতুংদা লোল্ ঙাঙলকপনি । লোল্ লৈরবা মতুংদা ময়েক, বনান্ অমদি ব্যাকরন্ শেম্লকখিবা ঙাক্তনি । ঐখোয়গীদি, মাঙথরুরবা ময়েক্কী মতাংদা, ঙসিফাওবা য়েৎনদুনতা লৈরে । অখণ্ড-অহৈ, ইন্টলেক্চুয়েল, স্কোলার কয়ানা পূনশিন্নরগা, ঐখোয়গী লোল্গী অকম-অয়াং উচ্চাবন্ (খোম্থোক) অমদি পোৎশক অমসুং ৱাহৈগী আর্থ খঙহনবা ঙম্বা, তশেং-তশেংনা ফোঙদোকপা য়াবা ময়েকসু লেপ্নদুনা পুথোক্লবা হোৎনদে । গ্রামারগী মতাংদসু অদুঙায় । ঐহাক্না খঙ্বা ৱাৎপা ওইবসু যাই । অখণ্ড- অহৈশিংনা লেপ্নবীগনি খঞ্জে ।

মীগী ময়েক পূদুনা, ৱায়দুনা শীজিন্নবর্বনিনা...! অদুগা মতম শাংনা চৎনরক্লবনিনা, পাক হেক হোংবা, খংওন-ওনবা য়াবোইদবনা, মীগী ময়েক্লা ফোঙদোকপা খোম্থোক্তা খবা য়েংদুনা শীজিন্নর্বদি চুম্বরা খঞ্জে । কবিনা চুম্মী, হায়বদি ঐহাক খঙজদে । ময়েক অসী শীজিন্নবা হৌবকপদগী ঙসি ফাওবদা, নিযম অসীদা ইগদবনি, ঙাংগদর্বনি হায়বসু লৈতবগুম্ ..! লৈরবসু চত্তে, ইন্দে । খুদীংমক অহৈ. অশিং ঙাক্তনি । কনানসু ওঝা, গুরু, ঈথক-থোংবশিংগী মৱা ইন্দে, লৌদে । মাগী-মাগী অনীংবনা অচুম্বনি, অফবনি । মৈতৈদি অনিশুনা পূনবা, তিন্নবা য়াদে । মোত্ ইতিন-তিন্নদে ।

ঐগীসু অশোয়বা কোঙ্গায়নি । অদুমকপু, চাওবা, কমল, অঙাংহল অমদি মখা তারকপশিংনা শীজিন্নরম্বা অদুগী মতুং খবমখৈদি ইঞ্জে । অশোয়বা, অরানবা কয়ামুক য়াওরম্বা থেংনবীরবদি, ঐহাক্কী দোষনি, ঙাকপীগনি, খুরুমজরি ।

অরোইবদা, লাইরিক অসী নম্বদা, ইচা ইবুংঙো ইবোতোম্বা, সমসন, প্রেম্জিৎ, পোমিন্ না য়াম্না থৱায় য়াওনা হোৎনখি । ইবুংঙো রাধেশ্যাম অমদি য়ুনীক্ প্রিন্টর্সকী অমদি ষ্টেসনরিগী ইচা- ইনাওশিং পুম্নমক্লা তেংবাংবীখি, ৱাবীখি । মসীগীদমক ইচাশিং, ইনাওশিংবু থম্মোইশেংনা থাগৎচরি । মতম খরা শাংনা চঙখ্রবসু লাইরিক অসীবু পুথোকপদা তেংবাংবীরিবা পুম্নমকপু, লোয়ননা ইউনিক্ প্রিন্টর্সকী প্রোপাইতরবুসু থাগৎচরি ।

শ্রী মোনোহরময়ুম্ শশিকুমার শর্ম্মা
(খুরখুল্, সেবোক্ লৈকায়)
মণিপুর - ৭৯৫০০২
মণিপুর

# "শবাব্ মহল্গী লৈরাং"

"ওঁ নমঃ ভগবতে বাসুদেবায় নমঃ"
"ওঁ নমঃ স্বরস্বত্যৈয় নমঃ"

## (১)

"*My generation has been a trafled one in India and world. We may carry on for a little while longer, but our day will be over and we shall give place to others. And they will give their lives and carry their burdens to the next stage of the journey. How have we played our part in this brief interlude that draws to a close ? I do not know. Other of a later age will judge.*"

-"Jawaharlal Nehru."

মহানগরী দিল্লিগা শক্ খঙ্নবা অহান্বনি। ভারতকী রাজধানীগা, মেপ্তা খঙ্নবা নত্তনা, শক্কা-শক্কা উন্নবা ঙসিনা অহান্বনি। দিল্লী মহানগরী, চীঙ্ লেম্না নীংথিজবী শক্হেন্বীনি। গুণ্ কয়ানা লৈতেংই। যুগ্ কয়াদগী ভারতবর্ষগী কোনুং ওইদুনতা লাক্লবা দিল্লীনি। মহাভারতকী মতম্দা 'ইন্দ্রপ্রস্ত' হায়না খঙ্নরক্লবা, অদুগা হৌজিক্তা দিল্লী। হায়নবা লৈ, সহর তরেৎনা লৈতেং ওইবা, লৈ পরেং.... । অচুম্বনি, দিল্লীগী অরিবা সহর তরেৎনি। কিলা রাইপিঠৌরা, সিড়ি, তোগ্লোগ্বাদ, মেহরৌলি, ফিরোজশাহা কোটলা, পুরানাকিলা (ইন্দ্রপ্রস্ত), পুরানাদিল্লী, ওখলা... । হৌজিক্কী মতমদনা, নিউ দিল্লী, কনাট প্লেস, কনাট সর্কস... ।

দিল্লী, মীয়াম্গী সমুদ্রনি, মীযাম্গী অচৌবা ঈপাক্নী। মহানগর অসি, ভারত অমদি পৃথিবীগী মীওই মখল্ কয়াগী তিন্ফম্নী। চৎলু-চৎলুবা মায়কৈদা মীগী মী ঙাক্তা...। ভারতকী মীয়াম্ অসীবু... ? নোংমদি করম্ থোক্লগবা ভাবত ? হায়নৈ, পৃথিবীগী মনুংদা ভারত, অনিশুবা লৈপাক্নী, মীশীং য়াম্বদা... ! জাত্, লোল্, ধর্ম্ম কয়া, চৎনরোল্, সংস্কৃতি কয়াগী পূন্ফম্নী। খেন্নবা কয়ানা পূল্লগা অমত্তা ওইবা...; অমত্তা ওইবগী লীপুন্দা খেন্নবা ময়াম্না পুল্লীবা লৈপাক্নী। লৈরাং লৈচন্ কয়াগী নাচোম্নী। ফজে, নীংথীজে, অদুবু নোংমদি কবি থোক্লগবা... ? মান্নদবা কয়াগী মবক্তা খেন্নবা ময়াম্না তিল্লিবা। ঙসিগী সমস্যা ময়াম্ অসিদা, তুংগী করম্বা আশা ? অকন্বনা অশোনববু তুহৎপীরবা সমাজ, মীচঙ্কন্বনা অচুম্বা শক্লবা, অশোল্-অনা, লায়র-অনংবশিং কদোম্দা...?

তুংগী মীরোল্‌না করিওইহৌগদবা ? মাঙ্‌জীল্‌থানা চৎখ্রবা, পজেং-ফিরাল্ থেংখ্রবা মখোয়দি য়াইফরবনি । শোংথহৌরবা কাণ্ড্‌লুপ্‌কিদি কম্‌দৌবা তাবা... ? ভারত্‌কী কোনুং ফজখ্রবা সহর, মহানগরী অসিগী ময়োল্‌মক্তদসু, কচীন্-কোয়া, মচি-মচিদা শোংথরবা, তুর-তারবা কয়ামুক্ লৈরি । য়েংহৈদ্রবা কয়ামুক্‌সু লৈতবা নত্তে ।

লোল্‌গী সমস্যা, জাত্‌খেন্নবা, ধর্ম্মগী য়েংথীনবা, রাম্‌মন্দির, বাবরী মসজীদ্‌কী অকন্‌বা নোংলৈ-নুংশিত্তা, হিন্দু-মুসলীম্‌গী রাইওৎ... । হাৎন-শুনবা, মীরম্‌চৎ তুংওইনদুনা শারম্‌চৎকী থৌদোক্ কয়া তত্তনা থোক্লীবা ভারতনি । মানব্‌তা হায়বদু কদোম্‌দা নাথেংখ্রবা ? ধর্ম্মগী ব্রাং-চাওরবা পল্, সমাজগী চৎনবীগী লৈই... ! পুম্নমক্‌সিগী মথক্তা অর্থনিতিগী সমস্যা । লায়রবা কোক্‌হন্নবগী নামাদা বাজনিতিগী য়ুখল্, মরুম্‌দগী অরোন্‌বা লিলা...! তৌবা ঙম্বা রাজনিতিব্রালা, সমাজগী ঠিকাদারশিংগী অরোনবা শাজৎ ! রাজনিতিগী ঘোতালা, ধর্ম্মনিতিগী যেংথীনবা সমাজনিতিগী তুহৎনবা মযাম্... । অকন্‌বনা অশোন্‌ববু লাক্‌থুবীবা কয়া-কয়ানি ।

ময়াম্ অসীগী মরক্তা, লোল্ মান্নদ্রবা, ধর্ম্ম তিন্নদবা, জাত্ খেন্নবা ময়াম্না পুল্লগা শেম্বা ভাবত্‌কী ষ্টেট কুন্‌মঙা, ইউনিয়ন্ টেরেটৌবি তবেৎ অসিবু, দিল্লীনা কয়াকুইনা, অমত্তা ওইনা থম্বা ঙম্‌গদৌরিবা...? মীচঙ্-মীখায় নাইবা, পুক্‌চেল্‌শেংদবা, অতোন্‌ববু তুহৎপিবা বাজনিতিগী হস্তিশিংনা ভারতপু অমত্তা ওইনা কযা কুইনা শান্নখিগদৌরি ? অচান্ মীরায় নাইদনা, সমাজগী ইকোনোমী ফহল্লবতদা ঈবাং লৈবোইদৌবনি । চাক্‌চা থীবা, লোন্না হুরান্দুনা চারীবমখে, মশাগী ওইজবা থিরিবমখেদি, সমাজগী প্রোব্লেম্ হেন্‌গৎনবা নত্তনা অতৈ কবিসু ওইবোই ।

কলেজগী প্রোসপেক্তস্ ফংদবগী লাঙ্‌তক্কদুনা লৈরম্বনি । মকপ অমনা পীবীবকখি। পুক্‌চেল্ চাওববা শক খঙনদ্রিবা মকপ্ অদুবু থম্মোইশেংনা থাগৎচরম্মী । পুল্লবা পোৎলূম্ অমা থাখিবগুম্ ইয়াং হেক্ য়াংই । নুংঙাইবা ব্রাখল্ অমগা লোয়ননা, অনৌবা মফম্, অচৌবা সহরদা লাক্‌পগী খঙ্‌নীংবা, য়েংনীংবনা লাঙ্‌তক্করম্মী । অদুগীসু মথক্তা ভারত্‌কী কোনুং দিল্লীনি । ইতিহাস্‌কী লামায়দা ময়েক্ লারবা, অখন্নবা মফম্মী । য়েংনীংদুনা ঐহাক্ পঙ্‌চত্তা চৎলম্মী । নিউদিল্লীগী অক-অহেন্‌গী, কনাটপ্লেস, কনাট্‌সর্কস, ইন্দিয়াগেট, পার্লিয়ামেন্ট হাউস, রাষ্ট্রপতি ভবন্ তিন্‌মুর্ত্তিভবন্, অতৈ-অতৈ মোগল গার্দেন কয়া য়েংলুরে। অনৌবা যুগ্ অসিগী অনৌবা খুদোল্ শক্‌হেনবী নিউদিল্লীনি । ফজবা কয়ানা তিন্নরবীনি।

ইতিহাসকী লামায় অমুক্ ফাক্লুই । কিলারাই পিঠৌরা, সিড়ি, মেহরৌলি য়েংলুরে। কুতুব্‌মিনার, মহম্মদ কুতুব্‌উদ্দিন্ আইবক্না শারম্বা মিনার, কুতুব্‌উদ্দিন্‌গী মতম্ অমগী কোনুং । নিজাম্‌উদ্দিন্, মীওইবগী অব্রা-অনা কন্ননবা হোৎনবীরম্বা পির হজরত্ নিজাম্‌উদ্দিন্ আওলিযাগী মজার । লোয়ননা নিংথৌরেল্ শাহাজহাঁগী মমোমলোই

জহাঁনারা বেগম্গী মোংফম্... । শহজাদি মশানা পাম্জরম্বগী মতুংইন্না, শাদে ফুরা, থাদে লৈ-শু । তরক্লা লৈরি মোংফম্তমক্... ! *"জহাঁনারা বেগম্গী মজার !"*

পুরানা কিলা, তোগ্লোগবাদ, ফিরোজশাহ্ কোটলা, ওখলা অসীনচিংবা, মফম্ কয়া য়েংলুরে । লম্বী, লম্মীং-তুম্মীং থোইনা খঙ্লুদে । পঙ্চৎ-চৎপনি, য়েংলুবনি । নুংসু-নুংঙাই, শক্খঙ্দবা অনৌবা মফম্নী । নুংশা থীবসু পোকই। মহানগরী দিল্লীনি, কনানা খঙ্গনি ? মহাও অমনি, মথেল্ কয়ানি, শক্তা-গুণ্দা অথোইবী দিল্লীনি। মতম্ অমগী নোংপোক-নোংচুপ্কী মীৎয়েংফম্নী । হৌজিক্কী ভারতকী কোনুং, লল্লোন্-ইতিক্কী সেন্তর-, রাজনিতিম্গী ময়োল্...। ভারত সাসন্গী চূপ্পী পায়ফম্, গনতন্ত্রগী লোক্সভা, রাজ্যসভা, সংসদ ভবন্... ।

য়েংনীংবা, খঙ্নীংবা হায়বসীসু অঙকপা অমনি । ইথিল্ অসীনা চিংদুনা কোয়চৎ-চৎলম্মী । পুরানা দিল্লীগী লাল্কিলাদা অমুক্ চৎলুই । মতম্ অমদা, মোগোল্না হিন্দুস্থান্পুম্বগী মপু ওইরবদা । শাগৈ অসিগী লংনা ঙাল্লম্বা বাদশাহ শাহাজাহাঁনা শারম্বা, মতীক্-মগুণ্ লৈববা ঐতিহাসিক্ 'লালকিলা'... । অঙাংবা নুঙ্তনা শাবা লান্বন্ অসী চীঙ্লেম্মী । কনানা খঙ্বা ? মসী শাবদা. অঙাংবা নুঙ্শিংগী মরক্তা, অঙাংবা ঈ মরীক যাওবম্বসু... ? ঙসিসু চীঙ্-লেম্মা, গনতন্ত্র ভারতকী মচু অহুমগী জাতিগী ফীবাল্না হাই হুন্নী । অবিবা যুগ্কী মঙ্লান্ অমদা তাওথকই । মতম্ অমদা লংনা ঙাল্লম্বা মোগোল্ শাগৈগী লল্ লাল্কিলানি । খোঙমী-লান্মীনা ঙাক্ শেন্দুনা লৈরি, কিলাগী অকোয়বদা...। শগোল্ তোংবা লান্মীশিং, নীংথিবা ফিজেৎ লৈতেংগা কোন্ননা কোয়চৎ চৎলী, লান্বন্ মনুং-মপান্ ঙাক্-শেল্লী । পেবে-শিঙ্গাঁ খোংদুনা মতম্-মতমগী বাগ... ! মোগোল্ ফম্নাইবা, অঙম্-অথৌ কয়া, মখোয়গী ইবেম্মশিং কয়া... । অকে- অমৌগী ফিজোল্-লৈতেং, মীৎ থক্লবগী মশক্লী । শহজাদা, শহজাদিশিং, ফম্নাইবশিংগী মজাইবুংঙো-ইবেম্মশিং মনীং মখা তম্ফম্নী । জগোই-ঈশৈ, হরাও-তয়াম্ কুম্মৈ-ঈরাংদা মথোই কারী । মখোয় ময়াম্ নোক্ খেবি, নুংঙাই-মথোই কানা হরাওরি । হাই-হুন্নী, আতর গুলাব্ পায়বী শানৌশিংনা মজাইবুঙোশিংগা মিৎ-চানবি । মোমোন্নবা চীম্বাল্না লৈতেংলি ।

মীনাই নুপা নুপীশিংনা, মফম্ খুদীং শীৎ-শেংলি । তরু-তনান্না থম্নবা ঈশিং চাইরি, উফুল্ ফাবা লাক্লরি । চমোংনরবা, মঞ্জুনরবা ফিজেৎনি । মশাপুম্বা হুমাংনা পুম্চোৎ-চোৎলি । মমায়গী হুমাং তৈথোক্চবা ফাওবা শংজদে । মথৌদা পুক্লীং চঙ্লি । নুংঙাইবনা অৱাবা খঙদবনি, অৱাবদি নুংঙাইবা ফংজদে ।

'মিনা বজার,' কিলাগী মথোঙ্দগী 'সাৱন্-ভাদোন্' গী মরক্তা লৈবা কৈথেল্ পরেংশিংদা, ফিজেৎ-লৈতেং, অরু-অহেন্গী লীক্ কোল্, পোৎ-চৈ কয়া য়োনফম্নী । মসীনি, মতম্ অমগী নিংথৌরেল্গী মমোম্লোই শহজাদিশিং, অঙম-অথৌশিংগী মজাইবেম্মাশিংগী শৃংগার কৈথেল, 'মিনা বজার' মজা ইবেম্মা জহাঁনারা

অমদি বৌশেনাবা অনিগীদমক্ অখন্নবা শেম্খিবনি । অসি গুম্বা কৈথেল্, অগবাগী লাল্কিলাগী 'মিনা বজাব', কৈথেল্দা মখোয় অনিনা অহানবা ওইনা মীৎ মবি মীৎচানখি। মফম্ অদুদগী মখোযগী অমব প্রেম্গী লৈপুন্ শেম্খিবনি । 'মিনা বজাব'দনি শহজাদা খুববম্ (শাহাজাহাঁ) গা মম্তাজ বেগম্গা অহানবা উন্নখিবা --

*'মিলন্ আভিসার'...।*

লাল্কিলাগী মনুংদা, দিৱানে খাস, দিৱানে-আম্, খৱাব্-গাহ, খাস মহল্, নৌবতখানা, হমাম্, মোতি মর্সাজিদনচিংবা কযামুক্ লৈখবে । মতম্ অদুগী কলা-কৃতি অঙক্পগী মশক্কী । যেংবগী পেন্দবা, অঙক্পগী অঙক্পা ঙাক্তনি । নোংপোক্থংবা মাযকৈদা যমুনা তুবেল্না কিলাগী মখোঙ্ চাম্থোক্লম্মী হাযনৈ । অদুবু হৌজিক্তি যমুনা তুবেল্ মযাং কংনা চাঁঙ্ লেম্লা লৈখবে । মতম্ অদুগী বাদশাহ শাহাজাহাঁগী দিল্লী ... । মতম্ কৌবী লাইবেন্থী অমুক্তং হন্দুনা চৎপা যাববদি, লৈবোন্ চনখ্রবা ইতিহাসকী যুগ অদু উমাংবগী লাঙ্তক্লবসি কোক্পসু যাই । কল্পনাগী মাৎযেংনসু যৌবা ঙম্দে । ইতিহাস মনীংহনবসু যাবোই । উমাংবা, খঙ্নীংবগী ঈখৌলাংবা কোকপদি গুল্লবোই । ঙসি উবিবা ইতিহাসকী লেম্হৌবা মখাক খবদ'; লৈহৌবিবা খুদম্ খবসি নত্তনা, ভুত্কাল্গী শক্তম্, বর্তমান্ যুগ্ অদুবু উবদি হৌজিক ওইথোক্লবোই । কিলাগী মনুংদা নুঙৌদা হন্নিবা ৱাহে :

*''অগব ফিবদৌস ববকযে জমিনস্তো !*

*হমিনস্তো- হমিনস্তো-হমিনস্তো.. !''*

'কবিগুম্বা পৃথিবী অসিদা স্বর্গ হাযবদো লৈবা তাববদি, মফম্ অদো, অসিদনি অসিদনি অসিদনি ।' অশেংবমক্কী.., মতম্ অদুদা মসীনা ফজবম্গদবা, নীংথীজবম্গদবা মতৌ অদো ঐহাক্কী কল্পনানা লাম্দুনা ফংবা যাগদ্রা... ' হৌখ্রবা মতম্গী ইতিহাসকী শক্তম্, যুগ্ অদুদি উবা ওইথোক্লবোই ।

মফম্ অদুদগী মায লৈবক্লে । কোবৌহন্বসু নোংচুপ্ মাযকৈ পাংখবে । ঐগী খঙ্নীংবা উমাংবগী অপাম্বদি লোইবা খম্বা নাইবা নত্তে । খুত্তসু মতম্দি খবা মবৌব । মফম্ অনি মবিদি যেংবা নংখিগনি খন্দুনা পাংলক্ই যমুনা তোবর্বান্গী মাযকৈদা... । জাতিগী লূচিংবশিংগী স্মৃতি মন্দিব সমাধিশিংদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎচনীংই । বিজযঘাত্, শান্তিবন্, বাজঘাত্নচিংবা... । পণ্ডিত্জিনা শাগৎলম্বা ভাবত অমা, ৱাখলতৌখি । কৎচখি মখোযগী মফম্দা ঐগী শ্রদ্ধাঞ্জলি। লৈ-শু য়াওদে, চুম্নতা থম্মোইনা খুবম্জবি । 'যমুনা মপান্দা চীক্লা তুম্খুল্ তাল্লিবা, অমুক্ হন্না মীকপ্ থোক্লবোইদবা লুচিংবশিংদা ইকাইখুম্নবা উৎচবি । ইংনা তুমখুল্ তানবীযু । হৌদোক্চবোই অমুক্, কায়হঞ্জনীংদে নুংঙাইনা তুম্খুল্ তানবদো । জাতিগীদমক্ অৱা অনা কযা খাঙ্বদা, চোক্থববা হক্চাংদো, তৃম্বর্তদি কাযহঞ্জনীংদে ।'

বাজঘাত্তা, বাপুজিগী সমাধি বেদীদা কোক্ নোন্দুনা ঙহাক লেপ্লুই । ইনাক্তা

পঙ্লাপ্ লাণ্ডুনা বুর্খানা মাইখুম্ খুমদুনা কনাগুম্বী চনু অমা লেপ্লম্মী। 'হে-রাম্' হায়বা সুর, অমা নাকোংদা চঙ্লক্খি । কদোম্দগী খোঞ্জেল্নো অদুক্ খোয়থুম্লবা ... ? মায়কৈ অদোম্দা লৈশীন্দুনা য়েংলুই । মাইথোংগী বুর্খা অদু খরদং হাইদোক্লগা, মমীৎ অনিমক উইশিন্দুনা, মখুৎ অনি লোন্নরগা লেপ্লী । মহাক্কী খোঞ্জেল অদুদা ঐহাক পুম্ঙক ঙকই । করিনোনে, মুসলিম্ নিঙোল্ অমগী মচান্দগী 'হে-রাম্ !? মাইথোং অদুনা কয়াদি নীংথিজখরে ! অসুক্ ফজরব শক্তম্... ! মমীৎ পাঙথোরক্পদা ঐহাক্কা মীৎচানখি, মীকুপ্ অনিদং ! য়েংনীংনা য়েংলুবনি মীৎকুপ্তুনা, অদুবু কুইদে, পর্দা তপ্লা খন্জিনখি । শক্তম্ অদো ওস্থোক্লা নীংথিখরে । ফজে, ফজবা শক্ হায়বদো অসিনিদনা... । অসুক ফজবা শক্ ঐবু উখ্রবরা ? মশেক্ মঙাল খরতনি ঐনা উহৌরিবা, মীকুপ্ অনিতনি মাইথোং অদু উবা ...! মহাক্কী 'হে-রাম্' খোঞ্জেল্ অদুনা সুর ওইনা, ওস্থোক্লা খোয়থুম্লনা ফনা কুইবা ফাওবা ঐগী নাকোংদা ঙংদুনা লৈখি। করিনো খন্খি, ঙক্সু ঙর্খি । মসিবু অঙক্পা তরেৎকী মথংদা নিপালশুবা অমরা? মহাক্ মমায় লৈদুনা তপ্লবা খোঙথাঙ্দা চৎখরে । তপ্লা ঐগী মীৎনা মতুং ইন্নরুই, অদুবু অমুবা জোন্জোন্ লাওবা বুর্খাতমক্... ! মীকুপ্ অমত্তং উহৌবা মাগী শক্তম্ অদু উনীংবগী ঈখৌলাংবা কোক্হৌদনা অদুমক্ তাম্খরে । অসুম্ মীৎয়েংগী ব্লাংমদা... ! মীয়াম্গী সমুদ্র ঈপাক্তা কোঙ্গোল্গুম্ তাকখরে । কোরৌহন্বা মাসু নোংমগী মথৌ লোইরদুনা ময়ুম্ মায়কৈ পাংখরে । ঙাড্রানবা মচু খরা চাইখায়রম্লগা লোৎখরে । ঐহাক্তি লেপ্হৌরি, রাজঘাত্কী সমাধি মনাক্তা, উ য়ুংবগুম্না ... ! মীকুপ্ অনিদংগা শাংথনা মতম্ অমুক্তং পীবীরম্লবদি.... ! কয়াদা নুংঙাইগবা, অসঃ পেলহৌদেদা !

> "*I was also fully aware of the diversities and divisons of Indian life, of Classes, Caste, religions, races, different degrees of cultural development.*"
>
> **"Jawaharlal Nehru."**



# (২)

ঐহাক হোষ্টেল্দা হল্লক্কগা পোৎথারম্মী। শাহাজাহাঁগী লাল্কিলাগা, মোগোল্গী অরোইবা শেহন্শাহ বহাদুরশাহ্ 'জফর' গী লাল্কিলাগা অমুক্ চাংদম্নদুনা য়েংলুই। ইতিহাস হায়বসি মতম্গী খোঙ্চৎ অদুবু ওইবা তাই। ঙসিগী শকক্ অসিসু মতম্ অমদদি ইতিহাস ওইগনি। অচৌবা মীওইশিংগী ৱারীনা ইতিহাস ওইবনি। মীচম্গী ৱারীদি কৈদৌঙৈদসু ইতিহাস ওইদে। ইতিহাসতি ইতিহাসনি, অদুম্ ওইনমক্ শাহাজাহাঁগী লাল্কিলাগী ইতিহাসকা, বহাদুরশাহগী লাল্কিলাগী ইতিহাসকা শাথীনা খেন্নবা লৈ। অঙানবা অমদি অমম্বা ...!

শোক্ ১৮৫৬ কী, য়ুহারাবগী মতৌগুম্না হাইববা দিল্লী শাহাজাহাঁগী লাল্কিলা; বহাদুরশাহগী লাল্কিলা মনুংদা..., মোগল্শিংগী মশীং লাক্ঙম্দ্রবা থাওমৈশিং কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লম্মী। মখোয়গী মবক্তা খরনা চৎনবী কায়দনা, খরনা নিয়মগী ৱাংমগী মোগলগী থাওমৈশিংনি। নিতি নিয়ম্গী মতুংইন্না 'নিকাহ' (লুহোংবগী হৌনবী নিয়ম্) শোল্দুনা লৌবা বেগম্ শিংগী, মচাশিংগী মমীংগী মমাঙদা 'মির্জা' হায়বা ৱাহৈ অসি তম্মী, মখোয়বু কিলাগী মনুংদা...। অদুগা মশীং খঙ্দ্রবা 'রখেল্' (লোন্নবী) শিংগী মচাশিংবুনা, শেন্ফম্ খবা পীদুনা থম্লম্মী। থা অমদা লুপা অনিদগীনা লুপা য়াঙ্খে ফাওবা পীরম্মী। রখেল্শিংগী মচাশিং অমদি অতৈ মফম্ খঙ্দবা খরগী মোগোল্ মচাশিংবুসু কিলাগী মচি অমদা ময়ুম্-মকৈ লিংদুনা লৈহল্লম্মী। মদুদগী কিলাগী মনুং অদুদা, ফনা নীংথীনা মরাং কায়বা খুঙ্গং ওইরক্লম্মী। মদুবু 'সলাতীন্' হায়না খঙ্নবম্মী। মখোয়বু কিলাগী মপান্দা লৈনবিবা খুঙ্গংশিংদা লৈবগী অযাবা য়াথং পীবম্দে।

মখোয়গুম্বা মফম্ খঙ্দবা মোগোল্ মচাশিং অসি, মির্জা মিংথোল্ ফংবা শহজাদাশিংগী থৌগল্লোই ওইদুনা চীবোল্-খারোল্ তৌদুনা লৈনরম্মী। শহজাদাশিং অসী, মখোয় খুদীংমক্ 'বলী অহদ্' (যুবরাজ) ওইবা পাম্নবম্মী। খুদোংচাবা ঙাইদুনা, তঞ্জা য়েংদুনা লৈনরম্মী। বলী অহদ্কী ফম্ ফংননবগীদমক্ বেগম্শিংসুশবৌ কয়ামুক... মীচঙ খোম্বা, শবৌ লাং থাকপা, চিবোল লাংলোন কন্না চৎনবম্মী। বহাদুরশাহ 'জফর'গী মতুংদা কনানা সিংহাসন্ ফংগনি? মসীগীদমক কনাবু যুবরাজনি হায়না খন্গদগে? মসীগীদমক্ য়াম্না কন্না ৱানোম্নরম্মী। মতম্ অদুদা; মদুগী দয়ীত্বদি ইংরেজ রেজীদেন্টকী ওইরম্মী। রেজীদেন্টনসু কল্কত্তাদা লৈবা গর্ভনর জেনেরেল্গী ওফিসকী হুকুম্ ফংলগা মদু লাওথোক্কদবনি। মতম্ অদুগী ভারতকী লাইব্ক্ ইংরেজগী মখুত্তনি। কোনুং মনুংগী যুবরাজগী ফম্ ফাওবা মখোয়গী মখুত্তা লৈখ্রবনি। লৈপাক্কী সাসন্গী মতাংদদি করিবু হায়রক্খিগদগে... ?

অদুম্না মতম্ অদুদা, বহাদুরশাহ 'জফর' গী মচানুপা খ্বাইদগী অহল মির্জা দারা বখত্না শিত্রবদা, মহাক্কী অনিশুবা মচানুপা মির্জা ফখরুদ্দীন্, উর্ফ ফখরুগী মায়কৈদা খল্ অদু লূম্থরম্মী । মরম্ অদুনা ইংরেজ রেজীদেন্টস্ মমীৎ-মনা শিংগৎলক্লম্মী । মহাক্না গর্ভনর জেনেরেল্দা ব্বারোল্ পুম্নমক ইরদুনা থাখিরম্মী ।

গর্ভনর জেনেরেলনা থুনমক্ কমিটি অমা শেম্লম্মী । কমিটি অদু মেম্বর অহুম্না শারম্মী । সার হেনরী ইলিয়ট, মিষ্টর টোম্সন্ অমদি দিল্লীগী রেজীদেন্ট সার টোমস মেট্কাফ্...। কমিটিবু ইঙ্গিৎ পীরম্মী, মদুদি, বহাদুরশাহগী মচানুপা মাপন্গী মনুংদা, মির্জা ফখরু অসীমক্ অহল্নি । লোয়ননা মহাক্পু চপ্ চানা মিহৌহন্দুনা খুদোংচাবা খরা পীরবদি, অনৌবা ব্বারেপ্ অসিদা হোয়-মায় করিমতা হায়দনা শোয়দনা য়াগনি । মসীমক্লী ইংরেজগী শরৌ... । তশেংবমক্সু মদুমক্ ওইরম্মী ।

মির্জা ফখরুগী মকুবোক্ মির্জা ইলাহী বখ্শকী নাকোংদা, মসীগী শমিল্ অমদি মনম্গী মনিল্ ফংলম্মী । থুনমক্ মহাক্ খুদক্তা রেজীদেন্টকী শঙ্গায়দা হোৎচিল্লম্মী । মহাক্না বেজীদেন্ট সাহেব্তা - "সাহেব্ বহাদুর, ঐহাক্ ঐগী ইস্সাক নুপাবু তাক্পী তন্বীদুনা থৌরাং পুম্নমক তৌহঞ্জরগে ।"সলাম্ তৌরদুনাহায়রম্মী।

রেজীদেন্ট সহেব্না - "য়া-নগদৌরিবা ব্বারোল্গী মতাংদা ঐ হায়রগে । বাদশাহ বহাদুরশাহ 'জফর' গী মতুংদা 'বাদশাহ' গী 'পদবী' (খুভম্) অসী অমুক্ হন্না থম্লরোই, খুভম্ অসী লোইশিল্লগনি। মসীগী মতুংদগীদি 'শহজাদা' খক্তমক্ হায়রগনি লাল্কিলাসু খালি তৌবগদবনি । শহজাদা, মেহরৌলীগী মহল্দা লৈগনি ।" হায়রকই।

মির্জা ইলাহী বখ্শনা অহান্বদা করিগুম্বা খরা খল্লম্মী । মতুংদা - "ফরে সাহেব্ বহাদুর, মির্জা ফখরুবু ঐহাক্ শোয়দনা য়াননবা হোৎনগে ।" হায়রম্মী ।

মির্জা ইলাহী বখ্শনা ফিভম্ অদুগী অরুম্-অয়াং ওন্দুনা য়েংলম্মী । লাইবক্ ফবগী লৈচীল্না, শারবা নুংশাবু উরুম্ খঞ্জিল্লক্লে । মসীদগীদি সনা-লুপাগী নোং চুথরক্লগনি, হায়না খল্লম্মী । 'বাদশাহ' মক্ ওইদ্রবসু, মোগোল্গী শাহী ফম্থোল্ শহজাদা, বলী অহদ্ হায়বদুদি মস্সাক্ নুপানা শোয়দনা ওইরগনি । মসীমক্লী মহাক্না খল্লীবা, পাম্লীবসু । অদুগী মতুংদা ইলাহী বখশনা, ঔরঙ্গজেব্কী মতুংদগী মতৌ করম্না সিংহাসন্গীদমক্ মীহাৎ-মীপুন কয়া, হাৎন-শুনবা কয়া তৌদুনা লাক্লীবা অদুসু কাওরমদে। মসী খন্না-খন্না ইলাহী বখ্শ ময়ুম্ য়ৌরক্লম্মী । মহাক্না মচানুপী অমদি মস্সাক্ নুপাবু মনাক্তা কৌশন্দুনা ফম্হল্লম্মী ।

ইলাহী বখ্শনা ব্বাখল্ য়াম্না খল্লদুনা জ্ঞান্ তাননবা তাক্লগা - "চুহী চফু মনুংদা খুৎ থিংজিন্বদা, চফু অদুগী চুহী লোইনমক্ নত্রবসু খরগীমখৈদি পক্লকনি । অদুগা বাদশাহগী সিংহাসন্ অসিমক্ ফংদ্রবসু...!, চানীংই হায়দুনা খুৎ অনি চঙ্দুনা হুক্পসু হেক্ য়াবা নত্তে । মতম্গী মতুংইন্না, ফম্বা চল্লগা হীপ্পসু চন্গদবনি । কুপ্না খল্লুরগনু..., নখোয়নসু

উরবনি, মোগলগী অরোইবা বাদশাহসু মুহম্মদ শাহ 'রঙ্গীলা' না অরোইবা ওইখ্রবনি। মহাকপুনা নাদির শাহনা পুম্‌কোক্ কোক্‌হন্দুনা, ব্রাইশিংপা, অমাংবা শেংবা, 'ভঙ্গী' ওইহল্লম্লগা চংখ্রবনি। য়েংউনে, দিল্লী পুম্নমক্লা খঙ্‌লীবনি, পুরা দিল্লীনা শাক্কিনি। বাদশাহ মিংথোল্ চাওনা ফংখিবা 'শাহ' আলম্ 'ফাওবা', পেন্সীন্ ফংবা লাইথি ওইখ্রবনি। অহানবদা মরাঠাশিংদগী পেন্সীল্ ফংলম্মী। অদুগী মথংদা অমুক্ ফিরঙ্গীশিংদগী পেন্সিল্ ফংখিবনি। মহাক্কী মচানুপা আকবর শাহাসু ফিরঙ্গীশিংদা পেন্সীল্ হেনগৎন্নবা হোৎনবদা মপুক্সি চুপ্না ফিরঙ্গীশিংদা খুরম্‌দুনা, হায়জদুনতা লৈরক্‌খিবনি। অদুগা মসীগী বাদশাহ বহাদুরশাহ 'জফর' অসীদী..., মহাক্তনি। মহাক্ অসীদি ওম্বোক্লা চুগন্নখ্রবনি। মহাক্লা ইংরেজশিংদগী পেন্সীল্ লৌবগী মহুত্তা, দিল্লীগী ইনাক্‌খুন্‌বা, লল্লোন্‌বা বনিয়াশিংদগী শেল্ পৃদুনতা লৈরক্লীবনি।" হায়না হায়রকই।

মহাক্কী ব্রারীশিং অমদি শাক্কি-প্রমান্‌শিং অদু তারগা, মির্জা ফখরু খুদক্তা মকুবোক্কী ব্রাফম্ অদুদা য়াবম্মী। মহাক্লা - "অব্বাজান্, অদোম্ বেজীদেন্ট সাহেব্‌তা, মহাক্কী ব্রারোল্ পুম্নমক্, ঐহাক্ লোইনা য়াবে হায়না হায়বীয়ু ।" হায়রম্মী।

মির্জা ইলাহী বখ্‌শনা- "শাবাস, অদুনিদনা ইবুংঙো, মতম্‌গী খোঙ্‌চৎকী ঈঙ্গিৎ, খোঙ্‌লোয় মতুংইন্না চত্তবা মীশক্, মতম্‌গী ঈচেল্‌বু ইকাই খুম্নদ্রবা মহাক্ অদুদি শোয়দনমক্কী নীংঙম্‌দবগী মৈচাক্ ফংগদবনি। বাদশাহ বহাদুরশাহ 'জফব', বাদশাহ সলামত্ মশামক্‌সু মদুমক্কী। নহাক্ জ্ঞান্ তাশিল্লু। ঐহাক্ হয়েংমক্ চৎলগা রেজীদেন্ট সাহেব্‌তা হারুরগে। নহাক্‌পু 'বলী অহদ' ফম্‌থোল্ পীরো, লাওথোক্লো, হায়না ঐহাক্ হায়বগে।" হায়দুনা মহাক্কী কুনিতিনা থল্লবা হবাওবগী মীনোক্কা কোন্নবা মমীৎ অদুনা নোক্কুনা হায়রক্লম্মী।

রেজীদেন্ট টৌম্‌স থিয়োফিলিস মেটকাফ্‌না, মেজব টকবদা- "ওসি ফাইল্ নম্বর থ্রী অদু পাথোক্কউ। বহাদুবশাহ 'জফব' গী মরম্‌দা লোইনমক্ খঙ্‌বা দরকারনি।" হায়রকই।

"য়েস সাব-" হায়বগা মেজর টকব ফাইল্ পুরদুনা মহাক্কী কাদা চৎখিরম্মী।

ফাইল্ অদুদা বহাদুর শাহ্ 'জফর' গী মরী মখোঙ্ ব্রারোল্ পুম্নমক্ লোয়না য়াওরম্মী। মেজর টকর ফাইল্ অদু পাবদা মপুক্লীং চঙ্‌লম্মী। ফাইল্ অদুমক্লা ব্রা- ঙাংদুনা মঙোন্দা হায়রক্‌পগুম তৌরম্মী।

বহাদুর শাহ' জফব' গী বীবী তবেৎনি। মখোয়শিং অদুদি, মোতিবাই, কয়ুম্‌বাই, শবাফত্-উল্‌মহল্, দৌলত্ কদম্, অফজল্ উন্নিসা, জীনত্‌মহল্ অমসুং রাজন্ খব্রাস অসীনি। অতৈ রখেল্ কয়ামুক্ অমসু লৈরম্মী। মহাক্কী মচানুপা তরামরিনি। মখোয়শিং অদুনা, মির্জাদারা বখ্‌ত, মির্জা ফখরুদ্দিন্, মির্জা কোঐস, মির্জা অবদুল্ হসন্, মহম্মদ জহীরউদ্দীন্ উর্ফ মির্জা মুগল্, মির্জা সোহরাব্ এ-হিন্দ, মির্জা অবুনম্ভ, মির্জা উলগত্‌হর, মির্জা খিজ সুলতান্, মির্জা জবাঁ বখ্‌শ, মির্জা বখ্‌তাবর শাহ, মির্জা কোচক্ সুলতান্,

মির্জা শাহ অব্বাস অমসুং মির্জা মুহম্মদ শেরশাহ্ অসীনি ।

চহী হুম্ফুনিথোই শুরক্লবা মতম্দা জফরনা লাল্ বজারদা লৈবী চহী তরাতরুক্কী শক্হেন্বী, তনৌবী, জীনত্ মহল্গা লুহোংলম্মী । হনুরবা মতম্দা, নহা ওইরিবী লৈশাবী লুহোংবা হায়বসীমক্তবু অয়াম্বা মতম্দা অৱাবগী মশক্কী । মরম্ অদুনা মওং অমদা জীনত্ মহল্না বাদশাহবু মহাক্কী খুবাম্নুংদা থম্লম্মী । ওইনীংবা ওই্জরবসু মহাক্না করিগুম্বা মওং অমদা মহাক্কী মচানুপা মির্জা জৱাঁ বখ্শবু 'বলীঅহদ' ওইহন্দবা য়াদে হায়বসীগী মতম্ পুম্নমক্তা হোৎনদুনতা লৈরম্মী । পুম্নমক্তা য়েংলবসু হীরম্ খুদীংমক্তা, জৱাঁ বখ্শকী হক্, দাবী খুদীংমক্ মতীক্ চাবদি অমত্তা ওইরম্দে । সুর চুম্দবী, তাল্চাদবী তৱায়ফ্কী (জগোইশাবী) মফম্দা, বাঁশী, সারঙ্গীসু সুর চুম্দে, তবলাসু তাল্ চাদে হায়বগুম্বনি । অদুম্ ওইনমক, বাদশাহ সলামত্ হজরত্ বহাদুরশাহ 'জফর' সু তাল্ চাদ-চাদনা জৱাঁবখ্শকীদমক্ জীনত্ মহল্গা লোয়ননা মতম্ চাবা চাদবা, ভৈরবী রাগ্কী ঈশৈ তারম্মী । ৱাফম্ অসীম্ক ইংরেজশিংনদি য়ানীংলম্দে । ফিরঙ্গীশিংনা পাল্লিবদি, 'বলী অহদ্' হায়না মিংথোল্ অসী খক্তং মমাং ওইনা পীবখক্তনি পাম্বা... । যুবরাজগী পদবীনা বাদ্শাহ ওইরক্পদি পামদে । হীরম্ অসীদা বাদশাহগী হক্, রাই অমত্তা নক্লনীংদে । অদুগী মথক্তা অসীগুম্বা 'বলীঅহদ্' পাম্মী । মদুদি বলীঅহদকা 'লাল্কিলা' গা ওন্নবা য়াবা মীশক ইংরেজশিংনা পাম্মী । 'লাল্কিলা' থাদোক্লম্দুনা মেহরৌলীগী নীংখায়রবা দলান্ অমগী কাচিন্দা তুম্মীন্না পেন্সীল্ চাদুনা লম্শি শিবা ঙাইগদবা মির্জা অমা পাম্মী ।

এসিস্টেন্ট রেজীদেন্টনা ফাইল্ অদু য়েংলুবদগী করম্বা রাগ্নো হায়বা মশক্ খঙ্লম্মী । মোগল্ বাদশাহগী অবোইবা শ্বব হোন্দোক্হন্বা, অদুগা লাল্কিলাবু মপুঙফানা খুদুম্ চন্বা..., মোগল্ বাদশাহবু মরোল্ থোক্হন্দবা, ইংরেজগী মনীং- মখা তন্বা সাসন্ অমা... । মহাক্না ফাইল্ অদু খুম্জিন্বতা মঙায়রি । আর্দালী লাক্তুনা 'মির্জা ইলাহী বখ্শ লেঙলক্উ' হায়না পাও পীবম্মী । ইলাহী বখ্শপু সন্মান্গা লোয়ননা ফম্হল্লম্মী । রেজীদেন্ট মেট্কাফ্সু থোরক্তুনা মহাক্কী রাই তাহল্লম্মী । 'মির্জা ফখরুবু করিগুম্বা 'বলী অহদ' মিংথোল্ পীরবদি, জফরগী মতুংদা মহাক্পু 'শহজাদা' হায়নদমক্ খঙ্নরগনি ; লোয়ননা মহাক্ অমদি মোগল্গী লৈরিবা পম্নমক্ লাল্কিলা থাদোক্লম্গদবনি । ফখরু মেহরৌলীদা চৎকদবনি । মসীনি রেজীদেন্টকী রাই, অমরোমদদি হুকুম... ।

মেট্কাফ্, নীংবা থুংবগী নুংঙাইরবা স্বর অমা শাংনা হোন্দোক্লম্মী । হরাওবগা লোয়ননা - "ঐহাক্ হয়েংমক্ কল্কত্তাদা রিপোর্ট থাখ্রগে, অদুগা য়াম্না থুনমক্ 'বলীঅহদ' দিল্লীয়ার তৌননবা খল্লগে ।" হায়বম্মী ।

সাহেব্ বহাদুরগী চা থক্লগা অমদি মহাক্না খুৎ শোক্লরগা মির্জা ইলাহী বখ্শ মপুক্লীং মকা লাম্না হন্খিরম্মী ।

বেগম্ জীনত্ মহল্ মমীত্তা সুমা (কাজল), মখোঙ্-মখুত্তা মেহেন্দী য়েক্তুনা,

মচুম্ তানা কেবা লোইবতা ঙায়বী । বশীব 'লৌন্ডী' (মনাই) না - "মলিকা-এ-জমানি, নববন্ মিয়া লেংঙলক্লী ।" হায়না পাও পীবম্মী ।

"মহাকপু মপানগী ফমফম কাদা ফমহলম্মু, ঐ লাক্লে ।" হাযনা জীনত্ মহল্না হায়বকই । মহাক্লা নব্বন্মিযা কবিনো অমা নত্রগা কবিনো মক ওইবা পাও শোয়দনা পুবক্লগনি হায়না খলম্মী । জীনত্ মহল্ন' নব্বন্মিযাবু বেজীদেন্টকী কেঠীদা খান্সামা (চাক থাংবা পুজাবি)গী থবক নৌকরিব অসি তৌহনখিবনি । মফম অদুগী মীকুপ খুদীংগী পাও ফংবা ঙম্মনবা মহাক্লা কন্না থৌবাং তৌখিবনি । জীনত্ মহল্ মশক মতৌ ফজবগী মতীক, অদুগী মথক্তা হার্যানিঙাই লৈতনা শিংবী, চক্রী কনবী অমদি ওইনচাওবীসু ওইবম্মী । হৌখিবদা নব্বন্ মিযানা লাট্ সাহেব্না ফিবঙ্গী অহুমগী কমিটি অমা শেমখ্রে। মখোয়না 'বলীঅহদ' লাওথোক্কনি ।' হাযনা পাও পীবমখি । মতুং অসিদদি মির্জা ইলাহী বখ্শনা বেজীদেন্ট সাহেবকা মবী যাম্না লৈনবে । ব্রাবী বাতাই যাম্না শানৈ । মির্জা দাবা বখ্শনা শিখ্রবা মতুং অসিদদি মির্জা ফখরুগী খল যাম্না লুমথখবে । মহাক্লা মতীক চানা লল্ থুম্সু ফংবা যাবা লৈ । মির্জা ইলাহী বখ্শনা মন্নাক নুপা মির্জা ফখরুগীদমক্ যাম্না থবায য়াওবি, কন্না ব্রানোম্লী' । হাযবসু তন্নম্মী।

জীনত্ মহল্না জাল্লীগী পর্দা মকমদা লাকপমক্তদা নব্বন্মিযানা কোর্নিশ তৌবম্মী। "মালিকা-এ-জামানী, মির্জা, বেজিদেন্সীদা লাক্লম্মী । মির্জা ফখ্রুগী হক্তা যাম্না থুনা বাই হাযদোবক্কদবা মাল্লী । মবম্দি বেজীদেন্ট সাহেব্না মির্জা ইলাহী বখ্শপু চা পীথক্খি, কায়নবম্দাইদা হবাওনা খুৎসু শোক্লখি ।" হাযনা তন্নম্মী ।

জীনত্ মহল্ স্ববমপী শাংনা হোল্লদুনা- "মির্জা ফখরুগী খল্ হৈদোক্হন্বা তাই। নব্বন্মিয়া নং মীৎ না শিংনা লৈগদবনি অদুগা পাও তত্তনা পীগদবনি।" হাযবম্মী ।

চংলম্দাইদা নব্বন্ মিয়াদা 'অশরফী' (চাঁন্দীগী নত্রগা সনাগী শেল্ মযেক্) মঙা পীবম্মী । মদু লৌবদুনা মকোক্ নোন্দুনা অহুম্লক হন্না কোর্নিস তৌববা মতুংদা চংখিবম্মী। ফুন্গাংলবা জীনত্ মহল্না, বাদশাহ বহাদুরশাহ ' জফর' দা বোম্ পোক্থায়বম্মী । "মতৌ অদুম্না য়েন অনাবগী মতৌগুম্না ঙক্ লেক্থদুনা লৈবনদি কবিসু ওইবা য়াববোহি, জিলে সুব্বহানী । হৌজিক্ ফোংনা মায়োক্লবা লান্ফমদা চেংথোক্পা মতম্ চপ্ চাববনি । তৌগদবা অদু তৌবীবো ।" হায়না তক্লম্মী ।

মতৌ অদুম্না জীনত্মহল্না তক্পদগী বহাদুরশাহ 'জফর'না বেজীদেন্ট সাহেব্তা চিঠি ইবম্মী । 'মির্জাফখরু অসি ঐহাক্কী মবম্ চাবা ইচা নত্তে । মহাক্ হিন্দু 'দাস্তা' (বখেল্) মোতিবাইগী মচানি । লুহোংবা অদু 'নজীবুল্ তরফৈন্,' (মুসলমান্গী লৌন-লৈনবগী অয়াবা থাক মান্নবা শাগেগী নিতি-নিয়ম্) গী মতুংইন্না 'খান্দান্'(শাগে) গী নিতিগী মঙংদা হোংখিদে । মবম্ অদুনা মহাক্লা বলীঅহদ ফংবা মবম চাদে............ । মসীনি চিঠিগী মবোল্ ।

রেজীদেন্ট সাহেব্না কল্‌কত্তাদা ইদুনা থাবগী য়্বারোল্‌না- 'বহাদুর শাহ্ 'জফর' গী দাবী অসী মতীক্ চাদে, মসীদা য়াবা ঙম্লোই । মরম্‌দি মহাক্ মশামক্‌সু হিন্দু মমা লাল্‌বাইনা পোক্‌পা মচানুপানি । মহাক্কী মমা অদুসু পক্কা হিন্দুনি ।' হায়বা অসিনি ।

নুমীৎ খরনিগী মতুংদা ইংরেজশিংনা মির্জা ফখরুবু 'বলী অহদ্' ওইরে হায়না লাওথোক্লম্মী । বাদশাহদি লাওথোরক্লীবা অদুমক্ য়াবা তারম্মী । তৌইগুম্নসুং বেগম্ জীনত্ মহল্‌দি লিল্ অমোম্‌গী মতৌগুম্না খু-খু কান্নম্মী । " ঐহাক্ মসীগী য়্বারেপ্ অসী সুক্‌য়া য়াদে । জবাঁ বখ্‌তনা শোয়দনমক্কী বলীঅহদ ওইগদবনি। " হায়না কন্না হেক্তা হায়রম্মী । মহাক্ শাওবগী ঙম্‌খৈ লৈখিদরে ।

হায়রিবা নুমীৎ অদুগী নুমিদাংয়্বাইরম্‌দা কিলা মনুংদা ইমুং-মনুংগী ওইবা থৌরম্ অমা পাঙ্‌থোক্লম্মী । পার্টি অদুদা মখল্ মথেল্‌গী রস চেল্লবা, হাওর-হাওরবা মথেল্-লুকোয় কয়া লাঙ্‌লম্মী । মপাম্থোংদা হরাও-নুংঙাইবা ফোঙ্‌দোক্লদুনা, জীনত্ মহল্‌না মির্জা ফখরুদা থাগৎ য়্বাহে ফোঙ্‌দোক্লম্মী । চাবা-থক্‌পগী থৌরম্ লোইরবা মতুংদা, মির্জা ফখরু, মহাক্ মশাগী তুম্‌ফম্ কা য়ৌবা ফাওবা য়ৌদ্রিঙৈনা, ইখঙ্-খঙহৌদনা মশা নুংঙাইরক্রে, মহাক্ হন্দোক্লম্মী ।

হকীম্ সাহেব্ য়ৌরক্‌পা মতম্‌দদি, মহাক্ কুচু তাইফেৎ তাইনা অশংবা কারদুনা মশা ইংখিরম্লে । মপাম্থোংদা উৎপা ওইনা অৱাবা ফোঙ্‌দোক্লম্মী । য়াম্না থুনা থৌরাং পুম্নমক্ লাঙ্‌দুনা লৈবোল্ চন্‌খিরম্মী । মির্জা ফখরুগী বেগম্‌দি মথবাক্তা খুদুম্না শুরদুনা ও-খোংনা কপ্লম্মী । মির্জা ইলাহী বখ্‌ল, থৌদোক্ অদুদা তৌফম্ খঙ্‌দনা মমীৎ-মনা চপ্ য়ুংখত্তুনা যেংদুনা লৈরম্মী ।

রেজীদেন্ট সাহেব্না পাও অসি ফংবদা, মমীৎ-মনা শিংবা হেন্‌গৎলম্মী । অদুম্-অদুম্ ওইনমক্ মীশি অসি কিলাগী চেক্‌পল্ মনুংদনি, তশেংনমক্‌সু আইন্‌গী মতুংইন্না থিজিন্-খোচিন্‌বগী থবক্ অদুদি মহাক্কী হক্ করিমতা লৈরম্‌দে ।

মথংগী নুমীত্তা, অব্‌দুল্ বাৱর্চী (চাক্ থোংবা), বেগম্ মলিকা জীনত্ মহল্‌গী মনাক্তা, মল্লী-মল্লী তৌবা মতম্‌দা লাক্লম্মী । মঙোন্দা লুপা য়াংখৈগা ফি-শাল্ অমগা খুদোল্ পীরম্মী । মতাং অদুদা বেগম্ জীনত্ মহল্‌গী মপুক্লীংদা মথম্তা- 'জয়পুরদগী লাক্‌পা হু অসীদি ময়াই কন্‌খ্রবা ওইরে । মসী পীজবা হেক্ মতুংদা, মসীগী মথৌ অসিদি কোলেরাগুম্না তৌই, চপ্ হেক্ মান্নেদা ।" হায়না শোল্লম্মী ।

বেগম্ জীনত্ মহল্‌না, ফিরঙ্গীশিংনা হাপ্লা 'বলী অহদ' অরোইবদা মাঙ্‌হন্‌খ্রে । কয়াদা হৈ-শিংনা শীনখ্রবা মোগল্‌শিংগী মনুংগী শরৌ ...। খঙবা-খঙদবা পুম্নমক বেগম্‌গী খুশিল্‌দা কনাসু চীন থোক্লখিদে । 'কুদরত্ (নোংদম্বা) কী নোংদম্নী শোন্নখি । অদুবু অমম্বা মৈখুনদি কুপ্লরম্মী ।

থম্মোই কায়রবা মির্জা ইলাহী বখশ, রেজীদেন্সীগী মায়কৈরোমদা চৎলম্মী ।

মচানুপীগী মিংকী পীরাং, অদুক নুংঙাইরন্না সংসার অমদি নুংঙাইবগী মঙ্লান, 'পুম্তোই-ত্তোইনা কায়খিবা অদু মহাক খাঙবা ওন্নমদে । অদুম ওইনমক থম্মোইদা ওন্নীবা অদু খাঙদুনা লৈরম্মী ।

রেজীদেন্ট মেটকাফকী মমাঙদা মহাক্কী মমীৎ পিরাং অদু থিংলদুনা - "সাহেব্ বহাদুর ঐগী ইস্কাক নুপা মির্জা ফখরুবু হু পীজদুনা হাৎখিবনি । ঐহাক লালকিলা মনুংগী ওইনা, মাগীসী মখাদা চৎথরক্কদবা শরৌগী থৌরাংসু খঙই ।" হায়না হায়রম্মী।

"করি-করি খঙই ?" হায়না য়াম্না থৌরাংনা মেট্কাফ্না হংলম্মী ।

"সাহেব বহাদুর, বহাদুর শাহ অমদি জীনত্ মহল্না থৌরাং তৌরি । জবাঁ-বখ্শপু হৌজিক বলী অহদ্ ওইহন্নবগীদমক কন্না হোৎনরি । মখোয়না দলীল্ অমা থৌরাং তৌরে । হৌজিক ঐহাক্না তাববু, অতে শহজাদাশিং পুম্নমক খোমজিন্দুনা দলীল্দা সহী তৌহল্লি। মখোয় পুম্নমক্না জবাঁ বখশনা বলীঅহদ ওইবদা অয়েৎপা লৈতে হায়বা অসিনি। ঐহাক ঐগী ইস্কাক নুপাগী পোকমীন্নবা মনাওনুপা মির্জা কোঐশকী মনাক্তসু চৎলুরে" হায়না হায়রম্মী ।

" অদুদগী কৈদৌরবা... ?" হায়না মেটকাফনা চীঙ-লেম্না হংলম্মী ।

"ঐহাক মির্জা কোঐশ্পু মখোয়গী মবক্তগী চিংথোরক্লবনি । মহাক্, হায়রীবা দলীল্ অদুদা সহি তৌররোই । বলী অহদকীদমক্ মহাক্কী দাবী অমা অদোমগী মফমদা লানখৎহঞ্জরগে ।" হাযনা মির্জা ইলাহি বখ্শনা হায়রক্লম্মী ।

"য়েস, বেল্দন্ মির্জা" হায়না মেট্কাফ্না হরাউবগী মীনোক নোক্লম্মী । "মির্জা কোঐশকী দরখাস্ত অদু য়ৌহল্লকখো । অদুগী মতুংদা ঐহাক, জবাঁ বখশ করম্না বলীঅহদ ওইবগে হায়বদো য়েংগে, নহাকসু য়েংউ ।" হায়না মখা তারক্লম্মী।

" ঐহাক অদোমবু থাজে, অদোমগী মফমদা আশা থমজরিবনি, সাহেব্ বহাদুর।" হায়না মির্জা ইলাহি বখশনা হায়রক্লম্মী । মহাক্না মখা তানা "ঐহাক অদোমগী মফমদা, কিলা মনুংদা শীন্নরিবা শরৌশিং পুম্নমক্কী ঈ-পাও বরাবর পীজরক্কে ।" হায়নসু হায়রম্মী ।

মেট্কাফ্ য়াম্না হবাউরম্মী । মহাক ময়ুমদা ফম্না-ফম্না য়াম্না ফরবা পাউ পীবা মীশক অমা ফংলে । মির্জা ইলাহি বখ্শকা খুৎ শোক্নরদুনা মেট্কাফ্না - " য়াম্না ফরে মির্জা, অদোমগী ঈ-পাও ফংলগা মদুগী চপ-চাবা পোরম চৎপা তাই । অদোম হৈ-শিংনা, চেকশিন্না থবক তৌ । মির্জা কোঐশকী হক্কীদমক ঐহাক লেপকনি।" নুংঙাইবগী খুর অমা চনিংতানা হোম্বরদুনা মির্জা ইলাহি বখ্শনা "খুদা হাফিজ্, সাহেব বহাদুর ।" হায়দুনা সলাম্ তৌরমলগা চৎখিরম্মী ।

লাল্কিলাগী মহল্দা অয়ুক্ অঙনবদগী হৌনা মাগী-মাগী মথৌ চিন্নরম্মী । জীনত্ মহল্না হায়বদগী বাদশাহ 'জফর' না রেজীদেন্ট সাহেবপু চা গীদমক কোনুংদা কৌরম্মী। পুঙ তরা চপ-চানা তাবদা রেজীদেন্ট সাহেব লাক্লম্মী । সাহেব্ লাক্পগী নৌবত্, নগাড়া খোংদুনা য়াম্না তরাম্না ওক্লম্মী । মহাক্পু ওক্লীবা মওং অদুদা মেট্কাফ্, শা-নগদৌরিবা

ৱারীশিং অঁদু করিনো হায়বা ভাব তারম্মী ।

উন্নবগী ওক্‌পা খোৎপা হৌনবী লোইরবদা, চাবা, থকপা, চাগী পার্টিনচিংবা পুম্নমক তৌরম্মী । অদুগী মতুংদা ৱারী-ৱাতাই খরা শানরম্মী । মমৈদা অশেংবা মরুওইবা ৱাফম অদুগী ৱারোলদা য়ৌরক্লম্মী । বাদশাহ্ জফরনা - "সাহেব বহাদুর, মির্জা ফখরুনা কোলেরানা শিখিবা অসিদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইখিদ্রে । মহাক ঐগীদি মণিনি, ফরবসু-ফত্রবসু ঐনা পোকচবা ইচানি । অদুবু করি উপাইদি লৈ ? হৌজিক ঐহাক য়াম্না মুন্না খল্লবা মতুংদা জৱাঁ বখশপু বলীঅহদ পীবা চুম্লে হায়না লেপ্লে । মসিদা শহজাদাশিংনসু য়ারে, মখোয় কনাসু য়ানিংদবা লৈত্রে ।" হায়রম্মী ।

মেট্‌কাফ, হান্নদগী হৌনা মির্জা ইলাহী বখশনা হায়বদগী পুম্নমক খঙলবনি । অদুম ওইনমক মহাক করিমতা খঙদবা শারদুনা - "য়ানবগী দলীল্ অদু অদোমগী খুত্তা লৈবীরবরা ইয়োর মেজেসটী ?" হায়না হংলক্লম্মী ।

বাদশাহনা দলীল্ অদু লাম্থোক্লদুনা - "করিগী লৈতদগে, মসী য়েংবীয়ু ।" হায়বদুনা লানশিন্দুনা য়েংহল্লম্মী । মেট্‌কাফ্‌না দলীল অদু লৌরগা হাইফেৎ য়েংলদুনা - "মসিদদি মির্জা কোঐশকী সহীদি য়াওদেনা ।" হায়না হায়রকই ।

বাদশাহনা - "মহাক্কী সহীনা অদুক য়াম্না মরুওইবদি নত্তেদা । মহাক্কী মমা অদু ঐহাক্কা নিকাহ শোনখিদে ।" হায়না হায়রক্লম্মী ।

মেট্‌কাফ্‌না - "মদুবুদি তাকপিরিবা অদু ওইরমগনি, ইয়োর মেজেসটী, অদুম ওইনমক মির্জা কোঐশ অসি, লাট্ সাহেবনা বলী অহদনি হায়না লাওথোকপ্রবা, লৈখিদ্রবা মির্জা ফখরুগীদি হেক পোকমীন্নবা মনাও নুপানিদো অদুগীসু মথক্তা মহাক অসি অতৈ শহজাশিংদগীদি মানা খ্বাইদগী অহল্নী । " হায়না হায়রক্লম্মী ।

মেট্‌কাফ্‌কী ঈঙ্গিৎ খঙলদুনা, জাল্লীগী পর্দা মরুমদা ফম্লীবী বেগম্ জীনত্ মহল্‌না শাওবনা ফি-ফি কাপ্লদুনা - "অদোমদি ঈশিং-মনুংদা ঙানপ্না মথী ফাইবা ফাওবা হেক উশন্‌বীরেনা সাহেব বহাদুর । মসিবু কমদৌবা জাৎনো, অদোমবু ঐগী ইচানুপাগা করি নুংঙাইনদবা লৈবীবগে ? সাহেব্‌না করি পেন্দবা লৈবীবনো ?" হায়রক্লম্মী ।

মেট্‌কাফ্‌না - "ঐহাক করিগীদমক্তা অদোমগী সাহব্‌জাদেগা নুংঙাইনদবা লৈগদগে, ইয়োর মেজেসটী । মোগলশিংগী চৎনবীগী মতুংইন্না মচানুপা খ্বাইগী অহল্‌না বলী অহদ্ ওইনবা মদুগীদমক্তা নিয়ম অদুগী মতুংইন্না হায়জবনি ।" হায়রকই।

জীনত্ মহল্‌গা মেট্‌কাফ্‌কা অনিগী মরক্তা য়েৎনরম্মী । ৱাফম কয়ামুক্তা অৱায়-অখুম কয়া তৌনদুনা য়াম্না কুইনা য়েৎনদুনা লৈনরম্মী । ৱাফম অদু অদুক্কী মতীক কনখৎনরক্লম্মী । ফল্‌দি ইতা-তারমদে, য়ানবা অমত্তসু পুরকপা ঙম্লমদে । ফনা কুইনা য়েৎনরবা মতুংদা কোর্নিশ তৌরম্লগা মেট্‌কাফ্ চৎখিরম্মী । বাদশাহ বহাদুরশাহ্ 'জফর'না

হকীম্ অহসানুল্লাহবু কৌহল্লম্মী । মহাক্কী পাওতাক্কী মতুংইন্না, মেট্‌কাফ্‌কী শাজংকী মায়োক্তা, ইংবেজ উকীল্, টোম্‌স করেন্‌ডিশ ফেন্‌রিক্‌পু গর্ভনব জেনেবেল্ উন্ননবা কলকত্তাদা থাখীবম্মী । শহজাদা জর্বা বাখ্‌শপু 'বলী অহদ' লাওথোক্লবা যাম্না কন্না হেক য়াবামখৈ হোৎনবম্মী । তৌইগুম্বসুং গর্ভনব জেনেবেলনসু মদু যাবমদ্রে । মবর্মদি জৰ্বা বখশনা বলী অহদ্ ওইববদি বহাদুব শাহ 'জফব' অমদি জীনত্ মহল্‌গী খুত্তগী লাল কিলা লৌবা য়াবোইদৌবি । অদুগা বাদশাহগী ফমসু মৃথৎপা ওইথোক্লোই । লোযননা, গর্ভনব জেনেবেলনা, বেজীদেন্টনা তৌনীংবা অদু তৌবসনু, মদুমক্কা অচুম্বনি, হায়না লৌগনি হাযবা হুকুম অমা থোবক্লম্মী । হুকুম্ অদুমক্কা মেট্‌কাফ্ অমদি মির্জা ইলাহীগী মপুক্লীং মকা লাম্লম্মী।

বাফম অদু তাবদা বাদশাহ নীংবা কাযবম্মী। জীনত্ মহল্‌দি শাওবনা মৈ হৌবম্মী । "খৎনবিবা পুম্নমক অসিগী হৌবকফমদি খ্বাইদগী মকদি মসীগী বেজিজেন্ট অসীর্নানি । মহাক অসি ঐগী ইচানুপাগী যেক্লবনি ।" হাযনা হাযবম্মী ।

নুমিদাংবাইদা মহাক্কী বাঁদী (মীনাই) মম্লী মম্লী তীবদা বেজীদেন্সীদা থাখিবম্মী। বিন্দিযা বাঁদীনা বেজিদেন্সীগী মনীংলোমদা চৎখিদুনা কবিম বখ্‌শ বাবচীগা উন্নবম্মী ।

কবিম্‌না অহানবদা বিন্দিযাবু পীজ পীথক তৌবম্মী । "ফবে, সাহেব পুঙমাপল তাবদা হেক হেক চৎলি । সাহেব হেক চৎখিবগা পুঙমাপন মখায ফাঙবগী মনুংদা লাক্লগে ।" হাযবম্মী । মথংগী নুমীত্তা পুঙ মাপলমখাযগী অদুবাইদা কবীমনা বেগম জীনত মহল্‌গী মমাঙদা কোর্নিশ তৌদুনা লেপ্লম্মী ।

"কবীম্‌বখ্‌শ, হৌজিক মতম ওইবে । সে মসী লৌশে, মসী সুপ্‌তা হাপচীল্লগা পাথক্কদবনি হাযনা জীনতমহল্ বেগম্‌না হায়বম্মী ।

কবীম্ বখ্‌শনা মদু লৌবম্মী । চৎলমদাইগা মতমদা, "মির্জা ইলাহীদগী চেকশীল্লু ।" হাযনা পাওতাক খবসু তাক্লম্মী । কবীম্ বখ্‌শ চৎখিবম্মী ।

নুমিদাংদা বেজীদেন্ট মিষ্টব টোম্‌স থিযোফিলিস মেট্‌কাফ্‌না সুপ্ অদু থক্লগা, নুমিৎ অদুগা দিগ্রব চাবম্মী । চাবা থকপা লোইববা পুঙখাই অমগী মতুংদা মহাক্কী মশা অদু নুঙাইবক্রে । মির্জা ফখরুগী মওং অদুমক্কা চপ মান্ননা মহাক্কীসু তৌবম্মী । থংন থংননা কযাবক হন্দোক্লম্মী । কযাবক অমসু খোং-হাম্লম্মী । দিল্লীগী অহানবা হিন্দুস্তানি খৃষ্টান্ ডাঃ চমল্লান্ হাথু হাথু তফিং তফিংনা চেল্লক্লম্মী । মহাক্তা নত্তনা কম্পেনিগী ডাক্তবসু লাক্লম্মী । অদুবু মখোয় মযাম চঙদুনা ফনা কন্না হোৎনদুনসু বেজিদেন্ট মেট্‌কাফ্‌পু কনবা ঙমখিদ্রে ।

বেজিদেন্ট মেট্‌কাফ্‌কী মশা লৈবোল চনবগী থৌবম অদুদা মুসলমাল্ অচৌ অশাং, অঙম-অথৌ মযাম অমসু য়াওবম্মী । হকিম্ অহসানুল্লাহ খাঁসু লৈবোল চনবগী

থৌরম অদুদা য়াওরম্মী । তিল্লীবা মীপুম খুদিংমক্লা লায়না অদুগী মরমদা কোলেরানি হায়না কন্না ঙাংনরম্মী । মির্জা ইলাহি বখ্শ মথক্তা খক্তা মপুক্লিংদা 'লাল্ বজারগী জিনত্ মহল্না' অমুক্তসু হন্না অনিরক শুবা ওইনা খুৎথা চুমখ্রে । মহাক্লা অনিরক শুনা পাঞ্জল চনখ্রে হায়না খনখিরম্মী । মহাক্লা মখাক্রক চিক্লনা, তৌইগুম্বশুং..., হৌজিক্তি ঐহাকসু লৌ- চপ চানা তৌদুনা পাঞ্জল্ চন্নবা মতাং য়ৌরে । চুম্না পাঞ্জল চনবতা নত্তনা নিংথেঙননা থাধরগা লোইরেদনা । ঐহাক্লা হিংলিঙৈগী মতমদা মহাক্কী মচানুপা জবাঁ বখ্শনা বলিঅহদ্ ওইবদি, মপুক্সিদা মঙদা ফাওবা খল্লুরগনু । মসিমক ঐহাক্কী অরেপ্পা ব্রাখলনি । মিজা ইলাহি বখ্শকী ব্রাশক থম্মোয়দা চপচানা লেপখ্রে ।

শোক ১৮৫৭ কি নোংলৈ নুংশিংনা ফুজিলকপা দিল্লী.... । মেরুট, কানপুর, ইলাহাবাট, বরাকপুর, গ্বালিয়র, ঝাঁন্সিনচিংবা অতে মফম কয়াদা সিফাহিশিংনা লাল হৌরক্লম্মী । নানা সাহেব, টান্টিয়া তোপে, রাণী লক্ষ্মীবাই, চাঁন্দবীবী, রানাদে নচিংবা লুচিংবা-লুচিংবীশিংনা বহাদুব সাহ জফরবু মখোয়গী লুচিংবা ওইনা খল্লম্মী । মফম-মফম কয়াদগী সিফাহি লিশিং-লিশিংনা দিল্লীগী বাদশাহাবু লুচিংবনি হায়না য়ারম্মী । ইংবেজসিংবু মায়োক্লনবা দিল্লীদা পুল্লম্মী । ইংরেজশিংসু মমাঙগী রিজদা মখোয়গী কেম্প শেম-শারম্মী । ইংরেজশিংনা দিল্লীগী মফম খুদিংমক্তা মখোয়গী অরোনবা পাউমী থানবা, লৌনবা সি, আই, দি, কয়ামরুম থাদোক্লম্মী । মখোয়শিং অদুনা দিল্লী অমদি লাল কিলাগী ফিভম অমদি হিন্দুষ্থান্গী মফম খুদিংমক্কী ঈ-পাউ কয়ামরুম লৌরদুনা ফিরঙ্গীশিংগী মতেং পাংদুনা পাউ পিরম্মী ।

মতম অদুগী হিন্দুস্থান অঙকপনি । হিন্দুগা মুসলিমগা য়ানরমদে । হিন্দুগা হিন্দুগসু, মুসলীমগা মুসলিমগসু য়ানরমদে । মপা-মচা, মচিন-মনাও, মরি-মতা, নুপা-নুপী খুদিংমক মাগী-মাগী খুদোংচাবা কয়া থিনরম্মী । ঈগা-ঈগা য়েংথিনরম্মী। রাজগাদ্দিগী মিহৌবা, শাসনগী অপাম্বনা লাকহত্তুনা কলক-য়েংথিনবা, হরাউ-তয়াম, নুঙাইবা খক্তগী খনবদা লৈবাক্কী, প্রজাগী করিসু পুক্লিং চংদবা মতমনি । খরদং খুদোংচাবা ফংগদবা লৈরবদি, মমাবু ফাওবা য়োনথোকপদগী হেন্না, হাৎপা ফাওবদা, করিসু চিংনদবা লৈবাক্কী নিংথৌ মচা-মশু ঙাক্তনা পিক-থনবা হিন্দুস্থান ওইরম্মী । খুরক্কী ঈনা লাই-শাবা ঙাক্তা ওইরম্মী । নচা লৌথোকউ, ইচা শুমগে হায়বা কাংবু খক্তনা লৈবাক্কী শাসন পায়রম্মী । মচা-মনাওগী য়েংদে, প্রজাগী খনদে । নুঙাইবা, ইথক-ইরাংদা তাউবা নিংথৌ অমদি নিংথৌমচা ঙাক্তা ওইরম্মী । মখোয়না মশাগী ইন্দ্রিগী নুঙাইবতা থিদুনা লৈবনা লৈবাক্কী শাসনদা অকায়বা মথং-মথং লাকখিরম্মী । কলক- মিহৌবা, মশা-মশাগীতা খনবগী ব্রাখলতনা লাকহৎলবা মীওইনা লৈবাক্কী শাসন পুরিবমখৈদি ঙসিসু মখল-মথেলগী ব্রাথোক থোক্লীবা অসিনি । মতুংদসু অদুমক থোক্কদবনি । খ্বাইদগী মরু

ওইবদি মীওইবগী সোভাব্ অমদি ৱাখলনি ।

থায়নয়, নিংথৌ মচাশিং অমদি অঙম-অথৌ অমসুং মখোয়গী মচা-মশুশিংনা মশাগী নুংঙাইবা থিবদগী মথং মথং চংথরকখিবা নিতি অদুদগী 'তৱায়ফ্' সিষ্টেম, 'বেশ্যা' অমদি হৌজিক্কী মতমগী কোল্ গার্ল্গী চংনবীশিং অসি ওইরকখিবনি । মসিমক নুঙাই-য়াইফবা, অচৌ- অশাং, ইনাকখুনবা, তৌবা-ওন্বশিংনা শেন্থা সমাজদা থ্বাইদগী চাওরবা কলঙ্ক অমনি । কলঙ্ক অসিনা হৈনবী, চংনবী ওইরবা সমাজ অদু কমদৌগনি ? মদুঙাক্তনি অচৌ-অশাংগী হৈনবী !

দিল্লীদা অকীবগী মশক ওইরবা লাল শোক্লরম্মী । খুরক্কী ঈনা লাই শাবগী মতেংদগী হিন্দুস্থান্গী লিংজেল মান্নদ্রবা নিংথৌমচাশিংগী, খুদোং চাবা য়েংনবদগী মচেং-মচেং লৌগ্রবা হিন্দুস্থানগী অরোইবা ওইনা, দিল্লী, ইংরেজশিংনা লৌশিনখিরম্মী । সিপাহিশিং মায়কৈ খণ্ডদনা মথৱায় হিংননবা চেন্নখিরম্মী ।

দিল্লীগী হিন্দুস্থানী কমান্দর-ইন-চিফ, সুবেদার বখ্শ খাঁনা বহাদুরশাহ 'জফর'দা - "জিল্লে-সুব্বহানি, অদোম ঐহাক্কী লাম্মী কাঙলুপ অসী পুদুনা তপ্না-তপ্না নাথৈদুনা লেঙবীখ্রো । অমুক হন্না খুদোংচাবা য়েংদুনা লাম্মী শেমগৎকনি । ঐখোয় ইংরেজশিংবু মায়থিবা পীগনি । ৱাখল য়াম্না হন্থবীগনু ।" হায়রম্মী ।

খল্লুবদা শাথীনা নোক্লদবা ইকাইবনা শিবা য়াবা ৱাফম্নী । ইংরেজশিংনা ভারত্তা লাম্মী পুদুনা লান্দরকখিবা নত্তে । লল্লোনবা লাক্লগা ভারত লৌশনখিবনি । মীসু ভারত -বাসী, লল-থুম পুন্নমক, খুদিংমক ভারতকী.... ! 'চাক্লা ভারতকী চাবা, ৱানা ইংবেজগী ঙাংবা....।' মসীঙাক্তা ওইখিবদগী ...!

বাদশাহ জফরনা কমান্দরগী ৱাফম অদু য়ানীংলম্মী । মির্জা ইলাহী বখ্শনা বাদশাহগী মফমদা - "চহী মতাং অসিদা বাদশাহনা কদাই-কদাইদা কোয়চেল চেনগদগে? মায়থীরবা সুবেদার অসীগী ৱাফম অসিদা অদোম ইনবীরুগনু জীল্লে-সুব্বহানী । ঐহাক ফিরঙ্গীশিংদা হায়নদুনা, অদোমবু তেক্ত-কায়দনা অমুক হন্না বাদশাহগী খুদোংচাননবা শিঙ্গগে ।" হায়না য়াম্না কন্না তক্লরম্মী । র্মিজা ইলাহীনা বাদশাহবু থাজহল্লম্মী । মদু চীরোলনী হায়বা খণ্ডখিদ্রে ।

"অদু ওইরগদি হৌজিক ঐহাক কদায়দা চৎকনি ?" হায়না লাণ্ডতক্লরবা বাদশাহনা হংলম্মী । লৈতাদবা অমগসু লোয়নরম্মী ।

"অদোম হজরত্ হুমায়ন্গী মকবরাদা লোত্তুনা লৈবীরো । মফম অদুদগী ঐহাক অদোম্বু করিমতা তেক্ত-কায়দনা পুদুনা চৎচগে ।' মির্জা ইলাহী বখ্শনা য়াম্না থাজহনবগা লোয়ননা বাদশাহদা হায়রম্মী ।

বাদশাহনা মহাক্কী সমন্ধী মির্জাগী ৱাফম অদুদা য়ারম্মী । মদুদা সুবেদার বখ্শখাঁ তৌফম খণ্ডদ্রদুনা, মহাক্কী লেমহৌরিবা লাম্মীশিং অদু পুরদুনা, যমুনা তুরেল লাল্লগা




বরেলীরোমদা চংখিরম্মী ।

মতুংদা মির্জা ইলাহী বখ্শ মশামক্লা বাদশাহ্ বহাদুর শাহ 'জফর' অমদি বেগম্ জীনত্ মহল্বু ফাহনখিরম্মী । মতুংদা মোগল শাহজাদাশিং অমসুং শাহজাদীশিং অমদি মরী লৈনবা নিংথৌ শাগেশিংগী মথক্তা করম-করম্বা চৈরাক করি পীখিদবা লৈবগে ? মদু পুম্নমক ইতিহাসনা শাক্কিনি । দিল্লীগী ইংরেজ কমিশনার সন্দর্সকী হুকুম মতুংইন্না সলাতীন্গী শাহজাদা কুনতরুকপু মীয়াম মমাঙদা থৌরী য়াম্দুনা হাৎখি । শহজাদা তরামঙাবু পরেংশানা মখোঙ-মখুৎ পুন্দুনা লেপহল্লগা নোংমৈনা মথং-মথং কাপ্তুনা হাৎখি । শহজাদা নিপালবু মখোঙ-মখুৎ য়োল্লিং-ফলাং চন্দুনা, কুরাও হং থাংদুনা মীয়াম মমাঙদা, কৈথেলদা কোইপু-পুদুনা ইহিং-নাইহিং শানা মউন্ খোকপা মখৈ ফুরবা মতুংদা বলী বেদীদা অমমতা ওইনা মঙক কত্তুনা হাৎখি । শহজাদা তরামাথোইহ্ অমদি বাদশাহ্ বহাদুরশাহ্ 'জফর' অমসুং বেগম্ জীনত্ মহল্বু রেঙ্গুন্ জেলদা বন্দী থমখি । মির্জাইলাহী বখ্শপুনা ইংরেজশিংনা মনা-মথুম পীদুনা য়াম্না চাওনা পেন্সিল পীরম্মী । মদুদা ইলাহী বখ্শ চাওথোকচরম্মী ।

বাদশাহ জফর, জীনত্মহল্ অমসুং মখোয়গী মচা-মশু শহজদাশিং মীওই কুম্থানিথোইবু রেঙ্গুন্দা পুননবা কিলাগী মপান্দা পুথোরকপা মতমদা মির্জা- ইলাহী বখ্শনা মচানুপী লুখ্রাবীদা "ইবেম্মা ইপানা মির্জা ফখরুগী লমন খুম্লে । ঐহাক্কী নীংবা থুংলে । জবাঁবখ্শ বলী অহদ্ ওইবা ঙম্বরা ?" হায়না চাওথোক্লা হায়রম্মী ।

'তৌইগুম্বসুং মোগল্গী থাওমৈ মুৎখ্রে । হিন্দুস্থান্ পুম্নমক ইংরেজগী মীনাই ওইরে, হায়বসিমদি মহাক্লা অমদি ইংরেজগী মীচং চঙবশিংনা করিমতসু খঙবা ঙমখিদ্রে । হিন্দুস্থান্না মীনাই ওইবদা মখোয় খরদি মপুক্লিং মকালাম্না, মমায় ৱাংনা থাঙ্গৎত্তুনা হরাওনা নোকখিরম্মী । মদুদা মখোয় পেঞ্জরম্মী ।

বহাদুরশাহ 'জফর' অমসুং মহাক্কী লোয়নবশিংবু কিলাগী মপান্দা পুথোরকপা মতমদা, দিল্লীগী মীচম প্রজাশিংগী শঙ্গু খক্তংদি মীৎলুদগী পিরাং শীম্থখি । মখোয়গী মমীৎশিং পিরাংতনা থুম্দ্রৎখিরম্মী । মীয়াম মরক্তগী কনাগুম্বা অমনা চৈনাখোলনা থল্লবা খোঞ্জেলনা তেংথারদুনা হায়রকখিরম্মী ।

> ***"দিল্কে ফফোলে জল্ উঠে সীনেকে দাগ্সে ।***
> ***ইস্ ঘরকো আগ্ লগ্ গই ঘরকে চরাগ্সে ।***
> ***ৱাকই মোগলোংকে ঘরকো উন্হীকে ঘরকে চিরাগ্নে হী***
> ***জলাকর রাখ কর ডালা - ।"***

অশেংবমক্কী, থম্মোইগী দাগ্ফম্গী চৈনাদা থৱায়না চাকই । য়ুমগী লৈরঙগী মৈনা, য়ুম মৈ থায় । তশেংনমক মোগল্গী ইমুং-মনুং পুম্নমক মহাক্কী ইমুংগী থাওমৈগী মৈনা তুম্না চাকহন্দুনা উৎপুঙ ওইহনখ্রে । উচি কল্লক্তুনা য়ুম মৈ থায় । মনাক্কী উপাল-ৱাপাল কংই । মাঙজরিবদি কনানো ...?

রেঙ্গুন্ জেলদা বহাদুর শাহ্ 'জফর' অমদি বেগম্ জীনত্ মহল করম্না মপুঙ্গি লৌমখি হায়বা অয়াম্বনা খগুনদে। হিন্দুস্থান্ পুম্নমক ইংরেজনা করম্না শুমখি ? বহাদুর শাহ্ 'জফর' না রেঙ্গুন্ জেলদা থম্মোই শোক্না তেংথাখি।

*"হে কিতনা বদ্‌নসীব্ 'জফর' দফন্‌কেলিয়ে,*

*দো গজ জমীন্‌ভী মীল্ ন সকী কুয়েদারমে।"*

বাদশাহ্ 'জফর' কয়াদা মরায়ক থীখ্রবনো ? মোংফমগীদমক গজ অনিগী লমফাওবা মরায়বক্তা তমখিদরে। হিন্দুস্তান্‌গী রাংমদা রেঙ্গুন্ জেল্‌দা অরাবতনা পোলোই ওইদুনা পুঙ্গি লোমখি, জিলে সুব্‌হানি, বহাদুর শাহ্ 'জফর'।



# (৩)

ঐখোযগী ক্লাস হৌবে। তান চাকবা হাযবদুবা, ঈশ্বরনা তম্বা হায়গদ্রা। ঐগোন্দা প্রোসপেক্তস পীবীবম্বা মকপ অদুসু ঐহাক্কা ক্লাসতা অমুক হন্না উন্নববে। ঐখোয সেক্স্ন পূল্লম্মী। হান্না উন্নখিবসু কলেজগী ওফিসতনি। ঙসিনা ক্লাস মনুং অসিদা...। নুমীৎ অদুদা শক খঙদবা মহাক্কা ঐগী ইতেং পাংবীখিবনি। ঐখোয ক্লাস পূল্লম্বসিদা ঐ হায়ফম খঙনদনা নুংঙাইখি। মাবু উবদা শক খঙলে। মহাক্কসু ঐবু ফজনা খঙলম্মী। অদুদগীদি ঐখোয অনি যাম্না থুনমক মরুপ ওইবম্মী। যাম্না লুনা-চান্না তিন্নবকখি। মহাকপু ঐনা চহী কযাগী মমাঙদগী খঙনবক্লবগুম্না থম্মোইদা ফাওই। মহাকসু ঐগুম্না ফাওবম্বা যাই হাযনসু নীংই। ঐনা হোস্টেল্দা লৈবদু, মখোযগীদা লৈসি হাযনসু যাম্না কন্না তক্লখি। ঐহাক্না মদুমক্তি যাখিদ্রে। মহাক নুংঙাইব্রবসু থোইদোকপা মখাদি তাখিদবে।

ঐখোযগী ক্লাসতা খবা হেন্না লুনা চান্না তিন্নবা অসী ঐহাক, অহম্মদ, অমিত্ (নীবন্), নবীন্গাঙ্গুলী, যোগেন্দ্র মুর্খর্জি নচিংবা, বসীদ হুসেন্, ঐখোয খবা হেন্না নকশিন্নে। মকপ-মপাংবুদি যামখে। থম্মোই তিন্নরুবা হাযববদি ঐখোয তরুক্লি। নুপীবোমদনা, নন্দিনি অসী ইমান্নবগুম লোয়নৈ। মহাক্কী মমান্নবী কয়াসু ঐখোযগা অদুক্কী মতীক লুনা তিন্নে। অহম্মদ্ ঐখোয অনিবু মখোয মযাম্না 'বাম বহীম্' গী জোবানি হাযনসু ফাগি তৌনৈ। ঐখোয অনি মরুপ্না, ইচীল ইনাওগুম্নসুনি।

মহাকপু মযাম্না অহম্মদ মিযা, পাব অহম্মদ হাযনসু কৌনৈ। মমীং অশেংববুদি হাসন্ অহম্মদ খা কৌই। মহাক কলেজদা যাম্না পোপুলাব ওই। মীগী মতেং যাম্না পাংই। অরা-অনা তাববশিংগীদমক যাম্না তেংবাংবা মীশক্লি। মহাক ঐখোযদগী খবা তোপ্পা মওংদা লৈ। ঙাংবা-শকপসু যাম্না হৈ। মহাক্না ঙাংবা তাবসু যাম্না নুংঙাই। মীনসু তানীংবা পোকই। মশক মতৌসু হেক উবদা নুংশিবা পোকপা, বাশি-গুণ্ চেনবা মীশক্কী। কলেজদা মচীল চৎপা অমসু ওইবম্মী। মহাক্কী তোপ তাপ্পা মওং খবসু লৈ। মহাক, 'খালিস মজহবী' (ধর্ম্মবু থাজবা) গা মীশক্কী হাযনৈ। মহাক্কী অচেৎপা ফ্রেণ্ড সার্কল্সু খবা তোপ্পা অর্মদি অকক্লনা লৈ। ঐহাকসু হৌজিক মহাক্কী অকক্লবা, অচেৎপা মরুপ খবা অদুগী মনুং চল্লে হাযবা তাই। মনুং চনবতা নত্তনা ঐখোয অনি যাম্না হেন্না নকশীন্নবে। মহাক্কা মরুপ ওইবদা, অর্মদি লোযনবদা যাম্না নুংঙাইবা পোকই। মহাক্কা নোংমগী উন্নহৌদ্রবদি ইহে-হৈনীংদবগুম্বা অমসু পোক্লকপগুম তৌবে। কবি মহৈবু হৈবনো খঙ্দে।

হাসন্ অহম্মদকা ঐহাক্কদি অমবোমদদি ওন্ন-তৈনবনি। পুম্নমক পুমওন ওন্নে

হায়বসু য়াই । মহাক্তি অৱায়-অখুম তৌবসু য়াম্না হৈ-শিংঈ । মতম পুন্নমক্তা হৱাওনা নোকমি-নোকমি তৌদুনতা লৈবা মীশক্তি । অৱাবা ৱাখলনা নুংনাংবা হায়বদু মঙোন্দা নোংমতসু উদ্রি । মঙোন্দা নুংশুক-নুংজানবা হায়বদু লৈতে । ইনাক-খুনবা মচা ওইবগী নুংঙাই-য়াইফবগী হৌনবী ওইবসু য়াই । ঐহাক্তি মতম অয়াম্বদা-ৱাখলদা লুপ্পা, অমদি করিগুম্বা খরনা ঐবু থিংবগুম, শীঙনবগুম তৌই । হৱাও-তয়াম্না লৈবা, পোম্বোকপা হায়বদো ইঙম্-ঙম্দবগুম তৌবা অমা লৈ । ঐ মহাক্কা লোয়নবদা নুংঙাইবদি পোকই । মঙোন্দগী পরা খরদি ঐসু তম্লবনি । অদুগা শেংনা হায়রবদা ঐগুম্বা য়াম্না 'বোর' ওইবা অমবু, মহাক্কী মীপুম খুদীংবু পেলহনবা ঙম্বা শক্তিনা হেন্না চেৎনা, কন্না চিংশিনখি । মসিমক্না মাগা-ঐগা মতম অয়াম্বদা লোয়নরম্মী । মানসু ঐবু থাদোক্তে । মহাক্কা করিবু উদুননো ঐ খঙদে । মহাক্তি 'হাফিজে কুরান্' (কুরান্ পাবা) মীশক্কী । অদুম ওইনমক মতম পুন্নমক্তা মীঙোন্দা পাওতাক পীবা মীশক্তি নত্তে । মজহব্তা থাজবা লৈরবসু, মীঙোন্দা মাগী থাজবতনা অচুম্বনি খন্দুনা, মীবু থর্ম্মদা লুপশিনহনগদবগী হোৎনবা মীওইদি নত্তে । মহাক্কী অচুম্বা অদুগুম্বা মীগীসু অচুম্বা লৈরমগনি; লৈরর্বদি মদুনা করম্বা অচুম্বনো হায়না খনবা মীনি । ধর্ম্ম অতৈবুসু চপ মান্ননা সন্মান্ তৌই । খন্ন-নৈনবা হায়বা অসি মহাক্কী য়াম্না পামজবী হৈনবী অমনি । মহাক্কী অসিগুম্বা মগুণ্ অসিনসু ঐনা মাবু হেন্না নকশিন্ননীংবা অমসু ওইখি । ঐহাকসু ঐনা হিন্দু ওইজরবসু, থর্ম্ম অতৈবু হন্থনা, তাথীনা খনবদি লৈতে । ঈশাগী মমুৎতানা খঙদ্রিঙৈদা মীগী লামশনবা পামদে । গীতাগী জ্ঞান্ মতীকচানা ঐহাক লৈত্রি । মহাক ৱাখল য়াম্না লৈবা মীনি । অদুম ওইদুনসু ৱাখলদা লুপ্পুনা লৈবা মীশক ওইরমদে । য়াম্নসু লৈবাক মচা তাই, অদুগা মতম পুন্নমক্তা চীঙ-লেম্বসু তৌদে । মহাক মীবুসু নোক্নিংহনবা ৱাঙাংনা মতমচানা নোকহল্লি । নুংসু-নুংঙাইহল্লি । ফাগিসু তৌই, মশামকসু মতাংচানা থৱায়তানা নোকই । কৈদৌঙৈদসু মীঙোন্দা অকনবা ৱা ঙাংদে, করেম্নদে । মীগী ফত্তবা ক্রিতিসাইজ তৌদে । ইচমতা চম্না নুংঙাইবা মীশক্কী । ফত্তবা শাজত্তা হৈনবা, ফত্তবা মীবুসু মতাংচানা মতেং পাংবী । মখোয়গী লমচৎ শেম্মী । ঙাকপীবা, কনবীবা, মীগী মতেং পাংবা হায়বা অসি মহাক য়াম্না পামজে । অরুবা হীরম কয়া খন্নবদসু য়াম্না হৈ-শিংনা সোল্ভ তৌবা মীওইনি ।

ঐখোয় অনি ধর্ম্মসু তিন্নদে মহাক্না ইসলাম্, ঐনা হিন্দুনি । মহাক্না ঐবু অমত্তা ওইবগী মওংদা, মতম লৈবা খিবিক্তা লোয়নদুনতা লৈ । ধর্ম্মগী মতাংদা মাগা ঐগা অদুক য়াম্না ঙাংনদে । মখোয়গী ইমুং-মনুংদি 'কতর মজহবী' (ধর্ম্মদা চেৎনা থাজবা) কাঙবুনি । মহাক্কী বালিদ্ সাহেব্ মমীংচৎপা পিরনি । বালিদ্ সাহেব্কী মপান্দগী মখোয়গী ইমুং নুংঙাই-য়াইফবা ওইরি । সহরদা মীয়াম্না খঙনরবা ইনাকখুনবা ইমুংনি । খুৎকনবা শাগৈসু ওইরি । মপাবুংগী মিং পন্নদরে, পির সাহেব্ হায়রগা পুন্নমক্না খঙনরে । অফাওবা মীওইনি, ভারত, পকিস্থান্ অনিথোকখিবা, হিন্দুস্থান্গী নীংতম্বগী মতাংদা

অচৌবা থৌদাং লৌখিবা মীশক অমনি হায়নসু শীংথানে । শাগে-জাত্সু ফবা, মপা-মপু হাক্তক্তগী নুংঙাই-য়াইফনা হৌরকপনি ।

শাগেদি য়াম্না চাওই, দিল্লী অমদি আগরাদা অয়াম্বা লৈ । মপাগা পোকমীন্নবা মথুরা-অনিগা, শাগে-নাতে খরদি লাহোর অমদি করাচিদা লৈপ্রে হায় । ভারত পাকিস্থান্ অনিথোকখিবা মতাংদা, হিন্দু-মুসলীম্ রাইওৎতা পঞ্জাব্কী মুসলীম্ অয়াম্বা লাহোর অমদি করাচিদা হোংনখিবনি ।

মখোয়দি পাকিস্থান্দা চৎপগী মহুত্তা দিল্লীদা লাকখি । মতমদুদা ভারতকী মুসলীম্ য়াম্না পাকিস্থান্দা চেন্নখিবনি । হিন্দুশিংনা পাকিস্থান্দগী ভারত্তা চেল্লকখি ।

শাগে চাওরবসু, মখোয়গী ইমুং মী য়ামদে । বালিদ্ সাহেব্, অমিজান্ ভায়জান্, ভাবিজান্, মচলনুপীগা মহাক্কনি । মপাবুংগী কারবার য়াম্না চাওই, ময়াম্বনা মতেং পাংলি । ময়াম্বদি ৱা য়াম্না ঙাংগন্দবা মীনি-চীঙ-লেম্মী, খরা শাওগল্লি । সহরদা মমীং লৈ, অচৌ-অশাং সঙ্গ য়াম্না তৌই । মীসু খরা লুই । মশাগী ইজ্জৎ, মজহব্ অমদি চৎনবীদা য়াম্না হকচীনবা মীশক্লি ।

ইমা ইবেম্মদি, মগুণ্ লৈবী চীঙ লেম্বীনি । নহাওইরিঙৈদা য়াম্না ফজরমগদবা মাল্লি । মচা-মশু চীকখোন-নাওকোনবী নুপীনি । ৱাঙাং-শাঙাং ফজে, ৱাহৈ-খোনফম মেঙই, মীচঙ-মীথোক ফবীনি । ঐহাকপু মচাদা মচাগুম্না য়াম্না-লুনা চান্না তৌবী । ঐহাক্সু ইমাগুম্না নুংশিজে । মীগী মিরম অসিদা য়ুম থাদোক্লম্বা অমদি ইমাগা কায়নরকপগী নুংঙাইতবা অসী, অমিজান্গী মওং অদুনা ঐহাক কাওবা ঙম্মী। ইমাগী মওং অসি মচানুপা অহম্মদ্ অমদি ঐহাকপু চপ মান্নবগুম তৌবীবসিদা ঐনসু ইমাবু য়াম্না নুংশিজে । য়ুমদা লৈহৌরবী অপোকপী ইমাগী মহুৎশিনবীরি ।

ভাবিজান্, থোইদোক্না চৎনরোল খঙবীনি । মনেম-মকু অমদি মপুরোইবগী সেবা চঙখোনবীনি । মনাও অমদি মচলবু লুনা-চান্না তৌই । ঐহাকপুসু য়াম্না লুনা চান্না তৌবীরম্মী। লাইরিক-লাইশু মতীকচানা হৈবীনি । য়ুমগী মৌ অমগী গুণ্ চেল্লি। খুৎকনবা, নুংঙাই-য়াইফবা শাগেগী নিংঙোলনি । মশক-মতৌসু য়াম্না ফজে।

ইচল সাইরাবানু, তনৌ-তনৌবীনি । ৱাঙাংসু নুংশি, মশকসু ফজে । হেক য়েংবদা নুংশিবসু পোকই । অতোল-অতাংগা ওইরে, নুপী মথন্তনিনা ইং-তম্লী, কেঙ্জে । মহাকসু কলেজ তম্লী । থোইনা হেন্না কেথোক-মৌথোকপা, অচাওরম কাবা লৈতে, ইচম-চমজে।

নোংমা, অহানবা অহম্মদনা ঐবু পুদুনা মখোয়গীদা চৎলম্মী । ঐহাক্কী মরমদা মখোয় লোয়নমক্না হান্নবা খঙবগুম্না তৌরম্মী । ঐবু হেক উবদা য়াম্না তরাম্না তৌই । অহানবা উন্নবা, নৌনা শক খঙনবা, তিন্নবগী মতৌ অদু নত্রে । মতম কুইনদগী খঙনরক্লবা, মখোয়গী য়াম্না নক্লবা মীওই অমগুম্না তৌবীরম্মী । থোইনা তৌশিন্নবগী মওং য়াওদনা, থম্মোই শেংনা উরম্মী । মসীনা তাকপদি, অহম্মদনা ঐগী ৱারী হান্নবা

যাম্না শাববা জাৎনি । শক খঙনদ্রিবা, উসু-উন্নদ্রিবা, মীওই অমগী মবমদা ৱাবীশাবা, মদুদা পুক্লীংচঙবা, হায়বা অসী মখোযগী পুকচেল চাওবা অমদি মচাশিংবু লুনা-চন্না তৌবগী খুদম্মী । মখোয়' ইমুংদা থোইদোক্লা কোইবা, অমদি অবোল-অথুপ হায়বদু উদে । মখোয়না অহম্মদপু নুংশিবা অদুগুম্না ঐবুসু নুংশিবীবম্মী । মসিদা তৌফম থোকপা অদুতমক ওইনা উবসী, মখোয়গী দাদা মথন্তনি । অদুমকপু মাসু মনাওনুপাদা তৌবা অদুগুম্নদি অদুমক তৌই । মাগী চীঙ লেম্বা, ৱা কযা ঙাংগন্দবা অদুদা ঐনা কোইতক তৌবা ওইবসু যাই । অতৈদি ঐহাকপু যাম্না লুনা তৌবীবম্মী । মখোয়গীদা ঐহাক অনৌবা শক খঙনবা ইমুং ওইবগী কোইবা, হঙ্গোইনবগী মওং অমত্তা লৈহন্দে । যাম্না চম্না লোযনবীবম্মী ।

ভায়জানগা ফম্মীন্নদুনা ঙহাক ৱাবীশাবা অদু ঐ খবা কোইবপ তৌই । মজহব্ অমদি সমাজগী চৎনবোলনচিংবগী মবমদা অফ-ফত্তা পাওতাক কয়াসু পীবম্মী । য়াম্না চীঙ-লেম্বা, অহল শাবগী, মীবু লাকশীন্নিংবগী মতৌ চপ চানা লৈ । মুসলীম্ নত্তবা, ইসলাম্ মজহব্ চত্তবশিংবু 'কাফিব' নি হাযনা খনবগী চপ-চাবা ফিবেপ লৈবগী মওং ফজনা উবা ফংই । অশেংবমক্কী কতব মুসলমান্নী ।

ইমাগা ইতৈমগদি কবিবু হাযকর্গনি । ঐবু ওম্বোক্লা লুনা চান্না তৌবীখবে । লমদম তাম্না লৈহৌববী নুংশিববী ইমাবু নীংশিংলকই । মচাগীদমক মমাশিংনা ৱাজবা নুংশিবীবা পুম্নমক অদুগা, থোইনা খেন্নদনা, ইমা অর্মদি ইতৈমগী মফমদগী ফংখি । মখোযনা ঐবু অদুক্কী মতীক নুংশিনা, মখোযগী মীগুম্না খনবীদুনা চানবীবা অদুদা, ঐনসু মখোযবু ঐগী য়াম্না নক্লবা ওইনা খঞ্জদুনা থম্মোইদা অদুক্কী মতীক নুংঙাইবা ফাওখি । মসীনিদনা পুকচেল তিংনা অমত্তা ওইবগী মতৌ...! অদুগীসু মথক্তা ঙসিদা খঙনবা ঐগা মখোযগগী মফমদা কবম্ননো... ? ইথন্তগী থম্মোইদা যুগ্ কযাদগী লৈনবক্লবা মবীগুম্না কবম্না ফাওবকখিবা...? ধর্ম্ম তিন্নদ্রবসু, জাত্ অর্মাদ লোল খেন্নববসু মীওইবা হাযবসীদি অমত্তা ওইবেকো হাযবা ৱাখল অমা ঐঙোন্দা ফাওহল্লি ।

ধর্ম্ম, মজহব্তা কাহেন্না লূপশিনবা, ইসলাম্ নত্তনা অতৈ ধর্ম্মবু কবিসু নত্তে খনবা, কাহেন্না লীকপা, মিনুংশি ৱাৎপা অসিনচিংবা ৱাখল, খবা তোপ্পা ইন্দিযাদা লৈবিবা মুসলীম্শিংগী লৈবগুম তৌই । ভাবত-পাকিস্থান্গী ৱাফম হেক লাকপদা, কাশ্মীবগী ৱাফম্নচিংবদা পাকিস্থান্গী মীচঙ-চঙনীংবগুম তৌবা... ! অদুগুম্বগী খুদম মখোযগী মফমদদি লৈবমগদবা মান্দে ।

ইতৈমগী মবমদদি অহম্মদনসু ৱাবী তৌখবে । ধর্ম্ম অমদি চৎনবীদা থোইনা লুপশনবা লৈতে । ভাইজানগা ভাবিজানগা মতাং অসিদা মোত খবা খেন্নবা লৈ । মীওইবা হায়বসী অমত্তনি । ঈশ্বব অমত্তনি, লম্বী তোঙানবতনি । মাগী-মাগী ধর্ম্ম অদুনা লম্বী ওইবনি । মফম-মতমগী অমদি লোল তেঙানখিবনা চৎনবোল খেন্নখিবগী ৱানি । ভাবত অসি সেক্যুলেবিজম্ চৎপা লৈপাক্নী হাযবা অসীমক ইতৈমগী মফমদদি ফজনা লৈবা উবম্মী ।

ইমাদি অহলনি, অদুনা সমাজগী চৎনবী খরদি মশাগী ওইনা লৈবা তাবনি। অদুগীসু মথক্তা মুসলীম্ সমাজগী মশক নাইবা শির ওইরিবা ইমুংগী যুম্নুরেশ্বীনি। অদুম ওইনমক মতমগী য়াওল খঙবীনি। ইমাগা ইতৈমগা মান্নবা মওংসু য়াম্না লৈ। ইতৈমগী ফিলোসোফিগী মতুংইন্দুনা ইমাসু মতমগী মী ওইবগুম্নসু তৌরে। মনি-মমৌ য়াম্নসু য়ানজে। আদর্শ মনি-মৌনি হায়না মীয়াম্না শীঙথানৈ।

ইচল সাইরাবানুদি ভাবত্কী নাগরিক্ অমা ওইবগী চপ-চাবা ব্রাখল চেল্লি। মজহব্-ধর্ম্ম খেন্নবা লৈতে। মীওইবা হায়বসি চপ মান্নে খঙ্গবী নুপীমচানি। ঐহাক্কী ব্রাখলগা ইচলগী ব্রাখলগা ওস্থোক্না চূনখ্রে। ঐখোয় অনি মোত্ য়াম্না মান্নে। মাগী ব্রাঙাং-শাঙাং, মওং-মতৌ য়াম্না নুংশি, যাম্না চমজে। মহাক য়াম্নসু মীশিং নাশিংই, মশক্নগা ফজবনে, নুংশিবা অমসু মাগী মফমদা লৈ।

নুমীৎ অদু ছুটিনি। অহম্মদনা ঐবু শকখঙ-মায়খঙনবগী ওইনা চাক কৌবনি। অদুবু নুমীৎ অদুদা শক খঙনবা, শক তাকপগী চাকৌবা ওইনা তৌখিদ্রে। মখোয়গী ইমুংগী ব্রাখললোনগা ঐহাক্কী ব্রাখলগা এক্সচেঞ্জ তৌনবগী সেমিনার অমগুমা থোকখ্রে। অয়ুক্তগীনা নুমিদাং ফাওবা মখল-মথেলগী তোপীক কয়া নৈনরে। চাবা-থকপগী মতাংদসু মখল-মথেল কয়ানি। ঐহাক হিন্দুনি হায়দুনা মখোয়না তোঙান্নসু শেম-শারম্মী। ইনাকখুনবা, অচৌ-অশাং ইমুংগী চৎনবোল ঐহাক খরমখৈ খঙলে। চা, কোফী, শক্ষোম, সর্বত্ থক্লনবগী মখল-মথেল শুরে। চাননবগীসু মখল-মথেল সন্দেস কয়া, চাক, তল, হব্রাই, সবজী, ঙা ফাওবা... । ঐহাক শা চাদে হায়বা মখোয় খঙই। অয়াকপা, অশীনবা, অথুম্বা, অখাবা ফাওবা শুরে৷ ব্রারী-ব্রাতায়গা কোন্নন মতাং-মতাংগী, চাবা থকপসু লেপ্তে। চামন্দুনা শিরনি হায়বদু হেক য়ৌই।

পাবুংগা দাদাগদি অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট তৌরগা, ব্রারী-ব্রাতায় খরা তৌরম্লগা মখোয়গী মথৌ, কারবারগীদমক চৎনখ্রে। মখোয়গী কারবারসু য়াম্না চাওই। কড়োর কয়াগী কারবারনি। থবক য়াম্না চিনশ্রবা জাৎনি। অয়ুক পুঙ তরেৎ-নিপালদগী নুমিদাং পুঙ তরামাথোই ফাওবদি থবক লেপ্তবনি। অহম্মদতি ছাত্র ওইরি, থবক য়াওদ্রি। মহাক মশানা হরাও-তয়াম্বা পামজবগা, নুমীৎ অদু য়াম্না লাঙজে। মাসু ঐসু য়াম্না নুংঙাইখি। নুমিত্তু পাবুংগা দাদাগা চৎখিবা মতুংদগীদি ঐখোয় য়াম্না ফ্রী ওইরে। নুমিৎচুপ্পা অদুমা য়াম্না নুংঙাইমীন্নরম্মী।

মদুগী মতুংদগীদি মখোয়গী ইমুংদা ঐহাক অমুক মীতোপ ওইদ্রে। অহানবা শক খঙনবা নুমীত্তুদগী ঐহাক মখোয়গী ইমুংগী মীওই অমা অদুম ওইরে। ইচল সাইরাবানুদি, ঐবু মাগা পোকমীন্নবা মবুংগুম্না তৌখ্রে। ঐহাক্সু মাবু পোকমীন্নবা ইচলগুম্না নুংশিজে। মহাক্কী চমজবা, মী কৌইদবা, পুক্চেলতিংনা হায়নিংবা হায়বদা পন্দবা, চম্না ভাওজবা মতৌদুনা ঐগী থম্মোইব্রু জয় তৌদুনা, মহাক্কা হেন্না নকশীন্নহল্লি। মশক্নগা ফজরে, মাগী চম্না ভাওবা

অদুনদি কয়াদি নুংশিরে। ঐহাক্কীসু পোকমীন্নবী মাগুম্বী ইচল লৈজরম্লবদি ..... খল্লকই।

নুমীৎ অদুদা ইমাগা ইতৈমগনা ঐবু হোষ্টেল্‌দা লৈবগী মহুত্তা মখোয়গীদা লৈয়ু হায়না য়াম্লা কন্না তক্লরম্মী। ইচল সাইরানসু য়াম্লা কন্না হায়রম্মী। অদুবু ঐহাক্না য়ারমদ্রে। ঐনা ইয়া-য়াদ্রবদা, মখোয়সু মখা তাখিদ্রে। মখোয় কয়াদি নুংঙাইতবা মাল্লী। মখোয়না পেন্দবা অদু উবদা ঐনা য়াম্লা ফজনা, মখোয়না শাওদনবসু হায়জরম্মী। ইমাগা ইতৈমগসু - "ফরে অদুদি নংগী খুদোংচাদবা, অৱাৎ-অপা হেক লৈবদা,করিমতা চিংনদনা হেক হায়রক্কদবনিকো।" হায়বীরক্লম্মী। মদুদা ঐহাক য়াম্লা পেঞ্জরম্মী, য়াম্লসু নুংঙাইরম্মী। মতৌ অসুম্না মখোয়গী ইমুংগা ঐহাক্না য়াম্লা নকশীন্নবা অঙকপা মবী অমা লৈনরকখি।



## (৪)

কলেজগী ছুটি শাংনা লৈরম্মী । নোংমা ঐহাক অহম্মদখোয়গীদা চৎলম্মী । মখোয়গী নক্লবা মরী অমগীদা লুহোংবা চৎপগী ৱারী হৌদোরকই । ছুটিদা ঐহাক য়ুমদা চৎলরোই হায়বদগী, ঐহাক মখোয়গা লোয়ননা চৎপা হায়না লেপ্পরম্মী । অহম্মদ ঐখোয় অনিগা, অম্মীজান্, ভাবীজান্, ইচল সাইরাবানু, ঐখোয় মণ্ডা চৎপা তারে । মফম্না সারঙ্গপুরদনি । মতম অমগী মালৱাগী কোনুং সারঙ্গপুর..... ।

মফম অদু য়ৌরবদা; অহম্মদতি পুম্নমক তোরোৎ-খদানবা মীনি । অদুগীসু মথক্তা মখোয়গী মরী-মতাগী খঙন-চান্নবা ঙাক্তনি । ঐদি শক্না খঙনদবনে, মখোয়নসু ঐবু 'মেহমান্'(অতিথি) ওইনা খনবগা, মী লোয়শিন্নবা হৈতবা হায়গদরা ? মখোয়গী চৎনরোল অদু ঐনা খঙদবগা, ইথস্তা নাইতোম তাবগুম তৌই । মখোয়না ঐবু থওইদবদি নত্তে । ঐবু অতিথি অমগী মওংদা লুনা-চানা অদুম্মক তৌবীরম্মী । মথৌ চিনবনিনা মখোয় থবক্তা পুক্লিং চঙখরে । ঐহাক ইথস্তা তরক্লা তাবগুম্না লৈরম্মী ।

'সুম্ লৈবদু হৈনত্রদুনা কোয়বা পঙচৎ-চৎলম্মী । নোংমা, নুংথিল অমা অসুম কোয়থোক্লম্মী । সারঙ্গপুর হায়বসি, মালৱাগী ইতিহাসতা মমীং লৈবা মফম্নি । ইতিহাসতা থৱায় তাজবা অমা ওইনা, অরিবা য়ুগ্কী তেক্-কায়রবা মফমশিং য়েংনীং-খঙনীংবদগী শারবা নুংশা অদু থোইনা খল্লুদনা কোয়চৎ চৎলম্মী । 'জৈন্ খাঁগী ভট্টী', হায়না খঙনবা মফম অদুদা ঐহাক য়ৌরম্মী । মী চীক্লবা মফম অদুদা, শারবা নুংশা মরক্তা, উনা-ৱানাশিং অদু নুংশিংনা হুম্বদা, হাই-হুম্বগী মখোল নত্তনা অতৈ করিসু তারমদে । অদুগুম্বা মতম অদুদা, সিতাফল্গী হৈকোললোমদগী পাখং অমা ইপা-পাখংনা হেক চেনথোরক্লম্মী । মহাক উবদা ঐহাক ইঙক-ঙক্লম্মী । য়াম্না শাথীনা কিবা অমদি পাখংপগা লোয়ননা মহাক্না "অদোমদা চৎলুনু ।" হায়রগা মহাক চেনগদবগী তৌরম্মী । ঐনা - "কৈদৌরবগে ?" হায়না হংলম্মী ।

মহাক স্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা -" মকোয় মরাং ইচোম-চোম্বা, ৱাং- চাওরবা নুপা অমা, মমীং অদু ঙাংশং-ঙাংনা, মথবাক ফল্লদুনা, মখুত্তা শাংলবা থাঙশাং অমা পায়রগা লেপ্লম্মী । য়েংবদা অকিবগী মশক্লী । থাংশাং অদুসু নুংশা মঙাল্দা ইরং-লংই । নুপা অদু য়াম্না শাওবা মাল্লি ।" হায়না হায়রকই ।

ঐনা য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মাবু খাল্লম্মী । মহাকপু খরদং ইংথহল্লবা মতুংদা, মহাক্না মখাতানা হায়রকই - "ঐহাক মফম অসিদা, মরক-মরক্তা, নুংথিলগী নুংশা খাঙবা ওইনা, মোংফম মনাক্কী কুঙনা হৌরিবা সিতাফল্গী উরুমদা হেক-হেক পোৎথারম্মী। সহরগী চিদাই, নীল-খোংবদগী লাপথোকপা মফম অসিদা অসুম্না মতম অয়াম্বা লেপ্পী । ঙসিদি ঐহাক ইখঙ-খঙহৌদনা তুম্মীংবা ফাওরম্মী । উরুম- লাংবা মফম অমা য়েংদুনা ঐহাক ঙহাক তুমথোক্লরে । ঐনা নুংঙাইনা তুম্নীঙৈদা অকিবগী মশক

ওইববা নুপা অদুনা ঐগী খুদাং পাযদুনা চিংখৎলম্মী । মহাক্লা শংত্রিক যেংদুনা - 'ঐহাক্লা চহী কযামুক অসী কোযঙাওনদুনা লৈবি । অদুগা নংনা মফম অসিদা নুংঙাইনা তূম্লী । মতুংদা অমুক হন্না মফম অসিদা তূমগনু ।' হাযবকই । ঐহাক্লা ইঙক-ঙক্লা মাবু য়েংদুনা লৈবম্মী । অদুদগী মহাক মোংফমলোমদা চৎখ্রে । অদুদগীদি ঐনা যেংনা-য়েংনা কত্র মযামগী মবক্তা অদুমক উখিদবে ।"

মহাক্কী ৱাফম অদু অচুম্ববা-চুমদববা ঐ খঙবা ঙমদে । থাজবসু ঙমদে, অদুবু মাগী মতৌ অদুদা চিংনবসু পোক্লম্মী । অদুম ওইনমক সাবঙ্গপুব হাযবসি মশীং থীঙমদ্রবা মোংফমগী নগব অমনি । মফম অসিদা বিলদিং খবা নত্তনা, যেংখি-যেংখিবা মাযকৈদা মোংফমগী ফুবাশিং, তেক কাযববা দলালশিং অমদি কত্র কযামুক উবা ফংই । হাযনবসু লৈ, মদুদি সাবঙ্গপুব হাযবসী ভুত্কী নগব অমনি ।

সাবঙ্গপুব, হৌজিক্কী, বাজনগব জিলাগী মনুং চল্লি । কার্লিসিন্ধু তূবেলগী মপান্দা তাবা, ইতিহাসকী নগব অমনি । বোম্বে-আগবা নেম্নেল হাযৰেদা লৈবা মফম্নী । নগব অসিগী ইতিহাসকী ওইবা, মসজিদ্শিং, মকববাশিংদা, আফগান্ অমদি মোগল্ যুগ্কী শিল্পকলাগী সঙ্গম্ ওইনা তিন্নবগী নীংথিবা অদু উবা ফংই । মোগল্গী বাববনা মশাগী আত্মা কথা ইবম্বদা, সাবঙ্গপুব লুট তৌবগী বাফম পল্লম্মী । শেবশাহসুবীনসু নগব অসিবু লুট্ তৌববা মতুংদা, 'অধক খনাএঁ' (অপঙবগী খুঙ্গং) হাযনা নুঙদ হকপা 'শিলা লেখ্' যুংলম্মী । সাবঙ্গপুবগা মাণ্ডুগা (শাদীযাবাদ্) অনি অসী যাম্না নক্লবা মবী লৈনৈ । লৈনবিবা মবী অদুদি, বাজবহাদুব অমদি রুপ্মতিগী নুংশি ৱাবীনি । মফমশিং অসিগী অবিবা দলালশিংদা সুল্তান্ যুগ্কী কলা কযানা লৈতেংলিবা ফজবা নুঙশিং ঙসিসু উবা ফংই । অবিবা ইতিহাসকী শক্তম কযানা লেঙদবা শাক্ষিসু ওইবি ।

সাবঙ্গী অমদি বিনা অনিগী সুবগী ঈথক-ইপোম্না মবম ওইদুনা, নগব অসিবু, সাবঙ্গপুব হাযবা মিংথোল অসী থোনখিবনি । সাবঙ্গপুবদগী কিলোমিটব অনিমখাযমুক লাপ্না লৈবা 'ফুল্পুবা' কৌবা খুঙ্গং অদুদা বাণীরুপ্মতিগী পোক্লফম, মপাম লমদম্নী । বাণীরুপ্মতিগী মপাবুংগী মনীং যদুবায কৌবম্মী । মহাক গুজবাত্কী ব্রাহ্মণ্ অমা ওইবম্মী । মহাক্কী মপা মপুনা মখোযগী লাযব অনং কোক্লবগী ৱাখলদা গুজবাৎ থাদোক্তুনা মালৱাদা লাক্তুনা লৈবখিবনি । যদুবায ঈশৈগী কলাবু যাম্না পামজবা মীশক্লী। সঙ্গীত্ কলাগী থোইদোক্লা হৈ-শিংবা, মহাবথী অমদি নৎলমদে; অদুমকপু মহাক বিনা খোংবদি যাম্না নীংথীনা হৈবম্মী ।

যদুবাযগী মচাইবেম্মা, রুপমতি মশক মতৌ ফজবদা থোইদোক্লা মমীং চৎলম্মী। মহাক অদু, শাওং শান্দা, মশক-মতৌ, ফজবতা নত্তনা, ঈশৈ অমদি জগোইদা থোইদোক্লা হৈ-শিংলবী অমা ওইবম্মী । লোযননা বিনা খোংবা, কাব্য, কবিতানচিংবদা থোইদোক হেন্দোক্লা মমীং চৎপী অমসু ওইবম্মী । শক্তা-গুণ্গা, মিংগা চা-ননা নীংথীববী নুপী অমনি । মহাক্কী অদুগুম্বা শক্তম অমদি মগুণ্শিং অদুনা মবম ওইদুনা মলিক্ বাযজীদ্কা মবী লৈনবক্লম্মী।

ইতিহাসতা মালৱাগী সুল্তান্ বাজবহাদুব হাযনা মমীং চৎখিবা, মলিক্ বাযজীদনি। মখোয অনি অমনা-অমগী নুংশি লীপূন্না পুনখিবম্মী । সুল্তান্ বাজবহাদুব অমদি

রাণীরুপ্‌মতি অনিগী স্মৃতি অদু মতমগী চৈথেংদা কায়ত্রবা কব্রগী লেমহৌবা শরুক খরা, ওসিফাওবা অকোর্দিয়া মাগতা, পুথ্রি অমগী ময়ায়দা লৈরি। প্রেম্‌গী রাগ্‌-রাগীনি অনিগী মিল্লন্‌গী লেমহৌরিবা শক্তম খরদং.... !

মতম অমদা মালবাগী মৈহৌরোল সুলতান্‌শিংগী কোনুংদি মাণ্ডব্‌ (মাণ্ডু), অসি 'শদিয়াবাদ্' (নুংঙাইরবা মফম হায়না মিংথোনবা) মফম অদুদা ওইরম্মী। হোশাঙ্গবাদ্ খিল্‌জী অমদি গিয়াস উদ্দীন্‌ খিল্‌জীনচিংবশিংনা মফম অসিবু য়াম্না ফজনা শেমগৎ-শাগৎনবা হোৎনরম্মী। অদুম ওইনমক মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না,রাজধানী সারঙ্গপুরনা শৃঙ্গার তরাতরক্কা লোয়নননা লংখৎলক্লম্মী। শেরশাহ সুরীগী মচা-মশুশিং থোকপা শুজাঅতখাঁনা মাল্‌বাদা আফগান্‌গী হুকুম চলাইরম্মী। হুমায়ননা দিল্লী অমদি অগরাদা খুভম ফংখিবদগী মহাক্কী খুজীন্দা তুম্‌ য়ুবগুম্না থোকখি। মরম অদুদগী শুজাঅতখাঁনা হুমায়নগী মথক্তা মীৎয়েং থম্না ঙম্লনবা হায়দুনা য়াম্না কুপ্না খল্লবা মতুংদা উজ্জেন্‌ অমদি ভোপাল্‌গী মরক্তা লৈবা খুঙ্গং অমদা অচৌবা কোনুং অমা শাগৎলম্মী। মফম অদুবু মহাক মশাগী মমীং লৌদুনা শুজাল্‌পুর হায়না থোল্লম্মী। শুজাঅতখাঁনা মচানুপা অহল মলিক্‌ বায়জীদ্‌খাঁদা, জাগীর ওইনা সারঙ্গপুর অসী পীরম্মী। অদুগা মচানুপা অতোপ্পা মুসতাফা খাঁবুনা, রায়সেণ্‌গী জাগীদার ওইহল্লম্মী। মপা শিরবা মতুংদা বাজবহাদুর হায়বা মিংথোল অসী লৌরদুনা, মহাক্না মহাক্কী কোনুং মাণ্ডুদা হোংলম্মী। বাজবহাদুরনা রুপ্‌মতিগী মপাবুং যদুরায়দা জাগীর ওইনা সারঙ্গপুর অসী পীরম্মী।

সুলতান্‌ বাজবহাদুর মথৌনাফবা নুপা অমনি। বাজবহাদুরনা রুপমতিবু, মহাক্কী কোনুংগী 'হরম্' (লৈমকোল) দা লৈরিবা বেগম্‌শিংদগী থোইদোক-হেন্দোক্না লুনা-চান্না তৌরম্মী। রুপমতিবু অদুক্কী মতীকসু নুংশিজরম্মী। রুপ্‌মতি অমদি বাজবহাদুর অনি পুন্না সঙ্গীত স্বরসুধা, রাগ্‌-রাগীনি কয়ামুক পুন্না শেম-শারম্মী। মখোয় অনিগী তোঙানবা সঙ্গীত্‌কী রাগ্‌-রাগীনিগী সংসার অমদা ঙাওজরম্মী। বিনা, সারঙ্গী খোংদুনা ঈশৈগী সংসার অমদা তাওথমীন্নরম্মী।

আগরা অমদি দিল্লীদা মোগল্‌শিংনা মতম ফগৎলক্লম্মী। হুমায়ন্‌গী মতুংদা মচানুপা জল্লাল্‌উদ্দীন্‌ মহম্মদ আক্‌বরনা সম্রাট্‌ ওইরে। আকবরগী মায়কৈদগী বৈরম্‌খাঁনা মালবা জয় তৌননবা বহাদুর খাঁবু থারক্লম্মী। আফ্‌গান্‌শিংগী পাঙ্গলবু মায়থীবা পীবা ঙমব্রদুনা আকবরনা মতাংচাবা য়েংদুনা অহম্মদখাঁকোকা অমদি নসিরুল্‌ মুল্ক মুল্লা পীর মোহম্মদ শেরবানি অনিগী লুচিং মখাদা, মোহম্মদ কুলীখাঁ, মোহম্মদখাঁ কম্বারি, পায়দাখাঁ মোগল্‌, অবদুলাখাঁ অজবেক্‌নচিংবা মোগল্‌ সর্দারশিংবু মালবা জয় তৌননবা অমুক হন্না থারম্মী।

শোক ১৬৬১ দা সুল্‌তান বাজবহাদুর অমদি রাণীরুপ্‌মতিদা নজফখাঁনা পাও পীরম্মী। মোগল লাম্মীশিংনা সারঙ্গপুরদগী কোশ্‌ তরা লাপ্পা মফমদা লানশঙ

শারম্মী। মুস্তাফাখাঁনা মোগল্‌শিংগা লৌতুনদুনা মীচঙ চঙখিরম্মী। মোগল্‌শিংনা সারঙ্গপুর লৌননবা চঙশীল্লক্লম্মী। সারঙ্গপুরদগী কোশ অহুম লাপ্পদা লৈবা উদনীখেড়ী খুঙ্গংদা সুল্‌তান্‌ বাজবহাদুরনা লাল ঙাক্লনবা শেম-শারম্মী। মদুদা রাণীরুপ্‌মতিনা য়াম্না ঈচঙ-থৌনা বাজবহাদুরগী লাল্‌ পাংলম্মী। লাইবক থীবনি, লাল অদু মায়থীগদবগী মওং উরদুনা বাজবহাদুরনা রুপমতিবু, মুরাদখাঁদা শিন্নরগা, শামু তোংহন্দুনা মাণ্ডুরোমদা থাখিরম্মী। অদুগা সুল্‌তান্‌ মশাদী জঙ্গল্‌ কয়া লান্দুনা খান্‌দেশ য়ৌননবা চৎখিরম্মী।

মালৱা জয় তৌননবা থৌরাং অমদি মদুগী খোঙচৎকী মতাং অমসুং মালৱা-মাণ্ডু জয় তৌবদা মখল-মথেলগী অত্যাচার কয়া অমসুং রাণীরুপ্‌মতিনা শিখিবগী থম্মোইশোকপা ৱারী পুম্নমক অদু মুল্লাপীর মোহম্মদ শেরৱানীনা, বাদ্‌শাহ আক্‌বরগী মফমদা তম্লম্মী। বাদ্‌শাহ আক্‌বরনা রাণীরুপ্‌মতিগী হকচাং অদুবু অমুক লৌথোক্লুনা, ইজ্জৎ-সন্‌মান্‌গা লোয়ননা, মতীকচানা ইকাইখুম্নবা উত্তুনা, সাবঙ্গপুরদা পুরক্লুনা লৈরোন্‌ চনখিরম্মী। মতীকচাবা মজ্জার, মফম অনিমক্তা শানবা, পীরমোহম্মদ শেরৱানীগী মফমদা, বাদশাহ আক্‌বরনা য়াথং পীরম্মী।

বাদশাহ আকবরনা, অহম্মদখাঁবু মফম লৌথোক্লুনা আগরদা থাখীরম্মী। মুল্লা পীর মোহম্মদতা মাল্‌ৱাগী ঙাকশেন্নবা শিন্নরম্লগা বাদশাহ, অগরাদা হনখিরম্মী। মতুংদা সুলতান বাজবহাদুরনা লাম্মী শেমগত্তুনা মাণ্ডু পাংলক্লম্মী। মুল্লা পীরমোহম্মদ শেরৱানীনা বাজবহাদুরবু থিংননবগীদমক মায়োক্লবা থোরক্লম্মী। লম্বীদা নর্মদা তুরেল লানবা মতমদা, মহাক্কী শগোলদা উট অমনা কাউবদগী নর্মদাদা সুপ্তুনা শিখিরম্মী। সুলতান্‌ বাজবহাদুরগী লাম্মীনা মোগল্‌ লাম্মীশিংবু তানখায়রম্মী। মালৱাদা মোগল লাম্মীশিং মায়থীবগী পাও ফংলম্মী। বাদশাহ অকবরনা আবদুল্লাখাঁ অজবেকপু অমুক থারক্লম্মী। অবদুল্লাখাঁ অজবেকনা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎকুম্না মাণ্ডুগী মায়কৈদা ফুজীল্লম্মী। সুল্‌তান্‌ বাজবহাদুরদি মাণ্ডুদা অমুক, সারঙ্গপুরদা অমুক তৌদুনা লৈ হায়বা পাও ফংলম্মী। অবদুল্লাখাঁনা মাণ্ডু অমদি সারঙ্গপুর, মফম অনিমকপু কোয়শিন্দুনা থম্নবগী ৱাফমদা, মোগল্‌গী মশীং লাকঙমদ্রবা লাম্মীশিংবু কাঙলুপ অনিথোক্লা খায়দোক্লম্মী। কাঙলুপ অমবু সিপহাদার রাহতখাঁগী মখাদা শিন্নদুনা সারঙ্গপুর কোয়শীন্নবা থাখিরম্মী। অতোপ্পা কাঙলুপ অমবুনা মাণ্ডু কোয়শীন্নবা থৌরাং মহাক মশামক্লা তৌরম্মী।

অসোমদনা সুল্‌তান্‌ বাজবহারদি রুপমতিগী কায়ন-মৈচাক খাঙবদু ৱারদুনা, মহাক্কী লৈজবা পুম্নমক থাদোক্তুনা, রুপ্‌মতিবু নীংশিংদুনা গুজরাত্‌লোমদা চৎখিরম্মী। মহাক গুজরাত্‌কী নিজামুল্‌ জীল্লাগী, দক্ষিনীগী মনাক্তা থুংলম্মী। মদুদসু মহাক্কী থম্মোইদা শান্তি ফংদ্রবদা, মমৈদা রাজস্থান্‌দা, চিটৌরগী রানা উদয় সিংহগী মনাক্তা অমুক চৎলম্মী। অসুম্না কোয়চৎ চৎপনা সুল্‌তান্‌ বাজবহাদুবনা মাণ্ডু থাদোক্লম্বা

চহি নিপাল হৌখিরম্মী । মহাক্কী থম্মোইগী মৈচাক্তী নেমথরমদে । রাণীরুপ্‌মতিগী নুংশি-মৈনা ককওাওনরবা সুল্‌তান্ বাজবহাদুর ঙাওচৎনরম্মী ।

আগরাদা ......; বাদশাহ আক্‌বরনা সিংহাসন কাবগী তরামরিশুবা কুমজা চঙলম্মী । শাহী দরবারদা, মখল-মথেলগী ৱাফম কয়া খন্ন-নৈনরম্মী । মতাং অদুদা, মালৱা-মাণ্ডুগী অমদি বাজবহাদুরগী ৱারীসু য়াওরম্মী । খাজাঁচী হুসন্‌খাঁনা, "বাজবহাদুরদি রানা উদয়সিংহগী মনাক্তা চিটৌরগী কোনুংদা লৈ ।" হায়রক্লম্মী । মদু তাবদা বাদশাহ আকবরনা - "বাজবহাদুরবু চিটৌরদগী আগরাদা পুরকউ, মহাকপু ঐখোয় ইজ্জৎ-সন্‌মান্‌গা লোয়ননা ঐগী দববারদা থমগনি ।" হায়রম্মী ।

হুসন্‌খাঁ খর্জাচীনা চিটৌরদা চত্নুনা বাদশাহ আকবরগী পাও অদু তম্লম্মী । সুলতান বাজবহাদুরসু থম্মোইদা নুংঙাইবা ফাওবম্মী । মহাক্কী নীংজবা আশাদি, ৱাফম অদুনা অচুম্বা ওইদুনা য়া-নববদি, মহাক্না পামজবা, সারঙ্গপুর য়ৌরগা, রাণীরুপমতিগী মজারদা চঙদুনা কব্রদা লৈ-শু কৎলগা, থাওমৈ থানবা ফংলগনি অসীনি । আশা অদুনা মাঙওইনদুনা মহাক হুসনখাঁগা লোয়ননা আগরাদা চৎলম্মী । বাদশাহ আকবরনা মহাকপু দববাবদা, দো হজারী মন্‌সুবেদাব হাপ্লুনা য়াম্না ব্যেবহারগা লোয়ননা, শাহী দরবাবী 'গায়ক্' (ঈশৈ শকপা) কী মিংথোল পীবম্মী । অসুম্না, সুলতান বাজবহাদুর, বাদশাহ আকববগী দরবাবদা, তান্‌সেন্‌গা লোযননা লৈখিরম্মী । সুলতান বাজবহাদুর, আগরাদা বাদশাহ অকবরগী রাজদরবারদা চহী কুনহুমদোই হৌখিরম্মী ।

বাণীরুপ্‌মতি কাযনবগী ৱাখলদা, বাজবহাদুর অহীং-নুংথিল লেপ্তুনা অৱাবগী ঈপাক্তা মতম শাংনা লুপ্লম্মী । মবম অদুনা মহাক্না বাদশাহ আকবরগী মফমদা মহাক্কী থম্মোইগী ওইবা, অরোইবা আশা অদু ফোঙদোক্লম্মী । চহীনা অহল ওইশিল্লকপা, কায়নবগী অৱা-পোৎলুম্নদি লুমশিল্লকপনা হেনগৎলকপা ...! মহাক্কী লেমহৌরিবা পুক্নিংগী মীকুপ খরদং অদু সারঙ্গপুরদা চৎলগা রুপ্‌মতিগী কব্রদা লেঞ্জবা পাম্লম্মী । বাদশাহ্ আকবরনা মঙোন্দা মোগল সর্দার চনি পীরদুনা, দোলাই তোংহন্দুনা, মহাকপু সারঙ্গপুরদা থিলহল্লম্মী ।

সুলতান বাজবহাদুরনা, মজারদা চঙদুনা, মহাক্কী থম্মোইগী মবেম্মা রুপমতিগী কব্রদা লৈবাং খুজোক কৎলগা থাওমৈ থাল্লম্মী । রুপ্‌মতিবু মথান্নুংদা কোন্‌বগুম.......! মহাক্না কব্র অদুবু মপাম্বোম্না কোল্লগা, মকোক্না ঙারদুনা, মতম পুম্নমক্কী ওইনা মফম অদুদা নুংঙাইনা তুমখুল তানখিরম্মী । মদুনা মহাক্কী অরোইবা তুমখুলনী, অরোইবা য়াহীপনী । মহাক অমুক হন্না হৌগৎলরক্খিদরে । সুলতান বাজবহাদুর অমদি রাণীরুপমতি অনিগী তুমখুল তানফম মালৱাগী 'সারঙ্গপুর' নি। নুংশিবগী অশেংবা খুদম কয়ানা থল্লবা ইতিহাসকী মফম্নী ।

মোগলশিংগী মকোকথোংবা সর্দার খরনা, বাজবহাদুরগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু রুপমতিগী কব্রগী মনাক্তা লৈবোল চল্লম্মী । লোয়ননা রুপমতিগী কব্রদা

"শহীদে বফা" অদুগা সুলতান বাজবহাদুরগী কব্রদা "আশিকে সাদিক্" হায়না ইরদুনা, মখোয় ময়াম্না কোক নোল্লম্মী । মসীনি, সারঙ্গপুরগী সমাধি অসিদা চিক্র তুমখুল অল্লিবা, রাগ্-রাগিনি অনিগী অশেংবা প্রেম্গী, অশেংবা থম্মোইগী, অচেংপা নুংশি শক্তম অমদি নুংশি ব্রারী ...!

মসীতা নত্তনা সারঙ্গপুরদা য়েংনীংঙাই মশক ওইবা, তরানিপালশুবা শতাব্দীগী, মচীল-মনাও অনিগী নীঙশিং খুদম । ছুনিহারী অমদি পনিহারী অনিগী স্মারক ফিদম্নীংঙাই মশক্কী । কালিসিন্ধু তুরেলগী তোর্বান্দা বাজবহাদুরগী নীংথিরবা রাজমহল্..., মফম অসিদা বাজবহাদুর অমদি রূপমতি অনিগী ওইবা 'স্বরসুধা' সুরগী নোংহৌ ফুম্নন হৌহনখিবনি । হৈ-শিংলবা শিল্পীশিংনা শারম্বা, অঙাংবা নুংঙনা খুৎ-শা হৈবগী খুদম কয়ানা লৈতেংবা 'অঠারহ খম্বা মস্জীদ্' হায়বা অমসু লৈরি । মসিগী মনুংদা ঔরঙ্গজেব্কী মজাইবেম্মা অমগী হকচাংসু লৈরোন চনখি । মফম অসীদা অঙাংবা নুঙতনা শাবা মশীংলাকঙমদ্রবা কব্রশিংগী মরক্তা ফজরবা অমদি কলাগী মশক ওইরবা কয়ানি । নীংথীরবা চেকপলনা মায়কৈ অহুমদা কোয়শিনবা, মোগল্ অমদি আফগান্শিংগী লান্দা শহীদ্ ওইখ্রবশিংগী মশীং থীঙমদ্রবা কব্র কয়ামুকসু লৈবি । মসীবু "জৈন্ খাঁগী ভট্টী" হায়না মিংথোল্লি । মসীমক থোইদোক-হেন্দোক্লা মমীং চৎলি । মসীগী মনাক্তা "কোড়ী কুহা" লৈ হৌজিক্তি মসী নীংখায়বে । হায়নবর্দি লৈ, কুষ্টীনা নারবা মীওইশিংনা মফম অসিদা ঈরুজবর্বদি মশাগী লায়থুং কোকই । মোগল শেহনশাহ শাহাজহাঁনা শাবম্বা মসজীদ অমদি ঔরঙ্গজেবনা শাবম্বা, মিটব তবামঙা রাংবা ফল্লাংনা কোর্যশিনবা, মিটব চামা পাকপা, চামা শাংবা, 'জমা সমজীদ্' মসীগী থোঙ অহুম লৈ । সহব অসিগী মযোলমক্তদা অরিবা মতমগী খুদম কয়াগা কোন্নববা মসজীদ হুমফুহুমদোই অমশু লৈরিবা মসীত নত্তনা, ইতিহাসকী ওইবা য়েংবা য়াবা মফম কয়ামুক অমসু সহব অসীদা মশাং লাকঙমদনা লৈবি ।

অদুমকপু টুরিষ্টশিংগী মফমদদি হেক উবদা পুক্নীংদা পেন্দবা কয়াসু পোকপা যাই। বাণীরুপ্মতি অমসুং সুলতান বাজবহাদুবগী সমাধিগী অকোযবা অদুদা ফত্ত-হৌদি, অমোৎ-অকায় কয়ানা ফুঞ্জিনহন্দুনা ট্রেশিং গ্রাউণ্ড শেম্লীবা অদুমক পেন্দবা পোক্কনি । সমাধি অসিবু ফজনা শেমজিন-শাজিন্দুনা টুরিষ্টশিং অমদি ইতিহাস খোযদাজবশিংগীদমক নীর্ংথনা থম্বীবা যাবনি । লোয়ননা মসীবু হিষ্টরিকেল মোনুমেন্ট ওইনা ফজনা থম্বসু চুম্বনি ।

✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣

লুহোংবগী থৌরম অদু লোইরদুনা ঐখোয় পুম্নমক অহম্মদকী মবী-মতাশিংদগী বিদাই লৌদুনা অমুক হল্লক্তে । ছুটি কারকপগা লোয়ননা ঐহাকসু ঈশাগী ঈথৌদা মায ওনশিল্লে । বি, এস, সী, গী পরিক্ষাসু পঙকুই-কুইবক্লে । পরিক্ষাগীদমক ঐখোয় অনিমক ঈশা-ঈশাগী ঈথৌ..., য়াম্না কন্না লাইরিক পাবা হৌরে ।



(৫)

নোংমা, থোইনা পুক্লীং চঙলুবা লৈতনা 'চাঁন্দনি চৌক্' লোমদা চৎলম্মী। অসুম চৎলম্মী, ঐনা চৎলুরিবা লম্বী অদু মতম অদুদদি ঐহাক খঙলমদে। কোন্না খঙলকখি, মদু জি.বি. রোড্ হায়না খঙনবা লম্বীনি। নিংথমথানি, দিল্লিগী অকিবা ফংনা ইংলবা নুমিদাংৱাই অদুদা, ফুট্পাথ্কী মচি অমদা ওন্থোক্লা মওং চাদ্রবা ফিভমদা, অহল ওইরবী নুপী অমা, তুম্বক-তাশিন্দুনা ফমদুনা অইংবা খাঙলীবদু উবদা, ঐহাক মপা অদুদা ঙহাক লেপ্লম্মী। অহল ওইশিল্লকপগী খুইরবী মাইথোং, লৈত-লাইরগী অৱাবা..., অদুগী মথক্তা অবাম-খৌরাংবা খাঙবগী শক্তম্নী। খ্বাইদগী মওং চাদ্রবা মতৌনা পুল্লপ পূল্লম্মী।

ঐহাক চপ লেপ্তুনা ফনা কুইনা মতৌ অদুম য়েংলম্মী। মহাক্লসু ঐঙোন্দা য়েংলক্লম্মী। মহাকপু নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংলগা, ফুরিৎখাওদগী লুপা তরাগী নোট অমা লৌথোক্তুনা অহল অদুদা পীরম্মী। মহাক ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। পৈশা অদু পাক হেক লৌরমদে। ৱাখল অমদা লুপ্লগুম্না তৌই।

"ইমা, সে মসী লৌসে। মসীনা কৱিনো অমা লৈরগা চাও।"

অহল অদুনা "বেতা (ইবুংঙো) ঙহাক্তা ফম্মু। নহাক, ঐগী ইনাক্তা ফম্বা হৈনবদি হৈনবোই হায়বা ইমা খঙই। অদুবু ইমাগী পুক্সি অসী পংকুই-কুইনা হিংগনি হায়বা থাজদ্রে। ইমাগী নীংঙমদ্রবা ৱাবী অমত্তং লীরমগে খল্লকপা কুইরে। ইমাগী ৱারী তাবীনবা হাযদুনা, ইমা, নুতি-নমীৎ খুদিংগী মায়কৈ অসোমদা লাকপা, লৈপাকমচা তাবা মীওই য়েংদুনা ৱারী অসী লীননবা হোৎনৈ। অদুবু কনা অমত্তনা ইমাগী ৱারী অসি তবীনবা থৌরাং তৌদে। মসীদা ইমানা শাওরুবসু য়াদে, মরমদি মীপুম খুদিংমক মশা-মশাগী মথৌ চৎলীবনি। মীগীসু মশাগী অপাম-পামদা লৈবিবনি। অদুগী মথক্তা ঐহাক অসী অঙাওবীগুম্বনি।" হায়রগা স্বর শাংনা হোন্দোক্লদুনা ঐঙোন্দা তঙক-তঙক য়েংলকই।

পঙলাপ-লাপ্তুনা গলীগী মচীন্দা চাগী হোটেল মচা অমা লৈরি, পানদুকানসু ওইরি। মদুদা ফমল্লীবা দুকান্দার অদুনা "বাবু, কুইনা পনবীরগনু। হনুবী অদু অঙাওবীনি, লায়থুংসু পক্লবীনি।" হায়রকই।

ঐসু ঙহাক খঞ্জানবম্মী। অহল অদুনা "ইবুংঙো, চুম্মী ঐহাক লাইথুং পক্লবীনি। অদুম ওইনমক ঐহাক অঙাওবীদি নত্তে" হায়বকই। ঐহাক মাগী মওং অদুনা অঙাওবীনি হায়নদি খল্লে। অদুম ওইনমক য়াম্না নীংজিং-মাংজিনরম্মী। মহাক্কী মতৌ অদুদা ঐহাক নুংঙাইত্রদুনা, মনাক অদুদা চঙশিন্দুনা য়েংদুনা লেপ্লম্মী।

অহল অদুনা "ইবুংঙো, নহাক হৈনদ্রবসু ইমাগী ৱারী অসী অমুক্তা তাবীয়ু। ইমাদি কুষ্ঠী (লেপ্রোসী) থুংলবী-অমনি। নহাক খরা লাপতক্লা ফম্মু।" হায়রকই।

"ইমা, কুষ্ঠী হায়বা লায়না অসী লায়েংলগা ফবা ওম্বা অনাবনি। মসী লায়থুং নত্তে, লাইগী শাপসু নত্তে। মহীক মখল অমনা নাহনবনি।"

"লায়থুংবু ওইরবসু, শাপপু ওইরবসু, মহীক্কবু ওইরবসু, ইমাগী পুক্কি অসী পঙকুই-কুইররোই। লায়েংলুবগীসু দরকার লৈত্রে। মীওইবনা শেগায়বা ফি শেংনীংবা, নীংখায়রবা য়ুমদা লৈনিংবা কনা য়াওবগে ? অদুবু ...!"

"ফিরাল মমায় চুম্লীঙৈ মরুপ্ রাত্তে মীরম্লেন্দা।" "ষণ্ লাবা অচৌবা, মপাঙ্গল ফবা অদো, সম্পোৎ কন্না খোইরিঙৈ, গাড়ী কন্না চিংলিঙৈ, লুনা-চান্না তৌবনি। শীজ-শীথক ফজবনি। শোল্লক্কবা মতমদা, থবক শুদ্রবা মতাংদা কনানসু হন্না য়েংদবনি। মসীগী রা অসিদি কান্নদ্রে। ইমাগী রারী অসীতংদি লীরমগে। মসীদং নহাক্লা তাবীয়ু। নহাক্লা ইমাবু নুংশিরবদি, রারী অসী কনাগুম্বদা অমুক লীথোকপীয়ু।" হায়রকই।

মহাক্কী মওং অদু... ! অঙাওবী মাল্লবসু, চাক্লীবী ওইরবসু, লায়থুং পক্কবসু, মতৌ অমদি লোয়নরম্মী। মহাক অসী ইচম-চম্বী চাক্লীবী অমদি ওইররোই। করিগুম্বা মওং অমদি লৈবা শোয়দ্রে। ঐহাক তশেংনমক মহাক্কী রারী অদু তানীংবা, খঙনীংবা পোক্লক্লম্মী। ঐহাক মাগী মনাক্তা ফমথরম্মী। মহাক্কী রারী লীননবসু হায়রম্মী।

মহাক্লা ঐবু ঙহাক মুন্না য়েংলগা, রারী অসী লীরকই ............।

"কনাগুম্বী অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মমীং 'মুন্নীবাই' কৌরম্মী। তৌইগুম্বসুং মদু মহাক্কী অশেংবা মমীংলা... ? মসীমক মহাক খঙলমদে। মহাক পোক্লবা মতুংদা, কনাগুম্বনা মহাকপু মমীং থোনবীবরা-থোনবীদবরা...? অদুম ওইনমক মহাক্লা থাজরম্মী, মদুদি মহাক্কী মমিং অমা নত্রগা অমদি শোয়দনা থোল্লমগনি। তশেংনমক মহাক্কী মমা-মপানা মমীং অমদি শোয়দনমক্কী কৌরমগনি, কৌরমলোইদ্রা... ?

তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মমা-মপা কনানো ? মসীমসু মহাক খঙলমদে। মহাক্লা খঙবা হায়রবু, মহাক্কী মমা-মপা শোয়দনদি লৈরমগনি, অসিখক্তনি। অদু নত্রবদি সংসার অসীদা মহাক করম হায়না পোক্লমগনি ? অদুবু পৃথিবী অসিদা মহাক্কী মমা-মপা কনানো? মখোয়গী মরক্তা কনা অমত্তবুসু মহাক্লা খঙজরমদে।

ইমা হায়বসী নুংশিথ্রবনি। মহাক্কী মমা কমদৌবমগনি ? মহাক অদুবু মশক মতৌ যাম্না ফজবী অমরা... ? মহাক্ মশা-মথক্তগী শক্তম্ ংেজরগা, মমাগী শক্তম অমা শাগৎচরম্মী। মথক্তা খঞ্জরম্মী, মহাক্কী মমা, অমবু ওইবসু অমবু ওইরবসু শোয়দনা ফজরমগনি। ফজবা হায়বসীমক্তবু ফজবীনা শোয়দনা পোকই। তৌইগুমসুং মহাক্কী মপা ...? মহাক অদুদি কমদৌরমগনি ? মখোয়-মখোয়গী মশক-মতৌনা কমদৌবা...?

মখোয়গী হিংননবগীদমক শিনফম পায়রমগদগে ?

ময়াম অসি খল্লা-খল্লা অমুকসু, মহাক্কী মপা অদুবু করম্বা সম্প্রদাইগী মীশক ওইরমগদগে হায়বা অসিমসু কন্না খল্লম্মী । মবমদি, চৎনবীনা জাত্ হায়বসী মপারোমদা হক্ পীনৈ । মমাবুদি অদুক লুনা খন্নদে । হিন্দু মত্রগা সুমলীম্..........?

অসীগুম্বা মখল কয়াগী ব্রাহং কয়া-কয়া মুন্নীবাই মশা মথন্তা হংজরম্মী । ব্রাহং কয়া অসি মথন্তা হংজবদা মহাক লেপ্পা লৈবমদে । পাওখুম্দি কনানা পীবীগনি? ব্রাহংশিং অসিমক্তা, মহাক্কী পুন্সি অমদি মহাক্তা লৈরিবা সমাজ অদুগী ওইনদি অদুক য়াম্না মকওইবমক্তী নৎলমদে । অদুবু মহাক ব্রাহংশিং অসিবুদি যাম্না তোয়না মথন্তা হংজবম্মী। মহাক্কী সমাজ অসিগী ওইনদি মমা-মপাগী, অচৌ-পিশক, ধর্ম্মগী সন্মান্ কবিসু নত্তে । মফম অদুদদি মশক-মতৌ ফজবী অমদি ইনখৎলকপী নহাওইবীতবু অখন্ননা সন্মান্ তৌই । থাঙ্গেশেংনমকসু মুন্নীবাই, চহী তরাতরেৎ চঙলকপা মতমদগীদি হাযনিংঙাই লৈতনা ফজববী, চাংদম্লীংঙাই লৈতবী, ইনখৎলকপগী, নীংথিবী খিবীক্লা তিল্লবী, শাওং-শাদাগা লোয়নবী অমা ওইবম্মী ।

মিহৌনফম নীংথিবী মাইথোং, মিতানফম ওইবী, ফজববী... ব্রাং-চাওববী থা- ! চেংলবী খ্বাঙ, ঙৌববী কুচু, ব্রাং-চাওববী, মীওই-মীতৌ চুঙ-ফিবাল চুম্বী শাবাল ! প্রকৃতিনা পুমহৈ-হৈজনবীববী মুন্নীবাইনি । মহাকপু 'হীবামগ্তী' খক্তগী নত্তনা, 'লাহোব' সহব পুম্নমক শীন-থুংনা, হার্যনিংঙাই লৈতনা নীংথিবী, ফজবী অমনি হায়না খঙনবম্মী । মমীংসু অদুক্কী মতীক চৎলম্মী । মহাকপু ফংবসু অদুক লুবা ওইবমদে । কনাগুম্বা মীওই অমনা হেক্তা ফংবা যাবম্মী । মহাক্তা হিংলিবদী মীয়াম্না মহাকপু ফংননবগীদমক হির্ংলিবনি । অদুম ওইনমক মহাকপু ফংননবগীদমক অব্রাংবা মমল পীবা তাই । মরমদি মদুনা মহাক্কী পুন্সি হিংননবগী শিনফম্নী, মহাক্কী মথৌনি ।

হীবামগ্তীগী মহারাণী মুন্নীবাইনা ব্রাফম অসিমদি যাবম্মী । মদুদি, মহাক মশামল্লা ঙৌবিবা থবক অসি, মহাক সুকপাম-পাল্লমদে । মহাক্তা তৌবিবা অদু মীওই খরনসু য়ানীংদে, অদুবু মদু অমা-অনিখক্তগী ব্রান । অদু মা যানীংদবদি তৌতমীংদবদি, তৌদনবদি মখোযনা করিগী হোৎনদে ? মখোয়সু উপাই লৈতবা ওইবম্বা য়াই । অদুনদি থবক অদু নত্তনদি মীয়ামগী, অদুক চাওবা সহব অদুদা মহাক্তা তৌগদবা, তৌবাঙম্বা অতৈ থবক্তী করিনো ? সমাজ অসিগী মীয়াম্নদি মহাকপু মদু তৌহল্লী, তৌহন্নীংই, করিগীদমক......... ?! মশা-মশাগী নুংঙাইনবগীদমক...!

ময়াম্না 'ইমা' হায়না কৌনবী অমনা কোঠে অদুগী ঙাক-শেনবীনি । মহাক্কী মথৌসু মুন্নীবাইবু ঙাক-শেনবনা মকনি । মবমদি মুন্নীবাই কোঠে অদুগী খ্বাইদগী মকওইবী চিংশিন্নবগী শক্তিনি । কোঠে অদুতগী নত্তনা লাহোর পুম্নমক্কী মিহৌন ফম্নী । 'ইমা' না

মুন্নীবাইবু য়াম্না লুনা-চান্না তৌই, থৌজালগা লোয়ননা য়াম্না নুংশিনা তৌবীরম্মী । কোঠে অদুদা মুন্নীবাইগা থারগা নুপীমচা তরামাথোই লৈরম্মী । মখোয়শিং অদুগী মরক্তা মুন্নীবাইনা খ্বাইদগী হেন্না ফজবী অমদি নহা ওইরিবীনি ।

ইমানা মুন্নীবাইবু অদুক্কী মতিক নুংশিনা, লুনা-চান্না তৌবীরম্মী । খণ্ডদে, মহাকপু নুংশিবীবা, লুনা-চন্না তৌবীরিবা অদুবু অশেংবমক্তা, তৌশিন্নরিবরা ? তৌইগুম্বসুং নুংশিরিবা অদুগী মরূওইবা মরমদি, মহাক্কী ইনকমগী মরূওইবা লম্বীদি মুন্নীবাইনি । অতে নুপীমচাশিংগা চাংদম্নবদা মুন্নীবাইগী মনাক্তা কন্তমর খ্বাইদগী হেন্না লাকই । লাহোরগী হীরামণ্ডীগী কোঠে পুম্নমক্তগী ইমাগী কোঠেদনা খ্বাইদগী মী চিন্নম্মী।

কোঠেদা লৈরিবা য়োংচৈ অদু মুন্নীবাইদা শীজিন্নদে । য়োংচৈ অদু অতে নুপীশিং অদুগীদমক শেম্বা ওইনা তৌরম্মী । অদুম ওইনমক মুন্নীবাইনা কাওত্তমদবা মতাং অনি - খক্তি লৈখ্রে । মদু মাগী পুন্সিদা খ্বাইদগী অৱাবনি ।

অমুকথক্কী থৌদোক মহাক নীংশিংলম্মী । মদু করিগুম্বা তাঞ্জা অমদগী হৌখ্রবা, কাওখ্রবা থৌদোকশিংগী ৱাহং খরা ইমাগী মফমদা হংবগী থৌনা লৈরুবদগীনি । নুমিৎ অদু ইমাগী মথবায় য়াম্না নুংঙাইনা উরম্মী । মতাং অদুদা মুন্নীবাইনা - "ইমা, ঐগী ইমা-ইপা কনানো ? ঐহাক্তা 'সিদা লৈরিবসী করিগীনো ? মফম অসীদা করম্না লাক্লীবনো ? ঐখোয়না তৌরিবা অসিবু করিগীদমক্তনো ?" হায়না হংলম্মী ।

খণ্ডহৌদনা ইমাগী মাইথোং অদু ইচপমুক ঙাংলম্মী । মহাক চেনখিদুনা মহাক্কী য়োংকী চৈ অদু লৌরুদুনা, মহাক্না খ্বাইদগী নুংশিজরবী মুন্নীবাইবু মিনুংশি য়াওদনা শা-ঙাগুম্না শাথীনা ফুবীরম্মী । মুন্নীবাই উপাই লৈজদনা অৱাবা চৈনা পুম্নমক খাণ্ডজরম্মী । ইমানা অদুক্কী মতীক শাথীনা ফুখ্রে । ফুনা-ফুনা চৈ-থাংলম্মী । - " নংগী অহানবা ৱাহংগী পাওখুম মসিনি লমশা, নংগী নমা-নপা কনানো হায়বা ঐ খণ্ডদে । নং সরক নালাদা তাদুনা লৈরম্বনি । কনানা হন্দোক্লম্বনো হায়বসু খণ্ডদে, নং লমজা- শরানি । ঐনা নংবু, মফম অদুদা কপ্তুনা তারম্বদগী খুল্লকপনি । মফম অদুদা, নাকল অমদা মন্দির লৈ, নাকল অমদা মসজীদ্ লৈ । মরক অদুদা নং লমজা-শরা ওইনা তাদুনা লৈরম্মী । খোঙনা অমদি গাড়ীনা সরক অদুদা মীওই কয়া-কয়া চংনরি। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা অমত্তগী মফমদা নংবু মীকুপ অমত্তং ফাওবসু য়েংনবগী থম্মোই পাল্লমদে । ঐহাকথক্তং মতম কয়া কুইনা নংবু য়েংদুনা লৈখি । কপ্লতনা শিবা তারে, খন্দুনা নংবু, ঐনা মফম অদুদগী লৌখত্তুনা পমখৎলম্মী । নংবু থেমদুনা, খোল্লাং ইন্দুনা ঐনা য়োক্লকখিবনি । ঐগী লাইবক থীবা নংগী নরায়বক ফবদগী, ঐহাক লম্বী অদুদা চৎলম্বনি । শাথীনা ইংখ্রবা নিংথমথাগী অয়ুক অদুদা নহাকপু উরুবদা ঐগী থম্মোইদা মিনুংশি অমদি থৌজাল পোক্লুরে। মফম অদুদগী নংবু পমদুনা হিনা কোনশিন্দুনা পুরকখিবনি । নালা অদুদগী,

নংনা হৌজিক লৈরিবা অসিদা য়ৌরকখি । নত্রবদি নং কপ্পতদা অমদি ইংবগনা অদুম শিরগদবনি । ঐনা নংবু নুংশিরুরিবা করিগীনো খঙদে । মতম অদুদা ঐহাক ঈশামকসু চরা হেল্লগ্নীবনি । চরা হেল্লিবী ঐনা নংবু করি পীজ-পীথক্কুনা য়োক-থাকদৌরিবনো ?

নংগী নমা-নপা, মখোয় অদু তুম্না মাঙবা ওইসনু । মখোয় ওইনীংবা অমা ওইসনু, নং মন্দির অমদি মসজীদ অনিগী মরক্তা হুন্দোক্লগ্নি । নং হিন্দুরা, মুসলিমলা হায়বা ঐসু লেপ্পা ঙমদে । নংগী নমা-নপা হিন্দুরা, মুসলীম্লা কনানা খঙগনি ? মখোয়তনা খঙলমগনি । মদুগী খঙনবা, খঙবা য়াবা খুদম অমত্তসু লৈরমদে । খুদম হায়ববু মন্দির অমদি মসজীদ্কী মরক্তা ইংখ্রবা নীংথমথাগী মতম অদুদা নংবু শিজরসনু হায়না হুন্দোক্লগ্নীবা অদুনা মখোয়গী ধর্ম্ম ওইবা তাই । নহাকপু হিন্দুগী মিং থোনগদরা, মুসল্মান্গী মিং থোনগদরা... ? মবম অদুনা ঐহাক্না নংবু হিন্দুনসু, মুসল্মান্নসু কৌনবা, ইয়া-য়াবা মিং অসী থোল্লিবনি ।

নংনসু খঙলীবা, উরিবা অদুনি । ঐখোয়গী মিংশিং অসীনবু করি কান্নবগে ? মিংগী আর্থগা, মীগী লমচৎ-শাজৎকবু করিবু-করি মরী লৈনৈ ? ঐখোয় দিব্বালিদা থাওমৈ থাল্লি । লক্ষ্মী, গনেশকী, অদুক্কী মতিক থব্বায়-য়াওনা, শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পুজা তৌই । হিন্দুশিংনা তৌবগুম ঐখোযসু তৌরিবদুনি । অদুগা অমুক রম্জান্ থাদা মফম অসিগী মীয়াম্না থা অমা চুপ্পা 'রোজা' তৌই । ঐখোয়সু মদু পুন্নমক তৌরি । 'ইদ্' 'মহরম্' ঐখোয়সু পাঙথোক্লী । মসীদবু করি কায়বগে ? নংনা হিন্দু ওইবা নত্রগা মুসল্মান্ ওইবগী করি দবকারনো ? শেংনা হায়রবদা, জাত্শিং অসিদগীদি নংনা হেন্না ফরবনি । হীরম খুদিংমক নহাক্কী নফমদা পুন্না অমদি শুনা যাওরবনি । মরমদি নংগী নফমদদি ধর্ম্ম, মজহব্ অনিমক্কী চৎনরোল ঐনা তম্বীরবনি । ঐখোয়দা ধর্ম্ম, মজহব্কী দরকার করিনো ? ঐখোয়গীদি হিংননবা হোৎনবা অসিনা ধর্ম্মনি, মজহব্নি । হিংননবা হোৎনবনা ধর্ম্ম, মজহব্ তগী হেন্না লুই ।"

"মাইথোং অমদি হকচাংগী মওং অদুনা ইমা, মশানা মহাক অহল ওইরে হায়বা খঙজরম্মী । মাইথোংদা চহীগী মমি তাররে । অদুমকপু মহাক অদুক শাথীনা অহলমক্তি ওইদ্রি । মহাক্কী মতম অমগী খোইমুশিংসু মহাক্কী নাপদা করিগুম্বদা ঙংলরি । অদুম ওইনমক খোইমুগী হৌনশা লৈনম অমদি লৈহী চেনবী পোমশাৎনবী লৈরাংদা কাইদোংবদি খোইমুগী শাজৎনি । মহাক মশাগী চহী য়াংখৈ তানখৎলক্কবনিনা, মশানা হিংলিবা পুন্সি করম্না লেনগনি খন্দুনা লম্বী শেম্বা ওইরমগনি । মশানা-মশাবু অহল ওইরে খল্লকপা, মশানা অহল ওইনা উজবকপা...! মসীদগী হেন্না হনুবা অমদি ব্রাবা অসীবু অতৈ করি অমুক লৈরমখিগদগে ? খন্দুনা য়েংউ ইবুংঙো, নহাক নশানা নশাবু অহল ওইরে হায়না খল্লবদি নহাক করি ওইগনি ? অমদি মতাং অদুদা নহাক করি তৌগনি ?"

অহল অদুগী ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা হংলক্কীবা ব্রাহং অদুদা ঐহাক খোইদোকপা

পাওখুমর্দি পীরুদ্রে । অদুমকপু ঐহাক অহল অদুদা মুন্না য়েংলগা করিগুম্বা ব্লাখল খরদি ফাওরম্মী। ঐনা ব্রা ঙাংদ্রবদা..., মহাক্না মখা তারকই ।

"ইমানা, মহাক্কী অতে ব্রাহংশিংগী পাওখুম পীননবা ব্রাখল খল্লীবরা ? ফুরম্বসু, ব্রা ঙাংলম্বসু লেপখিরম্মী ।"অদুদগী হায়রকই - "নংগী অনিশুবা ব্রাহংগী পাওখুমসু অহানবগী পাওখুমগা লোয়ননা ফংলরিগনি ? নং খঙলম্লগনিনে ? নংনা অতোপ্পা মফমদা লৈতদুনা, মফম অসিদা লৈররিবা ? অদুগা নংগী অহুমশুবা ব্রাহংগী পাওখুম... । মসিগী পাওখুম্না অমুক্কা হেন্না লায়খ্রে । চাদবা য়াব্রা, শেত্তবা য়াব্রা ? য়ুম লৈতনা লমহাংদা লৈগদ্রা ? নংনা হংলি 'মফম অসিদা তৌরিবা পুম্নমক অসী, মদুননি নখোয়না অয়ুক-নুংথিলদা শেংলীবা, চারীবা কেরিবা, করিগী তৌরিবনো ? হায়না ...! নংনা নুমিদাংদা তাল্লিবা শেল অদুনা..., হিংবা তারবদি চাদবা য়াদে । চাননবা করিনো-করিনো খরদি চঙই নত্রা ? অদুননি পুম্নমক অসী... ।"

অসুম্না মুন্নীবাইদা ঙাংবা য়াবমখৈ ঙাংলম্লগা, ইমা মথন্তা কাদা থোঙ লোনশি-ন্দুনা কুইনা লৈখিরম্মী । নুপীমচা অমনা ইমাগীকাদা চাক পুদুনা চঙলুবদা - "ঐহাক চাক চানীংদ্রে ।" হায়দুনা থোঙ হাংউ হায়বা য়ারমদ্রে ।

অহীং অদু মুন্নীবাহ তুম্বসু য়াবমদে, চাকসু চাদ্রে । ফম্মুংদা য়াওন্দুনা লেল্লম্মী। মহাক মনঙ্গল অদুসু য়াতাবা য়ারমদে । মনঙ্গল অদুদা য়োৎচৈনা হন্না-হন্না ক্লনখিবনি। হৌজিক্ফাওবা মনঙ্গলদা শাথীনা চীক্লম্মী । মহাক্না খল্লকখি - "মতম অসীদা কবিগুম্বা মহাক্কী মমা-মপা লৈরম্বা ওইরবদি অসুম্না ওইরম্লোইকো । অমুকসু খল্লকই - "চুম্মী" অসুক চাওখ্রবা সহর অসীদা শুফম-চৎফম লৈতদুনা চাবা ফংদনা, উখোং-ব্রাখোংদা য়ারেকপা, রেলব্রে ষ্টেসন্দা, ফুটপাথতা লৈরিবা চাক্কী-ফিনিবা ময়াম... । ঐখোযদি অমরোমদা রাণীগুম্না লৈরি । মতাং অসিদা করিগুম্বা কনাগুম্বা গ্রাহক্ লাক্লবদি কমদৌগনি ? মসীনা মহাক্কী কবম্বা ব্রাখল...?"

মহাকপু গ্রাহক্ খুদিংমক্না হেক উবদা অপাম্বা পোক্লীবনি । অখঙবশিংনসু মহাকপু খ্বাইদগী অহানবা অপাম্বনি । মাগীদমক মফম অসীদা লাক্লরিবনি । গ্রাহক্কী অপাম্বা থুংহনদবা, মখোযনা হায়বা য়াদবা হায়বসীমক, মসীগী আর্থ মতম পুম্নমক্কী ওইনা মখোয়গী শাওননবগী মরম্লী । অদুগী মথক্তা হীরামণ্ডীদা অতোপ-অতোপ্পা কোঠা কয়াসু লৈরিবনি । কোঠা শিং অসী অমগা-অমগা ক্রক-ক্রক য়েংশিন্নরিবনি । অদুগা মুন্নীবাইগী মফমদদি গ্রাহক্পু শাওহনবা অমদি মখোয়বু অমুক হন্না লাকহন্দবা হায়বা অসীমদি কৈদৌঙৈদসু ওইখিদ্রি । ওইসু ওইহল্লোই । অদুগা কনাগুম্বা শিনফম অসিগী নুপী অমত্তনা গ্রাহকপু শাওহনবা হায়বসী হৌনদে । তশেংনা হায়রবদা মখোয়না নহা ওইরিবমখৈদি অদুক্কী মতিক গ্রাহকশিংবু হরাওহন্দুনা য়ারিবমখৈ শেল তানবা হায়বসীনি । নহা

ওইরিমখৈদি নুমীৎ-থাগুম ঙাঁনবনি । নুমীৎতি অমুক তাপ্লবসু মথংগী অয়ুক্তা মশাগী মঙালগা লোয়ননা অমুক হন্না থোরকই । অদুবু নহাগী মতমদি...! অহলবু ওইপ্লবদি কৈদৌঙৈদসু অমুক হল্লকপা, নহা ওইরকপা লৈত্রে ।

মুন্নীবাই, ব্রাফমশিং অসিমক অমদি শিনফম অসীবু মহাক্কী থম্মোইনদি তশেংনা তুক্কচরম্মী । ইমানা হায়রিবা, মহাক্লা নুমিদাং শেল তাল্লিবমখৈ, অয়ুক নুংথিলদা শেংন-চাননবা ফংগনি । মুন্নীবাইসু, মতমগী খোঙচৎ, মহাক্কী পনখৈ লৈ হায়বা খঙলম্মী । মতম অদু শোয়দনা লাক্কনি । মতম অদুদা শেল তানবা ফংলরোই । মতাং অদুদা করি ওইগনি ? করি চাগনি ? খনবদা মল্লম্মী ।

মুন্নীবাই, মহাক্কী হকচাং, মনঙ্গল, মশাগী অনাবা অমদি থম্মোইনুংগী মৈচাক খাঙবা লাক্লরম্মী । মহাক তপ্লা হৌগত্তুনা লাইট্ ওফ্ তৌরম্মী । মহাক্কী তুংগী অমম্বা সংসার অদুগা, কা অদুগী অমম্বগা তিন্নখিরম্মী । খন্ন-খন্না অমুক হীপ্তুনা ব্রাখল তৌরম্মী। মদুগী মমাঙদা নোংমা, মহাকপু পুক্নিগী অহানবা ওইনা, কস্তমরগী মফমদা, লাম্হোক্ল-বগীদমক শিন্নবা মতমদা, মহাক্লা য়াদবগীদমক শাথীনা ফুখি । মহাকপু শা-ষণ্গুম্না শাথীনা ফুরবা মতুংদা, থোঙ লোনশিন্দুনা করিমতা পীজ-পীথক্তুনা থম্বীখি । তাঞ্জা য়েংদুনা মহাক্লা মফম অদুদগী নাম্হোক্তুনা চেন্ননবা হোৎনরুবগীদমক মুন্নীবাইবু মফি-মরোল অমত্তা য়াওহন্দনা, য়োৎহীং-ফলাং চন্দুনা নুমীৎ মঙানিচুপ্পা ফু-চৈদুনা লাক্লবীরম্মী । মাবু লাক্লবা অদু অতৈ নুপীশিংবু য়েংহন্দুনা, মখোয় অতৈবুসু কিহল্লম্মী । মফম অদুগী ওইনদি নুপীশিংদা মদুনা অচৌবা পারা অমনি । মমৈথংদদি উপাই লৈজদ্রবী মুন্নীবাই ইমাগী য়াথং ইনবা তারম্মী।

মতাং অদুদা খঙহৌদনা মহাক্কী কাগী থোঙ অদু তপ্লা হাংদোরকপগুম খল্লম্মী। কাদা কনাগুম্বা হুরানবনা লোন্না চঙলকপগুম খল্লম্মী । তৌইগুম্বসুং কনা ওইরমগদগে... ? হুরানবরনে ? কা অসীদবু হুরানবনা হুবা য়াবা করি করম্বা পোৎশকপু লৈরিবগে, মহাক্লা করিবু হুরানগদগে ? নুপী ওইবীগী মফমদা, তশেংনমক খ্বাইদগী মরুওইবা লুনা থমজবা পোৎশক অমা লৈজরম্বা অদুসু...! মদুসু সমাজ অসীগী মখল কয়াগী মীওইশিংনা য়াম্না মাঙজৌননা লুট্ তৌবীখরে । হৌজিক্তি মহাক্কী মফমদগী হুরানবনা পামগদবা করিগুম্বা অমত্তসু লৈত্রে । হুরানখিনি হায়না পাম্মুবা য়াবসু লৈত্রে । মহাক্কী মশাদা সনাগী লীক-কোল, লৈত্তেং খরা য়াওরীবা অদুগীদি করিমতসু খল্লুবা অমদি পাম্মুবা লৈত্রে ।

অদুবু মহাক য়াম্না থুনমক খোঙথাং মখোল অদু হান্ননা খঙপ্লবগুম তৌরম্মী । পুন্নমক অদু খঙদুনসু মুন্নীবাই মহাক্কী ফম্মুংদগী লেঙবা ফাওবা লেঙলমদে । মমীৎ অনিমক চেজেৎ উইশিন্দুনা পিরাং মরীক খরা শীন্থদুনা, পুক্নিগী অমদি থম্মোইগী চৈনা খাঙবা লাক্লরম্মী । মহাক তুম্মীন্না ফম্মুং অদুদা তুম্বক তাশিন্দুনা তাদুনা লৈরম্মী । কনাগুমবা

অমা মহাক্কী ফম্মুং মনাক্তা চঙশল্লক্লুনা লেপ্লরে । ঙহাক লেপ্লগা মহাক্কী লুখুম ওইরপ্লা ফম্মুং মচিদা ফমথরক্লম্মী । কল্লবা খুং অনিনা মহাক্কী মায়কৈদা তিংথোক্লম্মী । খুং অদুনা তপ্লা-তপ্লা ব্লাউজগী কুন্দাম লৌথোক্লম্মী । অদুদগী মহাক্কী মশাদগী ফি-রোল লৌথোকপীরম্মী । অদুগী মতুংদা মুন্নীবাইগী অশোকপা মফমশিং অদুদা তপ্লা-তপ্লা নাল্লদুনা হীদাক তৈবীরম্মী । মীকুপ খরা মহাক মমীৎ উইশিন্দুনা লৈরুরবা মতুংদা মুন্নীবাইনা মঙ-হাগুম্না, মহাক্কী অশোকপা মফমশিংদা কনানো অমনা হীদাক তৈবীবি হায়বা ভাব্ তরক্লম্মী । হীদাক্কী মনমদা চন্দন্ থাওগী মনম্না কা অদু শীন-থুংনা শন্দোক্লম্মী ।

মতাং অদুদা মহাক্কী মশাদা চীক্লম্বা-শারম্বা চৈনা অদু হনখিদুনা অইংবা অমা ফাওরক্লম্মী । মহাক হীপলম্বদগী হৌগত্তুনা ইমাগী মথাদা মমায় উপশীন্দুনা, ইমাগী মঙকশমদা কোল্লম্মী । ইমানসু মহাকপু চেৎনা কোনশিন্দুনা নুংশিনা মশা পুম্বা থুংনা নানবীরম্মী । মহাক্তি হীক্লা-হীক্লা কপ্লম্মী ।

মতম কয়া হৌখ্রে । ইমাগী কোঠাদা লাকপা কস্তমবগী মশীং নোংমা-নোংমগী হেনগৎলক্লম্মী । হীরামণ্ডীগী অতে কৌঠাশিংগা চাংদম্নরবদি অঙকপা ফংনা মী য়ামখ্রে। গ্রাহক খুদীংমক মুন্নীবাইগী আশাদা লাক্লবা ঙাক্তনি । মহাক্লসু মহাক্লা হেক ঙমজবমখৈ গ্রাহকশিংগী মনীং থুংজনবা অমদি নীংবা কায়হন্দনবা কন্নাহোৎনরম্মী । মুন্নীবাইগী "মুজরা" অমদি মহাক্কী খোযথুম্নববী খোঞ্জেলগী ঈশৈগী সুরদা ঙাওদবা কনা লৈগদগে ? মদুঙাক্লী, মফম অদুদা ওইরিবা .... !

মুন্নীবাইগী থম্মোইনদি শিনফম অসিবু পামদবতা নত্তনা তশেংনা তুক্কচরম্মী । তৌইগুম্বসুং উপাইদি লৈজরমদে । অদুগা অমুকসু হিংদবসু য়াদে । অদুগীসু মথক্তা মহাক্কী মীপুম খুদীংবু পেলহনবগী স্বভাব্কা, হিংননবগী লম্বীগনা পুন্দুনা, তুক্কচবা, তাথী-তাওইবা হায়বা অসিমদি মহাক্কী মফমদদি শুকলৈমক-লৈবমদে । মসীমক্লসু মবম ওইদুনা মীয়াম্না মহাকপু তান্নরম্মী । পুন্নমক অসীনা মহাক্কী থম্মোইদা শাগৎচবা কবিগুম্বা মীওইবগী চৎনরোল, সমাজগী নিয়মগী আশা অদুবুদি নুং-পান তূনা পুমতেই-তোইনা থুগায়বীরম্মী ।

মতম অয়াম্বদা, মহাক মশাবু মশানা কা মনুংদা থোঙ লোনশীন্দুনা ব্রাখল খন্দুনতা লৈবম্মী । মীকুপ খুদীং অচীকপদা লৈনীংলম্মী । মতম কৌবী লাইবেম্বীগী থৌজালদা মশাবুসু থাদোক্লম্মী । অদু নত্তনদি কবি উপাইদি লৈরি ? গ্রাহক খরদি মঙোন্দা শাথীরবা লমচৎ-ব্যবহাব চৎপসু য়াওরম্মী । পুন্নমক অদু মহাক্লা তুম্মীন্না থাঙলম্মী । মতমগী খোঙচৎনা মহাক মশাবু মখল খুদীংগী ব্যবহাব, লমচৎ-শাজৎকা মায়োক্লনবা প্রকৃতিনা শেম্বীরম্বগুম্মী । তৌইগুম্বসুং মহাক্কী আত্মাদি মতম লৈবাখিবীত্তা ঙৌদুনা ফৃৎ-ফৃৎ চোংলম্মী । অহীং খুদীং তুমদনা ব্রাখল খন্দুনা লৈবনা মরম ওইদুনা মুন্নীবাই, থম্মোইগা কোন্ননা হক্চাংসু চোকথরম্মী । নুংথিলগী মতমদদি মহাক পুরা মতম হাঙলম্মী । অসীগুম্বা অহাঙবা মতম অসীদদি মখল-মথেলগী ব্রাখলদা

লুপ্তুনা লেল্লম্মী । ওইররোইদবা আশাসু শাগৎচরম্মী ।

মতম অয়াম্বদা, মহাক্কী কস্তুমর অনিখক্কী মরমদা খল্লম্মী । মখোয় অনিমক মহাকপু তশেংনা থম্মোই য়াওনা নুংশি হায়না মখোয়না চেৎনা হায়রম্মী । মখোয় অনি অদু-মহাক্কী মনাক্তা তোঙান-তোঙানবা মতমশিংদা লাকই । তৌইগুম্বসুং মখোয় অনিগী ব্রারোলদি, অমত্তা ওইবগুম চপ মান্নরম্মী । মদুবু থম্মোইগী ওইবা নুংশিবা হায়বা অদুরনে ? হোয় মখোয় নুংশিবগীদমক লাকপনি । অদুগা থৌদৌদি, ব্রাফমদি তুক্কচবগী মশক্কী । মুন্নীবাইনা চোকথরদুনা ফম্মুংদা হীপুনা পোৎথাবা মতমদদি মহাক্কী থম্মোইদা, অনিমক অদুবু মহাক তুক্কচবা পোক্লম্মী । মরমদি মখোয়না নুংশিবগীদমক থম্মোইদা নুংশি কাইহৌরবগী মতুংদা মখোয অনিমক্লা, তুক্কচরবা ব্রাফম অদুদা হেক্তা তারক্লম্মী । মদুবু নুংশিবা হায়বা অদুরা....? নত্রগা মশাগী ঈখৌলাংবা কোক্লবরা ?

রাজকমলগী চহী কুনমঙাগুম্বা ওইরম্লগনি । নুপা অমা ওইবগীহৌনবা মতৌ পুম-মক মহাক্কী মফমদা অমত্তা ব্রাত্তনা, শুনা লৈরম্মী । মহাক ময়ুম-মকৈ পাল্লবা মীওই অমনি । মহাক্কী নুপী অদু মশক-মতৌসু ফজে, অদুগা অদুক্কী মতীক ইনাক খুল্লম্মী। মহাক্কী নুপীগী মতেং নৎলমদ্রবদি মহাক লম্বীগী চাক্লীবা ওইবম্বসু য়াই । মহাক ইনাকখুনবা হায়বদু ওইরে । মহাক্লা, মাগী প্রেম্ অদু মুন্নীবাই অমদি মহাক্কী নুপী, অনিগী মফমদা য়েন্নরম্মী। মবম অদুনা মুন্নীবাইবু মহাক্লা নুংশিবা, প্রেম্গী মওংদা মশাবু তশেংনা কখোকপা ঙম্লমদে। মহাক্কী ইন্দ্রিগী অপেনবা থিবগী মতাংদা মশাগী অশোনবা, অশোয়বা পুম্লমক অদু কুপশীন্ননবগীদমক মখল-মথেলগী ব্রারীনা কোকহল্লম্মী । মদুমক নুপা ওইবগী হৌনবীরা?

মহাক্লা চীরোলগী মওংনা নম্লা, অয়াম্বা মতমদা মুন্নীবাইবু য়াম্লা নুংশিবা অমদি মিনুংশিগা লোয়ননা- " মুন্নীবাই, মওং তাদবা মুসলমানশিং অসিনা কৈদৌঙৈদসু ঐখোয়গী ইতেং পাংবগী ব্রা লৈতে । করিগুম্বদা শোয়খিদুনা, নোংমা ফাদোক ঐখোয়গী ইতেং পাংলবদি মখোয শিরগদৌবগুম্লা খল্লী । মখোয়না 'নং-ঐগুম্বা হিন্দুশিংবু লম্লানবনি, মীতোপ্পী হায়না লৌই । নোংমা নত্রগা নাংমদি মুসলীম নত্তবা মীওইশিংবু লোইনা তাম্বোক্তুনা, মুসলীম্ দেশ, ইসলামী মজহবী দেশ অমা শেমগনি হায়না আশা তৌরি । মখোয়শিং অসিনা নং-ঐগুম্বা হিন্দুশিংবু য়াম্লা তাথী । হিন্দুশিংবু য়েক্লবা ওইনা লৌই ।" হায়রক্লম্মী ।

মুন্নীবাইনা মরক থত্তুনা "লম্লানবা, হিন্দু, মুসলীম ! ঐ অমদি নং '? মসীবু করি হায়রিবনো ? নংগী অসী করি মতলব্নো ? নং করম্লা খঙলীবনো, অদুগা ঐহাকপু মুসলমান নত্তে করম্লা....? অদুগা-অদুগা করিগুম্বা ঐহাক অসী মুসল্মান্ ওইরবদি নং করি তৌবা তাবগে ? ঐবু তুক্কচগদরা.... ?" হায়না হংলম্মী ।

"মদু ওইখোক্তবনি । লাহোরগী মনুংদা, নংগুম্লা নীংথিবী, ফজবী, কয়ানা

তিনবী...' শক্তম অসিদি হিন্দুশিংগী মনক্তা থক্তা ওইগদবনি। পঞ্জাবকী রাজপুত নীংথৌ ওইগদবনি, নত্তনা নং কবম্মা মুসলিম্ ওইগদগে ? অতৈ হিন্দু নত্তবা মুসলিমগী মনক্তদি ওইথোক্কনি। মখোযশিং অসী থম্মোইদা পীক্লা ? নংগুম্মা পুকচেল চাওবা অমনা মুসলমান... ?" হায়না যাম্মা কয়া মশাগী অচেৎপা থাজবগা লোয়নননা, মহাক্কী বাফম অদুনা অবেপ্পনা হায়বা উৎনবা হোৎনবম্মী।

রাজকমলগী শীংতনবগা লোয়নননা অশাওবা মথৌ অদুদা মুন্নীবাই ইথুক ঙক্লম্মী। মহাক্না " অদুমকপু নহাক খল্লু। ঐহাক অসী মুসলীম ইমা ইপানা পোকপনি হায়না লৌনসী ? অদু ওইনবদি নং ঐবু নুংশিনবোইদ্রা ? নং ঐবু থাদোক্কগাদ্রা ?" হায়না রাজকমলদা মৃত্যু যেংলদুনা হংলম্মী।

"অদুগুম্মা অপঙবা মানবা বাফম অদু তৌক্লা। ঐ নংবু হায়বানঙাই লৈতনা নুংশিবনি। নংগী শুফকৎনবগী মশক ওইবনা শাওং শাবাল শত্তম অসিমক হিন্দুশিংখক্তদা ওইফম থোকপনি। মবম অদুনা ঐনা নংবু তশেংনা নুংশিবনি। ঐনা হায়রিবা অসী থাজশেংবনি। চামদা চামা অচুম্বনি নং অশেংবা হিন্দুনি"।

"রাজ, নং ঐথেগি থম্মোইদা শেংনা হায়য়ু। মীকুপ অমত্তংগী ওইনা, মুসলীম্ দেশ ওইরে হায়না খল্লুসি। অদুগা ঐবু হিন্দুনি হায়দুনা দেশতগী তাক্ত্থোক্কে হায়না লৌবাগা। অদুগা নংবুসু শোযদনা তাক্ত্থোক্কগনি। অদু ওইনবদি, মতম অদুদা নং ঐবু চাইনমগদ্রা ?" বাফম অসী মুন্নীবাইনা রাজকমলদা হংলম্মী।

"মুন্নীবাই, কান্নদবা বাহং অদু কাবগী হংলিনবনো ?" হায়না রাজকমলনা শীংনবগুম মখা তানকই " ঐখোয় অনিবু থম্মোইদগী অমাদি পঞ্জাব, লাহোর হায়বা ঐগী ইযুম অসিদগী ঐখোযবু কাযনহনবা, তাক্ত্থোকপা.. ' কনাগী মতীক মথৌনা লৈবগে ? লাহোর সহর অদুগা অথয়না হীবামঙাই অসিদা মুসলমানশিংগী হক লৈবদি, ঐখোয় হিন্দুশিংগীসু কাবগী হক লৈবোই ? কনা অমত্তনাসু ঐখোযবু ঐখোয়গী সহরদগী তাক্ত্থোকপগী মতীক লৈতে।" মহাক মীকুপ খরা তুম্মাইনা লৈকনগা "মুসলীমনা মশাং হৈয়া যান্না মনম্মা, কাবগুম্না মদু ওইরে হায়না খল্লুসি, ওইদবদি ওইসনু, ঈশ্বরনাসু ভাকপাগনি। মতম অদুদসু ঐহাক নংবু থক থাদোক্লোই। ঐ লুহোংলবা, নুপী লৈববনি। অদু ওইববসু ঐনা হিংলমখৈদি, ঐগী থবায়না লৌববমখৈদি ঐখোযব কনানাসু কাযনহনবা ঙম্লোই। মসী ঐগী অচেৎপা ৱাশক্নী অদুগা নুংসু ঐবু থাজফম থোকই।" হায়না হায়বদি হায়বক্লম্মী।

মুন্নীবাইনা রাফম অদু মতাং অদুদা "নং, নহাক্কী ইনাকখুনবী নুপী অদুদি কমদৌগনি ? নং অমুক নৌনা ঐবু লুহোংবদি ঙম্লোই। মবমদি মদুম্মা তৌবা হাববদি মদু মী হাৎপদগী তাবা অপরাধদি নত্তে।" হায়বম্মী। বাফম অদু যৌবকপদদি রাজকমল অদু, মুন্নীবাইগী কাদগী তৌফম খঙদনা হেক হৌগৎলম্মী। চৎলমদাইদা মহাক্না "কাবগুম্না

মতাং অদু লাক্লবদি ঐহাক পল পুম্নমক অদু লাম্থোকপা ঙমগনি । নহাক্কীদমক ঐ থৌরাং তৌদনা লৈ ।" হায়বর্বুদি হায়বম্মী ।

মুন্নাবাইগী অতোপ্পা প্রেমি অমনা জফবখাঁনি । মহাকসু চঠা কনমলি মঙাগী মাশক্লা । মশানা মশাবু অশেংবা পঠান্নি হায়না হায়জবম্মী । মহাক্লা "মুন্নাবাই, ঙাসি, নহাক অসী ঐহাক ইতোমতগীদি নত্তে । মবমদি নহাক- তরাযর্ফনি । জগোই- ঈশৈনা নহাক্কী শিনফম্না । মবম অদুনা অচৌ অশাং, ইনাক-কৈবাকখুনবশিংগী মচা-মশু, কাফিব হিন্দুশিংসু লাকই । ঐবু নংনা শুম্মাংপগুম, মখোযবুসু নহাক্লা শুম্মাংলি । তৌইগুম্বসুং ঐহাক মুসলমানশিংগী মজহবী 'মুল্ক' (দেশ) অমা শেমদুনা তোঙানবা 'মুল্ক' অমা ওইনা লৈননবা হোৎনবা অসীনা মহৈ যান্দুনা , মহম্মদ আলিজীন্নাগী বাফম হেক মঙফাওনবদা... ! কাফব হিন্দুশিং পুম্নমক অসীবু লোইনমক তাম্থোক্লনি । মুসলীম্ মুল্ক, মজহবীদেশ অমা ওইহনগনি । মতম অদুদা মখোয লোইনমক নঙোন্দগী লাপথোকহনগনি । মখোয নংবু থাদোক্লমদুনা মথবায খুবাক্তা হাপ্তুনা চেন্নাখিগনি । মতম অদদা মুন্নীবাই নহাক অসী জফবখাঁ পঠানখেক্তগী ওইবগদবনি ।" হায়বা বাফম অসী মহাক্লা যাম্না তোযনা হায়বম্মী ।

মুন্নীবাইনা বাজকমলদা হংবা ব্লাহং অদুমক জফবখাঁদসু হংলম্মী । অদুগা মদুগী পাওখুমসু, হিদায়াবিবা লেংমায়বশিংগী মতৌ অদুমক্লী । "মুন্নীবাই ঐহাক নংবু তশেংনা নুংশি । নহাক অসী অদুক্কী মতীক ফজবী, ভৌবোক ভৌবী, চুঙ ফিবাল চন্নী হীবনি । অসীগুম্না ফজবী নুপী অসি মুসলমানখেক্তদা ওইফম থোকই । কাফব হিন্দুশিংগী মবক্তা অসুক ফজবী ওইথোক্তবনি ।"

বাজকমল অমসুং জফবখাঁ অনিমক মখোয মখোযগী বাফমশিং অদুনা অবেপ্পনি, অচুম্বনি হায়না চেৎনা থাজবম্মী । লোযননা মদুমক অশেংবনি হাযবা অদুগী অশেংবা উৎনানবসু কন্না হোৎনবম্মী । তৌইগুম্বসুং মখোয মখোযগী অবেপ্পা থাজবশিং অদুগী অচুম্না মবম কাবিনো হাযবদি মখোয কনাসু খঙলা ঙমদে । অশেংবা অবেপ্পা প্রমান্ পীনানবা খুদমদি অমত্তসু লৈবমদে । মা মানা নীংবা রাখল অদখক্তনা মখোযগী অচুম্বনি । মসীবনে মাওইবগী অবেপ্পা অচুম্ববু... '

মুন্নীবাইনা "ফবে, নহাক্কী মুসলীম্ লৈবাক্কী মঙলান অদু মঙফাওনবে হাযনা খল্লসি । অদুগা মসীমসু খল্ল, ঐ অসী হিন্দু নুপী অমনি হাযনা লৌবসি । অদু ওইবদি মতাং অদদা নহাক ঐবু হাৎকদ্রা, তানথোকদ্রা, কাব তৌগনি '" হংলম্মী ।

জফবখাঁনা মীকুপ খবা মুন্নীবাইবু মুন্না যেংলুবগা "অল্লাহনা মদু ওইদবা ওইহনবাসনি । নহাক মুসলীম্ নত্তবা জাত ওইবম্লবা, মদু কাবগুম্বা ঐহাক্লা খঙলক্লবা। অদু ওইববদি, ঐহাক্লা নংবু নংগী ধর্ম্ম অদু হোংদোকহল্লগা, মুসলীম্ মজহবকী

মতুংইন্না নংবু 'নিকাহ' শোনগনি ।" হায়রকই ।

রাজকমল, তশেংনমক মহাক্কী নুপীগী মরলগী মপান্না নুংঙাইরিবনি । চান-থক্লবা ফাওবা নুপীগী মরল, অউনপোত্তগী নুংঙাইখিবনি । তশেংনমক অসীগুম্বা মওংগী অরেম্বা খরচ অসী তৌননবগী মহাক্কী হক লৈতবমক্লী । অমরোমদা জফরখাঁ অমদি মহাক্কী নুপীদি তশেংনা লায়রে । মুন্নীবাইগী শুঙ্কাৎনবগী মশক ওইবা শক্তম, মাগী কজবী, নীংথিবীদা লুপ্তুনা, জফরখাঁনা মহাক্কা অহীং লেনমীন্ননবা হোৎনরম্মী। মুজরা অমদি ঈশৈগী খরচসু তৌরম্মী । শেলগীদমক নত্তবা উপাই কয়াসু তৌরম্বা য়াই । মদুগীদমক মহাক মতম অয়াম্বদা অকিবনসু থল্লম্মী । মহাকপু হূরানবগী মবালদা ফাখিগদরা হায়বগী চিংনবা কয়াসু জফরখাঁ মশাদা লৈরম্মী ।

মুন্নীবাইনা-"জফরখাঁ, নং থম্মোইশেংনা হায়য়ু । করিগুম্বা ঐ অসী হিন্দুনি হায়বা হৌজিক খঙবা তারবদি, নংগী থম্মোইনা ঐবু নুংশিবা অমদি অপাম্বা অসি হল্লুগদ্রা ? নংনা হিন্দুদি কাফিরনি হায়বি । ঐ ঈশামক্তী, ঐ অসী হিন্দুরা-মুসলীম্লা হায়বা তশেংনা খঙদে । ঐহাক অসী মন্দির অমদি মসজীদ অনিগী মবক্কী সরক্তাতাদুনা লৈবম্বদগী থেংনবনি হায় । মসীনা তাকপদি ঐহাক অসী তংখায় অমা হিন্দু, তংখাই অমা মুসল্মান্নি । অমরোমদনা ঐহাক মী অমনি ।" হায়রম্মী ।

" মদু কদাইদগী ওইবা য়াগদগে ? কনাগুম্বা মীশক অমত্তসু হিন্দু তংখাই, মুস্লমান্ তংখাই ওইদে । হিন্দু নুপী কয়া মুসলীম্না লৌরগা পোকপা মচাশিং পুম্নমক মুসাল্মান্ ঙাক্তনি । হিন্দু নুপী কয়া মুস্লমাল্না লৌই । ঐখোয়গী মুসল্মান্ নুপী হিন্দুনা লৌবা য়াদে । লৌরবসু মখোয়না পোকপা মচা অমত্তা হিন্দু তংখাই, মুসল্মান্ তংখাই ওইবা য়ারোই । ঐহাক্কী লু-তোং, শরুফাওবনা নংবু মুসল্মান্নি হায়না থাজে।" ব্রাফম অসি মহাক্না কটরমজহবী অমগী অদুক্কী মতিক চেৎনা, থাজনা হায়রক্লম্মী । জফরখাঁ তশেংনা মুসল্মান্মক্লী ।

মুন্নীবাইনা মহাক্কী নৌবিবা পুন্সিগী তেনখ্রবা মতম খবা অসিদা মখল কয়াগী নুপাশিং উরে । জফরখাঁগী ব্রাখল খঙবা হায়বসি মহাক্কী ওইনা অরুবা নত্তে । মহাক তশেংনা খঙই । জফরখাঁগী থম্মোইদদি মুসলীম্ মজহবীনি । মহাক্না মুন্নীবাইব হিন্দুনি হায়বসীমদি সুকয়া য়াদে । অদুগা মহাক্কী নুপীগা হিংমীন্নবদা ফাওবা লুনা থোক্লীবা অসিদা, মতৌ করম্না অতোপ্পা নুপী অমগী থৌদাং কমদৌনা লৌগদৌরিবনো হায়না খল্লম্মী । মসিসু ওইথোক্তবনি ।

ইকুই-কুইদনা, মতম অদুদা শাথীনা ইকাইনীংঙাই ওইরবা থৌদোক্কী নুমীৎশিং অদু হৌরম্মী । থৌদোকশিং অদু তরাইনা হেক্তা কাওথোকপা য়াবা ওইরমদে । শাথীরবা চৈনাখোলনি। হিন্দুস্থান্ পুম্বা শীনথুংনা তমথীরবা থৌদোক কয়ানা থল্লম্মী। মদুদি :- হিন্দুশিংনা, হিন্দুগী

মায়পাকপা ওইরে, মুসল্মান্শিংনা, ইসলাম্না মায়পাকপা ওইরে। তৌইগুম্বসুং মীওইবা জাতিগী 'মানবতা' হায়দুদি অশেংনা মায়থিরে। "বন্দে মাতরম্" হায়না লাওদুনা ভারতকী বৃটিশ তাম্বোকখ্রবসু, হিন্দুস্থান্ নীংতম্নবা হোৎনবদা ভারতকী লুচিংবা কয়া ফাঁসি শগাই কাপ্লবসু, নোংমৈগুম্লী কয়া থবাক লোংনা য়াদুনা ঈগী লৌখোং চেনখ্রবসু, নুপী অঙাং য়াওনা থব্রায় কয়া কংখ্রবসু, মীয়াম্না অন্নাবা কয়া খাঙখ্রবসু...! পুম্নমক অদুগী মতীকচাবা নীংতম্বগী মমলদি ঐখোয়না ফংলবরা ...? নীংতম্বগী অশেংবা আর্থদি খঙখিদ্রে।

মফম খুদীংমক্তা মীশি-মীনা, মীহাৎ-মীপুনতনা পীক থনখ্রে। মরাল লৈজদ্রবা কয়া, য়ুম-কৈ, লল-থুম কয়া মাঙ-তকখ্রে। কয়া-কয়া, মমা-মপা, মচা-মশু, মচীল-মনাও কায়নখ্রে। হিন্দুগা মুসলমানগা নাকপাক-নাকপাক হাৎনরে। মীবু মী ওইনা খনখিদরে, পুম্নমক শা ওনখরে। হিন্দুস্থান্বু মচেং অনি-অহুম থোক্লা শেগায়বীরে। প্রজাশিংনা হা-হাকার লাওনা ব্রাবগা হবাও-মোমোন নোক্লা মাগী-মাগী শরুক শেগায়দুনা, হরাওনা য়েন্নখরে।

বাইওৎতা শিবা য়াবা শিখবে। ভারতগী পাকিস্তান্দা কয়া চেল্লকখ্রে। হীবা মণ্ডীদা মখল খুদিংগী জাতি, সম্প্রদায় কয়া পুন্না লৈমিন্নরম্মী। মরম অদুনা অঙকপা, অকিবা থৌদোক কয়া থোক্লম্মী। শোয়দনমক হীরমণ্ডী প্রলয় ওইনা তুম্লগনি, পুম্লোই লোইরগনি হায়না খল্লম্মী। মীপুম খুদিংগী থম্মোই থক-থক নীক্লরম্মী। প্রলয় অদু থোক্লম্মী, অদুমকপু তুম্বমত্তি তুমখিদবে। খবগীমখৈদি লেমহৌবম্মী। মীওইবগী মিনুংশিদা লেমহৌবরা.... ? হাৎপদা ব্রারদুনা, চোকথরদুনা, ঙমদ্রদুনা লেমহৌরিবরা ? ঈশ্বরতনা খঙলমগনি। হীন্দু পুম্নমক তুম্বদি তুমখিদ্রে।

কারবারদা, রাজনিতিদা, ধর্ম্ম-মজহব্তা মিহৌনবা, য়েংথীনবসু কয়া লৈনরম্মী। চহী খরগী মমাঙদগী লৈনবকপা মৈরীনা মৈচাক ফাংলতুনা কাঙলুপকী ঈবাং শাগৎপসু য়াওবম্মী। কোঠাগী মপু ইমা অদু হিন্দু নুপীনি হায়দুনা মুসলীম্ কাঙবুগী ব্রাখল শাগৎপা কাঙলুপ্না, হিন্দুশিংনা লৈবা মফমশিংদা মৈ থারম্মী, মী কয়া হাৎলম্মী। অদুমকপু মাঙজৌননা, ঐখোযবু নুংশিবীবা মুসল্মান্শিংগী মতেংদগী, কোঠা অদু থোঙ লোনশীন্দুনা লাহোরদগী চেন্নবা থৌবাং তৌবম্মী।

মসীগী মমাঙদা...., অদুবু মতমদি থেঙখ্রবনি। ইমানদি মহাক্কী মচা-নুপীশিং অদুবু পুদুনা চৎননবা মাঙজৌননা শেম-শাখ্রে। মুন্নীবাই মথন্তমক ব্রাখলগী মৈরা পুদুনা কোইথি-থিরম্মী। মহাক্কী ব্রাখলনা বাজকমল অমদি জফরখাঁবু থিজবম্মী, ঙাইজরম্মী। মহাক্না খল্লম্মী, রাজকমল, মুসলীম্ মুল্ক অসিদগী লাম্থোক্তুনা হিন্দুরাজ্যগী বোর্দবদা মহাকপু শোয়দনা ঙাইরমগনি। তৌইগুম্বসুং মশাগী মরমদম মুসলীম মুল্ক অসীদা জফরখাঁ কমদৌখ্রবা.... ? মহাকপু লৈরিবরা নত্রগা মহাক কমদৌখ্রে ? মন্না-মপাও অমত্তা তাখিদরে।

ব্রাখলতা মঙায়রে, মুন্নীবাই উপাই লৈজদে। মহাক্তী মথন্তনি, মুসলীম্ মুল্ক, হিন্দু রাজ্য...! জফরখাঁ, রাজকমল.... ! অনিমক মহাক্কীদি মরুপ্নী। মমৈথংদা, ইমাগী

মতুংইন্দুনা, নুপীশিং অদুগা লোয়নননা দিল্লীগী রিফ্যুজি কেম্পতা থুংলম্মী । ময়াম পুম্নমক থম্মোই, ব্রাখল, হক্চাং, পুমচোক-চোকথনরম্মী । খুদাগী থৌজালদগী, থোইদোকপা অশোয়-অঙাম য়াওরমদে । মফম অসীদা হীরামশ্রীগুম্না খুদোংচাবা অদুদি কদাইদগী ফংগদবগেদো ! মফম অসীদা থব্রায়গীদমক মিপাইবা অদুমক্তি লৈত্রে । মসীমক ঈশ্বরগী থৌজালনি, ঐখোয়গী লাইবক ফরবনি হায়না খন্নরম্মী । মুসলীম্ মুল্ক, হিন্দু রাজ্যদা, হিন্দু কয়া, মুসলমান কয়া শিপ্রে হায়বা হীসাব লৈবা নত্তে । অকিবগী মশক্লী, মহাপ্রলয়গী তান্দব্নি ।

রিফ্যুজি কেম্প অদুদা পাকিস্তান্দগী চেল্লকপা মীয়াম পুম্নমক অব্রা-মাইথোং ঙাক্তনি। মাগী-মাগী মরী-মতা, নুংশিজরবা, মপা-মমা-মচা কায়নখিবা কোঙ্গায়নি । মৈচাক্তনা থল্লবা ঙাক্তনি । পুম্নমক অদু উরু-তারুরগা শাথীনা নুংঙাইরমদে । মীত্তগী পীরাং শীল্লুখিবা খঙহৌদে । হিন্দুস্থান্ ইমাবু মচেৎ অনিথোক্লা শেগায়বীরে । মমা-মপা, মচা কায়নহল্লে । ঐখোয় অমরোমদা লাইবক ফৈ । ঐখোয়গী কাঙবুদদি,ঐখোয়গীদমক্তী কায়নবমক্তি য়াওরমদে ।

কেম্পতা রাজকমল লৈরমদ্রে, মহাক্লা কমদৌগ্রবা...? । মশীং খঙদ্রবা মীশি-মীনা মরক্তা মখোয় হিংলমখিগদ্রা, লৈরমখিগদ্রা-লৈরল্লবোইদ্রা ? খুদানা, ঈশ্বরনা খঙলমগদবা মঙায়রে । থম্মোই কায়বা মতৌনি ব্রাখল অসী পুবা য়াদে ।

ইমা অমদি মহাক্কী মচানুপীশিংদি মরী-মতা, নুংশিজবা কনা থোইদোকপা কায়নরল্লোইদ্রা ? মখোয়সু করিগী অব্রা-পোৎলুম পুরোই ? মফম অদুদা পোক্তুনা, চাওদুনা লৈরকপা ইরমদম, ইয়ুম, কায়নরক্লীবনি । কনাসু নুঙাইগদবা নত্তে । হিন্দু নুপীশিং কয়া-কয়া মুসলীম্শিংনা ফাহৌরবনি । হিন্দুশিংসু মুসলীম্ নুপীশিং ফারমগদ্রা?হিন্দু লৈতে, মুসলীম্ লৈতে, শারমচৎতি অচুম-অরান, অফ-ফত্তা ধর্ম্ম, পাপ্-পুন্য থিদে । হিন্দু কয়া, মুসলীম কয়া শিগ্রবনি ।

মতৌ অদুগুম্না হিন্দুস্থান্গী রাজনিতি ঠিকাদারশিংগী, ধর্ম্মদা থব্রায় লুপচশিংগী মবক্তসু হিন্দুস্থান্গী মীয়াম, হিন্দু কযা মুসলীম্ কযা, নুপী-অঙাং, মরাল লৈতবা, অশোল-অনা কয়ামুক্কী থব্রায় মাঙখিবা অদু করিসু ওইনা লৌরমদবসু য়াই । মীহাৎপা, ঈবাং থোকহনবা কয়া তৌখ্রে, লুট্-পাত্ কযা তৌখ্রে । হিন্দুস্তান থক-থক নীকখিবনি । মৈগী চীঙ ওইখ্রবনি ।

মখোয় চোকথরবরা, নত্রগা পেল্লবরা, নুংঙাইরবরা....? নত্রগনা মদুদা মখোয় ব্রারবরা, তুক্কচরবরা কনানা খঙগনি ? মতমগী মতুংইন্না, শাথীরবা নোংলৈ-নুংশীৎ অদুদি লেপখ্রে । মশা-মশাগী মথৌ, মশাগী কারবারদা হঞ্জিন্নখ্রমাল্লে । অমাঙ-অতা, মীহাৎপা, য়েংথিনবগী, অকিবগী মশক ওইরবা কারবার অদুমদি লোইখ্রবগুম তৌরে । চৈনা অমদি মদুগী কলঙ্ক অদুদি পৃথিবীনা লৈরিবমখে, ইতিহাসতা

মুৎলরোই । ৱাফম অসি হিন্দু অমদি মুসলীম্না খল্লমংগদরা ?

অচুম্বরা, অরানবরা পাও অমসু তাখি । মীশি-মীনাশিং অদুগীদমক সরকারনা য়েংদুনা, শীন্দুনা, পাকিস্তান্দা চৎনীংবা, নত্রগা খাওবা ঙমদ্রদুনা চেল্লবা মুসলীম্শিং ময়াম, ত্রেন অমদা পাকিস্তান্গী কারাচিরোমদা থাখি হায়নৈ । ত্রেন অদুদা পাকিস্তান্দগী হিন্দুশিং পুরকখি । অদুবু অয়াম্বনা থবায় য়াওদ্রবা হৃকচাং ঙাক্তা ওইরম্মী । মদুগী অশাওবা, পেন্দবা মৈচাক্তগী, নাঠুরাম্ গোদসেনা, মহাত্মা গান্ধীবু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিবনি হায়নৈ । অচুম-অরানদি খঙদে ।

নোংমা, সরকারনা পাও অমা কেম্পতা লাওথোক্লম্মী । কনা-কনাগুম্বা রিফ্যুজিশিং কেম্প থাদোক্তুনা চৎনীংবা অমদি মরী-মতাশিংগী মনাক্তা চৎনীংবশিং চৎপা য়ারগনি । নৌনা মশা-মশাগী অনৌবা পুন্সি লেন্নবা, থবক-ইনখাং তৌনীংবশিংবুসু সরকারনা মতেং পীগনি হায়না খঙহল্লম্মী । মুন্নীবাই,হৌজিক ফাওবসু, নোংমা নত্রগা নোংমদি রাজকমলবু উন্নরকখিগনি হায়বা আশা অমা তৌজরম্মী । মহাক্না মুন্নীবাইবু লৌশিনগনি হায়না ৱাশকখিবা অদু হন্না-হন্না নীংশিংলকই । ৱারবা মতাং অসিদদি মহৌশাগী মকপপু তশেংনা নুংশিরকই । মুন্নীবাইনা হৌজিক, মহাকপু লুহোংগনি হায়খিবা অদু রাজকমলদা হায়দুনা ৱাফম অদুমক নিংশিংহনবা পাল্লম্মী । মহাক রাজকমলগী লম্বী য়েংলি । অদুক য়াম্বা পাকিস্তান্দগী লাক্লীবা নুপা, নুপী, অঙাংশিং ময়াম অদুগী মরক্তা রাজকমলদি উরমদ্রে । মহাক লৈরিবরা-লৈখিদ্রবরা ? অদুগা জফরখাঁনা কদাইদা...? মহাক্কী মুসলীম্ মুক্ক অদুমক্তদা মহাকসু খুদোংথীরবরা...? মুন্নাবাইবু উন্নবা লাকখিদে। পুম্নমক অরেম্বা তারবা....?

মুন্নীবাইনা নুপীমচা কয়ামুক কৈন্যাগী ফিজোল শেংপা, ফিজেৎ লৈতেংবা, লুহোংবা মশীং খঙদনা উখ্রে । মদু উরুরগা থম্মোইদা মিহৌবা কয়া পোকচখি । মহাক মশামক কৈন্যা অমা ওইনা লুহোংদুনা মপুরোইবগী সেবা তৌজনিংলম্মী । অদুবু মহাক্কী করি মরাল লৈদুনা লুহোংদবা মৌ ওইহনবীরিরা ? অদুম ওইনমক মহাক্কী থম্মোইনদি কৈন্যা অমা ওইবা, মপুরোইবা অমদি মনেম-মকুগী সেবাতৌবা পামজরম্মী । অদুবু রাজকমল, জফরখাঁ, অমুক উবা কৌবা লৈত্রে ।

নোংমা, ইমানা সহর চৎলুরগা হল্লক্লম্মী । মহাক্না মাগী মচানুপীশিংদা, মখোয়গী অনৌবা লৈফম অমা থৌরাং তৌরে হায়না হায়রম্মী । মফম অদুদা লৈরিবা নুপীমচাশিং পুম্নমক্কী থম্মোইদা হরাওবগী ঈহৌ অমা হৌনবগুম তৌরম্মী । মশা-মশাগী য়াওজরকপা মপোৎ-মচৈ খরা অদু মথাদা কোন্দুনা, কেম্প অদুদা লৈমিন্নরম্বশিংদগী বিদাই লৌদুনা মফম অদুদগী থোক্লরক্লম্মী । মতম খরা লৈমীন্নরম্বশিং ঙাক্তনি, কায়নবগী মীৎলু ঈরা চেন্নরম্মী। কেম্প অদুদা, মচা-মশু কায়নবা, মমা-মপা কায়নবা, শাগৈ-নাতৈ, মরী-

মতা কায়নবা, ইনখৎলক্লীবা মচা-নীংঙোল ফাহৌবা, মচা শেৎন-খাইনবগী মৈচাক ওন্না-থোইনা খাঙনরিবা কয়ানি । য়েংহৈদ্রবা কয়ানি, অৱাবতনা থল্লী । কেম্প থাদোক্লম্লে । মপান্দগী টাঙ্গা ৱায়রদুনা মখোয় মফম অদুদগী চৎখিরম্মী । মুন্নীবাইগীসু, রাজকমল, জফরখাঁগী আশা পুমলোই লোইরে । মসীনা পুন্সিগী অরোইবা আশা ওইখ্রে ।

ইমানা টাঙ্গাৱালাদা চৎকদবা মফম অদু হায়রম্মী । টাঙ্গানা তপ্না-তপ্না মখোয়বু পুদুনা চৎলম্মী । মুন্নীবাইগী আশা পুম্নমক লোইখ্রে । ইনৌ-নৌবা নরক্কী পুন্সি হৌবা তাবনি খনবদা মীৎলুদগী পিরাং শীম্থরম্মী । খরা চৎলবা মতুংদা তেক-কায়রবা দলাল অমগী মমাঙদা টাঙ্গা অদু খাল্লম্মী ।

টাঙ্গাৱালানা ইমাদা ওনশিন্দুনা - “বীবীজি, মসীনি অদোম্মা হায়বীরিবা দলাল অদু ....। মফম অসীদা সলমাবীবীনা মহাক্কী মীশিংগা লোয়ননা লৈরম্মী । সলমা হায়বী অদু অদুক্কী মতীক মশক ফজবী অমনি । অচৌ-অশাং কয়া, মমীংচৎলবা মীওই, রাজা, মহারাজা, নবাব্, শহজাদা কয়ামুক তত্তনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লরম্মী । হৌজিক মহাক মাগী কাংবুগা লোয়ননা মফম অসীদগী চৎখ্রে । মহাক লাহোরগী হীরামণ্ডীদা লৈখ্রে হায়না তায় ।” হায়রক্লম্মী ।

হৌজিক ফাওবা নুপীমচাশিং অদু অমগা-অমগা ৱারি শান্নরম্মী । অমনা অমবু মরক্তা ফাগসু তৌদুনা অৱাবা কোক্লনবা হোৎনরম্মী । মখোয় পুম্নমক মতম মাঙহনবা তৌদনা ইমুং চঙনরম্মী । খরা অমনা বেলকোনিশিংদা কাদুনা লেপ্লবম্মী । মদু মীওই খুদীংমক্লা উরবাদ... ! ইমা অমাদি নুপীশিং অদুগী আত্মাশিং কয়াগী মতীক হবাও-তয়াম্বা ফংলবগে হায়বা অউবা মীপুম খুদীংমক্কী ৱাখলনা লায়না ভাব্ তাগনি । মরক অদুদা টাঙ্গাৱালা অদুনা - “বীবীজি, মফম অসিবু মীয়াম্না জী,বী রোড হায়বা মিং অসীদা খঙনৈ ।” হায়রকই ।

মতম অদুদা মুন্নীবাইদি, ওইররিবা, ওইগদৌরিবা ফিভমশিং অদুগী খারবা, য়াক্লবা তুংগী পুন্সি অদু খঙবা ঙল্লম্মী । মহাক্লা ইমাগী মফমদা ওনশিন্দুনা “ইমা, মুস্‌লমান্‌শিংনা পাকিস্তান্ হায়বা অমা তাল্লে । মদুমক মখোয়না ফংসু-ফংখ্রে । হিন্দুশিংনা মুস্‌লমান্‌শিংবু মফম অসীদগী চৎহনখিবা পাল্লম্মী । মদুসু চৎখ্রে, ওইখ্রে । হিন্দুশিংসু ভারত ফংলে । মখোয়-মখোয়গী অনীংবা অদু থুংলম্লগদ্রা ? মখোয় পুম্নমক হরাওববা...., নুংঙাইরবরা...? মখোয় পুম্নমক মখোয়না পাম্বা ফংলম্বা যাই । মখোয় নুংঙাইরম্বা য়াই ! কনানা কারি ফংলে ? কনানা কারি মাঙখ্রবগে ?”

“ অদুবু , ইমা ঐখোয়দি করি ফংলবগে ? কনানা করি মাঙখ্রবগে ?” করিগী অসুক শাথীখ্রবা অৱাবশিং অসি খাঙলক্লীবা অমাদি করিগীদমক খাঙগদৌরিবনো ? অৱাবতনি ঐখোয়না ফংলিবা নুংঙাইবা হায়বদু কদাইনো ?”

ইমানা মদুগী মতাংদা মহাক্কী বাহংগী পাওখুম অমত্তা পীরমদে। মহাক তুম্মীন্না অমদি তপ্না, মহাক্কী মচানুপীশিংগা লোয়ননা কারোমদা চঙখিরম্মী।

নুমীৎ খরনিগী মনুংদা অনৌবা লাক্লীবশিং অদুবু মখোয়গী সমাজগী মীওইগী মশক অমা ওইনা অকোয়বা অদুনা য়ানরম্মী। অসীগুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা, মহাক্লা থেংনখ্রবা, খঙখ্রবা এক্সপরিয়েন্সশিং ময়ামগা লোয়ননা, থম্মোই চাক্লা মুন্নীবাইনা লেল্লম্মী। অদুম ওইনমক মতম্মা, মফম্মা, লাইবক্লা মুন্নীবাই মথৌদি তৌবা তারম্মী। মহাক্ মশানা মশামকপু, মহাক্কী শুক্ষ্মৎনবগী মশক ওইরবী শক্তম অদু, মদুবুদি হেন্না মগুণ্ হেনগৎহল্লম্মী। অদুক্কী মতীক কে-মৌনা লৈরম্মী। মহাক মীপুম খুদীংগী মিহৌনফমগী মশকসু ওইরম্মী। মশানা পামজদ্রবসু, মসীনা মহাক্কী পুন্সিনি। মদুনা মহাক্কী মথৌনি, কর্ম্মনি খনবা তাখ্রে।

য়াম্না থুনমক হীরামণ্ডীগী, হায়নীংঙাই লৈতনা ফজখ্রবী মুন্নীবাই কৌবী মমীং চৎলবী 'তরায়ফ্' নুপীমচা অমা, জী বী, রোডতা লৈররে, হায়না মায়কৈ শীন্না পাও শন্দোক্লম্মী। মহাক্কী মরমদা মফম অসীগী মীপুম খুদীংগী মচীন্দগী তারক্লম্মী। মসীগী মরমসু ইমাগী মপান্দগীনি। মহাক ব্যপার অসীগী প্রচার তৌননবগী হীরম খুদীংমক ফজনা খঙলম্মী, হৈসু হৈরম্মী। অদুগীসু মথক্তা থোইনা হায়জীনবসু নত্তে। তশেংনমক মুন্নীবাই ফজবী নুপীমচা অমনি, হীরানি। য়াম্না থুনমক, ইমানা পাওঅসী অদুক্কী মতিক নীংথিনা শন্দোকপগা লোয়ননা, হীরামণ্ডীগী মুন্নীবাইদি তশেংনমক অচৌ-অশাং, ইনাক-কৈরাক খুনবা, অখন্নবা মীওই খরখক্তগী সেবাগীমক্কী হায়নসু শন্দোক্লম্মী। মদুনা মুন্নীবাইগী মগুণ্ হেনগৎহল্লম্মী।

মুন্নীবাইগী মমান্নবীশিংনা, য়ুমলোন্নবশিংনা "ইমানা হীরম অসীদা পাও লান্না শন্দোক্লে। হৌজিক ভারত্তা ইনাক-কৈরাক খুনবা, অচৌ-অশাং, রাজা-মহারাজা, নাবাব্‌শিং কদাইদা লৈহৌরিবগে? মশীঙ খঙদবমখৈ, হিন্দু, মুস্‌লমান্ কয়াগী সম্পতি, লল-থুম মাঙহনখ্রে। হৌজিক ইনাক-খুনবা মীওইশিং লৈরমখিগনি হায়বা থাজদ্রে। হিন্দুবু ওইরবসু, মুস্‌লমান্‌বু ওইরবসু লৈরম্লরোই। হিন্দু মুসলমান পুম্মাঙ-মাঙখ্রবনি। অদুনা ইমানা শন্দোক্লীবা পাও অসিগীদমক ঐখোয়দি নাতৈ চাদে। খুদোংচাবা ফংলোই হায়না চিংনবা পোকই।" হায়নরম্মী।

পাও অমসু-, ভারত হৌজিক নীং-তম্লবনি, গনতন্ত্রনি। লায়রবা, ইনাকখুনবা চপ মান্ননা তেল্লবনি। রাজা-মহারাজা, নবাব্, জমীন্দার লৈত্রবনি। ভারতকী সংবীধান্ য়াম্না চুম্না ফজনা শেম্লবনি। খ্বাইদগী নুংঙাইরবা, চাউখৎপা, মীচঙ-মীখাই নাইদবা ভারত দেশ্ অমা ওইরবনি। মীগা-মীগা চপ মান্নরবনি। কয়াদা ফজখ্রবা ভারত্‌নো? কয়াদা ফজখ্রবা, নীংথিখ্রবা বাংখ্রবা বাখলনো?

নোংমা, অহীং অমদা পুণ্ড অমা-অনি খেন্ননা, অচৌ-অশাং, ইনাকখুনবা মীশকশিং মুন্নীবাইগী বিলদিংগী মমাঙদা লাক্কুনা গাড়ী খান্নম্মী। মীয়াম্না হায়নরিবা ভারত অদু মুন্নীবাইগী থম্মোইনদি য়ানীংদে। অতোংবদা থোনবা অকুৎপদা তৌবনি। ভারতকী মীচম প্রজাশিং কদাইদা নুংঙাইরিবা... ?

অহানবা লাকপা অদু হিন্দুগী মমীং লৈরবা রাজা অমনি। মহাক হৌজিক রাজা নত্রবসু মন্ত্রি অমদি ওইরম্মগনি। নত্রগনা ইন্দসত্রিয়েলিষ্ট, রাজনিতিন্নালা, কারবারন্নালা, ব্যুরোক্রেট ওফিসার...। মহাক্না লুপা চামগী নোট্কী মপুল অথাবা খরা ইমাদা খুদোল ওইনা পীরদুনা, মতম খরা মুন্নীবাইগী সেবা লৌরম্মী। মহাক্না চৎখিবা মতুং খরা লৈরগা অতোপ্পা মীশক অমসু মফম অদুদা থুংলরম্মী। মহাক অদুনা মুসলমান্গী নবাব্ ওইরম্মী। মহাকসু নবাব্তি ওইরম্লরোই অদুবু নবাব্তগী হেনবদি ওইরম্লগনি। মহাক্সু থৌজাল অমদি মিনুংশিগা লোয়ননা শেল অদুক্কী মতীক য়াম্না খরচ তৌরদুনা মুন্নীবাইগী সেবা লৌরম্মী। মথংগী প্রোগ্রাম অমুক শেন্নল্লগা লেঙখিরম্মী। অসুম্না ইনাক-খুনবা, লায়রবা মান্নবরা, মুসলীম্ লোইনা হাৎখ্রবা ভারত ওইরে! মুসলীম্ লৈতবা হিন্দুগী লৈপাক্...!

অহীং অদুদা মুন্নীবাইনা ইমাদা হংজরম্মী -"ইমা, পাকিস্তান্ তোঙানখ্রে, মুসলীম্ মজহবী মুক্ক শেমখ্রে। তৌইগুম্বসুং মুসলীম লোইনা হাৎখ্রবা ভারত্তা...., হৌজিক লৈরিবা নবাব্শিং, মির্জা, শেখ্শিং অসী কদাইদগীনো ? মখোয়গী মরল-মথুম মৎপীখ্রে, মুনবীখ্রে হায়নৈ। অদুবু মখোয়শিং অসী হৌজিক ফাওবা অদুক্কী মতীক্ ইনাক খুল্লী। মখোয় হান্নদি কয়া-য়াম্না ইনাক খুল্লমগনি ? মখোয় হান্নদগীসু অদুমক শাথীনা ইনাক খুনবা ঙাক্তনি নত্তা ?" মুন্নীবাইনা তঙক-তঙক্না য়েংলম্মী।

"ভারত্তগী চৎখিদ্রবা, লোৎপদগী শিহৌদ্রবা মুসলীমশিংগী নবাবশিংনা, মশাগী য়ুমথক্তগী - 'নবাবশিং অসী মরু কোক্লে, মরল-মথুম লোইনমক মুনবীখ্রে। মুস্লমান্ লায়র-অনং পুম্নমক ওৎ-নৈবীরে, হাৎখ্রে।' হায়না লাও-খোংদুনা কপখি হায়নৈ। অদুবু মখোয় অসীগুম্না লায়রবা নবাব্শিং অসীগী মফমদা, অহীংগী ঈরাংদা তাওননবগীদমক অসুক য়াম্বা শেলশিং অসী কদাইদগী লাক্লীবনো ? অদুগা ময়ুম-মকৈ লৈতবা, চাননবা লৈতবা মুসলীম্, হিন্দু কয়ামুক অসিদি ভারতকী নাগরিক্ নত্তবরা ? অদুগা অমুক পাকিস্তান্লোমদদি হিন্দুশিং লৈরমখিগদরা ? নত্রগা মখোয়সু ভারত্তা লৈহৌরিবা মুসলীম্শিংগুম্না নুংঙাইরমগদ্রা ? মান্নবা হক্, মান্নবা থাক্ ফংলমগদ্রা ?" ব্রাহং কয়া অসী মথং মথং হংলম্মী।

"ইমা, হিন্দুস্থান্বু শেগায়বদা, শরুক য়েন্নবদা কনা-কনানা মশাগী লৈজবা পুম-মক মাঙখিবগে ? কনানা অব্রাবা খাঙখিবগে ? অদুগা কনা-কনা শিখিবগে ? ইমা, হিন্দুসু শিদে, মুসলমান্সু শিদে। অকল-অথৌ শিদে। লায়রবা, অতোল-অতাশিংখক্তা

শিখি । মীওইবগী ৱাখল, মিনুংশি-থৌজাল মানব্তা হায়বদো..., মদু অশেংনা শিগ্রে । মসীখক্তনি ঐহাক্না খঙবা ।"

"ইমানা খঙবদা কনা-কনা শিগ্রবগে ? " হায়না মুন্নীবাইনা ইমাদা য়েংলম্মী।

মহাক্কী ৱারী মখা তাখিদ্রে । য়াম্না কুইনা লৈরুরবা মতুংদা ঐহাক স্বর শাংনা হোন্দোক্লম্মী । মহাক্তী মমীত্তা পিরাংনা পুমচোৎ-চোত্তুনা লৈরি । মখোল থোক্লদি কপ্লমদে । তশেংনমক থম্মোই শোকপ্লবা মতৌ অমনি । খুইরবী মাইথোং, কংলবা মখুৎ...., অমরোমদনা লাইথুং পক্লবী, মীয়াম্না হঙ্গোইনফম, তুক্কচনফম ওইরবী... । কয়াদা ৱানা লোল্লীবা ! মসীনা করম্বা মওংগী পুন্সি অমনো !

অচা-অথক খরা লৈদুনা পীজ-পীথক্লম্মী । অহানবদা য়ারমদে, অদুবু ঐহাক্না থেমদুনা, হায়জদুনা খরদং চাহল্লম্মী । লুপা তরাগা পীরম্লগা ঐহাক তুম্মীন্না অমদি তপ্না-তপ্না ঐগী হোষ্টেলদা হল্লক্লম্মী ।

মতম খরগী মতুংদা, নোংমা খবরদা ইরকপা থেংনরম্মী - "জী,বী, রোডকী সরক্কী ফুট-পাথতা, মতম অমগী খ্বাইদগী মমীং চৎলম্বী, লাহোরগী হীরামণ্ডীদগী লাকখিবী তৱায়ফ্ মুন্নীবাই শিদুনা লৈরম্লে । মহাক্কী অশিবা মশা অদু ম্যুনিসিপালিতিনা 'লাৱারিস' (লমজা-শরা) নী হায়দুনা লৈরোন চনখ্রে ।

ঐহাক শ্বাই লাওই, ৱাখলদা উংই । মতম অমদা মীপুম খুদীংগী থম্মোই অমদি মীৎয়েংগী ঈখৌলাংফম ওইরম্বা "মুন্নীবাই"! লৈমন চনখ্রবী ! মহাক হিন্দুরা, মুসলিম্লা...? অদুবু লৈরোন চনখ্রে... ফরে...। ঈপাক্তগী কোঙ্গোল তাকপগুম...! পুন্সিগী লানফমদা মায়থীদুনতা লাকখ্রবী ! হিংলম্বা পুন্সিদগীসু মায়থীখরে ।

তাইবং ফম্বাক্তগী পুন্সি থাওমৈ মুৎখরে !

হিন্দুস্থান্বু, পাকিস্তান্ অমদি ভারত অনিথোক্না শেগায়বদা অচৌ-অশাংশিংনা কয়া ৱাখিবা ! মুসলীম্না হেন্না ৱাখিবরা ? হিন্দুনা হেন্না ৱাখিবরা ? কনা-কনা শিখি ? পাওখুমসু পীরম্মী । হৌজিক হিন্দুনা হেন্না লৈহৌরি, মুসল্মান্সু লৈহৌরি । শিগ্রিবদি, তোল্ল-তারবা মীচঙ লৈজদবা, নুপী-অঙাং, অশোল-অনাশিং, মীওইবা মীয়াম্নী ! তশেংনমক শিখিবনা "মানব্তা হীউমেনীজম্ ! "মীওইবগী শাজৎ অমদি মিনুংশি.....!"



## (৬)

*“...... মন্দির য়া মসজীদ গিরতা......;*

*ফির বন্‌জাতা......!”*

***“Is there any hope for.......?”***

পরিক্ষা রিজল্‌ত আউত্‌ ওইরে । ঐখোয় অনিমক্‌ পাস তৌরে । মহাক্লা ইউনিভর্সিটিগী থার্দ, ঐহাক্লা সেকেণ্ড তারে । মদুগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা, মহাক্লা শীল-লাঙদুনা মকপ-মপাং খরসু য়াওনা, মখোয়গী মযুমদা পার্টি অমা পাঙথোক্লম্মী । ঐখোয়না পাস তৌরকপদা, অস্মীজান্‌, ভাবিজান্‌, ইচল সাইবাবানু, মখোয় ময়াম্না কযাগী মতীক হরাওবগে হায়বদো ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্লরোই । ঐখোয়সু য়াম্না নুংঙাইজে । পবিক্ষা পাস তৌবগীদি লাযরদুনা, ময়াম্না হরাওবীবা, থাগৎপীবা অদুনা হেন্না নুংঙাইখবে । নুমিৎ অসিদা মখোযগী ইমুংদা অহম্মদ অমদি ঐহাকপু মখোয়না কয়া য়াম্না নুংশিবীবগে হায়বদু হেন্না ময়েক শেংবগুম তৌখি । ইনাক খুনবা ইমুংগী নুংঙাইবা হায়বদু মসী ওইরেকো খন্দবা ঙমখিদে । ঐহাক ঈশামক ইথন্তা পোকপগী, ইমা-ইপানা কে-মৌনা, লুনা-চান্না য়োক্লকপগী নুংঙাইবা, ঐহাক্লা চাওথোকচরম্বা অদু, লেন্না নুংশাদা তুম্বগুম্না তুমখবে । পরিক্ষাগী পাও অদু, যুমদা চিঠি ইদুনা খঙহনম্লবনি । ইমাগা পাবুংগসু শোয়দনা হরাওজরমগনি ।

ইচল সাইরাবানুনা হরাওজবগী ঙমখে লৈরমদে । মহাক্লা অৱাবা খঙদনা অৱাৎ-অপা য়েংশিল্লম্মী । কোয়চেন-চেন্দুনা ময়ামগী সেবা তৌরম্মী । অম্মিজান্‌ অমদি ভাবিজান্না হরাওবদু উরগা, ঐগী পাও তারগা যুমদা ইমা পাবুংনা হরাওরমগদবা অদু ফাওরকই । অচৌ-অশাং, ইনাক খুনবা, ইমুংগী পার্টি হায়বদো মসী ওইরে হায়নসু নুমীৎ অদুদা খনখি । নুমীত্তু কয়াদা নুংঙাইখিবা.... ।

✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣

মাগী মোমোন নোকপা মতৌদো... ! নোংদম্বনা পামদ্রবরা করিনো ? ঈশ্বরগী থৌশিল কনানা খঙবা ঙমগনি ? ৱালিদ্‌ সাহেব্‌ খঙহৌদনা তাইবংপাল থাদোকখরে । মীপুম খুদীংমক্কী মাইথোং অৱাবগী লৈচিন্না কুপখি । য়াম্না নুংঙাইতে, অদুবু অরোইবা খোঙচত্তা চৎস্রববু কনানা খাম্নুবা ঙমগনি ? ৱালিদ্‌ সাহেব্‌কী হৌনবী মথৌ-মঙম পাঙথোকস্রে । থৌরম অদুদা সহরগী মচীল চৎপা, মমীং চৎলবা অচৌ-অশাং কয়ামুক তিনখি । মমীং লৈবা মীওই অমনিনা থৌরমশিং অদুসু নিংথিজে, লৈপাক্কী কুম্মেগুমখি।

মতম খরদি নুংশুক-নুংজানখি । মতমগী ঈচেলদা তাওথদবা কনা য়াওবগে ?

থবক্তা ঐখোয়গী পুন্সি থৌদাংনি । মহাক মখা তমথবগী আশা তৌদ্রে । মশামক্তী তম্লীংবনি, অদুবু ময়াম্বনা মখোঁদাং পীনিংলম্মী । করোরপতিগী মচা-মশুশিংদি ইউনিভর্সিটিগী দিগ্রীনবু কৈদৌনগদগে ? মহাক্কী মথৌদাং লাক্লবনিনা মাষ্টর তম্বা তোক্লে । মখোয়গী পাকচাওরবা কারবারদা ময়াম্বগী মতেং পাংদুনা, তুংদা মরোমদোম লেপ্লবা হোৎনবা তারে । মখোয়গী অচৌবা জেনেরেল দিপার্মেন্টেল ষ্টোর অমসু চান্দনীচৌক্‌তা লৈ । মদুগী দায়ীত্ব পুম্নমক মঙোন্দা শিন্নরে । মহাক ইমুং-মনুংগী মতেং পাংদুনা মথৌ তৌখরে । মখা এম,এস,সি, তমথদরে ।

ঐহাক য়াম্না নুংঙাইতে । ইপাং কায়নরবা, নাইতোম তারবা হায়বদু ওইখি । ঐগীদি কারবার তৌফম অমদি শেল-থুমসু লৈতবনিনা মখা তমথবা তাই । অরাংবা দিগ্রী ফংলগা সার্ভিসকী য়েংবা তার্বান । ঐহাকপু ইহৈ-তমহনবা হায়বসীনা ইমা-পাবুংগী অচেৎপা আশানি । মরম অদুনা ঐবু মতীক চাবা মী ওইননবা, দিল্লীদা শেল-থুম চঙনা থাবীরক্লীবনি । মখোয়গী আশা, ঐবু আই,এ,এস, ওফিসার ওইহনবনি । মচাবু মতীকচাবা মীশক অমা ওইহনবা হায়বসী মপা-মমাগী অপাম্বনি ।ইমা-পাবুংগী আশা, মনীং থুংহনবা অসীনা ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌনি ।

ঐখোয়' পাবুংসু মীনা মশক খঙবা এম,সি,এস, ওফিসার অমনি । পাবুংগী মিংচৎ হন্থহনবা চুমদে । আই,এ,এস, কীদমক পরিক্ষা য়াওননবা ঐহাক থৌরাং তৌরে । ঐগী দরকার লৈবা পুম্নমক ব্রাক্তনবা মখোয়না হোৎনবীরি । ঐহাক এম,এর্সাস,তমথবগা লোয়ননা কোচিংসু য়াওরম্মী । চহী অদুদা অনৌবা মরুপ-মপাংসু থেংনরম্মী । অমনা বন্দনা অমনা কমল । কমলনা এম, এর্সসি,নি । বন্দনানা বি,এসসি, দনি । মখোয়গা শক খঙনবা অদু নংঙাই ।

অহম্মদ, মরক-মরক্তা ঐগী ইনাক্তা লাকই । ঐহাকসু মরক্তা মখোয়গীদা চৎলী । মহৌশাগুম্না মতমচুপ্লা ঐখোয় লোয়নবা অদুদি ফংদ্রে । মহাক্কী থবক্তা, ঐগী ইথৌনা য়ারক্তবনি । মহাক্তা পুন্সিগী লম্বীদা চঙম্ববনি । অদুগা ঐহাক্তা ছাত্র ওইরিবনি । ফিভম্না, মতম্না মীওইববু লাপ্লহল্লি । অদুম ওইনমক ঐখোয় অনিগী ব্রাখল, থম্মোইদি লাপ্লরে হায়বা য়াদে । ঐনা মাবু তোয়না উন্নবা চৎলবদি - "নহাক তোয়না লাক্লনু, নথৌদা পুক্লীং চঙ্ঙু । নং ছাত্রনি, মতম মাঙহনবা চুমদে । দরকার লৈরগা ঐনা লাক্কনি ।" হায়রকই । মহাক্তি তোয়নসু লাকই ।

ইচল সাইরা, ইমা অর্মাদি ইতৈর্মাদি ঐবু তোয়না উন্নদবগী নুংঙাইতবা অদু ফোঙদোক্লকই । অদুম ওইনমক মখোয়সু ঐবু মতম মাঙহন্দনা ইথৌদা পুক্লীং চঙননবদি হায়রম্মী । ঐহাকসু ছুটিদা মখোয় মযাম উন্নবা হেক চৎলী । চৎপু চৎলুরবদি মখোয়গীদা চাক-ঈশিং চাদনদি হনবা ময়াদরে।

ঐহাক্ আই, এ,এস,কী পরিক্ষা য়াওনবগী খুদোংচাবসু ফংলদুনা, য়াওননবা হোৎনরি । কোচিংনচিংবা কন্না হোৎনবদা ইথৌ খরা চিল্লে । মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়গীদা কুইনা চৎপা ঙমদ্রে । মহাকসু থবক চিন্নবরা নত্রগা ঐগী ষ্টদিদা য়েত্তনবা তৌরিবরা লাকখিদরে । খল্লী, কৈদৌরবনো ? থা অনি-অহুম হৌখ্রে, ঐগা মাগা উন্নদবা । মহাক্না ইরাক-লাক্তবা অসীবু অনা-অয়েক্কা য়াওরবরা, চিংনরকই ।

ঐহাক্কী আই,এ,এস, কী পরিক্ষা লোইখ্রে । মখোয়গীদা চৎলুগে খল্লম্মী । ঐনা খল্লীঙৈদা, ইখঙ-খঙহৌদনা মহাক ঐগী হোষ্টেলদা লাকই । মোমোন্তা তৌবা মহাক্কী মাইথোং অদু ঙসিদি করিগীনো...! মহাক য়াম্না চীঙ-লেম্মী । নুংশুক-নুংজানবা, ব্রাখলগী পোৎলুম অমা পুবগুম তৌই । মহাক্কী মহৌশাগা ইমান-মান্নদবা মতৌ অদু উবদা ঐহাক পুমঙক-ঙকই । করিগীনো, মাগী ঙসিগী মতৌসিবো ? কুইনা উন্নদবগীরা .... ? মদুদি ওইফম থোক্তে। ঐখোয় অনি উন্নদবনদি, ঙসি মাগী শকফম অসী ওইফম থোকপরনে ? য়ুমদা করিগুম্বা খুদোংচাদবা... ! নত্তে, খুদোংথীবা থৌদোক্কা থোক্লবা জাৎলনে ? ইঁমা নত্রগা কনাগুম্বকা, অনা-অয়েক্কা য়াওরবরা ? নত্রগা কারবারদা করিগুম্বা খুদোংচাদবা লৈরবরা ? মঙল-মঙল খল্লী । মাগী মতৌ অদুনা ঐহাক পাক-হেক হংগদবসু ঙমদ্রে । মহাক লুকথদুনা তুম্মীন্না ফল্লী । ঐসু য়াম্না লাঙতক্লুরে । মতম পুম্বদা ব্রা অসী মহাক্তনা হেক্তা হৌদোরকপনি । ঙাংগনপ্পবনি, অদুবু ঙসিদি কৈদৌরবনো...? য়াম্না নুংশাথীবা অমসু পোকই ।

লাঙতক্লুনা হংলুই - "কৈদৌরবগে অহম্মদ ? অনা-অয়েক, খুদোংথীবকাদি য়াওদেকো ? নত্তে, নংবু নশা ঙমদ্রবরাও ? কৈনো ব্রাকা অমত্তা ঙাংদ্রিবসীবো ?"

মহাক্না তপ্না "ঐনা ব্রা ঙাংদবগা, হকচাং ঙমদবগবু করি মরী লৈনবগে ?" হায়রগা অমুক তুম্মীন্না লৈথিরম্মী ।

"অদুদি করিগীনো... ? কৈদৌরবগে হায়বা ? করি খুদোংথীবা লৈবগে হায়ব্রানি ? অদুগা শেংনা হায়রবদা নংদি খরদং খুদোংচাদবগীদমক্তি, মাইথোংদা অদুম্না তৌবীবা মী নত্তে হায়বা ঐ খঙই । য়াম্না শাথীনা অরুবা ব্রাফম অমা নত্তনদি...! নত্তে অম্মিজান্, ভাবিজান্, সাইরাখোয় কৈসু তৌদবা নত্রো ?" ঐহাক লাঙতক্লুরম্মী।

"য়ুমদবুদি কৈসু তৌদে, কনাসু নাদে, অদুদা.........।"

"অদুদা, হায়ববু কৈদৌরগে ? নংগী ব্রাফম অসীবু ...?"

"ব্রাফম অসি তরাই-তরাইবা নত্তে অদুননি ।" হায়রগা তুম্মীনা অমুক লৈখ্রে। মহাক ব্রাখল য়াম্না লুনা খনবগুম তৌই । মহাক্কী অসী ইরায়-লায়বা ব্রাফমদি ওইরম্মরোই । চিংনবা অসী হেনগৎলকই । করিবু ওইরিগদগে, কয়ামুক লুবা ব্রাফম ওইরিদৌনো ? নত্রগনা মাগী হৌনবী নুংঙাইবা পাও, নত্রগা অনৌবা মখলগী ফাগি

তৌগদবগী মওংলা ? মদুগী খুদমদি থোইনা উদে । মাগী মওং অসিমক ঐঙোন্দা ওম্বোক্লা শাথীনা লাওতক্লবা, চিংনবা অমা পোকহল্লে । মহাক্লসু পাকহেক হায়দোরক্লে । মাগী অসি মওং অমনি ।

ফনা কুইনা মাবু য়েংদুনা লৈরবা তুংদা মহাক্লা ইহায়মক হায়দ্রবা অদুদদি " অদুবু কৈদৌরবগে হায়বনি ? শেংনা হেক হায়দোকপা য়াদ্রা? করি তৌরবগে হায়রোবা... ?" হায়না ঐহাক্লা হংলম্মী ।

"ঐনা খল্লীবসী......., ঐগী ব্রাফম অসীদা নং য়ানীংগদ্রা-য়ানীংলোইদ্রা ...? নংনা করি খনখীগদগে হায়না খনবদা.... । অদুমকপু ঐনা নংবু খনবদি ...।"

"নংনা করি খনখিগদগে ? ঐনা নংবু খনবদি... ? করিনো নংগী ব্রা অসীবো?"

"হন্দক্কী মতাং অসী, নহাক্ ঐগী ব্রাফম্ অসিদা, ঐগী ইতেং শোয়দনা পাংফম্ থোক্ই হায়নদি নীংই ।" অসুম্না মহাক্ ব্রা মখাদি তাদনা অদুম্ লৈরে । মাগী ব্রাফম্ অসি খরদি লুরম্বা তারে হায়না নীংই । অদুবু ঐ শাওনীংবোই করিওইনা তৌরম্মী । "হে অল্লাহগী বন্দে, পাওখোং চন্দুনা অদুম্ লৈরগেরা ? করিনো নংনা হায়নীংলিবদু কোক্ হেক্ হায়দোক্পা য়াদ্রাও ? করিগীনোনে নংনা ব্রাকোই শুদুনা লৈরিবসীবু ? মরুপ্কী মফম্দবু অদুম্না তৌনবা হৌনবরা ?"

"নং ঐগা লোয়ননা 'শবাব্ মহল্' দা চৎমীন্নবা য়াব্রা ?" মহাক্কী ব্রা অদু তাবদা ঐহাক্ খংপ্রেক্-খংবগুম্ থোক্লম্মী । নোং-মংদনা বজ্র তারক্পগুম্ ! নুংথিল পোবোগ্গা থব্রান্মিচাক্ উবা হায়বদুমক্ থোক্ই । করিনো, মসীবু ঙাওরবা জাৎলা ? নত্রগনা লাই ওক্লরবা হায়বা অদুরা ? মাগুম্বা মজহব্তা অমদি কুরান্ শরিফ্তা চেৎনা থাজবা, শাগৈ জাত্ ফবা, মীয়াম্না সন্মান্ তৌরিবা ইমুংগী মচা অমনবু ...? মশামক্সু লম্চৎ শাজত্তা, ব্যবহারদা মীনা ইকাই খুম্নরিবা, ফিদম্নরিবা অমনি । ঐ ঙক্লা থোক্লদুনা, মাবু মুন্না মখোঙ্দগী মকোক্ ফাওবা য়েংই ।

ঐগী ইতৌ অদুদা মানা ঐবু মুন্না য়েংলগা- "ঐনা হায়রীবা অসী ফাগি নত্তে । নং ঐগা লোয়ননা শবাব্ মহল্দা চৎপা য়াব্রা হায়বা... ?" হায়রক্ই ।

"কৈনো নংনা হায়রীবদুদো ?" ঐহাক্ মঙোন্দা শাওনা হংলম্মী । মাগী ব্রাফম্ অদু থাজববুদি ঙল্লমদে, ঙক্সু ঙক্ই । ফাগি তৌবা ওইরম্বসু য়াই । অদুবু মদু ফাগিদি মান্দে । ব্রাফম অসীমক্ কনাগুম্বা অমনা হায়বা ওইরম্লবদি থাজবসু য়াই । মহাক্কী মচীন্দগী অদুগুম্বা ব্রাহৈ অদু ঐহাক থাজবা সুকঙম ঙল্লমদে ।

"নত্তে, নংগীসিবু ঐঙোন্দা ফাগি তৌরিবরা ? নত্রগা করেম্নরিবরা ? ফাগী অতৈ লৈত্রদুনা ব্রাফম অসিনা ফাগি তৌরিবা হায়বদুরা ?"

মহাক্কী য়াম্না ইংনা "ঐদি করিগীদমক নঙোন্দা করেম্নগদৌরিবা ? অদুগা কৈদৌবগী

ফাগি তৌগদৌরিবা ? ব্রাফম অসিমক অশেংবনি, ফাগি নত্তে । নং ঐগী ইতেং পাংদবা য়াদবনি । ঐহাক্কা লোয়ননা নহাক মফম অদুদা চত্তবা সুকয়া- য়াদবনি ।" হায়না তশেংনা অরেপ্পা ওইনা হায়রক্লম্মী ।

"কৈনো নংবু ঙাওরবরা ? মফম অদুদা করম্বা মীওইশিংনা চৎনবগে হায়বা নং মুন্না খঙলীবনি । মফম অদুদা চৎলীবশিং অদুবু অফবা মীওইরা ? মখোয় অদু ওক্তবা, য়ুথকপা, নেশাদা লূপ্পবা অমদি লমচৎ কাল্লবা, মশাগী ইজ্জৎ য়েংদ্রবা, ইনাকখুনবা, অচৌ-অশাং ইমুংগী তোনাল্লবা মচাশিং নত্রগা মপুন্সি মাঙলবা, চৎনরোল য়েংদ্রবা ওক্তবা, গুন্দাশিং ঙাক্তা নত্রা ? মখোযনা মফম অদুদা চৎপা অসী, মশাগী শেল অদুগী মপান্না, মহাক্কী ইজ্জৎ, সন্মান্ ওইনা খন্দুনা চাওথোকচবনি । মখোয়না সমাজ অসিবু অমদি নুপী ওইবীশিংবু তশেংনা থওই-উশিত্তবনি । অদুগা মসীমসু অমুক হাযগে । ঐহাক্লা মফম অদুদা চৎলুবে নত্রগা চৎলুসি হাযবদি থাজবা যাই। অদুবু নহাক্কী চীন্দগী মদু হায়বকপা অসীমক য়াম্না পকচদে ।" হাযনা মাবু মুন্না যেংলম্মী ।

মহাক্কী মখুৎনা ঐগী লেংবান্দা পাযরগা - "নহাক ঐবু লান্না লৌগনু ।" হায়বকই। "মসী কবিগুম্বা মবম খরা...! ব্রাফম খরা লৈবননি ।"

"অদুবু হায়বা, নংনা হায়বীবা ব্রাফম অদুমক অফবদি ওইববোই । মসি ফত্তবা মায়কৈদা খোঙ থাংজিন্নবা বার্ত্তন্ তৌবা নত্তনা, কবি ওইগদগে হাযবা নহাক খল্লবরা...?" হায়না ঐনা মাবু শংত্রিক য়েংলম্মী । অকনবা ব্রাহে খবসু শীজিন্নবম্মী। ঐগা মাগা তিন্নবকপদগী ঙসিনা অহানবা ওইনা মঙোন্দা অকনবা খোল শীজিন্নবম্মী। ঐহাক শাওসু-শাওনিংই, নুংসু নুংঙাইতে ।

অদুবু মহাক্তি করিমতা শাওদনা, ফিংগত্তনা ইং-তপ্পা হাযবকই - "হোয়নে, নংগী ব্রাফম অদুবুদি হৌনশানি । মসি ফত্তবা মায়কৈদা খোঙ থাংজিনবনি হাযনা নংনা হায়বিবদু, মপাম্বোংগী মীৎযেংদদি হৌনবীনি । অদুম ওইনমক পোৎশক খুদীংমক্কী শক্তম অমখক্তা ওইদবা মতাংসু লৈ । মপাম্বোংগী মীৎযেংদা খক্তগী দবকার ওইদবা মতাং লাকই । মপাম্বোংদা উবিবা অদু খক্তনা অশেংবা ওইগনি হায়বগী অরেপ্পা লৈতে । পোৎশক খুদিংগী শক্তম অনি লৈবসু হৌনশানি । ঙসি ফাওবদা নংনা উরুবিবা অদুগী অতোপ্পা মমায অমদি নং উবমখিবোই । নংনা উরুরিবা শক্তম অদুনা, মীনম-শোরিবা, তুক্কচরবা, হঙ্গোইনফম অমদি ইকায় নীংঙাই মশক ওইরবা, ওক্তবগী ফত্রবা শাজৎ অদুখক্তমক উরুবে নত্রা ? তৌইগুম্বসুং শক্তম অদুখক্তদি নত্তে । থবক্কী ফল্ হায়বা অমসু লৈরি । মদুসু অনি শুগনি, অফবা অমদি ফত্তবা । মরুওইবা ব্রাফমদি খম্ভবা অমদি খঙবা হায়বা অসিসুনি । অদুগা, খনবগা খঙবগদসু মান্নদ্বা কয়া লৈ । মসিমসু নং খল্লু, খঙজিল্লু । ঐনা হায়রীবা অসীনা পুন্নমক চুম্মী হায়বদি নত্তে । নংসু কোন্না শোয়দনা

খণ্ডলক্কনি । মসীদা ঐখোয়গী লন্নাই কান্নবগীসু নত্তে ।"

ঐহাক মাগী ব্রাহ্মেশিংদু তারগা খনবা য়াবা খল্লম্মী । মরম অদু করিনো হায়বা তরাইনা হেক খণ্ডবা য়াবা ব্রাফম অমদি নত্তে । য়ামদ্রবদা ঐঙোন্দা মরম স্ক্রু য়াম্না লুনা, থূপ্না লৈপ্তবা পাওখোং অমা ওইনা থোক্লম্মী । অদুগা মহাক্তি য়াম্না থূপ্না, অরুবা ব্রাফমদসু য়াম্না হৈ-শিংবনি । মরী-মখোঙ অদুসু মহাক্লসু তাক্তে ।

ঐ ইকাই-নুংশি য়ান্নবগুমসু তৌই । শাওনীংবা, পেন্দবসু পোক্লম্মী "নংগী অদুগুম্বা অরোল-অথূপকী পাওখোঙনা থল্লবা ব্রাফম অদুদি ঐগী পীক্লবা কোক অসিদদি চনগদবা মান্দে । মদু ঐহাক্লা খণ্ডবা ঙম্বগী ব্রাংমদা লৈপ্লে । অদুননে, নংগী পাওখোঙ অমদি প্রমান-পাম্থে অদু য়াওদনা, অশেংবা অদুতমক... । নংনা হায়নীংলিবদু করিনো শেংনা হেক্তা হায়য়ু হায়বা...। খন্নবা য়াবা ওইরবদি খন্নসি । লোল খণ্ডনদি মনুংগী অর্থ খণ্ডবা হৌনদেনে । নংগী অসী ঐহাক ভাব অমত্তা তাদ্রি।"

"ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা ফিভম্না, হায়বদি ইন্‌ভাইরোন্‌মেন্ট অসীনা মীওইবদা অকনবা চৈথেং পীরি । মসীগী অফ-ফত্ত পুম্নমক অদু ঐখোয়গী এত্‌মোসফিয়ারনা পীরকপা চৈথেং অদুগী ফল্‌নি । মীওই খরগী ফত্তবা ইন্‌ভাইরোন্‌-মেন্ট অসী মপা মপু, শাগৈ জাত্তগী ফংহৌবসু য়াওই । মখোয় অদুদি মশাগী নুংগী ওইবা, অফবা ফিদম অদু মশা মথন্তা মাঙখি । মসীমক জিন্‌গী দোষ হায়বদু ওইবা তাই । অদুগা খরা অমদি সমাজ অসীনা অকনবা চৈথেং পীদুনা, নম-হাদুনা মাঙহনবনি । মখোয় অদুগীদি উপাই লৈতবা, তোল্লবা, নুংগী অফবা ফিদম অদুনা ককঙাওনদুনা লৈ । অদুনা মখোয় য়াম্না তোন্না, ব্রানা খাঙজৈ । মখোয় উপাই লৈতে, পাম্বে য়াওদে । মখোয়বু কনানসু মতেং পীবীদে । সমাজগী ঠিকাদারশিংনা নুংঙাইননবগী সাধন্ ওইনৈ । মীয়াম্না কুম্মৈগুম্না য়েংই, মদুদা রস লৌনৈ । তোল্লবী পাম্বে লৈত্রবীশিং অদুনা, মথং-মথং যুগ্ কয়াদগী ব্রাকং কত্তুনতা লাক্লবসু তাবীনবদি ঙসিফাওবা লৈত্রি । মখোয়গী ব্রাকং তাবীগে খনবা কনাসু লৈতে । তাগে হায়নসু কনানসু খল্লুদে । মসীমক সমাজ অসিগী অশোয়বনি । অশোয়বা অসিমক পেন্দে।

উফুল্লক্তা তারবী লৈরাং অদুবু খুল্লুবদা খুৎ মোৎকনি খল্লী । খুনগৎপদি পামদে, অদুগা লৈরাং অদুবু কল্লক-মিহৌবগী মীৎয়েংনদি য়েংই । খুনগৎপীদুনা উফুল অদু নীংথিনা কম্থোকপীরবদি লৈরাং অদু লৈশক থোক্লোইদরা ? অদুগা অমুকসু অমোৎপা লৈখোমলক্তগী নীংথিবী লৈরাং থম্বাল শাৎলকপবু করিগীদমক ঙক্লগদগে ? প্রকৃতিগী থোইদোকপা খুদোলনি । লৈখোম-লৈনাংলক্তগী শাৎলকপনি হায়দুনা লৈরাং থম্বালবু ঈশ্বরগী খুয়াদা কৎনদবরা ? লৈখোমদগী শাৎলকপী ওইরবসু, কংফালগী পাম্বীগীবু ওইরবসু, উথক্তগীবু ওইরবসু, লৈরাংদি-লৈরাংনি । লৈরাংগী শক্তম, লৈরাংগী লৈনম,

লৈবাংগী মঙ্গল পুন্নমক ঈশ্বরগী খুৎশেম, মপু মাগী খুদোলনি । উফুল্লক্তা, লৈমাযদা তাবরা লৈবাংগী দোষ কানবনো ? লৈবাংগী ফজবা শক্তম, মাগী লৈনমদি মাঙবা নত্তে । লৈবাং অদু খুনবদা খুৎ মোংকানা খন্দনা কিবনশিংনা, লৈবাং অদুবু কল্লক মিহৌবা অমগী লোয়ননা খোঙনেৎনদনা, নৈহৎপাদনা চৎখিবা অমদি নৈখাযদুনা, শেগাযদনা থুদোকলম্লগা চৎখিবদি হৌনববা ? লৈবাং অদুগী মনালদি কানবনো ? মসাবু মীওইবনা চৎপা হৌনবা শাজৎলনে ?"

"নংগী মীৎযেং, নংগী ফিলোসোফী অসীবুদি যাম্না ফজৈ । পুন্নমক অদু অচম্নসু ওইলম্গা যাই । অদুম ওইনমক পুন্নমক অসী ঐহাক ভাবাত অমত্তা ভানা ঙমদ্রে । অশেংবা বাফম অদু হেক্তা হাযযু কৈদৌবগে ?"

"ঐহাক শবাব মহলদা কযাবক হয়্যা চৎলুবে । ঐহাক্না চৎনীংদুনা চৎলুবা নত্তে । কানগুম্বা থৌদোক খবদগী চৎলুবনি । মমৈদদি ঐখোযগী তৌফম থোকপা থৌদাং অমান খনবদা তাবকপদগীনি । নোংলৈ নুংশিৎ কযা মাযোক্নববা মতুংদা চৎলুবনি । হৌজিকসু মবক মবক্তা চৎলি । চৎলুবা খুদীংগী বাহ্ন কযা ইথাক্তা তংদনা হেক হেক হল্লকই । পাওখুমদি ইফং ফংবা ঙমদে । পাওখুম পীননবা অমদি পীবা ঙম্না মীসু সমাজ অসিদদি লৈতবগুম তৌই । অদুবু পাওখুম ফংদবদি যাদে । পাওখুম অদু ঐখোযনা পীবা তাবনি । অফবা থবক্কী মতৌদ ঈশ্বরনা শোযদনা অফবা ওইহনবীগীনি হাযনা তঙনা ঈঙ্গিৎ পীবি । ঈশ্বরবু নীংজবা, ইবুংঙো মাগী খুযা ফংবা, অনাযবা নাওবগুম, অফবা থবক পাঙথোকপা হাযবসী পাক হেক ঙম্মদে ।

শবাব মহলগী এত্‌মোসফিযাব অসীদি হাযকদনব কানাদে । অবেঙ অবেঙ খদাং পুৎথফম, 'লাইবী' হাযবা অদুনি । খাজক্তং লেঙবা যাদবনি । কাখৎনবা পাম্বে লৈতবা মফম্নী । সমাজগী তমথীববা মীৎয়েংগী লাইবা অসিদগী কাখৎপা হাযবসি ওইথোক্রবনি হাযবসু ঐ খল্লকই । মসী মোৎলবা, মল্লবা, গুহা অমগুম্বনি । নোবোক্কী কোম অমনি । মসীদা তাবরা কনানসু অমুক হয়্যা কানকপা খক ওইথোকখাদ্র । ওইথোক্লোই হাযবসু ঐ খন্দবদি নত্তে । অদুম ওইনমক সংসাব অসিদা ওইথোক্রবা কযাসু ওইথোকই । পাম্বে খনা মতেং থবগী দবকাবনি ।

মবম অদুনা মফম অসাদগীসু ঐখোযনা সমাজদা ফিদম্নাং চাউ ওইবা থবক থবাদ মীযামদা উৎপসু যাইদনা । মসিদসু ঐখোযনা সমাজগী ফিদমগী কোঙ্গোল খবদংসু ফংদুনা, সমাজগী অমোৎপা খবাদ শুদোক্লনা কোকপসু মযাই । অদুব ঐখোয খুৎ মোৎপা তানবা, কিবা খবসু লৈতবা নত্তে । লৈবাংবু লৈনা শোগাযবগা লৈখোম লৈনাংদা লংথবীবা, উফুল্লক্তা খোঙনেৎনবা, খোঙগাওনবানগী লেমজবা, নুংঙাইবা হৈনবী লৈনৈ । মসীনি ঐনা মফম অদুগী ফংলকপা এক্সপাবযেন্স ।"

মাগী নুংগী অশাওবা, পোন্দবগী শীঙনবা, অমাদি উপাই লৈতবা অদ খবগী মখৈদি ভাব্ তারে। মহাক্কী থংখোইদা ফঙবা নিতিগী মায়োক্তা লৈবা 'যং এগ্রিমেন' অমনি। মীযামগী যাইফনবা হোৎনবদা নুংঙাইজবা মীশক্কী। মহাক অউনপোৎকী মাযোক্তস্ থবক কয়া পাযখৎখ্রবনি। ইন্দকী অসীনা অনৌবা বিপ্লব্ অমনি। ঐখোযগী সমাজ সংস্কারগী ওইবা সংস্থান্ অমস্ চঙী অনি অহুমদগী থবক খর্বাদি তৌবক্কী। সংস্থান্ অদুগী মহাক্কা সেক্রেটারীনি, ঐনা প্রেসিদেন্টনি। মহাক কবিগুম্না খবা তৌনীংবা মাল্লি।

মহাক্কা মখা তাবকই "শবাব্ মহল্‌গী মপু ওইরিবী নাদিবাবাই, পোইদোক হেন্দোক্কা মমাং লৈবীনি। সহব অদদা মহাক্কী মতীক মযাই হন্দনা লৈ। মহাক্কী সম্রাজ্য অসী চাওই। অহুম অথৌ, অচৌ অশাং সঙ্গস্ যাম্না লৈ। মহাক্কী কোনুংগুম্লবা কোনা অদগী মালিকা, মহাবাগী ওইনা মহাক ঙাম্মোইবি। মফম অদদা মহাক্কা হাই হুম্না মহাক্কী প্রজাশিংদা সাসন্ তৌবি। মফম অদুগী ঈশিং নুংশিৎ ফাওনা মহাক্কী হুকুম্ ইল্লিরবনি। অহুকপানি মহাক্কী বার্ত্তানীতি অমাদি সাসন্। মহাক্কী ইঙ্গিৎ অমদা মাগী প্রজাশিংনা মকোক নোন্দনা যাথং ঙাইনরিবনি। মহাক্কী প্রজাশিংগী মনুংদা নুপামচা অহুমথকস্ যাওরি। মখোয অহুম্দু চল্লবা তোল্লবাশিংনি। মখোয অদুদি হুম্রবান্, গাসমান্ অমাদি বাহিদা..। প্রজাব্ হুকুম্ তৌবা হাযবসা গুগ কযান্দগী চৎনবক্করবনি। প্রজাশিংনা অবাবা খাঙবা অসাস চৎনবা অমনি। নাদিবাবাইনা মখোযব্ সাসন্ তৌবি। মখোয অহুম্না তোল্লবা প্রজাশিং অদগী মনাংচা মহাক্কী যাথং ইল্লী। বাহিদা, নাদিবাবাইনা পোকচবী মচানপানি। হুম্রাবান্না গাসমান্না অদি, মহাক্কা কদাইবাইদগীনো খঙদে পবকপানি। অহুমংওইনা যোক্লনা চাওবকপানি। মীনা হাযনৈ, মখোয অনি, অনাথ্ আশ্রমদগী পনকখিবনি। হৌজিক মখোয মপু ও নবৈ খানবীশিংনি। নাদিবাবাইনা যোক্লকপগী মতে, মপুঙফাবরী মখোযব্ জগোই ঈশৈ তৌহন্দনা শেল তানহল্লি। নুপীশিং অসীনা মাগী যাথং মতুংইন্না জগোই শাই, ঈশৈ শাকই। মখোয থোইদোক হেন্দোক্কা জগোই ঈশৈদস্ মমিং চৎলি।

মখোয অহুম অসী শবাব্ মহল্‌গী অখ্যাবী লৈতেং ওইরিবী লৈবাংশিংনি। তোল্লবী, উপাই লৈজদ্রবীশিংনি। মখোয হৌজিক, অবেঙ অবেঙ পুৎথফম ওইনবা, অকিবগী মশক ওইনবা 'লাইবী' অসিদগী কাখৎচবা পাম্মী। অদব্ মখোযবু মখুৎ পাযদুনা চিংখৎপীননবা, মতেং পাংবীনবা জিবা অমত্তস্ সমাজ অসাদা লৈতে। মখোয হৌজিক মম্লবা কাচিন অসাদা বাল্লিগী হামেঙগুম্না, দুর্গা পূজা ঙাইবি, বাল্লি কক্লবগীদমক ..। নহাকস্ খল্লু, তোল্লবা বাল্লিগী হামেঙনা কাবাদি তৌজবা ঙমগানি।"

মহাক অদক্কী মতিক পেন্ত্রে, নুংঙাইত্রে। ঐস্ মহাক্কা হায়নিংলবদ্ খবগীমখৈদি ভাব্ তাবে। মহাক্ত মহৌশাদগী অতোপ্পগী, তোল্ল তাববীশিংগী যাইফনবতমক তৌদুনা লাকপনি। মীগী অবা অনাদা তেংবাংবা, মশাগীদি কাওথোকপা ঙম্বা মীনি। সমাজ

কল্যান্গী থবক কয়ামুক্তা, মহাক্না ঙম্বা করিগুম্বা খরা নত্রংগা খরদি তৌদুনতা লাক্লিবনি। মরম অদুনা মতাংসিদসু মহাক মীগী উপকার ওইনা করিনো খরদি মতেং পাংনীংবগী ব্রাফম্নী। মসী মাগী পামজবী, হৈনবীনি।

"হায়রীবসীনদি...., নং মখোয়গী মরক্তগী অমবু নোরোক্কী কোম অদুদগী লৌখৎলগা, সমাজগী ঈচেলদা, অশেংবা নুংশিৎ-নুংশা মরক্তা পুথোকপীদুনা, সন্মান্গী পুন্সি অমা পীবীবা পান্মী অসী নত্রদো... ?"

"হোয়নে অদুনি, নংনা নীংলিবদুমক্কী ঐনা খল্লীবসু। অদুবু ব্রাফম অসি মী অমখক্তগীদি নত্রে। মীশক অহুমগী মথৌ তাই। ঐ ইথন্তগী ওইরবদি য়াম্না খল্লুবগী দরকার ওইদে। মরুপ, ঐনা আশা তৌই। মসিদা নং য়াদবসু তৌরোই হায়না খল্লী।

ঐহাক খংপ্রেক খংলম্মী। ঐগী ইফমদা করম্না ? মহাক্না কবম্বা আশা অমদি থাজবা থল্লীবনো ? ওম্থোকপা ব্রাফম অমদা মহাক্না ঐঙোন্দা! ওম্থোকপা নাতে চাদবা, "শবাব্ মহল্" মফম অদুদা লৈবী নুপী, চেগী নোট্ খবগীদমক, অবাকপা নুপা খুদীংগী মফমদা মীৎচিগী লাং থাকপীশিং! মখোয়গী শাওং-শাথেক্না... ! শেংনা হায়ববদা শেলগীদমক মীপুম খুদীংগী মমাঙদা মশাগী শাবান-শাথেক উত্তুনা, ইকাইবা খঙদনা নীকথবীশিং... ! মশাবু মমল তীক্রদুনা যোনবীশিং! মখোযগী লমচৎ-শাজৎ অকিবা অমদি হঙ্গোইনীঙাইগী মশক্কী। শেলগীদমক ইজ্জৎ যেংদনা মশাবু লুকমায়দা হাপ্তুনা য়োল্লিবীশিং! অদুগুম্বী নুপীশিং অদুগী মরক্তগী... ! অদুগুম্বী নুপী অদুগা ঐহাক্না লুহোংবা... !! মসীবু ওইথোকপা যাবা ব্রাফম্ননে ? ঐ ঙকই, মসীবু করম্না অহম্মদনা খল্লুরিবা ? মহাক ফনা শিংবা জ্ঞান্ লৈবা মীশক্কী। নত্তে, মহাক অসীবু ঙাওববা জাৎলনে ? কদাইদগী কদোমদগী অসীগুম্বা ব্রাখল ? 'তব্রাযফ্' (জগোইশাবী) শিং অদুগীদমক..., ঐহাক্না মঙোন্দা মুন্না যেংলগা "নত্তে নংবু ঙাওবববা?" হায়বম্মী। মহাক থৌশাদনা - "হোয়, অমবোমদা ঙাওবে হাযবদসু লান্দে।"

"নংনা হায়বীবসীবু...? নত্তে, নংনা খল্লীবা ব্রাফম..., অদুগা ঐঙোন্দসু আশা তৌবিবা অদুসু অরানবনি। নং মুন্না অমুক্তা খল্লু। মখোযগী ফজবা শক্তম্না শুদ্ধৎতুনা, মখোয়গী বদনাম্ ওইরবী পুন্সি! মখোয়গী নিংথিবী শাবান্না মীযামগী মোৎলবা মীৎয়েংগী মিতানফম ওইরিবী! লম্বী লান্না চৎলবীশিং! মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ কনানা খঙগনি ? অদুগুম্বী নুপাশিং অদুবু ঐখোয় মতৌ কবম্না লুহোংদুনা য়ুমগী মৌ ওইহনগদৌরিবনো ? মসীবু ওইথোকপা য়াবা ব্রাফমলা ? নত্তে মরুপ, মদু ঐ য়াবা ঙম্লোই। অদুগা নংবুসু মদু তৌহল্লোই। ঐনা নঙোন্দা হায়বীবসীনি। নংনা খল্লীবা ব্রাখল অদু থাদোকউ। ওইবা য়ারোইদবা ব্রাফম্নী। কান্নরোইদৌবা ব্রাখল অদু থাদোকপনা নংগীসু ঐগীসু য়াইফবনি। কোঠাগী জগোইশাবী, তব্রায়ফ্শিংগীদমক, সতী সাবীত্রিশিংগী সেন্টিমেন্টগী ব্রাখল...,

কান্নরোই ভায় । মখোয়গী বাখল, মখোয়গী মীৎয়েং, আশাদি, ইনাক খুনবশিংগী ফুরিৎখাওদা য়াওরিবা নোট্‌কী মীনোক্তা মথোৎ কারকপনি হায়বসী নীংশিংউ । নংগী ফুরিৎখাওদা মখোয়গী মীৎয়েং য়াওরবনি । ঐদি নংগুম্বা নত্তে, ফুরিৎখাও য়াওদবা মীশক্নী । ঐ- মখোয়গা, ঐহাক্কদি চূনরোই । নংসু খল্লুনে, মখোয়গী মফমদা মেঙনা নোল্লুকপা, ইকাইথীবী হায়বা, নুপী ওইবীগী অথোইবা গুণ্ অদুবু হন্দোক্লুনা শেলগীদমক মীয়াম মমাঙদা ইকাইবা খঙদনা জগোই শাবা ঙম্বী, ফি থুংদনা মশাবু ফাওবা শো তৌবা ঙম্বী নুপীশিং..., অদুবু করম্না য়ুমগী মৌ ওইনা, ফক্লাং মরিনা কোয়শীনবা ইমুংদা, সমাজগী চৎনবীদা থম্বা য়াগদৌরিবনো ? করিগুম্বা থম্লবসু মখোয়গী মীৎয়েং-নায়েং-শাজৎ অদুবু করম্না থিংগনি ? মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম, মখোয়বু য়ুমগী মৌ ওইনা থম্বা য়ারোই । সমাজ অসীনসু কৈদৌঙৈদা য়াগদবসু লৈতে । Don't be sentimental my dear friend, ঐহাক মদুদা নংগী নতেং পাংবা, থৌনাফবা হায়বসি ঙম্লোই।"

মহাক্না মীনোক অমা নোক্লদুনা হায়রকই - "ঙাইখোনে, ব্রাফম অসী মুন্না খম্থখো । ঐগী ব্রাসু নং মুন্না তাখো । অদুগা কৃপ্না খল্লগা হায়য়ু । মফম-মরাং খঙদনা...। লৈখোম-লৈনাংলক্তগী শাংলকপী লৈরাং থম্বাল অসী ফজে নত্রা ? মীপুম খুদীংনা মিহৌনা ফজে শোন্নবা ঙাক্তনি । মদুদা মীৎ অমদি থম্মোই পেনবদি হৈনবীনি । নুংশিবা লৈনম অদুসু থরায়তানা নম্মি । মদু লৈখোমদা তারবদি খুনগৎনদে নত্রা ? ইনাক খুনবা, নুংঙাই-য়াইফবা শাগৈ জাৎ ফবা ইমুংগী মচা নিংঙোলশিংবুদি, মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ য়েংলুবা তৌদনা ইকাই খুম্নে । মখোয়বু য়ুমগী মৌ ওইবদি চিংনদে নত্রা? অদুবু মখোয় খুদীংমক গঙ্গাজল্গুম্না লোয়নমক শেংই হায়বগী গেরেন্টিদি পীবা ঙম্বা ? মখোয় খুদীং সতী সাবিত্রী ওইরবরা ? কনানসু হায়বা ঙম্লোই, অদুবু মখোয়বুদি সমাজ অসীনা, শেলগী অরংবা ইজ্জৎকী মচুনা লৈতেংই, শাগৈজাত্, ইনাকখুনবা হায়বা ফজপ্রবা ফিজোলনা য়োম্মী । রেশম্গী পর্দা মরুমগী লৈতেংনি, মমল য়াম্বা হীরা ওই । মখোয় কৈদৌঙৈদসু শকহেনবী-লিন্দাওবী ওইদে । মখোয়না ক্লব চৎলবসু, পার্টিদা য়ু থক্লবসু, মফম-মতম য়েংদনা নুপা-নহাগা লোয়ননা পীক্নিক্ চৎলবসু, চানীং-থক্নীংবা কয়া মনীং-মখা তৌরবসু...! অদুগা উপাই লৈজদ্রবী, মরাল লৈত্রবীশিং অদুবুদি বদনাম্গী লৈতেং ময়াম্না খুদোল পোৎ ওইনা পীশিল্লগা তুক্কচবা মীৎয়েংনা য়েংবী । মখোয়বুদি মতম লেন্নবা অমদি ঈরাঙগী নুংঙাইবা নেশা ওইনা লৌনৈ । ঙহাক্কী ঈথৌ লাংবা কোক্লবগীদমক, শেলনা পাম্বৈ ওইরগা খুবামনুংদা থম্লনবা হোৎনৈ । মখোয়বু মীওইনা খনবীদে । তং-তানা সমাজগী মরক তিলহন্নবগীদমক হোৎনবীবগী মহত্তা খোঙনেৎনবী । মখোয়দা খুদোংচাবা করিমতা পীবীদে । লৈরাংগী লৈনম অমদি রস অদুখক্তনি মিহৌনরিবা ! মখোয়বু খোঙয়া উফুল্লক্তা নৈহৎপীরম্না অদুখক্তনি হৈনরিবা ! মসীনা করম্বা চৎনবী... ?

মরুপ, মসিদা ঐখোয় য়াম্মা পাঙদবা ওইগদৌরিবা করিগীনো ? মসি মায়োক্লফম থোক্তা ? মখোয়বু মল্লবা মফম অদুদগী পুথোকপীদুনা সমাজ অসীগী মিনুংশিগী পীক্লা খীকপীদুনা, ঙাক-শেনবীফম থোক্লনে ? ঐখোয়সু মখোয়না, বল্লিগী হামেংনা, বল্লি ঙাইবগুম ঙাইদুনা লৈরিবীশিং অদুবু মখোয়গী মরায়বক্তা তম্বনি হায়না খন্দুনা অদুক্কী মতিক পাঙদনা লৈরগদ্রা ? ঐখোয় বল্লিগী কুম্মৈ অদু য়েংলসিরা ? ঐ মসি সুকয়া-য়ানীংদে। মখোয়বু সমাজগী ঈচেলদা পুশিন্দুনা খুদোংচাবা অদু পীবীফম থোক্তা ? মখোয়না ইজ্জৎ ফংজদুনা পুন্সিগী মহাও ফংজবগী নুংঙাইজবা অদু য়েংনীংদ্রা ? মখোয়না নুংঙাইজবা অদু ঐদি যাম্না যেংনীংই। নংবু মখোয়দা খুদোংচাবা অসী পীবীবরোইদ্রাও ? অমুক্তংদি মুন্না, খল্লু।

"মরুপ, নহাক্কী ব্রাফম অসী অফবা, অচুম্বা ওইবা য়াই। অদুবু সমাজদা অমদি মীপুম খুদিংদা ওইয়ু হায়বদি য়ারোই। ব্রাখল হায়বসীসু পুন্সিগী তাক্কক্ অমদি মীওই খুদিংগী মফমদসু খেন্নে। মফম অদুগী নুপীশিং অদুবু করম্না থাজগদৌরিবনো ? ঐখোযনা থাজরসু সমাজনদি য়ারোই। অদুগা সঙ্গ হায়বসীসু য়াম্না লুবনি। 'য়োৎনা উগা তিন্নবদগী ঈশিংদা তাওই।' 'হুইবু দোলাই তোংহল্লগা, কৈনো উবগা চোংথৈ।' হায়নবিবনি। অদুনা অদুক হাক্লসু থাজরুবা চুমদে। থৌনা য়াম্না ফববসু খুদোংথীবা নংবা য়াই। নংগী ব্রাখল হম্বহনবনি হাযনদি খনগনু। মখোয়শিং অদুনা শেলগীদমক মখল-মথেলগী এক্টিং তৌরম্লোই হায়নীংঙাইসু লৈতে। খুদোংচাবা লৌননবা হোৎনরম্বসু কনানা খঙবা পোৎনো ? চিরবা মতমদা মমায় লৈদুনা চেনখিবসু য়ারি। ইকায়বা পীবমখৈদি পীরম্বা... ! সমাজ অসীনা মখোয়বু কবম হাইনসু তবাইনা যাবীগদগে ? মখোয়গীদমক ঐখোয়দা শোয়দনা মায়দা তিল শীৎনরক্কনি।"

মহাক ঐগী ব্রাফমদা ইয়া য়ানিংদে। মাগী ব্রাফম অদু ঐসু য়াবা ঙমদে। ঐখোয় অনিগী খেন্নবা ব্রাখল, মোত্, ফল্ তাবা ঙমদে। মহাক্কী ব্রাখলদা সমাজগী ফত্তবা চৎনবীবু শীঙননীংবগী অচেৎপা মওংনি। ঐহাকসু সমাজগী অরানবা লীচৎ অসিবুদি য়ানীংদে। মাগা ঐগা যেৎনবনদি করিসু কান্নরোই। য়েৎনবদদি মহাকপু কনানসু পাক হেক মায়থীবা পীবা ওইথোক্তে। মহাক্কী ব্রাখল, থম্মোই ঐহাক খঙই। ঐহাকপুসু মানা খঙলীবনি। মহাক ঐবু ঙম্নীংবগী মওং অমসু লৈরে। মরৈ য়েৎনবদদি মতম খুদীংমক্তা মাতনা ঙম্মী। হন্দক্কী অসিবুদি মরৈ য়েৎনববুদি নত্তে। মওং অসি মিশন্ অমগুম্বনি।

"নত্তে মরুপ, মদু ঐ সুকয়া য়ানীংদে। নুপী হায়বসী কৈদৌঙৈদসু ফত্তবা ওইদে। নুপীদি নুপাগী মখা পোনবনি, হায়না লাই হাক্তক্তগী হৌনা নুপাগী মখা পোন্দুনতা লাকই। হৌজিকসু নুপাগী মখাপোন্দুনা লৈরিবসিনি। সমাজগী চৎনবীসু নুপানা শেম্বনি। নুপীনা ফত্তবদা নুপাগী খুৎ চঙডি। চামদা মরিফুতরামাপনদি নুপাগী দায়ীত্বনি। নুপীখক্তনা মরন্নাই ওইনা সমাজগী অরানবা তৌবা ঙমদে। নুপানা অয়াম্বা

নুপীবু ফংহন্দবনি, অরানবা তৌহনবনি । অদুগা নুপীদা মরাল থগুজিনবীবনী । নুপানা নুপীবু নোরোক্তা ইনশিল্লগা, মখোয়না মরাল লৈতবা শাশিন্নরিবনি । সমাজ অসিগী ঠিকা নুপানা লৌরিবনি । নুপীবু দলাল্লী তৌবীবা নত্রা ? নুপানা অরানবা কয়া তৌববসু নুপীদা থগুজিনবীবনি । অদুগা নুপানা যাম্না হৈশিংনা অমদি লায়না·নাম্ছোকখিবনি । নুপানা অরানবা তৌবদা মখোয়দা খুৎ থিংজনবা ঙমদে । নুপীতনা চুমদবা ব্রায়েলগী মৈরক্তা মৈশা লাংলি । দন্দিসু মখোয়না ফংবা... । মবমদি সমাজগী চৎনরোল পুন্নমক নুপানা শেম্বননি । নুপানা নেশা চাবা, ওক্তবা লমচৎ চৎপা, ফত্তবা থবক কয়া তৌবদি সমাজনা কবিসু হায়দ্রগা..., নুপীবুদি করিগী...? নুপীদি মী নত্তবরা, মখোয মীওইবগী থম্মোই হায়বদু পান্দবরা ? মসীবু কবিগীনো হায়বা.... ?"

মহাক তশেংনমক য়াম্না পেন্দ্রে । ঐহাকসু মাগা মখাতানা য়েৎননীংবগী ব্রাখল লৈতে । মরম অদুনা মখা তাদনা লোইশনবা পাল্লম্মী । "নংনা হায়বীবা পুন্নমক লাল্লী হাযবা নত্তে । অদুম ওইনমক, ঐখোযগী সমাজ অসিগী চৎনবী হায়বা অমদি লৈবিবসী, নংনা হেন্না খগুলীবনি । চহি চা কযা নত্তে, শতাব্দী কয়াদগী, যুগ্-যুগ্ কযাদগী মসী অদুম চৎনদুনা লাক্নী । অদুনা নং-ঐ খক্তনা লেপ্পগা হোংদোকপা য়াবোই । সমাজ অসীনা মাঙদা চেকপল ওইনা লেঙদনা লেপ্লী । নংসু খল্লুনে, ঐখোয অনিনা সমাজবু মায়োক্ক-বা অমদি অমোৎপা অসী শেংদোকপা ঙমগদ্রা ? সমাজ অসিগী চৎনবী..., মসিদী যাইতোং-ফমদোংবশিং অসিগীনি । মখোযগী খুদাংচাননবা য়েংদুনা যাম্না ব্রাংবা মফমদা লেপখ্রবনি । মখোয়গী খোঙফমদি অদুক্কী মতিক চেৎখ্রে । সমাজগী ঠিকাদারশিং অসিদি মনা, তানা-তানা, মনা পঙই, মমীৎ উনা-উনা মমীৎসু তাঙই, মরোলসু থোক্তে । মখোযগী খুদোংচাগদবা লৈববদি মমীৎ-মনা শিংখ্রপোৎনি, ব্রাহৈ খোনফম ফজখ্রবনি । মখোয়গী খুদোং চাননবগীদমক মখোযনা অনীংবদু হৌনবা-হৌনদবা যেংদে । মখোয়না অসিগুম্বা পল অসী, মখোয খবগী কান্ননবা শেমখ্রবনি । অসিগুম্বা পল অসি মীযাম পুমমক্কী মফমদা, থম্মোইদা, কোক্তা, হকচাংগী লূ-তোংদা, চহী চা কযা-কয়াদগী শুক্ষৎতুনা লাকখিবনা পুন্নমকসী, অসী মীযাম্না যানববনিনা ঐখোয়না শেমদোকপা ...! ওইথোকপা য়াগদ্রা, ঙমগদ্রাও? নংসু খল্লুনে । "

"যাবা-য়াদবা খঙদে, হোৎনর্বদি যাইদনা ? কবিগীসু ঙম্লোই ? মীপুম খুদীংমক্লা, ঐখোয়না ঙম্বা নত্তে খন্দুনা তুম্মীন্না ফমদুনা লৈথোক্লবদি মসী ওইগদ্রা ? ঐখোয়না পাঙথোকপা ঙমগদবা নত্তে হায়দুনা কনামতা চোংথোক্লর্বদি কবম্না থবক পাঙথোক্কদগে ? মীপুম খুদীংনা মসী ঐখোযনা তৌগদবা থৌদাংনি খন্দুনা, কুম্মৈ যেংবগী থবক তোক্লগা, মসী ঐনা তৌফম থোকই হায়না খল্লগা চোংথোক্লর্বদি ...? সমাজ অসিদা লৈবিবা ফত্তবা চৎনবীশিং অসী পুমকোকমক কোক্লবসু ফনা যাম্নদি মযেং তাগনি। অদুদগীদি অসুম তৌদুনা, তপ্পা-তপ্পা পুন্নমক কোক্লক্কনি । মীয়াম্নসু থৌনা ফনা মথং-

মথং চোংথোক্লরক্কনি। চীঙদোল লোম্না-চীঙ কাগে খল্লবদি কাবা তাবনি। চীঙখোঙদা ফমদুনা লৈথোক্লগা, ৱাখলনদি চীঙদোল য়ৌবা য়াররোই" ।

মহাক্কী ৱাফমদা মীওইবগী ৱাখল, চৎনবী, অচুম্বা য়াম্না য়াওরি। অদুমকপু মহাক্কী ৱাফম অসীদি ধর্ম্ম অমদি সমাজগী অমসুং ইজ্জৎকী... ! অদুমকপু হিউমেনিজম্‌দদি মাগী অসী অচুম্বনি। "নংগী ৱাফম অসী তশেংনা ঐহাক্কী থম্মোইদসু পাল্লি মরুপ। অদুবুনে, সমাজ অসিগী পরম্পরা, চৎনবী অদুগা ধর্ম্ম, কর্ম্ম হায়বসীসু তরাই-তরাইবা ৱাফম অমদি নত্তে। মসী মীওইবগী থম্মোইদা চূশনখ্রবনি।"

"সমাজগী ৱা, মী অতৈগী ৱা থমখো। নংগী থম্মোইগী ৱাফম হান্না হায়খো।"

"ঐখোয়সু সমাজগী মনুংদা লৈরিবনি। সমাজনা অম্না ঐখোয়না অমা নত্তে। অহল-লমন, ইপা-ইমা হায়বা অমসু লৈরি। থম্মোইবু ৱারকপা হায়বসীসু য়াম্না শাথীনা অরুবা অমনি। মীপুম খুদীংমক ৱাখল-থম্মোই মান্নবসু নত্তে।"

অদুনদি, নংগী ৱাফম, ঐগা মোত্‌ খেন্নরে অসিনিনে?"

"অদুগী ৱাফম নত্তেদা, ঐনা হায়বদি মীয়াম্না সমাজ ওই। মীয়ামগী ৱা... ।"

"মী অতৈগী ৱাদি খঙদে। নং ঐগী মরুপনি, ঐসু নংগী মরুপনি। মরুপ অমনা-মরুপ অমদগী পাম্বা মতৌ অদুখক্তনি। ঐনা নঙোন্দা আশা তৌরিবসী...। মরুপ অমা ওইনা ঐনা নঙোন্দগী আশা য়াম্না তৌই। অদুমকপু নং-ঐ, ঙরাংতগী মরুপনি নঙোন্দা ঐগী অধিকার করিমতা লৈরমদবসু য়াই।"

"ভায়, নংগী ৱাফমসি, নংনা ঐবু ৱারৌরমাল্লে। ঐবু অদুক পুকচেল পীকপা ওইনসু খনগনু। মরুপকী মফমদা তৌবীমল খঙদবা, মরুপ মশক খঙদবদুদি ঐহাক ওইরোই। মফম-মতম, থবক-থৌওংগী ৱাফমতনি। অদুগা মরুপকী তৌবীমল খঙদবদি খক তৌরোই।" হায়না ঐনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী।

"ঐখোযগী ৱাফম অসী মায়কৈ অমরোমদা চৎখিগদৌবে।"

"ফরে, নংনা হায়রীবা থবক অসীদা খোঙ থাংজিন্দ্রিঙৈদা ঐহাক অমুক্তা মুন্না খনখিগে। ৱাখল খন্দনা থবক তৌবসু চুমদে, ঐবু খন্ননবা মতম খরা পীয়ু।"

"অদুনিদনা, নং হৌজিক্তা থবক্কী ৱাফমদা লাক্কী। ৱাখল মুন্না, কুপ্না খল্লু। মুন্না খল্লগা নংনা হায়বকপা অদু শোয়রোই। মদুনা অচুম্বা খোঙথাংসু ওইগনি হায়বা ঐ য়াই। নংনা কুপ্না খল্লগা তারকপা রাই অদু ঐঙোন্দা খঙহল্লু। নং ঐগী অশেংবা মরুপনি। অদুগনে মরুপ, নহাক্কী রাই অদো 'যাসমীন্‌' গী মায়কৈদা নহাক্কা লেপ্পীবা ঐহাক পাম্মী। ঐহাক হুম্নবানুবু ঐগী ওইনা খল্লে, অদুনা নহাক্কীনা যাসামীন্‌ অসী...। মসী ঐহাক্কা মাঙজৌননা নংগীদমক খল্লবনি।"

মতাং অদুদা ঐহাক্কা নোকফেৎ তৌরগা - "এ:, নংদি মসীদসু নশাগী অপাম্বা অদু হান্ননা খল্লবা জাৎ ওইরেকো ! অফবা মরুপ হায়বসিদি অদুনিদনা... ।" হায়না

ফাগি তৌরগা, ঐহাক নোক্লম্মী,মহাকসু নোকই ।

"অচুম্বনিনে মরূপ ! থম্মোই ... ! থম্মোই হায়বসীসু য়াম্না মরৌ চাওই, করমদি তৌনি ! ঐগী হায়বসীনা খ্বাইদগী মরূওইবা অমনি । ঐনা হান্না উরূরবনিনা খরা হেন্না খুদোংচাবা লৌহৌদ্রবদি মীনা ঐহাকপু অপঙবনি হায়দুনা খনখিরোইদ্রাও ?" হায়না ফাগি তৌরকই । ঐখোয় থবায়তানা নোকমীন্নরম্মী ।

"ইহে, অতে বারী তোক্লসি, নংগী আই.এ.এস কী পেপরদি কমদৌখি ? খরা নুংঙাইখিদনা নত্রা ?" মহাক্না হৌজিক্তা নীংশিংলকপগুম হংলকই ।

"হোয় নুংঙাইখি, থোইদোকপা অশোয়বা য়াওখিদে হায়না খল্লী । ঈশ্বরগী থৌজাল লৈরবদি শোয়দনা পাস তৌগনি হায়না আশা তৌই ।"

"ফরে নুংঙাইরে । অদুদি মরূপ মতমসু থেঙস্ত্রে । ঐহাক য়ৌগ্রগে ।"

"য়ৌরো, য়ুমদা থোইদোকপা অনা-অয়েক য়াওদেদনা ? ঐসু এক্জাম্গী হোৎনবদা লাক্তবা কুইরে ।" হায়রম্মী ।

"থোইদোকপা য়াওদে । ফরে ঐ য়ৌব্রগে । Good Luck. খুদা হাফিজ ।" হায়রল্লগা মহাক চৎস্ত্রে । ঐসু মানা চৎখিবা অদু য়েংদুনা অদুম লৈহৌরে .

***"You live and let others live."***

"জীও তুম্, দুসরোংকোভী জীনে দো ।"

"নহাকসু হিংঙু, খুদীংমকপুসু হিংহল্লু ।



## (৭)

***"The ideals which move it represent***
***the sprit of the age, the yugadharma......***
***Humanity is its god and***
***social service its religious."***

**" -Jawaharal Nehru. "**

অহম্মদ চৎখ্রবদা, ঐহাক ৱাখলগী ঈপাক্তা ঈরাক্পরম্মী । মহাক্না নীংখ্রবা থবক্তা অমুক নীংহন্নররোই হায়বসু খঙই । মহাক অসী ঐগী খ্বাইদগী নুংশিবা অমদি থাজবা মরুপ্পী । মীগী মীরম অসীদা মহাক্কী মতেংনা ঐনা খুদোংচাবা কযা ফংলিবনি । মহাক্নসু ঐবু অদুক্কী মতীক থাজে অমদি নুংশি হায়বসু ঐহাক খঙই । মাগী অতোপ্পা মরুপ অমদা নুংশিবা, থাজবা অদুগা ঐঙোন্দা থাজবা, নুংশিবগা চাংদম্নবা য়াবোই । ঈশাগী ইরমদম মণিপুরদা, পীক্লীঙৈদগী লোয়নরকপা মরুপ কয়া লৈহৌরিবশিং অদু মাদৌনা নুংশিবা, থাজবা কয়া যাওদে । মাগা-ঐগা মপোক কযাদগী লোয়নবকপগুম ফাওই । অসুক নুংশিখ্রবা মরুপকী ৱা ইন্দবা, মাগী মতেং পাংদবা তাববা... ? মরুপ অমনা মরুপ অমগী মতেং নিরবদা, মদুসু মশাগী কান্নবগী নত্তবা...! মীগী য়াইফনবগীদমক..., ঐনা মরুপকী মতেং পীরবোইদরা... ?

ইমাগী চিঠিগী মবোল অদু নিংশিংলকই । ইমানা ঐবু কয়াগী মতীক নুংশিবগে হায়বদু লাপ্না লৈরবা মতম অসীদা হেন্না ময়েক লারকই । ঐগী এম,এসসি, গী পরিক্ষা হেক লোইবগা যুমদা লাক্লবসু খঙহল্লকই । ইমা অমদি পাবুংগী থৌবাং, মচাগীদমক কয়াগী মতীক ৱাজবনি । মখোযগী আশা পুম্নমক ঐঙোন্দা থম্লীবনি । ঐনা হায়বীবমখৈসু,কবিগুম্বা অমত্তা ৱাংহন্দনা, ঐগী নীংবা থুংহন্নবগীদমক হোৎনদুনতা লাক্লী । অমত্তা ঙায়বা মচা ঐবু তুংগী য়াইফনবগীদমক্তা হায়দুনা মীগী মীরম অসিদা ইহৈ তম্বা থারিবনি । মচা ঐবু মথাদা কোন্দুনা মীৎমাঙদা থম্লীংলিবনি । অদুবু মচাগী তুংগীদমক খনবীদুনা শেল-থুম চঙনা মীরমদা, শকফাওবা উন্নদবমখৈ লৈহল্লিবনি । পীক্লিঙৈদগী হৌজিক ফাওবদা ঐহাকপু মখোয়না অৱাবা অমত্তা খঙহন্দনা, অৱাৎপা লৈহন্দনা ইহৈ-ইশিং তমহল্লক্লীবনি ।

অদুগীসু মথক্তা, মচাগীদমক থম্মোইনা খোয়দাজবা মমৌথিবগী য়াম্না চাওবা আশা শাগৎচরিবনি । ঐগীদমক্কী হায়দুনা এদিম্নেল সেক্রেটবি সুবেন্দ্রজিৎকী মচানুপী সুভাসিনি দেবীবু হায়না শিঙনবে হায়বা পাও অমসু ইমানা হাইফেৎ পনখ্রবনি । হায়না-শীওনরিবদু...।

ঐহাক্কী ব্রা তারগা, ঈশানা অয়াবা পীদুনা তৌববুদি নত্তে । অদুম ওইনমক, পুম্নমক অসী ঐ ঈশানা খঙলীবনি । মমা-মপা ওইবশিংনা মচাগীদমক, মখোয়না পামজবা মমৌথিবদা, ঐনা করম্না মখোয়গী য়াথং ইল্লোইদগে ? ঈশানা কোয়নবা, নুংশিনবা হায়বদুসু ঐগীদি কনাসু লৈতে । মসী পুম্নমক ইমাগা পাবুংগসু খঙদুনা তৌরিবনি । মদু খঙবদগী মখোয়না পামজবা মমৌ হায়না শীঙনজরিবনি । ঐনা হায়খিবা হায়ববু ঐহাক ইহৈ-ইশিং তমদুনা মতীকচাবা মী অমা ওইখিগনি, অদুগী মতুংদা কোন্না খন্নসি, অসিখক্তনি । মখোয়সু মশানা খোয়দাজবা, মচাগীদমক্কী হায়দুনা, পামজবা মমৌথিবা হায়বসি মশাগী থৌদাংনি খঞ্জরিবনি । মসিসু অরানবদি নত্তে, মপা-মমাগীদমক্তি মসী লেমজনফম্নী । অদুগা অহল-লমন্না য়েংদুনা, শীন্নরিবদু ফত্তবা, মওংচাদবদি ওইরমফমসু থোক্তে । মখোয়না মুন্না, কুপ্না খল্লগা শীন্নরিবা ওইরমগনি । ঐঙোন্দা হংলমদনা, তান্নরমদনা শীঞ্জবনি, অদুনা মখোয়বু সমাজগী মমাঙদা অদুম্না চঙহাৎ-হাৎপা... ? মখোয়না পোকপীদুনা, মী ওইননবা শেম্বীবগীদমক লমন... ! ঐনা মখোয়গী নিংজবা আশাগী মায়োক্তা ওন্ন-তৈননা লেপকদবা... ? মীগী মচানুপী করিসু খঙজদবী, অহল-লমনগী য়াথং ইনগনি হায়না লেপচরিবী অদুবুসু সমাজগী মমাঙদা চঙহাৎ-হাৎপা তাবরা ? মসীবু হৌনবা থবক্লা ? মসী চুম্মী, হায়বদি কনাসু হায়রোই ।

অহল-লমন্না ঐঙোন্দা করি লানখিদুনা, ঐনা মখোয়গী ব্রা ইল্লোইদৌরিবা ? সমাজদা, মচাগীদমক মমৌথিবা, ময়া-মন্দ্রাকথিবা হায়বসি মখোয়গী মথৌ অমদি হক নত্তরা ? মপা-মমাগী দায়ীত্ব অসীমক, মণিপুবদদি কযাদী চৎনদ্রে । মখোয়না মথৌদা থওইদবা নত্রগা মচাশিংনা অহলশিংগী হক মৎপীরবগুম্বা অমদি লৈরে । অদুবু মসী অফবরা-ফত্তবরা ? অহল-লমম্না য়ানদুনা, অফবা, ফজবা, লৈপাকমচা তাবা, মপা-মমা মশক খঙনা, হায়না-শিঙনবা হায়বসী অমরোমদা য়াম্না ফবা ব্রাফম অমনি । অহলশিংসু মথৌ খঙবগা লোয়ননা মশাগী থৌদাং, হক অমদি ইজ্জৎসু ওইফম থোকই । নহারোলনসু হক অমদি ইজ্জৎ অসীবু মৎফম থোক্তে ।

সুভাসিনি..., ঐ মাবু খঙই । মহাক্লসু ঐবু খঙলমগনি । ঐখোয় নকশিন্নদে, থোইদোকপা মরী লৈনদে হায়বগী ব্রাতনি । শক্কীমখৈদি খঙনরিবনি ।অহলশিংনা হায়ন-শিঙনরিবা অসিসু ঐহাক থোইনা য়ানীংদবা লৈতে । মরম অদুনা ঐহাক করিমতা হায়খিদে । অচৌ-অশাং মচানি, শাগৈ-নাতৈ খুৎ-কল্লী । মহাক অফবী নুপী অমনি । হৌজিক বি.এ. তল্লী । মশক-মতৌসু ফজে । ঐখোয়গা থোইনা লাপ্পদে, লৈকায়নি । চৎনবীগী মতুংইন্না সমাজগী অমদি ধর্ম্মগী করি অমত্তা অকায়বসু লৈতে । মহাক মশানসু য়াই হায়বসু খঙই । ইমাগা ঐহাক্কদী করিসু কোইনদে । ইমানা চিঠি খুদীংদা মহাক্কী ব্রাফম হেক-হেক পল্লকখি । ঐনা মতম চাদ্রি হায়দুনা কয়া থৌশাদবা, ইমাসু খঙই । ইমাগা পাবুংগনা ঐবু য়াম্না থাজে । মরম অদুনা মখোয়না অপাম্বদু ঐঙোন্দা হংদবনি । অদুক

থাজবা, অদুক নুংশিনা তৌপ্রবা মচা ঐনা মখোয়গী আশা কায়হনবা তাবরা ? মচা অমগী মথৌ পাঙথোক্লবদি তৌররোইদবা ... ?

ঐহাক হৌজিক ওস্থোক্লা লুরবা তানফম অমদা লৈরে । ইমা-পাবুংগী আশা ! অমত্তা ঙায়জবা মচাগীদমক চাওনা শাগৎচবা ৱাখল । পামজবা, মথৱায়না তাজবা, খোয়জাদবা মমৌ... ! সমাজগী মমাঙদা জাত্-ধর্ম্মগী নিতিসু কায়দনা লুহোং-খোংদোংবগী, মদুদা ফংজবা ইকাইখুম্নবা, ইজ্জৎ, সন্মান্ ! অমরোমদা -, অহম্মদকী ৱাফম, মরুপ অমগী অনীংবা, অদুগা সমাজ সংস্কাবগী থৌবাং... । সমাজ সংস্কারগী মতাংদা মহাক্কা ঐহাক্কা মান্নবা ৱাখল্লোল লৈ । সমাজনা হন্থনা থঙ্বীরবা, তুক্কচনা খনবীরবা, তোল্লবীশিং অদুগী পুন্সি... । সংসাবগী চৎনবী নিতি-নিযম, পুন্সিগী আর্থ য়াওদনা, মঙাল উদবা, শুক্লা মন্নবা গুহানুংগী পুন্সি, নোবোক্কী পুন্সি... ! ৱাখলশিং অসিনা ঐবু ওস্থোক্লা শাথীনা ককঙাওনহল্লি । মসীনা কবি কবম্ননো ?

ঐখোয়গী ইমুং, মৈতৈগী গৌড়িয়া, বৈষ্ণব্ ধর্ম্ম চৎলীবা, সমাজদা মমীং লৈরিবনি । অমাং-অশেংগী , জাত্-ধর্ম্মগী খেন্নবা চৎনবী লৈরি । মৈতৈ, ময়াংগী পল্ ! মৈতৈনা ময়াং নুপী লৌবা কয়া উদ্রি । ময়াংনুপী, হিন্দুসু নত্তবা, পাঙল্ নুপী ! অদুগা অমুকসু কোঠাগী জগোইশাবী ! মসীবু ঐখোয়গী গৌড়িয়া বৈষ্ণব্ সম্প্রদায়, মৈতৈ সমাজনা য়াগদবা ৱাফম্লনে ? তৌবগীবুদি মণিপুবী গৌডিয়া বৈষ্ণব্, 'অহল-লমন, মরুওইনা নুপী ইমা-ইবেলশিং অসিদি মপানগী জাতীশিংবু 'ময়াং' হায়রগা খঙনৈ । মসীনা হিন্দুনি, মসীনা মুসলীম্নি খঙবা নত্তে । ময়াং ওইরবদি মৈতৈনা লৌবা য়াদ্রে । মণিপুরদা লৈরিবা ব্রাহ্মণ্শিং অসী মতম অমদা ময়াং ওইবম্মী হায়বা মখোয়না থোইনা খঙবা নত্তে । ঙসিগী ব্রাহ্মণ্শিং মশা-মশামকসু খঙদবরা, কাওরবরা অমা তৌরে । চীঙমী-তর্ম্মী লৌনবা য়াদে । মতম অমদদি 'হাও' লৌবা মাংই হায়দুনা ইস্থোক্লবম্মী । হৌজিকসু সমাজ অসিনা য়াদ্রি । হিন্দুবু ওইববসু মুসলীম্বু ওইরবসু মখোয়না য়াগদবদি লৈতে । মৈতৈগী মরক্তা ফাওবা জাত্ ফবা-ফত্তবা থিগৎনবিবা ঐখোয়গী সমার্জনি । লোল তিন্নদ্রবা, ফিজেৎ-চাকচা মান্নদ্রবা..., মখোয়না ইয়া-য়ানীংদে । মী-মীগী শক অমদি গুণ্দসু য়েংদে । মরুওইনা লোল অমদি ধর্ম্মদা য়েংই । জাত্তা য়েংই, অমদি লাইর-ইনাকখুনবা য়াম্না খায় । ঐহাক্লা মায়োক্লগদৌরিবা পুম্নমক অসি পুমওন-ওন্নবা ঙাক্নী । মৈরক্তা চোংশনবগুস্বনি । পীকপ্রবা মণিপুরগী মশাগী তোপ-তোপ্পা চৎনরোল সংস্কৃতি লৈজরিবনি । মসীদা করিগুম্বা..., ঐহাক 'নুঙ অনিগী মরক্তা হা' ওইরে । য়াম্না লুপ্রবা মতাংনি ।

ঐহাক্লা লম্বী অসিদা মরুপকী মতেং পাংবা ওইথোক্কদ্রা ? মতেং পাংদ্রগনা ক্মদৌবা ? মরুপ মশক খঙদবা ওইবা তারবা, কায়নবা তাবা... ! সমাজ সংস্কারগী ঐহাক্কী আর্দশ পুম্নক মাঙবা তাই ! মরুপকী মতেং পাংবা তারগনা সমাজ অমদি ইমা-

পাবুংগা মায়োক্লবা তাবা ! নুংশিজরবী ইমা, ঐগীদমক্তা ব্রাজবতনা মথৌ ওইরবী, ঐগী আশাদা চাওথোকচল্লিবা ইমা-পাবুংনা করি ওইবা তাই? মরাল করিসু লৈজদবী মীগী মচানুপী, করিমতা খণ্ডজদবী অদুবুনা করম্না... ? ঐখোয়গী সমাজনা ঐবু মী ওইনদি খল্লরোই । ঐনা সমাজবু লাল্লী খনবসু য়ারোই । মণিপুরগী ওইবা তোঙানবা মশাগী ধর্ম্ম অমদি সংস্কৃতি অমসুং চৎনবী পরম্পরাবু করম্না... ?

অহম্মদকী ব্রাফমদা ঐগী থম্মোই তনিক্লীবনা করিগীনো ? মাগা ঐগা লোল মান্নদে, জাত্ তিন্নদে, ধর্ম্মসু তোঙাল্লি । মহাক্না তিন্নবসু ঙরাংতা খাঙঙুথক্কীনি । চহী মরি-মঙা খক অসীগী মনুংদা করম্না অসুক য়াম্না নক্লখি ?! মাগা ঐগা হকচাং অনি, আত্মা অমখক ওইবগুম তৌরিবসীনা করম্ননো ? ঐহাক পুমঙক ঙকই, মাসু ঙকলমগদ্রা ? মানা ঐবু খন্দ্রবসু, ঐদি মাবু খন্দবা, মাগী ব্রা ইন্দবসু ঙমদে । মানসু ঐবু খন্দে করম্না হায়গনি ? চহী মরি-মঙা অসিগী মনুংদা মানা ঐগীদমক্তা তৌবিবা, হোৎনরিবা, মহাক্লা ঐগী খন্দে হাযরবদি ঈশ্বরনসু য়ারোই । ঐগীদমক্তা মহাক্লা তৌখিদবা, মতেং পীখিদবা করিবু লৈখ্রবগে ? মীরম অসিদা মহাক্লা ফৈগাক পুরিবনি।

অহানবা চহীদা মিংচনবা মতমদগীনা, হোষ্টেলগী, কলেজগী রেগিংদা, ঐগীদমক্কী মহাক্লা থিংখ্রিবনি । মীবম অসীদা মহাক অমদি মখোয়গী ইমুংনা ঐগীদমক পুম্নমক তৌবি । ঐহাক অমুকখক শাথীনা নাবম্মী । নোংমা-নিনি লৈরগা ফজখিগনি খন্দুনা লৈরম্মী । খুদোংচাদবা শাথিনা হেঞ্জিল্লক্লম্মী । সহরদা ষ্ট্রাইক্, বন্দ, য়েখায়-থুগাইবা, কাঙলুপকী ঈরাং হেনগৎলকপদগী শাথীরবা ফিভম য়ৌরকখি । খুদোংথীখ্রবা মতম অদুদা মহাক্লা ঐবু হোসপিটালদা পুখিবনি । মতাং অদুদা ষ্ট্রাইক্ তৌরিবশিংগা মায়োক্লবদা মহাক শাথীনা শোকখি । মাগা ঐগা চপ মান্ননা হোসপিতাল্দা নুমীৎ তরানি হেন্না লায়কন্নখি । মখোয়গী কার অদুসু মৈনা তুম্না চাকখি । পুম্নমক অদু মহাক অমদি মখোয়গী অহলশিংনা করিমতা ব্রা ঙাংখিদবনি । অদুগী মথক্তা মীরম অসিদা ঐনা শাথীনা নাদুনা লৈবদু, য়ুমদা নুংশা থীখিগনি হায়দুনা পাও ফাওবা খঙহনখিদবনি । অস্মিজান্, ভাবিজান্ অমদি ইচল সাইরানা অদুক্কী মতীক নীংথনা সেবা তৌবীখি । মখোয়না ঐবু সুকথা-থোদোক্তনা শেন্নবীখিবনি । পুম্নমকসিগী খল্লুরগদি, ঐহাক মাগী অমদি মখোয়গী ইমুংগী লমন্ য়াম্না শাথীনা চাওনা তোল্লবনি। শেল-থুমগী মতাংদসু মখোয়না ঐগী য়াম্না মতেং পীখ্রবনি । হরাও-কুম্মৈনচিংবা থোক্লকপা, মতমদসু অনৌবা ফি-রোল, সুটনচিংবা কয়া খুদোল পোৎ তল্লিবনি । ঐগীদমক, মখোয়দা পাম্মুবা লৈত্রে ।

পুম্নমক অসীগী খল্লুবদসু ঐহাক চমম্নে । মহাক্তি মীগী মতেংতা পাংদুনা লৈবা, পুকচেল চাওবা মীশক্কী । ঐগী কনা হন্না য়েংবা উদবা মফম অসীদা, থম্মোই য়াম্না পীকথরকপা খোঙফম কয়াদসু, মহাক্লা ঐগীদমক তৌবীরমদ্রবদি ঐহাক হিংলমদবা য়াবা মতাংনি । মখোয় পুম্নমক্লা ঐহাকপু ইয়ুমদগীসু হেন্না নুংঙাইহনখিবনি । মহাক মশাগী

অশোকপা অদু কাবিসু খনাখদে । মখোয়গী ইমুং মনুংস্ অদুক্কী মতৌক পুকচেল চাওই । ঐবু মচাদৌনা লুনা তৌবীবিবনি ।

খন্‌বমখৈ খল্লে । তূম্বা য়াদে, চাবসু চঙদে । নীংথিনা খঙনদবা ঐগীদমক লেপ্পীবী সুভাসিনি হায়বী অদুনা অমুক কমদৌবিবা... ? মহাক অহলশিংগী য়াথং ইল্লিবীনি । ঐ কনাগী মাযকৈদা লেপকনি ? ইমা-পাবুংবু কবম্মা, কবিগী শাওহনগনি ? অদুগী মথক্তা সমাজগী মমাঙদা, কবম্মা, কবিগী মখোযবু ইকাইবা পীগদৌবিবা ? ঐ কবম্মা ব্রাবেপ লৌগনি ? ব্রাহং অসীনা হুন্না-হন্না কদোমদগীনো ? নুংশিববা মকপ ... ? মকপ হায়বা অসীসু য়াম্মা লুবনি । মৈতৈগীদি অদুক লুনা থোক্তুবসু, মযাংশিংগীদি মকপ হায়বসি যাম্মা লুনা খয়ে । মকপকীদমক থব্রায় থাবা ফাওবা পাম্মুনদে । ঐহাক মকপ কাযনবা তববরা... ?

মকপকী মতেং পাংবগী ব্রাফমতা নত্তনা, মহাক্কী ব্রাখল, মহাক্কী থবক অসিগীদমক, মসীবু, ঐহাক্কী ইথৌ নত্তববা ? মহাক্কা ঐগী ইতেং পাংখিবগীদমক পাউথংনগদবা, লমন থৌগদবা মীশকসু নত্তে । মকপ অমনা মকপ অমদা ইতেং নিবতনি । ঐনা মতেঙ পাংদ্রবসু মহাক্কুদি লমন খক থৌবক্লোই । মহাক অদুগুম্বা মীওই নত্তে । শাওগদবসু লৈতে, অদুম ওইনমক... ! ঐহাক সমাজ অমদি ইপা ইমা হুন্দোক্কদ্রা ? হে ঈশ্বর ! ঐবু ওম্থোক্লা শাথিনা লুববা ঈবোন্নুংদা লংথবীবেদকো ! ঐ ঈবাক্লবে । পুম্নমক অসী ঈশ্বর নহাক্কী নফমদা শিন্নজবে ।

নুমীৎ তবানিবোম হৌখ্রে । তূম্বা চাবা যাদ্রে, বাখল খনবদা ফল্ তাবসু ঙমদে । মহাকসু লাক্তে, ঐনসু মখোযগীদা চৎলুদবে । খল্ল খল্লগা হেন্না লুশল্লকপগুম তৌই । ফল্ তাবকপগী মহুত্তা হেন্না চযেৎনৈ । ঐহাক ঈবাক্লবি, লৃপ্পস্ লুপ্তে । তুমদনা মঙ মঙলে । মঙলাক্লগদৌবগুম তৌই । ওম্থোকপা মতৌনি, যাম্মা খল্লে । মাগীসীবু ঐগী হতো যেংগদবগী তোথিবা জাৎলনে ? নত্রগা ফাগি তোবিবা হাযবদুবা ? মদুদি তোগদবা মান্দে । য়াম্মা সোবিঅস ওইবা মাল্লি । মানা হৌদোবকপা বাফম, তৌগে নীঙখ্রবদা শাঙথোক্তনা তোক্কদবা মীওইদি নত্তে । মবম চাদনা ফাগী তৌবা মীওইসু নত্তে । হাযদোকখিবা ব্রাফম, লেপখিবা ব্রা হোংদবা মীশক্কী । মাবু ঐ চপ চানা খঙই । মাদি ঙম্বসু ঙমগানি । মহাক্কা নীংখিবা হোংলোই । . .ঙমগানি, ঐসু শোয়দনা ঙমগানি , ঙমফম থোকইনা...! ঐসু নুপামচা অমনি ।

অদুবু, মাগীদি জাতী তিন্নে, লোল মান্নে, মজহব্সু অমত্তনি । মহাক্কী হাযন শীঙনবা লৈবা নত্তে । সমাজগী ব্রাফম, অহল-লমনগী ব্রাফম্না অর্মান । মর্দুদ মা-ঐ চপ মান্নে । মচাশিংগীদমক্তদি অহল-লমনসু. ! মচাগী নুংঙাইজবা, অপাম্বগীদমক্তি, থাদোকপা হায়বসি মপা-মমাগীসু থৌদাং অমা ওইফম থোকই । সমাজগী ব্রাফম হায়সীদি হৌজিক্কী যুগত্তাদ থোইনা লুনা খল্লুদ্রগসু ! মাগীদ পঙলু-লুনা থোক্তে হাযনা ঐহাক খল্লী । মহাক্কী প্রোগ্রেম্‌গা ঐহাক্কীগা য়াম্মা থীনা খেন্নে । ঐহাকপু খোঙ-খুৎ পুনশিল্লগা ঈযাযদা লংথবিবা

করিগীনো ? মহাক্না কিরবা থবক্তা ঐবু করিগী... ? অমুকসু মাবু শাওনীংলকই । থৌ লৈতনা থৌ থিবা... ! সমাজ অসীগী অফ-ফত্তদা মাগী মথৌ লৈবরা ? মহাক্না ঠিকা লৌবরা ?

সমাজগী ফত্তবা চৎনবী হোংদোক্লবগীদমক খল্লুরগা, মাবু চা-ননা শাওরুবসু য়াদ্রি । মণ্ডল-মণ্ডল য়াম্না খল্লবা মতুংদসু ঐহাক লেপ্পা ইঙম-ঙমদে । করম্বা ৱারেপ লৌগনি ? থম্মোইদা চৎকদরা, ৱাখলগী লেপকদরা... ? ঐগীদমক্তা থম্মোইশেংনা লেপ্পীবী সুভাসীনি, মাবু হুন্দোক্লুনা, করম্না মঙোন্দা মীনমদুনা... ? মহাক্কী মরাল করি লৈ ? ঐগীদমক্তা, অহল-লমনগী য়াথং ইনগনি, সমাজগী নিতি-নিয়ম ঙাক্তনি হায়না লেপ্পীবী মাবু ইকাইবা পীবা তাবরা ? করিসু মরাল লৈতবী, ইচম-চমজবী মহাকপু করম হায়না... ? মসীমসু লুখ্রবা প্রোব্লেম্ অর্মানি ।

অদুগা অমরোমদা, সমাজগী মীৎয়েংদা লৈখা তাববী নুপী অমগা কবম্না পুন্সি লেনগদবা ? বদনাম্তনা থল্লবী, মশক-মশাসু খঙদবী অদুগুম্বী নুপী অদুবু...। মহাক অদুবু ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইগদবা ! মহাক অদুনা ঐগী লোয়নবী ওইবদা, ঐহাক্না ফংগদবা, তোংজগদবা অসীবু করিনো ? বদনাম্ অমদি তুক্কচবা মীৎয়েংনা, মহাক্কী অউনপোৎ ওইদুনা পুরকপা নত্তনা, কবিনো মহাক্না ঐগীদমক পুরক্কদবা ? জগোইশাবী, ময়াংনুপী, পাঙলনুপী, মফম-মরাঙ খঙদবী অমা পুরক্লে । মসীতনা মায়কৈ শীন-থুংগদৌরিবনি । সমাজদা, ঐগী অমদি অহল-লমনগী লেমজফম করিনো ? মায়দা কালি তৈবা নত্তনা ...!

লমচৎ-শাজৎ ফজবী, ধর্ম্ম কার্য্যদ্রিবী লখা অমা ওইদুনসু ঐখোয়গী সমাজনদি য়াবীগদবা লৈতে । জাত্, লোল্, ধর্ম্ম, নিতি-নিয়ম্ কয়ামুক খেন্নে । অদুগী মথক্তা অহল-লমনগী আশা, মখোয়গী অনীঙবা পুন্নমক, 'উত্তা ঘী হৈবা' হায়বদু থোক্কদৌরিবনি। মীওই কয়ামুকপু ঐহাক্না ইকাইবা পীবা... ! মৈতৈ সমাজগী তোপ্পা লৈজবা চৎনরোল, কল্চরগী মায়োক্তা, অহল-লমনগী মায়োক্তা... ! অমোৎ-অকায়গী মরক্তগী খুনবা পোৎশক হায়বসিদি সনা, হীরা, মণি-মুক্তা ফনা ওইদুনসু, অমোৎপা মরক্কী ফত্তবা, নমথিবা মনম অদুদি শোয়দনা চেনবা তাবনি । বদনাম্গী লৈখোম-লৈনাঙ মরক্তগী, থম্মোই ফনা শেংবী, লমচৎ-শাজৎ ফজবী নুপী ওইরবসু, পুন্সিগী লোয়নবী ওইবদা, ঐহাক্কী থম্মোইদা খোয়দারুবগী মরম করিমতা লৈতে । উপাই লৈজদ্রবীশিং অদুবু মীওইবগী মীৎয়েংদা মিংনুংশি অমদি সহানুভূতি পোকপদি য়াই, মদুবুদি হৌনশানি । অদুম ওইনমক মদুনি হায়দুনসু পুন্সিদা প্রাক্তিকেল্ ওইনা থবক্তা হেক ওনথোকপদি...,মসীবু করম্না হেক ওইথোক্কদগে ?

ইমানা - "ইবুংঙো, ইচা-ইশুবু অচুম্বা লম্বী তাকপীবা, মখোয়গী অৱাৎ-অপা য়েংবা, মতেংপীবা, ঙক্লৌ পীবা, মপা-মমাগী মথৌনি । পম্বুং অদু য়ৌনা চৎপদি মচাশিং অদুগী মথৌনি । পান্দম অদুদি মপা-মমানা য়ৌহনবা য়ারোই । অফবা, ফজবা, কান্নবা

মশক খঙবা হাযবদুদি নশানা হোৎনগদবনি ।" হাযবীখি ।

ইমানা পীবীখিবা পাওতাক্, ইমা পাবুংনা ঐগীদমক হোৎনবীবিবা পুম্নমক অসীগী মপান্দগী, ঙসি ঐনা ফিভম অসী য়ৌবক্লীবনি । কান্নদে, অহম্মদতা ঐগী ওইবিবা, ওইগদৌবিবা ফিভম পুম্নমক শেংনা খঙহল্লগা লোইবে । সমাজগী চৎনবী, ধর্ম্ম অমদি ইমুং-মনুংগী ব্রাফম পুম্নমক মহাক্না খঙলবদি... ! থবক অসী ঐগী থম্মোইনা যানীংবসু ওইদে ।'মকপ, হন্দক্কী খোঙফম অসিমদি নহাক ঐবু ব্রাবৌবনু । ঐ নহাক্কা খোঙবু ওইনা লোয়নদুনা চৎপা ঙলোইদৌবে । ঐহাক নংগী তুংইনবদা খোঙথাং শোৎথবে।' হায়না হেক্তা হাযবগে হায়বা ব্রাখলদা লেপ্লে ।

ঐগী থম্মোইনুংদি প্রলযগী নোংলৈ-নুংশিৎনা মাযকৈ-শলাই খঙদনা কোযবৈ-লৈবকই । ব্রাখল অসী পোৎথাফম সুকখঙ-খঙদে । কবিগীনো খঙদে, ব্রাখল, পুক্নীং থম্মোই, পুম্নমক পুম্নাঙ-লাঙই । খল্লু-খল্লুবগসু হেন্না-হেন্না লুশিল্লকপগুম তৌবকই । ব্রাখল অসীনা অসুক যাম্না লৈতাদ্রিবা, চবাংনবিবা কবিগী... ? লৈতাফম সুকলৈ-লৈতে । ব্রাখলগী লায়নানা নাববা হাযবদুবা কবিনো ? হকচাং অসি পুমতেক-তেকখ্রে । অনাবগা চপ মান্নবে । ব্রাখলনা লৈতাদ্রবদা কবিদনো নুংঙাইগদবা অসীবো ? ঐগী থম্মোইনদি অহম্মদতা 'ঐহাক কোঠেগী জগোইশাবী লৌবা ঙল্লোই'। হায়বগে হায়না খল্লে । অদুবু অমুক........., কদোমদগীনো ? থম্মোইনুংগী ওইনা আত্মাগী ওইবা খোঞ্জেল অমা... ! 'তোল্লবীশিং অদুবু কনবীবদা মখোযগী থম্মোইনা কয়াগী মতীক নুংঙাইজগদবা, পেঞ্জগদবা, পুম্নমক অদো অমুক্তংদি যেংউ ।' হাযবকপগুম তৌই । ব্রাখলনা অমা, থম্মোইনা অমা, আত্মানা অমা, বুদ্ধিনা অমা, অকনবা লাম্থেংনবি । অসুক শাথীনা কনবা লানফম....!?



# (৮)

***"The modern mind that is to say the better type of the modern mind is practical and pragmatic, ethical and social, altruistic and humanitarian. It is governed by a practical idealism for social betterment."***

**"- Jawaharlal Nehru"**

নোংমা, পুঙ মাপল-তরামুক তাবা মতম্‌গী । অহম্মদ, ঈখঙ-খঙহৌদনা ফাওরকই । হেক লাকপগা - "চৎসি থৌরাং লোইশিল্লো ।" হায়রকই । মাগী হৌনবী ক্রক-ক্রক লাকশনবী অদুনি । ঐহাক মাগী মমায় অদুদা মুন্না য়েংলম্মী । মহাক্কী মাইথোংদা থোইদোকপা লাঙতক্লবা অমদি নুংঙাইতবগী মমি তাবদি উদে । মহাক , থম্মোই মকা লাম্না অমদি নুংঙাইনা য়াম্না তেকখৎনসু উরম্মী ।

"ঐবুদি লোইশন্দুনা লৈববনি । অদুবু চৎকদৌরিবা অসীবু কদাইদনো - ?"

"নোরোক্তা...! মদু হংবগী করি দরকার লৈবগে ? চৎকদবা লৈরবদি য়াম্না থুনা লোইশিল্লো । হৌজিক্ মতম্ মাঙ্‌হন্‌বা য়াদ্রে । মতম অসি লৈত্রবনি" হায়না মহাক্না চীঙ্-লেম্না হায়রক্‌ই । মহাক্না অদুম্না চীঙ-লেম্বা অদু ঐহাক্ কয়া তোয়না উদবনি । ঐহাক্ হৌজিক্ মহাক্কা লোয়ননা চৎকদবসি খরা খৌতক্ চাবগুম থোক্‌ই । মহাক্ ঐঙোন্দা য়াম্না মুন্না য়েংলক্লম্মী । ঐনসু মাবু য়েংলম্মী ।

"নংনা ঐবু নোবোক্তবুদি পুরোই হায়বা খঙ্‌ইনে, অদুগা করিগুম্বা পুরবসু নহাক্কী অফবা নগুণ্ অদুনা ঐবু নোরোক্তগী শোয়দনা কন্‌গনি হায়বসু ঐহাক্ খঙ্‌ই, অদুদা..... ।" হায়রগা ঐহাক্ খৌতক্ তৌদুনা লৈরম্মী ।

"অদুদা, হায়ববু করিনো.... ?" হায়না মুন্না য়েংলক্‌ই ।

"নঙোন্দা হায়নীংবা, তম্নীংবা ৱারী য়াম্না লৈখরে ।"

"অদু-অদা..., তৌদুনা লৈরনু । য়াম্না থুনা চৎপা ফৈ । ঐহাক্কীসু প্রোব্লেম্ য়াম্না লৈগ্রপোৎনি । অতৈ ৱারী লম্বীদা শারসি...।"

ঐহাক হৌগৎলে, মাগী মতুং ইন্দুনা অদুমক্ চৎলে । ঐখোয় অনি মাগী কারদা কাখৎতুনা ফম্‌থবগা, মহাক্না গাড়ী অদু থৌরম্মী । ঐহাক্ চৎকদৌরিবা মফম্ অসী কদাইদা ওইরম্‌গদগে হায়বা অন্দাজ তৌরম্মী । ঐনা খল্লম্বা অদুমক্ তশেংনা চুম্লম্লে । মহাক্না 'শবাব্ মহল্'গী মমাঙ্‌মক্তদা মাগী কার খাম্লম্মী ।

ঐহাক্না - " নংদি তশেংনমক্ ঐবু নোরোক্তা পুরক্লেদনা... !" হায়রম্মী ।

মহাক্না ঐঙোন্দা শাওবা মান্না য়েংলক্‌ই - "হোয়..., ঐহাক্‌সুনে অহান্‌বদদি মফম্ অসি নোরোক্কী হায়না খল্লুই । অদুবু মসীগী নোরোক্ অসীদসু ঐখোয় শোয়দনা

স্বগগী লপ্পী ফংবা য়াই । ঐনা হায়রীবসী নহাক্ থাজৌ ।” হায়রকই । মহাক্কী মীৎয়েং অদু অর্থ য়াম্না লৈবগুম তৌই । মহাক্না গাড়ীগী হোর্ন খোংলম্মী । হোর্নগী মখোল তাবদা, বিলদিং অদুগী থোঙ অদু হাংদোরক্লম্মী । অহম্মদকী গাড়ী মখোল অসী মখোয়না য়াম্না ফজনা খঙলে হায়বা ঐহাক থাজে । অহম্মদনা মাঙ থাদুনা ঐসু চঙমীন্নরম্মী । অদুবু ঐগী খোঙ অসীদি য়াম্না লুম্বগুম তৌই ।

দ্রোইংরুম্ অদুগী নীংথীবা মওং-মতৌ অমদি মদুদা শেম-শারিবা দেকোরেসন্ অদু উবদা, মদুগী মতীক-মগুণ্, খরগী মখৈদি খঙলে । শেল-থুম নীংথিনা পায়বা, শক্তি লৈবগী খুদমসু উবা ফংই । লোয়নননা মদুদা লৈতেংলিবা মওং অদুনসু অমুক লৈতেং শেম-শাবা হৈ-শিংবগী কলা খরসু উবি । মসীমক ইচম-চম্বা মীওইনদি মতৌ অদুগুম্না লৈতেংবা হৈরোই হায়বা ৱাখল অমসু ফাওরম্মী । তৌইগুম্বসুং কা অদুগী ফক্লাংশিং অদুদা থেৎলিবা, নিংথিনা ফি-থোংদ্রবী, কাম্গী ঈবাং হৌহনগদবা শক্তমগী মুত্তিশিং, অয়েকপা লাইশিং অদুনা অমুক, পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিবু ঈথক-ঈরাং হৌহন্নবগী থৌরাং তৌরিবশিং অদুবুসু উবা ফংই । মদুমক মফম অদুগী চৎনবী, হৌনবী অমা ওইবম্বসু য়াই । মদুনা ফজবা লৈতেংনি হায়না মখোয়না খনবসু ওইরম্বা য়ারি । মদুমক মফম অদুগী এত্মোসফিয়াব অমনি হায়বগী খুদমসু ওইবা য়াই । অদুম ওইনমক কা অদু মগুণ্দি লৈ, মেঙনা ইংই । নুংশিরবা মনম্না কা অদুগী মায়কৈ শীনবা থুংনা ঈথক-ইপোম শন্দোরকই । ইয়াব কন্দিসননি । নুংশিরবা সুবনসু ঈথক-হৌরি ।

ওহাক্কী মতুংদা মশক-মতৌ ফজগ্রবী নুপী অমা কা অদুদা চঙলকই । মখুত্তা নীংথিজগ্রবা ট্রে অমদা, লৈরোং ফজনা য়েক্লবা গ্লাস অনিখক সর্বত্ পীক থন্না হাপ্তুনা পুবক্লম্মী । ঐহাক মফম অসীদা অমুক্তসু লাকখিদ্রি । ওসিনা পুক্সিগী অহানবনি । অদুগা অসীগুম্বা মওং-মতৌ অমুক্তসু থেংনখিদ্রি । অসিগুম্বী জগোই শাবীশিং অমদি মখোয়গুম্বী মখলগী নুপীশিং অমুক্তা উখিদ্রি । অদুম ওইনমক মখোয়গী মরমদা, মখোয়গী লমচৎ-শাজৎকী মবম, মওং-মতৌ করম তৌই হায়বদি ঐহাক চাওরাকপা খঙই । মীনা হায়নবদগী, ফিল্মগী অমদি ৱারী-লাইরিক, উপন্যাসনচিংবদগী য়াম্না নীংথিনা খঙবা খরা লৈ । মখোয়গী ৱাঙাং-শাঙাং, লমচৎ-শাজৎ, শাথেক হৈনবী, লৈশি-লৈথোল, হীরম অয়াম্বদা নীংথিনা ঐ ভাব্ তাই । মখোয়না মতৌ করম্বা ৱাঙাং-শাঙাং অমদি মীৎয়েংনা লাক্লিবা নুপাশিংবু ফাননবা লাং থাকপগে হায়বসু খঙই ।

মখোয় অয়াম্বনা মীৎ থকহনবা, অবং-অরাক্কী মখল-মথেলগী ফিজেৎ-লৈতেংনা মখোয়গী হৈনজবী মওংদা ষ্টাইল্ তৌগনি । লীক-কোল, লৈতেং কাহেন্না শীবা, লৈতেংবা পামজবীনি । থোইদোক-হেন্দোক্লা, কা-হেন্না কেবা-মৌবা, মকে শেম্বা হায়বসী মখোয়গী হৌনবনি । নুপা-নহাদা নোক্রেম্নবা, মীৎচি খৎপা, মমীৎনা য়েংলগা, মচিন্দা

মোমোন নোক্নুনা মমীৎ খৎপা অসীনচিংবা কয়ানি । মখোয়দা লিরি-খোইরিবা, ইকাই-ইকি অমদি নোল্লুকপা কয়া য়াওদে । নূপা-নহা উরগা মমীৎ-মনা..., ঈরাংগী ঈঙ্গিৎ তৌবনা মখোয়গী হৌনবীনি । মখোয়দা ইকাইবা হায়বদু য়াওদে ।

অদুবু ঙসিগী মওং অসিদি, ঐনা থেংনখিবা, ব্রারী-লাইরিক্কী, ফিল্মগী থিওরি, ঐগী এক্সপরিয়েন্স অদুগী পুমওন-ওন্নবা মওংগীনি । ঐনা থেংনখিবা ব্রারী-লাইরিক, ফিল্ম, লোইনমক লাল্লবা জাংলা ? হৌজিক ঐনা উরিবা অসীনা করন্না মখলগী শক্তম অমনো ? চঙলক্লীবী নুপী অদুগী মওং-মতৌ অদুদি ঐনা খল্লুরিবা অদুগী পুমতোপ-তোপ্পা মওং অমনি । শেৎলি-চারীবা, ইল্লিবা ফিজোল অদুদা খরগী মখৈ অকে-অমৌগী মওং লৈজরবসু, মদু সাধারন্ নুপীশিংনা শেৎলী চারীবা অদুনি । থম্মোইদা ঈরাংগী ঈথক হৌহনবা ফিজোল নত্তে । মীৎয়েং-নায়েং চৎলীবা শাজৎ, করিমতা মোং-হাবা উদে । মাইথোং অদুসু কাহেন্না মেক্-অপ্ তৌদে । নুপী অমা ওইবগী ইচম-চম্না অদুক খরদং কেজবগী ব্রাতনি । মদুমক দোষ্ পীননবগী মরমদি লৈতে ।

মহাক, অহম্মদকী থম্মোইনা খোয়দাজবী, হুস্নবানু বেগম্মী হায়বা ঐহাক ভাব্ তাবা ঙম্মী । ফজবা হায়বদো মসীনিদনা...! অহম্মদনা হায়বমক যাই । ফজবা হায়বসীসু ফজৈ । ফজবদি য়েংলে নুংঙাই, পুক্লীংদা অইংবা, অপেনবা পোকই । য়েংনীংবা ফাওহল্লী, থম্মোইবুসু শান্তি ফংহল্লি । "A things of beauty is joy for ever" হাযবা Keats কী ব্রাফম অদু অচুম্বমক্লী । ফজবী নুপীনা মায়কৈ শীন্না ঙালহল্লি । লাইরেম্মী (দেবী)বু ওইরবসু, জগোইশাবী (তব্রাযফ্)বু ওইরবসু ফজবা হাযবসীদি ফজৈদনা ! ফজবদি ফজৈ হায়বা তাবনি !

থম্মোইদা অহম্মদপু থাগত্তবা ঙমদে । মরুপ নংনা হায়বা ঐহাক য়ানীংবা পোক্ই । মসীননিদনা মহাক্না সমাজবু শীঙননীংলিবা । য়াই, নুপামচানি, লাইবক য়েংবা য়াই, য়েংগদবনি । ট্রোইগী হেলেন্ মশুংলাংগীদমক... ! ইজিপ্কী ক্লিওপত্রাগীদমক... ! ফজবগীদমক ইতিহাসকী ব্রাথোক, ব্রারী কয়া-কয়া লৈরিবনি । মীনা হায়নবা লৈ । নুপীগী লৌখৎফম; ফজবী শক, ফজবা লমচৎ-ব্যবহার, শাজৎ, নুংশিবা ব্রাহে-খোনফম, গুণ্ লৈবী, মহে-মশিং, হৈবী, গুণ্ খরা অসিগী মনুংদা অমা শোক্লবদি, মদু নুপীনি হায়বদা য়ারে হায়নরিবনি । মাগীদি শক্তদি মপা লৈত্রে হায়বা য়ারে । অহম্মদনা সমাজগা মায়োক্লরগে খনবমক য়াই, থোইনা লান্দে নীংই।

অহম্মদকী মনাক্তা চঙলক্নুনা সর্বত্ গ্লাস অমা মঙোন্দা পীরম্মী । গ্লাস অমনা ঐঙোন্দা লানশিল্লকই । ঐহাক মসীবু থক্কদরনে ? অদুবু ঐহাকসু লৌদবদি য়াদবনিনা লৌরম্মী । গ্লাস পীবা লৌবা মতাং অদুদা মহাক্কী মীৎ অনিগা, ঐগী মীৎ অনিগা চপ মান্ননা য়েংনরম্মী । মীকুপ অনিদং, থম্মোইদা থুক লাওবা অমা ফাওরম্মী । মিহুল অসী

তীঙ-তীঙ চোংলম্মী ।মসীবু করিগীনো ? ইঙক-ঙক্লা, চপ মান্নবা মওংদা ঐখোয় অনিমক ইপঙ-পঙথবগুম তৌনখি । মাসু ঐসু মীকুপ খরা...!!

"অদাব্," হায়না অহম্মদতা, অদুগা ঐঙোন্দা "নমস্তে দাদা" হায়রকই । ঐহাক ঙসাইমখৈ মঙলান অমদা লৈরুবদু মঙফাওনৈ । মহাক্লা "'নমস্তে' হায়না ঐঙোন্দা মখুৎ লোন্নদুনা মমীৎ হেক কুপ্তবমখৈ, ইঙক-ঙকপগুম্না য়েংলম্বা অদুগা ঐহাক্কা অমুকসু মীৎ-চানৈ । ঐগী থম্মোইদা মফম খঙদবা কবিগুম্বা অমা খংফাও-ফাওবগুম তৌই । ঐসু-মাসু অমুক হন্না, ফনা কুইনা য়েংনদুনা লৈনরম্মী । করি মতৌনো ? থম্মোই অসীদা কৈনো অমা... ! ঐতনা তৌরবরা ? মহাকসু... ! ঐখোয় অনি চপ মান্নবা মওংনিদা ! মঙ-হাগুম্বা অমা ফাওনবগুম্বা অমদি তৌনখি । কয়াম কুইনা লৈরুরবনো, খঙদে । অহম্মদনা খৌদেমলকপদা জ্ঞান্ তারকই । মহাক্লা ঐখোয় অনিদা য়াম্না নোল্লক্লা "লেঙশিনবীয়ু । সর্বত্ ফানবীয়ু" হায়রকই । খোঞ্জেল অদুসু কয়া নুংশিগ্রে !

ঐখোয় ফমথরম্মী । মহাকসু অহম্মদনা ফম্লীবা সোফাগী নাকল অমদা চঙশিন্দুনা তপ্না ফমখিবম্মী । মহাক্লা অহম্মদতা মীৎয়েং অমা য়েংলম্মী । মদুমক তশেংনা নুংশিবগী মীৎয়েং ওইবা তাই । ঐহাক্কী থম্মোইদনা, অমুক্তসু উখিদ্রিবী মহাকপু উরগা, ঐহাক্লা অসুক নক্লনা খনবগুম্না, অমা তৌরিবসীবু করিগীনো ?! তব্রায়ফ্ অমনবু মখোযগী কোঠাদা লাকপা মীওইদা 'দাদা' হায়না, করি খন্দুনা কৌরিবা ? তশেংনা পুমঙক ঙকপা মতৌ অমনি । থম্মোই অসীসু করিনো হায়ফম খঙদনা চরাংনৈ ।

মহাক্কী দুপট্টা (কোক্‌খুম্নবা, লেংবান্দা য়ান্ননবা ইন্নখি) মচা অদুনা মকোক হাইরপ খুম্লদুনা, কয়াদি চীঙ-লেম্না ফজখরে । মহাকপু উবদা কনানসু কোঠা অসিগা মরী লৈনবীনি হায়বা থাজরোই । নুপাশিংগী ফুরিৎখাওগী নোট্ উরগা মশাগী হকচাং লাম্হোকপীশিংগী মরক্তা লৈবী, মখোয়গী মীনি হায়বা কনানসু মঙদ ফাওবা খল্লোই । অহম্মদনা লেপ্লীবা ফিরেপ থোইনা লানবদি নত্তেদনা ! মহাক্কী ব্রাফমদা ঐহাক যানীংবা পোল্লকই । মহাক্লা থব্রায়না তানা খল্লুরিবী..., খল্লুবগী মবম লৈদনা... ! ঐহাক্তি উবতমক মঙায়রি, মরম অতৈ কয়ামুকসু লৈরম্বা য়াই ।

অহম্মদনা সর্বত্ থকপা লোইরদুনা গ্লাস অদু টেবলদা থম্লগা "বানু, যাসমীন্দি...? মহাকপু কদাইদা চৎখিবগে ?" হায়না হংলম্মী ।

হুস্নবানুনা তপ্না - "মহাক ইমুংগী থবক-ইনখাং খরা লোইশনবা হোৎনরি, লাক্লনি ।" হায়রকই । মখোল, মব্রাহৈসু য়াম্না ইং-তঙ্গী, মেঙই । তাবদা নুংঙাই, নুংশিবসু পোকই । মহাক্লা ঙাংখোরক্লীবা খোঞ্জেল অদু মেঙনা থোৎলি । মহাক্কী মীৎয়েং অদুদগী, ঐহাক থাজবা পোকই । অহম্মদপু মহাক্লা তশেংনা খোয়দারে হায়বসী খঙবা ঙম্লে । তশেংনা হায়রবদা মহাক অসী ঐনা খল্লুরিবা, ব্রারী-লাইরিক্তা, ফিল্মদা উবা তব্রায়ফ্

(জগোইশাবী) অদুগুম্বী নুপীদি নত্রে হায়বদা চপ-চানা থাজরে । মেঙনা নীংথিজবী, নুপী ওইবীগী লিরী, খোইরিজবী, ইং-তপচবী, মন্নাহে-খোনফম মেঙবা, পুম্নমক চপ-চানা লৈ । য়াম্না ইকাইথিবীমক ওইদ্রবসু নুপী ওইবীগী ইকায়বা হায়বদুমদি মহাক্কীসু খরদং লোয়নরি হায়বসু খঙলে । তাৎ অমদি লৌনমগী মপাম্বোংদা উৎননবা তৌবা অদুমক্তি মান্দ্রে । কা হেন্না অরং-অরাক্কী অমদি ষ্টাইল্গী ফিজোলসু শেৎ-চাদে । নুপী ওইবীগী খরদং কেজবগী ব্রাফম্না অমনি । ঐখোয় লাক্কনি হায়বা খঙদুনা তৌরিবরা, মদুমদি খঙদ্রে । ঐহাক্কী মীৎয়েং অমদি ব্রাখলনা ঙসিদা, মীকুপ অনিখক্তং উবদা য়ৌনা খঙজনবা ঙমদ্রবসু, ঐনা খল্লীবা অসিদা পঙলান-লানগনি হায়নদি নীংদে । অহম্মদকী মীৎয়েং মাগী থম্মোইবু তশেংনা জয় তৌখিবী নুপী হায়বসী, তোপ-তোপ্পা করিগুবা মগুণ্ খরদি শোয়দনা লৈরে হায়বা থাজরে ।

মহাক্কী নীংথিবী শক্তম, মওং-মতৌনচিংবা অদু, ঐগী হৈজবা সাইকোলোজী নৈনদুনা ব্রাখল অমরোমদা লুপ্লীঙৈদা... ! কা অদুদা অতোপ্পা নুপী অমা অমুক চঙলকই । ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলম্লগা, মহাক চপ লেপখিরম্মী । মশা অদু নীকপগুম, করিগুম্বা মতৌ অমা হাইরপ তৌখি । মদুবু ঐগী ব্রাখলনরা...!

ঐ, মহাক্কী ইচম-চম্বা মওং-মতৌ অদু উরুবদা পুমঙক-ঙকই । মাবু উরুবদা, মসীদি তশেংনমক কয়ামত্ (প্রলয়) হায়বদুনি । শংবানরবী দুপট্টা অমনা মকোক হাইফেৎ খুম্লদুনা লেপ্লীবী, মহাক্কী মাইথোং থাজ অদু, গুলাব্ অঙৌবগী পারপ তৌনা ঙাংবা লৈ মচু অদুনি । শক্তম অদু হায়নরিবী, 'চৌদহব্বীকা চাঁন্দ' (তরামরিনি থাজ) না ইকাইনীংঙাইহনি। মীনা হায়নবা, কাংঙগী খোঙথাং হায়বদুরা... ! মহাক অমুক করিমতা মোং-হাদবা খোঙথাংদা, ঐখোয়না ফল্লীবা অদোমদা চঙশীল্লকই । অহম্মদকী মমাঙদা মকোক খজিক্তং নোম্থরগা, য়াম্না নোল্লুক্লা মখুৎ অদুনা লাইবকলোমদা থাঙ্গৎতুনা "অদাব্ অহম্মদ সাহেব্" হায়দুনা সলাম্ তৌরম্মী ।

ঐহাক্তি, মহাক্কী লম ঙাল্লবী মাইথোং থম্বাল অদুগী মশেক-মঙালদা মন্ত্রনা শুদ্ধৎলবা অমগুম্না পঙথরুরে । ঐহাক্কী ইতৌ অদু মহাকসু শামীন খরদং হাইফেৎ ফংখিমাল্লে । য়াম্না তপ্না খৌনাও শেংদোকপগুম হাইরপ খৌদেম্লগা, মীৎচিনা ঐঙোন্দা হাইফেৎনা য়েংলকই । অমুক মমায় অদু লুকথখিরম্মী ।

মহাক্লা - "অহম্মদ সাহেব্, অদোমগী মরুপ..., সুকুমার...?" হায়না হংলকই । ঐহাক্লা মঙোন্দা মুন্না য়েংলুবনি । ইলেক্ত্রিক্লা চিংবগুম তৌখি । ঐ খংপ্রেক খংবগুমসু তৌই । মঙোন্দা য়েংলম্বা ঐগী মীৎয়েং লৈমায়রোমদা য়েংথৈ । অহম্মদনা ঐঙোন্দা য়েংলগা- "শক্তী খঙনরেদনা ! মান্নী, মহাক্লী ঐনা ব্বারী তৌখিবা মহাশয় অদো... ।" হায়না য়াম্না অর্থ চেন্না খোইরুম-মোমোন তৌরকই । ঐহাক্লা অহম্মদতা

পীশুম শুকই । ঐ ইকাইবগুম, শাওনীংবগুংমসু তৌরম্মী ।

মহাক্না ঐবু ইশাগী শকফম হঞ্জিন্নবা অমদি ইশাবু ফাথজনা তাঞ্জা পীদনা মখুৎ অনি অদু লোন্নরদুনা - "নমস্তে" হায়রকই । মহাক্কী খোঞ্জেল অদু ঐগী নাকোংদা খোয়থুম- রবা কোকিল্গী পঞ্চম্ সুরগুম চঙলকখি । ঐসু মাগী 'নমস্তে' গী পাওখুম খুৎ লোন্নদুনা ৱাদি ঙাংদনা পীরম্মী । ঙসাইদগী ঐগী খুত্তা সর্বত্ য়াওবা গ্লাস অদু পায়রি । মহাক্না - "সর্বত্ অদু হৈনবীদবরা নত্রগা হঙ্গোইবীবা... ?" মহাক্কী ৱাহৈ মপুঙ ফাদ্রিঙৈদা ঐহাক ইখং-খংনা গ্লাস অদু থাঙ্গৎতুনা স্বর হোন্দবমখৈ থকচিল্লম্মী । গ্লাস অদু সেন্টর টেবলদা লৈরিবা ত্রে অদুদা থম্লম্মী ।

অহম্মদনা - "মহাক অসীনা যাসমীন্নি । ঐনা অমুক তাক্লবসু নহাকসু ভাব্ তাররিনি ।" হায়রকই । লোয়ননা মাগী হৌনবী মীনোক অদুনা ঐঙোন্দা য়েংলগা নোক্লকই । যাসমীন্গা হুস্নবানুগদসু মহাক্না ওনশিল্লগা নোক্লম্মী ।

ঐখোয় অনি ইনৌ-নৌনা অমুকসু য়েংনরম্মী । ঐখোয়গী মীৎ মরি মীৎ-চানরম্মী । মহাক্কী মাইথোং অদু তপ্না লৈমায়রোমদা লুকথখিবম্মী । মোং-হাদবী, লূববী মাগী মেঙনা থোৎলবী মীৎয়েংনি । ওম্বোক্না পুক্নীং হুয় । মোমোত্তা নোক্নুনা লৈবা মানবী মচীন্বাল অদুনা, লৈহী চেল্লবী লৈবাংগী মেঙ্-থোৎলবী লৈনাগুম্মী ।

ঐহাকসু হাইফেৎ ইকাইরপ তৌই । ৱা ঙাংনদনা তুম্মীনা ফমদুনা লৈরম্মী । মহাক্কী অদুগুম্বী মেঙনা-থোৎনা নীংথীবী, ইংনা ফজবী শক্তম পঙউ-উখিদ্রি । মীনা হায়নবা, 'অয়েকপা লাইমুক ফজৈ' হায়নবদু মসী ওইবা তাই, হায়না খল্লী । হুস্নবানুবু উবদা ফজৈদা খনখিবা ! অহম্মদনা কক্ঙাওনরিবা চুম্মী নীংখিবা ! যাসমীন্গী ফজরবী শক্তম অসীনা, তোপ্না ফজবী অমগী মশক অমগা অমুক উবা ফংই । ফজবা হায়বসীসু ফজৈকো ! অঙকপনি, য়েংসু য়েংনীংই, মুন্না য়েংগদবসু ইকাইবগুম তৌই । ঐ মাবু উরুবদা, অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, যাসমীন্ হায়বীদো অসি ওইরেকো, খন্দবা ঙম্দে । হুন্দোরক্পতা ঙায়রিবা কোরৌ মশেক্না য়ৈবদা তনৌ-তনৌনা শাৎকায়বক্পী থম্বাল কৌবী লৈরাংনা লৈকা ফন্না শাৎপগুম্মী । লৈহীনা নীক্-নীক্ চোল্লবী লৈরাংগুম্মী । নুংশিরবী লৈনম্না মায়কৈ শীল্লী, লৈরাং জাতিকুপ্লী... ! পুম্বুল্লবী লৈরাং আতবগুলাব্কুম্না, তনৌ-তনৌ ওম্বোক্না পুক্নীং হুনবগী মশক্নী... !

'Love at first sight' হায়বা ৱাফম্ অদু ঐদি কয়া থাজদবনি । অদুবু ঐঙোন্দসু থোক্লবরা হায়না চিংনরক্ই । অহান্বা হেক্ উবদা নুংশিবা হায়বসি ওইথোক্তবনি খল্লী । মাগী নীংথিরবী শক্তম্ অসীনা ঐগী থম্মোইদা খংঙান্-ঙান্বগুম্ তৌরক্খি । মঙাল্ অমনা ঐগী থম্মোই ফাওদুনা চঙ্খিবগুম তৌরম্মী । অশেংবমক্ ঐনা মহাক্পু হেক্ উবা খুদক্তুদা ঐগী থম্মোইদা করিগুম্বা অমদি ফাওখি । মহাক্কী শক্তম্ অদু

মতম্ কয়াগী মমাঙ্‌দগী ঐনা উখ্রবগুম্ ফাওরম্মী । থম্মোইদা মতম্ কয়াদগী মহাক্কী ব্রাখল্ খন্দুনা লাক্লবগুম্না ফাওরিবসিনা করিগীনো ? ঐনা মহাক্‌পু কদাইব্রাইদনো অমদা উখ্রে হায়নসু কন্না খল্লকই । অদুগা মহাক্‌পু ঐগী মঙ্‌লান্দা উবগুম্নসু ফাওরক্লীবা অসিনা করিগীনো ? তশেংনমক্ ঐ মাবু উখ্রবরা... ? উখ্রে, কদাইদা, করম্বা মতম্‌দা, কমদৌনা, করম্না উখিবা হায়বতদি ঐহাক্ নীংশিংবা থোক্লে । য়াম্না কন্না নীংশিংবা লাক্লরবসু, নীংশিংবদি মঙমদ্রে । অদুগা থম্মোইদা ফাওরীবা অসীনা করিনো ?

ঐহাক্কী ফিলোসোফীদা, অহান্‌বা উন্নবমক্তদা থব্রায়-হক্‌চাং য়াওনা নুংশিবা, কখোক্‌পা থম্মোই হায়বদু লৈতে হায়নদি খল্লী । অদুমক্‌পু কনানা খঙ্‌বা... ? থম্মোই হায়বসিসু নুংশিবগীদমক্তি ওম্থোক্লা মরৈ-মরা তৌখ্রপোৎনি । ঐনা লান্না খল্লুরবরা... ? মহাক্কী ঈঙ্গিৎ-ঈহুল্ অসিদি মহাক্কী লৈজবা পুম্বা লোইনা লাম্থোক্লবগুম্ ফাওই । ঐগী অসীবু..., পঙ্‌খল্ খল্লববা ? মসীবু ওইথোক্‌পা য়াবা ব্রাফম্ননে ?

অহম্মদকা হুম্নবানুগা, মখোয় অনি অমনা অমবু ঈঙ্গিৎ তৌনখিবগুম্‌সু তৌই । তাঞ্জা অদুদা মীয়ায় ওইরপ্ তৌরবী নুপী অমা, ঐখোয়না ফম্নীবা অদোম্‌দা লাক্লম্মী । ঐহাক্‌পু হেক্ উবদা মহাক্ য়াম্না ঙক্‌পগুম্ তৌই । ঙহাক্তংদি চপ্ লেপ্তুনা লৈবম্মী । লোয়ননা ঐঙোন্দা ওম্থোক্লা ঙকপা মীৎয়েং অমনা য়েংলগা, অমুক্ শক্‌ফম্ হঞ্জিন্দুনা নুংশিববা মীৎয়েংদা য়েংলক্‌ই । ব্রাদি ঙাংদনা, মখুৎনা পায়রীবা ব্রে অদুদগী কোফীগী কপ্‌শিং অদু ঐখোয মযামদা মথং-মথংগী পীরকই । ইকোন-কোনবদা ঐঙোন্দা পীরকলম্মী । ঐঙোন্দা কোফী পীবা মতমদা মহাক্কী মখুৎ নিকলপ তৌখিরম্মী । ঐহাকসু করিগুম্বা অমদি খনখিবগুম তৌই । ঐখোয় ময়াম ব্রাদি অমত্তা ঙাংনরমদে । মহে-মহে তুম্মীন্না কোফী থক্লরম্মী । নুপী অদুনা সর্বত্ থকখিবগী অহাঙবা গ্লাসশিং অমদি ব্রেনচিংবা অদু লৌখৎলগা, ঐঙোন্দা অমুক্কা হন্দুনা মুন্না য়েংলম্লগা চৎখি। থোঙজীল লাল্লমদাইদা অমুক্কসু হন্না মুন্না য়েংলম্লগা চঙখিরম্মী । মহাক্কী মীৎয়েংদা মিনুংশিগুম্বা করিগুম্বা অমা... !

মীয়ায় চল্লবী নুপী অদু কে-মৌবা থোইনা তৌদে । শেৎলী-ইল্লিবা ফি-বোলশিং অদু তক-তনাল্লী । ইচম-চম্বা লীক-কোল, লৈতেং খরা শিরি । মশক-মতৌ য়াম্না ইঙ-লেম্মী, মগুণ্‌সু য়াম্না লৈ । মোং-হাদে, চহীগী মতাংনরা ? ইনখৎলকপা মতমদা, নহা ওইরিঙৈদা লময়ৌনা ফজরম্বগী মমি তারি । শোয়দনসু ফজরমগনি !

অহম্মদনা ঐঙোন্দা - "হৌজিক্কী অহল অদু, ময়ামগী অম্মীজান্নী । মবুক মপাও ফখ্রবী অহল অমনি । মহাকসু ময়াম অসীগী মরক্তা মরায়বক থীরবী অমনি ।" হায়না তাক্লকই । অমুক মখা তারকই - "অহল অসী লৈবদগী খরা ফরিবনি । শেংনা হায়রবদা, অহল অসী মখোয় অহুমগীদমক্তি, কেয়ার টেক্করনি ।"

"যাসমীন্, নখোয়্, ৱারী-ৱাতাই শানৌ, বানুগা ঐখোয়'নি থংনবা কাদা ৱারী খরা শানগে ।" হায়না অহম্মদনা হায়রকই । অহম্মদকী থৌরাং অদুদা ঐহাক শাওনীংবগুমসু তৌই । ইহৈ-হৈনদবগুম্বা অমা ফাওই, খোয়রাংবগুম্বা অমসু পোকই । মওং অমদা নুংঙাইবগুম্বা ঈহুল অমসু অমুক ফাওরকপগুমসু তৌই ।

"য়াম্না ফনি ।" হায়না খুম্বগা লোয়ননা যাসমীন্ মমায় লুকথখিরম্মী । মহাক্কী ৱাখলদা ঐহাক্কা চীক্না ফম্মীন্নদুনা ৱারী-ৱাতাই শানবা পাম্বগুম্বা... ! ঐহাকসু মতাং অদু য়ৌরবদুদদি, চীক্না মহাক্কা ৱাহৈ খরদং ফোঙদোক্নীংবা অমা ফাওরক্লে । মসীগী ৱাখল অসীনা অমুক কদোমদগী... ?

অহম্মদনা ঐগী পুক্নীংগী ৱাফম খঙলবরা ? মহাক য়াম্না মীৎলম-নারম শিংবা মীনি । হুস্নবানুগা মহাক্কা ঈঙ্গিৎ তৌনরগা হৌগত্তুনা অমরোমদা চঙমীন্নখিরম্মী । ঐখোয় অনিতা ঙায়হৌরবদা... ! মহাকসু তুম্মীন্না লৈবম্মী । ঐহাক্কী চিন্দগীসু ৱাহৈ অমাফাওবা থোরকউ য়ারমদ্রে । মহাক মরু লুকথদুনা, মশাগী ইন্নফিগী ফিজি অদু মখুৎ খুদোম্বীদা অমুক য়েৎশিন, অমুক হন্দোক তৌদুনা অদুমক লৈবম্মী । মহাক্কী তঙাংবী মচীম্বাল অর্দুদি হাইফেৎ খোইরুম-মোমোন্না লৈতেংলম্মী । অদুগুম্বা মোমোন তৌবা মতৌ অদু উরুরগা, ঐহাক হেন্না তৌফম খঙদবদুম হেনগৎলম্মী । নুপী ওইবীগী মেঙলবী অভিনযদা নুপাশিংনা পঙথৈ হায়নবদো চুম্বা তাই । মহাক্কী অসীগুম্লবী শুদ্ধৎনবগী মশক ওইরবী মতৌ অদুদা ঐহাক তৌফম খঙলমদে । পুমশুম-শুম্বগুম্বা অমনা ঐহাক্কী বুদ্ধি ইথোক-থোক্লমদে । মহাক্কী মওং-মতৌ অদুসু ইকাইবগী মতৌনি । তৱায়ফ্ অমনবু অদুক ইকাইবা হৌনবরনে ? ঐনা ইপঙ-পঙথবগুম তৌবিবসীদি...! মসীনা করিগী ? অদুগা মাগী অসীনা অশেংবমক্না নত্রগা তাৎ তৌশিন্নরিবরা... ? হে নোংদম্বা, নহাক্তনা খঙবীগদবা মঙায়রে । অসিগুম্বা তানফম অসীবু পুন্সিদা অহানবনি ।

শক্তমদো কয়াদি নীংথিজখ্রে ! মাগী ইকাইবগী মতৌ অদুনা মহাক্কী মগুণ্ হাপ্লগুম্না থোক্লী । ঙৌনা লমঙানবী, লৈহাও লৈরেনগী কুচুনি । মহাক্কী মীৎস্না অনিদুনি য়াম্না হেন্না ফজরিবা ! শেৎলি-ইল্লিবা ফীজোলসু ইচম চম্মী । মহাক থোইনা কে-মৌবসু তৌদে, চম্না ফজে । পুক্নীংমকা লামহনবা মঙাল, অমদি ইংনা মেঙলবা, নুংশিরবী লৈমনগুম্মী । য়েংদুনা লোইশ্নবদুবু অমুক্কসু হন্না ইনৌ-নৌনা য়েংলুরি । হন্না-হন্নসু য়েংনীংবা পোকই । ঐনা মাবু উশ্নবগুম তৌরিবসীনা করিগীনো? কদাইদা উখি ? নীংশিংবা থোক্কে, লাম্বা ফংদে । মঙদকা উখিজাৎলা খল্লকই । ঐগী নীংশীংবগী পাঙ্গল অসী ফনা ফবনি । অদুবু করিনো, ঙসিদি ঐনা ইপঙ-পঙশিল্লিবসীবু ? ৱারী- ৱাতাই শানগদবসু মহাক্নসু ৱা ইঙাং-ঙাংলক্লে ।'লেদিজ ফার্ষ্ট' হায়বা অমা অয়াম্বা মতমদা হায়নৈ । নুপীদা খুদোংচাবা পীনৈ । মতাং অসীদদি মদু ওইররোই । অসীগুম্বা অচীকপা মফমদদি, মতম

পুন্নমক্তা ৱাহৌদোক অসী নুপানা হৌবা তাবনিনা...। ঐহাকসু তৌফম অমা খঙদে

অদুমকপু ঐহাক্না অচীকপদু থুগাইদুনা - "ৱা ইঙাং-ঙাংদবা অমদি য়াম্না ইকায়থীবসী অদোমগী হৌনশা ওইবীরবরা নত্ৰগনা... ?" হায়না হৌদোক্লম্মী।

মখা তারকদবা মহাক খঙলমাল্লে। য়াম্না ইংনা - "ৱা য়াম্না ঙাংবদি লৈপাকমচা তাবা ৱাৎপা ওইনা থোকদ্ৰা হায়দুনা তৌজবনি। অদুগা ইকায়থীবদি, নুপী ওইবীগী ঈশ্বরনা পীবীরকপা লৈতেংনি।" হায়রকই। মহাক্কী খোয়রুম্ মীনোক্না কোন্নবী, থোৎনা মেঙলবী ৱাহে অদু ঐগী নাকোংদা সুর অমগুম্না ইংনা ফাওজীল্লকই। তাবদা কয়াদি খোয়থুন্নখরে। পুক্নীংদা থুক লাওনা পাল্লি।

ঐনা - "চুম্মী, ৱা য়াম্না ঙাংদবদি ফৈ। অদুবু ইঙাং-ঙাংদ্ৰবদি, মদুসু অফবা কৌদে। খরদি ঙাংবসু ফৈদনা...।" হায়রম্মী।

ঐহাক ইঙাং-ঙাংদবদি নৎচদে।" হায়না মহাক্না খুল্লকই।

"মহাক্না হায়রীবা অদুসু চুম্মী। অদুমকপু জগোইশাবী অমগী মচীন্দগী থোরক্লীবা অসীগুম্বা ৱাহে অসী তাবদা ঐহাক খরা ঙক্লসু থোকই। মসীবু করম্না থাজগনি! তৌবগীবুদি মহাক জগোইশাবী অমগী মওংবুদি মান্দে। তৌইগুম্বসুং কোঠাদা লৈবী, নম্-হাদুনা ওইরবসু, ফিজেৎ-লৈতেংদুনা ফমহল্লগা, অমসুং জগোই-ঈশৈ তম্বীদুনা ঈশৈ শকহল্লবী, জগোই শাহল্লবীশিংবু 'তৱায়ফ্' হায়বা মিংথোল অসী থোনবী। অদুনা মহাকসু জগোই শাবীনি হায়বসিমদি শোয়দ্ৰবা ৱাফম্নী। ঐনা মঙোন্দা করেম্নবা ওইনা "শিনফম অসীদা লৈরবী অদোমগী মফমদসু ইকায়বা হায়বা অদুবু অমুক লেমহৌরিবরনে ?" হায়না হংবগা লোয়ননা মঙোন্দা য়েংদুনা নোকফেৎ তৌরুই।

মহাক খংপ্রেক খংবগুম তৌনা ঐঙোন্দা য়েংলকই। ঐহাক্না অদুম্না হায়রক্কনি হায়বা মহাক থাজরমদবা য়াই। হায়গে খন্দুনা হায়খিবমক্তি নত্তে। খঙহৌদনা কদোমদগীনো হায়দোকখিবনি। মহাক্কী মীৎয়েংদা ৱাহং কয়ামুক লোয়নবগুম তৌই। ৱাকৎকা কোন্নবা মীৎয়েংসু, থাজদবা, পেন্দবসু উরম্মী। মহাক্কী থম্মোইদা, পুকচেল লেপ্পুবা, মিহৌচাওবা, মীগী থম্মোই শীকপা, নুপা অমবু মাগী মনাক্তা অহম্মদনা ফমহল্লবরা হায়না খনবগুম তৌবা মাল্লী। মীকুপ খরা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্লগা খুল্লকই - "অদোমগী ৱাহং অদুমক হংবীবদা মতীক চায়। পাওখুম ওইনা পীজবগী থৌনাদি লৈজদে। অদুনা পাওখুমদি পীজররোই। ৱাহে খরদংদি হায়জনীংই।" হায়রগা মহাক্না ঐঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা করিগুম্বা খরা হংবগুম তৌরি।

মহাক্না মখা তারকই - "নুপী ওইবীশিংদি মতম লৈবা খিবীক্তা নুপী ওইনা অদুমক লৈজে। ইকাইথিবী হায়বসী নুপীশিংগী মফমদা, পোকলকপদগী শাগোন্নবক্লবনি। তৌইগুম্বসুং সমাজ অমদি সমাজগী মীওইশিংনা, হায়বদি নুপাশিংনা ইকাইবা হায়বদু

হেক মখণ্ডলক্রবদি... ! মতম অদুদা নুপীওইবীশিংগী ইকায়বা হায়বা অদুসু লোইখিবা মশানা তাবনি । নুপীগী লৈতেং ওইরিবা অদুবু নিলাম্ তৌবীরবদি করি ওইগদগে ? অদুম ওইনমক মখোয়গী থম্মোইগী কাচিন্দা ইকাইথীবী হায়বা লৈতেং অদুমদি চেংনা অদুমক থাগোন্নজে । মসীমদি অশেঙবমক্কী কাওবীগনু । অদুগুম্বা থম্মোইদা থুপ্পা থমজরিবা, নুপী ওইবীগী থোইদোক্না তাঙলবা লৈতেং অদো, শক খঙনদবা লল্লানবা কনাগুম্ববু উরবদি, লল্লানবদুগী মমাঙদা নুপী ওইবীগী লৈতেং ওইরিবা, ইকাইথীবী হায়বদো মশানা মথন-নতা লাকচৈ । অদোম্না করেম্নবীরিবা অদুসু অদোমগী মফমদবুদি অচুম্বনি । অহোয়, অচুম্বমক্কী, ঐখোয় তশেংনমক ইকাইখঙদবী হায়বদুমক্কী । অদুবু..., হায়বদি মফম অসীদা, শিনফম অসীদা ঈশানা-ঈশাগী ইজ্জৎ নিলাম্ তৌবিবমক্কী । অদুবু অৱাবদি ! পুম্নমক অসী করম্ননো, কনাননো খঙবীবরা ? শেল-থুম, লল্গী, নেশানা ঙাওববা, অচাওবম কাবা, মশাগী নুংঙাইবা থিবা, অফ-ফত্ত খঙদ্রবা, শক্তি লৈবা মীওইশিংনা ঐখোয়বু ইকাই খঙদবী হায়বা মিংথোল অসী খুদোল ওইনা, ঐখোয়গী পুন্সিদা পীশনবীদুনা অমুক্তসু ইরাল পীবীরিবনি । মখোয়শিং অদুনা মশাগী অমোংপা, ফত্তবা পুম্নমক কৃপশিল্লগা, ঐখোয়বু নোরোক্কী কোম অসীদা লংথবীবি । মিহৌচাওবশিং অদুনা মাগী-মাগী অপাম্বা, নুংঙাইবা থিবা লাকই । মখোয় মশামক্তি গঙ্গাজল্গুম, লূয়, অমৃতগুম শেংই । মখোয়দি কোনশেংনি, হায়না খঞ্জে । সমাজনসু নুপাবুদি দোষ পীদে । মখোয়বু ইকাই খুম্নে । মরমদি মখোয় তৌবাঙম্বা ঙাক্তনি । অদুনা মসীগী নোরোক অসীদা, মখোয়না কয়াগী মতীক খোয়দাজবগা লোয়ননা অত্যাচার তৌবগে হায়বা, ৱাখলনা লাম্বা ফংবীবরা ? তশেংনমক অত্যাচার...!

মদুদা মখোয়না কয়া য়াম্না নুংঙাইবগে ? মখোয়শিং অদুনা কনাগুম্বী অমগী উপাই লৈজদবগী তাঞ্জা লৌদুনা, ইকাইথিবী হায়বা লৈতেং অদু মখুৎমক্লা হুক্তোকপীরগা, মশাগী নোট্ মপুলগী মরক্তা মখোঙনা খোঙনেৎনদুনা নৈহৎপীরম্বা... ! মখোয় অদুবুদি অদোম্না ইকাইবা খঙদবনি হায়না মরাল পীবীরোই । তশেংনা হায়রগদি... ! ৱাহৈশিং অসী ঐগুম্বী অমগী ইফমদগী তাবীবদা থাজবীফমদি থোক্তে । মসীমক য়াম্না নোক্লীংনা থোকপীরম্বসু য়াই । ঐহাক ৱা য়াম্না হেন্না ঙাংজগ্রে, ঙাকপীগনি, ৱারৌবীবা য়াদে । হৌনবা খঙদবী অমনি খন্না ঙাকপীগনি।" হায়রগা মরু লুখদুনা লৈখিরম্মী ।

মহাক্কী ৱাহৈশিং অদু তাবদা ঐহাক পুমপঙ-পঙথরে । মহাক্না অদুম্না হায়রক্কনি হায়বা থাজদে । ঐনা খল্লম্বা লাল্লম্নে । মহাক ৱা ঙাংদবীসু ওইরমদ্রে । ঙাংলিবা অদু থম্মোইশেংনা অমদি ইচঙ থৌনা ঙাংই । মরাল লৈবা মীনা অদুম্না ঙাংবা ওইথোক্লোই । পুন্সিগী অমদি সমাজগী তিংগাংকোক্ (নেকেত্ ক্রথ্) তশেংনা চুম্লবা, পুন্সিগী খারবা মহাও কয়া মহাক্কী থম্মোইদগী থোরকপা ৱাহৈশিং অদুদা শাগোন্নরি ।

মহাক্না হায়রীবশিং অসী মখোয়গী পুন্সিবু শান্নবীরিবা অদুগী অশেংবা মশকঅদুং থম্মোইগী কাচিন্দগী পুথোক্তুনা মাঙদা খিন্দুনা হেক থম্বগুম তৌই । মহাক সমাজ অসীবু শাওই । পাঙ্গলশোনবী ওইবনা উপাই লৈতবনি । মপাঙ্গল, মথৌনা, মতীঙ ফুদোক্তুনা লাম্বা পা-ননীংবা অমা উই । মাগুম্বী নুপীমচা অমনদি করিনো তৌগদবা?

ঐহাক্না "খুৎশা মঙাসি অমগা-অমগা চপ মান্নদে । মীপুম খুদিংমক মিনুংশি খঙদবা, মশাগী নুংঙাইনবতমক য়েংবা, হিংচা-য়াইতম্বা ঙাক নত্তেদা । নুপা খুদীংমক শাসু নত্তে । অদোমসু পান্নবদি, অসীগুম্বা, অদোমগী উপাইলৈতবা পুন্সি অসিদগী নাম্থোক্ল বা উপাই থিবসু য়াইদা... ।" হায়না হায়রম্মী ।

ঐহাক্কী ব্রাহৈদা মহাক ইপেন-পেন্দবা অমা উরম্মী । মহাক্না পেন্নবা ব্রাহৈসু ঐনা করি হায়না হায়গনি ? মহাক্না মায়কৈ খুদীং কোয়না, বন্দী অমগী মীৎয়েংগুম্না য়েংলুরগা হায়রকই - "পোন মনুংগী চেক্লানা মরন্নাই, পোন্দগী নাম্থোকপা ঙমগদ্রা ? ঈশাগী ওইনদি পামজবনি । নাম্থোক্লবা উপাই লৈতবনী, মদু অমুক্তা খম্বুবীয়ু । ঐগুম্বী অমগী ইজ্জৎ কনবীনবা, ঙাকপী-শেনবীনবা কনানা থৌরাং তৌবীগদগে ? অদুগা অমুকসু য়েংবীয়ুনে । কনাগুম্বা পুকচেল চাওবা অমনা তোল্লবী অসীগীদমক খনবীরে হায়নসু লৌবসি । অদুম ওইদুনসু মসীগী জেল্ অসী, অদুক্কী মতীক মপাঙ্গল কনখ্রবা, শক্তি লৈখ্রবনি । অদুগা মসীগী মনাক নক্লীংবা কনাবু লৈগদগে ?"

"জেল্ অসীদা, অদুগা মসীগী পুন্সি অসিদসু অদোম ঈশানসু হৈনবা, নুংঙাইবা অমা লৈরমাল্লেদা... । নত্রবদি কনানা জেল্ অসীদা অসুক নুংঙাইনা লৈগদগে ? অদোম্না মদুগী থৌরাং তৌরমলোইদা... ।" ঐগী ব্রাফম অদু অর্থদি য়াওদে । অদুবু মদুনা মঙোন্দা করেম্নবা ওইনা থোক্লুরমাল্লে । মহাক্কী মাইথোং অদু য়েংবদা কয়া নুংঙাইরমদে শক্তম অদু মওং অমা...!! ব্রাকৎকী মীৎয়েং অমা...!

মহাক্না মওং অমগী মীনোক অমা নোক্লগা, মমায় লৈথোকখিরম্মী । য়াম্না ইংনা তপ্না হায়রকই - "অরাবা মৈতালবু কনাসু খুৎনা পায়নদে । খঙনা-খঙনা কনাসু জেল্দা লৈগে হায়বা হৌনদেদা... । মফম অসীদা ঐখোয় চানীংবা চাবা ফংই, শেৎনীংবা শেৎলী। সনা-লুপা, লীক-কোল অমত্তা ব্রাৎতে । লায়রবা কয়া, মশা-মশাগী ময়ুমদা, ঐখোয়না ফংলিবা খুদোংচাবশিং অসিগী শরুক চামগী মচেৎ অমফাওবা ফংদবা কয়াসু লৈরি । চরা হেন্দুনা লৈবসু কয়া য়াওরমগনি । অদু ওইদুনসু মখোয়শিং অদু ইজ্জৎ অমগী মখাদা মপুক্লীংদা শান্তি অমদি পেঞ্জবা, নীং-খা তম্বা পুন্সি হায়বদুদি ফংলমগনি । মীওইবনা য়ুমদগী হেন্না নুংঙাইবা অতে লৈতে । "Home, Home, Sweet Home." হায়নরিবনি । অদুগা ঐখোয়দি, কোঠা অসিদা, ওইদবা, লৌনম, তৌশিন্নবা মীনোক নোক্তুনা, মীনোক অসীনা লৈতেং ওইরগা, চীরোল অমদি তাৎ তৌবা মীৎয়েং, হঙ্গোইনফম ওইরবা

শাথেক্লা, লাক্লীবা মীওইশিংবু পেলহল্লিবনি । মতাং অদুদা ঐখোয়না কয়ামুক অৱাবা খুদোংথীবা অমদি চৈনাখোল মায়োক্লবগে হায়বদুদি কনানসু খঙবী-উবীবা নত্তে । নুপীমচাশিং অসীনা মীয়ামবু পেলহল্লী, নুংঙাইহল্লী । তোল্লবীশিং অসীনা থম্মোইনুংদা ওমচাক্লনা, কয়াদা ৱানা লেল্লীবা, লোন্না-লোন্না কল্লীবসীদি, সমাজ অসীদদি মদু উবীনবসু লৈরোই ।" মহাক্কী খোঞ্জেল নীক্লম্মী, মখা তাখিদরে ।

মফম অদু ফনা কুইনা উন-ৱাইমুক চীকই । মহাকসু ৱা ঙাংখিদ্রে । ঐসু ৱাখল অম্মদা তাওরি । ঐহাক্লা ৱাফম অদু হোংদোক্লুনা - "অহম্মদকা অদোমগা মতৌ করম্না খঙনখিবগে ?" হায়না ৱাহং অমরোমদা ওম্থোক্লুনা হংলম্মী ।

"অহম্মদ সাহেব্, মহাক ইচম-চম্বা মী নত্তে । মহাক্তি 'ফরিস্তা' দেবদুত্ অমনি। মহাক্কা ঐখোয়গা খঙনখিবসী, মহাক্কী দিপার্মেন্টেল্ জেনেবেল্ ষ্টোরদনি । ঐখোয় মতম চুপ্পা নুপাশিংতগা লোয়নদুনা লৈ হাযবসী অদোমসু খঙবিরিবদুনি । অদুগী মথক্তা ইনখৎলকপগী মী-লাই কিদবা, অফ-ফত্তা থোইনা খনদবা মতম্মী । মবম অদুনা নুপা-নহাবু থোইনা থওই-ৱাওইদে । ঐখোয়না খঞ্জে, মীওইশিং অসী যেংবতদা চাওবাকপা মওং খর্বদি খঙবা ঙম্মী । মীবু অপঙবা শীবা, মোইথেম তৌবা। চলাক্ পুম্নমক অসী ঐখোয়গী হৈনবী ওইরম্মী । অদোম্না হেন্না খঙবীরবনি । ইনখৎলকপা মতমগী মী-লাই কিদবা, ষন্নাও মচাগী মচী হৌরকপদা অউ-অউবা খুদীং ৱাইবগুম, ঐখোযসু উৎ-পাত্ য়াম্না তৌরম্মী । সমাজদগী তোঙানবা মওংদা চাওবকপী ওইবনা অফ-ফত্ত কবিসু খল্লুদে। ঐখোয়বু কনানা মীওইবা সমাজগী চৎনবী তম্বী-তাকপীগদগে ? মীওই কযামুক থেংনরকপগী মনুংদা অহম্মদদি পুমতোপ তোপ্লনি । মহাক্লা ঐখোয়গী মায়ওন হোংহনবীরকখিবনি । অম্মীজান্গা, অহম্মদ সাহেবকনা ঐখোয়বু সমাজগী চৎনরোল তম্বীরকপনি । পাপ্-পুন্য, অফ-ফত্ত, সমাজগী চৎনবী, ইমা-ইপা, ইচীল-ইনাও, ইমুং-মনুং, মরী-মতা অসীনচিংবা করিনো হায়বা ফাওবা ঐখোয়দি খঙলমদে । পুম্নমক অসী ঐখোয়গী লাইবক থীবনি ।

মহাক্কা ঐখোয়গা খঙনরকপগী ৱারীদি । নোংমা, ঐখোয় ইচীল-ইনাও মার্কেত্তা চৎলম্মী । অকে-অমৌনা ঐখোয়গীদি ইথৌ ওইরির্বনি । অদুগী মথক্তা ইনখৎলকপা হায়বসীদি অমুক্কা হেন্না কেনীংবা মতম্মী । ঐখোয় পোৎ-চৈ, সোপীংগী ৱাখল্সু থোইনা কা হেন্না খল্লুবদি নত্তে । ঐখোয় অনি অহম্মদকী দুকান্দা চঙলম্মী । নুমিৎ অদুদা মহাক্কা অহান্বা উন্নবনি । খল্লী..., ঐখোয়গী মীৎচিগী তেন্ অমনা হৈ-শিংলবা মীওই কয়া ময়া কুন্নীবনি । ঐখোয়গী মীৎযেং অমদা, শাথেক্ অমদা মাগুম্বা অমদি কৈসু লৈতবনি হায়না লৌরম্মী । অদুবু অহম্মদকী মফম্দদি ওন্ন-তৈননা থোকখি । মাগী দুকান্দা চঙবা, মাগা উন্নখিবদু মদুনা অহান্বনি হায়জখিবদুনি । অদুগী মথক্তা ঐখোয় পোৎ লৈবগী

মহুত্তা, মাবু অঙাওবা শেম্‌দুনা, অপঙ্‌বা তাহন্দুনা নত্রগা মিহৌলাং থাক্লুনা, মোইথেম্‌ তৌরগা খুদোংচাবা লৌগনি হায়বসিনা ঐখোয়গী চেৎনা থাজবনি। খল্লম্বা ব্রাখল্‌, ঐখোয় ঈশাগী সেল্‌ফ কন্‌ফিদেন্স, পুন্নমক্‌ অরেম্বা তাখি। ঐখোয়গী থৌরাং অমত্তা মহাক্কী মফম্‌দা চঙ্‌বা ঙম্লম্‌দে। অহম্মদকী মফম্‌দদি ঐখোয়গী লৈজবী খুৎলায় পুন্নমক্‌ ময়া কুল্লম্মী। ঐখোয়না তৌথোরকপা থৌদৌ অমত্তদসু মহাক্না খোয়দারম্‌দে। মহাক অসি অঙকপা ফকির, মুণি, ঋষিগুম্বনি হায়বা ফাওবা য়াই। মেনকা অপ্সরানা বিশ্বামিত্র মুণিফাওবা শুম্মৎখি হায়নৈ ঐখোয় অপ্সরামক্‌ নত্রবসু, মতিক মগুণ্‌ লৈর-লৈরবা মীওই কয়াবু অসিগুম্বা ঠোগ্‌ তৌদুনা অপঙ্‌ তাহনখ্রবনি। খুদোংচাবা কয়াসু লৌখ্রবনি।

নুমীৎ অদুদা মহাক্না ঐখোয়বু য়াম্না ফজনা কোক্‌-মৈ ওম্বোক্‌পীরকখি। ঐখোয়না মায়থীবা, থবক মহৈ য়াম্দবদুদা য়াম্না শাথীনা নুংঙাইখিদে। ঐখোয় অনিনা ব্রাশক্‌ অমগা লোয়ননা, মহাক্‌পু মায়থীবা পীননবগী ব্রাখলদা, মাগী দুকান্দা তোয়না চৎলম্মী। ঐখোয়গী অরেপ্পা ব্রাখল্‌দি - মগুণ্‌ লৈরবা মীওই কয়াবু কয়ারক্‌ হন্না শুক্মৎত্তুনা কান্নবা কয়া ফংখ্রবনি। মাগুম্বা কৈসু লৈতবা দুকান্দার অমবু করি লৈবা পোৎনো হায়বসিনি। মহাক্‌পু মোইথেম্‌ তৌবা ঙম্‌দ্রবদি ঐখোয় করিসু নত্রেদনা...। মাবু শোয়দনা মায়থীবা পীখিগনি, হায়বসি ঐখোয়গী অচেৎপা ব্রাখল্‌নি। তৌইগুম্বসুং করিদগী করি ওইখিবা ? ঐখোয়গী হোৎনবা পুন্নমক্‌ করিমত্তা কান্নখিদ্রে। মদুগী ওন্ন তৈনবদা, ঐখোয় মাগী পাওতাক্‌ অমদি ব্রাহৈ কয়াদা পুম্‌ঙক্‌ ঙকখ্রে। মহাক্না ঐখোয়বু পুম্‌শুম্‌ শুম্‌খ্রে। ঐখোয়বু মঙাল্‌ পীবীদুনা লম্বী তাক্‌পীখি। অফবা পাওতাক্‌ কয়া, মিনুংশি, সমাজগী চৎনরোল্‌ কয়ামুক তাকপী-তম্বীরক্লম্মী। ঐখোয়, মহাকপু অমরোম্‌দা মিহৌবা পোক্লম্মী, অমরোম্‌দসু নোল্লুক্না ব্যবহার তৌনিংলম্মী। মহাক্কী থম্মোই শেংবা অমদি মিনুংশিগী ব্রাহৈশিং অদো ঐখোয়গী 'সিদা লাক্‌পা অমদি অতৈ অতোপ্পা কনাগী মফম্‌দগীসু অমুক্তা তাখিদ্রি।

ঐখোয় মহাক্কী পাওতাক্‌শিং অদু নৈনরম্মী। ইমাবীবীনা তাক্‌পী-তম্বীবশিং অদু অচুম্বনি খল্লক্‌খি। লোয়ননা ঐখোয়না, মঙোন্দা তৌখিবশিং অদু খল্লুরগা ইকায়জবনা মায় অসি হাইগৎচবা ফাওবা ঙম্‌লম্‌দে। মহাক্‌পু অদুক্কী মতিক্‌ নোল্লুক্‌পগা লোয়ননা ব্যবহার তৌবা হৌখি। মসিগী মতুংদগীদি ঐখোয় অহুম্‌ মহাক্কী মনাক্তা, তোয়না চৎলম্মী। মহাক্কী পাওতাক্‌শিং পুক্লীং চঙ্‌না তারম্মী। লৌবসু লৌরম্মী।

হুন্নবানুনা, অহম্মদপু 'চেঙ্‌ চঙ্‌বা ফকিরনি' হায়না অহান্‌বদা করেম্নরম্মী। মহাক্কী ব্রা অমত্তা থৌশারম্‌দে। ওইরোইদবা ঙাক্তনি হায়খিবনি। মখোয় অনি য়াম্না তোয়না মরৈসু য়েৎনৈ। অদুবু মমৈদা অহম্মদতনা ঙম্মী। অহম্মদকী পাওতাক্‌ অমদি মিনুংশি, লোয়ননা সমাজগী মরম্‌দা অফ-ফত্ত, হৌনবা-হৌনদবা, সংসারগী জ্ঞান্‌ ঐখোয়দা তাক্‌পীরম্মী। মদুনা ঐখোয়বু মীৎ ফজনা পাঙহনবিখি। ইমাবীবীনা তাক্‌পদা

লৌবম্‌দবা অদু ঐখোয় য়াম্না লাল্লে হায়না খল্লকই । ইমানা ঐখোয়বু সমাজগী চৎনবোল, পুন্সিগী ৱাকম তম্বীবদা খুদোং চাহল্লক্‌খিবনি । পুম্নমক্ মহাক্কী মপান্দগীনি।

নোংমা, ঐখোয় অনি অচীক্‌পদা ফম্‌দুনা মহাক্কী ৱাহৈশিং, পাওতাকশিং অদু পুক্লীং চঙনা খন্ন-নৈনবন্মী । মতুংদা হুস্নবানুনা - "যাসমীন্, ঐহাক..., ঐহাক্ তশেংনমক্ অহস্মদপু নুংশিবে । ঐ মহাক্ য়াওদনা হিংবা ঙম্নবোই ।" হায়বকই । মাগী ৱাফম্ অদু কনাসু থাজবোই । ঐহাকসু অহান্‌বদা, মদু মহাক্কী অনৌবা চলাক্ অমবা হায়না চিংনকই। মমৈদদি মহাক্ তশেংনমক্ অহস্মদপু নুংশিবে হায়বসী থাজবে । অওইবমক্‌সু মহাক্না অহস্মদপু তশেংনা নুংশিবন্মী । ঐখোয়গুম্বী নুপীশিংগী চীন্দগী অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি হায়দোবক্‌পদা, মীনা য়াম্নসু ঙক্কনি । মবম্‌দি ঐখোয়না অবাক্‌পা মীপুম্ খুদিংমক্‌পু তাৎকী ৱাহৈ কয়া ঙাং-শক্তুনা লাং থাক্‌ই হায়বসি খঙ্‌নবি । মখোয়বু থাজহল্লি, থাজহল্লগা খুদোংচাবা লৌই । অসুম্না শেল্ পায়বশিংবু ফোংনা লুট্ তৌই । মসিবু ঐখোয়গী শিন্‌ফম্ ওইহল্লি । কান্নবা লৌবিবনা ঐখোয়গী মপু অসিনি । নাদিবাবাইনা মতোং চাবা, ঐখোয়না ...'

মহাক্ অহস্মদপু তশেংনা নুংশিবে । যাম্না চেৎনা, লৌথুপ্-লৌকোই নৈতনা অমদি থস্মোই শেংনা নুংশিবনি । মদুদা যাম্না লুবিবদি কবম্না ফোঙ্‌দোক্কনি ? হুস্নবানু মশানা অমদি ঐনা ফোঙ্‌দোক্‌পা ঙম্‌দনা মতম্ হৌখি । ফোঙ্‌দোক্‌পবুদি ঐনসু যাই, মহাক্নসু ঙম্‌গনি । লুবিবদি অহস্মদপু থাজহন্‌বনি । মহাক্কী থস্মোইবু জয় তৌবা হায়বসি তবাইবা নত্তে । মমৈদা হুস্নবানুনা অহস্মদকী মফম্‌দা নুংশি কাইহৌজবন্মী । নুঙ্‌দা ঈশিং চাইবগুম্বনি । মদুদা মহৈ যান্দনা কুইনা লৈবন্মী । ঐখোয়না চিংনজবম্নসু মদুমক্নী। অহস্মদপু ঐখোয়দগী অদোম্না হেন্না খঙ্‌বীবিবদুনি । মদুদা হুস্নবানু অহীং নুংথিল, যাম্না কপ্‌খি । অসুম্না মতম্ কয়া হৌখ্রে । ঐখোয় মাগী ষ্টোবদা মবক্-মবক্তা চৎপদি লেপ্তে । মহাক্না ৱাবী-ৱাতায় কয়াসু শানৈ ।

নোংমদি, অহস্মদ সাহেবনা ঐখোয়দা, ঐখোয়গী পুন্সিগী মবম্‌দা লৌথুপ-লৌকোই নৈতনা মবীক্ চুম্না তাক্‌পীবন্মী । লোয়ননা সমাজগী লোন্‌চৎ কয়ামুক নৈনবন্মী । ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সি-কবিনো হায়বা কবম্না খঙ্‌গনি ? ইমা-ইপা, ইবুং-ইক্‌প্বা, ইচে-ইনাও, মবী-মতাগী নুংশিবা হায়বদু খঙ্‌দে । পুন্সি অমদি সমাজগী চৎনবোল্ কবিনো হায়বা কবম্না খঙ্‌লুগনি ? ঐখোয় মীগা মান্নবা, মীদি নত্তবা জিবা অমা ওইনা, তোঙান্‌বা সংসাব অমদা হিংলিবনি । শবং মনুংদা য়োক্লীবা শাশিংগা ঐখোয়গা কবিবু খেন্নবিবগে খন্দবা ঙম্‌লক্তে । অহস্মদনা সমাজ হায়বসি কবিনো ? ইমুং-মনুংনা কবিনো ? পুন্সি হায়বনা কবিনো ? হায়বনচিংবা, ঙহাল্‌মখৈ তাক্তবা কয়ামুক য়াম্না ফজনা তাক্‌পীবন্মী । পুম্নমক্ অসি খবদি মমি-শামি লাম্বা ফংজবন্মী । ঐহাক্কী মীৎলুদা ঈবা চেল্লন্মী । লুম্নবা পোৎলুম অমা কোক্তা থোঙ্গৎলন্মী ।

ঐখোয়গুম্বীনা, সমাজগী পুন্সি ঈচেল্দা তিন্বা ওইথোক্তবনি খনবা হৌরম্মী।

হুম্নবানুদি নুমীৎ অদুদা য়াম্না কুইনা কপ্তুনা লৈরুরবা মতুংদা "অহম্মদ, ঐহাক্পু লান্নদি লৌবীগনু। ঐহাক্ নংবু থম্মোই শেংনা নুংশিজবমক্তী, থাজবীদবগীদি খঙদ্রে। ঐহাক্ বদনাম্না থল্লবা, অদুগা তুংগী আশা উদ্রবা পুন্সি অসিবু তশেংনা তুক্কচবা পোক্লে।" হায়রম্মী। নুমীৎ অদুদা অহম্মদ, ব্রাখল্ খন্বা মাল্লি। বানুনা মখাতানা - "নহাক্না সমাজ অমদি সংসারগী চৎনরোল্দি তাক্পীরে। জ্ঞান্-লৌশিং পুম্নমক্সু তম্বীরে। ফজরবা লৈকোল্ অদুগী মওং-মতৌ, মগুণ্দি খঙ্হন্বীরে। অদুগা মদুগী মশক্-মতৌ অমদি মহাওবুদি ফংহন্বীগে খন্বীদ্রবদি, ঐখোয়দা অদুগুম্বা নহাক্কী অফবা, ফজবা পাওতাক্ করিগী পীবীরিবনো? ঐখোয়গী হান্নগী-হান্নগী অমম্বা পুন্সিদা হিংজগদবদা করিগীদমক্ মঙাল্ ফংহন্বীরিবনো ? করিগীদমক্ আশা উৎপীদুনা মায়াগী সংসার অমা ঐখোয়দা উহন্বীরিবনো ? মরিচিকাবু তান্নহন্নবরা...? ঐখোয়বু কপ্হন্গদবগীরা, মসীগীদমক্তরা....... ?" হায়না কপ্লা কপ্লা হংলম্মী।

মহাক কুইনা ব্রাখল্ খল্লুরবা মতুংদা, 'ঐখোয়বু নোরোক্কী মশক্ ওইরবা মফম্ অসিদগী কন্ননবা হোৎনবীগনি।' হায়না ঐখোয়গী পুক্লীং থৌগৎপিবগা লোয়ননা আশাগী মঙাল্ পীবীরক্খি। মহাক্কী ব্রাহৈশিং অদুগী মরুমদা আশাগী মঙাল্ অমদা ঐখোয় হিংজরিবনি। ওইগদরা, ওইরোইদরা তম্বদি ওম্জদ্রে। আশা হায়বসিসু য়াম্না ওক্প্লবা অমদি লুখ্রবা অমনি। হায়নবদাইনে, 'আশাগী মপান্না মীওইবনা হিংলিবনি' হায়না... ।" মহাক্কী মীৎয়েংনা ব্রাহং কয়া ঐঙোন্দা হংলম্মী।

মহাক্পু উবদা ঐসু নুংঙাইবা অমদি পোকই। অদুগা ব্রারীশিংদু তারগা নুংশিবা হায়বদুরা কৈনো অমসু তৌরম্মী। মাবু পামজবা পোক্পসি চুম্নতগী মীৎ পেন্ননবগী ব্রাফম্ ফাওবতনিদা... ! ঐগী থম্মোইনদি মাবু য়ুম্গী মৌ অমা ওইহন্নবগী আশাদি, ব্রাখল্না লাম্বা ফংলম্দে। ওইবা য়াদবা ব্রাফম্মী। অদুগা মহাক্ অসিসু হুম্নবানুগুম্না, বদনাম্না থল্লবা পুন্সি অসিদগী লাম্থোক্পা পাম্লম্গনি হায়বগী চপ-চাবা প্রমান্ করি লৈ ? মহাক্কী থম্মোই শেংলে হায়না করম্নসু থাজগনি ? জগত্ মাতা জানকি সীতা ফাওবা শ্রীপ্রভুরাম্চন্দ্রনা অগ্নী পরিক্ষা তৌখি হায়নে ! ঐহাক্কী ব্রাখল্না লাম্বা ফংদে, থাজবসু পোক্তে। ব্রাখল অমসু ফাওরকই। অহম্মদনা, নম্- হাদুনা ঐবু মফম অসিদা পুরকপগুম্না, মাসু হুম্নবানুনা চিংবদগী চুম্নতা মাগী মতেং পাংবা ওইনা য়ানীংবা ওইরম্বসু কনানা খঙ্গনি। মসী পুম্নমক্ থাজবা য়াবগী করি প্রমাণ্ লৈবগে ? অদুগা মাবু করম্নসু থাজগনি ?

ঐনা - "অহম্মদনা মফম্ অসিদা লাক্কীবসি কয়া কুইরবগে ?" হায়না হংলম্মী।

"মহাক্কা খঙ্নবদি চহী অনিবোম্ ওইবগনি, অদুগা মফম্ অসিদা লাক্লীবসিদি থা অহুম্ হেল্লক্লে।" হায়না মহাক্কা হায়বক্ই।

ঐহাক্ ঙকই। অহম্মদনা হীবম্ অসিদা ব্রাবী শাখিদে। কবম্না মসী ওইহ্রিবনো হাযবা ঐ খঙ্খিদে। শাংখ্রবা চহী অনি...। অদুগা অমনা অমুক থা অহুমগী থৌদোক্লী। ওইবা য়াবা কযা ওইখিবম্গনি। মহাক্কা পুন্নমক পরিক্ষা লৌবদুনা, যেংবা লোইদুনা ঐঙোন্দা হাযবক্লীববা...? মহাক্কা হীবম্ খুদিং যেংলদুনা ফবে খল্লবা ব্রাফল্লা? যাসমীন্গী মশাগী ওইবা ব্রাফম্শিং যেংলববা...? নত্রগনা মাসু যাসমীন্গী ব্রাফম্দদি ভাব্ তাদবা অমদি থাজবা ঙর্ম্রিববা? হীবমশিং অসিদা খল্লুবগা, যাসমীন্বু চিংনবা পোক্তবা ঙমদে। অহম্মদনা যাসমীন্গা ঐগা ব্রাবী শাননবা শীল্লীবসিমক্, ঐহাক হৈ-শিংদবা যাদ্রর্বান। মণ্ডল-মণ্ডল খল্লম্মী।

ঐনা "অদোম্না, হুস্নবানুগী মবমদা, মহাক্কী পুক্লীংগী ব্রাফম্বুদি শেংনা ব্রারী লীবে। অদোমগী ঈশাগী ব্রাফম্দদি অমত্তা ফোঙদোক্লে। হুস্নবানুদি, অদোম্খোযগী পুন্সি অসি পাম্দে হাযবা তশেংনা খঙ্লে, অদুগা অদোম্দি...? হায়র্বদি অদোম্ চুম্নতগী হুস্নবানুগা লোযনকুবগী মহাক্কী মতেং পাংবা ওইনা.., মবম্ অদুনা মরুপ-মপাংগী ব্রাখলদা মহাক্কা লোযনননবগীদমক অদুক...?"

ঐগী ব্রাহৈগী মবক থক্তুনা মহাক্কা "হে ঈশ্বর!" হাযনা শোল্লগা নোংথক্তা মমায লোংখত্তুনা, মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা লৈকুবগা, যান্না শাথীনা নীংবা কাযববগী মতৌদা মখা তাবকই। "সুকুমার সাহেব, শেংনা হাযজববদা ঐখোযগী পুন্সি অসীদি মীনম্বতনা থল্লবনি। অদুনা থাজবীফমদী থোক্তে। ঐগী পুন্সি অসীসু তশেংনা খাববা পুন্সিনি, হুদগীসু হেন্না খাববা..! অসীগুম্বা মীনম্বনা থল্লবা, হুগুম্না খাববা, পুন্সি অসিদা, শেলগী ময়াইনা নাপল কাববা মীওই কযানা নুংঙাইবা থিবা লাকই। ঐখোযগী জগোই ঈশৈগী মীৎ থক্লবা মপানম্থোংগী সংসাব অসীতমক মখোযনা উই। হান্না খঙজবমদ্রবসু, অহম্মদ সাহেবকী, পাওতাক্কী সংসাব অসীগী মকমদা, মীনম্বনা কুপ্তুনা লৈজবি। ঐখোয আশা অমগী মপান তাংদুনা, ওইদববু অওইবা শাদুনা মীযাম মাঙদা লাম্থোকই। সুকুমাব সাহেব, কবি-কবিগুম্বদা ঐখোযসু অচুম্বা ঙাংদবা যাদবা মতাং লাকই। হৌজিক ঐনা হাযজবিবসিমক অচুম্বনি। থাজবীদবদি যাই, ঐহাক ঈশামক ঐহাক্কী পুন্সি অসী, ঐনা সংসাবগী ব্রাখল লাকপদগী হৌনা পামজদবমক্লী। নুপী ওইবীগী পুন্সিদি ইজ্জৎ লৈনা হিংবা ফংদ্রবদি, মদু শিবদগীসু হেন্না শাথীববা পুন্সিনি হাযবসু ঐহাক ভাব্ তাজবে। অদুবু কবি উপাইদি লৈবিবগে? মসীমক, অদোমদি নুপানিনা কবম্না খঙবীগনি? ঐখোযবু মফম অসীদা, খোঙদা খোঙজি শিজিনবীদুনা, ফিজেৎ-লৈতেংবীবগা, তবলা অমদি যন্ত্রগী খোঞ্জেল মবক্তা, মীযামগী 'মহফিল্' দা লাইখিগুম্না জগোই শাহল্লি, ঈশৈ শকহল্লি।

অসুম্না কয়ারক হন্না হিংহল্লি, অদুগা অমুক ইথন্তগী নাইতোম পুন্সিনা কয়ারক হন্না, তরক্লা শিবা তাবগে হায়বা, ঐহাক ইথন্তা খঙজদে । অসীগুম্বা হিংনা-হিংনা শিরবা পুন্সি অসীবু মীৎয়েং তাবীনীংবা লৈবীরগদি, সন্ধ্যা মতুংগী শবাব্ মহল্গী থোঙ মতম পুন্নমক্কী ওইনা হাংজরি! লেঙবীরকউ, মীৎয়েং তাবীরো ।"

থম্মোই শোকপা ব্রাহৈশিং, মহাক্কী খোঙ্ছোক্তা ব্রাবনা কাহৎলবা পুন্সিগী চৈনাখোল খাঙবগী মৈচাক্কী মমি তারি । ঐনা ব্রাফম অদু অমরোমদা হোংদোক্লবা হোৎনরম্মী । "অহম্মদকুম্বা, য়াম্না হকচীনবা মজহবী অমনা মফম অসীদা লাকপা হায়বসীবু পকচবরনে ? অদুগা মসীবু হেক ওইবা য়ারগদরা... ?" হায়না ঐহাক ইথন্তা মুরুম-মুরুম, শোল্লম্মী ।

মহাক ঐগী ব্রাহৈশিং অদুদা ইঙক-ঙকপগুম তৌই । ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই । ঐহাক মাবু হাইফেৎ য়েংলগা লুকথরম্মী । মহাকসু ইকাইবগুম তৌনা মমায় লৈথোকখিরম্মী । ওইনবা অমদি ব্রারৌবগী মওং অমসু মহাক্কী মায়থোংদা উরম্মী । মহাক্লা - "ইস্ সাদগী পে কৌন্ ন মরজায়ে এঃ খুদা... !" তুমদবা মী হৌদোকপা য়াম্না লুখ্রেদা... হে ঈশ্বর ! অহম্মদ সাহেবনদি অদোমগী মফমদা লোইনমক তমখ্রে, হায়না ঐখোয়দা হায়বীরকখি । খঞ্জরুবা ঐখোয়তনা লানবদা মতাররনি... ।" হায়রগা মহাক্কী মীৎলুগী পিরাং ঈহৌরকপদু থিংনবা হোৎনবগুম তৌরম্মী । মহাক কপ্পা কন্না খাঙলী হায়না খল্লী ।

খুদক্কুদা, ঐহাক ইরাল লৈরবা মী অমগুম্না ইথন্তা ফাওরম্মী । ঐনা " মদুগী ব্রা নত্তেদা, ঐনা হায়বদি অহম্মদনা মাগী অনীংবা অদু পাঙথোক্লবগীদমক্তা মফম অসীদা লাক্লীবনি । মসীবু ঐখোয় তরাই-তরাইনা হেক্তা ওইথোকপা অমদি পাঙথোকপা য়াগদ্রা হায়বসীগী মরমদনি । হায়বদি চুম্না ব্রারী খক্লদি করিসু ওইবা য়ারোই নত্রনে ? অদোমসু ব্রাখলনা খরদি লাম্বা ফংলমগনি । পাঙথোক্কদৌরিবা থবক, পাঙথোক্নে খল্লীবা হীরম অসীদী, সংসারগী চৎনবী অসীমক্কী মায়োক্তনি । অমদি মসিদা করি-করি মায়োক্লবা তাবগে ? থম্মোই খক্তনসু থবক তৌবা য়ারোই । ব্রাখলগীসু য়াম্না মথৌ তাই । নুপা-নহাদা য়াম্না লায়না থাজবা, আশা য়াম্না তৌবা চুমদে । অদুগা নুপীশিংসু 'কাবিলে-এতবার' অমদি গঙ্গাজল্মক্তী নত্তে হায়বসী অচুম্বা নত্তবরা ? শবাব্ মহল্গী এত্মোসফিয়ার অসিদা লৈবী নুপীশিংবুসু করম্না তরাই-তরাই হেক থাজরসিগে ? নুপাশিংবু লৌনম-নমথাক তৌবা হায়বসী অদোমগী খুৎ ওইগী থবক্লী । ঐগী ব্রাফম অসী লাল্লগদ্রা ?" ঐহাক্লা ব্রাহৈশিং অসী পন্দনা হায়দোকখিরম্মী। মহাক নুংঙাইরমদবদি য়াই । অদুবু ঐহাক মানা মথব্রায় নুংঙাইরোই হায়দুনা ঐগী থম্মোইগী ব্রা লোক্তুনা চীরোল তৌবদি পামদে । মরম অদুনা হায়দবা ঙমলমদ্রে ।

মহাক ব্রাখল তৌরুরগা য়াম্না ইচঙ থৌনা হায়রকই - "করিগুম্বা অচুম্বা, অরেপ্পা,

খঙননবগীদমক্তা চেলেঞ্জ অমদি তৌদুনা য়েংবীবা তাবনি । অদোম্না ঐখোয়বু করম্বা মওংদা পরিক্ষা লৌবীনিংবগে ? অদোম্না থাজনবগীদমক্তা ঐখোয়বু এক্জাম্ অমা লৌরগা হেক্তা পরিক্ষা তৌদুনা য়েংবীবসু য়াই ।"

"অদোমগী অনীংবা, অপাম্বদি করিনি হায়না হায়বীনিংবগে ? কনাবু...?"

"ব্যবহার থোক্কে খনবীনু । ঐহাক্কী পামজবা অমদি নীংজরিবসী অদোম-অদোম্নী... । অহম্মদ সাহেবনা অদোমগী মরমদা ঐখোয়দা ব্রাফম পুম্নমক লোইনা তম্বীখ্রে । ব্রারৌবীগনু, ঐবু ইকাইবা খঙদবীনি হায়নসু খনবীনু ।" হায়রকপগা লোয়ননা, খঙহৌদনা মহাক্কী মায়থোংদা ইকাইবগী মতৌ উরকই । মমায় অদু ঙাংশীল্লক্লম্মী । লোয়ননা লৈমায়দা লুকথখিরম্মী । মচীন্দা "য়া অল্লাহ্, তোবা-তোবা...।" হায়না য়াম্না তপ্না মুরুম-মুরুম শোল্লম্মী ।

ঐহাক মাগী মতৌ অদুদা ইঙক-ঙকই । থম্মোইদসু মিহুল অসী তীঙ-তীঙ চোংলকই । ইখং-খংনা "মহাক্না কবি হায়না তম্বগে ?" হায়না হংলম্মী ।

"অদোম, অহম্মদকী খ্বাইদগী থাজবা মরুপনি । মহাক্কী মতেং পাংদুনা তোল্লবী ঐখোয়বু নোরোক্কী কোম অসীদগী কনবীগনি হায়বসীনি ।" হায়রকই । লোয়ননা মহাক্কী মায়থোং অদু হেন্না ঙাংশীল্লক্লম্মী । মাগী মতৌ অদু...! ঐহাক্কী ব্রা তাদনা, ঐনা শোয়দনা মতেং পীগনি হায়না অহম্মদনা হায়খ্রবা, অদুগা মখোয়নসু থাজরবা ! ঐঙোন্দা অহম্মদকী থাজবা অসী অদুক্কী মতীক চেৎখ্রবা ! অদুগা অহম্মদকী ব্রাফমদা মখোয়নসু শকখঙদবা ঐবু থাজরিবা ! মহাক অসীনসু ঐবু থাজবা... ?

খুদক্তুদা, মপাল্লোমদগী দোরবেল্ মখোল তারম্মী । মহাক্না 'ঙাকপীগনি' হাযবগা হৌগৎতুনা থোঙ হাংবা চৎখিরম্মী । মহাক্না হৌগৎখিবদা ঐহাক ঈশাসি ইয়াং-য়াংবগুম তৌই । ঙসি অসী ঐহাক ঈশা অসীবু ইফা-ফাজীনবগুম তৌরিবসী করিগীনো ? এম, এসসি, তন্নীবা, ইউনিভরসিটিদা মীনা শক খঙবীরিবা, আই,এ,এস. পরিক্ষা পীখ্রবা মীওই অমনা করিনো ? ঈশাবু ফনা শিংলে খঞ্জরিবনি । ঙসি মহাক্না ব্রারী-ব্রাতাই খরা শাবসিদা, মহাক্কী ব্রাহংগা ঐগী পাওখুমগা, মাগী পাওখুম ঐগী ব্রাহং, ব্রারীদা ইচা-চানদবা, চুশন্নবা ঙমদবগুম তৌরিবসী করিগীনো ? ঙসাইদগী শা-নরিবা ব্রারীশিং অসী মনীং-মমাঙ ইশম-শম্নদবা, ব্রাহংগা পাওখুমগা চানদবনা অয়াম্বা ওইনা তৌই । ব্রাকোই, ব্রারেম ঙাক্তা ঙাংনবা, মরী লৈনদবা চোইরোলগুম্বা ময়াম অসীবু কমদৌরিবা জাৎনো ? খল্লুরগা ইকসু -ইকাই, নোকসু-নোক্লীংই । তৌবগীবুদি অসীগুম্বা মওংগী থৌদোক অসী, ঐগী পুন্সিদা ঙসিনা অহানবনি ।

মহাক্না লোয়ননা মীয়ায় ওইরপ তৌবী নুপী অমা চঙমীন্নরকই । লাক্লীবী নুপী অদু চহী নিফুদগীদি খরা হেল্লপ্না লৈরম্বা য়াই । নহা ওইরি হায়না উৎননবা য়াম্না কন্না

হোৎনরি। মহাক য়াম্না কা হেন্না কে-মৌই। মেক্-অপ্ য়াম্না হেঞ্জিন্না তৌই। হৌজিক-হৌজিক বিউটি পার্লরদগী লাকপা মাল্লী। মমায়-মমীত্তা কা হেন্না য়েক-খোংপা, তৈবা উই। মচীন্বাল অদু লিপস্তীক্না থানা ঙাংশং-ঙাংই। মরায়বক্তা বীন্দী পাক্না নন্মী। মখোঙ-মখুৎকী খুজীলশিং শাংনা-শাংনা থাকই। খুজীলশিং অদু নেল্-পোলিশ্ ঙাংশং-ঙাংশং ঙাংনা শঙলী। পীশুম অনিমক লোইনা ফোয়দোক্লগা আইব্রো পেন্সিল্না নীংথিনা য়েক্লী। মমীংকী পা অমদি মীৎপান্দা কাজল্ অমদি মচু-মচু শঙলী। ফীজোল অদুসু কা হেন্না কেবা, ঈরাং হৌহনবা মওংনি। সেন্দল্ অদু কা অমা হেন্না খুনীং ৱাংই। য়েংবদা, মহাক মতমগী ঈরাংদা ফজনা হারবা নুপী অমনি হায়বা অদুমক খঙই। মহাক মশানসু ঈরাং পুবীনি হায়বা তাক্লনবা তশেংনা হোৎনরি। লীক-কোল লৈতেং, কাহেন্না শীরি। কেরীবা খুৎকে অদুনা মহাক করম্বা মীওইনো অদুমক তাকচরে।

যাসমীন্না থোঙ হাংদুনা চঙমীন্নরকপদগীনা, ঐনা ফল্লীবা অদু ফাওবগী মনুংদা, ঐগী শক তাকখ্রবগুম তৌই। মহাক্না ঐঙোন্দা থম্মোইদা পানগদবা মীনোক অমগা কোন্নবা মীৎয়েং অমগসু লংশিল্লকই। মহাক্কী খোংথাংগা লোয়ননা চৎলীবা শাথেক, মাগী মতৌ অদু উবদা ঐহাক ইথন্তা পুক্লীংদা নোক্লীংবা পোকই। মশকপুদি কেদ্রবসু অদুমক মফজবা হায়বদুনি। কেরিবা খুৎকে অদুগা ফিভম মতা অদুগা...! মহাক্না ঐঙোল্লোমদা মখুৎ তিংথোরক্লুনা, খুৎ শোক্লনবগী থৌরাং তৌরকই। ঐহাকসু জ্ঞান্ ইতা-তাদনা মহাক্না খুৎ শোক্লরম্মী। ঐগী খুৎ অসীদা কল্লা পায়শীল্লকই।

মহাক্না "খুশ্‌অমদিদ্, বেল্ কম্ মিষ্টর সুকুমার শর্ম্মা।" হায়রকই। মহাক্কী মতৌ অদু ঐহাক কয়া হৈনদে। "তশরিফ্ রখিয়ে" হায়না ঐবু ফম্লনবা ঈঙ্গিৎ তৌরকই। ঐহাক মাগা খুৎ শোক্লনবগী হৌগৎলুবদু অমুক ফমথরম্মী। "অদোম ৱারী শাবীয়ু।" হায়রল্লগা ঐগী পাওখুম ঙাইদনা মনুংলোমদা চঙখিরম্মী। মহাক চঙখিবদুদা ঐহাক ঈশা অসী পুময়াং হেক য়াংই।

ঐনা যাসমীন্দা - "অসীবু কনানো ?" হায়না থোইনা থৌশাদনা হংলম্মী।

"নাদিরা বাই... ।" হায়না মানা তপ্না খুম্লকই।

"ওঃ, অসী ওইরে, নাদিরা বাই ! অদোমগী অমদি শবাব্ মহল্গী মালিকিন্, মপু-ইবেম্মা মহারাণী... !" হায়না ঐনা হায়রম্মী।

"মান্নী, হেল্লোই, হিংচাবী অদু মসীনি। মহাক্না ঐখোয়বু অনাথ আশ্রম্‌দগী পুরক্লগা য়োকপীরকপগী মমল ফংননবা, শান্নপোৎ লাইথি ওইহল্লীবসী মহাক্কনী। তশেংনমক মহা হিংচাবীনি।" হায়না মহাক্না য়াম্না পেন্দবা, থম্মোই শোকপা মওংদা হায়রকই। ঐহাকসু মহাক্কী ৱাহৈশিং অদুনা নুংঙাইতবা, শাওনীংবা অমা ফাওরম্মী।

"মসিগী সনা ইবেম্মা অসীনা অদোমগী লম্বীদা চেকপল অমদি তিংখংদি ওইরোইদ্রা ? ঐদি মসীগী নুপী অসী য়াম্না তমথীবী, চলাক্ লৈবী মাল্লি। মহাক্কী

খুবামনুংদগী নাম্বোকপা অরায়বা ওইরোই ।"

"ঋাফম অদো অশেংবমক্লী, মরম অদুনা অদোমগী তেংবাং নিজরিবনি । অদুবু অদোম্মা... । ঐখোয়গী পেন্দ্রবা আত্মানা, নোরোক্কী পুন্সি অসিদগী ইনীং-ইখা তম্নীংবগী ঈহৌ অসীবুদি হৌজিক ফাওবা থাজবীদ্রি হায়বসু খঙজরে । থাজবীফমবুদি কদাইদগী...।" হায়না স্বর মপী অমা শাংনা হোল্লি ।

"অশেংবনি, হৌজিক ফাওবা ঐহাক অদোমবু থাজবা ঙমদ্রি ।" হায়না থওইদনা হায়রম্মী । মদুদা মহাক্কী মাইথোং অদু খংলাং-লাংশিল্লকই ।

ঋাহে অসী হায়বমদবনদি ফরম্বনি । মহাক্কী মীৎলুদগী পীরাং শীঙ্খরক্লম্মী । মহাক ঙসাইদগী হৌনা কপকদবগী থেংখাঙ কয়া ঐহাক উগ্রবনি । অদুম হায়না, মহাক্না শাথীনা নুংঙাইখিরোই হায়বা খলহৌদ্রে । খুদক অদুদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইতবা অমদি হেন্না ঋাবগী মতৌ অমা মহাক্কী মায়থোংদা মমি তারক্লম্মী । তনৌরবী মখুৎ অনিদুনা, লৈরাংগুম্না থোৎ-মৌরবী, মহাক্কী মমায় অদু খুন্নদুনা হীক্লা-হীক্লা কপলকই । ঐহাক মদুগীদমক শেম-শারমদে । তৌফম খঙদে । ফনাকুইনা লৈরুরবা তুংদা, ঐ মহাক্কী মনাক্তা চঙশীল্লম্মী । মহাক্তি সোফা অদুদা ফন্নগা কপ্পুনা লৈরি । ঐসু মনাক্তা য়াম্না কুইনা লেপ্পুনা লৈরম্মী । ঐহাক্না খরদং লুকথবগা মহাক্কী মখুৎনা খুমজিল্লিবা, গুলাবকুম্বী তনৌববী মায়থোং অদুবু মুন্না য়েংলম্মী । ঐগী খুৎনা মাগী মখুৎ অনি অদু পায়দুনা লৌথোক্লম্মী । তঙাংলবী খজাই অনিদা, শজি মীত্তাগুম্বী মীৎস্না অদুগী মীৎলুদগী লাইজনা মরী-মবী শীঙ্খবক্লম্মী ।

মহাক্না খল্লম্বা য়াই ।'ওম্বোক্না মিনুংশি খঙদ্রবা মীশক অমদা ঐহাক্কী অঋাবা, থম্মোই শোকপা অমদি থম্মোইগী অশেংবা ঋাবী পাওদমলুরে । ঐগী মীৎকী পিবাং উরগা মপুক্লীংদা করেম্নরমগনি । ঐহাক ওম্বোক্না ইকায় খঙদবী ওইরুরেদকো । নুংশিবীনি - নুংশিবীরোই হায়বা খঙদনা অশেংবা থম্মোইগী ঋাফম ফোঙদোক্লুইদা।'

ঐহাক্না মাগী মখুৎ অনিদু পায়রদুনা, মাগী মায়থোং অদু 'সুম য়েংলম্বদগী, পিরাংনা থুম্মাৎলবী খজাই অনি অদুবু খুবাম্না পায়শীল্লম্মী । ঐগী মীৎনা অতোপ্পা দৃশ্য অমা ওইনা উরম্মী । ইমানা হায়নরিবী, সুভাসিনিগী নীংথিরবী মায়থোং অদুনা, ঐগী মাঙদা পিরাং শীঙ্খরি । পিরাংনা পুমচোৎ-চোৎলবী মায়থোং থম্বালনা মমীৎ উইশিন্দুনা হীক্লা-হীক্লা কপ্পকল্লম্মী । মপাম্বোংগী সংসাবগী ঋাফম নীংশিংদুনা, কয়াম কুইনা য়েংদুনা লৈবা ঙমগনি । মহাক্কী মরায়বক্তা ঐহাক্না চুপ্নীরম্মী । কয়ারক হন্না চুপখিবা, কয়াম কুইনা লৈরুবা... ! ঐ ভাব্ তারুদ্রে, পুম্নমক মঙগুম্না থোকখি ।

ঐগী খুত্তা যাসমীন্গী মখুৎনা প্যয়রক্লপদা, ঐহাক খংপ্রেক খংনা মঙফাওনরম্মী । জ্ঞান্ তারকপদা ইকাইরপ তৌই । ঐগী থম্মোইদা, ঐনা করিগুম্বা-'মা হুরাল্লীঙৈদা, হুরানবা ফাবগুম ইখং-খংনা, ঙক্লা মঙোন্দো য়েংলুই । যাসমীন্গী

মখুৎ অনিনা ঐগী খুদাং অনিদা পায়রি । ঐগী খুৎ অনিবু পায়রগা থাঙ্গত্তুনা হন্না-হন্না চুপলকখি । অমুক ঐগী খুৎ অনিবু, মাগী মমীৎ য়েত্তা অমুক ওয়দা অমুক, লাইবক কৎপগুম্না কৎলম্মী । ঐসু মানা তৌবদু অদুমক য়ারম্মী । মহাক্না তপ্না ঐগী খুৎ থাদোক্লবদা, ঐনা মহাক্কী মিৎলুগী পিরাং অদু তৈথোকপীরম্মী ।

হকচাং অসী পুমতাও-তাওরম্মী । অমুক হন্না মঙলান অমদা, ঐহাক মঙোন্দা য়েংলম্মী । মহাক্সু ঐবু য়েংলকই । সুভাসিনিনা ঐঙোন্দা য়ান্না খৌরাংবা মীৎয়েংদা য়েংলি । নোম্লক্লা হায়জবগী মীৎয়েংনা য়েংলন্নগা, ইকাইরদুনা মমায় লুকথখিরম্মী । ঐগীদমক অহল-লমনগী য়াথং ঙাক্কনি থম্মোই শেংনা লেপ্লীবী মহাক্লী । নোংমতসু ব্রারী শাখিদ্রি, থম্মোইসু খঙনদে । শক্ ফাওবা নীংথিনা খঙনবা নত্তে । মহাক্লা ঐগী ইফমদা করিবু উদুনা, অহলশিংগী য়াথং ঙাক্কনি, হায়না ঈচঙ খৌরিবা ? খুদক্তুদা যাসমীন্না ঐখোয় অনিগী ইরক্তা লেপ্লরে । ঐহাক ওম্থোক্লা খুদোংথীরবা ফিভমদা তারে । মহাক্লা করম্বা মতমদা অমুক পায়খিবনো... ? পায়রীবা খুৎ অদুসু থাদোক্লে । মহাক মমীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান্ তৌবগুম্না লৈখিবম্মী । মাগী মখুৎ অনিনা ঐগী খুৎপু চেৎনা পায়শল্লক্লম্মী । তপ্না মমীৎ পাঙথোরকই । ঐহাক্লা খজিক্তং লেঙবগী শামিন্দা মহাক্লা ইখং-খংনা ঐগী খুৎ খংথা-থাদোক্লম্মী । মহাক তৌফম খঙদবা মওংদা ইকাইনা মরু লুকথদুনা লৈখিরম্মী । মহাক্লা হাইফেৎ য়েংলম্বা মীৎয়েং অদু, থাজদবা অমদি ইঙক-ঙকপগুম তৌই । মহাক শকফম হঞ্জিন্দুনা মশা অমদি মফি-মরোল শেমজিন্দুনা চেকশিন্না ফন্নম্মী । ঐহাক্লা মঙোন্দা য়েংলগা হায়ফেৎ নোক্লগা মরেংবান্দা পায়রম্মী । ঐঙোন্দা য়েংলগা ইকাই-নুংশি য়ান্নবা, খোয়রুম-মোমোন মীনোক্তা য়েংলকই । ঙহাক য়েংলন্নগা, ইকায়রদুনা মমায় অদু অমুক লৈমায়রোমদা লুকথখি ।

মহাক্কী মীৎয়েং অদুনা ঐবু জয় তৌখিরম্মী । অদুবু মহাক্কী খোইরুম-মোমোন্দুদা, ঐ থোইনা থৌশাদবা উৎলম্মী । ঐহাক মাবু হন্না-হন্না য়েংনীংবা অমদি ফাওরকই । য়েংলুবদা মায়থোং অদো পিরাং কংলমদ্রি । ঐহাক থোইনা হেন্না খোয়দাদ্রবসু, মাবু য়েংলগা নোকফেৎ তৌকই । মাসু নোকফেৎ তৌরকই । অদুম ওইনমক ঐখোয় অনিমক ইকায়নদুনা চপ মান্ননা লুকথনরম্মী । থৌদৌ অসীমক্তী মহাক্কী মায় পাকপনি হায়বা তই । মহাক্লা ঐবু জয় তৌগ্রে, হায়বা ঐহাক য়াবা তাবনি । ঐখোয় তুম্মীন ফম্নী ।

তাল্লক অদুদা, অহম্মদকা হুস্নবানুগা করম্বা মতমদা কদোমদগীনো খঙহৌদ্রে । মখোয় অনি ইনাক্তা লেপমীন্নরম্মী । থোকপ্রিবা মতৌ, দৃশ্য অদু মখোয়না উরমগদ্রা ? ঐখোয় অনিমক ইকাইনরদুনা হন্দোক্লরগা লুকথনরদুনা ফম্নরম্মী ।

অহম্মদনা, মানা থোকপা করি-করিনো য়ান্না ঙাংলম্মী । মখোয়না ঐখোয়গী ইনাক্তা লাকপসু ঙাং-শক্তুনা লাকপা ওইরমগনি । অদুবু করিমতা ভাব্ তাদে । ফনা কুইনা ফম্নবা তুংদা ঐখোয় মফম অদুদগী থোরক্লম্মী । মখোয়সু ঐখোয়বু থিন্দোকপা

থোরকই। ব্রদী থোইদোকপা ঙাংনদ্রে।

গাড়ীদা ফমথবতা ঙায়রিঙৈদা অহম্মদনা মাগী হৈনবী - "মরুপ নংদি, ছুপেরুস্তম্ ওইরম্লেদনা।" হায়রকই, মখোয়সু তারমগনি। শোয়দনসু মওং অদু উরম্লগনি। ঐনা মঙোন্দা শাওরপ্না য়েংলগা "ভায় নং, কা খরা হেল্লেকো।" গাড়ী অদু ঐহাক্না থৌরক্লম্মী। ঐঙোন্দা থওইনা য়েংলমদনা মহাক্না "কা হেল্লিসিবু ঐরা নংলা?' হায়রকই। লোয়ননা নোক্নী-নোক্নী তৌরম্মী।

ঐহাক পাওখুম পীরমদে। মহাক্না "নহাক ঐবু শেরান্ননা খল্লমগনি। ঐনা খনবদা, মফম অসিদা লাকপসি নহাক কয়া পামদে নত্রা?" হায়রকই।

ঐনা - "ঐহাক্তগী ব্রা নত্তে, লৈপাকমচাতাবা কনাগুবা মীওই অমত্তনা মফম অসীগী এত্‌মোসফিয়াব অসী সুকপাম পাল্লোই। কনানো মসীবু পামগদবা?" হায়না গাড়ী থৌনা-থৌনা মঙোন্দা য়েংলগা খরা কল্লপনা হায়রম্মী।

"য়েংউ মরুপ, নহাক্না অমরোমদা লান্না খল্লে। নংনা খল্লীবা, অদুসু অচুম্বা নত্তে। ঐগী ব্রাফম অসীদা নহাক ব্রারৌবা যাই। মরুপ, ঐহাক থম্মোই শেংনা, থবক অসী সমাজ কল্যাণ্‌গী, সমাজ সংস্কারগী ব্রাখলদা পান্দম ওইনা তৌগে খল্লবনি।"

"ঐনা খঙবা-খঙদবা, খনবা-খন্দবা করিসু খেন্নবা লৈতে। সমাজনা কবি খনগনি? মীনা কবি হায়নগনি হায়বা করিমতা খন্দ্রমাল্লে। সমাজ অসীদি মিনুংশি কবিমতা য়াওদবনি। কল্লক-য়েংথিবতনা থনবনি।"

"নহাক্না ঐখোয় অনিগী ইরক্তা সমাজগী ব্রাফম কৈদৌবগী পুশল্লক্লীবনো? সমাজগী ব্রাফমদি ঐসু ফজনা খঙলিবনি। সমাজ অসীদি অতোপ্পগী য়াইফনবগীদমক্তী করিমতা খন্দবনি। সমাজগী ব্রাদী কান্নদে।"

"নং মসীমদি কাওরমাল্লে। ঐখোয়না হিংলিবা, লৈরিবা অসী সমাজ অসিগী মনুংদনি হায়বসিমদি নীংশিংবা, খনবা চুম্মী। সমাজগী মীনোক-মৈশা অসী ঐখোয় খাঙবা ঙমগদ্রা? মায়োক্নবা ঙমগনি হায়না খনবরা...?"

মহাক্না য়াম্না জ্ঞান্ তানা খল্লগা, য়াম্না পেঞ্জরবা মওংদা হায়রকই - "হায়রীবা ব্রাফম খুদীংমক, ঈশাগী থম্মোইনা পেল্লবা, নীংজবদু থুংলবদি, মদু তৌগদবনি। মীনোক-মৈশা পুম্নমক কবিসু লৈতবা ব্রাফম্নী। ঐগী আত্মানা য়াবা, মীয়ামগী অমাঙবা থোইনা লৈত্রবা, মদুনা কনাগুম্বা খরবু কান্নহল্লবা, নুংঙাইহল্লবা, মদু মজহব্‌নি, ধর্ম্মনি। ঐগী আত্মাবু, সমাজগী য়েংদুনা ককঙাওহনবা হৌনদে। সমাজগী মীনোক হায়বদুদি ঐগী ফিরেপ্লবু চুম্লবদি কৈসু লৈতবনি। মানব্‌তা, হিউমেনিজম্ হায়বসীনা ঐখোয়গী ধর্ম্ম ওইরবদা কৈদৌঙৈদসু মায়থীরোই। কল্লক-য়েংথীবগী মৈশা খরদি লাংবা য়াই। মদুবুদি হৌনশানি। অবাবসু খরা নংবা তাবা...!!"

ঐখোয হোষ্টেল্ যৌবে । ঐনা- "ষেংওই, ঐ নঙোন্দা ৱাবী শাগদবা যাম্না লৈবি । ঙসিদি নংসু যৌগ্রো, ঐহাকসু পোৎথাবগে । হযেং অসী নং অমুক্তা লাকউ । ঐসু বাখল অমুক্তা মুন্না খনখিগে ।" হায়বম্মী । ঐহাক মাবু ৱাবৌহনবসু পামদে । ঈশাগী ফিবেপ্পা কবি..., মতাং অসীদা ঐহাক কবম্বা ৱাবেপ লৌগনি ?

"ফবে, অদুগনে ষেংওই, সুকুমাব, নং ঐগী খ্বাইদগী চান্নববা, থাজবা, অচেৎপা মরুপ্নী । নংনা হেন্না খঙলীবনি । মসী ইথম্তনদি পাঙথোকপা খবা লুনা থোকই । তেংবাংবীনবা চঙই, মরুপ অদু, নঙোন্দগী হেন্না ফবা কনা লৈগদগে ? ওইনীংবা খুদীং ওইবসনু । নং ঐগী ইতেং পাংদবা যাদবনি । ঐনা নঙোন্দা অধিকাবগা লোযননা হায়বীবসী, নং লান্না খনগনু, ৱাবৌগনু । নংনা শোযদনা ঐগী ইতেং পাংগনি হাযবসি ঐহাক্কী অচেৎপা থাজবনি । নং যাদবা তৌবোই হাযনসু খল্লী । অদুগা যাদবসু যাবোই হাযবীবর্সিনি । থবক অসি পাঙথোক্তবা সুকয়া যাদে । মসী অফবা থবক্কী, খ্বাইদগী খুদোংচাবা মতাংসু ওইবিবনি । মসীনা সমাজদা অফবা থবক খবা তৌবগী খুদোংচাবা ফংবা যাই । নং-ঐ মরুপ ওইবগী, অচেৎপা মবী অমদি শক্তমসু ওইগনি । অতৈ ৱাবী যাম্না লৈবি । ঐগীদি চাওববা প্রোব্লেম্ অমসু লৈবিবনি । ফবে, ঐ হযেং ঙন্না লাক্লগে ।" হাযবগা মহাক ঐগী বা ঙাইদনা গাড়ী থৌখ্রে । ঐসু কাদা চঙলম্মী ।



# (৯)

***"Why you gloomy ? I remember your gloomy face in tears !
When you come in may heart, you never went away,
I do as I say, Love these innocent with all my heart and
I love you too......"***

তৃম্বা-চাবা ইয়া-য়াদে । ৱাখল অসী লৈতাফম সুকখঙ-খঙলমদে । হৈনীংবা পোক্তে । পুক্লিং অসী ঈরাঙ লাঙই । মফম-মরাং খঙদনা ঈরৈ অমদা ঈরাক্লরগা নৈশিন্দুনা লৈবগুম তৌরম্মী । মায়কৈ খুদীং লম্বী থৎখ্রবগুমসু তৌই । ঐগীদমক ৱাজরবী ইমানা শাগৎচবা আশা ! পাবুংগী ইজ্জৎ-সন্মান্ ! সমাজগী চৎনবী নিতি-নিয়ম্ ! মবাল লৈজদ্রবী সুভাসিনিগী চমজরবী থম্মোই । অদুগা-অদুগা, হুস্নবানু, যাসমীন্গী কায়ববা থম্মোই, ৱারবা পুন্সি । তংদু-লৈতানা লেঞ্জনীংবা পুন্সি অমগী আশা ! সমাজগী ঈচেলদা তিঞ্জনীংবগী ৱাকৎ ! কবম্না, করিনো তৌগদবা অসীবো ?

ঐহাক খঙই, ঐনা মায়কৈ অসোমদা খোঙ থাংজিনবা তারবদি পাবুংগী-ইমাগী অমদি শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক্কী ইজ্জৎ মাঙবা..., মখোয় পুম্নমক্কী আশা কায়গদবা...! অমত্তা ঙায়বা মচানুপাগীদমক মখোয়না ঐঙোন্দা থম্লীবা আশা ! অসীগুম্বা মখলগী আশাদি মখোয তৌরম্লোই । ঐহাকপুসু মীয়াম্না 'চৈ ৱাত্তুনা, ৱারক্তদুনা তৌরির্বনি, য়েরগা ফগদবনি ।' শোয়দনা হায়নগনি, ঙাংনগনি ।

..... অদুগা যাসমীন্, চমজরবী, তোল্লবী যাসমীন্ ! হুস্নবানু, যাসমীন্ অমদি ৱাহিদা, মখোয়গুম্বী কয়া অমসু...! মখোয়বু সমাজ অসীনা, সমাজগী ঈচেলদা তিলহন্দে । ধর্ম্ম, মজহব্, সমাজগী ঠিকাদারশিংনা মশা-মশাগী নুংঙাইনবা, শবাব্ অমদি শরাব্ (য়ু) গী কৈথেল শের্মখিবনি । অসীগুম্বা কৈথেলদা যাসমীন্, হুস্নবানু অমদি ৱাহিদাগুম্বী কয়াবু শান্নপোৎ লাইধি, অমদি লল্লোনপোৎ ওইনা লৌই । মখোয় থম্মোই অমদি থৱায় পাল্লবসু, থৱায় পান্দবী ওইহল্লি । শান্ননীংবা মতমদা, মফম অমদা হেক্তা শান্নবী। অদুগা অমুক খোয়দারক্তবা মতমদা লংথোক্তুনা খোঙগাওনৈ । মখোয়গী মবালদি করিনো ?

মিনুংশি খঙদ্রবা সমাজ অসীনা শারমচৎনা মাঙওইনদুনা শেমখিবা চৎনবীগী শক্তম! মখোয়গী থৱায়না তাজবা, ইন্দ্রিগী ঈখৌলাংবা কোক্লবা, লিংখৎখিবা ঈথক-ঈরাং কৈথেল...! মরাল লৈজদবী তোল্লবীশিং অসীবুনা ললোনপোৎ ! ইনাক-কৈরাক খুনবা, অচৌ-অশাং, তৌবা ঙম্বা, শক্তি পায়বশিংনা মমল তীক্লদুনা, পীদুনা, মখোয়না অপাম্বা মতমদা লৈননবা ললোনপোৎ ওইনা ঈরাঙ কৈথেল অসীদা থেন্দুনা থমগদবা লৈরাং ।

— ***"শরাব্ মহল্গী লৈরাং...!"***

যাসমীন্ অমদি হুস্নবানু, পোন্দা য়োকংপী চেক্লাগুম; অহাঙবা অতিয়াদা নীংতম্না পাইজনীংবা, অদুবু মখোঙদা ঝিঞ্জুর থাংদুনা থম্লীরি । পোনগী মনুংদা মশা ফর-ফর খপুনা ৱানা খাঙজরি । পাইদি-পাইনীং, পাইবদি ঙমজদা..., মপাং চেক্লাশিংনা অহাঙবা অতিয়াদা শঙ্খু-শঙ্খু পাইবা উরগা পোন মনুংদা কোয়চেন-চেন..., মখোঙদা থাংলিবা ঝিঞ্জুর মরীদা ময়ানা চীক্নুনা খাঙজবা অদু নত্তনা করি উপাই লৈরিবগে ?

লৈহাও লৈরেনগী কুচুগুম ঙৌরবী, আতর গুলাব্ অঙৌবগী লৈনা, লৈয়োনগুম হাইরপ তঙাংবী কুচু মানবী যাসমীন্... । ঐগী মাঙদা পিরাংনা থুঙ্কাৎতুনা লেপ্লীবোই নীংই । শক্তমদো কয়াদি ফজখরে, কয়া নুংশিখ্রে । উপাই লৈজদ্রবী তোল্লবীগী ৱাকৎ । মীৎলুগী পিরাং... । ঐ মাবু নীঙশীঙদবা, খন্দবা ঙমলমদে । অহীংচুপ্পা তূম্বা সুকয়া য়ারমদে । ফম্মুংদা থরো-থরো ওন্দুনা লৈরম্মী । ৱাখলসু তায়োন্নে, তূমদনা মঙ-মঙই । মায়থোং অদো..., মাগী পিরাংনা চোৎহৈবী চেংলৌ-শক্তম অদো...; মদুতা উদুনা লৈরম্মী ।

কান্নদ্রবা ৱাখলসিদা ঐহাক মাঠা শাররোই খল্লী । খল্ল-খল্লগা শাবা হেল্লকই । যাসমীন্গী পিরাংনা থুঙ্কাৎলবী মীৎস্না অমদি মাইথোং অদুতা হন্না-হন্না নীংশিংদুনা লৈ । ঙসি ঐহাক ঈশাশি পুমতাও-তাওই । ঙসাই মহাক্লা চুপখিবা খুৎ অসীদা, ঈশানা খঙনা নত্রগা খঙদনা, ইথন্তা চুপখিবা কয়ারক হনখ্রবনো...? ওম্বোকপা তরং অমদা তাওরি । করিনো ঐনা ঙসি তৌরিবা অসীবো ? অদুগা কবি তৌবা তাবগে ? ওম্বোক্লা খুদোংচাদ্রবা ফিভম্নী ।

নোংঙানগদবা পংকুই-কুইদ্রে । কান্নদবা ৱাখল অসিদা অহীং তূমদ্রে । ঐ খল্লরোই, সুকখন খল্লরোই । ঙহাক্তা তূমগে, তূম্লনবা কন্না হোৎনৈ, অদুবু তূম্বদি সুকয়া য়াদে । অহম্মদতা ঐগী ৱারী পুম্নমক অসী লীরগে । ঐগী অশেংবা ৱারী খঙলবদি মহাক্লসু ৱারৌদবা য়াই । অদুবু মরুপ অমনা হায়জবা, মতেং নিবা হায়বসী...! ঐহাক মরুপ মশক খঙদবা তারোইদ্রা ? অতৈ পুম্নমক কায়নবা য়াই । মরুপ কায়নবা হায়বসী ঐগী আত্মানা য়ানীংবা ৱাফমদি নত্তে । সমাজ সুধারগী ৱাফম অসীদা ঐনা মায় ওন্দুনা চেনবা ! মসীমসু ঐগী হৈনবী নত্তে । মরুপ কায়নবা মসীসু ঐ সুকঙম ঙম্লোই । মরুপকীদমক, সমাজগী অমোৎপা শেংদোক্লবগীদমক, ইমা-ইপাগী আশা কায়হনবা, ইজ্জৎ মাঙহনবা তাবা... ! অহল-লমন্দগী মরুপ্পা হেন্না লুরবা !

ইমা-ইপা, মরুপ! নহাক্লা হায়রীবসী তৌশিন্নবনি, নহাক মীনম্বনি । মিনুংশি খঙবা শাশিন্নবনি । মরুপ নীংবগী মিংদা তাৎ তৌদুনা, অহল-লমন ফাওবা মীরায়বা ঙম্বনি । মরুপকী লিচীংনা পুনবা শাশিন্নরগা তাৎ তৌবনি । নং মীনম্বনি, তাৎনি ! মান্নী, অশেংবনি ! ঐহাক যাসমীন্বু তশেংনা থম্মোই য়াওনা নুংশিরে ! অহল ওইরবী মুন্নীবাই..., ঐগী মাঙদা লেপ্লরে । লাহোরগী হীরামণ্ডীগী তৱায়ফ্ মুন্নীবাইগুম, ঐ

মহাক্কী পুন্সিবু ওইহন্নীংদে । ঐহাক যাসমীন্‌বু থবায়-হকচাং য়াওনা থম্মোই শেংনা নুংশিবা ফাওরম্মী । ঐ যাসমীন্‌বু নুংশি, ঐ মাবু চান্ননা নুংশিরে ।

থংনবা কাগী মরুপ্পা ঐবু কৌরকই - "কৈদৌরে, - কৈদৌবগী লাওরিবনো ?" হংলকই । ঐহাক জ্ঞান্ তারকই । লাওরুরবোইরে, ইথন্তা ইকায়জরকই । " কৈশু তৌদে, অকিবা মণ্ড অমা মণ্ডলুরে", হায়জীন্নরম্মী । ঐহাক তূমসূ-তুমদনা মণ্ড-মণ্ডলবা, মণ্ডলাক্লগদৌরবা ? খল্লরোই কান্নদে, দেম্ যাসমীন্, দেম্ অহম্মদ্ !

নোংঙাল্লমদাইদা হাইফেৎ তূ মথরুরে । অহম্মদনা ঐবু য়াম্না শাথীনা ঋারৌরম্মী । মহাক মায়থোং মক্লা, ঋা অমত্তা ঙাংদনা, মমায় লুকথরদুনা নীংবা কায়না চৎখিরম্মী । ঐনা মাবু- "অহম্মদ ঙাইখোনে" হায়না মখুৎ পায়দুনা য়ান্নে । মহাক্লা ঐগী খুৎ কম্থোক্তুনা চৎখি । উনা-উনা তামখি । ঐহাক্লা মাবু তান্নগে তৌবদা চেনবা য়ারমদে। ঐগী খোঙ-খুৎ, হকচাং পুম্নমক য়োৎহিং-ফলাং চন্দুনা লৈরম্মী । মহাকপু ঐনা য়াম্না ঋানা তান্ননবা হোৎনরম্মী । শাংলবা য়োৎহৌ-কোলহৌ অমনা খোঙদা পুল্লগা, উচুক অমদা পুন্দুনা লৈরম্মী । ঐহাক ঙমজবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা মহাকপু তান্নরম্মী । পুল্লিবা য়োৎলী অদুনা লৌদুনা তুশিল্লি । ঐনা য়াম্না ঋানা "অহম্মদ...।" হায়না লাওবম্মী । মীকপ খংথোক থোকই । ঈশা পুম্বা হুমাংনা পুমলুপ- লুপলন্নে । থংনবা কাগী মরুপ্তুনা - "কৈদৌরবগে শর্ম্মা নহাকপু..., করিগী লাওরিবনো অমুক তূম্নুরনু ।" হায়রকই । ঐহাক ঋাখল য়াম্না নুংঙাইতনা হৌগৎলম্মী । অয়ুক্কী তৌগদবা পুম্নমক লোইশল্লম্মী । ঈশাসিসু পুমতেক-তেকই ।

ঈশ্বরনা তম্বা অমা লাক্লসনু । ঐ করিমতা খল্লরোই । লাইরিক ঙহাক পাগে খন্দুনা ফমথরম্মী । ঐনা ফাক্লরিবা লামায় খুদীংমক্তা যাসমীন্‌গী মায়থোং নত্তনা অতে অমত্তা উরমদে । খুমজিল্লগা তুম্মীন ফম্মী । মীৎ উইশিল্লি, যাসমীন্, হুস্নবানু, অহম্মদ, ইমাবীবী মথং-মথং উরকই । ঐ তৌফম অমা খঙদে । থম্মোই হায়বসী ওম্থোকপনিদা । ফরে অদু মঙায়রে । ঐহাক অহম্মদতা ঋারী 'সি লীরগা অমুক্তংদি খন্নরগে হায়না লেপ্লে । ঐ মহাক লাকপা ঙাইরম্মী । অমুকসু ইমা-পাবুং অমদি সুভাসিনিবু নিংশিংলকই । মখোয়গী ঋাখল, সমাজগী ঋাখল, অমুক যাসমীন্, হুস্নবানু, অহম্মদ, সমাজ সুধার..., ময়াম অসী খনবদা চমম্নরম্মী ।

অহম্মদ য়াম্না ঙন্না য়ৌরকই । মাগী কার মখোল তারদুনা, ঐ মাবু ওকপা থোক্কে তৌবদা কোক অসী ঙাওরম্মী । তুগে তৌই, উচিন্না থোঙজীল য়ৌবতা ঙায়রি, মহাক চঙলকই । থংনবা কাগী মরুপ্পা - "সুকুমারদি অহীংদা লাওবনা খাঙবা ঙমদ্রে । ঐখোয়সু অহীং তূমদ্রে । মাগী মতৌ অসী কৈনো খঙদে ।" হায়বা তায় ।

অহম্মদ নোকফেৎ তৌরগা ঐঙোন্দা য়েংলকই । ঐনা খরা লৈথোক্লবদা মহাক চঙশীন্দুনা ফমখি । ঐহাক থোঙ লোনশিল্লন্নগা চঙশীন্দুনা ফম্মুংদা হীপথরম্মী । মহাক্লা - "কৈদৌরে ?" হায়না হংলকই ।

"অহিং নোংশোয়বা সুকতূম তূমদ্রে । তূমসু তূমদনা মঙ মঙলে । ঐহাক করি তৌগদগে লেপফম খঙদ্রে মরুপ"

"নংনা য়াম্না হেন্না লুনা খনগ্রে অদুননি । করিসু হেন্না অদুক হাক্লা লুনা খল্লুনু ভায়, ঈশ্বর লৈরি, ঈশ্বববু থাজৌ ।"

"মরুপ নঙোন্দা ঐনা তমদবা ব্রাফম য়াম্না লৈরি । হৌজিক ঐঙোন্দা য়াম্না লুরিবসি..., ব্রাফমশিং অসীবু... ।"

"করি ব্রাফমনো তম্মু তাশিনে । ঐগীসু লুরবা কযা লৈরি । ঐগী অসীমুক লুরমগদ্রা ? হোয, নঙগী অদু হান্না তাখিসি ।" হায়না মহাক্লা ঐঙোন্দা ব্রাফমশিং অদুগী মরমদা হংলম্মী ।

ঐনা মঙোন্দা ব্রারী পুম্নমক মরীক চূম্না লীরম্মী । ব্রারীশিং অদু তল্লবা মতুংদা - "ইমাগা পাবুংগনা ঐগীদমক কয়ামুক য়াম্না আশা তৌজবগে হায়বদু নংসু খঙলীবা অদুনি । মখোয়না ঐগী এম,এসসি, গী পবিক্ষা অসী লোইবতা ঙাইদুনা লৈরিবনি । সুভাসিনিগা ঐখোয় অনিগী লুহোংবা মতম ফাওবা লেপ্পরম্বা য়াই হায়না নীংই । মসিদা ঐনা তৌগদবসি করিনো ? ঐহাকসু মরুপকিদমক থব্রায় ফাওবা থাদোকপা ঙমগনি । ঐ নংগী নতুং ইন্দুনা শোয়দনা নতেং পাংনীংঙি । তৌবতবু ঐগী ওইরিবা ফিভম অসী অমুক্তং নংসু খন্দুনা য়েংঙু ।"

মহাক য়াম্না কুইনা মরু লুকথদুনা ব্রাখল খন্দুনা লৈখিরম্মী । মহাক্লা নীংখ্রবা থবক্তা হেক তোক্কদবা মীশক্তি নত্তে, ঐ খঙঙি । মাগী প্রোব্লেম্ হায়ববু, মাগী খোঙবু, মতেং পাংবীনবা মীওই খরগী ব্রাতনি । খোঙবু অদু ঐনা ওইরবদি, মহাক্কী থবক শোয়দনা পাঙথোক্কনি... মাগী মতেং পাংফর্মাদ থোকপনি । ইথৌসুনি, পাংবা য়াই । অদুদা ঐহাক্কী কন্দিসন্গা মাগী কন্দিসন্গা য়াম্না থীনা খেন্নরে । মহাক্তি ফ্রি ওইরি । ঐহাক্কী ফিভম অসী মঙোন্দা ওইরল্লবদি, মাসু ঐদৌনা তৌরল্লোইদ্রা ?

য়াম্না কুইনা খল্লুরবা মতুংদা মহাক্লা তপ্না হায়বকই - "চুম্মী মরুপ, ফিভম অসী য়াম্না লুরে । তরাই-তরাইবদি নত্রে । অহল-লমনগী, সমাজগী, চৎনবীগী য়াম্না লুখ্রবা ঙাক্তনি । অদুমকপু ঐহাক নঙোন্দা ব্রাহৈ খরদি হাযনীংই । মসীদা নহাক্লা লান্না খনগদ্রা, য়ানীংলোইদ্রা খঙদ্রে ।"

"হায়যু কৈদৌবগে করি ব্রানো ?" হায়না ঐনা হংলম্মী ।

"নং ঐগী খ্বাইদগী চান্নবা মরুপ্পী । নংগী খুদোংচাদবসু ঐ খঙদবদি নত্তে । ইমা-

পাবুংবু মীবায়বগী ব্রাসু নত্তে। মখোয়গী য়াথং হায়বসীসু মচা ঐখোযগী তৌদবা য়াদবা মক ওইবা থৌদাং অমনি। নংনা ইমা-পাবুংগীদমক খল্লীবদুসু য়াম্না চুম্মী। মচানা মমা-মপাগী খন্দবা চুমদে। মচাগী মফমদা অহল-লমনগী হুক লৈ। অদুবু মপা-মমাসু মচাগীদমক্তা, মখোয়গী নুংঙাইবা, অনীংবা, অপাম্বা পুন্নমক থাদোক্লে। মতাং অসীদা ঐনা হায়নীংবা খ্বাইদগী মকওইরা ব্রাফমদি, অফবা থবক্কীদমক ঐখোয খুদোংথীবা খবদি মাযোক্লবা তাবনি। ঐখোযসু শাথিনা লুবিবনি। অদুবু অনীংবা অসী পাঙথোক্তবা য়াদে হাযবসীদি ঐহাক্কীদি অচেংপা ব্রাশক্তি। ঐখোযগী পান্দমসু মতাং অসীদা উংফম থোকই মতাংসু চপ-চাববনি।

নুপীমচাশিং অদুগী মফমদা, ঐনা হায়দোকখ্রবা ব্রাফম ঙাকপা ঙমদ্রবদি, ঐহাক মায অসী কবম্না উৎকনি? মসী ঈশাগী কান্নবগী নত্তে। পুন্নমক অসীগী মথক্তা মখোয়গী অব্রাবদু শরুক খবদং মতেং পাংনীংবগী ব্রানি। ঐহাক মখোযবু মিনুংশি পোকই অসীতনি। নহাকপু ঐনা অদুক্কী মতীক থাজবদগী নংগী ব্রাফম তাদনা, ঐনা হান্না ফিবেপ লৌকবা অসীমক, ঐগী অবানবা অমনি। ঐনা লানখিবা অসীগী প্রাযশ্চিত্ তৌবা তাই। লেপখ্রবা ফিবেপ হোংবা হাযবসিদি ঐগী পুন্সিদদি যাওখিদ্রি। মসিদি ঐনা হাযদ্রবসু নংসু খঙলীবনি। হন্দক্কী মতাং অসীদা হোংবা তাববা...? মসী ইথন্তনা পাঙথোকপদি ওইথোক্তবনি। মী অহুমগী মথৌ তাই। তবাই-তবাইবা ব্রাফম অমসু নত্তে। ঐগী মরুপ অতৈসু লৈ, অদুবু নংগুম্না থাজবা যাবা তাঙনা থোকই। ঐনা খনবা মখৈ খল্লগা, ব্রাফম অসী নঙোন্দা হাযখিবনি। নঙোন্দা হান্না হংহৌদবগীদমক্তী, ঐহাক লানখ্রে। মসীদা নংনা যাদবগীদি ঐ নংব্রু দোষ তৌবোই। খ্বাইদগী লুবিবদি, হৌজিক ঐনা কনাগুম্বা অমা থিরুববসু, নং নত্তনদি যাসমীন্গীদমক লেপ্পীগদবা অসী, লৈববসু যাসমীন্গীদমক্তী..., মহাক্কী নীংবা কাযবগনি। ফবে মরুপ ঐ নহাকপু অমুক শোযদনা কোনশিল্লবোই।" হাযবগা মহাক স্বব মপী হোল্লী।

"নত্তেনে মরুপ, নহাক ব্রাবৌবে। ঐহাক নংগী নতেং পাংবা ঙম্লবোই হাযবদি ..., ঐহাক হাযখিদ্রিনে। কবিগীদমক ব্রাবৌবিবনো?"

"হাযদ্রবসু..., নংগী ব্রাবীনা, মশানা তাববা ব্রাফম নত্রনে মসীবো? অদুগা ঐহাক ব্রাবৌবসু লৈতে। যাসমীন্গীদমক খল্লুবগদি শাথীনা নুংঙাইতবদি পোকই।"

"মরুপ, ঐবু খন্নবা মতম খবদং পীখো। ঐ নংগী নতেং সুকপাং-পাংলোইদবগী মবমসু লৈতে। ঐবুসু নংনা খঙলীবা অদুনি।"

"খনববুদি খল্লু -। অদুবু হৌজিক মতমদি লৈত্রবনি। অদুগা ব্রাফম অমনা; ঐনা য়াম্না লায়না হায় হাযনসু খনগনু। সুভাসিনি, অচৌ-অশাং মচানি। মশক-মতৌ, মহৈ মশিং, হীবম খুদীং অব্রাংপা লৈবল্লোই। শাগৈ-জাত্ ফবা, মতীক চাবী নুপীনি হাযবসু

খঙলে । নহাক্লা নুংশিরম্বদি য়াই । অদুবু নহাক্কী ব্বারীনা, নহাক্কা তশেংনা নুংশিনবমকসু নত্তে । নুংশিরবসু, অফবা থবক্কীদমক কখোকপা, থাদোকপা খরদি দরকার ওই । ঈশাগী নুংঙাই-য়াইফবা ঙাক্কীসু ঐখোয় মদুতা খনবা চুমদে । ফিদম অমগীদমক হিংবা তাই, অব্বাবা, নুংঙাইবা ঈশ্বরনা তম্বনি ।"

"সুভাসিনিগীদমক্তি সমাজ অসীদা মহাক্কীদমক কনাসু, করিসু ব্বাৎলোই । অদুগা যাসমীন্‌গীদি কনা হন্না য়েংবদা উদ্রবীনি । যাসমীন্, য়াম্না ফবী নুপীমচা অমনি । হুস্নবানু, যাসমীন্ অমদি ব্বাহিদাগী মতেং ঐখোয়না পাংবা ঙমদ্রবদি; মখোয়বু মফম অদুদগী পুথোকপীননবা কনামতা লৈররোই । ঐখোয় উনা-উনা অদুম মখোয়বু বল্লি তৌবগী কুম্মৈ য়েংবা তাই । নংদি খঙবা ঙমদ্রমাল্লে যাসমিন্‌না নংবু থম্মোইশেংনা নুংশি হায়বা ঐহাক ঙরাং চপ-চানা খঙলে ।" হায়নসু মহাক্লা হায়রকই ।

"ঐহাক করিগুম্বা অমগা হায়নিংই । হুস্নবানুনা, ঐ নত্তবা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমবু নুংশিখিবা য়াই । অদুবু যাসমীন্‌দি নহাক নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অমা অমুক নুংশিবদি ঙম্লোই । মসীমদি ঐ চাওথোক্লা হায়গে ।"

"নংনা যাসমীন্‌গা হুস্নবানুগা চাংদম্নরি । ঐসু খঙই, হুস্নবানুনা নংবু থম্মোই শেংনা নুংশি । নং নত্তনা মহাক্লা অতৈ কনা অমা খনগনি হায়বদি, নুমিৎনা নোংচুপলোমদা থোক্লবা মতমদা ওইগদবা মঙায় । ঐসু ঙরাং পুম্নমক খঙখ্রবনি, উবসু উরবনি । ঐহাক সাইকোলোজিষ্ট অমা নত্রবসু খরগীদমখৈদি খঙলীবনি । মীওইবগী মীৎয়েং হায়বা অমসু লৈরি । পুম্নমক ঐসু উরবনি ।" হায়না ঐনা হায়রম্মী ।

"অদুদি নহাক মীগীদমক্তি খঙবা-উবা, অদুগা নশাগী অফ-ফত্ত, নং নশাগী মতাংদদি খঙদ্রে, তশেংনা খঙশীন্নদবা নত্রা ?"

"ঐহাক ককঙাওনরি, মরম অদুনা হীরম অসীদা ঐহাক পুক্নীং চঙবা ঙমদে । ঙরাংগী মতৌ অদুসু ঐহাক সুভাসিনিগী ব্বাখলদনি ।"

"ঐহাক ঙরাং নুমিদাং অমুক হন্না শবাব্ মহল্‌দা চৎলুই । ঐহাক নঙোন্দা শেংনা হায়গে । নংগা-ঐগা হৌখিবা থা অহুমলোম অসী উন্নবা ইফং-ফংখিদে । মরক অদুদা ঐহাক্লা কয়ারক হন্না মফম অদুদা চৎলরে। ঐহাক মখোয়গী ফজবা শক্লা শুক্দ্ধৎপীবা মীশক অমদি নত্তে । অহম্মদতি, মখোয়দগী হেন্না ফজবা কয়া-কয়া থেংনরবনি । ঐহাক মখোয়বু অচুম্বা লম্বীদা লমজীংবীবা, সমাজগী ঈচেলদা তিলহনবা অসীতনি পামখিবা... । মখোয়গী পুক্নিবু কন্নীংবগী ব্বাফম্মী ।"

" অদুবুদি অচুম্বনি ঐসু খঙঙিনে । অদুগা নহাক ফজবা শক্তা ঙাওবা মী নত্তে হায়ববুদি খঙই । শক্কী মতাংদা মীপুম খুদীংমক্লা যাসমীন্‌না হেক্লি শোম্নদনা হায়নগনি

নীংই । অদুবু হুন্নবানুনা মশকথীবী অমা ওইরল্লবদি নহাক কমদৌরমগনি ? যাসমীন্না লম ঙানবা খরদং হেনবগী ৱাতনি ।" হায়না ফাগি তৌরম্মী ।

মহাক্না ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা - "মতাং অসী ফাগিগী মতম নত্তে ভায় । ঐহাক থা অহুম মরিরোম অসী ষ্টদি তৌদুনতা লাক্লীবনি । যাসমীন্ য়াম্না ইং-তপ্পী, নোল্লুকপী, পুকচেল তিংবী নুপীমচানি । মফম্না, ফিভম্না মখোয়বু মওং চাদনা উহনবগী ৱানি । ঐখোয়গী সমাজ অসীদা চাওরকপী ওইরল্লবদি পুম্নমক্কগী অথোইবী ওইরমগদবীনি । মখোয় অহুমক্কী তোঙান-তোঙানবা মওং খরা লৈজে । মান্নবসু য়াম্না উবা ফংই । মথৌনা, মবুদ্ধি-মরৌশিং ফজনা লৈবীনি । মফম্না, মতম্না শুমদুনা থম্বীরবীশিং ঙাক্কনি । যাসমীন্গী বুদ্ধি ফবা, নীংশিংবগী শক্তি অমদি মহাক্কী করিগুম্বা নীংজবা অমগা লোয়নবা অমসু... । নংনদি থাজদবা য়াই অদুবু মসী অচুম্বনি । নংসু খঙক্লবদি শোয়দনা ঙক্কনি । নহাক মাবু করিগুম্বা মতমদা উৎপ্রবরা ? অমুক্তং ফজনা নীংশীংঙু ।"

"মাবু ঙরাং হেক উবদা, ঐ মহাকপু উপ্রবগুম্নদি খল্লী ।" হায়না ঐনা হায়রম্মী।

" ঐহাক ঙরাং নুমিদাং অমুক হন্না চৎলী হায়প্লেদনা । মদুদা মহাক্না নংবু থম্মোই শেংনা নুংশি হায়বা অসী চপ চানা খঙলবনি । ঙবাং খক্তউন্নবগা, মহাক্না নহাক্কী মরমদা খনবনি হায়না লৌগনু । ঙরাং নংবু অহানবা হেক উবমক্তদা, মহাকী মওং-মতৌ কমদৌখি, নং খঙব্রা ?"

"ঐহাক মদোমদা থোইনা পুক্লীং চঙলুদে, অদুনা ঐ থোইদোকপা ভাব্ তাদে । হোয়, মহাক্কী মওং অদু করিগুম্বা খরবুদি... !"

"নহাকপু হেক উবমক্তদা, চহী মরিবোমগী মমাঙদা...! নোংমা নখোয উন্নখি । চহী মরিগী মমাঙদগী হৌনা মহাক্কী থম্মোইদা তাখিবা মমিদো, ঙসিদি মূর্ত্তি ওইনা মাগী মমাঙদা লেপ্পরে, হায়না মঙোন্দা ফাওজখি । মীওইবগী ৱাখল হায়বসী অঙকপনি । হায়বদি মাগুম্বী মফম অদুদা চাওরকপী, অদুগা তোঙানবা লমচৎ-শাজৎনা মখোয়গী নেচর ওইরবী, মতম অদুদা চহীসু নৌরিবী নুপীমচা অমনা নুংশিবা পোকচখিবা ! মহাক্কী থম্মোই লকানুংদা, নহাক্কী মূর্ত্তিবু লোন্না লাৎচরকখি । মসিদা নংনা, মদু ওইথোক্তবা অমদি ওইদবনি, তাৎ তৌদুনা হায়জিনবনি হায়নসু খনবা যাই । অদুবু মসীমক্তী অশেংবনি। মিরানা ভগবান্গী মূর্ত্তিবু মপুরোইবগুম্না লাৎপদি য়ারগা, মসীদি করিগী য়ারোই ? ঙরাং খুদক্কুদা মহাক তুজুংবা পোকখি । ঙকপা, হৱাওবা, নুংঙাইবা ফাওরম্মী । অকিবা অমসু মহাক্না মায়োক্লরি । মহাক্কী হকচাং পুম্বা তু-জুংবগা লোয়ননা মশা অদু তনিকখি । তশেংনা মহাক হৌজিক পোৎথাফম খঙদনা লাঙতক্লরি । নহাক হৌজিক ফাওবা নীংশিংবা ঙমদ্রি ?"

"ঐসু উপ্রবগুম্না নিংই । ঙরাংদগী উপ্রে হায়নদি খল্লীবনি । অদুবু নীংশিংবদি ইঙম-

ঙমদে। নীংশিংবা থোক্লীবসী করিগীনো ? খনবদা ঙকই।"

"নহাক্কী নীংশিংবগী শক্তি, মেমোরি, কলেজ শীনবা থুংনা মমিং চৎলম্বা অদুদি, কৈসু লৈতবী নুপীমচা অমগী মফমদা লায়না মায়থীরে নত্রা ?" অদুনদি নহাক যাসমীন্গী মফমদা মায়থীরেকো ! মসীমদি নহাক য়াবা তাবনি।"

"নীংশিংগদবা থৌদোক অদুদি নীংশিংই। মরম লৈতবা থৌদোক্তী করম্না নীংশিংগনি ? হোয়, মহাক্কী অদুসু মদুগী খুদম, প্রামান্ চুম্না পীরবদি, মরমবু চারবদি, ঐহাক মায়থীরে হায়বা য়াবা তাইদনা... ।"

"ফরে-ফরে, অদুমকপু নহাক অমুক্কসু খনখো, নীংশিংখো.....। নহাক্কী অসী, শকুন্তলাবু দুষয়ন্তনা কাওবগুম কাওখ্রে নত্রা ? নীংশিং খুদোপ ঙাইখিবা তারেদনা ! মসীগী ৱাবী অসী তোকখিসি। নংসু নীংশিংখো। ঐহাক হুন্নবানুগী মরমদা ৱারী হান্না তৌখিগে। মহাক, মীকি-লাইকিদবী, ইচঙ থৌবী, পুকচেল তিংবী অদুগা খরসু ঙাওনা হৌবকপী ওইনা তৌই। মবুদ্ধি-মরৌশিংসু অদুম ফৈ। চম্না ঙাওজবীনি। মহাক চমনা মরৈ খরা যেৎকল্লি, অদুবু মরৈ কনবীদি নত্তে। ভাব্ তাদনা মীনা হায়রে হায়দুনা হেক্তা য়াবগী মওং লৈতে। অদুগুম্বা মতাংদনি মহাক্না মরৈ য়েৎলীবসী, অদুগুম্বা মহাক্কী উকীলগুম্বগী, অনমকনবা উইল্ অদু উবদগী, ঐহাক্না মাবু জ্যান্ তাহল্লবদি অফবা মায়কৈদা পুবা য়াগনি খনখি। মবমশিং অসি লৈবনা, ঙসিগী ঐখোয়গী ফিভম অসী য়ৌবকখিবনি। মখোয় অহুমমক অসীনা ইনাক-কৈরাক খুনবা, অচৌ-অশাং ইমুংদা চাওরকপী ওইরম্লবদি অখন্নবী ঙাক্ ওইরমগদবনি।"

নোংমা, অহম্মদনা মখোয়গী মরমদা হৌদোরকখিবা মতাং অদুদা, ঐহাক্না- 'এঃ নংদি ৱাফম অসীদসু নশাগী অপাম্বসু হান্ননা খল্লবা জাৎ ওইরেকো।' হায়না ফাগি তৌখিবা অদু নিংশিংলকই। মখোয়গী মরক্তগী মাগী অমা হান্না খল্লে, হায়রবনিনা, মশক-মতৌ ফজবা শোয়দনা হেল্লমগনি খল্লুবনি। নুপীগী মগুণ্দি ইহান-হানবদা শক্না ওইবনিনা, অদুগীসু মথক্তা শাবী-শানৌ 'নুংশিবা' হায়বসী চাংচত্তা, অহানবা মীত্তগী পোক্লকপনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। অদুনা মশক-মতৌ ফজরমগনি হায়না খল্লুবতনি। ঐনা খল্লম্বা অদুগদি খরা খেন্নরম্লে। মহাক্তি মদুমক্তি নৎলমদ্রে। মহাক, থম্মোই অমদি ৱাখলনা হেন্না লুনা লৌবা মীশক্কী হায়বা কাওরুই।

ঐহাক্না- "ঐনা উবদদি হুন্নবানু, য়াম্না চীঙ-লেম্না উইনা।" হায়রম্মী।

"হোয়, মহাক মহৌশাগী অদুদি নত্রে। ঙসিদি মহাক্কী হান্নগী মতৌ অদু পুমহোং-হোংখ্রে।" হায়রকই। মানা মখা তারকই -" নহাক, ঐনা হায়খ্রিবা ৱাফমশিং অসী থাজবা ঙমদ্রিবরা ?" হায়নসু হুংলকই।

"করিগী থাজরোইদৌরিবনো ? থাজে অদুদা... ।"

" অদুদা হায়ববু করিনো ? নহাক ঐনা হায়খিবা অদুমদি ইনীং-নীংশিংদ্রে নত্রা ?" হায়রগা মহাক্লা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী ।

ঐ লুকথদুনা খল্লম্মী । নিংশিংবা ইঙম-ঙমদে উদি উখ্রে খল্লী । কদাইদা..., কদাইদা, করম্বা মতমদা উখিবনো ? "ঐহাক নীংশিংবা ঙমদ্রে । মানা নঙোন্দা করি-করি হায়রকপগে ? হায়য়ু তাসি ।" হায়না ঐনা হংলগা নোকফেং তৌরম্মী ।

"চহী মরিমুক্কী মমাঙদনি । নোংমগী নুমিদাংবাইরম অমনি । রাজঘাত্কী বাপুজিগী সমাধি বেদীগী মনাক্তা, কনাগুম্বী অমা, অমুবা বুর্খুনা কুপশিন্দুনা লেপলম্মী । মাইখুম অদু খরদং হাইদোক্লুনা, মমীং অনি উইশিল্লগা, মচীন্দগী 'হে রাম্' হায়বা খোঞ্জেল অমা... ! পাখং অমসু পাঙলাপ-লাপ্তনা লেপ্লম্মী । মখোয় অনিগী মীং মরি মীং-চানখি । পাখং অদুনদি লৈশাবীমচা অদুগী মশক কুইনবুদি উহৌবদি নত্তে । লৈশাবী অদুনা পর্দানা মায়থোং খুমজিনখি । লৈশাবী অদুনদি পাখং অদুগী মশক য়াম্না নীংথিনা উখি ।" হায়বগা মহাক্লা ঐঙোন্দা য়েংলকই ।

ঐহাক ইঙক-ঙক্লা অহম্মদতা য়েংলম্মী । হৌখ্রবা চহি মরি-মঙা রোম হায়রক্লবা... ! নোংমা অদুগী দৃশ্য অদু, হৌজিক্তা থোকপগুম নিংশিংলক্লম্মী । অহম্মদনা ঐঙোন্দা মুন্না যেংলদুনা নোক্লকই । ঐগী ইতৌ অদু উবদা, মহাক যাম্না নুংঙাইনা থোক্লুরবরা করিনো ? মতৌ অমা ওইনা...!

ঐগী চীন্দগী "এ ঃ ! মদুদা উখিবী অদুবু মহাক্লনে...?"

"এঃএঃ, নীংদি -নীংশিংলক্লেদনা ? ওম্মোক্লা থীনসু কাওইদা !"

"মান্নী, মহাক অদুনি ! অদুবু মুসলীম্ নীংঙোল অমনা করম্না... ? ঐ য়াম্না ঙকখি । মদুবু করম্বনো নং খঙব্রা ? " হায়না ঐনা মঙোন্দা হংলম্মী ।

"ঈশ্বর, অল্লাহ, অমত্তনি মরুপ । কনানা রাম্, কনানা রহিম্... । ঐহাক মুসলীম্নি অদুবু ধর্ম্ম, মজহব্কী খেন্নবা খঙবা ঙমদে । লোল, চৎনরোল, ফিজেৎ-চাকচা মান্নদবদগী জাতি খায়দোকখিবা ওইরমগনি । ধর্ম্ম, মজহব্, রিলিজন্, মসীমদি খ্বাইদগী হেন্না ফরে হায়বা করম্বনো ? ঐহাক্তি খেন্নবা খঙবা ঙমদ্রে । সমাজবু ঙাক-শেন্ননবা, ধর্ম্ম, মজহব্ শেমখিবা ওইরমগনি । কনানা, করিনা অফবনো, খেন্নবনা করিনো খঙদে । ধর্ম্ম, মজহব্তা অমনা অমদগী হেনবা হৌনদে ।

যাসমীন্, হুস্নাবানো, বাহিদা ইসলাম্ মরক্তা নম্না চাওরক্লবসু, হিন্দু ধর্ম্মবুনা হেন্না খোয়দানা উই । যাসমীন্দি হিন্দু ধর্ম্মগী বারী-লাইরিক য়াম্না পামজে । ঙরাং, কোফী পুথোরকপী অহল অদুগী মমীং চাঁন্দবীবী কৌই । মদু মহাক্কী অশেংবা মমীং নত্তে । মহাক্কী মমীংদি 'খাজমান্বী' কৌই হায় । মসীদি অরোনবা বাফম্নী । মহাকসু হিন্দু অশেংবনি হায়নৈ । মহাক্তা লোয়নবদগী ওইরম্বসু য়াই ।"

"থাজমানবী ! থাজমানবী হায়বসীদি মৈতৈগী মিংনি । অদুনদি মহাক মৈতৈ নুপী... ? থাজমানবী, চাঁন্দাবীবী ! মান্নী, শক-চু, মহাক মৈতৈনি । মৈতৈ নুপীনা মফম অসীদদি মতৌ করম্না ?" ইথন্তা খল্লী । নুপী অদুগী মরমদা য়াম্নাহেন্না খঙনীংলকই । হুস্নবানুসু মৈতৈগী শকফম হাইরপ মানবগুম তৌই । মসীবু ঐগী ব্রাখলনা অরানবা ওইরগদ্রা ? ঐনা পঙখন-খনবনরা ? চিংনবা, লাঙতক্লবা অমদি খঙনীংবনা হেল্লকই । হৌজিক্তদা ব্রাখল অসী মওল-মওল মথং-মথং ফাওরক্লম্মী ।

"ঐ মহাক্কী মরমদা থোইদোকপা খঙদে । মী অয়াম্বনসু খঙনদে । মশানসু তাকউ য়াদে হায়নৈ । ঐনা সুম হংবদা, নুপী অহল অমা লৈ, মহাক্তি খঙলম্বা য়াই হায় । অহল অদুসু সিদা লৈতে, বৃন্দাবন্দা অমুক হরিদ্বার, ঋষিকেসনচিংবদা চত্তুনা, লাই-নীংদুনা লৈ হায়নৈ । মহাক্কী মমিং-মথা এড্রেসনচিংবদি ফংলে । খঙনীংবা কয়ামুক লৈরি । খুদোংচাদদুনা মরমশিং অতৈ থিগদবা ঙমদদুনা লৈরবনি ।"

"ফরে, মদুনা কোন্নগী ব্রাফম তারেদনা । ঐখোয় হৌজিক করি তৌবা তাবগে ? করি তৌগদগে ?" হায়না ঐহাক্লা মঙোন্দা হংলম্মী ।

মহাক্লা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা - "ঐনা করি হায়গদৌরিবনো ? নহাক্কী ব্রাখল মঙায়রে । ঐগীদি হায়খ্রে । অদুনা, অমুক হন্না হায়বা তারবদি; সুভাসিনি, মতীকচাবী নুপী অমনি । নহাক নত্তবা, অফবা মীশক, মহাক শোয়দনা ফংগনি । যাসমীন্, সুভাসিনিগুম্বী অমদি ওইদবা য়াই, অদুবু মহাক অদুক শাথিনা হন্থবী অমদি ওইরোই । অদুগা মরায়বক থীরবীশিং অসী, মখোয়গীদমক্তী কনা হন্না য়েংবদা উদ্রবনি। নহাকসু খন্দুনা য়েংঙুনে। সুভাসিনিদি করিসু ব্রাত্তবীনি। মসীনি ঐনা হায়নীংবা।" হায়রগা ঐঙোন্দা য়েংলকই ।

ঐহাক ব্রাখল অমদা তাওদুনা মাগী ব্রাহৈশিং অদু তুম্মীন্না তারম্মী । মহাক্লা মখা অমুক তারকই - "নাদিরাবাই, হায়বী নুপী অসী শেলবু য়াম্না মিহৌবী, তৌবা ঙমগ্রবী, মিনুংশি য়াওদবী নুপী অমনি । অদুম ওইনমক চাঁন্দবীবীনা য়াম্না কন্না হোৎনবদগী মখোয় অহুমবু লাইরিক ফাওবদি তমহল্লকখি । মচানুপী ব্রাহিদাগা লোয়ননা হুস্নবানু অমদি যাসমীন্ লাইরিক তম্মীন্নৈ । লাইরিক্তসু য়াম্না থব্রায় য়াওবী ঙাক্তনি । মখোয় হন্দক চহিদা মেট্রিক পাস তৌরে । মখোয় চাং নাইনা স্কুল কাবসু নত্তে । প্রাইভেট ওইনা থাবনি । অদুবু যাসমীন্দি ফাষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌই । হুস্নবানুগা ব্রাহিদাগনা সেকেণ্ড দিভিজন্দা লাকই । মখোয় কলেজ তম্নীংই । চাঁন্দাবীবীনসু তমহন্নীংই । নাদিরাবাইগা চাঁন্দবীবীগা খেন্নরিবসী মসীদনি । নাদিরাবাইদি মানা খল্লীসী শেলতবুনি। ঈবাংদা তাওবীনি, অফ-ফত্ত, হৌনবা, হৌনদবা মঙোন্দা মদু লৈতে । হৌজিক ফাওবা মাগী শাজৎ হোংদ্রি। মহাক মতম অমদসু, অদুগা হৌজিক ফাওবসু মমীং লৈবী তব্রায়ফ্নি ।

কোঠাগী মপু মহারাণী, চপ চাবী ওক্তবী অমনি । চহী নিফুমরি-মঙা হেল্লবী মহাক অসী হৌজিকসু শেলগীদমক চহী কুনমরি-মঙাগী মতৌনি । অফ-ফত্ত করিসু য়েংদে । মশামক্কী মচানুপীবু ফাওবা বল্লি কৎপদা চিংনদবী নুপীনি ।

' চাঁন্দবীবীনা মখোয় অহুমবু কলেজ তমহন্নবগীদমক হোৎনবগী, খৎনবগী ব্রারীসু লৈ । মেট্রিক্ পাস তৌরবী, মশক-মতৌ ফজপ্রবী, মখোয় অহুমগী মপান্দগী হৌজিক মাগী কোঠাদা মীয়ামগী ঈনোৎ, অতৎ-অখম্ নাইদে । নুপীমচাশিং অসীনা য়াম্না শিংবা অমদি চাঁন্দবীবীগী মতেংদগী হৌজিক ফাওবদি মখোয়গী ইজ্জৎ কনজরিবনি । মসীসু কয়া কুইনা য়াখিগদগে খঙবা ঙম্বা নত্তে । কোঠাগী নিয়ম খরা লৈজে । মসী হায়দোকপদা নুংঙাইতবা ব্রাফম্মী । তশেংনমক নুপীমচাশিং অসীবু নিলাম্গুম্না, লৈবা য়োনবগী চৎনবী অসী লৈরিবনি । মতীকচানা শেল পীবা ঙম্বা মীশক ফংদ্রবদি, মখোয়বু অরাব্কী লৈবাক-শিংদা থারগা শেখশিংদা য়োনবা হায়বসী শোয়দ্রবনি ।" হায়না অহম্মদনা, য়াম্না নুংশা থীনা হায়রকই । ঐহাকসু মদু তাবদা শ্বাই লাওবা ফাওরম্মী।

"অহম্মদ, ওক্লে তোক্লো মরুপ । মখা তারক্লগনু ।" হায়না ঐনা হায়রম্মী ।

" অদুনা মরুপ, মরায়বক থীরবীশিং অসীবু কনবদুনি ঐনা পাল্লীবা । মী ফত্তবগী মখুত্তা তারবী তোল্লবীশিং অসী, নহাক অমদি ঐ নত্তনা কনানা কনবীগনি ? যাসমীন্ অমদি হুস্নবানুগীদি কনাসু লৈজদ্রবীনি । তশেংনা হায়রবদা মরাযবক থীববীশিং অসীবু শা-ষণ্গুম্না ললোনপোৎ ওইহনপ্রগদবনি । অদুগা অমুক্তং মুন্না খল্লু । ঐখোয়না সংসার অসিদা য়াম্না ফবা অখন্নবা থবকমক তৌরম্বা ঙমদ্রবসু, মসীমতংদি পাওথোকপা পাম্মী । হিংচাবী অসিগী মখুত্তগী মখোয়বু অমুক্তংদি কন্নীংই ।" ব্রাফম অসী য়াম্না নুংঙাইতনা, থম্মোই শোক্লা হায়রকই । মহাক্কী অদুগুম্বা মওং অদু অমুক্তা উখিদ্রি ।

থম্মোইনুংদা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ অমনা শুরু-শুরু নৈরম্মী । ঐগীদমক ব্রাজরবী ইমা, মচাগীদমক আশা চাওনা তৌজরিব্রা পাবুং । ইমা-পাবুং, নচাবু ঙাকপীয়ুকো। ব্রারৌবীগনু, নখোয়বু ঐনা মীরায়জবা নৎচদে । নুপামচা অমগী তৌফম থোকপা, পুন্সিদা অফবা থবক খরদং, মীওইবগীদমক য়েংদুনা পাওথোকপা ঙম্বা পীনবীয়ু । তোল্লবীশিংগী মতেং-পাংবীবা হায়বসী ধর্ম্মনি হায়নবদাই । নচাসু মানবতাগী ধর্ম্ম, মীওইবগী মিনূংশিগী থবক পাওথোক্লবা হোৎনজগে । সমাজগী মীৎয়েংদা,ইমা-পাবুংগী ব্রাখলদা, ঐনা তৌগদৌরিবা অসী লাল্লম্বা য়াই । অদুম ওইনমক তোল্ল-তারবশিংগী মতেং পাংবনা ঐগী ধর্ম্মনি হায়না লেপচরগে । থবক অসীদা ঈশাগী কান্নবা, খুদোংচাবা ফংবগী ব্রাখল অমত্তা লৈজদে, ব্রারৌবীগনু ।

"ফরে মরুপ, ঐ নংনা হায়বা পুম্নমক য়ারে । অদুগনে অমুক নীংহন্নদুনা

হন্দোক্লবদি য়াদ্রে । নংনসু খঙলীবদুনি, হন্দুনা চেনবদি..., ঐহাক্তি য়াদে ।"

"সুকুমার, নংবু মরুপ ওইনা ফংজবা, ঐহাক য়াম্না নুংঙাই, চাওথোকচে । মরুপ, হিংলে হিংমিন্নসি, শিবা তারবসু শিমিন্নসি ।" হায়না মহাক্না ঐবু হরাওনা কোল্লম্মী । ঐখোয় অনি চেৎনা কোনশিন্নরম্মী।

"নংনা থৌরাং তৌরম্বদি য়াই অদুবু ব্রারী অসিদা ব্রাহ্মিদাগী মরমদদি থোইদোকপা পল্দে । মদুনা করম তৌবনো ?" হায়না ঐনা হংলম্মী ।

"চুম্মী মখোয় অহুম্মী । মদুগীসু থৌরাং তৌরবনি । অল্লাহনা চানবীবনি । ঐহাক মরুপ অমসু থেংনরবনি । মহাক অদু শবাব্ মহল্গী মওং-মতৌ য়েংনীংবদগী মফম অদুদা লাখিবনি । মহাকসু ব্রাহ্মিদাগী লিচীংনা লাকপা ওইরম্মী । মহাক্না ঐগা য়াম্না মুন্না খঙনরে । ঈশ্বরগী থৌজালনি হায়বা য়াই । মহাক্তি মতীক-মগুণ্ য়াম্না লৈবা মীনি । পুকচেলসু চাওই । তুংদসু ঐখোয়গী য়াম্না কান্নগদবা মীশক্লী । নোংমা ঐ নংবু মহাক্না শক খঙনহনগে । ঈশ্বর লৈরি, ঐখোয় শোয়দনা, ঐখোয়গী মিশন্ অসী পাঙথোক্কনি । শোয়দনা মহৈসু য়ানগনি হায়নসু থাজে । ঐখোয়গী পান্দম য়ৌবা তশেংনা ঙম্নগনি হায়না নীঙই ।" মহাক্কী ব্রাখল মকা লাপ্লে ।

মহাক্কী মায়থোংদা নুংঙাইবগী মমি তারম্মী । অদুমকপু মহাক তশেংনা নুংঙাইরবরা হায়বদি চিংনীংঙাইনি । মহাক্কী থম্মোইদা করিগুম্বা খরদি লোৎলিবগুম তৌই । ঐনা - "নহাক্কী থম্মোইদা করিগুম্বা চিংনবা অমা..., করিনো খরদি লোৎলী হায়না নীঙই । মদু করিনো ঐঙোন্দা শেংনা হায়য়ু ।" হায়রম্মী ।

"মিশন্ অসী পাঙ্থোকপা ঙমগনি হায়বগী থাজবা লৈরে । থবকপুদি শোয়দ্রে, অদুমকপু চিংননীংঙাই কয়াসু লৈরি । ঐখোয় ঈশ্বরবু থম্মোইদা চেৎনা নীঙসি । ঐখোয়গী থবক অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা খুদোংচাদবা কয়ামুক থোকপা য়াই । অব্রাবা কয়া মায়োক্লবা য়ারি । তোল্ল-তারবশিংগীদমক মতেঙ পাংবা হায়বসি সমাজ সেবানি খন্দুনা অব্রাবা কয়া নোক্না-নোক্ল খাঙবা তাবনি । খুদোংথীবা কিদুনা চেনবদি য়াদ্রবনি । মীগী মতেং পাংবদা অব্রা-অনা নংবগীদমক ঈশ্বরনসু থৌজানবীগনি । পুকচেল চাওবা মীওই কয়াসু অব্রা-অনা কয়া-কয়া মায়োক্লখিবা কোঙ্গায়নি । ঐখোয়সু অব্রাবা খরদি নংবা তাবনি । অব্রাবা, খুদোংচাদবা খরা নংবগীদমক..., ঈশ্বরনসু থৌজানবীগনি । পুকচেল চাওবা মীওই কয়ানসু শোয়দনা তেবাংবীরক্কনিদা ।"

"পুন্নমক ঐ খঙলে চিংনরুনু । ঐ নংগী নতেঙ পাংবা য়াবমখৈ পাংগনি । ঐগীদমক্তি নং, চিংনফম লৈতে । অদুগা নহাক্না হায়রিবা মরুপ অমদুগীদি ঐহাক করিমতা খঙদ্রি । অদুনা ঐ মাগী মরমদদি করিমতা খঙবা ঙমদ্রে ।"

"মরুপ্ অদুসু থাজবা য়াবতা নত্তনা, ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না মতীক চাবা মীশক্লী ।

মহাক্কী মতেঙ ফংলবদি থবক অসী য়াম্না লাযনা পাওথোকপা ঙল্লগনি । মহাক হৌজিক দিল্লীদা লৈতে, আমেরিকাদা চৎল্লি । হেক লাকপগা নহাক্কা খঙনহনগে । হৌজিকসু ঐহাক্কী থবক অতে য়াম্না লৈবি ।”

“কবি থবকনো ? ঐঙোন্দা হাযবদা কবি অকাযবা লৈবগে ?”

“কবিগী অকায়বা লৈগদগে ? অদুমকপু ঙসিদি হাযববোই । নং-ঐগী মতাংদা চনৈনবা খবা লৈবদগী, ঐগী থবক অসীমদি মেন্ তাদনা লৈবক্কী । মবম খবা অসীনা ঐনা মাঠা শাবক্লীবা কুইবে । ঐগী কবিগুম্বা খবা ব্রাৎতুনা লৈবি । নোংমা-নিনিগী মনুংদা মেন্ তানা নঙোন্দা খঙ্হন্‌গে ।”

“অদুনদি, নংগী অতোপ্পা প্রোব্লেম্ অমুক্কসু লৈবি নত্রা ? কবিনো হাযয়ুদনা মদু ঐঙোন্দা খঙহনবা য়াদবা ব্রাফল্লা ?”

“ঐ ঈশাগী মতাংদা লুববা ব্রাফম্ খবা ইহিং হিংদুনা লৈহৌবে । থবক্‌শিং অসী পাঙ্গলনা যাবা মতাং নত্তবনিনা মতম্ চঙ্‌ঙি । তাঞ্জা হাযবা অমসু যেংদবা যাদবদগী লৈহৌববনি । অদুমক্‌পু হযেংদি ঐহাক্ মেন্ অমা তাননবা শোযদনা হোৎনবগে । নংনসু মদুদা পাংবা, যাবা মতেং পাংবা তাই ।”

“ অসুক্ লুবা থবক্কী মতাংদা নংনা বাফম্‌শিং অদু লোৎলিবা কবিগীনো ?”

“মকুপ্ নং শাওগনু । ঐ নঙোন্দা লোৎপা নত্তে । মফম্-মতম্না থবক্লা যাদদুনা তৌবনি, লোৎপা নত্তে, লোৎকেসু খন্দে । মকুপ্ অমদুগী মেন্ তাবা অমুক ঙাইদুনা লৈ, নংগী অমুক্ ব্রা লৌবা তাবনি । মবম অদুনা ঐগী ওইনা শোৎথহৌবগী ব্রানি । হয়েংগী নুমিত্তা নঙোন্দা শোযদনা খঙ্হনগে । ঐখোয মতম ফংনখিদবদগী, বাবী ব্রাতাই কযা ফাওদোক্লখিদ্রে । নং অমদি মকুপ অমদুগী ব্রাফম্ হান্না মেন্ তাবা পাম্‌খি । মসীদা নংনা ঐবু ব্রাবৌবসু যাই । নংসু কোম্না খঙ্‌লক্কনি । থবক্ অসিদা ঐনা হান্না থেংনকুববনিনা, লম্‌যান্‌বা থৌবু ঐনা ওইকুবে । ঐনা হাযবীবসী নখোযবু কন্ট্রোল্ তৌবা অমদি ঐনা যাম্না হৈ-শিংবগী ব্রাফম্ ওইনদি লৌগনু । ফিভম্ খবদগী ওইখিবগী ব্রানি । মবম্ কযামুক লৈবদগী ঈশাগী শোৎথহৌববনি । হযেংদি শোযদনা, অবেপ্পা অমা, মেন্ তাননবা হোৎনমীন্নবসি ।”

মহাক্কী কবিগুম্বা অশোয়বা অমা নত্রগা অব্রাৎপা অমদা মহাক্ য়াম্না লাঙ্‌তক্লবি হাযবা খঙ্‌লে । মবম অদুনা ঐ মঙোন্দা শেংনা হাযদোক্তে হাযনা তাইনবসু ঙমদ্রে । মহাক্লা হোৎনবিবা অসিসু য়াম্নদি ব্রাবিবা জাৎনি । মহাক্কী থৌবাং অসিমক্‌সু তবাই-তবাইবসু নত্তে । মসী যাম্না ফোংবা য়াবসু নত্রি ।

“অদুগা ব্রাফম্ অমনা... -” হাযনা মহাক্লা ঐঙোন্দা য়েংলক্‌ই । ঐসু মঙোন্দা যেংলম্মী । মহাক্লা মখা তাবক্‌ই - “যাসমীন্‌না নংবু অহান্‌বা উখিবা নুমীত্তগী

নংগী শক্তম্বু মাগী থম্মোইদা লাংচরকই হায়বসীমদি নহাক্ য়ানীংলব্রা ?"

"হোয়, মহাক্না হায়রীবদু চুন্নম্বা য়াই । ঐনদি করি খঙ্গনি ?"

"মতম অদুদা, মহাক্ চহি তরামরি-তরামঙাতমক্ ওইরম্বা য়াই । মহাক্না - ঐহাক্ মতম্ অদুদা নুংশিবা হায়বদু করিনো হায়বা খঙদ্রি । অদুবু শক্তম অদুতদি হৌজিক ফাওবা কাওজদ্রি । ঙসি, অহান্বা হেক্ উবমক্তদা থম্মোইদা মফম্ খঙ্দবা মঙাল্ অমা ফাওরকপগুম তৌই ।" হায়না ঐঙোন্দা হায়রকখি । মখোয় হৌজিক য়াম্লবদা চহি তরানিপাল্-তরামাপল্ শুরম্লগনি । মখোয়বু নাদিরাবাইনা জগোই শাহল্লী, ঈশৈ শক্হল্লী । অদুগা হৌজিক্কী চহি মতাং অসিবুনি নাদিবাইনা ঙাইরক্লীবসু... ।" অহম্মদনা মসী হায়রক্পদা ঐহাক্কী থম্মোইদা খঙ্হৌদনা মৈ হৌরক্পগুম তৌরম্মী, খাঙ্ফম্ খঙদে । তশেংনা থম্মোইদা পানবগুম্বা অমা...!

"মতম অসী য়াম্না থেঙত্রে । ঙসিগীদি ঐ য়ৌখ্রগে । নহাক্ পোৎথারো, নশাদু য়াম্না চোক্থনসু উরে ।"

"ফরে নং য়ৌবো । ঐখোয় লাই নীঙ্সি, থবক মঙ্গল্ ওইননবা ... ।"

"হয়েং অসী নহাক্ মতম্ শংগদরা ?" হায়না মহাক্না হংলকই ।

"করিগী শংদদগে ? করি তৌসিগে, ঐ লাকউ হায়বরা?"

"ঐ হয়েং ঙন্না লাক্লগে । ঐখোয়গী থৌরাং অসীগী অরোইবা ৱারেপ লৌবা তাবনি । নং লৈহৌরো, ঐগী থবক খরসু লৈরি ।" হায়রগা মহাক থোক্খ্রে ।

মহাক্ চৎখ্রবদা, ঐহাক্ স্বর মপী অমা শাংনা হোন্দোক্লুনা হীপথরম্মী । হে ঈশ্বর, নহাক্কী থৌজাল মঙায়রে । ঐগী পম্বুং অসিবু কদোমদা থোক্লগবা... ? ঐনা তৌরিবা অসিবু চুন্নীবরা ? যাসমীন্গী মাইথোং থম্বাল নীংথীবীদু অমুক উরক্ই । পিরাংনা চোৎলবী মীম্না অনি, ঐঙোন্দা য়েংলগা খোয়রুম-মোমোন তৌহৌই । মরুপ অহম্মদ, নহাক্পু মরুপ ওইনা ফংজবা ঐগী লাইবক ফৈ । খল্লুরগা নুংঙাইবগুম্বা অমসু ফাওরকই । মসীনা করি মতৌনো ?

অদুবুনে পুকচেল চাওবা মরুপ ! নহাক্কী নতুং ইনবদা ঐগী পুন্সি করম্ থোক্লগবা... ? ঐহাক ঈশ্বর থাজে, অদুবু মসীনা ফত্তে, মসীনা ফৈ হায়বদি ঈশ্বরনদি তাক্পীরক্তে । নংগীদি থোইদোকপা ৱাফম্ লৈতবনিনা পুক্চেল্ চাওরি । নহাক্কা পুক্চেল চাওবা তাম্নবদা ঐগী পুন্সি করম্ থোক্লগদগে খঙদ্রে । মরুপকীদমক শিবা তারবসু লেপ্পদি লেপ্পল্লগে অদু মায়খরে ।



# (১০)

***"We have therefore to function in line with the highest ideals of the age we live in, though we may add to them or seek to mould them in accordance with our national genious."***
***"– Jawaharlal Nehru."***

ঐনা লৌবিবা ফিবেপ্ অসিবু কবম থোক্লগবা... ? অহীং অদুমসু তৃম্বা যাবম্দে । ঐঙোন্দা আশা থল্লীবা, ঐগীদমক্তা ব্রাজবতনা মথৌ ওইবিবা ইমা-পাবুংনা কমদৌবা... ? মসীর্তানি ঐনা হন্না হন্না খল্লীবা । ঐহাক্কা অহন্মদকনা খঞ্জবিবা অসীবু ফিদম্নফম্লী কনানা হায়বীগদগে ? মীপুম খুদীংমক্কা মচীন্দা হায়নগদবসি, 'জগোইশাবী, মযাংনুপী অমা পুবক্লে,' অসী খক্তনি । 'মপা-মমাগী ইজ্জৎ য়েংদবা, চৎনবী, নিতি ঙাক্তবা, ধর্ম্ম মশক খণ্ডদবা'..., হায়নগনি । ইমা পাবুং ইকাই ফিরুক খুমগনি ।

অদুবু যাসমীন্...! হোযদা, পাবুংনা শাওদুনা ঐবু যুমদা চণ্ডহন্দবা যাই । মচাবু কয়া কুইনা শাওগদগে ? মতম খবা লৈবগা অদুমক ইংথজনি । ইথন্তনি, ঐ নত্তনা মখোযগী কনা লৈবগে... ? অহন্মদকী মতেং পাংদবদি যাদ্রে । মণিপুব সমাজনদি, ঐবু মীরমদা লাইবিক তমহনবগী মহৈনি হায়নগনি । হায়নজবা তাবেদনা কমদৌনি।

সুভাসিনি ! হোয মহাক যাম্না ফবী নুপীনি । অহল-লমনগী যাথং ইন্দুনা খুদীংমক যাবিবনি । ঐহাকসু মাগীদমক কবিমতা খন্দবদি নত্তে । নুংদি নুংঙাইতে, অদুবু কবমদি তৌনি ? ঐহাক ময়ামগী মফমদা শেংনা হেক্তা হায়জরগে । মহাকসু পুচেল চাওবী, মিনুংশি খণ্ডবী, ওইরবদি শোযদনা য়াবক্কনি । কখোকপা হায়বসী মীওইবগী খ্বাইদগী তাঙবা গুণ্ অমনি । মহাকসু থৌজাল অমদি কখোকপগী গুণ্ চেল্লমগনি । অহল-লমনগী য়াথং অমুক ইন্দুনা, মহাক্কী পুন্সিগী ঈচেল অদুমক চেম্থজখিগনি ।

যাসমীন্গা ঐগা উন্নরমদ্রর্বদি... ? মহাক্লা ঐবু অসুম খন্দুনা লৈগদ্রা ! মসীবু ওইবা য়াবা ব্রাফম্ননে ? ঈশ্বব, নংগী খুশিল অঙকপনি । ঐ মাবু নুংশিদবা ঙমফম থোক্লীবরা... ? ঐ মাবু নুংশি, হেন্নদুম নুংশিরকপগুম তৌই । মহাক্লা ঐগী শক্তমবু মাগী থম্মোইনুংদা লাৎলম্বা... ? মসীবু থাজবা য়াবা ব্রাফম্ননে ? মসীবু ওইবা য়াববা ? মসী মখোয়গী অতোপ্পা এক্টিং অমরা ? মীওইবগী পুক্লীং কনানা খণ্ডগনি ! অদুমকপু সংসার অসীগী ব্রাংমদা, নীংথীরবা কল্পনাগী জগত্ অমা লৈরম্লোই করম্নসু

হায়গনি । ফজরবা, ৱাখলনা য়ৌঙমদ্রবা মশাগী অচুম্বা শক্তম অমা লৈরম্বসু য়াই । নুংশিবা হায়বসী মপাঙ্গোংগী শক্তম খক্তদা লৈবা নত্তে । মসীদি নুংগী ওইবা, থম্মোইগী ওইবা থুপশ্রবা ললনী । ফংগে তানবদা ফংবা য়াদবা, লৌ হায়না পীরবসু লৌ হায়বা য়াদবা... ! তোপ-তোপ্না মওং অমনি । থম্মোইগী অরোনবা লনী ।

অয়ুক য়াম্না ঙল্লি । অহম্মদকী কার মখোল তাবদগী ঐহাক মাবু ওকপা থোক্লম্মী । কার অদুদা মথন্তা নৎলমদ্রে । কনাগুম্বী মশক-মতৌ ফজশ্রবী নুপী অমসু মহাক্কী নাকন্দা ফম্লম্মী । কনা ওইরিগবা ওন্থোক্লা নীংথিজখ্রেদা, অসুক ফজবী নুপীদি পঙউবু উদে । অদুগা অসুক ঙন্না মহাক্কা নুপী অসীগা করম্না লাকমিন্নরিবা...? মাগী মতৌ অসিদি ঐহাক কিবু-কিশিল্লক্লে । করিনোনে... মাগী মওং অসীবো ? মসীনা মাগী করম্বা শক্লোননো ? করম্বা নাটক্ অমা অমুক ...?

ঐনা মখোয় অনিবু তবাম্না ওক্তুনা ঐগী কাদা ফমহল্লম্মী । অহম্মদনা “মহাক অসি ঐগী খ্বাইদগী চান্নরবা মরুপ সুকুমার শর্ম্মনি । মহাক্ মণিপুরদগীনি । এম,এস সি, থাগদৌরিবনি । আই,এ,এস, কী পরিক্ষাসু পীখ্রে ।” হায়না নুপী অদুদা ঐগী শক তাকলম্মী । অমুক ঐঙোন্দা য়েংলগা - “মহাক অসীনা অঞ্জুমন্বানু... । মহাক ঐগী ‘মঙ্গেতর’ (হায়ন-শীঙনরবা) নি ।” হায়না মশক তাক্লকই।

ঐহাক পুমঙক-ঙক্লা থোকই । করিনোনে, কদাইদগী মঙ্গেতর ? অসুক ঙকপা অসীবু করম্ননো ? করিনো জ্ঞান্ অমা ইতা-তাদে । ৱাফম অসী মহাক্লা অমুক্তসু পনখিদ্রি । অম্মী, ভাবিজান্ অমদি সাইরানসু হৌদোক্খিদ্রি । ভাব্ সুক্তা-তাদে, অঞ্জুমন্ বানুনা ঐঙোন্দা মখুৎ লোন্নদুনা “নমস্তে” হায়বকপগা ঐনা ওকপগা চপ মান্নখি । “ঐহাক চাওরাকপা খরদি তাজরে, খঙজরে ।” হায়রকই ।

ঐনা খঙবা, খল্লম্বা, পুম্নমক অমত্তা ওইরমদ্রবা, লোইনা লাল্লবা ! ঐগীদি হায়ন-শীঙনবা লৈ, মাগীদি লৈতে । মরম অদুনা মাগীদি প্রোব্লেম্ অমত্তা লৈতে, মসীনি ঐনা খল্লুরিবা ! মহাক্লা ঐহাক্লা ফিভম অসী করম্না অসুক য়াম্না মান্নরম্লীবা ! মসীবু ঈশ্বরমক্লা থওইনা শেম-শাদুনা তশেংনা মান্নহল্লবরনে ? ঐহাক উদগী তাবগুম পঙদুনা লৈরম্মী। হীরম অসিদা মহাক্লা ঐঙোন্দা ৱারী অমত্তা শাখিদবনা করিগীনো ? হোয়, ঐনসু ঐগী ৱারী মঙোন্দা শাখিদে । নোংমদি, অমুকখক আম্মীজান্খোয়না, মথৌ লোইথোক্লীংবগী ৱাফম অমদি হাইফেৎ পনখি । সাইরানবুদি মরক-মরক্তা ‘অঞ্জুমন্ ভবী’ হায়না পনববুদি তাখি । ঐনা মদুদা থোইনা পুক্লীং চঙলুদবা, খল্লুদবনি । অপঙবা অসী ঐহাক ওইরম্লেদনা...!

ঐহাক্লা মখোয় লাকপগী তৌফম থোকপা, চানচিংবা থৌরাং তৌরম্মী । চাগা বীস্কুইটনচিংবা খরা চামীন-থকমীন্নরে । থোইদোকপা ৱা ঙাংনরমদ্রে, ঐখোয় অহুম তুম্মীন-তুম্মীন চা থক্লরম্মী । অঞ্জুমন্বানুদি মরু লুকথদুনা তুম্মীনা ফম্লী ।

অহম্মদনা - "অঞ্জু , ঐখোয়গী মামুজান্গী মচানুপীনি । মহাক্কী অহলশিংগা ..., ঐখোয়গী অহলশিংগা, ঐখোয়না অঙাংওইরিঙৈদগী হায়ন- শীঙনবনি। অদুগা ঐখোয় অঙাং ওইরিঙৈদগীসু লোয়নরকই । ঐনসু মাবু নুংশি, মহাক্কসু ঐবু নুংশি । ঐখোয় অনি অমনা অমবু থম্মোই শেংনা নুংশিনরকই । মহাকসু বি,এস.সি, পাস তৌরবনি । ঐখোয়গী 'নিকাহ' (লুহোংবা) গী মতমদং ঙাইদুনা লৈরবনি । লুহোংবগী নুমীৎ লেপ্পদবতনি ।" হায়রকই ।

ঐহাক মখোয় অনিবু তঙক-তঙক য়েংলম্মী । "ইচলগা উন্নবা য়াম্না নুঙাইরে" হায়নদি ঐহাক্না হায়রম্মী । অহম্মদনা অঞ্জুগা ৱারী শা-ননীংবগী মওং অদু খঙলম্মী । মরম অদুনা - "ফরে, নখোয় অনি ৱারী-ৱাতাই শানরম্মু । ঐহাক ব্রেক্ফাষ্ট থৌরাং তৌরুগে ।" হায়রগা ঐগী কাদগী থোরক্লে । অঞ্জুনদি - 'দাদা, তৌবীরুরনু।" হায়হৌই । মতৌ অসীদা অঙকপা অমগা লোয়ননা, খঙনীংবা অমসু,ফাওরকই। ঐহাক লাপ্পা চৎপগী মহুত্তা, মখোয়না উরোইদবা, ঐনদি মখোয়গী ৱারী তাবা ফংগদবা মফম য়েংদুনা লৈরম্মী । তশেংনমক, অহম্মদনা তৌরিবা, তৌগদৌরিবা অসীবু করিনো হায়বা খঙনীংলম্মী । ঐহাক মাগী মতৌ অদু খঙনিংদুনা লোন্না লৈরম্মী । মীওইবগী ৱাখল, শাজৎ, অসীসু অঙকপনি । মসীদা ঙকসু ঙকই, নুংশাথিবা অমসু পোক্লম্মী ।

অহম্মদনা - "ঙসি মঙা-তরুক্কী শুরে । ঐনা নংবু উন্নদবা য়াদে হায়না পাও পীরিবা । নং য়ুমদা লৈতে হায়ববু... ?" হায়রকই ।

"ঐহাক ঙহালতমক হল্লকপনি । আলিগরদা চাচাজানুগী মচানুপীগী লুহোংবা য়াওরম্বনি । ঙহালসু-ঙরাংসু য়ুমদা লৈবনি অদুদা... ।"

" অদুদা হায়বদি... ? ঐখোয় অনি শা-নগদবা ৱারী লৈ হায়রগা নহাক্না য়াদ্রিবদি ...।" হায়রগা অহম্মদ, কৈদৌরবনো খঙদে, তূম্মীন লৈখি ।

"অদুগীদমক্তরা... ? ঙরাং, হয়েং উন্নদবা য়াদে । উন্নসি হায়বা য়াদ্রবদি হু চাদুনা শিরনিকা হায়দুনা ঐবু কিহল্লক্লীবা... ? করিগীনো ঐবু অদুম্না কিহন্দুনা থৱায় ৱাহল্লিবদি ? মসীবু হৌনবরনে...? অদুম্না তৌবা হৌনবরাও ?" হায়না য়াম্না ইংনা তপ্পা, নুংশিপ্রবা খোল্লোক অমদা অঞ্জুমন্বানুনা হায়রকই ।

"নংগা উন্নবদি ফংদ্রে । নংনসু য়ানবা, উন্নবা ফংননবা পাম্বে থিবদা, অদু নত্রবদি অতৈ উপাই লৈতদুনা তৌরিবনিদনা । নহাক ঐবু শাওগনু । উপাই লৈত্রবা মীদি মখল-মথেল পাম্বে থিবা মশানা তাবা নত্রনে ?"

"মতুংদদি ঐসু থাজররোইদো । সঞ্জেন নহা কৈনা চাজনি । হোয়্, ফরে, অদো করি ৱারীনো... ? ঐহাক্না উন্ননীংলিবগী মরম অদু হায়রোদনা । "

"অঞ্জু, ঐহাক ওল্লোক্না লুরবা ফিভমদা তারে । নংনদি ইতেং পাংবা

ঙমগনি। ঐগীসি শাথীনা খুদোংচাদ্রবা হায়বদুনি। মসীমক নহাক্কী নতেং নত্তনদি উপাই লৈতে। নহাক্কা ঐগীদমক্তা য়েংবীদুনা ইতেং পাংবীদবা য়াদ্রবনি। মসীদা নহাক ঐগী ইতেং শোয়দনা পাংবীগনিদনা... ?"

"ঐবু করি মতেং পাংজৌ হায়বীরিবনো ? অদোমগী করি করম্বা খুদোংচাদবা লৈবীরবগে ? ৱাফম অদুবু...?"

"নংনদি ঐবু লান্না লৌবা য়াই, লান্নদী লৌগনু। ঐহাক করি হায়না হায়গদবনো ভাব্ অমা তাদ্রে। নঙোন্দা হায়বদি চুমদবনি, অদুবু হায়দবদি য়াদ্রে। নহাক্কী নফমদদি মসী নাতৈ চাদবা অমা ওইনসু থোক্কনি। হন্দক্কী মতাং অসী, নংগী নতেং নত্তনদি ঐহাক্কী উপাই সুকলৈমক লৈত্রদুনা তৌরবনি।"

" অদুবু মরম অদুদি ইহায়-হায়বীদনা, হায়দ্রবদি ঐহাক্কা করম্মা খঙগদগে?"

"নহাক ঐবু ৱারৌবদি ৱারৌরোইকো ?"

"করিগীনো ৱারৌগদৌরিববো ? ৱাফম অদুদি হায়বীদনা ঐ করম্মা...?"

" অদুদি, হন্দক্কী মতাং অসী ঐগী ইতেংপাংগনি হায়না অমুক্তং ৱাশকউ।"

"মরু ওইরিবা ৱাফম অদুদি ইহায-হায়বীদ্রে। ঐহাকপু থাজবীদবা, চিংনবীবগী ৱাফম্লনে হায়বীবিবসীবো... ?"

"নত্তে অঞ্জু, নংগী ৱাখল অদু ওন্নরে। ঐহাক ওম্থোক্লা লুরবা ফিভম অমদা লৈবে। নহাক্কী নতেং নত্তনদি, ঐগী অৱাবা অসী কোকপা, থবক ওইনা পাঙথোকপা ঙম্লোইদৌরি, মদুগীদমক্তনি। নহাক্কী ৱাখলদা ঐনা নংবু থাজদবগী ৱাফম ওইনদি কৈদৌঙৈদসু খনগনু। ঐ, নহাক্কী নতেং পাম্বগী ৱাফম্মী।"

" ঐহাকপু চিংনবীদ্রবদি অদুক য়াম্মা কোইথোকপিরিবা করিগীনো ? ৱাফম অদু শেংনা হেক্তা হায়বীয়ু কৈদৌবগে ?"

অহম্মদ, ফনা কুইনা ফাওবা ৱা ঙাংদনা তুম্মীন্না লৈখি। অঞ্জুমন্ বানুনা মখা তারকই - "হায়বীয়ু, ঐবু কবি মতেং পাংজৌ হায়বগে ? ঐনা ঙম্বা ওইরবদি থৱায় অসীফাওবা কৎচরমগে।" মাগী খোঞ্জেল অদু নীক্লম্মী। থম্মোইনুংদগী ঈহৌরকপা ফুনগৎলবা খোম্থোক অমগা লোয়নরকই।

"অঞ্জু', ঐ নহাক্কী মঙ্গেতরনি। ঐখোয অনি য়াম্মা থুনা লুহোংলবা য়াই খন্নরিবনি। নং-ঐ অঙাং ওইরিঙৈদগীসু তিন্নরকপনি। ঐনা ঙসি নঙোন্দা হায়গদৌরিবা ৱাফম অসী নহাক্কা তাবদা নুংঙাইরোই হায়বা ঐ খঙই। নংগী থম্মোই শোকপা য়াই। অদুম ওইনমক নং ঐগী ৱাফম অসী তারগা, নহাক নপুক্লীং য়াম্মা হম্থবা অমদি অবানবা ৱাখলদি খনগনু। নপুক্লীং য়াম্মা পীকথবসু নহাক তৌরোই হায়না ঐহাক থাজে। অদুগা ঐনা নংবু নুংশিদবনি হায়বসীমসি সুকখন খনগনুকো। শেংনা হায়রীবসীনি, ঐ নংবু নুংশি। অদুগা মতম পুম্নমক্তসু নংবু নুংশিদুনতা লৈগনি। তৌইগুম্বসুং ঐগী পুক্নি অসিদা

মথক-মখা ওনগদবা, কল্লবা নোংলৈ-নুংশিং অমা লাক্লে । মবম অদুনা ঐখোয় অনি চঙদুনা 'কুববান্' (কখোকপা) তৌবা তারক্লীবনি । ঐহাক উপাই সুকলৈ-লৈতবননি । ঈশা অসী মায়কৈ খুদীংমক্তগী ক্রক-ক্রক ফাবগুম্লা ফাজিন-পুশিনখ্রে । অদুক্কী মতীক কন্না ঐবু লাকশিনখ্রে । মবম অদুনা ঐহাক নংগী ননিং থুংহনবা, নংগীদমক্তা লেপ্লা ঙম্লোইদৌবে । নংবু নুংঙাইহনবদি লাযবদুনা, অৱাবা ঈপাক্তা লংথবম্বগীদমক খুদানা ঐবু ৱাবক্কনি । অদুবু মসীমক ঐ ইশাগী নুংঙাইনবা অমদি খুদোংচানবদি নত্তে । নং ঐবু ৱাবৌগনু । ঐহাক কনাগুম্বী, নুপী অমবু লুহোংবা পাম্মী । মবম অদুনা, ঐহাক নঙগী নফমদা..., নংগী নফমদা... ।" মহাক মখাতাবা ঙমদ্রে । মহাক্কী মখোল নীক্লম্মী, কপ্পসু কন্না খাঙবা হোৎনবা মাল্লি ।

হন্দকসু ফনা কুইনা ৱা মখা তাবা ঙমদনা লকক-লকক তৌবম্লগা তুম্মীন্না লৈখিবম্মী । কা মনুং অদু উন ৱাইমুক চীকখিবম্মী । মতাং অদুদা অঞ্জুমন্ বানুনা ওইবমগদবা মওং মতৌ অদু, মহাক্কী মাযথোং, শক্তম অদু ঐ উবদি ফংদ্রে । অদুম ওইনমক ঐনা খনবদা, মহাক পৃথিবী অসি প্রলয ওইনা মথক-মখা ওল্লমগদবা মাল্লি । মহাক খোল থোক্লা কপ্পসু ঙমদনা লৈবম্বা যাই । শাথীববা মতৌ অমা ওইবমগনি । মখোযগী মতৌদো উদ্রবসু ৱাখলনা লাম্বদি ফংই ।

যাম্লা কুইববা মতুংদা অঞ্জুমন্গী নীক্লবা খোঞ্জেলদা "অদোমগী অপাম্বনি । অদোমগী অনীংবা, অপাম্বগী মাযোক্তা ঐহাক্লা কবিদি তৌবা ঙমগনি ? অনীংবা অদু অদুমক পাঙথোকপীযু । ঐহাক অদোমগী কনাসু নৎতে । ঐনা কবি ওইদুনা অদোমগী অনীংবা কবম্লা থিংলুগদগে ?" হাযবকই ।

অহম্মদনা যাম্লা থুনা - "নত্তে অঞ্জু; অদুম হাযনা হাযগনু । ঐগী থম্মোইনা নংবু ৱাংনা খনখ্রবনি । ঐ নংবু ইকায খুম্ননীংই । পুন্সিচুপ্পা নহাকপু কাওবোই । ঐনা নংবুনে ওথ্রোক্লা পাক্লবা ঈপাক অমদা লংথবে । মসীদা ঐহাক ৱাদবা নত্তে । পুম্নমক অসী ঐসু খঙই । মসীগীদমক ঐহাক নঙোন্দা শাথীববা, মপোক অসীমগী ঙাকপীফম থোক্লবা ইবাল লঙশীল্লবনি ।" হাযবকই ।

"অদুবু কবিগীনো ? অদুগা অদোম্লা মদুদা যাম্লা খোযদাবীকবিবনা কবিগী ওইবীববনো ? হংর্জাববা ৱাহং অসীমক্তি ঐনা লাল্লবনি । মসী হংফমসু থোক্তবনি, অদুমকপু ঐহাক মবম অদুতদি খঙজনিংই । মদুবু খঙজবা যাবোইদবা ? নত্তে, অদোম্লা খোযদাবীকবী অদুনা যাম্লা হেল্লম্লগনি । ঐঙোন্দগী..., ঐগা চাংদম্নবদা, মঙোন্দগী ঐনা য়াম্লা শাথীনা হম্থববা ? মতীক চাদ্রবী ঐহাক্লা যেংনবদা, মহাক অদুনা ঐঙোন্দগী য়াম্লা হেন্না মশক মতৌ ফজবী, মতীক-মগুণ্ যাম্লা লৈবী, থোইদোক-হেন্দোকপী অমদি শোযদনা ওইবম্লগনি... ।" খোঞ্জেল অদু, কপ্পা খাঙবা অমদি শাথীনা নীংবা কাযবগী চৈনাখোলনা থল্লম্মী ।

"মদু সুকনৎ নত্তে অঞ্জু, ঐনা হান্নসু হায়খ্রে । ঐগী উপাই লৈতবননি । নংসু কোন্না শোয়দনা মরম পুম্নমক খঙলক্কনি । অদুগুম্বা ৱাহৈশিং অদু অমুক হন্না হায়রগনু । নুপী অদু নহাক্কা চাংদম্নবা সুকয়া য়ারোই; মরমসু চাদে । মহাক অদো নহাক্কী খুয়া উফুল ফাওবগা চাংদম্নবদা মতীক সুকচা চাদবীনি । নহাক্কী ননাক নক্কদবা মাগুম্বীগী মতীক নত্তে। ঐহাক্কী উপাই লৈতবদগীনি হায়রীবসীনি । মরম অদুনা নহাক্কী খুয়া উফুলদগীসু হেন্না তোল্লবী অদুবু খুনগৎনবা থৌরাং তৌরুরে । ঐ ঈশানা খঙনা-খঙনা ঈশাগী খোঙদা শীঙজংনা য়াঞ্জরক্কনি । ঐ নহাক্কী নফমদা ঈরাল লৈরবনি । নহাক্কী লমনসু তোল্লবনি। নহাক ৱারৌনু, ঐবু ঙাকপীয়ু প্লীজ অঞ্জু'...।"

"অদুম হায়না হায়বীগনু । ঐ করিমতা ৱারৌজদে । ঐগী লাইবক্কনি, কবিগীদমক ৱারৌরুগদগে । ফরে, অদোম্না মাঙজৌননা তাকপীবগীদমক ঐহাক্কুদুম লমন তোঞ্জববনি। যাম্না নুংঙাইজরে । কোন্না খঙবদা নীংঙমদদুনা তেংথাগদবগী মহুত্তা, হান্ননা তাকপীদুনা হৌজিক পিরাং মরীক অনিদং শীন্থজবসীনা তোল্লবী ঐগীদি মতীক চানা লাইবক ফরবনি। অদোম্না অপাম্বা লম্বীদা খোঙদাবীবদা, ঐহাক করিস্ অথিংবা অয়েৎপা অমত্তা লৈজদে। ঐহাক্কা থিংবা ঙম্বগী পাঙ্গলবু করি লৈগদগে? অদোমগী অপাম্বা লম্বী অদুদা ঐহাক তিংখৎদি খক-ওইজররোই । অদোমগীদমক খুদাগী মফমদা দুৱা নিজরি । অদুগা ইশুং-ইমান্নবী অদুগী লাইবক ফবগীদমকসু থৌনিজগে ।" মহাক্কী খোঞ্জেল অদু নীক্কম্মী ।

"অদুগনে অঞ্জু, ঐহাক নংগী নতেং য়াম্না দরকার ওইরি ।"

"ঐগুম্বী তোল্লবী অমনবু করি মতেংপীবা ঙমগদগে ? করম্বা মতেং অমমুক ঐহাক্কা..., ঐগী ইফমদগী করিবু অমুক ....! করিবু লৈখিদগে ?"

"নহাক্কী লমনতনা য়োম্লগদবনি ঐদি । নংগী নতেং নত্তনদি ঐগী থৌদাং অসী পাঙথোকপা ঙম্লোইদৌরি । মরম অদুনা নংগী নতেং নিরিবনি । নংনা পাংবীবা ঙম্বা ইতেং অসিমতংগা... । নহাক্কা, ঐগা লুহোংবা য়ানীংদ্রে হায়না, অম্মীজান্ অর্মদি ভাইজান্গী মফমদা খঙহনবীরম্মু । থৌজাল অসীমতংগা মতেং অমুক্তং পাংবীয়ু।"

অঞ্জুমন্ বানু, ইখং-খংবগুম্না "এঃ! করিনো, হায়বীরিবসীবু করি ৱানো? ঐহাক ঈশানা য়ানীংদ্রে হায়গদবা... ! নত্তে, অদোম্না ঐবু মীবাযদুনা...! ঐগী মতীক চাদবদি ওইবা য়াই । কনাগুম্বী অমগা লুহোংবিনিংলগা ? যাদবনা ঐবু তাহনবীগে হায়বীরিবা ? হায়বদি, ঐহাক ওইদবসু অমুক ঙাংহনবীনির্ংলিবা ? ঈশাগী শোক্লবা ঈখোঙদা অমুক্কা হন্না শীঙজংনা য়ানজগবা ! ঐবু ওইদবা অমুকসু ঙাংদুনা ইরাল অমুকসু তাহনবীনীংলিবা ! হে খুদা, করি মতৌনোনে ?"

"প্লীজ অঞ্জু, প্লীজ; ঐনা লানবা অশেংবনি । অদুবু মসী ঐহাক্কী শিবা চঙবগী ৱাফম্নী । ঐবু কনবীগে, কনবীরোই ননীঙনি । পুম্নমক নহাক্কী নফমদা লৈরে । চানবীদুনা মসীমতংগা নংনা তৌবীরবদি ঐগী সমস্যা অসী কোক্কনি । নত্রবদি ঐগী লীৎফম

লৈতে। ঐগা নংগা লুহোংবা কায়বা হায়বসী; নংনা হেন্না খঙলীবদুনি। ঐনা ফনা কন্না য়াদ্রবসু কৈদৌঙৈদসু ওইবা য়ারোই। নহাক্না মসী মতংগা য়াবীরবদি...! নহাক্কী ব্রাফমদদি মখোয়না নম-হাবদি তৌররোই। চানবীরবদি মদুমক্তংগা নহাক্না, অঞ্জু প্লীজ, নংনা ঐবু চানবীবগী চানবীবা, মদুম্না তৌবীরবদি, ঐহাক মপোক অসীমগী নহাক্কী লমন তোল্লবনি। মসীদংদি নহাক্না চানবীদুনা উপাই অমত্তং... ।"

কুইনা, তুম্মীন্না লৈরুরগা অঞ্জুমন্না - "ইরাল পুম্নমক ঐগী শরুক ওইজরগে, লাইবক য়েংজগে, পাঙথোকপা ঙম্বা... 'দুব্রা' নিবীয়ু। ঐগী লাইবক্তা নুংঙাইবা হায়বা অদু তল্লমদ্রবদা, অমুক্তা ফিজী য়ান্নরুবগী কান্নবা করিনো ? কনানা ঐগী অব্রাবা অসী উবীগদগে ? কনানা কনবীগদগে ? খুদাগী মফমদা খুবমজবা নত্তনা উপাই লৈজদে। ফরে, ঐ ঈশানা য়ানীংদ্রে হেক্তা হায়জবগে । অদোমগী নীংবা থুংনবগীদমক ঐহাক, তকপীরিবা অদুমক শোয়দনবা পাঙথোকচবগে। অদোমগী নুংঙাইবা, অদোমগী নীংবা থুংবা পুম্নমক অদুদা ঐগীসু নুংঙাইবা ওইজরগে।" হায়বগা লোয়ননা অঞ্জুমন্না হীক-হীক কপ্পগী মখোল তারম্মী। ব্রাহৈ অতৈ থোইদোকপা ঙাংনবা তাদে। মহাক ফনা কুইনা কপলম্মী।

অহম্মদনা করি হায়রুবা, মদুদি খঙদ্রে, উদ্রে। অদুবু ঐনা খনবদা, অহম্মদনা অঞ্জুগী মীৎলু পিবাং তৈথোকপিগে তৌবা ওইরম্বা য়াই নীঙই। অঞ্জুমন্গী ব্রাহৈ - "নত্তে, মসী শীঙ্খুজরসনু, অদোম্না তৈথোকপীদুনা ঙসিবুদি কংখিবা য়াই। অদুবু হয়েং মতুংদদি কনানা... ? অদুগা অরৈবা খবা অসীতদি লোইনমক শীঙ্খুজরসনু। কংননবা অরৈবমখৈ শীঙ্খুব্রবদি ঐগী লাইবক ফববনি।" হায়রকই। ওঙ্খোক্লা থম্মোই শোক্লবা ব্রাহৈনি। অহম্মদকী, মরুওইনা অঞ্জুমন্গী খনবদা...! ঐহাক ইথন্তা মীত্তগী পি তারক্কে তৌরম্মী। সংসার অসীদা থোক্লীবা থৌদোকশিং অসীবু করিবু করিনি হায়গদগে ? কনানো নুংঙাইবিবনা ? ঐখোয় অসীবু নুংঙাইরিবা হাযবদুবা ?

ইখঙ-খঙহৌদনা, অঞ্জুমন্বানু ঐগী কাদগী, দুপট্টানা মমায় খুমদুনা চেনবগুম তৌনা চৎখিরম্মী। অহম্মদনা - "ঙাইখোনে অঞ্জু... ।" হায়দুনা মতুংদা খোঙথাং কন্না থাংদুনা ইন্নখি। ঐহাকসু লাপতক্লা মখোয়গী মতুং ইন্দুনা চৎলম্মী। অঞ্জুমন্ কার মনুংদা ফমদুনা মমায়-মমীৎ তৈথোক্লম্মী। অহম্মদতি কারগী মপান্দা অঞ্জুমন্গী মনাক্তা লেপ্তুনা করি-করিনো ঙাংলি। ঐসু মখোয়গী মনাক য়ৌবে। ঐহাক মখোয়দা করি হায়গদগে ভাব্ তাদে। অদুমকপু - "করিগীনো, কৈদৌবে ? ঐদি ব্রেক্ফাষ্টকী থৌরাং তৌরি। ঙাইখো, লাকখোনে।" হায়না হায়রম্মী।

অঞ্জুনা অহম্মদতা - "ঐ ইথন্তা চৎখিবসু য়াই, অদুবু মীগী মমাঙদা ফজররোই। থোইদোকপা অপনবা, খুদোংচাদবা থোকহঞ্জরোই। চানবীদুনা য়ুম ফাওবতদি থিনবীবম্বদা, অকায়বা করি লৈবীগদগে ? য়ারগদি মসীতংদি অদোমগী মেহরবানি... ।" হায়না হায়রকলম্মী।

"অঞ্জু, অদুম্না হায়বা হৌনদে । থিল্লম্মু হেক্তা হায়বা য়াদ্রাঁও । নংগী ননাইনি হায়না খল্লু, ঐ নংগী লমন য়াম্না চাওনা তোল্লবনি । নঙোন্দা ঐনা থৌজানগদবা নত্তে । নংনা ঐঙোন্দা থৌজানবীগদবনি ।"

"অদুম্না তাকপীগনু·। লাইবকথীবী অসীগা থেংনরুবদগী অদোমগী ব্রাখল লাঙতক্লবীরিবনি । থোইনা খনবীরুরগনু চিংনবীগনু ।"

ঐবু উরকপগুম অঞ্জু, গাড়ীগী থোঙ হাংদুনা কুমথরক্লগা "সুকুমার ভায়জান্, আই এম ভেরী-ভেরী সোরী । ব্রারৌবীগনু, ঐহাক ওহ্মোক্লা হৌন-খঙদবী হায়বদু তারে । করিগুম্বা ইমোসন্ অমদগী..., ঐহাক লানজখ্রে । ওহ্মোক্লা ইকায়জখ্রে । য়ৌজখ্রগে, ব্রারৌবীবা য়াদে নমস্তে ।" হায়দুনা মখুৎ লোন্নরকই ।

ঐসু খুৎ লোন্নদুনা - "নত্তেনে ইবেম্মা ব্রেক্ফাষ্ট তৌরগা চৎকদবনি । করিগী হাথু-হাথুনা... ?" হায়রম্মী ।

"নত্তে প্লীজ, ব্রারৌবীনু য়ৌজখ্রগে, নোংমা... ।"

"করিমতা চাবা-থকপসু তৌররোইদবা... । ফরে ফরে য়ৌরো । ইচলসু ব্রারৌবা য়াদেকো ।" হায়না ঐনা হায়রম্মী ।

"ঙসি উন্নবা অসীনা অহানবনি । ঙসিনা অরোইবা উন্নবা ওইবসু য়াই । অদুগা ঐবু দাদানা খঙবীদ্রবসু ঐনদি দাদাবু য়াম্না মুন্না খঙজৈ য়ৌজখ্রগে, খুদা হাফিজ ।" হায়না সলাম্ তৌরকই ।

মখোয় অনিমক য়াম্না হৈনীংদনা, লুম্নবা পোৎলুম অমমমগা লোননা গাড়ীদা তোংখৎখি । অহম্মদনা গাড়ী থৌখ্রে । ঐহাক ফনা কুইবা ফাওবা, মখোয়গী কার অদুনা হেক উরিবমখৈ য়েংদুনা লেপলম্মী । ঐহাক মায় লৈদুনা য়াম্না হৈনীংদনা ঐগী কাদা চঙলম্মী । ওহ্মোকপনিদা নুংঙাইবা হায়বদো সুকলৈ হেক লৈতেদা । মসীবু করম্নো ? ঐহাক মঙ-হাগুম্নসু থোকই ।

অঞ্জুমন্বানু, মরায়বক থীরবীনি হায়বা তাই । উনা-উনা, খঙনা-খঙনা মঙলানগী ফুরা নীঙখায়খরে । মহাক্কী থম্মোইনা কয়াগী মতীক ব্রারমগবা ? প্রলয়গী নোংলৈ-নুংশীৎ শীৎলমগনি । অদুবু ধন্যনি ইবেম্মা, ঐ নহাকপু থাগৎনীংই । নুংশিবগীদমক, নুংশিবনা পেন্ননবগীদমক নশাগী নুংঙাইবা পুম্নমক থাদোকপা, কখোকপা ঙম্বী, নংগুম্বী অতৈ কনা লৈরমগদগে ? কনানা খঙগনি, নহাক্কী থম্মোইনা 'কয়ামত্' লাক্লবদি নুংঙাইগনি খল্লম্বসু ! য়াইফবী ওইয়ুকো নহাক্কী পুন্সি । নংগুম্না পুকচেল চাওবী, নুংশিবগীদমক কখোকপদা চিংনদ্রবী অমা লৈরমখিগদ্রা ? নংগুম্না বল্লিদান্ তৌবা ঙম্বীদি অতাঙবনি । ঈশ্বরনা তম্বা মফমদা, লাইবক্লা পুবা মায়কৈদা, নংবু ককঙাওননা থাদোকপীরবা ! মরী তৎলবা তেলঙ্গাঁগুম হাঙলবা মালংদা মায়কৈ কদোমদা পাইগদৌরি ? পীক্লীঙৈদগী লোয়নরক্লবা, অহল-লমন্নসু, মশা-মশানসু য়ানরদুনা, মখোয়

অনিগী থম্মোই-থম্মোইনসু আশা তৌনবক্লীবা... ! ন্নাবোইপোৎ পুদুনা লৈবক্লবীনি। মতম শাংনা শাগৎনবকপা আশা শোযদনা লৈবমগনি। কযাদা পুকচেল চাওখ্রবী, মহাক্কী ত্যাগ... ? অনীংবা অমগী মখাদা, পান্দম অমগীদমক, সমাজ সংস্কারগীদমক্তা অহম্মদসু থম্মোইনুংদা নুঙ ফুমদুনা মাবু থাদোকখ্রবনিকো...! মীগী য়াইফনবগীদমক মাগী নুংঙাইবা, নুংশিবা পুম্নমক থাদোক্লবা... ! 'সমাজ সুধাব' ...! মসী মীয়াম্নদি ওক্তবা, লমহেনবা ঙাক্তনি হাযনবসু যাবি।

ইবেম্মা অঞ্জু, মরুপ অহম্মদ, নখোয অনিমকপু ঐনা থম্মোই শেংনা থাগৎচবি। নখোয অনিগী কখোকপা কনানা কনাদগী হেন্নী ? ঐতদি চাংদম্নবা ঙম্নবোই। অহম্মদনা ঐঙোন্দা হাযখিবা - 'সুভাসিনি, অফবী নুপীমচানি অচৌ-অশাংগীমচা, মশক-মতৌ ফজবীনি। মহাক্কীদমক্তি সমাজদা থোইদোকপা ন্নাংলোই।' হাযবদুমক মহাক্না অঞ্জুমন্‌গী মফমদসু খল্লী। অঞ্জুমন্ পুকচেল চাওবীনি। ঐগী সুভাসিনিসু মহাক্কুম্না পুকচেল চাওবমগদ্রা ? মাসু অঞ্জুমন্‌বানুগুম্না পুকচেল চাওবী ওইবল্লবদি... ! মাসু ঐনা হাযজবা যাবীবক্কনি হাযনা আশা তৌবগে, মহাকসু পুকচেল চাওবী ওইবমসনু। সমাজগী নুপীশিংগী ফিদম ওইসনু।

ঐহাক সুভাসিনিদা চিঠি ইবা চুমগদ্রা ? ঐখোযগী থৌবাং পুম্নমক লোইবগা ইবা তাই। কদাইদগীনোদা, মফম-মবাং খঙদনা, কবিগুম্বা মবী অমত্তসু লৈন্দনা কবম্না চিঠি ইগদৌবিবা ? কবিগুম্বা খঙনবক্কুনা ন্না-ন্না লাওনবক্লবদি পুম্নমক অসী পুমশোয-শোযবেদনা ! কদাইদগী অঙাওবা ন্নাখলনো ?

ঐনা অহম্মদকী মফমদা পুকচেল চাওবা উৎকে খল্লম্বা, অহম্মদকা ঐগা চাংদম্নবা য়াবমদবে। ঐনা অহম্মদপু মুন্না খঙলে নীঙলুবসু লাল্লম্লে। ঐহাক অহম্মদপু কবিমতা খঙলমদ্রি। মহাক অসী অঙকপা মীশক অমনি। পুকচেল চাওই হাযগদ্রা ? লেপখিবা অদুফাওবদি হোংদে। হাযন-শীঙনববী নুপীবু ফাওবা, অমবোমদা কৈসু লৈতবী 'তন্নাযফ্' অমগী থম্মোই শোকপা ন্নবীদা, ঈবায়-লাযনা থাদোক্লবা ! ঐনা 'মঙোন্দা থোক্তদুনা তৌবিবনি।' খনখিবা ! চীন থোকহৌদবা ফববনি। চীন থোক্লমল্লবদি ঐহাক শাথীনা ইকাইবমগনি। মহাক্না কযাদা লাযনা... ! মহাক্কী মফমদা কল্লকপা, মিহৌবা, অপাম্বা থোইনা লৈতবগুম তৌই। মীগী অন্না-অনা, মিনুংশি অদুতনি মহাক্না খল্লীবা, তোল্ল তাববা, সমাজনা মীবাযবীববা অদুবুনি মানা নীঙলিবা। মসীবু কবম্বা মীওইনো ?

মহাক্না হুস্নবানুগা যাসমীন্‌গা, শক ফজবদা, অতৈ হীবম কয়াদা চাংদম্নখিদে। অঞ্জুমন্‌গী শক গুণ্‌বুসু মহাক খন্দে। মখোযগী পুন্সিগী খাববা মহাও অদুগী অচুম্বা শক্তম খঙবগা লোইননা মিনুংশি অদুবুনি। তোৎন-তিন্নবগা, লোযনববা মতুংদা, নিংঙাই চাওবী, অঙম তানবী, জ্ঞান তাদবী, ওইনচাওবী হুস্নবানুবু নমদুনা জ্ঞান্ তাহন্দুনা, তাকপী-তম্বীবদুনা শেম্নীখিবনি। হুস্নবানুগা অঞ্জুমন্‌বানুগা চাংদম্নববসু, শক্কী মতাংদসু

অঞ্জুমন্না ইন্থদে । হীরম খুদীংমক্তা য়েংলুবদা, ঐনা মহাক্কী মতুং ইনবদা শোয়দনা ঐহাক মায়থীগনি । থাগৎনীংঙাইনি মরুপ । ঐনা মরুপ ওইনা ফংজবা, অমরোমদা ঐগী লাইবক ফবনি । অদুম ওইনমক, ব্রাখল অসীদি পোৎথাফম খঙদে । হে থম্মোই, নং অসিসু অঙকপনি । ঙহাক্তা-পোৎথাদনা, অমরোমদা মনীং-মমাঙ শন্নদবা, পল্লেপফম খঙদবা ঙাক্তা ! পরীং নাইনা অমত্তা খনবা ঙমদে। খা-রাই খঙদনা ঐগী কোক্তা প্রলয়গী নুংশীৎ শীৎলী । লৈতাফম খঙদে, শান্তি লৈতে । নুংঙাইফম শুকখঙ হেক খঙদে । নুংঙাইবা হায়বদুবু করিনো ? মমল পীদুনা লৈবা ফংগদরা ? খল্লুরগা কনাগুম্বা শায়র অমগী 'শের' অমা নীংশিংলকই ।

*"খুশিয়োংকে বদলে গম্*
*আঁসু বহাকে গুজরতে হম্ ।।"*

মসীমক অচুম্বরা খন্দবা ঙমদে । নুংঙাইবগী মহুত্তা চিন্তা, মীৎকী পিরাং শীন্থদুনা মতম লেনবা নত্তনা করি উপাইনো ঐখোয় পুম্নমক ? উপাই হায়ববু ব্রাখলদা থম্মোই মথক-মখা ওনবমখৈ খনবা, ফলদি ইতা-তাদবা পুন্সিগী ঈচেলদা তাওথবা নত্তনা ।

*"জো পুছতা হৈ কোই, সুর্খ কিয়ুং হৈ আজ আঁখেঁ,*
*তো আঁখেঁ মল্‌কে য়ে কহতে হুঁ, রাত্ সো ন সকা ।*
*হজার পুছে কোই, মৈ ন কহ সকুঁগা কভি,*
*কি রাত্ রোনেকী খ্বাহিস থি ঔর রো ন সকা ।।"*

'কনাগুম্বনা নহাক্কী মীৎ ঙাংলিবা করিগীনো হংলকপদা, মীৎ নোইর-নোইরদুনা ঐনা খুম্মী; নুমিদাং তৃম্বা য়াদবননি । লীশিংলক হন্না হংলবসু ঐ মসীমদি হায়বা ঙন্নরোই, মদুদি - অহিংচুপ্পা ঐহাক কপনীংলম্মী, অদুবু কপ্পদি ঙমহৌদরে ।' মসীমক্কী ঐনা ওইরিবমকসু । 'গজল' অসীমক কবি অদুনা ঐহাক্কীদমক খন্দুনা থওইনা ইরন্নবরা করিনো... ? ঐ ঈশাগীদমকসু ব্রায়, ইমা-পাবুংগীদমক খনবদসু ব্রাদবা ঙমদে । সুভাসিনিগীসু খল্লী । মীগীদমকসু খল্লুবদা ঐহাক হেন্না ব্রারম্মী । মরুপ অহম্মদকী, অঞ্জুমন্‌বানুগী, হুস্নবানু, ব্রাহিদাগী খল্লী । পুম্নমক্কী মথক্তা যাসমীন্‌গীদমক শাথীনা ঐহাক লাঙতক্লরম্মী । অসুক শাথিনা লাঙতক্লবা...! হঞ্জিন্দুনা অমুক য়ুমগী ইমা-পাবুংগী, মণিপুরী সমাজগী...! অসুক য়াম্বা অসী কনানা পুবা ঙমগনি ? সংসারগী ব্রাখল পুম্নমক ঐহাক্লা ঠিকা লৌবদু মঙায়রে । লুম্লবা পোৎলূম্নী ।

'অক্তর অন্‌সারি' গী গজল্ অসীগা, ঐনা হৌজিক থেংনরিবা ময়াম, মতম লেল্লীবা অসীগা করিমতা খেন্নরমদে । ওন্থোকপা হায়বদুনি । হে মতম কৌবী লাইরেম্বী । অঙকপনিকো নহাকসে । তাল্লবসু চত্তে, ঙাইরবসু লাক্তে । খাম্বসু য়াদে, কৌরবসু হল্লক্তে । অঙকপনি নংগী খোঙচৎ । নংগী শক উদবা কল্লবা ঈচেলদা পুম্নমক তাওথরি । নংগী ঈরোন্নুংদা পুম্নমক লুপকনি, লুপখি । নংনা ঙমদববু করি লৈরিবগে ?

চীঙ, পাৎ-তুরেল কয়া, নীংথিরবা ফুরা-দলালশিং, মতম নংগী ঈচেলদা লেপ্পুনা লৈবা ঙমদে । ঐখোয় মীওইব্বগী পুন্সিদি মীকুপ অনিতনি । নংগী ঈচেলদা মতম খরদং কোঙ্গোলগুম তাওরম্লগা, ঈপাক্তা তাকখিনি । ঈরোম্লুংদা শোয়দনা লুপ্পা মশানা তাবনি । প্রকৃতিগী নিয়ম, ঈশ্বরগী খুৎশেম, মহাক্কী খুৎশীল কনানা খঙবা...! মসীবু মীওইবা কনানদি থিংলুবা অমদি ঈচেল থৈরুবা ঙমগনি ! ঐখোয় পুম্নমক শকউদবা মাগী ঈঙ্গিৎ, মাগী খোঙলৈদা চৎপা তাবনি । হে - ঈশ্বর...! নংগী নফমদা পুম্নমক অসীগী অফ-ফত্ত দায়ীত্ত্ব পুম্নমক শিন্নজরে ।

নুমিদাং ব্রাইবমদা অহম্মদ লাকই । ঐহাক্তি কাদগী হেন্দোক্তনা লৈরুরে । ঈশাসি করিমতা হৈনীংদে । তৃম্বা-চাবা চঙদে । মহাক্তি ঙহাক্তা পোৎথাদনা, মনীং-মমাঙ খঙদবমখৈ চেল্লী। ঐগী ইনাক্তা চঙলক্তুনা ফম্মী । মহাক নুংশুক-নুংজানরম্মী। য়েংবদা ইনুং-নুংঙাইতে । করিবুদি নুংঙাইগদগে ? অনীংবা অমগী মখাদা পান্দম অমগীদমক তৌরবনি । নুংঙাইবা হায়বদুদি কদাইদগী ওইগদগে ?

ঐহাক্না মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা - "নংনা অঞ্জুমন্বানুগী মফমদা তৌবীরিবসী য়াম্না চুমদ্রবা মতৌ অমনি ।" হায়রম্মী ।

"ঐহাকসু চুমদে হায়নদি খল্লী মরুপ, অদুবু করমদি তৌগনি ? মসী নত্তনা কবি উপাই লৈরিবগে ? মহাকপু থাদোকপা নত্তনদি অতৈ পাম্বৈ অমা লৈবিবব্রা ?" হায়না মহাক্না হায়রকই । মহাক্কী মতৌ অদো ঐহাক য়েংবদা চান্ননা নুংঙাইতে ।

"চুম্মী উপাইবুদি লৈতে । মহাক্কী থম্মোইনা ব্রারমগদবা, চাক্লমগদবা অদু খল্লুবদা ঐহাক অকিবা পোকই । নখোয় অনি, অমনা অমবু থম্মোই শেংনা নুংশিনবিবনি । অদুগী মথক্তা অহল-লমন্নসু য়ানরিবনি । নং-ঐবুদি পান্দম অমগীদমক, নুংঙাইত্রবসু নুংঙাইতনা..., ফরে । অঞ্জুমন্বানুনা ওইরমগদবসী... ! নুংশিবদা মায়থীবা হায়বা অদু মহাক্কী মফমদা চপ-চানা থোক্লে ।"

"অশেংবমক্লী মরুপ ! ঐনা তৌরিবা অসী তশেংনা লাল্লবনি । ঐহাকসু থম্মোই পাল্লী । ঐ মাবু নুংশিদবা নত্তে । অদুবু মরুপ, করিগুম্বা থৌরম অমা তৌবা তাবা, পান্দম অমা ফংননবগী হোৎনবদা, করিনো, করিনো খরসু মাঙবা তাবনি । মসীদি হৌনশানি নত্রনে ? ফরেদা, মাঙখ্রসনু, লুপখ্রসনু কমদৌনি । মহাকসু খরা ব্রাজবা তাইদনা... ! চৎনবী অসীনা, সমাজ অসীনা, মীয়ামগী মীৎয়েংদা লৈখা তাহল্লবী মখোয়বু, সমাজগী মরক তিলহন্নবগীদমক্তা ঐখোয় খরনা বল্লিদান্ তৌবা তাই । ঐখোয়গী কুরবান্ লেম্না মাঙদবা খুদানা শীনবীসনু । করিগুম্বা ঐগী পুন্যগী ফল্ ফংফম থোকপা লৈরম্লবা, মদু পুম্নমক অঞ্জুগী মফমদা ফংহনবীয়ু হায়না অল্লাহ্গী মফমদা নীজগে । ঐনা খল্লীবা পচ্চুংগীদমক অঞ্জুমন্ বানুবু থাদোকপা তাবনি । মহাক্কী করিসু অব্রাৎপা লৈতে । শক্তা, গুণ্দা, লাইরিক-লাইশুদা, মরল-মথুম, করিগুম্বা অমত্তা ব্রাত্তবীনি । মহাক মথক্তা

পোকপীনি, মরল-মথুমর্দসু, করোড়পতিগী মচানুপীনি। ঐসু খঙই, ঐহাক, ইনাক খুনবা মীশক অমা শোয়দনা ওইরগদবনি...। মহাকপু ঐনা থাদোকপদা, মহাক নোংমা-নিনি ৱাজরবসু, মাগী কা হেন্না অমাঙ-অতা থোক্লীংঙাই লৈতে। নংসু খল্লুনে, হুস্নবানুগীদি ঐহাক নত্তনা কনানা মাবু, নোরোক্কী কোম অসীদগী চিংখৎপিগনি ? অঞ্জুমন্‌বানুগী খুজেং পাল্লোইনবীনবা মীওই চামা-চামা ঙসিগী সমাজ অসীদা য়াম্না লায়না ফংগনি। মহাক্কী করিমতা ৱাত্তেনা।”

“মরুপ, থম্মোই পানবা, অৱা-অনা য়াম্না খনব-খঙবা ঐখোয় অসিদি নুংঙাইগন্দে, ৱাগল্লী, হায়না অহল-লমন্না হায়নবা লৈ।”

“মরুপ, অল্লাহ লৈরি, ঈশ্বর লৈরি।”

“মরুপ, নহাক্না হীরাবু হুন্দোক্লগা লীক্লী মচেৎপু... !”

“মরুপ লীক্লী অমদি হীরাগী খেন্নবা মীপূম খুদীংমক্না খঙই। অদুমকপু হীরাগী ফজবা, লীক্লীগী কান্নবা, মাগী-মাগী থৌরমগী মতুংইনবনি। থম্মোইগী ওইবা, তাল্লীবা পান্দমদা ৱাখলগী ঙাকসু মখা পোন্দে। মপাম্থোংগী ফজবা, অফবা অদু ঙাক্লসু য়াদে। অদুগী মথক্তা থবক্কী ফল হায়বা অমা ঐখোয় য়েংগদৌবিবনি। তৌববুদি সংসার অসীগী মীপুম খুদীংগী থম্মোইনা হীরাবু পাম্মী। হীবাসু হীরানি, লীক্লীগীসু মথৌ লৈ। মপাম্থোংগী ওইবা শক্তম, মনুংগী ওইবা মগুণ্‌, পোৎশক খুদীংমক্কী মশা-মশাগী কান্নবসু লৈজে। চবা অমত্তং মপুক থন্না চাজনীংবা মীশক অদুগী মখুত্তা হীরা মতুম অমনা করি তৌগনি মহাক্কীদমক্কী চবা অমত্তং ... ?”

“নংগুম্না মীপুম খুদীংমক ফকির, মুনী-ঋষি ওইয়ু হাযবদি কনানা য়ানীংগদগে ভায় ? মীওইবা হায়বসী মান্নদবনি।”

“নংগী ৱাফম অসীবু, ঐনা নংবু নমদুনা... ?” মহাক্কী মীৎয়েং অদু ৱাহং কয়ানা থল্লম্মী। মহাক্না করি খল্লুরবনো খঙদে।

“চুম্না ৱারীগী ৱানীদা ভায়। ঐসু নুপামচানি, হায়দ্রোকখ্রবা ৱাফমদা অমুক হোংলোই। মরুপকীদমক মৈনুংদা চোংশনবা তারবসু, ঐহাক মদুদা চিংনগদবা মীশক নত্তে। হীরম খুদীংমক্তা নমাঙ থাদুনা চৎপমক্তী ঙমদবা য়াই। নতুংদি শোয়দনা ইনগনি। ঐহাক মায় লৈদুনা খক চেল্লরোই। নহাক্কী থৌবাংদমক মপুঙ ফাননবা শীল্লু। খুদীংমক পাঙথোকপা ঙম্নবা থম্মোই শেংনা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌসি।”

“ঐ নহাকপু থাজদবা, চিংনবা অমত্তা লৈতে। নংবু তশেংনা থাজে। মরম অদুনবু ঐনা নংবু অসুক লুরবা থবক অসীদা, নহাক্কী ৱাফাওবা হংলমদনা ফিরেপ অসী লৌরিবনি। নংগুম্বা মরুপ অমা লৈজবা অসীমক ঐগী খ্বাইদগী লাইৱক ফবনি। ঐহাক মসীগীদমক তশেংনা চাওথোকচৈ। নংগুম্বা মরুপ তরাদং লৈজরম্নবা, ঐহাক পৃথিবী পুম্নমক্কী, সমাজ সংস্কারগী থবক তৌবা ঙমগনি খঞ্জরিবনি। মরুপ জল্লাল্‌উদ্দীন্‌ অদুসু

থবক্কী মীশক্কী । মহাক্কী, ঐখোয়গী খ্বাইদগী মতেং ওইগদৌরিবা... । মরুপ অনি ফংজরবনিনা হৌজিক ঐহাক নুংঙাইজরে ।"

"অসুক লুপ্পবা থবক্তা নহাক্কা ৱাইন্দা..., মসী মতুং-মনাওদিনে য়াম্না চেকশিল্লুকো । ফবে, থবক্কী ৱাফম খন্নরসি ।"

"ঐসু মতুংদদি অসুম্না তৌররোই হায়না ৱাশক্লবনি । য়ারে, থৌরাং পুম্নমক লোইরে হায়না লৌরো । অঞ্জুমান্‌বানুনা, লুহোংবা পামদ্রে হায়না পাও থারক্লে । ইমুং-মনুংগী মীপুম খুদীংমক য়াম্না শাথীনা পেন্নদে । ঐসু য়ুমদা লৈবা হৈনদ্রদুনা লাক্লবনি । ঐহাক য়াম্নদি নুংঙাইতে । করমদি তৌনি, ঐনা শীঞ্জবনি । ঐনা তৌবনা ঐনা ফংজবা তাবনি ।" হায়না মহাক স্বরমপী হোল্লি ।

"তৌবদি, নংনা অঞ্জুমন্‌বানুবু মৈনুংদা লংশনৰীবসী...! ঐহাক মাগীদমক খনবদা য়াম্না নুংঙাইতে । ঐ মাবুদি তশেংনা থাগৎনীংই । যাম্না থৌনা ফবী, অখাঙ কনবী, পুকচেল চাওনা কখোকপদা হালেঙদবী নুপীমচানি । কনাগুম্বী অমা ওইবম্লবদি, ৱা-লান চাওনা থোক্লরগদবনি । কয়াদা থৌনা লৈখ্রবা,অখাঙ কনখ্রবা ? মহাক অসী স্বার্থত্যাগ্ হায়বদুগী অশেংবা মশক অমদি খুদম্নী । কখোকপগী কয়া চাওখ্রবী গুণ্ চেল্লিবনো ? শেংনা হায়রবদা মহাক্লা নংবু থম্মোই শেংনদি নুংশি । নুংশিবগীদমক, নুংশিবগী অশেংবা কখোকপগী অখন্নবা শক্তম অমনি ।"

"মহাক্কী ৱাফম অসী তোক্লসী ভায় । ঐহাক খঙদবা নত্তে, খঙই ।"

"ঐদি হৌজিক ভায়জান্‌গা মামুজান্‌গনা য়াগনি হায়বা থাজদ্রি । মকওইনা ভায়জান্‌না য়াগনি হায়বা সুকথা থাজদে । করি-কবিনো খরদি শোযদনা তৌবকখিগদ্রা হায়না কন্না চিংনবা পোকই । অদু ওইরবদি কমদৌবা তাবা... ?"

"ভায়জান্ য়াম্না শাওখ্রে । অঞ্জুগী মথক্তা দোষ পুম্নমক হৈথবীরে । খল্লুবদা নুংঙাইতে । মরাল সুকলৈ-লৈতনা ঐহাক্লা মাবু নমদুনা মরাল পীশিনবীরে । অমরোমদা ঐহাক অসী পাঙদ্রবা মীনি । মসী নত্তনসু অতৈ উপাই লৈতবনি । অদুবু য়াম্না ফরে থবক্তি পাঙথোক্লেদনা ! ৱা লোইশিন্নবে, ঐখোয়গী মঙ্গনিগী খুদোপ অদু অঞ্জুমন্‌না ঐখোয়দা হন্দোরক্লে । মদু হন্দোবক্লবনিনা ঐগীসু হনখ্রেদনা..., ৱা লোয়নরে, পুমলোই লোইবে...।" মহাক স্বর মপী হোল্লি । মতৌ অদু য়েংবা য়াম্না নুংঙাইতে ।

"য়েংওই অহম্মদ, ঐহাক য়াম্না নুংঙাইতবা অমদি চিংনবা অমসু ফাওই । ঐ হায়বদী হায়নীংদে, অদুবু থম্মোইদা ফাওরিবদি... ! নহাক্কীদমক ঐ ৱাদবা ঙমদে । ঐহাক য়াম্না চিংনবা অমা... !" ৱা মখা তাবা ঙমদে ।

"কবিনো নংনা চিংনরিববো ? শেংনাহেক্তা হায়যু কৈদৌবগে ? চিংননীংঙাই করিবু লৈরিবগে ? ৱাফম পুম্নমক লোইনখ্রে । মসীদা নংনা কবম্বা ৱাফমদনো অসুমক চিংনরিববু ? হায়য়ু চিংনবা হায়বসী অফবা নত্তে, কবিনো তান্নসি ।"

"ভায়জান্না মরাল লৈজদবী অঙ্গুমন্‌বানুগী মফমদা শাওদুনা দোষ পুম্নমক পীশন্দুনা তাইনরে হায়বা ভাব্‌ তারে। মদুগী দোষ নঙোন্দা রি-এক্সন্‌ লাক্কদ্রা হায়না চিংনদবা ঙমদে। মরমদি মামুজান্‌সু ইচম-চম্বা মীশক নত্তে। অদুগী মথক্তা অমত্তা পোকচবী, নুংশিজখ্রবী মচা নুপীগী পুন্সি অমদি ইজ্জৎকী ব্রাফম্লী। অচুম্বা অসী করিগুম্বা খঙনরক্লবদি...?"

"মরুপ ঈশ্বর লৈরি; ঈশ্বরনা পুম্নমক ঙাকপীগনি। ঐ ঈশাগী কান্নবা, খুদোংচাননবা, নমথাক শীজীন্নবা নত্তে। অফবা থবক্কীদমক্তা তৌখিবা, অরানবা য়াওরম্লবসু ঈশ্বরনা ঙাকপীগনি। অদুগী মথক্তা ব্রাফম অসীগী মতাংদা অঙুগী মফমদগী করিগুম্বা অমত্তা অকায়বা লাক্লোই। ঐহাক্না মাবু মুন্না খঙই"

"ঈশ্বরগী থৌজাল মঙায়রে ঐখোয়নদি করি ঙমগনি ?"

"ফরে, ঐ অমুক য়ৌরগে। মরুপ জল্লাল্‌উদ্দীন্‌গী পাওসু লৌরুদবা য়াদে। মখাতানা শীন্নগদবা থবক অতে য়াম্না লৈরি।"

"ফরে য়ৌরো। নংনা দরকার হেক লৈবদা পাও পীরকউ।" মহাক ব্রা অতৈ থোইদোকপা মখা তারমদনা চৎখ্রে। পোৎথাফম ঈখঙ-খঙদবগুম তৌই। মহাক্কী থম্মোইদসু ঐগুম্না খা-রাই খঙদনা ওৎ-নৈরি হায়বা ঐ খঙই। মহাক শাথীনা অব্রাবা, নুংঙাইতবা পোক্লমগনি। মহাকসু মীনি, নুঙমক্তী নত্তে। শোয়দনা মহাক নীংঙমদবা ফাওরমগনি। ঐখোয় অনিগী ফিভম অসীনা অসুক য়াম্না মান্নরম্লীবা অসিনা করম্ননো ? থওইনা শেম্‌-শাবদৌনা ...!

ঐখোয়না সমাজ সংস্কারননি খন্দুনা হোৎনরিবা অসীবু... ? সমাজ অসীনা ঐখোয়বু লম হেনবা, ওক্তবা, হায়বা মিংথোল পীরোইদরা ? যুগ্‌ কয়াদগী সমাজ অসীগী তৌবাঙম্বা অচৌ-অশাং, ইনাক-কৈরাক খুনবশিংগী নুংঙাইনবা সাধন্‌, ইন্দ্রি পেন্নবা, তোঙান্না শেমখ্রবা কোঠা অমদি তব্রায়ফ্‌কী সমাজ... ? হায়রীবা সমাজ অসিগী চৎনবী অসিবু পুরা মুথৎপা ঙমগদবসু নত্তে। সমুদ্র ঈপাক্তগী ঈশিং মরীক অহুমখক্তং লৌখৎলগা সমুদ্র কংগদরা... ? মসীনা সমাজ সুধার হায়বদু ওইবা য়ারগদ্রা ? অদুগা সমাজবু ঐখোয়না করম্না মায়োক্লগনি ?

ফরে, মসীমক, ঐখোয় খরগী থম্মোই অমদি ব্রাখলগী সুধার ওইবদা তারবসু তারসনু। সমাজগী থবক্কী হায়না হোৎনবা তারেদনা !



নুংথিলগী পুঙ অহুমলোম তাবে । ঐহাক খোয়বাঙনবদুনা তৌফম খঙদনা অহুম্মখোযবোমদা চৎলম্মী । ভাযজান্দি লৈবমদে, মাবুদি অয়াম্বা মতমদা যুমদা লৈতে । নুমিদাং অমদি অযুক অঙনবতদনি লৈবা । অহুম্মদসু মতম অসীদদি লৈবল্লোই। অদুবু ওইবিবা ফিভম অসীনা কবিগুম্বা লৈবমগদ্রা খল্লী । "অম্মিজান্, অহুম্মদপু ষ্টোবদা চৎখিববা?" হায়না হংলম্মী ।

"খঙদেনে ইবুংঙো, চৎলমগদ্রা ? যুমদসু ঙহাক্তা লৈতে, ষ্টোবদসু কযা চত্তে । কদাই-কদাইদা চৎলীবনো খঙদে, পঙচত্তা চৎলী । খঙদ্রেদা মহাক্কী মতৌসে, ঐখোযসু যাম্না নুংঙাইতে । মতৌ যেংবসু ঙমদ্রে ।"

"মহাক যুমদা লৈবনদি চুম্বনি ।" ঐনা ইচম চম্বা শাদুনা হাযবম্মী ।

"ইবুংঙো, নহাক লাকপা যাম্না ফবে । নংনা মাবু খবা থেমজিল্লু ।"

ভাবিজান্না - "ইবুংঙো, ঐখোযসু খঙই, নুংঙাইফম্মুদি কদাইদগী লৈবগদগে । অদুম ওইনমক, মহাক্না যুমদা ঙৈহাক্তা ফাওবা লৈতানা, লৈতবা অসীমক্কী চুমদে । থবক-ইনখাংগীদমক্কী নখোযগী ভাযজান্ লৈবি, কবিসু চিংনীংঙাই লৈতে । ইবুংঙো, হন্দক্কী মতাং অসী ঐখোয়সু মঙগুম্না থোকই । ঐগী ইনাও অসীগী কবি অশোযবা লৈবদুনা নুপীমচা অঞ্জুমন্বানুনা অসীগুম্বা খোঙথাং অসি লৌখিবনো ? মসীমক খনবদা তশেংনা মম্মী । ঐগী ইনাওগী কবি অব্রাৎপা লৈবগে ? শক্ত, গুণ্দা, লল-থুমদা... ? ঐখোয ভাব্ কবিমতা তাহৌদে । নুপীমচা অদুসু যাম্না ইঙ-তপথ্রবী, ওহ্বোক্লা ফথ্রবীনি। মশক-মতৌনা মবোল অমা ফজবিবা ! মহাক্না অসুম হাযনা তৌবক্কনি হাযবসী ঐখোয সুকথা-থাজদে। মখোয অনিসু অমনা অমবু ওহ্বোক্লা চান্নজথ্রবনি । মসী কবিগুম্বা লান্না লৌনবা খবদি লৈবে হায়না নীংই । লাল্লিবসী কবিদনো, কনানা লাল্লিবনো খঙদ্রে । নত্রগনা মখোয কবিগুম্বদা... ।" হাযবগা মখা তাদনা লৈখিবম্মী ।

ঐনসু ভাবিজান্গী ব্রাহে মবক থৎনা-"ভাবিজান্, পুম্নমক অসী, অহলশিংনা নীংথিনা তাইশিন্নবা হোৎনবীবনা ফবোইদবা ? মীওইবা হাযবসী শোযদবা ঙম্বা নত্তে। খৎনবা, শাওনবা হায়বসীদি অফবা নত্তে ।" হাযবম্মী । ঐগী থম্মোয়নুংদদি শাথীনা চবাংনবা অমা পোক্লম্মী । চীনগা, ব্রাহৈগা, পুক্রীংগা চুনবমদে । ঐহাক্না হাযকবিবা অসীবু চুম্লীববা, লাল্লিববা ? মতাং অসীদা কবি কবম্বা ব্রাহে হায়গদগে ? কবম্বা ব্রাঙাংদা

মীগী থম্মোই ফাগদগে হায়বনচিংবা অমত্তা ভাব্ তারমদে । হায়ফম-তৌফম ইখঙ-খঙদবা, নর্ভস চৎপগুম্না তৌরম্মী । লাল্লুরিবদি ঐখোয়ননি অদুনা... ! ঐখোয়না লাল্লগা মরাল সুকলৈ-লৈতবী অঙ্গুদা তাইনরে । লাল্লুরবগী হৌনবা, ঐ চুম্না মায় হাইগত্তুনা য়াম্না ঈচঙথৌনা ৱা ঙাংবা ঙল্লমদে ।

"খঙদ্রেদা ইবুংঙো, করিবু হায়গদবনো । মখোয়না ঐগী ইনাওগুম্বদি মপোক তরেৎলক্তসু ফংলরোই । অদুমকপু নুপামচানিনা, মানা করি শোয়রুরবা হায়বদুদি ঐখোয়সু খঙলুদরে । তাইশিন্নবগী ৱাফম অসীদি ওইররোই । নুপীমচা অদুনসু খোঙথাঙ অসী য়াম্না য়াঙশিনখ্রে । মাগী ফিরেপ অদুসু ওম্থোক্লা কনমনখ্রে । নুপীমচা নত্তবদু মঙায় । মখোয়গী মপা ইবুংঙো অদুনসু, মচানুপীবু য়াম্না কাহেন্না নুংশিজবা হায়বদুনি । মচানুপীনবু করিগুম্বা অমত্তং হায়বদা, হায়ববু হায়খ্রবদি লোইরে । য়াম্না কেথোক্লা, লুনা-চান্না য়োক্লকপগী হৌনবা, মহাক্লা হায়রিবমখৈ য়াখ্রবনি । হন্দক্কী খোঙফম অসীদা তাইশিন্ননবগী তাঞ্জা পীরমদ্রে । ওইররোই, মতাং অদু হেন্দোকখরে। মখোয়না মঙ্গনিগী খুদোপকা লোইনমক হন্দোরক্লবনিনা, ঐখোয়নসু হন্দোকখ্রে। মখোয়গী মতৌ অদুদা ঐখোয়সু চিংনবা অমা য়াওরবনি । মখোয়না মহৌশা হায়ন-শীঙনবা পাকিস্তান্দা লৈমাল্লে । মখোয়গী মপা ইবুংঙোনা পীনীংবরা কৈনো খঙদে।"

ইমানা - "ইবুংঙো, শাননীংবা ৱারী য়াম্না লৈখ্রে । ঙহাক ফম্মুকো । নংগী মরুপ লাকপা ঙাইবা ওইনা, নচনগা ৱারী-ৱাতায় শাদুনা লৈরম্মু । নতৈমগা ইমাগা থবক অমত্তং চৎকদবা লৈরে । ইচাগা ৱারী শাগদবদা তাঞ্জানা যাদ্রে । পংকুইদি কুইরোই, য়াম্না লাপ্না চৎকদবসু নত্তে । ইবেম্মা, সাইরা, নংগী জায়জান্গীনে চান-থক্লবা তৌরম্মু। অদুদি ইমাখোয় ঙহাক্তা চৎলুখিগেকো ।" হায়রকই ।

ভাবিজান্নসু - "ইবুংঙো, চা-নুং থক্লম্মু, ইতৈমখোয় অমুক্তা চৎলুখিগে । নং য়ারগদি লৈরমখোকো ।" হায়রগা ইমাগা ইতৈমগা চৎখ্রে ।

ঐসু - "য়াম্না ফনি ।" হায়রগা লৈহৌই ।

ইচল সাইরানা অচা-অথক শেম-শাদুনা পুথোরকই । চানীং-থক্লীংবা থোইনা পোক্তে, অদুবু ইচল সাইরানা নুংঙাইরোই খন্দুনা খরা চারম্মী । সাইরাসু ঐগী ইনাক্তা চঙলক্তুনা ফল্লম্মী । মাদি মথৱায় নুংঙাইতদুনা কপ্পসু কপ্পুরমাল্লে । মমায়-মমীৎ অদু মহৌশাগা মান্নদে, ইঙাঙ-ঙাঙলম্মী ।

ইতৈমগী ৱারী তাবদগী ঐখোয়না নীংলীবা অদুদা থোইনা অপনবদি লৈররোইদমাল্লে খন্দুনা, লোন্না থম্মোইদা নুংঙাইৱা অমা পোক্লম্বা অদু, ইচলগী মতৌ অদুদা ইথম্ভা ইরাল লৈরবগুম ফাওরকই । নুমীৎ চুপ্পা নোক-খেদুনা, হরাও তয়াম্না, কেজদুনতা লৈজবীনি । ঙসিদি, মহাক্কী মকা লামদুনতা লৈজবী ইচলগী নীংথীবী মায়থোং

অদো, অমুবা লৈচীন্না কুপ্পগুম তৌরম্মী। য়েংবা য়াম্না নুংঙাইরমদ্রে।

মহাক কপ্পীংবগুম তৌনা - "ভায়জান্, হন্দক্কী অসী ওন্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে।"

"ইবেম্মা নুংঙাইতে, অদুবু করমদি তৌগনি? ঐখোয়না শীল্লুবা ওন্বা মতাং হায়বদো থোক্লে।" হায়না মহাকপু থেম্নবা হোৎনরম্মী।

"ভায়জান্, অঞ্জুমন্ ভাবি, হায়নীঙাই লৈতনা ফজগ্রবী নুপীনি। শক্কী ঙাকসু নত্তে। মবুক-মপাও ফগ্রবীনি। ভায়জান্ খঙদ্রনে? খঙলমগনিদা?"

"অমুক্তি উখ্রে, অদুবু শক খঙই, খঙনৈ হাযবদি য়াদে।"

"মহাক্কদি ভায়জান্বু য়াম্না মুন্না খঙইনা। ঐহাক্কসু ভায়জান্গী মবমদা ৱাবী-ৱাতায় শানৈ। মহাক্লা যাম্না খঙনসু তৌই।"

"ঐগী ৱাবীদি কবম্না, কবি হায়না শানবিবা?" ঐ ঙকই।

"ৱাবীবুদি কৈসু নত্তেদা। চুম্না ঐখোযগী ভায়জান্গা তিন্নৈ, ইমুং-মনুংগুম্না ঐখোয মবী লৈনৈ। লুনা-চান্না ঐখোয় লোযনৈ, মণিপুবদগীনি হায়বনচিংবনিদা। অদুগা মণিপুবদগী মখোযগী মমান্নবী কৈল্যানি দীদীগসু ৱাবী-ৱাতাই শানৈ হায়।"

ঐহাক শ্বাই লাওবা অমা ফাওই। ঐহাক্কী মবমদা কৈল্যানীগা ৱাবী শাবদা, সুভাসিনিগী ৱাবী যাওবমদুনা...! ঐহাক ৱা মখাদি তাকদবে। মহাক্লা মখা তাবকই - "ঐখোয়গী ভাযজান্না মাগুম্বী নুপী অমা ফংবা হাযবসী কযা থাজদ্রে। ঐহাক্তি যাম্না পেন্দে, মাবু ঐহাক যাম্না নুংশিজে। ঐগী ইনম্মা ওইবদা ওন্থোক্লা লেমজখ্রগদবনি। মবুক মপাওনা ফরিবা, ঐদি যাম্না নুংঙাইতেদা...।"

"ভাবিজান্দগীসু মানা হেনগদ্রনে?" হায়না ফাগি তৌবম্মী।

"ঐগী মীবু অতোপ্পগা চাংদম্নবদি চুমদে। অদুবু অমবোমদা ভাবিজান্না হেল্লবসু অমবোমদদি মহাক্লা হেল্লি হাযবা যাই। মখোয অনিগী তোঙান-তোঙানবা মগুণ্ লৈজে। অঞ্জুভাবি ওন্থোক্লা ফগ্রবীনি। মহাক্কী মশাদা অৱাৎপা অমত্তা লৈতে হায়বা য়াই। শক্তা, গুণ্দা মহে-মশিং পুন্নমক্তা ৱাত্তে। পুন্নমক্কী মথক্তা মথন্তা পোকপীনি। মরল-মথুমসু মখোয়গী মামুজান্ কড়োবপতিনি। মথন্তনি পুন্নমক মহাক্কীনি। মহাক্কী ৱাৎলিবা হায়ববু মমা লৈত্রে, অসীতনি। মমানা য়োক্লবসু, য়ুমগী নুপী অমা ওইবগী চৎনরোল, লমচৎ-ব্যবহারদা করিমত্তা ৱাত্তে। মহাক্লা খঙদবা লৈতে। চাওথোক-লেমথোকপা হায়বদুসু লৈতে। ঙাংথোবকপদসু তাবদা নুংশি।"

"নংগী ৱাফম অসী মরল-মথুম ময়াম অদু অউনপোৎ ওইনা পুরক্কনি। অদুগী হায়বা মাল্লীকো।" হায়না ফাগি তৌরম্মী।

মহাক শকফম হঞ্জিল্লগা - "ভাইজান্ মদুগী ৱাফম অদুদি নত্তেদা। মখোয়গী মরল-মথুম অদু মখোয়গী 'মুবারক্' (য়াইফবা মরায়বক) কীনি। মখোয়গী অদু নত্রবসু

ঐখোয়গীসু মপোক তরেত্তা কায়দুনা চাবা লোইরোইদবা লল্-থুম্, খুদানা পীবীরমদুনা লৈজরি । ঐখোয়দগী মখোয়না হেনবা নত্তে । ঐখোয়না পাম্বদি অঞ্জুমন্ ভাবিবুতনি । অউনপোৎকী দরকার লৈতেদা । অদুগা ঐগী ইবুংসু মখুত্তা পৈশা অমত্তা য়াওদনা থাদোকখিবদা লেম্না মাঙগদবা নুপাসু নত্তে । মহাক্কী মপাঙ্গল, মথৌনা, মরৌশিং অমদি সঙ্গতনা লুপা কড়োর কয়া তানবা ঙমগদবা মীশক্লী । ঐনা ইবুংনি হায়দুনা পঙহায় হায়বা নত্তে, হায়বা ভায়জান্সু খঙবিরিবা নত্রনে ?" হায়রকই ।

"ভাবিজান্গী লুহোংবদসু অউনপোৎ লৌদ্রনে ?"

"ঐখোয়নদি পীয়ু হায়দে,পামসু পামজদে । খালিদ্ সাহেব্না অউনপোৎ লৌবা য়ারমদে । অদুমকপু মখোয়না পীরকখি । মীনা পীরকপদুদি হুন্দোকউবদি য়াব্রদো ? তৌবতবু ঐখোয় অউনপোৎকী মিহৌবা হায়বদুদি লৈতে । পীদবা য়াদে হায়বা কাঙবুসু লৈদনা ? অদুগুম্বা খাফম অদু ঐখোয়গী ইমুংদদি লৈতে হায়বগী খানি ।"

"অদুদি হযেং নংগীসু অউনপোৎ য়াওদনা হোঙবা তারিনে ? মদুবু য়াগদ্রাও ? হৌজিক মতমদবু অউনপোৎ পামদবা কনা লৈরমখিগদগে ?"

"ঐহাক্কী অউনপোৎ পীবগী খা লৈতে, পীসু পীরোই । ঐহাক অউনপোৎকী মায়োক্তা লৈগনি । মসীগী ফত্তবা চৎনবী অসী হোংদোক্কদবনি ।"

"নংনা পীগদবসু নত্তনা ? নঙদি 'দুলহন্' (কৈন্যা) ওইগদৌরিবনি । নংঙোন্দগী লৌগদবসু নত্তে । ভায়জান্খোয়না পীগদবনি । "

"অউনপোৎ পাম্বা মীওইদদি, ঐদি হন্না য়েংবগী দরকার লৈত্রে ।"

"অদু ওইরবা অমা, নহাক নপুক্সিচুপ্পা নয়ুম পান্দ্রে খঙঙ্ু ইবেম্মা ।"

"পান্দ্রবসু য়ারে, পান্দনা অদুম লৈজরগে । অউনপোৎকা নুপাগা ওন্নবা... ! ঐখোয়বু মী নত্রো ? অদুগা নুপীনবু নুপা লৈবা হৌনবরাও? মমল পীদুনা লৈসু-লৈবা অদুগা নুপীবু নুপানা হন্থনসু য়েংবা ! মসীগী চৎনবী অসীমদি ঐহাক সুকয়া-হেক য়ানীংদে ।" হায়দুনা মহাক্না মখুৎ-মশাও তৌরকই ।

" অদুনদি ইচলগীদি, হয়েং ইচলনা নুংঙাইনবা মওং য়েংবা তারেদনা । মবুক-মপাও ফবা, মরম ওকপা, হায়ন-তান্ন য়াগদবা..., শেংনা হায়রবদা খরা পঙতক তৌবা অমা থিবা তারেদনা ।" হায়না ঐহাক্না লঙনরম্মী । মদুদা মহাক্না - "ভায়জান্...," হায়রগা শাওশিন্নদুনা ঐগী নঙ্গলদা খুতুম্না শুরকই । ঐসু য়াম্না নাবা শাশিন্নরদুনা শুগত্তুনা খাওই। ঐহাক্না মাগী মনা পায়দুনা - "নুপী অফাওবী, হয়েং নুপা ফুরুন্দুনা খা থোক্লরবনিনে । অদুম তৌরদবু নংবু চন্নখিগদ্রাও ?" হায়দুনা লঙনরম্মী । ঐখোয় অনি হরাওনা নোকমীন্নরম্মী।

মহাক্না অমুক হংলকই - "ভায়জান্না অউনপোৎকী মতাংদা য়াম্না হায়বীরিবা অসীনদি, ভায়জান্গীদি অউনপোৎ অসী কয়া য়াম্না অমদি করি-করি

তানবীগদৌরিবগে ? করম-করম্বা মখলগী অউনপোৎ... ?"

"ঐগীদি য়াম্না তানগদৌরি, মখল-মথেল কয়া, শামুফাওবা উল্লু হায়গনি। ঐহাক কড়োরপতি ওইহৌদবা য়াদে। ঐনা এম,এস,সি; আই,এ,এস, ওইবা ফাওবা হোৎনরকপা অসীবু অরায়বরা ? শেল কয়া অমদি মতম কয়া চঙগ্রে। অদুগী মথক্তা ইমা-ইপা অহল-লমন্না কয়া ব্বানা হোৎনবীরক্লীবনো খল্লু।"

"নুপী অদুনা এম,এ, ডাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, উকিল, মতীক চপ-চাবী ওইরবদি...?"

"নুপীগা নুপাগা মান্নবা য়াব্রনে ? পীদবকা য়াপোৎ নত্তে। করিগুম্বা পীদ্রবদি, নুপী অদু কেরোসিন্ হৈজীল্লগা মৈ হেক থাদোক্কনি।" হায়রগা ঐ নোক্লম্মী।

"ভায়জান্..." হায়না মানা খংলাও লাওরকই। য়াম্না শাওরম্মী।

ঐনা নোক্লা-নোক্লা - "অদুগী মতুংদা অউনপোৎ য়াম্না পীবা গুম্বা অমা অমুক হোঙলগা লোইরেদনা। মসী চৎনবী নত্রনে ?" হায়রম্মী।

মহাক ঐগোন্দা য়াম্না শাওনা য়েংলকই। মাগী মতৌ অদুদা ঐহাক শকফম হঙ্গিল্লম্মী। ঐগী ফাগি অদু মহাক্লা অশেংবা ওইনা লৌরববা করিনো ? মহাক অউনপোৎকী ফত্রবা চৎনবী অসীবুদি তশেংনা যানীংদে হায়বা ঐ খঙলে। অদুবু ঐহাক্কী ব্বাফম অদুদা মহাক চান্নবা শাওববরা, চান্নবা হেক্তা থাজবববা... ? মথব্বায় নুংঙাইতনা উরে। ওস্থোকপনি ঐদি চুম্না ফাগি তৌরুবনি। মাগী মথব্বায় অদুক য়াম্না নুংঙাইখিবোই হায়বদি খলহৌদে। মহাক তুম্মীন্না লৈখিবম্মী।

ঐনা মাগী মকোক্তা নানবীরগা - "ঐদি চুম্না ফাগি তৌবনি, করিগী অদুক য়াম্না শাওরিবনো ? অঙাওবীসিদি...। নুংশিরবী ইচল ইবেম্মা, ইবুংনা নংবু নুংশিদুনা ফাগি তৌবনিদা। য়েংওই, ইবুং ব্বা হায়গে। নংনা খঙদদুনা তৌবনি। ঐখোয়গী মণিপুরদদিনে, 'দহেজ' (অউনপোৎ) কী ব্বাফম অসি, লৈতে। লুহোংবগা অউনপোৎকা য়েৎশিন্নবা তৌদে। হায়বদি লুহোংলমদাইদা অউনপোৎকী ব্বারী, অউনপোৎ পীদ্রগা লুহোংবা তেকপা, লুহোংবদা অউনপোৎ পুরক্তবগী নুপীবু ওৎ-নৈবীবা, হাত্তোকপীবা, খ্বাইদগী তমথীবা অউনপোৎকী লায়না অসী ঐখোয়গীদি লৈতে। No question for daowry, No problame at all. অউনপোৎকী ব্বাহং সুকলৈ-লৈতেকো, খঙলবরা ? হায়না হায়রম্মী।"

"অশেংবমক্লা ভায়জান্, ফাগিদি নত্তেকো ?" মহাক ব্বাফমদু থাজবা ঙমদবগুম তৌরম্মী। "অশেংবনিনে, ঐনা হায়বা থাজদ্রগা, নং কল্যানিদিদী খঙই হায়বদাই ? মঙোন্দা হেক হংঙু। মণিপুরদা দাউরিগী প্রোব্লেম্ লৈব্রা হায়না।"

" অদুবু ওইরবদি য়াম্না ফৈনা। ঐদি মণিপুরদদুম লৈনীংলে।" হায়রকই।

"ইবুংনা, মণিপুবদা হেক পুবীরগা লোইরেদনা ইচলসিদি।" হায়নসু ঐনা ফাগি তৌবীরম্মী। মাগী মতৌ অদু থাজদবসু মাল্লী।

"অউনপোৎ সুকয়াও-য়াওদবরা ভায়জান্ ? অশেংবমক য়াওদেকো ।"

"য়াওদবা..., অউনপোৎ য়াওদে হায়বদি নত্তেনে । অউনপোৎ পীয়ু, পীদবা য়াদে, হায়নদে হায়বগী ৱানিনে । নুপীগী মপা-মমা, মরী-মতানা অঙম্বা খরা পীবদি পীনৈ । অঙম্বা মীনা পীবা য়াই । ঙমদ্রগনা পীদ্রবসু করিসু বেরা লৈনদে । নুপী মপামনদুম, নুপাময়ুমদগী শেল লৌবগী চৎনবী অমদুম লৈ । পুম্নমক্কীবুদি নত্তে । মণিপুরগীদি হায়ন-শীঙনরগা লুহোংবা হায়বা, ফজম্ত্রবা চৎনবী অসী মুৎপ্রে হায়বা য়ারে । লৈশাবী-পাখং অনিদু মরী লৈনরবা, নুংশিনরবদি মপা-মমাগী ৱা য়াওদনা চেনবনা অয়াম্বনি খঙলব্রা ! মসী অমরোমদা ফত্তবা চৎনবীনি । মসী য়াম্না ফ্রী ওইমনখ্রে ।

মসীনা মরম ওইদুনা, মচানুপী, মচল-মচে চেনখিবগী, মপা-মমা, মবুং-মৌপৱানা শাওনীংবা, পেন্দবা, নুংঙাইতবা হায়বা অসী হৌনবীনি । অদুদগী নুপাগী অহলশিংগা, নুপীগী অহলশিংগা শক খঙনহৌদবদগী, মাগী-মাগী ৱাখল, চৎনরোল হৌনবী খঙনদদুনা নত্রগা পেন্নদবদগী থম্মোইদা নিংদোল পোম্বা; নাকল অনিমক্তা লৈনৈ । করিগুম্বদা মদুনা মথি ফোংলকপদা খৎন-চৈনবা থোকপগী মরম লৈ । মতাং অদুদা নুপী ময়ুম্না, নুপা ময়ুমগী মীওইশিংদা অকনবা ৱাহৈ শীজিন্নবকপা য়াওই, খৎনবসু থোকই । মতাং অদুদা মুক্রবা য়াওরকই ।

নুংশিজখ্রবী মচা নীংঙোল চেনখিবা হায়বসী হরাওফম থোক্তে, নুংঙাইবসু নত্তে । অদুগা অমরোমদা অমুক মচানুপীগীদমক মপা-মমা অদুনসু করিগুম্বা আশা অমা শাগৎচবা য়াওরম্বসু য়াই । অসীগুম্বদা, নাকল অমা নত্রগা অমদা, অদুগা অমরোমদা নাকল অনিমক পেন্দবা, খোয়শাওনবা থোকপা হৌনশানি । মসীদি লায়রদুনা নাকল অনিমক্কা খঙনদুনা, ইয়া-য়ানরবা ফাওবদা, করিগুম্বদা ৱাহৈ-ৱাতা খরা শোয়বদগী ফাওবা খৎনরিবনি । মরম অদুনা চেনবগী মতাং অসীনা খৎননবগী মরম য়াম্না লৈ । মতাং অদুদা শাওনবদগী নত্রগা অঙম তান্নবদগী শেল-থুম লৌই । মচাগীদমক নুপা ময়ুমসু ইজ্জৎকী ৱাফমদা মরম চাদনা শেল তিংনৈ । কান্নদবদা শেল তিংনবতা নত্তনা, নাকল অনিমক্কী ৱাখলস্য নুংঙাইনদে । কনাগুম্বদি ইজ্জৎকী ৱাফম্না হায়না শেল অরেম্বদা তিংবদা পাম্মুনদবসু লৈ । কনাগুম্বনা ইকাইবদগী তৌদবা য়াদদুনা শেল তিংই । মতাং অমদনা নুপা ময়ুমগা, নুপী ময়ুমগা ইজ্জৎ তান্নদুনা অরেম্বদা শেল য়াম্না মাঙহল্লী । খৎন-চৈনদুনা, তুংফাওবা নুংশিনদবসু কয়ানি । অরৈবগীদি ফরে, কনাগুম্বা লৈজদবা নুপা ময়ুমগীদি, সম্পতি ফাওবা য়োন্দুনা লুহোংবসু য়াওই । মমৈদা বর-কৈন্যা অনিমক য়ুম পানবগী লম্বীদা অৱাবা মায়োক্কে । মরুওইনা মণিপুরদদি লাইরবনা অয়াম্বনি । লাক্ষপতি, কড়োরপতি লৈতে হায়বা য়াই ।

লাইরবশিংসু ইনাক খুনবগী চৎনবী মতৌ অদুগী মতুং হেক্তা ইল্লী । মণিপুরদা অমসুং পৃথিবী অসীদা চৎনবী অসী মাগী-মাগী সমাজ অদুল, ইনাক খুনবা, অচৌ-

অশাংশিংনা শেম্বনি। নুপী মযুম্না নুপামযুমদা পওতান তাল্লগা, মচা-মযানা ব্রাগদবা অদু নুপী মযুম্না খন্দে। মণিপুবগীদি নুপা মযুমনা শেল য়াম্না হেন্না তিংই খওলববা ইবেম্মা। নুপী মযুম্না কবিমতা তিংদে হায়বদি নত্তে।

সোমদদি ইনাক খুনবশিংনা, মচানুপীবু নুংশিবদগী পীবা, মচাবু দান্ ওইনা, অমদি লুনাতৌবীনবা, নুংঙাইজকনবা পীবনি। অঙম্বা, ইনাক খুনবগীদি ফবে। লাইববশিংদি মতৌতম্বদা শিগদৌবে। শিবসু যাওবিবনি। চংনবী ওনখিবদগী অউনপোংপীবা ঙমদ্রবদি লুহোংদ্রে। অমুক্কা হেন্না ফত্তবনা, অউনপোংপু ইন্সতোল্‌মেন্টকী মওংদা চংনবী ওনবা, অউনপোং শোংপা...। মসীদগী কৈন্যা অমদি মপাম অনিমক লাংদা থুবে। নুপা মযুমসু অপাম-মিহৌগী শাবমচংকী লম্বী শেম্মী। মসীগুম্বা চংনবী অসী মুংথংকদবনি। লুহোংবগী ব্রাফমদা অউনপোং লৌবা, পীবগী চংনবীগী পোংলুম অসী মিনুংশি যাওদবা শাবমচং ওইবকই। অদুগী মথক্তা লুহোংবা মতুংদা তপ্না তপ্না পীবগী সন্ধী অসীনা খ্বাদগী হেন্না ফত্তবা, মীনা চংনবা হৌনদ্রবা শাগী শাজংনি। হাযবদি পীগদৌবিবা অদুনা খুদক্তা পীবা ঙমদবদগী, কোন্না পীবা হাযবা চংনবী অসিদি, মুন্না খল্লবদি মসী খ্বাইদগী অবানবনি। অউনপোং নুপামযুমদা শোংপা চুম্বা ? নুপা মযুম্না মিহৌবগী চাওববা দোষ অমা ফুমদুনা থম্লীবদুসু হৌনববা ? অনিমক চপ মান্ননা মবাল লৈবা ঙাক্তনি। মদুগী দন্দিনা কৈন্যা অদুনা ফংবা...। পীবা তাববসু লুহোংবা নুমীত্তা লোইখ্রবদি, শিবা-নাবা, হাংপা, খংন-চৈনবগী ব্রাথোক অসী থোক্তবসু মযাই। নুপী অদুবু মী ওইনা খন্দবা, লল-থুম তান্নবগী খুংলাই ওইবা অসীবু মীওইবগী শাজংলা ? সমাজ অসী মবাল লৈবা ঙাক্তনা থল্লে। অউনপোং হাযবসী সমাজগী অচৌবা, শাথীবা যেক্লবনি হাযবা খঙনা-খঙনা, মীওইবগী মিহৌবা হায়বা যেক্লবা অমগসু অমুক মকুপ ওইবি। সমাজ অসীনা শাথীববা যেক্লবা অনিবু মকুপ ওইবিবা মখোঁদি খুদোংথীবা নংগদবতনি।

মণিপুবগীনা চংনবীনি হাযদুনা নুপা মযুম্না শেল যাম্না তিংনৈ। নুপী মযুমগীদি তিংবসু যাই, তিংদবসু যাই। চান-থক্লবদগীনা, অউনপোংফাওবা নুপামযুম্না দাযীত্বা ওইবা যাওই। মবম ইচা-চাদবদসু খবচ য়াম্না তৌদুনা অবেম্বদা শেল যাম্না মাঙহল্লী। লাইববা মপা-মমাদি শাথীনা অবাবা মাযোক্লে। লাইব-তানবসু যাওই। ইনাক-খুনবশিংগীনা মীমাঙদা লৈপাক কুম্মে ওইনবা অবেম্বদা শেল হুন্দোকই। মণিপুবগী য়াম্না ফত্তবা হৈনবী অমনা, মীগী মতৌতম্বা অসিনি। ঐগী শক্তি অমদি তুংগী খন্দবা, মীনা ঙাংনখিগনি, ইজ্জৎকী ব্রাফম্নী হাযবা, অবেম্বদা মীমাঙদা উংপা, লেন্নবা কযা লৈ। ইনাক খুনবগী মতৌতম্বা যাম্না পাম্মী। মীতৌ তম্বদা শেল পুবগা তম্মী। কান্নদ্রবা অমনবা চংনবী, অনৌবা পুকবা চংনবী, ইজ্জংকী অচাওবম কাবগী চংনবী, মীগী মীব্রা ঙাংনবগী চংনবী, তুংগী খন্দবগী চংনবী, অক্নে-অমৌ কান্নদবদা শেল মাঙহনবগী চংনবী, শুনীংদবগী চংনবী, কল্লক-মিহৌবগী চংনবী, ইনাক খুনবনা লাইবববু, অচৌ-অশাংনা

মীচমবু তুহৎপগী চৎনবী, অসীনচিংবা ময়াম্না পুল্লপ পূল্লবা সমাজ অদুনা অমুক ফগৎলকপগী আশাদি উদ্রে। মফম-মফম খুদীং, কান্নদ্রবা সমাজ অসীগী চৎনবীনা নমহৎতুনা পণ্ডথরবা, সমাজ অদুনবু অমুক নুংঙাই-য়াইফবা, চাওখৎপা, মীথোই, মীহেনবা ওইরক্কনি হায়বসিদি থাজবগী ব্রাংমদা লৈখ্রে। মাগী-মাগী শক্তিদা তৌবা ঙম্বা তৌজবা অদু, ঙমদবনা তোকথোকপা য়াদবগুম তৌই।

নহাক্না খণ্ডনীংলিবা অউনপোৎকী ব্রাফম অদুদা ঐ হায়গে। অউনপোৎ অসী মপা-মমানা অঙম্বা খরা,মরুওইনা য়ুম অমগী চণ্ডদবা য়াদবা খরদং পী-নরম্মী। ঙল্লগা পীবা, ঙমদ্রগা তোকপা য়ারম্মী। হৌজিক্কী মতমদা, ইনাক খুনবশিংনা মচা নুংশিজবগীদমক মীয়ামদা সো তৌবা ওইনা হেক ঙম্বমখৈ উনবা চৎনরে। মদু নুপা ময়ুমনা পীয়ু, পীদবা য়াদে হায়বগীদি নত্তে। চৎনবী অমা ওনখ্রবনি। ইনাকখুনবশিংগী মতৌ অদু লাইরবশিংনা তম্নবক্কী। অউনপোৎ পীবা হায়বা অসী শোয়বা য়াদবা অমা ওইরক্লে হায়বসু য়ারে। মমৈদদি পীদবা য়াদবা চৎনবী অমা শোয়দনা ওইরকপা য়ারি। হৌজিক ফাওবদি পীদবসু যারি হাযবা য়াই। পীদ্রগা ইজ্জৎ মাঙই হায়বা ব্রাখললোন অসীখক্তা ওইরি। মতম খবগী মতুংদদি, মসী লৌদবা য়াদবা ওইনা ওম্বোরকপা য়াই। মণিপুরদদি চৎনবী অসী যাম্না থুনা ওল্লী। ওল্লীবা অদু অফবা মায়কৈরোমদদি কয়া ওইগন্দে। ফবা, ফত্তবা, কান্নবা, কান্নদবদি থোইনা খল্লুবা লৈতে। মীগী মতৌ থুনা হেক্তা তন্মী। ঐগী-ঐগী শক্তি য়েংদে। লৌদবা য়াদবা হায়বদুনা চৎনবী ওইরক্লবদি, নুপী ময়ুম, শোয়দনা অব্রাবা তাবক্কনি। মচানুপী পোকপশিং করি ওইরক্কদগে খন্দে ?

হৌজিক মণিপুরদা য়াম্না পণ্ডবা, পণ্ডবা হায়রগদি শাওবা য়াই। নংনা কয়া হেন্না শিংলদুনা হায়রকপসু য়াই। য়াম্না নোক্নীংবা থৌদৌসু লৈরি। মচানুপীগী অউনপোৎনি হায়দুনা উল্লীবা পোৎশিং অসী, মফম, মতম, কান্নবা, কান্নদবা য়েংনদে। মীনা তৌই হাযদনা পঙলৈ লৈরগা, পঙহাপ হাপচীল্লী। ইনাক খুনবা, দলাল মথোল শাবা, য়ুম চাওবা, কা য়াম্বা মীগী ইমুংদা থমগদবা পোৎ-চৈশিং অদু..., য়ুমদি পীকপা মওং তাদবা ইমুংদসু উন্‌বা চৎনৈ। পীরক্লীবা পোৎ-চৈশিং অদুগী শেম-শাবা, লৈতেংবদি লায়রদনা, থমফম লৈতদুনা য়েন্নখাদা, কাঙখদা নোংখাং চাইদুনা, পৎতুনা মাঙবসু য়াওদবা নত্তে। কান্নগদবা, মচং ওইবা পোৎ-চৈ উন্‌নদে। হাপু-হরাঙনা ইমুংব্রাই চাই, থমফম লৈতে। নোংমা-নিনি লৈরগা অঙাংগী শান্নপোৎ ওইদুনা মাঙই। তুং কোইনা কান্নগদবা খরা তাঙনা থোকই।

ঙহাক্কী লৈতেং ওইবা, কান্নদবা, মমলদি য়াম্বা পোৎ ঙাক্তা উল্লী। মদুনা কান্নফম খণ্ডদনা খুরৌ চেন্নদুনা তোকই। তুং কৌইবসু নত্তে। ইমুংগী চিরবা মতমদা শীজিন্নবা য়াবা, খুদোংচাদ্রবা মতমদা মতেং ওইগদবা, হৈজ-শিংজরগা তুংদা কান্নগদবা, মহুৎ মাঙলোইদবা পোৎ-চৈ পীবদি খন্নদে। নিনিখক্কী ওইবা কান্নফম খণ্ডবা পোৎ-চৈশিংনা

ঙাক্তা, মরুপ-মপাংশিংনসু পোৎপাংনি হায়দুনা পীনে। ব্রাখল থোইনা খন্নদ্রি। হৌজিক্কী মতমদা অনৌবা য়াওলনি হায়দুনা ইনাক খুনবগী মতৌ তমদুনা, ইমুং খুদীংদা হান্ননা চন্নফম খণ্ডদনা, কান্নদদুনা লৈরবা ঙাক্তা অউনপোৎ-পোৎপাং ওইনৈ। মমৈদা কাচিন্দা পৈদুনা তোকই। অউনপোৎ অমদি পোৎপাংগীদমক মীঙোন্দগী শেল পূরগা লৈবসু য়াওনরি। মদুনা মীগী শেল শিংবদা অব্রাবা কয়াসু মায়োক্লে। পোৎ-চৈ ফংলিবা মীনসু কান্নবদি লায়রদুনা মদু হোৎনবদা অব্রাবা অসী অমদুম ওইবসু কোঙ্গায়নি। ব্রাখল ইওন-ওন্নরি।

সনা-লুপা, লীক-কোল, ফি-রোল, মচং ওইবা, অঙম্বা খরদং পীবদি কান্নগদবনি। মদু ঙমদ্রগা..., কান্নদবা ময়াম অমদা শেল হুন্দোক্লিবসীদি থোইনা খল্লুদ্রি। ইনাক খুনবশিংনা মচানুপী নুংশিজবগীদমক 'লাইধি' উনবদু..., মীপুম খুদীংনা মতৌ তল্লীবা অসীবু কান্নবা করিনো ? ঐগী অঙম্বা য়েংবগী মহুত্তা, মীতৌ তম্বনা হেন্না পাম্নবগুম তৌই। চঙদবা য়াদবদগী হেন্না লেমপানা, অরেম্বদা মাঙহনবসু কয়া য়াওবি। মসীনি, মণিপুরগী অউনপোৎ হায়ববু...। হৌজিক ফাওবদি মসীগী থাক্তা লৈরি, মতুংগীদি কমদৌরকখিগদগে খঙদে । মতমগী খোঙচৎ অসিদা, লেপ্তুনা হোংবা মীওইবনি। অদুম ওইনমক মীয়ামগী অফবদা ফিদম ওইরবদি পুম্নমক্কী য়াইফবনি। পুম্নমক ব্রাখলগী মখা পোনবনি। ব্রাখল চুম্বা দরকাবনি।

লুহোংবা নুমীৎ খক্কীদমক, মমল-য়াম্লবা ফি-রোল কয়াসু, লুপা কযা তিংনা লৈরিবনি। মদুনা তুং কোইবসু য়াদে। শেল ভারি অমা তিংলগা, কাংখল নত্রগা পর্দা ওইনা শীজিন্নদুনা অরেম্বদা শেল ময়াম মাঙহনবগী চৎনবী অমসু মণিপুরদা য়াম্না কন্না চৎনৈ। মসীগুম্বা কান্নদবা, তুংগী ব্রাখল খন্দবা, নোংম-নিনিগীদমক অরেম্বদা শেল খরচ তৌবা অসী অশিংবগী মতৌদি নত্তে। মসীগুম্বা অসি নুপীশিংনা খরা হেন্না অমুক্কসু মাঙহল্লি। মমল য়াম্ল-য়াম্লবা ফি অদু, নোংমা-নিনি খক্তীদমক ওইনা তৌহল্লি। মদু পুম্নমক চহী ওন্দনা শীজীন্নদনা মাঙহন্নে। তৌদবা য়াদে হায়দুনা অনৌবা অমা অমুক, মমল য়াম্না তিংনা লৈদবা য়াদে। মরমদি হান্নগী অদু চৎনদ্রে, হায়না য়াম্না লায়না হায়দোকই। মতম পুম্নমক্কী নত্তবা, নোংমা-নিনি খক্কীদমক অদুক মমল য়াম্বা অদু করিগীনো খঙদে ! খনসু-খন্নদে !

ভারতকী 'দহেজ' (অউন্‌পোৎ) হায়বা অসী য়াম্না শাথীবা হিংচার্বানি। মসী মুথৎপা চুম্মী। মণিপুরগীদি অমরোমদদি লাইবক ফরে। ভারতকী ষ্টেট্‌ ময়ামগী অউনপোৎকী চৎনরোলগা ঐখোয়গা মান্নদে। মণিপুরগীসু ফত্তবা অসী; নুংশিনরিবনি হায়দুনা লৈশাবী-পাখং য়াম্না কা হেন্না ফ্রী ওইবা অসীমক চুমদবনি। মখোয়না তৌনীংবতা তৌবগী খুদোংচাবা পীবসীমকক্তি হেনমল্লী। মচাশিংনা মমা-মপাগী দায়ীত্ব থমদবরা ? মপা-মমানা মশাগী দায়ীত্ব খঙদবরা ? অমদি তৌরে। চহী নৌরিবা অঙাংশিংবু অসুক য়াম্না ফ্রী ওইহনবসি অশিংবগী থবক নত্তে। অদুগা মচা-মশু চেনখ্রগা অমদি চহী মতাংচাদনা

নৌনা মমৌ পুশল্লকপদা... মপা-মমানা, সুকশাও-শাওফম থোক্তে । মরমদি মতম চানা করিগী য়েংশিন্দবগে ?

মশা-মশাগী মথৌ, দিউটিদি শুকতৌ-তৌদনা, হক্, রাইট্ তানবা, মশাগী হক্ খক্তমক তানবা মীওই ঙাক্তনা মণিপুর সমাজদা পীক থনখ্রে । ঙাংবদদি লোইনমক স্কোলার ঙাক্তা ওইবা, থবক্তদি মমৈ লোৎপা ঙক্তানা মণিপুর সমাজদা পাথোক্লে । কলক-মিহৌনবনা থনখ্রে, মীনা-মীবু করিসু খন্দবা মতাং অদু য়ৌরে ।

"ভাইজান্, ঐখোয়গী নাগরীক্শিং অসী, লাইরিক-লাইশু হৈতবনরা কৈনো ব্রাখল খন্দবা, মশাগী অমাঙ-অতোং অফ-ফত্তা লেপ্পা ঙমদবা অমা লৈ । সমাজ অসীদি ইওন-ওন্নবা ঙাক্তা ওইরমাল্লেদা ... ।"

"ইবেম্মা, মীশিং অসী অফ-ফত্তগী ব্রাখল অসী সুকখন খন্নদ্রবা মতম্লী । মীগী মতৌ তম্লগা লেম্লরবনি । ঐগীবু কান্নগদবা লৈরবদি মীয়ামগী অমদি সমাজগী য়েংনদ্রে । লাইবিক-লাইশু হৈরবা মীনবু খরা হেন্না মীয়ামগী য়েংদে । অঙাও-অফৈগী থবক য়াম্না তৌই । লাইবিক লাইশু হৈজরবসু মশাগীতা য়েংদুনা মীয়ামগী খন্দ্রবা মী অদু করি কান্নগদগে ? মীওইবা সমাজগী অফবা, কান্নবা হায়বসী মশক মুন্না খঙবা তাই । মফম, মতম য়েংবা, খঙবা চঙই । ঈশাগীঙাক খনবসু চুমদে । সমাজ অমদি মীয়ামগীসু খর্বাদ খনগদবনি । মিনুংশি, থৌজাল, ঙাকপীবা হায়বা অসী লৈত্রবা সমাজ অদুদি শা-ঙা ঙাক্তা ওইরকপা তাবনি । সমাজগী ফত্তবা চৎনবীশিং চুমথোক্লবা ঐখোয়না হোৎনবা তাই । নহাবোলগী মথৌ চাওনা লৈ ।

ভারতনা মীমান্নবা ঙমদ্রিবসী, লাইরিক হৈতবা লৌমী-শিম্লীশিংদি মশাগী মথৌ খরবু শুরী । লাইরিক হৈবা, সরকাবগী থবক তৌবশিং অসীদি মথৌ মশক খঙদবা, হুরানবা ঙাক্তা ওইববনি । ঙসি ঐখোয়না উরিবা অসীনি । মপী-মপা ওইরিবনি হায়দুনা লৈরিবা, মন্ত্রি, ওফিসাবশিং, সরকারগী কর্ম্মচারিশিং অসী লাইরিক হৈরবা ঙাক্তা নত্রা ? মখোয়গী চুমদবা শাজৎনা নত্রা ভারতকী নাগরিক্শিংনা ব্রারীবা ? মখোয়শিং অসিবু কয়া য়াম্না মথৌ মশক খঙলবগে ? মখোয়বু লৈপাক্কী ব্রাখল করি খল্লীবগে ? মশা-মশাগী নুংঙাইনবতনি, মখোয়না খল্লীবা ! হেন্না-হেন্না লৈখা তাবা, শেৎপা-চাবা ফংদবা, লাইরবগী চাং হেনগৎপা, পুম্নমক অসী মপী-মপা ওইরিবা মখোয়না পুকচেল শেংদবদগীনি । সরকারগী থবক তৌবা মীওই খরা, মন্ত্রী, ওফিসারশিং অমদি মখোয়গা নক্লবা, শম্নবা, শেঙ্গাও পায়বা মীওই খরনা নুংঙাইবা নত্তনা, মীচম প্রজাগী কবি ফগৎলবগে ? শেনজা-থুজাগী থাক ফজনা ব্রাংখৎলে । মিনুংশি য়াওদবা, হাৎন-শুনবা, শা-ঙাগী শাজৎনা পীক থনখ্রবনি । মীগা-মীগা নুংশিনদ্রে । লৈপাক শীন-থুংনা ঈরাং শাগত্তুনা লৈতাহন্দ্রে । মসী পুম্নমক লাইরিক হৈরবা লৈঙাকপশিংগী থৌশিলনি । অচুম্বা

ব্রায়েল লৈত্রে । য়েখায়-থিগায়বা, মীনম-শোরিবতনা পীক থল্লবনি । ইবেম্মা, মসী পুন্নমক অসীদি নৈনবগী লোইবা নাইররোই । মথৌদি অমত্তা তৌদনা মশাগী হক অদুখক্তদা নুংঙাইনবগী সাধন্ খক্তা থিরবা মীওইতনা থনখ্রবনি । ব্রাফম অসী তোক্লসি । মসী নৈনরুবদা ফল্সু তারোই ।"

ঐখোয় অনিমক য়াম্না কুইনা তুস্মীন-তুস্মীন লৈনরম্মী । সাইরানা "ভায়জান্, অঞ্জুমন্ ভাবিনা লৌখিবা ফিরেপ অসী, ঐহাক্লা চিংনবা অমদি লৈরে । মহাক্লদি অসুম্না তৌগনি হায়বসী সুকথা থাজদে ।" হায়রকই ।

ঐহাক চিংনবা অমা ফাওরম্মী। সাইরানা ঐখোয়গী থবক অসীগী মরমদা করিগুম্বা খঙলবা জাৎলা হায়না লাঙতক্লবা পোক্লম্মী । অদুমকপু করিমতা তৌদবা শাদুনা - "করিনো নহাক্লা চিংনরিববো ? নহাক্কী চিংনবা অদু ঐঙোন্দসু হায়ুদনা ।

"অঞ্জুমন্ ভাবিনা, ঐখোয়গী ভায়জান্বু য়াম্না নুংশিজবনি । ঐখোয় পুন্নমকপুসু নুংশিবনি । মরুওইনা ঐহাকপু অদুক্কী মতীক নুংশিনা, লুনা-চান্না তৌবীবনি । মবম অদুনা মহাক্লা ভাইজান্বু থাদোক্কনি হায়বসী ঐ সুকথা-থাজদে । মসী মনুংদা করিগুম্বা অরুবা নত্রগা মওং চাদবা ব্রাফম অমা শোয়দনা লৈরমগদবা মাল্লি । অদুগুম্বা অমা লৈতনা অঞ্জুভাবিনদি মশানা য়ানীংদবা করিমতা লৈফম থোক্তে । লৈরবা ফাওবদা মশামক্লা য়ানীংদ্রে হায়গনি নীংদে । অদুতা নত্তনা মঙ্গনিগী খুদোপ লায়না ইন্দোরকপা অসীমক্তী তৌরোই হায়না খল্লী । মসীমক ঐহাক য়াম্না চিংনৈ । মসী ঐখোয়গী ভায়জান্গী, করিগুম্বা মনুংগী ........।" হায়রগা লেপখ্রে ।

মহাক্কী ব্রাফম অদুদা ঐহাক য়াম্না শাথীনা লাঙতক্লরম্মী । করিগুম্বা সাইবানা ব্রাফম অসীগী মরমদা খঙলবরা ? খঙলম্বা তারবদি পুন্নমক শোয়বা তারে । অদুমকপু য়াম্না ইংনা ঐহাক্লা - "করিনো নংনা চিংনরিবা অদু হেক্তা হায়য়ুনে । ঐঙোন্দা হায়বা য়াদবা ব্রাফম্লনে ?" হায়না হংলম্মী ।

"করিগী য়াদদগে ভায়জান্ । মসী ঐনা সুম খনবদা ... ঐখোয়গী ভায়জান্না, অঞ্জুমন্ ভাবিবু, করিগুম্বা মরম খরদগী, থাদোক্লবা শীনবা থৌরাং শোয়দনা ওইরমগনি।"

ঐহাক খজিক্তংদি ইংথৈ । অদুবু মনুংদা মহাক্লা করিগুম্বা শামিন্কা ফংবা লৈবরা হায়না চিংনবা অমা কন্না ফাওরম্মী । অদুমকপু - "হেরা, অদুবু হেক ওইবা য়াবা ব্রাফম্লনে ? নখোয়গী ভায়জান্না মাবু পামদ্রগা, মহাক মশানদি হায়দনা, অঞ্জুমন্না হায়রকপা হৌনদে । মানা পামদ্রদুনা হায়রক্লীবা ব্রাফমবু নংনা করি খঙলদুনা, থাজদে হায়রগা হেক্তা য়াগদ্রনে ? ফরেনে, অদু ওইরবদি নংনা হায়রীবা অদুগী মরমদা নংনা খঙবা করি লৈবগে মদু হায়য়ুদনা ... ? অদুগা করিনো নংনা চিংনরিবনা ঐখোয় তান্নগনিদনা... ?" হায়না থৌবগী মওংদা হংলম্মী ।

"মরমবুদি ঐসু থোইদোকপা খঙদে । ভায়জান্গী করিগুবা ৱাখল খরা, মাগী অনীংবা অমদি লৈবা মাল্লি হায়বগী ৱাতনি।"

সাইরাগী ৱাফম অসীনা ঐবু য়াম্না হেন্না চরাংনল্লি, চিংনবসু পোকই । অঞ্জুমন্-বানুনা মঙোন্দা·করিগুম্বা ৱারী শারবা জাংলা ? করিগুম্বা সাইরাবানুনা ঐখোয়না চৎথরিবা অসী খঙলম্লবা; অঞ্জুমন্ নসু অহম্মদনা নমদুনা, মহাক মশানা য়াদবা তাহনবনি হায়বসী ফোঙদোরক্লবা, অদু ওইরবদি ঐখোয়গী থৌরাং পুম্নমক শোয়বা তাবনি । মরম অদুনা মহাক খঙই-খঙদে হায়বসীগী মতাংদা খঙননবা, হোৎনদুনা নে-না তাবা অমা খঙদবা য়াদ্রি । অদুনদি মসী করম্না খঙবা ঙমগনি ? য়াম্না লুরে, সাইরা অঙাংসু নত্তে, ৱাফম অসীদা য়াম্না নৈনরুরবসু চিংননীংঙাইনি । অদুবু 'হাক্কী লৈতারমদে ।

"নংবু অঞ্জুমন্ বানুগা ৱারী-ৱাতাই শা-নদরাও ? মঙোন্দা মুন্না হংদুনা মরম অদু খঙননবা হোৎনবা য়াদ্রা মদু খঙদোকপা চুম্মীদনা ?"

"ৱারীবুদি শারে, ঐনা কন্না তক্কুনা হংলবনি । মহাক অশেংবা ৱাফম অদু হায়দোক্তে । মহাক মশানা য়ানীংদ্রে, অসিদগী হেন্দে । য়ানীংদ্রে হায়বা অসীক্তনি হায়বীবা ... । মহাক্লা হায়রীবা ৱাহৈগা, মহাক্কী মায়থোং অদুগা চূনদে । ঐহাকপু কোল্লগসু য়াম্না কপ্পী । নুমীৎ অদুদা উন্নবদগী উন্নদ্রি, অমুক হন্না উন্নসি হায়বসু য়াদ্রে । ঐনা উন্ননবা য়াম্না কন্না হোৎনৈ, অদুবু উন্নবা ফংদে । পুল্সিচুপ্পা, ঐখোয় অমুক হন্না উন্নরোইসি হায়রকই । " হায়রগা ইচল সাইরা য়াম্না নুংঙাইতনা কপ্পুনা লৈখিরম্মী । মাগী মতৌ অদুদা ঐসু নুংঙাইরমদে । নুমীৎ অদুগী অঞ্জুমন্বানুগী শক্তম, মায়থোং অদু নীংশিংলকই । ঐহাক তশেংনমক লাঙতক্করম্মী ।

"নংনা খঙবা নত্রগা চিংনবা য়াবা মরমদি করি-করিদি লৈবগে ? নহাক্লা অখঙবা চিংনবদু শেংনা হায়য়ুনে । ঐখোয় করিনো-করিনো উপাই খরদি য়েংগনিদনা।" হায়না, ঈশাগী চিংনবা অসী লোত্তুনা মঙোন্দা হংলম্মী । থম্মোইদদি মিহুল অসী ফজনা চোংলম্মী। ঐহাক ঈশানা অরানবা তৌবগা চপ মান্নরম্মী।

"ঐহাকসু য়াম্না কন্না হংদুনা, থি-হুমদুনা য়েংলবনি, অদুবু করিমতা খঙবা ঙমদ্রে। অদুম ওইনমক মসী ভায়জান্গী খুজীল-থৌরাং নত্তনদি, অঞ্জুমন্ ভাবিনদি, ঐখোয়গী ভায়জানবু তরাই-তরাইনা য়ানীংদবগী ৱাফম অসীমদি... ঐ ইয়া-য়ানীংদে । মসী ঐহাক থাজদে । অঞ্জুমন্ভাবিনা য়ানীংদবা ওইরবদি ভায়জান্ ঙাওদুনা চেনগনি । হন্দক্কী মতাং অসী ঐহাক ইচিং-চিংনৈ ।"

"অহম্মদপু হৌজিক ঙাওদুনা চেন্দ্রি হায়সীরা ? মহাক তশেংনমক অঙাওবগা মান্নরবনি । মাগী মতৌদা, মাবু থেমজিনবদা ঐহাকসু জ্ঞান্ তাদ্রবনি । নংনা মরম চাদনা চিংনরিবদুদি শাক্ষি-প্রমান্ লৈতবা, য়ুমফম য়াওদবা ৱাফম্নী ইবেম্মা ।"

"অঞ্জুমন্ বানুনা য়ানীংদববু ওইরম্লবদি থোইদোক্লা অকায়বা লৈতে। অদু নত্তদুনা ঐখোয়গী ভায়জান্না য়ানিংদবা ওইরম্লবদি, মদুগী য়াম্না চাওবা মরম অমা লৈরমগনি। মদুনা তুংদা অকায়বা কয়া লাকপসু য়াই। মদুনি ঐনা চিংনরিবা। অঞ্জুমন্বানুগা ঐহাক্না য়াম্না নক্লা, চান্নবা লোয়নৈ। ঐখোয় য়াম্নসু নুংশিনৈ। ঐনা মাবু দিদি কৌবগী মহুত্তা ভাবি কৌরবনি। মাগী মফমদা চিংননীংঙাইদি করিমতা লৈতে। মহাক্তি তশেংনমক 'পরি' (লাইরেম্বী) অমনি হায়বা য়াই। ঐখোয়গী ভায়জান্না করিগুম্বা মরাল লৈরম্লবদি ...! মখোয়গী মামুজান্না লেম্না তোক্কনি হাযবা থাজদে। মামুজান্ য়াম্না ফবা মীশক্নী, অদুবু ইচম-চম্বা, অরায়বা মীদি নত্তে। নাতৈ চাদবা থবক চৎথরকপা য়াই হায়নসু চিংনৈ।"

"ফরে-ফরে, ঐখোয় কনামতা মরম খঙদে। অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, মখোয়না করিগী নাতৈচাদবা পঙতৌ হেক তৌবা যাবরনে ? ঐখোয মযাম লৈরির্বসিদি...। মদুগীদি করিমতা চিংনরুনু। অদুগী মথক্তা ঐখোয়না কবিসু কায়রুদেনা। অঞ্জুমন্বানু মশামক্লা ব্রাফম অসী হৌদোবকপনি। মশানা লুহোংবগী ব্রাফম য়াবক্তবনি। ব্রারোইপোৎকী খুদোপসু মহাক্না মশানা হান্না হন্দোবকপনি। মসিদা ঐখোয়গী করি অরানবা লৈরদনা, ঐখোয়না চিংনগদৌবিবা ? চিংনফম করিসু লৈতে। ঈশ্বরসু লৈরিদনা ইবেম্মা। ঐখোয় ঈশ্বরবু থম্মোই শেংনা খুরুমজবগা লোইবে।" চীন্দদি ব্রাহৈশিং অসি হাযরী। থম্মোইদদি মিহুল তিঙ-তিঙ চোংলম্মী। মসী ওইরে, অরানবা, নত্তবা, তৌবগী দষা হায়বদু ...!

"ভায়জান্, ঐদি অঞ্জুমন্ভাবিনা করিগুম্বা খরদি লোৎলী হায়না খল্লী।"

"নংনা খঙনীংবা হেনমন্দুনা পঙখন-খনবা ওইরিনিদা।"

অসুম্না ঐখোয় অনি মেন ইতা-তাদনা পঙাং-ঙাংনৈ। ঐনসু সাইরাদগী করিগুম্বা খরদং খঙবা য়াবরা য়েংনীংবনি। মহাক মনুংগী ব্রাফম অসীমক্তি খঙদবা মাল্লি। অদুবু মহাক্লসু ঐঙোন্দগী করিগুম্বা খর খঙগদবগী হোৎনরিবরা করিনো ?

মতম অদুদা অহম্মদ লাকই। ঐবু উবদা - "নহাক লৈরম্বা য়াম্না ফরে। কয়াম কুইরে লাকপা ? ঐহাক লাকসিরা খল্লম্বনি। ব্রারী-ব্রাতাই শানগদবা য়াম্না লৈ।"

ঐনা সাইরাবু খঙহন্দনবা হোৎনদুনা মঙোন্দা ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী। "ঐহাক লাকপা কুইরে। ইবেম্মগা ব্রারী শাদুনা ফম্লীবসীসু কুইরবনি। নং লাকপা ঙাইরম্মীবনি। নংবু করিনো হুয় অঙাওবদৌনা কোয়চৎ-চত্তুনতা লৈরিবসীবু... ? য়ুমদা নীংথিনা জ্ঞান্ তানা লৈবা য়াদ্রাও ?" হায়না শাওশিন্নদুনা ঙাংলম্মী। মহাকসু তুম্মীন্না তারী।

"ইবেম্মা, চা অহাওবা অমমমতগা থকখিসিনা, চা অমুক্তা শেন্নকউ।"

"ভায়জান্, অম্মিজান্গা, ভাবিজান্গা, লাকপা ঙাইগদবনিকো। ঐ চা লৌরুখিগে। নুমিদাংগী চাকসু চাদবা য়াদে।" হায়রগা মহাক হৌগৎখি।

"ঙাইববুদি ঙাইগে । অদুবু ঐসু থবক য়াম্না লৈরি । চাক চাবদি য়াদ্রে । নুমীৎ তাদ্রিঙৈদা চত্তবা য়াদেবো ।" হায়রম্মী । সাইরা চৎখ্রে ।

ঐহাক্না বানুদা - "ইবেম্মা বানু, চা য়াম্না হাওনা শেন্নকউকো । নখোয়গী পুজারিগী চাদি য়াম্না তোয়না থক্নে । নংনা শেম্বা চা য়াম্না হাওই, অদুনা ইচলনা শেম্বা চা থক্কে ।" হায়রম্মী । বানুনা ঐখোয় অনিদা হাইফেৎ য়েংলম্লগা চৎখিরম্মী ।

অহম্মদনা - " চা থক্লগা চৎসি । মখোয়গা উন্নদবা য়াম্না কুইরে ।" হায়রকই।

"মদুগী ৱারী অদু ঙাইখো । নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা থেৎলী হায়নরিবনি । ইচল সাইরা য়াম্না নুংঙাইত্রি । মহাক মরমশিং অসি কন্না থিজিনবগুম তৌরি । য়াম্না চেকশিন্দবা য়াদে, হৈ-শিংবা দরকারনি । করিগুম্বা ঐখোয়গী থবক অসী পাঙথোক্ত্রিঙৈদা খঙনরক্লবদি খুদোংচারোই । থবক পুম্নমক শোয়দুনা তোক্কনি নংসু খরা সেরিয়স ওইবা ফৈ । করিমতা ৱাদবা মাল্লবদি হেন্না চিংনখিনি, মতৌ খরা মালহনবা তাবনি । নংবু ৱাদে হায়বগী ৱাদি নত্তে । খর হেন্না মালহনবসু চঙই । অৱাবা অসি মখল অনিনি । মসিগী বেলেন্সসু পুবা তাই । বি সেরিয়স ... খঙলেদনা!"

"ৱাবা হৌনবা ৱারে, সিদগী কয়া হেন্না ৱাখিগদগে ? কৈসু খল্লুরনু, অমসু-অমসু চিংননীংঙাই করিসু লৈতে । ফরে মসীগী ৱাসী তোকখিসি ।"

ইচল সাইরানা চা পুথোরক্তুনা, অমনা ঐঙোন্দা, অমনা অহম্মদতা পীরম্মী । চা থক্লা-থক্লা ৱারি খরা-শানরম্মী । - "ভায়জান্, চাক-ঈশিং চারগা হল্লোদা ...।"

"ঙসিদি ইবুং থবক খরা লৈরে হায়খিবদুনি ইবেম্মা । হংচিং ছুটিনি, ঐ শোয়দনা লাক্কে, অদুগা চাম্মীনরসি । নংগী ভায়জান্ ঙাইবগী লৈরবনি । ঐদি য়ারবদি ঙসাইনবু চৎনীংলবনি ।"

"নহাক থবক লৈরবদি থোকমীন্নরসি । ঐসু থবক খরা চৎকদবা লৈ ।"

"নংগী থবক অসীসু লৈখ্রেদা । য়ুমদসু খরা মরৈয়ু ।" হায়রগা মতৌ মালহন্নবা হোৎনরদুনা ঐহাক্না সাইরাদা য়েংলম্মী । "ইবেম্মা, ঐহাক অম্মিজান্, ভাবিজান্খোয় ঙাইররোই । চৎলগে, ঐনা ঙাইরম্মী চৎখ্রে, থবক লৈরদুনা, হায়না নংনা খর তম্মুকো।"

" য়াম্না ফনি ভায়জান্...।" হায়না সাইরানা খুন্নকই ।

অহম্মদকা ঐখোয় অনি থোকমীন্নরকই । ঐনা "ঐখোয় য়াম্না চেশিন্দবা, হৈ-শিংদবা য়াদ্রবনিকো । ঐখোয়না তৌরিবসি শামীন খিত্তং ফংখিবদা, ঐখোয়গী নীংলিবা পুম্নমক পুম্নাঙ-মাঙবা তাবনি । কনানা খঙগনি ? ঐখোয়গী ইতুংদা ডিটেক্তিভ্ কয়া লৈরম্বসু য়ারি । অদুগী মথক্তা ঐখোয়বু চিংনবা মীওই কাংবুসু লৈরিবনি ।" হায়রম্মী।

ঐগী ৱাফম অদুদা মহাকসু য়ানীংবরা কৈনো মঙক নোম্লম্মী ।



# (১২)

ঐখোয অনি শবাব্ মহল্গী মাযকৈ পাংলম্মী। নুমীদাংবাইবমগী মতম্মী। সন্ধ্যাগী মতাং অসীদি তশেংনমক, শবাব্ মহল্গী যৌবন্ মপুঙ ফাবকপা তাঞ্জানি। মতম ফনা, মথোৎ কাবকপা মতাংনি। মহল্গী অকোযবদা ইলেক্ট্রিক্ বল্বকী মঙাল, নিযন্ লাইট্কী মচু কযানা, বসন্ত ঋতুগী যেন্নীংথাগুম্মা নীংথিবে। মাযকৈ কযাদা কৈথেল ওমখৎলকপগুম্মা, মীযামগী ঈনোৎ কাবকই। লম্বী কযাদা মীযাম চৎথোক-চৎশীন তৌবি। মখল মথেলগী মীওই কযানি। লৈহী পাম্বা খোইমু-খোইবাবা কযানা লৈবাং লৈনম ফংবদা লৈহী থিবা পাইবকপগুম্মী। মাযকৈ শীন থুংনা মখল-মথেলগী ঈবাং মনাম্মা মালংদা ঈথক-ইপোম তৌবি।

নহা পাখংদগীনা মীযায চল্লবা, চহী খবা লৈশীল্লবা মীওইশিংসু কযানি। মানা মানা খোযদাজবা মখলগী ফিজোলনা, ফিজেৎ লৈতেংলি। থোর্কখিবদি ইযাও যাওদে, চঙলকপনা অযাম্বনি। ঐনা অসুম উবদা, মফম অদুদা লাক্লীবশিং অদুগী মনুংদা মীযায চল্লবা অযাম্বা, কুর্ত্তা পাজমা শেংলী। খবা লৈশীল্লবশিংসু যাওবি। পঞ্জাবী পাজমা, শেববানী লীৎপা, অবং-অবাক্কা লোযনবা কযাস্নি। নহা খোংগ্রাও শেৎপা, খবনা সুট টাই তৌবসু উই। মীওই মখল শুবে হাযবা যাই। মীযাযদগী হেন্না লৈশল্লবা শেঞ্জাও পাযবা মহাজনগী কাওলুপসু কযা অর্মনি। মীওই অগাম্বা জর্দা পান্না চাবী। চুরুট থক্লী। খবনা যুগী নেশানা হেন্দুনা মখোঙ চুম্মা থাংদবসু কোঙ্গাযনি।

পান দুকানশিংদা পান্না যোল্লী। লৈ যোনফমদা লৈবাং কযা, নাচোম, লৈপবেং, 'গজবা' (শর্মাজিবৈ) নচিংবা মযাম অমসু লৈতেংলি। মীওই কযা অমনা লৈপবেংশিং, গজবাশিং, লৈ নাচোমশিং লৈনবি। খবনা, মখুৎ খুদাংদা কোযেৎ কোযেৎ যেৎশীল্লী। খবনা, মঙক্তা লৈ পবেং শির্জাল্লী। খবনা উনাদা যোম্লগা ফুবীৎখাওদা হাপ্লবি। খুদীংমক মবী মবী, মথং মথং চঙনবি। দলান্গী সিডিদা কাখৎনবি।

যন্ত্রগী সুব, তবলাগী মখোল, হাবমোনিযম্, ইসবাজ, বেহলা, সাবঙ্গী, বাঁশীগী সুবগা কোন্ননা, ঘুঙ্গরু (খোঙ্জি) গী মখোলনা মাযকৈ শীন্না নিল্লি। শবাব্ মহল্গী ঈথক ইপোম, লৈনম, নেশাগী মযাই, অকোযবগী অফবা-ফত্তবা মাযকৈ শীনবা থুংই। মনুংদসু, লৈবাংশিংগী নুংশিববা মনম, গুলাব, চম্পা চমেলী, মালিকা, মালতী, কেতুকী, জুহী, বজনীগন্ধা, মুতিযা, শিঙ্গাবৈ, থাবল্লৈ, যাসমীন্ ... । যুগী মনম, পান্নগী মনম, মখল মথেল ইসেন্সকী মনম, নালাদগী লাকপা মনম ফাওবা...। নুংশিববা মনম

'খুশবু'গী মরক্তা নমথীরবা, অয়াকপা কয়া তিন্নবগী মনম, মখল-মথেল কয়ানি । পান দুকানশিংদগী, কোঠাশিংদগী রেদিও, তেপ্‌রেকোর্দরগী হিন্দি ফিল্মগী ঈশৈনা মায়কৈশীন্না পুমনীল-নিল্লী । মহল্‌গী থোংনাওশিংদা নীংথিবী কয়াগী শক্তমসু লীৎথোরক্লী । লম্বী অচৎ-অওকশিংদা মীৎচিংগী লাং থাকপগুমসু তৌরি । মসীরা মফম মসীগী , এত্‌মোসফিয়ার...!

নাদিরাবাইগী শবাব্‌ মহল্‌গী নাকন্দা ঐখোয়গী কার খাম্মী । অহম্মদকা মখোয়গা হান্নদগী খঙনবা খরদি লৈবা মাল্লী । ঐখোয়না গাড়ীদগী কুমথবগা নাকললোমগী থোঙ অদু হাংদোরকই । হুস্নবানুগা, যাসমীন্‌গা, অতোপ্পা নুপী অমা, ৱাহিদা ওইরম্বা তাই । মখোয় অহুম্না ঐখোয়বু তরাম্না ওক্লম্মী । ঐখোয় অনিবু নীংথীনা লৈতেংলবা কা অমদা পুশন্দুনা ফমহল্লম্মী । ঐহাক ঙসিদি যাসমীন্‌দা, অহানবা উন্নখিবা নুমীৎ অদুগুম্নদি তৌদ্রে। নুমীৎ অদুগীদি ঐনা মাবু চাংয়েংগুম্না তৌখিবনি । ঙসিদি ব্যবহার অমদি চৎনবীগী 'নমস্তে' 'অদাব্‌' হায়না খুরম্নবা, ওকপা অদুতমক তৌনরগা; ঐখোয় থোইদোকপা ৱা অতে ঙাংনদ্রে । মখোয় কা অদুদগী অমুক থোকখ্রে । থবক য়াম্না চিনবগী মওংনি । ঙহাক লৈরগা হুস্নবানুগা যাসমীন্‌গা লাকই ।

ঙসিদি, মখোয় অরং-অবাক্কী, মীৎ থক্ল বা ফিজোলনা ফিজেৎ লৈতেংলি । লীক-কোল, খুজী-নাচি য়াম্না মরাং কায়না শিরি । মশা পুম্বা, মখোঙদগী মকোক-ফাওবা লৈতেংনা য়োম্লে । মখোঙদা ঘুঙ্গরু (খোঙ্‌জি) শিরি । কা-হেন্না কে- মৌরি । মতমগী চূনবা মেক্‌-অপ্‌না থোইদোক্লা মকে শেন্নী । য়েক-খোক্তুনা, মখল-মথেলগী মচু কয়া লৈতেংলি । মপাম্থোংগী মীৎয়েংদা মখোয় স্বর্গগী জগোইশাবী, অপ্সরাগুম্না নীংথীরে । য়েংবদা মীৎ থক্লা ফজরে । ফজবগী লময়ৌবী হায়বদো খম থেংলম্মী । মখোয়গী মওং অদো তশেংনমক থম্মোই ঈরাং তৌহনবগী মশক্লী ।

মমায়-মমীৎ, পীশুমনচিংবদা য়েকপা হৌনবা কয়া..., কাজল্‌দগীনা মখল কযাগী মচু মীৎ-মায়দা য়েক্লী । মশা পুম্না লীক-কোল লৈতেংনা য়োম্লে । মান্নী, তশেংনমক মখোয় 'তৱায়ফ্‌' হায়বদুমক্লী । মখোঙদা খোঙ্‌জী... ! ঐহাক মখোয়বু উরুরগা থোইনা অমুক য়েংনিংবা পোক্রে । ঐনা খোয়দাজবী, অহানবা উন্নখিবা নুমীৎকী শক্তম অদুদী মাঙখ্রে । মদুগী মমি ফাওবা উবা ফংদ্রে । ফজবগীদি মপা লৈত্রে, অদুবু মসীগী ফজবা অসী নত্তে ঐনা উনীংলিবদি ...! সেনেমাগী নীংথীবী জগোই শাবীগা মান্নরে । ঐহাক লুকথদুনা ফমলম্মী । হৈনীংবা অমত্তা ফাওদ্রে । উন্নবগী হরাওবা, খৌরাংবা, নুংঙাইবা, ঙাংনীং-শক্লীংবা, থম্মোইগী লাঙতক্লবা অমত্তা পোক্রে । করিগীদমক মফম অসীদা ঐহাক লাক্লুরবনো খল্লকই ।

হুস্নবানুনা - "সুকুমার ভায়জান্‌...! ঙসিদি মুড্‌ লৈতনা উরে । ওম্থোক্লা হৈনীংদনা,

য়াম্না নুংশুক-নুংজাননা উই । অদুবুনে, ঐখোয়বু লান্না লৌবীগনু । অদোমগী মরুপ্না ৱারোল পুন্নমক শুগাইনা, অদোমগী মফমদা তম্বীদ্রমাল্লে । মসীমক শবাব্ মহল্গী অশেংবা শক্লোন্নী ।" হায়রগা অহম্মদতা ওনশিন্দুনা - "ঐখোয়বু চানবীবগী-চানবীবা, অদোমগী মরুপকী পুক্লীংদা লৈরিবা চিংনবশিং অসী অদোম্না 'কোকহনবীগনি হায়না আশা তৌজরি । ঐখোয়দি উপাই লৈজদ্রবীনি । হান্নসু কয়ারক হায়জখ্রে । তোল্লবীশিং অসিদি, ঈ-তোংনা শাবা থম্মোই পানবা, থৱায় পানবা জিবা, হায়বদু ওইদ্রবগুম্বনি । লৈপাক্লম শারগা মচু শঙজিনবীরগা, ফিজেৎ-লৈতেং তৌবীদুনা, কৈথেলগী লুকমায়দা য়োনবী লাইধিনি ।" হায়রকপদা মহাক্কী খোঙ্‌হোক অদুনা, অহম্মদকী মফমদা, মহাক্কী মমান্নবী যাসমীন্গী ওইনা, পেন্দবা অমদি ৱাকৎ কয়ামুক য়াওবগুম তৌই । মদুগা লোয়ননা যাসমীন্না নুংগী চৈনাখোল য়াওবা মীৎয়েং অমনা ঐঙোন্দা য়েংলকই । চাক্লবা থম্মোয়গী চৈনাখোলগী মীৎয়েং ...!

অহম্মদনা - "নখোয় করিমতা চিংনগনু, থোইনা ৱারৌবসু তৌগনু ! ঐগী মরুপ্পু ঐনা মুন্না খঙই । মহাক্কী মুড্ অপাইবা লৈচিলগা পাংখক্লী । য়াম্না থুনা সেন্টিমেন্টেল্ ওইগল্লি । অদুম ওইনমক থম্মোই অমদি পুকচেলদি সমুদ্রগী ঈপাকুম্বনি। মহাক্কী থম্মোই, নুংশিবগী তৃংনফম সাগরনি । অমৃতগী তৃঙনফমনি ।" হায়বকই ।

যাসমীন্না - "তোল্লবীশিং অসীবু ঙাকপীগনি । ঈশানা-ঈশাগী মপু ওইজদ্রবী ঐখোয়না করিবু-কবি তৌজবা ঙমগদগে ? শা-ঙাগুম্না ইখোঙ-ইখুৎ পুন্দুনা, মপানগী নুংশীৎ-নুংশা ফংহন্দনা, শায়োকশঙদা য়োক্লীবা, শাগুম্না থম্বীরবী তোল্লবীশিংনি । হংগী লাইধি, চাবী থাবগা চৎপীনি । মসীদা ঐখোয়বু দোষ পীবীগে হায়বগীদি পীবীযু, উপাই লৈজদে । তোল্লবীশিংনা কনাগী মফমদা করিবু ৱাকৎলুগনি ? শেংনা হায়জববদা তিম্লোক হায়বা জিবদুবু মকোক মমৈ ককথৎপীরগা চোংহন্দুনা থম্বীবগুম্বনি । চোংজবা নত্তনা করি উপাই লৈরিবগে ? অয়েংবশিংনদি নুংঙাইরম্বসু য়াই । অদুবু ফ্রিং-ফ্রিং চোংলিবা তিম্লোক অদুদি করি ওইরিগদগে ? তিম্লোক অদুবু ঙাগী খোইচাক ওইনৈ । সংসার অসিদা, থম্মোই পানবা কনানো... ?" হায়রকই ।

মহাক্না হায়রীবা অসীদা করি লানবগে ? মীনা য়োং জগোই শাহল্লি । য়োং অদুনা মশানা য়ানীংনা শাগে হায়না শাবা জগোই ওইরিগদ্রা ? চৈগী মমাঙদা নমদুনা শাহনবা জগোই নত্তবরা... ? তেন্নৱাবু পোন্দা য়োকই । অহাও-অথুম য়াম্না পীজৈ । মপাং শঙ্খ পাইবা উরগা মশা খপুনা পোনগী মনুংদা তে-তে খোংদুনা, মশা ফ্র-ফ্র খপুনা খাঙজৈ । হাঙলবা মালং, পাক্লবা অতিয়াদা পাইবদি ঙমজদে । তোল্লবী উপাই লৈজদ্রবীশিং অসিনা করিবুদি তৌবা ঙমগনি ? চেকপলনা খারবা জেল অসিদগী মখোয়বু নীং-খা তমহনবা হায়বসী, তরাই-তরাইবা ৱাফমদি নত্তে । মখোয়বু ঐনা দোষ তৌরুবা চুম্লোই । অদুবু ঐহাক খাঙবদি ৱারম্মী ।

যাংসমীন্না মখা অমুক তারকই - "সুকুমার সাহেব ! তোল্লবীশিং অসীনা মন্নবা গুহা মনুংদা সংসার অসীগী মঙাল হায়বদু উবা ফংদনা, ৱানা খাঙজরি হায়বসীতদি কাওবীগনু । ঈশিংদা ঈরাক্লরবা মীশক্লা নাপী মকা অমবুসু লাম্বগুম, অমম্বা ঈরোন্নুং অসীদা ৱানা, আশাগী মঙাল অদুতং ঙাইজরিবনি।"

মহাক্কী মীৎলুদগী পিরাং মরী-মরী শীম্বুরকই । মখোল নীকলকই । মচীম্বাল অদু তনিক-তনিকই । ঐহাক তুম্মীন্না লৈবা ঙমলক্কে । খল্লু-খল্লুরগা নুংঙাইতবনা অসুম-অসুম হেনগৎলকপগুম তৌই । ৱাখলনা থুক্কৎখিবনা থম্মোই মথক-মখা ওল্লকই । মহাক্কী ফুনগৎলবী খোঞ্জেল, পিরাংনা থুক্কৎলবী মাইথোং, মীৎস্না...! পুম্নমক অদু উরুরগা, খল্লুরগা মপানগী সংসার অসী উবক্তরে । অতৈ পুম্নমক কাওরম্মী । মহাক্কী, অৱাবতনা লাকহৎলবী শক্লোন ওইরবী শক্তম অদুতবু উরম্মী । মফম-মরাং অমত্তা খঙদনা ঐনা মাবু ইথানুংদা চেৎনা কোন্দুনা, মকোক্তা নানবীরম্মী । ঐগী ইথাদগী মুনখিগদবগুম খল্লকই । মাবু চেৎনা কোনশিল্লম্মী । মহাক্লসু ঐবু অমুক্কা হেন্না চেৎনা কোনশিল্লকই । কয়া কুইনা লৈরুরবা ...? জ্ঞান্ তারকপদা ইখং-খংনা, ঐনা মাবু কোল্লম্বদু খংথা থাদোকই । মহাকসু ইখং-খংবগুম তৌরম্মী । স্বর মপী শাংনা হোন্নরম্মী । ঐখোয় ইকাইনরদুনা লুকথনরম্মী ।

অহম্মদকা হুস্নবানুগা অনিনা লেপ্তুনা ঐখোয়বু য়েংলম্বা অদু উবদা ইকাইদুনা ঐখোয় অনি খরা-খরা হন্দোক্লরম্মী । ঐহাক লোন্না মখোয় অনিদা য়েংলুই । হুস্নবানুগী মীৎলু ঈরা চেল্লম্মী । অহম্মদসু রুমালনা মমায়-মমীৎ হাইফেৎ তৈথোকপগুম তৌখি । ঐখোয় খুদিংমক তশেংনা তৌফম অমা ইখঙ-খঙনদবা ঙাক্লী । ৱাখল-থম্মোই পুমলুম লুমথরম্মী । মখোয়সু অদুমঙায় ।

ঐহাক ইকাই-ইকি, হায়বদো ফাওরক্লবগুম তৌরকই । "যাংসমীন্, নং করিমতা চিংনগনু । ঐনা থম্মোই শেংনা ৱাশক্লুনা হায়রীবসিনি । ঐহাক থৱায় থাবা তারবসু নহাকপু মফম অসিদগী শোয়দনা পুদুনা চৎকনি । সংসারগী মীপুম খুদীংমক্লা পুল্লপ হুপ্তুনা থিংলবসু থিংসনু । মদু পুম্নমক ঐহাক মায়োক্লগনি । "

অহম্মদনা - "শোয়দনা..., ঐখোয় শোয়দনা মায় পাক্কনি । তৌবতদি ঐখোয় মতম, তাঞ্জা ঙাইদবা য়াদে । মফম-মতমগী খুদোংচাবা য়েংবা তাবনি । থবক অসী পাঙ্গলনা নমথেকপা য়াবা নত্তবনিনা, লৌশিংনা, ৱাখলনা চৎথবা তাবনি । অদু নত্তনদি হেক পাঙথোকপা য়াবা নত্তে । মসীমক তরাই-তরাইবা নত্তে । মায়কৈ খুদীংমক্তা অপনবা ঙাক্তনি । ৱাখলনা থবক চৎথবা তাবনি । " হায়রকই ।

হুস্নবানুনা - "ঐখোয়না মুক্তি ফংগদবা মতম অদুবু কয়া ৱাংলিবগে; হে-খুদায়া...!" হায়না ঐখোয়দা য়েংলগা, নোংথক্তা য়েংদুনা শোল্লকই ।

"ঙাইবতা কল্লু, নপুক্লীংদা লেপ্লীবদু ময়েং তাহনগনু । থম্মোই অমদি ব্রাখলবু মৈ ইক্তুনা মথৌ শঙবা তাবনি ।" হায়না অহম্মদনা হায়রম্মী ।

ঐনা - "যাসমীন্, হুস্নাবানু... । ঐহাক মফম অসীদা অমুক হন্না লাক্লরোই।" হায়না মখোয় অনিদা য়েংলগা হায়রম্মী ।

ঐহাক্কী ব্রা অদু তাবদা মখোয় অনিতা নত্তনা অহম্মদসু য়াওনা খংপ্রেক-খংবগুম তৌরম্মী । মখোয় অহুম্না চপ-মান্ননা - "করিগী, কৈদৌরবগে ?" হায়রকই । যাসমীন্না মমীৎ-মনা ইরং-লংখৎনা ঐঙোম্দা মমীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলকই ।

"মফম অসীগী এত্মোসফিয়ার অসী ঐ কয়া হৈনদে । অদুনা নখোয়গী খুদোংচাবা য়েংলগা, খুদোংচাগদব্য মফম অমদা উন্নসি । নখোয়না অপাম্বা মতমদা হেক্তা উন্ননবা ঐ থৌরাং তৌরি । নখোয়গীদমক্তা ঐহাক মতম পুম্নমক্তা শেম-শারি । অদুগা ঐনা করিগুম্বা নখোয়বু উন্ননীংলক্লবদি, ঐহাক্লা লাকপা তাববদি নুংথিলদা ওইনা মফম অসীদা লাক্কনি । নখোয ঐবু লান্না খনগনু । মসিনা ঐগী ব্রাখলনি ।"

অহম্মদনা "ফরে ব্রাফম অদু কোন্না খন্নবসি । ঐখোয অসুম্না কা অসীদা কুইনা ব্রারী শাদুনা লৈথোকপসী চুমদ্রে । নাদিরাবাই তবাই-তরাইবী নুপী নত্তে । ঈশিং মনুংদা ঙানপ মথী ফায়বা উবা ঙম্বীনি । ঐখোযগী মওং মহাক্লা শামীন্ খবদং ফংখিবদা, পুম্নমক কায়দুনা পুম্মাঙ-মাঙগদৌরিবনি । ।" হায়রকই।

ঐনা - "ফরে, অদুদি ঐখোয় চৎলগে, অহম্মদ চৎলসি । মফম অসিদা কুইনসু লৈনীংদ্রে । ঐহাক হকচাংসু কয়া নুংঙাইতে ।" হাযরম্মী ।

হুস্নবানুনা - "নত্তে ভায়জান্ ! নাদিরাবাইনা ভায়জান্খোয় লাকই হায়বসী খঙত্রবনি । ঙসিগী মহফিল্ অসীদা য়াওবীদনা হনখ্রবদি, মহাক্লা ব্রাখল লান্না খর্নখিবা য়াই । মহাকপু চিংনহনবদা ঐখোযদা ফত্তবা থোক্লকপা য়াই । নুংঙাইবীদবা, পেনবীদবা, কয়া লৈবীরবসু, ব্রারবসু ব্রানা, নুংঙাইত্রবসু নুংঙাইতনা, ঙসিতংদি মহফিল্ অসী য়াওবীরো, ব্রারৌবীগনু ।" হায়রকই ।

"ঐখোয়বু ঙসি..., অহিংগী মহফিল্দা জগোই-ঈশৈ য়েংগদবা ...?"

"মরুপ, ঐখোয় মসী পুম্নমক অসি খবদি খাঙবা তাবনি । বী পেসেন্ট ... ! খাঙবসু খরা তম্মু কৈদৌবগে ?" মহাক্লা ঐগী খুৎ পায়দুনা খান্লম্মী ।

"মরুপ, ঐদি মসী কয়া হৈনদে । নহাক্কুম্না খাঙবা কনবা মী ওইদে । নহাক্তি মহাত্মা গান্ধীগুম্না খাঙবা কনবা মীশক্নী । নংগা ঐগা খেন্নবা য়াম্না লৈ । নংগী নতৌ তম্বদা ঐহাক শিগদৌরি ।" হায়রগা ঐহাক লেপ্তুনা তৌফম খঙদনা লৈরম্মী ।

"অদুবু খাঙবা নত্তনা করি উপাইদি লৈরিবগে ?পুকচেল চেৎপা, থম্মোই ফাথবা তাবনিনে মরুপ ... । খাঙবা কল্লগা ফম্মেন ফম্মী, শাযবা তোয়বগা ওইনম্মী, হায়বা

পাওরৌসু লৈবনি । খরসু খাঙসি কৈদৌবগে ? ঙাইঙমদবংসু চুমদে । খাঙবা অমদি ঈংথবগী ফল্দি থুম্মী হায়নরিবনি ।"

"শক খঙনদ্রিঙৈ, মখোয়গী অৱা-অনা, খুদোংচাদবা করিসু খল্লমদে । মরুপ, থম্মোই হায়বসীসু ওন্থোক্লা শাথীনা মরৌ চাওগ্রে । ঐহাক হৌজিক্তি থবক অসী হেক পাঙথোকক্তিমখৈদি পোৎথাফম করিমতা খঙলোইদৌরি । য়ারিবমখৈ থুনা থবক অসী পাঙথোক্লবা শীনশি । অমুক পম্বৃবা চুমদ্রে ।"

"হোৎনবা তাবনি, ঐখোয় হোৎনসি । ঐখোয় হোৎসু হোৎনরিদনা, অদুম ওইনমক হেক য়াদবনিনা, ঙাইঙমদসু চুমদে । ঐখোয়না ওইহন্নীংবা মতমদা হেক্তা ওইয়ু হায়বদি য়াবা নত্তে । নংনা হেন্না খঙলীবনি ।"

"বানু, ঙসিগী মহফিল্ অসী ঐবু য়াওহনবীরনুবা ... । য়াববদি ৱাহিদাগা নংগনা ফননবা, য়াননবা খরা শীনবীয়ু । ঐহাক কোক অসী শাথীনা ঙাওরে । ঐহাক হকচাং ঙমদ্রে হায়না খরা হায়বীয়ু ।" হায়না যাসমীন্না হুস্নাবানুদা হায়রকই । মহাক্কী খোঞ্জেল অদুসু তনিক-তনিকই । কপ্লীংবা, য়াম্না ৱানা খাঙবগুম তৌই ।

"ঐ মদু য়ারক্কনি হায়বা থাজদে । নংসু খল্লু, খরসু খাঙবা তাই । হোয়, অদুমকপু ঐহাক নংগীদমক্কী, অমুক্তং লাইবক য়েংগে । লাইবক য়েংবদা খুপাক চারবসু, শম ফোয়খ্রবসু অদু মঙায়রে । নংগীদমক্তি চৈ চারবসু চাবা তারেদনা কমদৌনি । লাইবক য়েংলগে, ঙসিসিবু করম থোক্লগবা... !" হায়না হুস্নবানুনা হায়রকই ।

"নখোয়না মীৱা তাগদবা, চৈ চাগদবগী শরুকপুদি হায়রুরনু, বানো... । ঐহাক থম্মোইদা নুঙ ফুন্নগে । নখোয়না খুদোংথীবা মায়োক্লবা ঐহাক পামদে ।" হায়রম্মী, অদুবু হুস্নবানু চৎখিরম্মী ।

অহম্মদনা হায়রকই - "যাসমীন্, থোইনা চিংনরুনু । নহাক মহফিল্ য়াওদবা তৌগনু । নাদিরাবাইনা চিংনখিবা হায়বসী অফবা নত্তে । অদুগীসু মথক্তা নঙোন্দা ঙাংবা, ফুবা-চৈবনচিংবা তৌরকপা য়াই । মদু ঐখোয় পামদে, ঐগী মরুপ্লসু পাম্লোই । অদুগা ঙসিখক্তং মহফিল্ য়াওদবা অমদি য়াওবনা, হেক ওইবা য়াগদবসু নত্তে । ৱারবসু ৱানা মতম খরদি ঐখোয় খাঙবা তাবনি । নং করিমতা চিংনরুনু । থম্মোইশেংনা, অকনবা ৱাশক্কা লোয়নননা অচেৎপা ফিরেপ লৌবা তাবনি ।"

হুস্নবানু হল্লকই - "য়া অল্লা...., লাইবক ফৈ, চৈ চারক্তবা ... । জগোইমক য়াওদ্রবসু ঈশৈ শক্তবদি য়ারোই । নহাক্তা ঈশৈ শকপা, ৱাহিদাগা ঐগনা জগোই শাবা... । মসীদা শীন্নগদবা মঙায়রে । ঈশৈগী মতাংদদি নঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা, খোল ফবা অমত্তা লৈতবনিনা ঐখোয়না মহুৎশিনবসু য়াররোই ।"

ঐখোয় মীকুপ খরদি ৱা অমত্তা ঙাংনরমদে । মাগী-মাগী ৱাখলদা লুপ্লরম্বা য়াই । ঐসু ৱাখলদা লুপ্লম্মী । ময়ামগী অম্মী, চাঁন্দবীবী লাক্কুনা - "মহফিল্গীদমক নখোয়গী

মতম ওইরে, থোরক্লো।" হায়না পাও পীরম্মী।

"ঐহাক্লা নুংঙাইতবগীদমক নহাক্লা জগোই-ঈশৈ য়াওদবগী অৱাবা নংগদবগী শরুক নশাগী তৌফম থোকপা নথৌ পাঙথোকউ।" হায়না ঐনা হায়রম্মী। মখোয় অনি ইহৈ-হৈনীংদনা-থোকখ্রে। চাঁন্দবীবীগা অহম্মদকা করি-করিনো ৱাফম খরা চিবোন-চিবোন তৌনখিবগুম তৌই। ঐহাক মদুদসু থোইনা পুক্নীং চঙলুদরে। অদুগী মতুংদা চাঁন্দবীবীনা লমজীংলদুনা ঐখোয় অনিসু মহফিল্ লোমদা চৎলম্মী। ঐহাক হকচাং অসী ইতাও-তাওবগুম তৌই। ইহৈ-হৈনদবা অমা ফাওই।

মহফিল্ অদো ওখাক য়াম্না মীয়াম তিল্লে। পুন্সিদা মসীনা অহানবনি, অমুক্তসু উকদ্রি, য়াওরুদ্রি। ইঙকসু-ঙকই, হৈনীংদবসু পোক্লম্মী। ইকাইবা, ইহৈ-হৈনদবা অমা তৌরম্মী। অহম্মদকী মতুংইন্দুনা, মহাক্লা তৌবা মওং যেংদুনা মীযাম মরক্তুদা ফম্লম্মী। ঐহাক মায় হায়গৎলমদে। হঙ্গোইবা অমসু পোকই।

নাদিরাবাই, গন্ধী মথক্তা মোন্দুম-মোন্তেক্তা ঙাবদুনা লেম্না ফম্লী। মহাক কেবদা লম য়ৌবে। মশাদা লীক-কোল লৈতেংনা তেকথবমখৈ শিবি। মমায-মমীৎসু হেক ঙম্বমখৈ য়েক-খোৎলী। মহফিল্ অদুদা তিল্লিবা মীয়াম অদুগী মবক্তা মহাক্কী থৌগল লাঙ্গল, নুপীমচাশিংনা পাত্র লানশিন্দুনা মহী অমুক ওথোকই। মনাই নুপীদুনা পাত্রদু অমুক থাংদোকই তৌদুনা ক্বা চখোম চাওনা চাদুনা, লেম্না ঙাম্থোইবি। তিল্লিবা মীযাম অদুগী মরক্তগী মীওই খবনা মহাক্কী থৌজাল ফংননবগী মওংদা, মঙোন্দা ব্যবহাবগা লোয়ননা, চিরোল-খারোল তৌবসু য়াওনবি। লৈ নাচোম, লৈ পবেং, পান্নচিংবসু লানশিন্নবি। মখুৎ লোম্নদুনা লেপ্লসু য়াওবি।

মবুক নোয-চাওববা, ফৈজোম শেৎপা, মীযাযদগী হেন্না লৈশীল্লবা, মহাজন্ কযামুকসু মোন্দুম-মোন্তেক্তা লেম্না ঙাম্থোইনবি। ঐহাক যাম্না হৈনদবা অমা ফাওরম্মী। পুন্সিদা অহানবা উবা শক্তম্মী। শবাব্ মহল্গী মুজবা তৌফম মহফিল্ অদুগী ফজবা মওং-মতৌ অদুসু হাইফেৎ যেংলুই। শঙলেন অদু মথক্কী অনিশুবা মথোলদনি। শাবিবা যুমশা অর্মদি লৈতেংলিবা অদু মমাংঙৈগী বাদশাহশিং, সুল্তান্, নবাব্শিংগী মতমগী মওংনি। 'গুম্বদ্' (চোঙাবোন) নচিংবা কয়াসু হাপুনা দলাল অদুগী লৈতেংদা মগুণ্ হাপ্লী। যুম্নীশিংদা মখল-মথেলগী উবী-ৱাবী লৈবোংশিং হক্তুনা খুৎ-চঙনা শেম-শাবগী মওংনি। চাওরাক্লা মদু কোয়রপ তৌবা মওংদা শেম-শাবি। কা অদুগী মাযকৈ খুদীংদা, পাক-চাওরবা, শাংল-শাংলবা, ফজববা বেশম্গী, লৈরোং কয়া হৎলবা পর্দাশিংনা য়াম্থদুনা লৈতেংলি। পর্দাশিং অদু নাকল-নাকল হাইদোক্তুনা যুম্নীশিংদা য়েপশিন্দুনা শেম-শারি। ফিজং হায়দোক্লিবা হাযবদু ওইরমাল্লে। মাইকৈ অমদনা অহাঙবা অতিয়া, থা-থৱানমিচকশিং থোক্লিবদু উরি। থাবলগী মঙালসু কা অদুদা ফাওজিল্লক্তুনা তাররি। লিরি হুম্বা অইংবা মলয়া নুংশিংকী নামিবা শহুম্না মরক-মরক্তা হেক-হেক হুর্মজিল্লকই।

থা মচেৎ শানা, শেম-শারিবা ফম্লনবা গদ্দী, মোন্দুম-মোন্তেক থারিবা অদুদা, অচৌ-অশাং মানবা মীওই কয়ামুক য়াম্না চীঙ-লেম্না ফম্লরি । খরনা চুম্না ফম্মী, খরনা লেম্না খোংগ্রাই চল্লি । কনানা ঙাথরদুনা, খরনা হিপ্পগী মওংদা চীঙ-লেম্লরি । তবলা য়েবা, যন্ত্র খোংবা, ওস্তাদ্‌শিংনা নাকল অমরোমদা পরেং ফল্লী । জগোই শাবীগী কাংবুনা নাদিরাবাইগী নাকন্দা অমদি মতুংদা পরেং ওইনা ফম্লরি । গাদ্দী থারিবা অদুদগী খর হন্দোক্লগা, সোফাশিং থারিবা অদুদসু ভাবোকশিং ময়াম অমসু ফম্লরি । ভাবোকশিংগী মরক্তা জগোইশাবী মচাশিংনা কোয়চৎ-চত্তুনা য়ুগী পাত্রদসু য়ু হৈরি । তিল্লিবা ময়াম অদু য়ু থক্লরি, ক্বা চারি, চুরুট থক্লী । মখোয় ময়াম অদুগী মওং মতৌ অদু থায়নগী নিংথৌরেল, সম্রাট্‌, বাদশাহ, সুলতান্‌, নবাব্‌ অমদি ফম্নাইবা, অঙম-অথৌশিংগী মতৌ তম্লীবা মাল্লী । মসী ওইরে তৱায়ফ্‌শিংগী মহফিল্‌...!

শেঞাও পায়বা মহাজনশিং, ইনাক-কৈরাক খুনবা মচা-মশুশিং, ইনখৎলকপা ঈরাংদা তাওবা, ঐখোয়গী লোন্দা কয়াসু য়াওরি । সহরগী ইনাকখুনবা কারবাররৱালাদগীনা, ওক্তবা গুস্দাশিং ফাওবা মখল-মথেলগী মীওই শুরম্লগনি । শেলনা ৱাই চাইবগী মতৌসু মফম অদুদা উবা ফংই । ঈরাং কৈথেল অসিদা শেল অসী করিসু নত্তবগুম তৌরি । মগুণ্‌ য়াওদবা ইচম-চম্বা চেজেৎকুম ... ।

যন্ত্রগী সুর, তবলাগী তালদা জগোই শাবীশিংনা জগোই শারি । খোঙজিগী মখোলগা যন্ত্রগী মখোলগনা মায়কৈ শীন্না শন্দোক্লী । হুস্নবানু, যাসমীন্‌ অমদি ৱাহিদা, নাকলগী পর্দা অদু হাইদোক্তুনা মরী-মরী চঙলকই । তিল্লিবশিংগী মীৎয়েং চপ-মান্ননা মখোয়রোমদা ওনশিন্নখিবগুম তৌই । ঙহাক্কী মনুংদা হান্নগী জগোই লোইশিনখ্রে । মখোয় অহুম্না, ইকোয়-কোয়না ফল্লীবা ময়ামগী মরক্তা চঙদুনা, জগোই শাফমগী ময়ায়দা লেপ্লম্মী । মশাশিং অদু হাইরপ নোম্থরদুনা, মখুৎ ওইনা মতুংলোমদা অদুগা মখুৎ য়েৎশিং অদুনা লাইবক অমুক কৎ, অমুক হাইথ, ভাবোক্‌ অকোয়বদুদা কোর্নিশ তৌরম্মী । তিল্লিবা ময়াম অদু অমগা-অমগা চিবোন-চিবোন, শুরু-শুরু নৈবা মওংদা মখোয়বু থাগৎপা, ফজবা প্রান্নগী মতৌদা ৱারী শাবা য়াওরম্মী । কলকপা, মিহৌবা, মিতাবগী মীৎয়েংগা লোয়ননা, অকাম্বা মওংগী করেম্নবা মতৌ, অমদি মীনোক কয়াসু য়াওনরম্মী । ঐহাক মদু য়েংবা, তাবা, ঙম্লক্রে । অদুবু করি উপাইদি লৈ ? মীয়াম অদুগী চুমদবা মীৎয়েংশিং অদু, ঐগী শক্তি লৈরম্লবদি, মখোয়গী মমীৎশিং অদু কোংথোক্লগা, মখোয়-মখোয়গী মখুবাক্তা হাপ্লমগনি ।

নদিরাবাইনা য়াম্না চীঙ-লেম্না মখুৎ অনি থাংগৎলকই । ময়াম নিল্লিবদু উন-ৱাইমুক চীক্লম্মী । মহাক্কী ইঙ্গিৎ অমদা ওস্তাদ্‌শিং অদুনা যন্ত্রশিং খোংগৎলক্লম্মী, তবলা য়েরক্লম্মী । নাদিরাবাইনা - "তিনবীরিবা ভদ্রলোক্‌শিংগী মফমদা করিগুম্বা অমত্তা নীংশিংজগে । ঙসি অসী, যাসমীন্‌ বেগম্‌গী মশা অসী কয়া নুংঙাইতে । মরম অদুনা

ঙসিগী ওইনা শবাব্ মহল্গী মহ্ফিল্ অসীগীদমক অহানবা ওইনা, হুস্নবানুগা যাসমীন্গা অনিগী জোবাদা মুজবা অমত্তং লাম্ছোকচবগা অতে মুজবাশিংদি হুস্নবানুগা ৱাহিদাগনা ময়ামগী মফমদা লাম্ছোকচগনি । গীত্ অমদি গজল্, যাসমীন্ বেগমনা লাম্ছোক্কনি । মসীগীদমক ময়ামনা ৱাবৌবীবা য়াদে ।" হায়বম্মী ।

হুস্নবানুগা যাসমীন্গনা - "অদাব্, গুস্তাখী মুআফ্" হায়না ময়ামদা সলাম্ তৌবম্মী । ৱাহিদা মমাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফমথখিবম্মী । তবলা যেবা, যন্ত্র খোংবশিংনা মাগী-মাগী মথৌ পায়খৎনবম্মী । মতৌ অদুমা সাজ হৌবম্মী । মহাক্না ঐঙোন্দা হাইফেৎ যেংলম্লগা মক লুকথবদুনা গুহাক লেপ্লম্মী । গজল্ অমা শক্লকম্মী । লোয়ননা হুস্নাবানু মখোয় অনি পুন্না জগোই শামীন্নবম্মী । গজল্ অদুগী শৈবেং অদু 'উস্তাদ্ শেখ্ ইব্রাহীম্ যোক্' কীনি ।

*"করূঁ ক্যা, য়ার জুল্ফরে, পরেশানি নহীঁ জাতি,*
*নহীঁ জাতি, মেরে দিল্কী, পরেশানি নহীঁ জাতি... ।*
*অব্তো ঘবরাকে, য়ে কহতে হৈ,কি মব জায়েঁগে,*
*মরকে ভী, চৈন্ ন পায়ে তো কিধর জায়েঁগে,*
*তুম্নে ঠহরায়ে, অগর গৈড়কী ঘর জানেকি,*
*তুম্নে ঠহরায়ে, জো অগর গৈড়কী ঘব জানেকি ।*
*তো য়ে রাহ দে, য়হাঁ কুছ ঔব ঠহর জায়েঁগে,*
*মরকে ভী চৈন্ ন পায়ে তো, কিধর জায়েঁগে !*
*হম্ নহীঁ ৱো, জো করে খুন্ কা ঢাবা তুঝপর,*
*মরকর পুছেগা তো, খুদাহ ভী তো, মুকড় জায়েঁগে !*
*মরকে ভী চৈন্ ন পায়া তো, কিধর জায়েঁগে !*
*জব্-জো-মগরসে কি বিগবে হুয়ে হৈ মল্লাহ ।*
*উন্কো ময়খানে লে আওঁ সঁৱার জায়েঁগে,*
*মরকে ভী চৈন্ ন পায়া তো, কিধর জায়েঁগে !*
*অব্তো ঘবরা কে, য়ে কহতে হৈ, কি মর জায়েঁগে*
*মরকে ভী চৈন্ ন পায়ে তো কিধর জায়েঁগে ।।"*

মহাক্কী খোঞ্জেলদা য়ৌনা নুংহীক্লবা খোম্ছোক অমগা লোয়নবি । শৈবেংগী মনুংগী বস অমদি মহাক্কী ৱাববা থম্মোইদগী ফুদোবকপা মৈশা অমগা লোয়নবগুম তৌই । মহাক্কী খৌনাওদগী সুবগী অযৌবী খোঞ্জেল, থম্মোইগী চৈনা অনিনা তিন্দুনা, ঐহাক্কী থম্মোইদা নুং-পান্ ফাওনা যেববি । মহাক মখোল ফবতা নত্তনা তাবদা নুংঙাইবা, নুংশিবা খোম্ছোক্কী সুব অমসু লোয়নবি । মহাক্কী মীৎলুদা পিবাং শীম্বি । মী উখিনি মতাগুম লোন্না তৈথোকপা লাক্লবম্মী । মীয়ামনা "বাহ-বাহ" লাওনবকই । খবা অমনা "সুভান্ আল্লাহ" লাওনবকই । মীয়ামগী নোট চবুন, লৈ চাইবগুম লংশিন্নবকই । "অমগা

অমুক, অমগা অমুক” হায়নরকই । মহাক মশা অঁদু য়াম্না চোকথনা ময়ামদা “অদাব্” তৌরম্লগা নাদিরাবাইগী মনাক্তা ফমথখ্রে । হুন্নবানুগা ৱাহিদাগা জগোইগীদমক থৌরাং তৌরম্মী । মহাক্না ঐঙোন্দা মীৎচিনা হাইফেৎ য়েংলকই । ঐসু মীয়াম্না কোয়না য়েংলুরগা, মঙোন্দা হাইফেৎ য়েংদুনা - ‘মীয়ামগী অপাম্বদু থুংহল্লু’ হায়বগী ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী । মরুপ অহম্মদ্না ঐখোয়গী মওং অদু য়েংদুনা লৈরম্মী । মহাক্না ঐখোয়বু কুপ্না শেন্নবগী মওংনি । লোয়ননা নাদিরাবাইগী মীৎয়েংবুসু শেন্নরি । খুনীংনা থিন্দুনা চেকশিন্ননবা ঈঙ্গিৎ তৌরকই।

মীয়ামগী অপাম্বদু থুংহন্ননবা মহাক্না গজল্ অমগা অমুক শক্লম্মী । হুন্নবানুগা ৱাহিদাগা জগোই শাখ্রে । শৈরেং অদুনা মোগল্গী অরোইবা বাদশাহ্, বহাদুরশাহ ‘জফর’ গী থম্মোই শোক্না ইরম্বা গজল্ অমনি ।

*“ন কিসিকি আঁখকা নুর হুঁ*
*ন কিসিকি দিল্ কা করার হুঁ,*
*জো কিসিকে কাম্ ন আ সকে,*
*মৈ ওঃ এক্ মুস্ত গুবার হুঁ ॥*
*মেরা রঙ্গ-রূপ্ বিগর গয়া,*
*মেরা য়ার মুঝসে বিছর গয়া,*
*জো চমন্ ফিজাসে উজর গয়া,*
*মৈ উসকী ফসলে বহার হুঁ ॥*
*পয়ে পপিহা আয়ে ক্যুঁ*
*কোই চার ফুল্ চরহায়ে ক্যুঁ*
*কোই আকে সমা জলায়ে ক্যুঁ,*
*মৈ ওঃ বেকসিকা মজার হুঁ ॥*
*ন তো কিসিকা হবীব্ হুঁ,*
*জো বিগর গয়া নসীব্ হুঁ,*
*জো উজর গয়া দয়ার হুঁ ॥*
*ন কিসিকা আঁখকা নুর হুঁ*
*ন কিসিকি দিল্কা করার হু ॥”*

মীয়ামগী নোট্ ৱাই চাইরকই । পেনবা নাইদবা মীয়াম্নী । মীয়াম অদুনা ‘বাহ্-বাহ্’ ‘অমগসু-অমগসু’ হায়না লাওনরকই । যাসমীন্না ঐঙোন্দা হাইরপ্লা অমুক য়েংলকই । ঐহাক তুম্মীন্না লৈরম্মী । নাদিরাবাইনা মঙোন্দা ঈশৈ শক্লনবা ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী । মহাক্নসু ঐঙোন্দা উপাই লৈতনা য়েংলকই । ময়ামগী অপাম্বগী মতুংইন্না ঈশৈ অমগা অমুক শক্লকই । হন্দক্কী শৈরেং অসীসু বহাদুরশাহ্ ‘জফর’ গীনি । মহাক্কী থম্মোই কায়ববা শেরশিংগী মরক্তগী অরোইবা ‘শের’ অমনি ।

*"লগ্‌তা নহী হৈ জি মেরা, উজরে দয়ারমে,*
*কিসকী বনি হৈ আল্‌মে না পায়দারমে ॥*
*বুল্‌বুল্‌কো পাস বাসে ন সৈয়াদ্‌ সে গিলা,*
*কিসমত্‌মে কৈদ থী লিখি, ফসলে বহারমে ॥*
*কহদো ইন্‌ হজরতোঁসে কহীঁ ঔর জা বসে,*
*ইতনি জগহ কহাঁ হৈ দিল্‌ দাগ্‌ দারমে ॥*
*উম্র দরাজ মাঁগকে লায়ে থে চার দিন্‌,*
*দো আরজুমে কত্‌ গই, দো ইন্তজারমে ॥*
*হে কিতনা বদ্‌নসীব্‌ "জফর" দফন্‌কেলিয়ে,*
*দো গজ জমীন্‌ভী মীল্‌ ন সকী কুয়েদারমে ॥*
*লগ্‌তা নহী হৈ জি মেরা, উজরে দযারমে ।*
*কিসকী বনি হৈ আল্‌মে না পায়দারমে ॥"*

হন্দকমুকসু নোট্‌কী লৈবাং পুমচাই চাইবম্মী । শবাব্‌ মহল্‌দা নোট্‌কী মমল লৈতে, মগুণ্‌ চেন্দে । ইচম-চম্বা চেজেৎনি, লৈবাংগী মহুৎ শিন্দুনা শীজিন্নবি । কাম্‌ দেব্‌শিংনা বতিদেবীগী ধ্যান্‌ তৌদুনা, নোট্‌না লৈবাংগী মহুৎওইনা পুজাগীদমক খুজোক খুজোক পুস্পাঞ্জলি কৎনবি । অসুক থম্মোই শোকপা, অসুক ব্রাবা শৈবেংগী ঈশৈদা মীযামগী 'বাহ্‌-বাহ্‌' 'সুভান্‌ অল্লাহ' অমদি 'মবহবা' হাযবা খোল্লাওতনা শবাব্‌ মহল্‌গী মহফিল্‌ অদু পুমনীল-নিল্লম্মী । মাযকৈ খুদীং মীযামগী থাগৎ খোঞ্জেলগী খোম্বাংনা যৈবম্মী । মহাক্কী ঈশৈ লোইখ্রে, জগোইশু লেপখ্রে, যন্ত্রগী খোঞ্জেলসু তুম্মীন লৈখ্রে । বহাদুবশাহ 'জফব' গী শৈবেংসু, যাসমীন্‌গী শৈশক্কী সুবসু, থম্মোই শোকপা, থম্মোই কাযবা ঙাক্তনি । মীযাম্‌ অদুনা নুংঙাইবিবসী কবম্বা বস্‌তনো ?

ঙহাক্কী মতুংদা মহফিল্‌ লোইবে । মীয়াম অদু অমমম্‌, অনি-নি, তৌদুনা হৌগৎনখ্রে । মথং মথং চৎনখিবম্মী । খবনা নাদিবাবাইদা সলাম্‌ তৌবম্মী । মদু পুম্নমক চিবোল্‌ শোযদনা ওইগনি । যাসমীন্‌গী মাইথোং অদু পিবাংতনা থুম্মৎলে হাযবা ঐহাক ভাব্‌ তাবম্মী । মমায অদু লুকথদুনা লৈখিবনা য়াম্না শেংনমক্তি উবা ফংলমদে । মহাক্কী পিবাংদা ঐগী থম্মোই তাওথোক্কদৌবগুম তৌই ।

ঐহাক্কী থম্মোইদা মহাক্কী গজল্‌গী সুবগী প্রতিধনিতনা মায়কৈ শীন্না যৈবম্মী । মতীক্‌ মঙাল চাওনা ঙাল্লম্বা মোগল্‌ শাগৈনি । অদুবু বাদশাহ বহাদুবশাহ 'জফব' গী নীংবা কাযবতনা থল্লবা, শেহন্‌শাহ্‌ অসীনা বেঙ্গুন্‌গী জেল্‌দা মহাক্কী পুন্সিগী অবোইবা শকক লেনখিবা... ! যাসমীন্‌না শাবাব্‌ মহল্‌গী চেকপল মনুংদা লেল্লীবা...! অদুতা নত্তনা মীং ময়ামগী মিহৌবা, কল্লকপা মীংয়েং... ! ঐগী মীত্তগী পিবাং মবীক্‌ অনিদং শীম্বুখিবম্মী । মী খঙখিদনবা হোৎনবদা ঐহাক ব্রাবম্মী ।

ঐহাক ভাব্ তাহৌদ্রে। অহম্মদনা 'চৎলসি' হায়না ঐগী লেংবান্দা পায়দুনা ঈঙ্গিৎ তৌরকই । ব্বা থোইদোক্না ঙাংনদ্রে । অহম্মদকা হুম্নবানুগা কমদৌনখি, কমদৌরমগনি ? করি অমত্তা খঙহৌদ্রে । যাসমীন্গা ঐহাক্না মীৎ মরিদি মীৎচানখি । মহাক্কী মীৎলুদা পিরাংতনা ঈহৌরম্মী । মফম অসিদা লাক্লিঙৈদা থোইনা খল্লমদে । অহম্মদকী অহানবা ব্বারীদা হঙ্গোইবা পোক্লম্মী । লাক্লবা অসিদদি হৌজিক মনাক্তগী হেন্দোক্লীংদ্রে । মহাক্পু থাদোক্তুনা চৎনীংলমদে ।

থাংনীংদ্রবা খোঙ্থাংদা, তপ্না শাবাব্ মহল্ থাদোক্লম্লে । নুমীৎ অদুদা, অহম্মদনা হায়বা মরুপ্ অদুগা, শক্ খঙ্নরম্মী । মখোয় অনিগা লোয়ননা রেস্তোরেন্ট অমদা চৎমীন্নরম্মী । ঐখোয় পুন্না নুমিদাংগী দিনর তৌমীন্নরে । অহম্মদনা ঐখোয় অনিবু শক্ তাক্তুনা য়াম্না নীংথীনা খঙ্নহল্লে । ব্বারী-ব্বাতাই কয়ামুক্সু শানরে।

মরুপ অদুগী মমীং 'জল্লালউদ্দীন্ শাহ' মীয়াম্না জল্লাল্ উদ্দীন্ খাঁ হায়না খঙনৈ । সহরদা মতীক মগুণ্ লৈবা, ইনাকখুনবা, মমীং চৎপা নুপানি । ললোল- ইতিক্কী মশাগী কারবার, ইউরোপ, অমেরিকা ফাওবা শন্দোক্লী । ফেক্তরি, কল্-কারখনা কয়াসু লৈ । মপা-মপু হাক্তক্তগী নুংঙাই-য়াইফবা, অব্বাংবা থাক্কী অচৌ- অশাং মচানি । মখোয়গী মরী-মতাশিং রাজনিতিদসু মচিল চংপা, লৈপাক্কী সাসন্ পুবা কয়া য়াওরি । ঐগী মরম্দসু অহম্মদনা হান্ননা মঙোন্দা ব্বারী তৌবম্লে । ঐখোয় নৌনা শক খঙ্নবগী থোইনা কৌইনবা লৈনদ্রে ।

জল্লাল্উদ্দীন্ শাহ, য়াম্না চীঙ্ লেম্বা, পুকচেল চাওবা মীনি । মহাক্না ঐবু তরাম্না, মরুপ-মপাং ওইবগী মতৌ উৎলম্মী । মহাক নাদিবাবাইগী মচানুপী ব্বাহিদা বেগম্গা মরী লৈনরিবনি । ব্বাহিদাগী নীংথিবী শক্তমদা মহাক্কী থম্মোইসু ঐখোয়গুম্না বন্দী ওইখ্রবনি । ঐখোয় অহুমগী ব্বাখল্ থম্মোই মান্নরম্মী । থৌরাং মহৈ য়ানবা -য়ানদবদি ঈশ্বরনা তন্বদা তারে । ঐখোয়গী ব্বাখলনা উপকাবগী থবক্লী হায়নদি লৌনরম্মী । জল্লাল্উদ্দীন্, ব্বাহিদাগী শুম্মৎলাংদা থুববা থম্মোইনা, ব্বাহিদাবু মফম অদুদগী কন্দবা য়াদে খল্লী । মহাক্ শবাব্ মহল্দা য়াম্না তোয়না চৎলি । অহম্মদ মখোয় অনিনা ঐখোয়গী থৌরাং অসীগী লময়ানবনি। মসীমক, মহাকসু সমাজ সুধাবগী থবক্লী হায়নসু লৌই ।

ঐখোয়গী লম্বী অসিদা য়াম্না চাওনা পল ওইরিবসি নাদিরাবাই বেগম্নি । মহাক্কীদি জগোই-ঈশৈগী মহফিল্; শবাব্ অমদি শরাব্কী মতেংনা শেল তানবা, মসীনা কারবার অমা ওইরিবনি । অনৌ-অনৌবা মীওই, ইনাক্ কৈরাক খুনবা মহাজন কয়া মাগী লাংদা থুহনবনি । মতীক লৈবা তৌবা ঙম্বা, অচৌ অশাংশিংগী মফমদা ফজরবী শবাব্শিংবু খুদোলপোৎ ওইনা খোইচাক থাদুনা, মাগী কারবারগী লম্বী চাওনা শেম্লীবনি । নোট্না শয্যা ওইবা, নোট্পু খোঙনেৎনবা পাম্বী নুপীনি । মচা-মনাও হায়বা খন্দনা, নুপী খুদিংবু ললোনপোৎ ওইহন্দুনা মশাগীতা য়েংদুনা খুদোংচাবা লৌরিবী

নুপীনি । মীতোপ্তী থম্বু থমখিশি, মশামক্না হেক পোকচবী মচানুপী ফাওববুসু.... '

মশামক্ চহী কয়াদগী ঈবাং কৈথেল্ অসিগী লুকমায়গী ললোন-পোৎ ওইববকপীনি । মবম অদুনা মসীমক মহাক্কী মফমদদি অকৱা নত্রে । হৌনবা হৌনদবা মঙোন্দা লৈতে । অচৌ-অশাং, মন্ত্রীনচিংবগী অচৌবা পার্টিনচিংবদা মহাক যাম্না চাওনা থৌদাং লৌবিবীনি । মহাক তশেংনমক শবাব্ (নুপী) সপ্লাযবনি । মপান্ লৈবাক্তসু এক্সপোর্ট তৌবিবনি । মহাক্ জল্লাল্উদ্দীন্ অমদি ৱাহিদাগী মবী অসী খঙলবনি । মহাক্কী মচানুপীবু নোবোক্কী মশক ওইববা মফম অদুদগী পুথোকপীগে খল্লীবা, অদুগীসু মথক্তা, সমাজ অসীদা মমীং লৈবিবা নুপা অমগী মাযোক্তা ৱাং-চাওববা চেক্পল ওইনা লেপ্লী । শেলতবু মিহৌবী, ইন্দ্রিগী ঈখৌলাংবী, তৌবা ঙমখ্রবী নুপী অমনি । মচানুপীবু ফাওবা সমাজগী মায়োক্তা লৈবা, মহাক্কী কাববাব অসীদগী নাম্থোকহন্নীংদবী অসীনদি, মহাক্না যাসমীন্গা হুম্নবানুগা অমদি অতৈ নুপীমচাশিংবুদি মতৌ কবম্না... ? নাদিবাবাই অঙকপী হিংচা-যাইতম্বীনি । নুপীনি হাযবদা, সমাজগী নুপী হাযবা মিংগী কলঙ্কনি । মহাক্কী শবাব মহল্দা লাকপা মীওই খুদীংমকপু কবম্বা মীশকনো হাযবা মহাক্ খঙই । কবম্বা মীওইবু কবম্না, কবি পাম্বেনা খুবামনুংদা থমগদগে হায়বা য়াম্না ফজনা খঙই ।

হীবম অসোমদা নাদিবাবাইনা জল্লাল্উদ্দীন্দগী খুবাম্ চাওনা শেল-থুমসু লৌখিবল্লে । পুম্নমক জল্লাল্সু খঙই । খঙনা খঙনা মহাকসু অঙম তাল্লগে খন্দুনা নাদিবাবাইনা পাম্বা পুম্নমক মহাক্না হেক ঙম্বমখৈ পীবল্লে । অদুবু নাদিবাবাইগুম্বী কবাম চাওবী অমগী মফমদগী ৱাহিদাবু ফংবা তবাইবা ৱাফম ওইদ্রে হাযবসী মহাকসু খঙলম্মী । মবম্ অদুনা মহাকপু লৌনম, নমথাক তৌবগীদমক অঙম তানবগা লোযননা লমন খুম্বগী মওং ফাওবা পাল্লে হাযবা ফোঙদোবকই ।

অহম্মদতি..., মহাক্তি মীওং অমনি । শবাব্ মহল্দা, ঈথক্-ইবাংগী অমদি জগোই-ঈশৈ পাম্বগী লাকপা ওইনা, নাদিবাবাইগী মমীত্তা পর্দা অমা খল্লম্মী । হুম্নবানুগা মহাক্কগী, মনুংগী ওইবা য়াম্না হৰ্কচিন্ননা নুংশিনবিবা অসী নাদিবাবাই খঙদ্রি । খঙলম্বদি য়াই, অদুবু জল্লাল্গা ৱাহিদাগগী মবীদা খঙবগুম্নদি খঙদ্রি । নাদিবানা অহম্মদপু 'মুজবা' জগোইদা পামজবা, নুপী নহা যাম্না খোযদাজবা, নহা অমা ওইনা অদুমক লৌই । মসীমক ঐগী মকপ্ অহম্মদকী থোইদোক-হেন্দোকপা, তোপ্-তোপ্না মগুণ্ অমনি । তশেংবমক্তি অহম্মদ শক্তি অমগা লোয়নবা মীযামদগী তেঙানবা মীনি । মহাক্কী তোঙানবা মগুণ্ খবা অদুম্মক লৈজে ।

জল্লাল্ অমদি অহম্মদ অনিমক ইজ্জৎকী মতাংদা চোপ্না যাবা মীতা অমত্তা নত্তে । ঈবাং অমদি জগোই ঈশৈ পাম্বা মীওইসু নত্তে । মখোয় মিনুংশি চাওবা, মীগী অৱা-অনা খঙবা ঙাক্তনি । ঐহাক্তি মখোযগা য়েংনকব্ববদি মনাক নকউবা যাদ্রে। অদুমকপু উপাই লৈজদ্রবী যাসমীন্গী দমক্তদি থৱায় অসী থাবা তাববসু থাদোক্নম্লগে হাযনা লেপ্পবনি । ঐনা মফম অদুদা চৎপা অনিবক্তমক ঙায়বি । ঐগী মবমদা নাদিবাবাইনা কবি

খল্লমগদগে, করি খঙলমগদগে হায়বা ঐ খঙদে। ঐহাক, জল্লাল্গুম্না, হায়বদি মানা ব্রাহিদাবু নুংশিবগুম্না, ঐসু যাসমীন্বু নুংশিবদি ঙম্গনি। মহাক্কুম্না নাদিরাবু পেলহনবদি ঙম্লোই। শেল্-থুমগী মতাংদদি ঐদি করিসু লৈতবা তোল্লবা মীওইনি। করিগুম্বা ঐনা শেল থুম্ লৈরম্বা তারবসু মাগুম্বী অমদা ঐগী নুংশিজবীগীদমক শেল পীগদবা... ! ঐ মদু সুকয়া য়ানীংদে।

অহম্মদনা - "নহাক্কী নত্তৌ অসীদি ঐদি কিদুম কিশল্লক্রে। নহাকনে মফম অদুদা তোয়নকাদি চৎপা য়ারোইদৌরি। অদুম্না তৌরবদি ঐখোয় নাদিরাবাইগী মমীত্তা উৎ চাইবা কদাইদগী য়ারগদগে ?" হায়রকই।

"উৎ চাইবা-চাইদবা ঐ খঙদে। থবক্ অসী য়াম্না থুনা পাঙথোক্তবা য়াদে। মতম মাঙহনবসু সুকপাম পামদ্রে।"

"থবক পাঙথোক্লবনিনে ঐখোয়না হোৎনরিবসে। অদুবু মসিদা ঐখোয় হৈ-শিংনা চত্তবা য়াদবনিনে। নংসু খঙলীবনি, নাদিরাবাই করম্বা নুপীনো হায়বা... ! মরম অদুনা মাগী মতৌ অদুগী মতুংইন্না ঐখোয়সু থবক চৎথবা তাবনি। নংগী নীংলিবদু চুমদ্রীং চৎপদুদি কদাইদগী য়াগদগে ?"

জল্লাল্না -"মরুপ্ অনিক্কী মফমদা ঐনা হায়নীংবদি, নাদিরাবাইবু করিগুম্বা মওং অমদা, মরাল অমগী লাংদা থুহল্লবা... ! ঐখোয়না নীংলীবা থবক অসি লায়না পাঙথোকপা য়াগনি। মহাকপু লাংদা থুহন্দুনা জেলদা থমখ্রবদি ... ! মহাক্না জেলদগী থোরকপা মতমদদি ঐখোয়গী ফিভম চপচানা তাবা ঙল্লগনি। মতুং অদুদদি মানা করিসু তৌবা ঙল্লরোই।" হায়রকই। অদুবু ব্রাফম অসী ফল্দি তাদে, মমৈদা মসীগী মতাংদা, মহাক্না থোকপা ঙম্লনবা তৌরগে হায়না দাই লৌখিরম্মী।

"ঐহাক মাবু শোয়দনা ফাহনগনি। মহাক্কী অসী হেনমল্লবনি। আইন্গী ব্রাংমদা মহাক থবক কয়া তৌরিবনি। মসীগী দায়ীত্ব পুম্নমক ঐনা লৌগনি। মরুপ অনিমক ঐবু অতোপ্পনি খনবীগনু, পোকমীন্নবা ইচীল-ইনাওমক্কী হায়না খন্নসি। হিরম খুদীংমক্তা, শেল-থুমগী মতাংদসু ঐহাক্না ঙম্বমখৈ মরুপশিংগী মতেং পাংজগে। মরুপ অনিবু ঐনা হনথনা খঞ্জবা নত্তে। মরুপশিংগী ওইরিবা ফিভমশিংগীদমক য়েংদুনা ঐনা ঙম্বা তৌজগে হায়জর্বানি। ব্রাখল লান্না খনবীগনু। মরুপ অনিগীদমক ঐগী ঙমজবা মতেং পাংজগনি।" হায়নসু পুকচেল চাওনা হায়রকই।

"থবক অসী অথুবা মতমগী মনুংদা তৌবা তাবনি। নুপী খরা আরবলোমদা থাগদবগী থৌরাং পায়খৎলে হায়নসু তায়। করিগুম্বা মখোয়বু থাখ্রবদি.... ।?" ব্রাফম অসীনা ঐখোয়গী থম্মোইদা চৈনা পীরম্মী।

ঐখোয় অহম্মক চপ মান্নবা স্বরমপী শংনা হোন্নরম্মী।



# (১৩)

ঐহাক অহম্মদকী জেনরেল ষ্টোরদা চৎলম্মী । মহাক্কী ওফিসকী কা অমদা চান্দবীবীগা ঐখোয় উন্নরম্মী । চান্দবীবী, মতম অমদা মপা লৈতনা ফজবী অমা ওইবম্বগী খুদম হৌজিক ফাওবা লৈরি । ঐগী ব্রাখলনরা, নাদিরাবাইদগীদি মহাক্না য়াম্না হেন্না ফজে । পুক্নিনা কবেম্নবীরবী অমগুম্নসু উই । অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ কয়া মায়োক্ন-রক্নবী অমগুম্না চোকথববী মাম্নী । অদুমকপু মোং-হাদ্রবী ঈশিংগী ঈমায়গুম্না চীঙ-লেম্মী । ব্রাখলগী শাথীববা পোৎলুম অমা পুবগুম্নসু উরি ।

মহাক্না ঐঙোন্দা য়াম্না ইংনা হায়রকই - "ইবুংঙো, ইমা ঙসিদি নঙোন্দা ব্রা খরা হায়গে ।" ব্রাহে খবা অসী মহাক্না মৈতৈলোন্দা ফজনা হায়বকপদা, ঐহাক শ্বাই লাওই। ইমালোল তাদবা কুইববনি, ঐহাক ইঙক-ঙকই । ঐনা চিংনখিবা অদুমক অচুম্বা ওইবমলেদনা... ! মৈতৈনুপী অমনা কবম্না শাবাব্ মহল্দা লৈবল্লীবা ...? ঐহাক পেন্দবা, শাওনীংবা, নুংঙাইতবা, ইকাইবা, পুম্নমক্না অমুক্তদা পুল্লপ্না থম্মোইদা নৈবকই । অমবোমদা ইথক্তা শাথীনা ইকাইজবম্মী । ঐহাক ব্রা ঙাংদনা ফনা কুইনা লৈবম্মী । মতৌ করম্না মসীবু...?

ঐগী ইতৌ য়েংলগা মহাক্না মখাতাবকই "ইবুংঙো, নহাক্না ইমাবু যাম্না তৌবা ঙম্বী, লমচৎ নাইদবীনি খল্লমগনি । খনফমসু থোকই ... । মসীমক সমাজগী তৌবা ঙম্বা মীওইশিংগী খুৎশেম্নী । অদুবুনে, ইমানা কনাদা দোষ পীরুগনি ? পোকপদগী লাইবক থীদুনতা লাক্লবীনি । উপাই লৈত্রবী, তোল্লবী অমগী পুক্নিবু সমাজগী য়াইতোং-ফমদোংবশিংনা খোঙগাওনবীখির্বনি । পাঙ্গল শোল্লবী, তোল্লবী অমনা কনাদা করি তৌরুবা ঙমগনি ?" মহাক অদুক্কী মতীক থম্মোই শোক্না, নীংঙমদবগা লোযননা হায়রকই । মমীত্তগীসু পিরাং লেপ্তনা শীন্থরকই ।

"ইমা লাইবক্তা তমপ্রবদা করিদি তৌগনি । থোইনা হেন্না অব্রাবা ব্রাখল খনবীরুরনু । নচাবু করি তৌজৌ হায়বগে ? ঐনা তৌবা ঙম্বা, পাংবা য়াবা তেঙবাং পীজগে । চিংনদনা হেক্তা হায়বীযু ।" হায়না ঐনা হায়রম্মী ।

"নহাকপু অহানবা হেক উবা নুমীত্তা, নঙোন্দা ব্রাবী শানীংবনি অদুবু ...।"

"ইমানা তাকপীনীংবা পুম্নমক ঙসি নচাদা তাকপীযু ।"

"নহাক্না শবাব্ মহল্দা লাকপা অসী ইমাদি চুমদে হায়না খল্লী । নহাক্কী মরুপকা নখোয়না খল্লীবা ব্রাখল অদো থাদোকপনা ফগনি ।" হায়বকপগা লোয়ননা স্বব মপী শাংনা হোল্লম্মী । মখোলসু নীক্লম্মী ।

"ইমানা তাকপীরিবা ব্রাফম অদু.... । অদুবু ইমা মসী ঐহাক ... ।"

"মৈতৈ সমাজনা, মণিপুরনা, নখোয়বু কৈদৌঙৈদসু য়াবীরোই ইবুংঙো ।"

"সমাজনা য়াবা-য়াদবা, ঐহাক্না নীংলিবা অসী থাদোকপা ঙম্লরোই ।"

"নহাওইবগী ইনখৎলকপগী ৱাখলনা, তুংগী শাংলবা পুক্সি লমশাংগী খুদোংথীববু নশানা খঙনা মায়োক্নননবা থৌরাং তৌরিবা অদুবু ৱাখল লৈবনি হায়বা য়াগদ্রনে ? মুন্না অমুক্তা খন্থখো ইবুংঙো ।"

"তুংগী খুদোংথীবগীদমক কিদুনা, যাসমীন্বু ঐহাক থাদোকপা ঙম্লরোই ।"

"ইবুংঙো, পুন্সিগী লম্বী অসিদা খুদোংথীবা কয়ামুক লৈনে । নং ৱাখল অমুক্তা খনথখোনে কৈদৌবগে । সমাজগী ৱাফম থমখিসি । ইমা-পাবুংগী নীংবা কায়হনবা নহাক পামলম্লোই । মখোয়না নংগীদমক কয়াম্না খল্লমগনি ? "

"অচুম্বনি ইমানা তাকপীরিবা অদু ..... । ইমা অমদি পাবুংগী আশা কায়হনবদি ঐহাকসু পামজদে । অদুম ওইদুনসু ঐহাক যাসমীন্ অমদি হুস্নাবানুগীদমক খনবদা, লম্বী অসিদগী অমুক হন্দোকপদি ঙম্লবোই । হুস্নাবানু, ৱাহিদা ইচলগুম্বী ঙাক্তনি । মখোয়বু কবম্না মফম অসীদগী কনবা ঙমগদগে হায়বা অসিনি ঐখোয়না খল্লীবা ... । অদুগা ঐহাক যাসমীন্গীদমক্তদি থৱায়-ফাওবা থাদোকপসু করিমতা চিংনবা লৈতে । অশেংবমক্লী ইমা । মসী থম্মোইগী ৱাফম্নী, সমাজগী চৎনবোলদি নত্রে ।"

"কবিনোনে ইবুংঙো নংনা হায়বীবা অসীবো ? নংবু ঙাওরবরা ? মসীবু কবম্না য়াগদগেনে ?"

"কবিগী য়ারোইদৌবিবনো ? হোয়, ঐ ঙাওরে, অদুবুনে ইমা ! ঐহাক যাসমীন্গী ফজবা শক্তা ঙাক ঙাওবদি নৎচদে ।"

"নত্তেনে নংবো ... ! ওক্তবী মকোন্দগী জগোইশাবী অমবু, নংনা কবম্না মণিপুর সমাজদা পুশল্লুগদৌরিবনো ? মদু খক ওইবা য়ারোইনে । নহাক লাইরিক-লাইশু হৈববা, জ্ঞান্ তারবনি, অদুবু ৱাখলদি খন্দ্রেনে নত্রা?"

"ইমা ঐহাক য়াম্না খঙরে সমাজনা থওইবীদ্রবী অমবু নুংশিরুবা, মখোয়বু কন্ননবা হোৎনবদা থেংনগদবা খুদোংথীবা পুম্নমক মায়োক্নরগে হায়না ঐহাক চপ চানা লেপচরবনি। মসী ঐহাক্কী অরেপ্পা ৱাখলনি ।"

"নহাক, মপাম্বোংগী ফজবা শক্তমদা ঙাওদুনা, অফ-ফত্ত, হৌনবা-হৌনদবা, সমাজগী চৎনরোলনচিংবা করি অমত্তা খল্লরোই অসীরা ... ?"

"মীওইবগী মিনুংশি, তোল্ল-তারবগী তেংবাং অমদি সমাজনা খোঙগাওনরবী মখোয়বু কনবা ঙম্বা পাঙ্গল, থৌনা অদু ইমানসু পীনবীয়ু ।"

"ইবুংঙো, নহাক্না শাবাব্ মহল্দা লাক্লীবা অসী অনিরকখক্তা ঙায়রি । নহাক যাসমীন্বু করিসু খঙদ্রি । নহাক, মহাক্কী ফজবা শক্তা কক্ঙাওরে নত্রা ?"

"ইমা, ঐহাক যাসমীন্গী ফজবা শক্তা ঙাওবা নৎচদে। হোয়্, মহাক্কী ফজবা শক্তা ঙাওরে হায়না লৌবীরবসু লাম্দে। ফজবা শক্তা ঙাওরোইদবগী মরমসু লৈতে। লানসু-লাম্দে...। অদুবু ঐহাক মাবু থম্মোই শেংনদি নুংশি।"

"নহাক মাবু নংগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইরগে হায়বসী তশেংনা লেপ্লেনে ?"

"ইমা, ঐহাক তশেংনা লেপচরে।" হায়না ঐনা তপ্না খুল্লম্মী।

ইমা, য়াম্না কুইনা ৱাখল খন্দুনা তুম্মীন্না লৈরুরগা - "ইমাগী ইবুংঙো, য়াম্নদি লুখ্রেদা... ! হে ঈশ্বর করম থোক্লগবা ! নহাক্কী ৱাখলনা অদু য়ৌরমগনি হায়বা ইমাদি খল্লুদে। থাসু থাজরুদে। ফরে, নংনা অদু য়ৌনা খল্লবা অমদি লেপ্লবদি, কমদৌগনি। য়েংওই, ইমা ৱা হায়গে। যাসমীন্-হায়বীসে য়াম্না ফগ্রবী নুপীমচানি। অসুক য়াম্বা লৈরিবশিংগী মনুংদা মাদৌনা ইং-তপ্না য়াওদে। হুস্নবানু, ৱাহিদা, মখোয় অহুমক অসী ইমানা খবা নকশীন্না, ইচাদা-ইচাগুম্না খন্দুনা শেন্নরক্লীবনি। মখোয়সে মবায়বক থীরবীশিংনি। মখোয়তসু নত্তে, মরায়বক থীরবী কযা অমসু লৈরি। অদুম- ওইনমক মখোয় অহুম্বু ইমানা খরা হেন্না নুংশিরুবে হায়বা তাই। নখোয় মরুপ অহুম্বুসু ইমানা থাগৎনীংই। নখোয়গী পুন্সিনা য়াইফবা, মঙ্গল ঈশ্বরনা পীনবীসনু।"

"ইমাগী নতেং মতম পুম্নমক্তা পীবীগনি হায়নসু থাজে অমদি আশা তৌজে।"

"ইমাগীদি, নখোয়নবু অদু য়ৌরবদি, ইমাগী থৱায় থাববসু, নখোয়গী নতেংদি শোযদনা পাংলগে হায়না লেপ্লবনি। অদুবু ওন্থোক্লুদি লুখ্রেদা ইবুংঙো !"

"নীংববু কল্লবা, অরেপ্পা পুক্লীংনা হোংদ্রবা, ঐখোয় শোয়দনা মায় পাক্কনি।"

"অতৌদি অরায়বনিনে। তুংদা মায়োক্লগদবা ময়াম অদুনিনে লুরিবদি ... !"

"পুম্নমক অদু ঈশ্বরনা তম্বা লৈরমগনি। ঐখোয়গীদি অরেপ্পনি।"

ইমানা অহম্মদতা - "ইবুংঙো অহম্মদ, ইমা ৱা অমদি হাযগে" হায়বকই।

অহম্মদনা - "করি ৱা ওইবীববনো ইমা ? "হায়না হংলম্মী।

"নংগী মরুপ অসীগী ফিভম অমদি সমাজগী চৎনবী ইমানা লোইনা খঙই। মসী ইরায়-লায়বা ৱাফম অমা নত্তে। মহাক্কী সমাজনা, মহাকপু শোয়দনা ইম্থোক্কনি। অহল -লমন্নসু মখোয়বু চঙহল্লোই। মতম অদুদা নংগী মরুপ অসী করি ওইগনি ? কদাইদা চৎকনি, করি তৌগনি ? করি চাগনি, কদাইদা লৈগনি ?"

"ইমা, ঐহাক মাগী মরুপনী, ঐখোয় অনি পোকমীন্নবা ইচীল-ইনাওদগীসু হেল্লবনি। ঐগী লৈজবা পুম্নমক অসী মহাক্কীসুনি। মসীদা ইমাগী করি চিংনবীবা,করি করম্বা থাজবীদবা লৈবীরিবগে ?"

"নহাকপু থাজদবা নত্তে। নখোয়গী থবক অসীমক সমাজ অসীনা হরাওনা য়াগদবা নত্তে। নহাক্কী সমাজনসু য়ারোই। অদুনা নহাক্কীসু অদু মঙাই। নহাক্কী নয়াম্বনা,

অম্মিজান্না নংবুসু চঙহল্লোই । নহাক্কী সম্পতিগী হক ফংবা-ফংদবা, মদু আইন্‌গী ৱাফম্নী । অহানবদা নখোয় ঠিকানা অমা লৈতবা য়ারোই । নখোয় চাদবা-থক্তবা য়ারোই। সমাজগীসু, ইমুং-মনুংগীসু মায়কৈ খুদীং, হীরম খুদীংদা খুদোংথীবা কয়াসু মায়োক্ল গদৌরিবনি। খুদোংথীবগা লোয়ননা সমাজগী মীনোক মৈশা.....! ”

“ইমা মহাক্কী খুদোংচাদবা কয়া লৈবা য়াই । মহাক্না য়ানীংদবগীদি ঐনা নম-হাবদি তৌরোই । ঐনা ঙম্বা মহাক্কী মতেংদি ঐগী লৈরিবা পুন্নমক্তা মহাক্কীসু হক্‌নি।”

“ফরে-ফরে, মঙ্গল্‌ ওইবা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌসি ।”

ঐখোয় অমুক তুম্মীন-তুম্মীন লৈনরম্মী । ঐহাক ইমাগী মরমদা খঙনীংবনা পোৎথাফম খঙলমদে । ঐহাক্না “ইমা, ৱারৌবদি তৌবীগনু, ঐহাক করিগুম্বা অমত্তা....?” হায়না, খঙনীংবনা হেনমন্দুনা, ইকাই-ইকি পূম্বা নমহৎতুনা হংলম্মী ।

“করিনো ইবুংঙো করি হায়বগে ?” হায়না ইমানা ঐঙোন্দা য়েংলকই ।

“ইমা, ব্যেবহারর্দি থোক্তে অদুবু..., ইমাগী অৱা-অনা, খুদোংচাদবা, ৱারী অদুর্তদি নচাদা অমুক্তা খঙহনবীয়ু । নচাবু অতোপ্পা অমনি খনবীগনু । করিমতা চিংনবা, হঙ্গোইবা তৌবীগনু । ইমাগী ৱারী খঙজনীংবনা ঐহাক পোৎথাফম খঙদ্রদুনাতৌরবনি । নচাবু লায়সু খনবীগনু । অতোপ্পনি হায়নসু নীংবীগনু । ” হায়না ঐনা হায়জরম্মী ।

“ইমাগী মথোঙ-মরম খঙদ্রবা পুন্সি অসীগী ৱারী খঙলুরগা করিবু কান্নগদগে ইবুংঙো ?” হায়বগা তুম্মীন্না লৈরম্মী । ঐহাক্না য়াম্না কন্না হায়জরম্মী । তক্লবা য়াবমখৈ তক্লরম্মী । “ইমা, অৱা-অনা, খুদোংচাদবা, অৱাবা ৱারী হায়বসী মীঙোন্দা লীথোক্লগা, পাও তন্নগা, অৱাবা অদু খরা ময়েংতাই হায়নবসু লৈ ।” অদু ফাওবদা ইমানা ময়াদ্রবদা - “ইমা, ঐহাক ইমাগী কনাসু নত্তে, লন্নানবনি হায়দুনা ইমানা ঐবু থওইবীদ্রিবা নত্রদো ?” হায়রম্মী । ইকাইবা, পুক্নীং নুংশিবসু পোকই ।

ঐগী ৱাহৈ অদুনরা, নত্রগা করি খল্লুবদগীনো খঙদে । ইমানা - “ইবুংঙো, নহাকপু ইমানা লন্নানর্বনি হায়না খনখিবা লৈতে । নহাক, ইমাগী য়াম্না নক্লবা মীশক্নী হায়না খল্লীর্বনি । ফরে, নংনা হংলর্বনিনা, ইমাগী ৱারী অসী লীরগে ।” হায়দুনা ইমানা মশাগী পুন্সিগী থৌদোক-ৱাথোক্কী ৱারী ইকাইবা, হঙ্গোইবা থাদোক্তুনা অদু লীরক্লম্মী।

“ঐহাক ইম্ফাল সহরদগী মাইল মঙা-তরুক লাপ্পা খুঙ্গঙ অমদা পোকই । পীক্লিঙৈদা ইমা কায়নখি । পাবুংনা ইমা য়াওদনা ঐবু য়োক-থাকপদা অৱাবা কয়া মায়োক্লখি । ঐখোয়গী পাবুংদু ইনাক য়াম্না খুনবদি নত্তে । অদুম ওইনমক মচীঙ্গাক কাবক চাজবা মীশক্নী । কৈরোল লৈকায়না য়াম্না চাল্লী । লৈকায়গী ময়াম্না শীনবীদুনা, ঐবু য়োকপদা মায়োক্লরিবা অৱাবদু কোক্লনবা, ইমা অতোপ্পী অমা লুহোংলে । ইমাতোপ্পী অদুনা, ঐবু য়োক-থাকপদি লায়রদুনা, ওন্ন-তৈনবা ঙাক তৌই হায়নৈ ।

ঐনা জ্ঞান্ তাবকপদগী ঙসি ফাওবা অৱাবা নত্তনা, নুংঙাইবা অমত্তা খঙলক্রি । ইমা অতোপ্পীগী শবে খাঙবদা শাথীনা অৱাবা কযা মায়োক্লখি । পাবুংদি ঐগীদমক খনবদা হায়নীংঙাই লৈতনা ৱাজখি । মীযাম্বা 'লুহোংলম্মদবনা হেন্না ফবস্মী ।' হায়না ঙাংনখি । পাবুংনা ঐবু ইমা-ইপা অনিমক শক্লা য়োক্লকখিবনি। ইমাতোন অদু থবক মনা অমত্তা শুবমদে । নুমীৎ চুপ্পা কে-মৌদুনা, লৈকায় কোযদুনা লৈ । ইমুংগী ৱাইবম-কোল্লীক, চাক-ঈশিং থোংবা ফাওবা তৌবমদে । ঐহাক্লা পুংকক চাওবকপদগীদি পুন্নমক ঐহাক্লা তৌবে । ইমাতোন অদু মহাক্কা হান্ননা যানজবা নুপা অমা লৈবস্বা জাৎনি। মনেনা শেল লৌবগা, মমা-মপাবু যাহল্লগা, পাবুংদা লুহোংলকপনি হাযনৈ । ঐখোয পাবুং মচিঞ্জাক চাবা, অফবা মীশক অমা ওইবনিনা অহলশিংনা যাবদগীনি হাযনসু হাযনৈ। অদুগীসু মথক্তা ইমাতোনগা যা-নজবা নুপা অদু যাম্না ওক্তবা মীশক ওইবস্মী । ইমাতোননা পাবুংদা, লুহোংলকপা মতমদা, মহাক হুবানবগী কেস অমগীদমক জেলদা লৈখিবস্মী ।

নুপী অতোপ্পী থিবগা পাবুংগী অৱাবা হেনগৎলস্মী । মীনা হাযনৈ, ঐবু যোকপসু পাবুংগী মথৌ, অদুগী মথক্তা অতোপ্পীগী শবৈসু ...' ইমুং মহী লাঙদনবা পাবুংনা নুপা-নুপী অনিমক্কী থবক তৌবস্মী । ইমাতোন্দুনা মহাবাণীগুম্না মকে-শেমদুনা লৈ । পুন্নমক অসী ঐনা জ্ঞান্ তাবকপদগী ঐহাকসু খঙলস্মী । পাবুংনদি ইমা মশক খঙহৌদ্রবী ঐবু যাম্না লুনা তৌই । লাইবিক-লাইশু তমহল্লি । ঐহাক লাইবিকসু ফনা হৌবকই । যাম্না খঙগন-হৈগল্লী । ঐহাক মীকী লাইকিদে । ইমাতোর্ন্নদি ঐবু যাম্না ওৎ নৈবস্মী । পাবুং লৈতবা মতমদদি মহাক হিংচাবীগী শক্লোন লৌবকই ।

ঐহাক ক্লাস আইট কাবে । মতম অদুদা ইমাতোনগী ফত্তবগী চাং খংহেন-হেনগৎলকই । চাওবৈ কনবা ওইদুনা মতাং অদুৱাইদা লৈশাবী মপুঙফাবী অমা ওইনা উবে । খুদোংচাদনবসু ইমাতোন্না নোংমা নোংমগী চক্রি হাপকৎলকই । ইনখৎলকপা মতম্নী, অদুবু নুংঙাইবা হাযবদুদি মশক খঙজবমদ্রে । মবক অদুদা ঐখোযগী ইমুংসু খবা হাইথবে । হাইথবগী মবমসু ইমাতোন্নী । মহাক্কী মবী লৈনবা নুপাদু জেলদগী থোবক্লস্মী। মৌপৱানি হাযজীন্দুনা য়ুমদা তোযনা লাকই । শেল তোযনা লৌবস্মী... পীবস্মী । নোংমা মখোয অনিনা শেল পীবা, লৌবতা নত্তনা, মীওইবগী লমচৎকী ৱাংমদা নত্তবা শাজৎ চৎলম্বা, ঐহাক্লা থেংনবস্মী । ঐনা থোইনা যেংশনবগী থেংনব্বসু নত্তে । নুপা অদুনা থওই-উশীত্তবা হেন্দুনা ঐগী ইমাঙদা থওইনা ঐবু খঙননবা শীনবনি । মদুদা ঐনা ৱাহে অমফাওবা হাযজবসু নত্তে । ইথন্তা ইকাইজবনা চেঞ্জববনি । ঐহাকপু মখোয অনি চঙদুনা শা-ষনগুম্না ফুবীখি । ঐহাক খাঙবদা শাথীনা ৱাবীস্মী । নোংমা ইখঙ-খঙহৌদনা পাবুং লৈখিদ্রে । ঐহাক্কী ওইনদি চীঙ নীংখাযদুনা ননবা, বজ্র তাবকপদগী হেন্না শাথীববা

অৱাবনি । পাবুং লৈখিদবদগীদি মখোয়না ওৎ-নৈবসু হেনগৎলকখি । ইথন্তা শিরসিরা হায়বা ফাওবা খল্লকই । মদুমকসু হেক ঙমদে । পাবুংনা লৈখিদবদুসু ইমাতোন্না হু পীজদুনা হাৎপনি হায়বা কোন্না খঙলকখি । পুম্নমক খঙনা-খঙনা উপাই লৈতে । ঐগীনি হায়বা লেপ্পীনবা কনাসু লৈখিদ্রে ।

মতমদু পাবুং লৈরিঙৈগী ৱানী । নোংমা, পাখং অমবু উরুবদা থম্মোইদা কৈনো'মা তৌখি । মতাং অদুদদি নুংশিবা হায়বদু করিনো খঙদে । মাবু উরুবদা কৈনো 'মা তৌদুনা ঈরাঙ-লাঙবগী ৱাতনি । থোইনা ভাব্ তাবা নত্তে । মদু নুংশিবা হায়বদু ওইবা তাই... । মরক-মরক্তা ঐখোয় উন্নরম্মী । মহাকসু তোয়না-তোয়না লাকই । ঐহাক মাগা উন্নবগা পঙনুংত-নুংঙাই । উন্নদবা নুমীত্তদি ইহৈ -হৈনীংদে । মহাক্কা উন্নরগা, ৱারী শারগা, ঐহাক্কী অৱা-অনা পুম্নমক কাওবগুম তৌরম্মী ।

ঐহাক্কী লাইবক থীবনি । মরক অদুদা মহাক, অহল-লমন্না হায়ন-শীঙনদুনা, ইনাকখুনবা, অচৌ-অশাং ইমুংগী লাইরিক হৈবী, মশক-মতৌ ফজবী নুপী অমগা মহাক্কা লুহোংখ্রে হায়বা পাউ তারম্মী । পাও অদুনা ঐবু য়াম্না শাথীনা নৈখায়বীবগুম তৌখি । ঐহাক শাথীনা নীংবা কায়খিরম্মী । য়াম্না কপখি, শিরসিরা হায়বা ফাওবা খনখি। ইমাতোন্না ফুবা চৈবদা ফাওবা কপত্রবা ঐনি । নুমীৎ অদুদা শাথীনা কপখি । ফোংনা কপ্পা য়াবসু নত্তে, লোন্না কপখিবনি । নৌরিবীগী ৱাখলনি, থোইনা অফ-ফত্ত খল্লুদনা শাওনীংবা অমসু ফাওরকখি । শাওনীংবদগী মাবু য়াম্না থীনা চৈদুনা চিঠি অমা ইখি । মতম্না মীওইবা খুদীংমক অহোংবা পুরকপা মশানা তাবনি । অৱাবা মরক্তদা লেল্লক্লবনিনা অৱাবা খাঙবসু হৈনরে । মহাকপু নুংশিজরুবগী মৈচাক খাঙবা তাখরে । মসীনা ঐগী লাইবক্লী খনবা তাখি । লাইবক্তা তাইনবা নত্তনা করি উপাই লৈ ? চহী অনি হেন্না লোয়নরক্লগা ...!

পাবুং লৈখিদবা চহী ফাদ্রি । থা মঙা-তরুক্কী অদুৱাইদা ইমাতোন্না মাগী নুপা 'দু পুশল্লক্তুনা য়ুমগী য়ুম্বু ওইররে । মখোয় অনি চঙদুনা ঐঙোন্দা হেন্না ওৎ-নৈবা হৌরক্লে । ইমাতোন্না ইমুংগী থবক পুম্নমক ঐঙোন্দা থোনগৎপতা নত্তনা মাগী চৈরাক হেঞ্জিল্লক্লম্মী । মাগী চৈরাক্তী মহৌশাগী-মহৌশানি । ঐ থোইনা চিংনদে । সম্পতিগী মতাংদা মাগী মমীংদা পুম্নমক ওনশিন্নবগী শরৌ হৌরক্লম্মী । পাবুংনা ঐঙোন্দা পান্দুনা থম্বীরম্বা লৌ ইংখোল, আইন্না নিয়ম্ চুন্নবদি ঙসিসু লৈরমফম থোকই। ঐগী নক্লবা মরী-মতা লৈতবনিনা মদুদি ওইররোই । কনানা লৌরমগনি খঙদে ।

ইপা অতোম্বা হায়গদ্রা, করি হায়গদবনো ? মশক্লগা থীবনে, মরমচৎকা ফত্তবনে, নুংশিখিদ্রবা নুপা অদুনা, মথোৎ কারকপী ঐবু মিহৌবা, ঈখৌলাংবগী মতৌ অমা উরকই । মতম অদুদা ঐহাক ক্লাস টেন থাগদবনি । মখোয়না ঐবু পরিক্ষাসু থাহনখিদ্রবনি। মাগী খুদোংচাবা লৌননবা, ঐবু লাকশন্ননবা শরৌশিংনবা হৌরে হায়বা ঐহাক ফজনা

খঙলক্লে। মফম-মতম্না মীওইববু ব্রাখল হেন্না খলহল্লি। ঐহাক ককঙাওনবা, চমন্নবসু হেল্লম্মী। অচুম-অরাল, অফ-ফত্ত লেপ্পসু ঙন্নক্তবা মতাংসু য়াওরকই। লম্বী লান্না লমজীংলকই। ঐহাক শিরগে হায়না কন্না খল্লক্লে। অদুবু মদুসু হেক ঙম্বদি নত্তে। পাঙদবনি হায়গদ্রা ? শিবা হায়বসী ইরায়-লায়দে।

অসুম্না ব্রানা মতম লেল্লকখি। লাইবক ফবা হায়গদ্রা, নুপা অদু হুরানবগী কেস অমদগী ফাদুনা জেলদা অমুক লৈখ্রে। ইমাতোন্দু শাথীনা ককঙাওনরম্মী। ঐবু ওৎ-নৈবদি খরা হনখ্রে। ঐহাক স্বর খরদং হোন্দোকচরম্মী। অদুবু পঙকুই কুইরমদে। নুপা অদু মাগী মিয়াদ থা তরুক শুবদুনা জেলদগী থাদোরক্লে। কুইদে, মহাক হেক লাকপগা মখোয় অনি চঙদুনা ঐঙোন্দা ওৎ-নৈবা হৌরকই। ইপা অতোম্বা অদুনা ঐবু ফংননবা য়াম্না কন্না হেক্তা হোৎনবক্লে। অদুমকপু ঐহাক ব্রানা নাথৈদুনা থা মঙা-তকক অমসু লেল্লক্লে।

নোংমা ঐবু কোযবম্বা নুপা অদু কার তোংদুনা লাক্লম্মী। ওফিসাব ওইরে হায়না তাখিবদু চুম্মী। মহাক, লুহোংখিবদগী ঐগা অমুক্তসু উন্নখিদ্রবনি। চহী তরুকলোম হায়বক্লবদা, নুমীৎ অদুনা অহানবা উন্নবনি। ঐনা ঈশিং শোকপা চৎপদা পুখ্রি মপান্দা উন্নবম্মী। ঐহাক মাবু উবদা শ্বাই লাওই। অদুবু খুদক্তুদা শাওনীংবনা হেঞ্জিল্লকই। মাগী মমাযদা তিন্দুম শীৎশিরা খল্লী। মতম কুইনা উন্নকদ্রবা মতুংদা উন্নবনি। মাগী মশক উকরগা, মতৌ য়েংলুবগা শাওবসু ঙম্লমদে। মসী ওইবা তাই নুপীগী অশোনবা, অশোয়বা, পঙথবা হায়বদো। তশেংনা ঐহাক ককঙাওনবম্মী।

তৌশিন্নরিববা, অওইবরা ? মহাক্লা ঐঙোন্দা কপ্পুনা হাযজবম্মী অহল-লমন্না নমদুনা লুহোংখিবনি। উপাই নৈতবনি হায়বনচিংবা কয়া হাযজবম্মী। লুহোংবা মতুংদা ত্রেনিং চৎলুরে হায়। চুম্বা লানব্রা থোইনা খল্লুদে। মানা কপ্পদু উবদা নুংঙাইতে। অওইবমক্লা, তাৎ তৌরিবরা খঙবা ঙমদে। মহাক্লা অদুক্কী মতীক নুংশিনা অমদি শাংনা ঙাংখ্রে। ঙাংবমখৈ ঙাংলবা মতুংদা, ঐ নংবু থাদোক্লোই, হায়বনচিংবা কয়া হায়রম্মী। শাওবা ফননবা য়াম্না থেল্লম্মী। ঐবু হৌজিকমক চৎলসি হায়না কন্না হেক্তা তক্লরে। ঐ অহানবদা য়ারমদে। মমৈদদি, ইপা অতোম্বা অদুনা শরাক তমখিগদবগী শরুকপুদি, মাগী অতোম্বী ওইবনা ফবগদ্রা খল্লম্মী। অতোম্বী ওইবগী ব্রারবসু, হৌজিক ব্রারীবা অসিদগীদি শাফরগনি খল্লদুনা, মতুং অদুমক ইল্লে।

নুপা অদুনা ঐবু মাগী ময়ুমদা পুবগী মহুত্তা, মমান্নবগীদা পুরম্মী। মরক অদুদা চৎনবী, হৌনবী পাও হনবনচিংবা করিগুম্বা অমত্তা তৌদে। নুপা ময়ুমদসু পুশনবীদে। মখোয়গী মী অমফাওবা ঐখোয়বু উন্নবা লাক্তে। অরাপ্পা খুঙ্গংগী মমান্নবগী য়ুম অদুদা লৈরম্মী। ইমাতোন্নসু থিরক্তে। মদুবুদি করিসু খল্লে। নুপাময়ুম্না হন্না য়েংবীদবদু ঐ য়াম্না নুংঙাইরমদে। ঐখোয়না লৈরিবা ইমুং অদুগী মীওইশিং অদুতা মঙায়রে ঐগীদমক্তা

ৱাবীরিবা... । মখোয়না লুনা-চান্না তৌবীবা অঁদুতনা ঐহাক খরদং পোৎথাজরম্মী । নুপা অদুসু মঙানি-তরুক্নি লৈরম্লগা হেক চৎখি । হাগ্তা অমা-অনি হেক হল্লক্তে । অসুম্না মফম-মরাং খঙদবা মওং অমদা ঐহাক থা তরুক-তরেৎ লেল্লম্মী । মসীবু য়ুম পানবগী নুংঙাইবা হায়বদুরা ? ইকু-ইনেমগী সেবা তৌদুনা, সমাজগী চৎনবী ঙাক্লা লৈবা হায়বদু ঐগী লাইবক্তা ফংলরোইদরা হায়না চিংনবা পোক্লক্লে । নুপীবু নুপানা করিসু ওইনা খন্দে, শান্নপোৎকুম খল্লী হায়বসে মতাং অদুৱাইদা ঐগী থম্মোইদা ফাওরম্মী । উপাইদি লৈতে. মাগী য়াকা য়েংবা নত্তনা ঐনা করিদি তৌবা ঙমগনি ? ঐগীদমক পাম্বোম তিংবীনবা কনাগুম্বা জিবা অমত্তসু সংসার অসিদা লৈবা নত্তে । মহাক্লসু ঐবু মাগী ওইনা ... ! অতোম্বী ওইরবসু ময়ুমদা পুশনবীবগী মাগী মথৌনা লৈতে হায়বা খঙলে । শাথীরবা পুক্সিগী চৈনা অসুমক খাংবা তারে । মসীরা ঐগী পুক্সি খনবা হৌরকখি । নোংমা-নিনি লৈরম্লগা চৎখিবগা হেক্তা লাক্তে । ঐগী মপোক অসীবু করিনি হায়সিগে ? মসিবু য়ুম পানবগী মতৌবা, নুংঙাইবা হায়বদুরা ? মসীবু চৎনবীরা হংনীংই । থবক মনা অমত্তা শুদনা, চাবগা, তুম্বগা তৌদুনা মতম লেল্লম্মী । মীগী ময়ুম অদুদা তশেংনা ইকাইবা পোক্লকই । লৈফম-চাফম ফাওবা খঙলক্রে । চিন্তা তৌবতনা ঐগী ইথৌ ওইরকই ।

অসুম্না চহী অমা হেন্না হৌজনখ্রে । মরক অদুদা ঈশা ৱাই শংলক্রে । নুংঙাইবা পাও অসী মহাক্কী মফমদা তমগে খন্দুনা মহাকপু ঙাইজরম্মী । তবানি-হেন্না হৌখ্রে লাক্রে । ঐগীদমক খনবীরিবা ৱাবীরিবা হায়ববু, মহাক্কী মরুপ, য়ুম্বু অদুগী নুপী অদু মঙায়রে । মহাক্না ৱাবী শাবা, মঙোন্দা ঐগী অৱাবা পাও তম্লগা মতম লেঞ্জরম্মী ।

নোংমা, ইমুং অদুগী মরী-মতাগী লুহোংবা অমগীদমক চৎনখিদুনা য়ুম অদুদা, অঙাং খরা নত্তনা অতৈ কনাসু লৈরমদে । য়ুম্লোন-কৈরোন্নবসু থবক-ইনখাং চৎনখিবগা, নুংথিল তাল্লক্না ওইবনা ইচীক-চীক্লম্মী । মতম অদুদা নুপা মঙা-তরুক চঙলক্তুনা ঐবু কোয়শিল্লম্মী । ঐনা লাওগে তৌবদা, ঐগী য়াদা ফিবুল নম্লগা খোং-খুৎ চেৎনা পুনশিন্দুনা, মীৎ খুমজিল্লগা পুরম্মী । মফম অমদগী অমদা অসুম কোয়পু পুরম্মী । অদুম্না মখোয় মঙা-তরুক অদুনা ঐবু শরাক তম্লম্মী । অয়ুক-নুংথিল-নুমিদাং মফম খঙদনা, ঐবু কদাই-কদাইদনো কোয়পু পুদুনা চৎলী । নুমীৎ তরানি হেন্না মখোয়না ঐবু লাক্লরম্মী । ঐগী ইপা অতোম্বা অদুগা, ঐগী ইপুরোইবগা তিন্নবা নুপা অমগদি খঙই । অতৈ মখোয় মরি অমদি ঐহাক মশক খঙলমদে । মখোয়না ঐবু মতম পুম্নমক্তা পুন্দুনতা থম্মী। মখোয় ময়াম্না শা-ঙাগুম্না, ঐবু শরাক তমদুনা, পুক্সি অসি পুমাঙ-মাঙহনবীদুনা মফম অসীদা য়ৌহনবীরক্লীবনি । ঐগী ইপা অতোম্বনে, মমান্নবা অদুগনা, ইকুবোক অদুগা লৌতুনরগা, ঐবু ফিভম অসিদা তাহল্লকখিবা ওইরমগনি খল্লী ।

দিল্লীদা ঐবু য়োম্বোকপীরম্বনি । ঐবু মখোয়না লুপা লিশীং কুম্লাদা য়োল্লম্বনি

হায়। নাদিরাবাইগী মমানা ঐবু লৈরম্মী । নাদিরাবাইগা লোয়ননা ঐহাকপু জগোই-ঈশৈ তম্বীরম্মী । অহানবদা ঐহাক্না য়াদৰগীদমক শাথীনা লাক্লরম্মী । উপাই লৈতবনা ঐহাক মখোয়গী য়াথং ইনবা তাখি । নাদিরাবাইগী মমা অদু মিনুংশিদি খর মবৈরম্মী। নাদিরাগদি য়াম্না শাথীনা খেন্নে । মহাক্না ঐবু মচানুপী নাদিবাবাইগা মান্ননা লুনা-চান্না তৌবীরম্মী । অদুমকপু মাসু শিনফম অসীগী মতাংদদি চৈবাক য়াম্না কল্লম্মী । উপাই লৈতবনা মাগী য়াথং ইনবা হৌখি । ঙসিফাওবসু লেল্লীবসিনি । মসীগী নোরোক অসীদগী থোকপা অরায়বা নত্তে । ঐহাক জগোই-ঈশৈদা ওখাক্না মিং চৎলম্মী । ঐগী ইপান্দগী নাদিবাবাইগী মমাগী শেন্দান লম্বী ফগৎলম্মী । ঐগী মিং থাজমানবী কৌবনি । মিং অসী মখোয়না হোংদোকপীদুনা চাঁন্দবীবী থোনবীবম্মী ।

**'তন্নায়ফ্ চান্দঁবীবী !' 'জগোইশাবী, ঈশৈ-শকপী !'**

মতম অদুদা ঐগী গর্ভদা নাওপুবিবা অঙাং'দু থা তবেৎলোম শুববা মতম্নী । নোংমা, ঐগী ইবুংঙো অদু ঐখোযগী কোঠাদা, মমান্নবা খবগা জগোই-ঈশৈ যেংবা লার্কখি । মাসু, ঐসু, অহানবা হেক উন্নবদা পুমঙক-ঙক্লখি । ঐহাক জ্ঞান্ মাঙদুনা লৈমাযদা হাইথখিবম্মী । ঐনা জ্ঞান্ তাবকপা মতমদা, ফম্মুংদা হীগুনা লৈবম্মী । মহাক জগোই য়েংদনা হুনখি হাযবা মতম অদুদা খঙখি। সবকাবগী থবক অমগীদমক, ওর্ফাসিযেল্ দিউটিদা দিল্লীদা লাক্লম্বনি । অদুম ওইনমক মহাক্না ঐগী মবমদা হংবা-খোৎপা, ঈ-পাও লৌবদি কবিমতা তৌবীবমদ্রে হায়বসু খঙলর্কখি । ঐবু অসুম্না পাক্লবা ঈপাক্তা ঈবাক্লহনবীবম্মী । কনবীনবা উপাই অমত্তা শীনবীবমদ্রে । ঐহাক ঈশাগী ইবাইবক্তা তাইনদুনা ঐখোয়গী পুন্সি অসিদা লেনবা তাখি । ঐনা মহাকপু খবদি ৱাবৌজৈ, অদুবু দোর্ষতি তৌনীংদ্রে । কৱিগীদমক মীঙোন্দা তাইনকগদগে ? ঈশাগী লাইবক্লবু ফত্রবদা মীঙোন্দা তাইনবা হৌনদে খনখি । অদুম ওইনমক ঐহাকপু মাঙহনবীবদা মহাক্কীসু খুৎ চঙই । ঐগী পুন্সিনা মাঙবদা পেনখিবা মীওইশিং অদু মশা-মশাগী আত্মাশিং অদু পেল্লম্বা য়াই । অদুম ওইনমক মখোযসু নোংমদি শোয়দনা নীংঙমদবা ফাওবক্কনি ।

মতমগী মতুংইন্না কুম-থা শুবক্লবদা, নাদিবাবাইগী মমানা শীন্দুনা নর্সিং হোম্ অমদা ঐহাক অঙাং উন্নখি । অঙাং অদু নুপীনি । লাইবকথীবদি অঙাং অদু শিখ্রে হায়না নাদিবাবাই মমা-মচানা হায়খি । শিখ্রে হায়বা ঐহাক্কী থম্মোইনদি য়ানীংদে । মদু নাদিরাবাইগী খুশিল ওইগনি কন্না থাজখি । অদুবু কবিগুস্বা মরী-মখোঙ, প্রমান্ অমত্তা লৈরমদে । ঐগী ব্রাহংশিংগী পাওখুম মখোযনসু চপ চাবা প্রমান্ পীবা ঙমখিদে । ঐহাক যাম্না নুংঙাইখিদে, যাম্না কপখি । অদুবু কপচবতনি কবি উপাইদি লৈ ? পুন্সি অসী শাথীনা উপাই লৈতনা, তোন্না লেল্লকই । মসীবা পুন্সি হায়বসীবো ?

অমরোমদা অমুক, অঙাং অদু তশেংনমক শিন্নবদিং ফরে, হায়না খল্লম্মী। মরমদি, ঐখোয়গুম্বী জগোই শাবীগী মচাশিংদি, নুপী ওইরগনা জগোইশাবী ওইবা তাবা ... ! নুপা ওইরগনা দলাল্ অমদি ওক্তবা, গুন্দা ওইবা তাবা... ! মরম অদুনা শিজখ্রবদি ফরবনি। মতমসু অসুম হৌখি। নোংমা নাদিরাবাইনা চহী তরুক-তরেৎকী নুপীমচা অনিখক পুরক্তুনা মফম অসীদা য়োকলকখি। মখোয় অদুনি, হুস্নবানু অমদি যাসমীন্ ...। মখোয়বু হেক উবদা থম্মোইদা করিগুম্বা খরদি ফাওরম্মী।"

ব্রারী লীনা-লীনা ইমাগী মমীত্তগী পিরাং লেপ্পা লৈতনা শীন্থরক্লম্মী। মহাক্কী ব্রাবী অদু তারগা য়াম্না নুংঙাইরমদে। ব্রাবী অদুদা মীওইশিং অদুগী মমীং-মথা অমত্তা পল্লমদে। ঐনসু হংলুদ্রে, হংলুবগীসু থোইনা কান্নবা লৈররোই। হংবদসু তাকলক্কদবা মান্দে। ইমানসু করিগুম্বা খবদি লোৎলী। হৌখ্রবদি হৌখ্রে, হৌজিক্কী ব্রাফমলোমদা লাকপনা ফরগনি খন্দুনা ঐনা "ইমা, লাইবকথীবা হায়বদুনি। অদুবু শা-ঙাগী ব্রাখল চেনবা মীওইশিং অদুগী মশক-মমীং অদুতং তাকপীরবদি ওন্থোক্লা নুংঙাইজখ্রনিদা ...!" হায়না ইমাদা ব্রাহংগী মীৎয়েং অমা য়েংলম্মী।

"ইবুংঙো, মদু খঙলুবগী কান্নদ্রে। ইমাদা অমুক হন্না হংলগনু। নংনা ফনা যাম্না হংলবসু, ইমা মদুদি তাক্লরোই, নহাক ব্রাবৌগনু।"

"ইমানা পামদ্রবদি কমদৌনি। ফবে, পুম্নমক লাইবক্তা তমখ্রবননি হায়না খনবদা তারেদনা। ঈশ্বরগী থৌজাল নত্তনদি করি উপাই লৈরি ?

"ইবুংঙো নহাক্তি করি লৈকায়দগীনো ? মিংনা করি কৌবগে ?" হায়না ইমানা র্মপ তৈথোক্লগা শকফম হঞ্জিন্দুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই।

"ইমা, ঐহাক্কী মিং সুকুমার কৌই। সুকুমার শর্ম্মা...; লৈফম্না য়াইস্কুলদগীনি।" হাযনা ঐহাক্লা খুম্লম্মী।

"ইমাগা পাবুংগগী মিংনা করি-করি কৌবগে ?"

"পাবুংগী মিংনা সমরেন্দ্র, ইমাগী মিংনা সৈত্যবতী... ।"

ইমাদু মরু লুকথদুনা য়াম্না কুইনা ব্রা অমত্তা ঙাংদনা তুম্মীন্না লৈরম্মী। করিগুম্বা ব্রাখল অমদা লুপ্পগুম্না..., মশাদা করিগুম্বা অমা ফাওবগুমসু তৌরম্মী।

"ইমা, করি তৌবীরবগে তুম্মীন্না লৈবীরবদি...?"

ইমা, ইখং-খংবগুম তৌনা "কৈসু তৌদে... । ইবুংঙো ইমাখোয়, পাবুংখোয়দি নুংঙাইরিদনা...? " হায়না হংলকই। হান্না শক খঙনবদৌনা ....!

"হোয়, থোইদোকপা অনা-অয়েক্কী পাওদি তাদে।"

"ইচীল-ইনাওদি কয়ানো ?"

"ইমা, ঐহাক ইথম্তনি।"

"অসঃ অদুদি...! হায়বগা ইমা, তুম্মীন্না অমুক লৈখি। অদুদগী অমুক "ইমাগী লেমহৌরিবা পুন্সি অসী লাই নীংথ্রগে খনবা কুইরবনি। অদুবুনে, হুস্নবানুগা যাসমীন্গগী খনবদা ঙমদদুনা লৈববনি। ব্রাহিদা অমদি অতৈ নুপীমচাশিংগীসু খল্লি। ঐখোয়গী পুন্সি অসিদি অরাবগী মশক্কী। ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সি অসীদিনে তশেংনা চক্রবিহ্যনি। অভিমন্যুনা চক্রবিহ্ চঙবদি ইরায়-লায়না ঙল্লগা থোকপা ঙমখিদবদো অদুগুম্বনি। মদুদগীবু হেন্না খুদোংথীবা মফম্মী। অদুগুম্বা পুন্সি অদুনবু করি নুংঙাইগদগে?" হায়রকই। মীৎলুদগী পিরাং অদুসু লেপ্তুনা শীঙ্করি।

"ইমা, ঈশ্বর লৈরি, ঈশ্বরবু থাজবীয়ু, শোয়দনা থৌজানবীবক্কনি।"

"ইবুংঙো, নহাক্কা,নংগী মরুপনা খল্লীবা অদুবুদি, ইমানা নখোযগী পুকচেল চাওবা অসীগীদমক্তী থাগৎনীংই। অদুবুনে ইবুংঙো, নহাক্কী ব্রাখল অসী থাদোকপনদি ফগনি হায়নীংই। খুদোংথীবা কযামুক লৈনে ইমাগী ইবুংঙো...! মতাং অসীদদি ইমাদি হাযফম খঙদ্রে। হুস্নবানু অমদি যাসমীন্গীসূ ঐহাক খন্দবা ঙমদে, অদুগা নহাক্কী তুংগীদমকসু ...। ইমা হায়ফম তৌফম খঙদ্রে। ওস্তোক্লা লুবেদকো। হে ঈশ্বব!"

"ইমা, খুদোংথীবশিংদো মায়োক্লরগে হায়বা ব্রাশক্কা লোযননা ঐখোয় লম্বী অসিদা চঙশিঞ্জরক্লবনি। অদুগীসু মথক্তা হনবা য়াবা খোঙফমদগীসু হেনখ্রবনি। ঐখোয হৌজিক হন্দোকপা ঙল্লরোই। ঐহাক্কীদি খবা লায়রি, অহম্মকীদি ...! ইমাসু কোন্না খঙবীরক্কনি। হুস্নাবানু যাসমীন্, ব্রাহিদা, মখোয়না থেংনরিবা, মাযোক্লরিবা অরাবশিং অসি ইমানা হেন্না খঙবীরিবনি। মসীদবু ...; ঐখোয়না পাঙথোক্কে হায়না খল্লীবা অসী মখোয় খক্তগীসু নত্তে। ময়াম পুন্নমক্কীসুনি। মখোয়না লমজীং ওইবগা তুংগী লম্বী খরদং....। লম্বী খরদং ঐখোয়না য়াৎপা ঙল্লগদি... !"

"ইবুংঙো ইমা পুন্নমক খঙই। মফম অসীগী পুন্সি অসীমক শাথীরবা নোবোক্কী মশক্কী। ইমাসু চহী কুনলোম মসীগী মহাও খঙলবনি। অদুবুনে নহাক্কী দমক খন্দুনা য়েংবদা..., ইমা পুম্মম-মম্মীনে। নহাক্কী ব্রাখল হস্থনবা হায়র্বদি নত্তে। সমাজগী পল অসী লাস্তোকপা অরায়বা নত্তে। অদুগীসু মথক্তা নহাক, ইমা-পাবুংগী অমত্তা পোকচবনি। নহাক্কী খোঙথাং অসী মখোযগী অমদি সমাজগী ইজ্জৎ শোকপা ব্রাফম্মীদো। যাসমীন্গা নখোয় অনিনা লম্বী অদুদা পুন্না চৎমীন্নবা হায়বসে য়াগনি হায়বা ইমা ইথা থাজদে। মসী শাথীখ্রবা মতৌ শোয়দনা ...!"

"ইমানা ঐবু চিংনবীবগী ব্রাফম ওইবীরবরা? নত্রগনা যাসমীন্গী ...?"

"নত্তে, নখোয়বুদি করিগী চিংনরুগদগে। অদুবু ইমানা খঙবা, খনবগী মতুংইন্না চিংনবা য়াবা মরম কয়ামুক লৈরি। মরম অদুনা, যাসমীন্সু, হুস্নাবানুসু, ব্রাহিদাসু মাগী-

যাম্না থরায় য়াওনা মুয়া য়েংলম্মী । মহাক নুত্তি নুমীৎ খুদীংগী লাকই । মতম শাংনা শাংনা, মুর্ত্তি অদুবু মমীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলগা চেক চৎখি । মরক-মরক্তা মহাক্না আতালান্তাগী হকচাং অদুবু শোক্লুনা,নাম্দুনা শান্নরম্বসু য়াওরম্মী । করিগুম্বা নুমীত্তা ৱারী শাবগুমসু তৌই হায়নৈ।

নোংমদি ওফিসার অদুনা ম্যুজিয়ম্ অদুগী ওথোরিটি ওফিসারশিংদা টেলিফোন তৌদুনা য়াথং তৌরকখিরম্মী । মদুদি..., 'আতালান্তা'বু পুঙ কুনমরিগী মনুংদা ঐহাক্কী ইনাক্তা থারক্কদবনি ' হায়বা অসিনি । মতম অদো জর্মন্গী লাম্লাশিংনা, মফম অদু ঙাক-শেন্দুনা লৈবা মতমনি । মরম অদুনা ম্যুজিয়মগী কাংবু অদুনা য়াথং অদুদা কিরদুনা, আতালান্তাবু ওফিসার অদুগী মনাক্তা পুরক্লুনা লৈত্তেংদুনা চেকশিন্না থল্লম্মী ।

এরিক্ কুত্স হায়রীবা ওফিসার অসীনা আতালান্তাবু মহাক্কী তুম্ফম্ কাগী ফম্মুং অদুগী মনাক্তা য়াম্না ফজনা শেম্ শারদুনা, মৌ অনৌবী অমগুম্না থল্লম্মী । আর্মি ওফিসার, এরিক্ কুত্স, অসীমক ময়ুম মকৈ পাল্লর্বান । মহাক্কী মরৈবাক, ময়ুমদা নুপী অঙাং লোইনমক লৈরিবা মীওই অমা ওইরম্মী । মদুতসু নত্তনা ইটালীগী সহরশিংদা আর্মি ওফিসার অমা ওইনা, মহাক্ মমীং লৈবা মীওই অর্মান । মহাক মশক মতৌ ফজরবী লৈশাবী কয়ামুক্কা নক্লবা মরী লৈনবা মীশক অমসুনি হায়নৈ ।

মহাক্না মাগী থবক -ইনখাং অমদি মশাগী মথৌদা মপুক্কীং চঙলুবা লৈত্তনা, নুমীৎচুপ্পা মশাগী কাদা থল্লীবা আতালান্তাবু য়েংবনা মাগী মথৌ হায়বদু ওইখরে । নুমীৎ খুদিংগী মুর্ত্তি অদুতবু য়েংজরগা, চাবা থকপা ফাওবা চঙদনা লৈথোকই । মপালগী সংসারগী ৱাখল হায়বদু মহাক পুমকাও কাওবগুম তৌখরে । চয়োল অমগী মতুংদদি... এরিক্ কুত্স, মুর্ত্তি অদুগী মথোৎ কারকপী, তনৌ তনৌবী হকচাং অদুবু য়েংবদা মাগী হায়গী মওং মতৌ পুমহোং হোংখরে । মতম চুপ্পদা মহাক করিগুম্বা শাথীনা অরুবা ৱাখল অমা খন্দুনতা লৈবগুম্না তৌবা..., মমায়বা ওফিসারশিংনা উবকপসু কুইরবনি । মরমদি করিনো হায়বা কনামতনসু করিসু খঙবা ঙম্লবমদে । মবম অদুদি মহাক্লসু কনামতদা হায়রমদে । মাগী মরুপ-মপাংশিংনা, মহাক্কী অদুগুম্না মহৌশাগা মায়াদবা ৱাখল অমদি মতৌ অদু হোংহন্নবা য়াম্না কয়া হোৎনবদসু করিমতা কায়রমদে । মহাক্কী ফিভম অদু নোংমা-নোংমগী শাথীনা শোকচাল্লক্লম্মী ।

নোংমদি, ইখঙ-খঙহৌদনা, অঙনবা অয়ুক অমদা মাগী কাদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল অমা তাখিরম্মী । কেম্প অদুগী শাস্ত্রীশিংনা চেনাশিন্দুনা য়েংলুবদা, ওফিসার এরিক্ কুত্স, মশা মথন্তা পিস্তোল না কাপচরগা আত্মঘাট্ তৌদুনা শিরম্লে । মহাক্কী মতৌ অদুদা মী খরনা চিংনবা পোক্লবসু, মশা মথন্তা নোংমৈনা কাপ্তুনা শিজর্বান হায়বসী তশেংনা খঙনরম্মী । লোয়ননা আতালান্তা মুর্ত্তি অদুগী মখোঙ মনাক্তা তারম্না চে

অমদা অসুম্না ইবন্বা থেংনখি । ব্রাহৈশিং অদুদি :-

*"নুংশিববী থবায়গী মবেম্মা আতালান্তা... !"*

*সংসার অসীদা হিংলিঙৈদা নীংথীববী নুপী কয়া-কযা উখ্রে । তৌইগুম্বসুং নহাকুম্বী মাইথোং, শাবাল, শক্তম্ অমত্তা থেংনখিদ্রি । নংগী মোমোন-মীনোক্তা থম্মোইবু শুদ্ধাংপী অদুগুম্বী মীনোক অদো, অতৈ কনাগুম্বী নুপী অমত্তগী মফমদা অমুক্তা উবা ফংখিদ্রি । ঐহাক তশেংনা খঙই, নহাকুম্বী নুংশি মীনোক্তা থম্মোই শুদ্ধাংপা ঙম্বী শক্তম, থম্মোই, কনাগুম্বী অমগী মফম্দসু লৈতে । মবম অদুনা ঐহাক সংসাব অসী থাদোক্তুনা, ঙসি নহাক্কী ননাক্তা লাক্লীবা অসীনি । নুংশিবী.. আতালান্তা... থবাযগী মবেম্মা, নহাক্না ঐবু লৎনদনা লৌশল্লুকো...।"*

*'নংগী অমত্তা ঙায়রবা এরিক্.......।'*

মসিগী অঙকপা থৌদোক অসীগী মতুংদগীদি 'আতালান্তা' বু মীযাম্না লাইবেম্বীনি হায়না লৌনবম্মী । তশেংনমকসু শুদ্ধাৎযাই পুবী লাইবেম্বীমক্কী । চহী চামানিফু-যাংখৈগী মনুংদা থোকখ্রিবা অঙকপা অমদি থম্মোই শোক্লীংঙাই ওইববা অসীগুম্বা থৌদোকশিংগী মনুংদা 'আতালান্তা'গী ব্রাবীসু অঙকপা ব্রাবী অমনি হাযনা মীযাম্না শন্দোক্লখি । মী কযাগী পুক্নি মাঙখিবা, লাইবকথীবগী মনুংচনবা পাওশিংতনা থল্লবা 'আতালান্তা' নি । মহাকপু মীওই খবনা হেল্লোযনি হাযনৈ । খবা অমনা লাইবেম্বীনি হাযনৈ । অদুবু মহাক্কী হাযনীংঙাই লৈতনা চঙখোন্না ফজববী মাইথোং, তঙাংনা ফজববী চীম্বাল, নীংথীববী শাবাল, হকচাং পুম্নমক্কী ঈথক্-ইপোমগা ঈবোইননা, নীংথিজবা মুর্ত্তিগীদমক্, তশেংনমক্কী লেমজনীংঙাই অমদি চাওথোকচনীংঙাইগী মশক্কী, হাযনা মমীং চৎলি । হাযবীবা 'আতালান্তা' গী মুর্ত্তি অসীমক্ ঙসি ফাওবদা ইটালীগী ম্যুজিযমদা লেম্না ঙাম্লোইবি । অদুবু মাগী মনাক্তা ব্রাহৈ খবা ইদুনা থেৎলী ...!

*"অশেংবা লূ তোংনা শাবী, অহিংবা নুপীশিংবু থাদোক্লগা, উনা শাবা মুর্ত্তি, থবাযসু পান্দবী অশাবা অসীবু নুংশিকবিবা অমদি নুংশিগে হাযনা খল্লুবিবা মীওইশিং অদু..., ব্রাখল যাওদবা, তাইওন্নববা অঙাওবশিংনি !"* অদুমকপু জগৎ-সংসাব অসিদা অঙাওবা মীওই অসী কযামুকনো ? সংসাব অসিদা অঙাওবা অসী কনা-কনানো ? কনানা খঙগনি, কনানা হাযবা ঙমগনি ?

সংসাব অসিদা অঙাওবগী মশীং অসী য়ামম্রে । ঙাওবগী মখল, মওং-মতৌ মান্নদে । ভুনতিযেন্না নুঙনা শাবা ভেনস মুর্ত্তিবু থম্মোইদা লাৎচখি, নুংশিজখি । মীচঙ লৈজদবা, মী মচা, মীচম ওইবনা তোল্লবা মীশক অমা ওইনা নীংবা কাযখি । নীংবা কাযববা পুক্নিনা কোযঙাওনদুনা তৌফম খঙদনা লেনখিবা ... । অমুক ঙাওচৎনদুনা পুক্নিনা শান্তি থিবদা, মবৈবাক্কীদমক লানফমদা লাম্থেংনবা যাওখি ।

রিভেয়ারগী মফমদা, ভেনসকী মুত্তি অদু ফ্রান্স সরকারগী ওইননবা হায়জরম্মী । মহাক্কী হোৎনজমল ওইনা, মহাক্না ফ্রাঙ্ক লিশীংনিপাল পীদুনা মুর্ত্তি অদুবু লেসতাফাত্ জহাজদা হাপ্পুনা পুরকখি । অসুম্না মুর্ত্তি অদু থুংলরবদা...; আশা অমা, মঙলান অমা মঙফাওনরে..., 'সিথেরিনা এফ্রোদিতে...!' কয়াগী মতীক হরাও-নুংঙাইজখিবা! ইচম-চম্না, পাখং অমনা মপুন্সিদা, মহাক্না নুংশিজবীবু লুহোংলগা ময়ুমদা পুরকপগুম নুংঙাইজখি । আশাগী মঙাল অমগুম্...!"

নুংশিবীগী আশা, ব্রাখল মঙলান্দা তুম্মীন্না লেনজখিগদবা পাখং অদুগী পুন্সিদা বজ্র তারকপগুম্বা, পাও অমা, থা মাপল-তরাগী মতুংদা ভুন্তিয়েন্না তারম্মী । পাও অদুদি -, "এম্বেসেদর মারকুইসনা, তরানিপালশুবা নিংথৌরেল লুইসকীদমক্তা পুরকখিবা ভেনস্কী মুর্ত্তি অসী লুভর ম্যুজিয়ম্দা মতীক-মঙাল্ লৈনা ঙাম্থোইরিবা অসীনি । মুর্ত্তি অসীবু পুথোকপীরম্বদি মোন্সিয়ো দ্যুমোরভিল্...!"

মচীল চৎপা, ইন্তলেক্চুয়েল্ নোলেজ লৈরবা ওফিসার দ্যুমোদুরভিল্নি ! অদুক ব্রাজখিবা ভুন্তিয়েন্গী মব্রা কনানা তাবীগনি ? মী মচাগী হোৎনজমল অদুগীদমক কনানা অমুক মাগীদমক লেপ্লীগনি ? লাপথ্রবা মেলোদ্বীপ্কী, ইয়োরগোস হায়বা খুঙ্গং অদু তান্না চৎতুনা মদুগী অচুম-অরান কনানা থিবীরুগনি ? অদুগা মীচম লৌমী, মুর্ত্তিবু তশেংনমক হকপেংনরুরিবা অদুগী মমীং-মথাদি ইতিহাসকী লামায় অমত্তদসু য়াওদ্রে । মসীরা সংসার অসীগী চৎনবী... ?

মীচঙ লৈজদবা, মীচম, মী মচাশিংগী চন্নফম কদাইদনো ? মৈচাক অদু খাঙবা নত্তনা ভুন্তিয়েন্গী মফমদদি মাগী পুন্সিদা পাওখুম অমত্তা ফংখিদরে । নীংবা কায়রবা ভুন্তিয়েন্, পুন্সিগী পম্বুং লৈতবা খোঙচৎ ওইনা অঙাও-অফৈগুম্না চৎখিরম্মী । ইনৌ-নৌনা আশা অমা, পম্বুং অমা থিবা...! জহাজগী থবক থাদোক্তুনা গ্রীক্কী নীংতম্বগী লানফমদা তুর্কিগা লানথেংনবা য়াওখি । থব্রায় খুবাক্তা হাপ্পুনা হোৎনখি ।

কবি বাইবোন্গী পুন্সিদা, মহাক্না শাওখিবা অদুগুম্বনি । মহাক লানফমদসু, অচীকপা মফমদা, অহীং-নুংথিল নাইদনা, মাগী থম্মোইদা কাওঙমদ্রবা শক্তম অদুবুদি, মহাক্না কাওবা ঙমখিদ্রে । মাগী মপুক্লীংদা, মপুন্সিদসু ভেনস মুর্ত্তিগুম্বী নীংথীরবী থব্রায় পানবী অহুম লাক্লম্মী । পুম্নমক ভেনসকী শকলোনগুম্মী । অনিনা ফ্রেন্সনি, অমনা গ্রীক্নি । মখোয় অহুমক্না মাগী থম্মোইবু পেলহনবা ঙমখিদে । মতম পুম্নমক্তা মেলোদ্বীপ্কী ভেনস মুর্ত্তিদমক খন্দুনতা লৈখিরম্মী ।

অদুগা দ্যুমো দুরভিল্না শিথ্রবা মতুং, চহি কুম্থানিথোইগী মতুংদা মহাক্কী 'মেমোরিয়া' নীংশিং ব্রারী স্মৃতিদা মহাক মশানা নীংথীনা মরীক চুম্না মেলোদ্বীপ্গী ভেনস মুর্ত্তিগী মরমদা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ "ঐগী অমত্তা ঙায়রবী নুংশিবীদি মেলোদ্বীপ্কী

ভেনস..., মহাক্তনি । মহাক সিথেরিয়াগী কোঙ্গোল মরক্তগী থোরক্তুনা তাইবংদা খোঙদারকপী ফজবদগী ফজরবী লাইরেম্বীনি ।"

মীওইবা হায়বসীসু খ্বাইদগী অঙকপা জিবা অমনি । মেলোদ্বীপ্কী ভেনস মুর্তি উরুবদগী, ভূনতিয়েন্, মপুঙ্গিদা নুংঙাইফম খঙখিদে । লৈতানা মপুঙ্গি লেনজবা ওমখিদে । লু-তোংনা শাবী থব্রায় পানবী নীংথীবী নুপী অহুম্না মথং-মথং মাগী মপুঙ্গিদা লাকখিরম্মী হায়নৈ । মহাক্কী থম্মোইবু, নুঙনা শাবী ভেনস মুর্তিদগী জয় তৌদুনা পুরকপা ওমখিদে । ভেনসকী ব্রাখল, মুর্তি অদুবু মহাক্কী থম্মোইগী চান্নথোইবীনি খন্না চেৎনা লাৎপগা লোয়ননা মপুঙ্গি লোমখি ।

থব্রায় পান্দবী নুঙগীদমক, অব্রা মৈচাক খাঙনা, পুঙ্গিগী পল্লেপফম ঠিকানা লৈতনা কঙাওনদুনা মপুঙ্গি লোমখিবা মহাক অদুবু অঙাওবনি শোয়দনা হায়নগনি । তৌইগুম্বসুং মীওইবগী নীংজবা আশা ...! আশা হায়বসীগী মরুমদা মীওইবগী থবক-থৌরম পুম্নমক অসী পাঙথোক্লরিবনি । আশাগী মগুণ্ হায়বসী চাওখ্রবনি । আশাবু য়াওদ্রবদি মীওইবগী পুঙ্গি অরেম্বনি, লোইরবনি । সংসারদা হিংলিবা মীপুম খুদীংমক মাগী-মাগী নীংজবা অমমম লৈনবা ঙাক্তনি । নীংজরিবা আশা অদুদা ঙাওনবা হায়বসীদি হৌনশানি । ঙাওবা খুৎঙাও মান্নদবগী ব্রাতনি । মীওইবসী খুদীংমক অঙাওবনি হায়বসু য়াই । কনানা লল্-থুম্, সম্পতিগীদমক, কনানা মহে-মশিংগীদমক, কনানা মচা-মশুগীদমক ঙাওই । কনানা নেশাদা, কনানা কলক-মিহৌদা, কনানা য়েংথীবদা...! কনা অমনা মিংচৎকীদমক, সমাজগীদমক...! অদুগা কনাগুম্বনা নুংশিবগীদমক, পুম্নমক থাদোক্লগা ঙাওদুনা চৎলী ।

লাইরিক অদুগী অতোপ্পা ব্রারী অমগা অমুক থেংনবম্মী ।

ইটালিগী হিথাংফম, জানোয়া হায়বা সহর অদুগী ম্যুজিয়ম্ অমদা মুর্তি অমা লৈবি । মুর্তি অদুগী মমীং "আতালান্তা" । নুপীগী মুর্তি অসী, কনাগুম্বা হৈ-শিংলবা শিল্পি, কলাকার অমগী নীংথীজখ্রবা কলাগী অয়ৌবী খুদোলপোৎ অমনি । জগত্ অসিদা খুদোল্ তন্নম্বা কলাকারগী নীংথীরবী শক্তমগী লাইরেম্বী ...! উনা শাবা মুর্তি অসী ফজবা খিবীক্লা তিল্লবী, তশেংনমক ফজবগী লাইরেম্বীনি । থাংঙৈশেংনমক মুর্তি অসী অদুক্কী মতীক হায়নীংঙাই মপা লৈতনা নিংথিজে । নুপীগী শক্তমদা, চুঙ-ফিরাল চানা ফজরবী মুর্তি অসী মথব্রায় পানবী লাইরেম্বী অমগী পাংখক্লী । মুর্তিদা থব্রায় পানবা মানবী, নুপী অসীগী হকচাংগী শক্তম অদু য়েংবগী পেনবা নাইদনা কলাগী গুণ্ খিবীক্লা তিল্লবা, খুদোল অমনি । নীংথীরবী মীল্লা অনিদুগী চিংশিন্নবগী মশক ওইরবী মীৎয়েং...! পাতক তৌবী চিব্রাল থক-খা অনিদু মতম পুম্নমক্তা মোমোন-মোমোন নোক্তুনতা লৈবী অমা ওইনা উই । ব্রা ঙাংলক্কদবা মান্নসু উই । হায়রীবা মুর্তি অসী ফুট্ মঙাগা মখায় ব্রাংই । ব্রাং-চাওরবী, চুঙ-ফিরাল

মহাক্তি সহর অসী থাদোক্তুনা, দেশ্ থাদোক্তুনা, আমেরিকা, সুইজরলেণ্ড, ইউ কদাইদনো পৃথিবীগী মফম অমদা চৎখিবা, হেক্তা মফম অদুদা লৈখিবা ঙম্বা মীশক্লা। সমাজনা খরদং মীৎয়েং চঙলকপদা, মহাক চৎপসু শোয়দনা চৎখিগনি। মহাক্তী থবক ঙম্বা মীশক্লী। কড়োর পতি অমনি।

ৱাহিদাসু মমাবু, মমা ওইবগী নুংশিবদি লৈজরবসু, মমাগী শাজৎ অসীমক্লা, মমানি হায়নীংদ্রে। মচানুপীবু ফাওবা মাগী কারবারগী ওইনা ললোনপোৎ ওন্থোকপা ঙম্বগী থম্মোই চেনবী নুপীবু, করম্না মমানি হায়না নুংশিবা ঙমগদগে? মমা ওইবীশিংনা মচাগীদমক মশাগী নুংঙাইবা পুম্নমক থাদোক্লরি। নাদিরাবাই হায়বী অসীদি, মাগী থম্মোইদি নুঙদগীসু হেন্না কল্লবীনি। মচাগীদমক, মমাগী ত্যাগ্, দান্, বলিদান্, দয়া, ধর্ম্ম অমদি মিনুংশি হায়বদু লৈতবী নুপীনি। তশেংনমক মহাক 'বাই' নি, 'তৱায়ফ্' নি। নাদিবাবাই তরাই-তরাইবীসু নত্তে। ঐখোয় করি তৌবা তাই? অহম্মদ অমদি ঐগী ওইনদি মহাক্লা নুঙনি, ঐখোয়না য়েরুম্লী। জল্লাল্উদ্দীন্ য়াওদনদি ঐখোয়না করিমতা তৌবা ঙমগদবা লৈতে। নাদিরাবাইগী সার্কল্ অসীসু য়াম্না চাওখ্রে। সহরগী মমীং চৎলবা গুন্দা, ওক্তবশিংদগীনা শেঞ্জাও পায়বা মহাজন্, কাববারৱালা, ব্যুরোক্রেট্ ওফিসাশিং, পুলিশ, ঈরাংপাম্বা বাজনিতিৱালাশিং, মন্ত্রিফাওবা, মহাক্কী হেন্দবেগ্তো লোইনা য়াওরি। মহাক্কী শিনফমগা মরী লৈননা ফোরেন্ এজেন্টশিং কয়াসু লৈরিবনি। মরুওইনা আরবনচিংবা লৈবাকশিংদা মশক ফজবী লৈশাবী কয়ামুক সপ্লাই তৌদুনা নুপী কয়াগী মপুক্সি মাঙহনখ্রবনি। মসীদা সবকারনা, পুলিশনা, খঙনবু ওইববসু, খঙদনবু ওইরবসু, ঙসিফাওবা মাবু ফ্রি থারীবনি। মসিদবু মহাক ইচম-চম্বীনি হায়বা কদাইদগী য়ারগদগে? মহাক্রুম্বী অমগা ঐখোয়গা লাম্বা পাবা, সুকওইমক ওইরোইদবনি। মরম অদুদগী অহম্মদনা জল্লাল্উদ্দীন্বু মরুপ ওইনা হীরম অসীগীদমক পুবক্লবা হোৎনখিবনি। অমরোমদা তান চারুবা, হায়বদুনি মহাক্কা মরুপ ওইনা থেংনবা, মসীমক ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। ঈশ্বরগী থৌজালনি হায়বসু য়াই।

অহম্মদ অমদি জল্লাল্উদ্দীন্ মখোয় অনিগী থৌশিল নত্তনদি ঐহাক্কীদি করিগুম্বা উপাই অমত্তসু লৈতে। মীগী মীরম্লী, ঐগীনি হায়বা জিবা অমফাওবা লৈবা নত্তে। শেল-থুমগী মতাংদসু অদুমঙায়। লংফৈদা মীরমদা, অদুগীসু মথক্তা তাঙখ্রবা দিল্লী সহরদা...! ইহৈ তম্নবা থাগী খরা-খরা থারকপা অসীনা ঐহাক্লা করম্না...! ঐহাক্কী ওইনদি ৱাখল অসী..., হীরম পুম্নমক্তা ...., অৱাৎপগী অৱাৎপমক্তা! করিদনো ঐনা পোৎথাগদবা, ? নুংঙাইফম লৈতে, ৱাখল লৈতাদে, মৈথক্তনি ঐনা লৈরিবা ...!



# (১৬)

*"য়োং একাকী বৈথ ঠুংঠ পব কিস চিন্তামে দুবে হো*
*ক্যা জীবন্‌কে রাগ-রঙ্গমে, যৌবন্‌মে হী উবে হো*
*অগর নহী য়ে বাতেং, তো ফির গাও,*
*মধুর ঘোলো তো ক্যোং গুম্‌সুম্‌-উদাস বৈথে হো,*
*ও বন্‌ পাখী, বোলো তো.....॥"*

ঐগী কাদা ইথন্তা ফমলম্মী, 'কোক্‌-কোক্‌' লাওনা নোক তৌবগী মখোল তায । "কনানো?" হাযনা হৌগত্তুনা থোঙ হাংলম্মী । থোঙজীন্দা পোষ্টমেন্‌ লেপ্পুনা লৈবম্মী । "সলাম্‌ সাহেব্‌" হাযদুনা সলাম্‌ তৌবগা ইন্‌ভেলপ্‌ অমা লানশিল্লকই । ঐহাক্না মদু লৌবম্মী । পোষ্টমেন্‌ চৎখ্রে । যুমগী চিঠিদি মান্দে, ঐহাক খবা ঙকই । অদুম্না ঐঙোন্দা চিঠি থাবক্কদবা মীশকসু থোইনা লৈতে ।

কনাগী ওইবিগবা খন্না চিঠি মথক মখা যেংই । ফম্মুংদা চঙশীন্দুনা ফমথৈ । চিঠি অদু ফাক্কুনা য়েংই, মমৈগী লাপান্দা, অঞ্জুমন্‌ বানু বেগম্‌, হাযনা থাবম্মী ।

মহাক্নদি কবিগী ঐঙোন্দা চিঠি ইবকফম থোকপগে ? মহাক্না ঐহাক্কদি অমুক্কসু ৱাবী-ৱাতাই শা-নখিবসু লৈতে । মসী অহম্মদকী শোযদনা ওইবমগনি । অম্মুকসু যেংই, ঐগী মিং ফজনা ইবি । কবিগী ওইবিগদগে খল্লী, চিংনবসু পোকই । কবিগীদমক ঐঙোন্দা অঞ্জুমন্‌না চিঠি ইবক্লীবা...? মাগা ঐহাক্না তোৎন-তিন্নবা, নক্নবসু নত্তে । হোয, মাবু উবদা, ইচম-চম্না নুংশিবদি পোকই । নোংমা উখিবা অদুখক্তনি, মাগী শক্তম কাওদি কাওববোই । ঙহাক খল্লুববা মতুংদামাগী চিঠি অদু পাবম্মী, অসুম্না ইবম্মী ঃ

*"সুকুমাব দাদা, অদাববসে...।*

*নচলনা দাদাগী নফমদা চিঠি অসী ইজবিবগী মবম...., ঐ ঈশামকসু ভাব্‌ তাবা ঙমজদে । দাদাগা ঐহাক্না অমুক্তসু ৱাবী-ৱাতাই শা-নখিদ্রি । নক্নুনা তিন্নবা, যাম্না ফজনা খঙনবমকসু নত্তে । শকফাওবা নীংথীনা খঙনদবা মীদা চিঠি ইবা হাযবসী চুমদবনি । অদুম ওইনমক ঐনদি দাদাবু য়াম্না মুন্না খঙজে । ইবেম্মা সাইবাবানুনা দাদাগী মবমদা ৱাবী যাম্না শাই । অদুনা ঐহাক দাদাবু অতোপ্পা, শক খঙনদবা ওইনা খঞ্জদে । ঐহাক্না তম্মীন্নবী, মণিপুবগী ইমান্নবী সন্ধ্যা বাণী অমদি ইচে কৈল্যানীগী মফমদগীসু দাদাগী মবমদা খঙবা যাবা মখৈ, খবদি খঙজবে । দাদানদি ঐবু থোইদোক্না খঙবীবমদবা যাই । ঐনা দাদাদা চিঠি ইবিবসী ইফমদি থোক্তবনি । শকসু খঙনদবা, তিনসু-তিন্নদবা মীগী মফমদা চিঠি ইবসী অঙাওবগী ৱাখলনি হায়নবু খনবীবমগনি । অদুবু দাদা, নচলনা যাম্না নক্না*

ইবুং অমগুম্না খঞ্জবগীনি, হায়বসীমদি থাজবিয়ু । অদুগা মীওইবনা শাথীনা থাঙমদ্রবা মতম্‌ংদা, থম্মোইগী ৱাফম পাওদমজরগা খরদং পোৎথাজবগী আশাদনি, অদুগীসু মথক্তা হৌজিক, নচলগী পাওদমফম কনা অমত্তসু লৈজদে । কনাগী মফমদা ৱাহৈ অনি, মরিদং হায়রক্লাদগে ?

মরম অদুনা নচলগী পাওদম, খরদং...! খোয়রাঙবা, লৈতাফম খঙদ্রবা ৱাখলগী পোৎলুম অসী ময়েং খজিক্তং তাবা ঙম্বরা য়েংজনবগীদমক ইজরবনি । অৱা মৈচাক্তী পাও তম্লগা খরদং য়াংই হায়নবদুদা পাওদমজবনি । নচলগী পাও অসী কনাদা তম্লুগদগে ? সাইরাবানুদসু তম্লুবা য়াবা মতাংসু ওইদরে । তাবীগদবা মহাক অদুনসু তাবীদ্রবদা কনাদা করিবুদি হায়রুখিগদগে ? তমফমসু লৈত্রবা, তম্লুরগসু থোইনা কান্নগদবসু নত্তে । কান্নবগী ৱাখলদা তমজবদি নত্তে । তমদবা য়াদে হায়বগীসু নৎচদে । নচলগী অসী ৱাকৎসু নৎচদে, লান্নসু খনবীগনু । অদোম্বু লম্লানবনি খঞ্জদে, করিগীনো খঙদে, য়াম্না নক্লবা মরী-মতা, পোকমীন্নবা ইবুং অমগুম্না ঐগী থম্মোইদা ফাওই । অদুম ওইনমক অমুক হন্না ইচীল-ইকপৱা ওইবগী ৱাখল ফোঙদোক্লবদি ফংলরোই । মসীমক লাইবক থীবনি ।

দাদা, নচলবু ঐহাক্কী থম্মোই অমদি পুকচেল য়াংবীনি খনবীবসু য়াই । চুম্মী, নুপী ওইবীগী পুক্লীং অসীদি অপাইবা লৈচিলগা পাংখক্লী । কখোকচরুরবা, থৱায়-হকচাং অসীমক, লাম্থোকফম লৈত্রবীনি । মসীমক মতীক চাদ্রবী ঐগী ইরায়বক্কীনি । কনাদসু দোষ তৌজরোই । দাদানসু, ওম্থোক্লা খুদোংচাদ্রবা মতাংদা, মচল অমগী ৱাফম ফোঙদোকচবসিদা, অমরোমদা পেনবীরমদবা য়াই । করিমতা খনবীরুগনু । খঙদবদগী লান্না লৌজরুই । হৌজিক্তি খঙজরে, অদুনা করিমতা ৱারৌবা লৈজদ্রে । মহাক অমদি দাদাখোয়না পাঙথোক্কে খনবীরিবা অদু পুকচেল চাওখ্রবা থৌরাং অমনি । পরবর দীগারনা চানবীবা পীনবীসনু হায়না নিজরি । থাগৎচনীংই, লৈখাতারবী, তোল্লবীশিংবু কনবীবগী মহৈ শোয়দনা ফংবীগনি । মহাক্কীদমক ঐহাক থম্মোই শেংনা তেংবাংজনীংই । ঐগী হক পুম্নমক মাগীদমক কখোকচরবনি । দাদাখোয়গী থবক ঐহাক ভাব্ তাজরে । হায়রীবা থৌরম অদুদা দাদানা য়াম্না থৌনা ফনা মহাক্কী মতেং পাংদুনা তোল্লবীশিং অদুগীদমক হোৎনবীরিবা অদুবুসু নচন্না থাগৎচরি । সমাজ সংস্কারগীদমক পুকচেল শেংনা হোৎনবীবগীদমকসু অমুক্কসু হন্না থাগৎচরি । মরুপকী মতেং পাংবীদুনা সমাজদা লৈখাতারবীশিংবু কনবীবগী ৱাখল, থম্মোই অদুবুসু অমুক্কসু থাগৎচনীংই । তোল্লবীশিং অদুসু মীনি, মখোয়সু নুপীনি । সমাজনা খোঙগাওনরবী মখোয়বু, সমাজ অসিদা মফম পীবীবা চুম্মী । ঐহাক্লা নুপী ওইরম্বনা মতেং পাংবদি ঙমজদ্রে । নুপা ওইরম্লবদি ঐহাকসু শোয়দনা মতেং পীজরমগনি । অশেংবমক্লী দাদা...!

অদুম ওইনমক দাদাগী পুক্লীং হম্থহন্নবা হায়জবদি নৎচদে । দাদাগী ওইনদি পুক্সিগী লম্বীদা অপনবা খরা থোক্কদরা হায়না নচন্না খরদি চিংনদবা ঙমজদে । দাদাগী ইমুং-

মনুংগী ব্লারী..., সমাজগী চৎনরোল, ব্লাবী-ব্লাতাই অতৈ খরসু নচন তাজবে, খগুজরে। মীশীং যামদবা, অশীকপা সমাজগী চৎনবীদি মপাঙ্গল য়াম্না কল্লী। ইমা-পাবুং অমদি সমাজনা দাদাগী মায়োক্তা শোয়দনা...!

দাদাগী পুন্সিদসু অপনবা থোক্তনবসু নচন্না ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি। অদুমকপু লাইবক থীবীশিংদি..., কনাগুম্বী অমদি ঐগুম্না অব্লাবা নংবা তাবেদো! নংজসনু, মহাকসু ঐগুম্বীনিদনা ...! কখোকপা ওম্বী অমসু ওইসনু। ঐহাকসু থম্মোই অসী অপেনবা অমগা লোয়ননা চাওথোকচবি। ইথন্তা নত্তে, সংসাব অসীদা ঐগুম্বী কযাসু লৈবি হায়না খঞ্জদুনসু পুক্লীং ফাথজরি। দাদাগী ব্লাবী, ইচে কৈল্যানিনা তল্লকপগী মতুংইন্নদি, ঐনা অসুম খনবদা..., দাদা ঐহাক থাজবা ওমদে। দাদাখোযগী অহল-লমনগী ব্লাফম অদুনা অশেংবা ওইরবদি..., দাদাখোযনা মবায়বক থীবে খনবীরিবী অদুসু হন্না-হন্না মবাযবক থীগদবগী মমি তাবি। অব্লাবা কযা নংলবা যাই। লাইবক থীবীদি হন্না-হন্না মবাযবক থীগল্লী। পুম্নমক ঈশ্বরনা কনবীসনু, দাদা পুক্লীংদা হম্বীগনু। লেপখ্রবা পুক্লীং হোংদনা থবক চৎথবীযু।

ঐহাক্লা ভায়জান্‌খোযগী মবমদা যাম্না থিজনবগী ব্লাফম ওইনদি খনবীগনু। মীওইবগী খগুজনীংবা হায়বসীগী লাওতক্লবা অসীসু ওম্থোক্লা শাথিখ্রবা অর্মানি। দাদাখোযগী অনীংবদা অপনবা অমত্তা থোকহঞ্জবোই। ব্লাবী-বাখোঙশিং অসী ঐহাক্লা থোইনা হেন্না থিজল্লুবমকসু নৎচদে। তানচারুবদগীনি। হোয়, ঐহাকসু লাওতক্লবনা মরম ওইদুনা...! ঐ তুম্মীন্না ফমদুনা লৈ হায়বমক্তী যাবোই। খঙনিংবা হায়বা অমদি লৈবা হায়বসি হৌনশানি। মহাক্কী অমদি দাদাগী মবমদা খবগী মখৈদি খগুজবে। সমাজদা থাক ব্লাংনা লৈবা দাদাখোযগী ইমুং-মনুংনী হায়বসু খগুজবে।

দাদা, নচনবু থম্মোই ফাবা ওমদবীনি হাযনা খনবীগনু। ঐহাকপু তুংদা কোন্না খগুবরকপা য়াই। ঐহাক্কী ইফমদগী দাদাখোয়গী পুন্সিদা, অমদি থবক-থৌরম অদুদা অপনবা অমত্তা থোকহঞ্জবোই হায়না নচন্না অমুক্তসু হন্না ব্লাশকচবি। নচনগী ওইনদি, নীংবা কায়রবা পুন্সি অসিদা অপাম্বা, মিহৌবা হাযবসী থমজববোই। য়াম্না হেন্না থৌনা ফরুবগী ব্লাফমদি নৎচদে। অদুবু ঐহাক পুকচেল তযাং-তযাংবী অমদি নৎচদে। ঐগী অব্লা-নুংঙাই পুম্নমক খুদাগী মফমদা লাম্থোকচপ্রে। ঐগীদি অপাম-মিহৌগী মায়া-মরিচিকা তান্নরুবগী করিবু কান্নগদগে? শাগৎচরুবা নুংঙাইববা মঙলান কায়খ্রবসু, নুঙগুম্বী ওইনা অদুমক খাওদুনা লৈজরগে হাযনা অল্লাহ্‌-তাল্লাগী মফমদা নিজরি। ব্লাফম খরদংদি দাদানা মঙোন্দা হাইফেৎ নীংশিংবীবসু যাই। নীংশীংবীরুদবনদি ফরেদা দাদা ...! করিগুম্বা মহাক্ল মসী খগুলবা, ঐনা মঙোন্দা ঐগী ব্লাকৎনি হায়না খনখিবসু য়াই। মহাক্ল ঐবু নুংশিদবা নত্তে হায়বা ঐহাক খগুজে। পরবব দিগারনা ঐখোয়গীদমক তন্নীবা কুদরত্কী মহৈনি।

ঙৌবগা চপ্ মান্নখি ।"

"ফরে, পুন্নমক ঐহাক্ য়ারে । নহাক্কী থম্মোইগী অশেংবা, পুক্কীংগী ৱাফম্, নহাক্না হায়রবসু অদুগা হায়দ্রবা ফাওবদা ঐহাক্ খঙলে । নহাক্কীদমক্তা ঐহাক্কী থৱায় ফাওবা থারবসু অদু মঙায়রে খন্দুনা, ঐ মফম অসীদা নংবু উনীংবদগী লাওতক্লবনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা লাক্লীবসীনি । ঐ নহাকপু মফম অসীদগী পুদুনা শোয়দনা চৎকনি । ঐহাক্ তশেংনা ৱাশক্লবনি । নংবু ঐনা শোয়দনা পুগনি । করিগুম্বা ঙমদ্রবা..., নংগীদমক থৱায় অসী থাদোক্লমগনি ।" মহাক্কী মীৎলু অদু ঈরা চেল্লকই ।

মহাক্না ঐগী চীন্দা মখুৎনা খল্লদুনা -"নত্তে, হায়হেদে, থৱায় থাবা হায়বা ৱাফম অদু পনবীগনু । কৈসু লৈত্রবী ঐগুম্বী তৱায়ফ্ অমগীদমক্ থৱায় থাবা.... ! হোয়, থৱায় থাবা..., ঐহাকসু থৱায় থাববুদি ঙমগনি । অদুম ওইনমক, অদোমগীদমক ঐহাক্না থৱায় থাবদি, মীনা করিসু হায়নবোই । মতীক্ চায়, হায়নগনি । অদুগা করিসু লৈত্রবী তৱায়ফ্ অমগীদমক্ অদোম্না থৱায থাবা...; অদু ওইরবদি মীয়াম্না থীনা ঙাংনখিগনি ।" হায়বগা লোয়ননা মহাক্ হীক্লা-হীক্লা কপ্লম্মী । মহাক্কী মমীত্তগী লেপ্তুনা পিরাং শীজ্বরক্লম্মী ।

"অদু ওইরবদি ঐখোয় অনি চৎলসি । য়ারে হিংমিন্নসি, য়াদ্রে থৱায় থামীন্নরুবসী । নুংশিবগীদমক্, মীয়াম্না ঙাংননীংবমখৈ ঙাংনজবসনু । মদুগীদমক ঐহাক কবিমতা নাচুংদে । তশেংনা মসি ঐগী অরেপ্পনি ।"

"তাকপিবিবা অদুমক তাজবদা, ঐহাক তশেংনা থম্মোই অসি য়াম্নমক পেঞ্জে । ঐগী খ্বাইদগী লাইবক ফবনি । মদুমক ঐহাকসু য়াজে । অদুবু ... !"

" অদুবু হায়র্বাদ করিনো ? কান্নদেসে, ঙসিমক, হৌজিকমক চৎলসি ।"

মহাক্না ঐঙোন্দা য়েংলগা - "তাকপীরিবা পুন্নমক ঐহাক য়াজরে । অদোমগী মিনুংশি, থৌজাল, পুকচেল চাওবা, অরেপ্পা ৱাশক, পুন্নমক খঙজবে । ঐহাক তশেংনমক লাইবক ফবীনি । ঐগী থৱায-হকচাং অসী কৎচববনি । অদুবু নুংঙাইনা হিংনীংবা ঙাক্লী । ৱাখল অমদি আশাদা মীওইবনা হিংনরিবনি । ঐহাক্কীসু আশা অসী ... ! ঐহাক্কী অসী নুংঙাইবা পাম্বগী ৱাফম নৎচদে । অৱাবা কিবসু নৎচদে । শিবগীসু থোইনা খঙ্গদে । শিবা হায়বসীদি অমরোমদদি য়াম্না লায়খ্রবা ৱাফম্নী । অদুম ওইনমক মীওইবা খুদিংমক আশা অমমমগী মপান্না হিংনরি । মতাং অসীদা ঐগী আশা অসীদি মহৈ য়ানগনি হায়বদা চিংনদবা ঙমজদে ।" হায়রকই । মহাক্না অসুম্না ঙাংলীবা অদু ঐবু...! ঐনা হায়খ্রিবা অদু থাজদবগী ৱাফম্নী । 'ঙসিমক, হৌজিকমক চৎলসি ।' হায়বদুদা ফাগি ওইনা লৌরমাল্লে । ঐহাক্কী থম্মোয়গী অনীংবনা থুম্নাৎভুনা হায়দোকখিবনি ।

"নংগী করি করম্বা আশানো ? নহাক্কী অনীংবা, নংগী ৱাখল অদু ঐঙোন্দা অমুক্তা খঙহল্লু । নহাক্না চিংনরিবগী মরম অদুসু হায়যু । করিমতা চিংনগনু, শেংনা

হেক্তা ফোঙদোক্লসি কৈদৌগে । ঐবু থাজদবা, চিংনবগী ব্রাফম্না ৷''

"অদোমবু কবিগী চিংনকগদগে ! অদোমবু থাজদবগী ব্রাসু নৎচদে । ইমা চাঁন্দবীবীনা তাকপীবগী মতুংইন্না, অদোমগী সমাজনা অমদি অহল-লমননা, ঐগুম্বী অমবু তবাই-তবাইনা লৌশনবীগনি হায়বা অসী থাজবা ঙমজদে । মবম অদুনা ঐগী তুংগী পুন্সিবু..., মসিদবু কবম্না থাজগদগে ? মীওইবনা, চৎনবীগী মতুংইন্না য়ুম-কৈ পান্নবিবা অসী, সমাজদা সন্মান্ ফংননবা, প্রকৃতিগী নিয়ম্বু ঙাক্লনবা নত্তবা ? য়ুম পানবগী পুন্সিদা অহল-লমনগী আশিব্বাদ ফংদুনা, মকু-মনেম অমদি ইমুং-মনুংগী সেবা তৌদুনা, সমাজদা হিংমীন্নবগী মহাও, মদুগী নুংঙাইবা, লেমজবা হায়বদো, ঐহাক ফংগনি হায়বগী আশা লৈজদে । মদু ঐহাক তশেংনমক থাজবা ঙমজদে ।" হায়না মহাক্লা য়াম্না লাঙতক্লনা, অকিবা ব্রাখল কযামুক খনবগী মওংদা হায়বকলশ্মী ।

মসীদবু; কোঠাদা লৈবী নুপীশিং অসী সমাজগী চৎনবোল কবিমতা খঙবা নত্তে হায়না কবম্না হায়বীবা ...? মখোয় সমাজগী চৎনবী খঙদবী নত্তে । সমাজ অসীনা মখোয়বু চৎনবোল পুম্নমক খঙহন্দবনি । মীওই খবগী খুদোংচাননবগীদমক খঙদনবা হোৎনবনি । মখোয়গী হক মৎপীর্বনি ।

মহাক্লা অমুক মখা তাবকই - "ঐখোয় অসী সমাজ অসীনা 'তবাযফ্' জগোই শাবী, বেশ্যা, হায়বা মিংথোল পীবীদুনা সমাজদগী মবী ককথৎপীববীনি ।"

"যাসমীন্, নহাক্কী, তব্রাযফ্, জগোইশাবী, বেশ্যা, হায়বা ব্রাহৈশিং অদু ঐগা ইমাঙদা মতুংদা অমুক হন্না পনগনু । ঐহাক মদুগুম্না অদু কবিমতা খন্দনা, নহাকপু গঙ্গাজল্গুম্ অমদি লৈবাং থম্বালগুম খন্দুনা লাক্লীর্বনি । ঐহাকপু থাজৌ, সমাজ অসীগী ফত্রবা চৎনবীশিং অসীবু শীঙনবগে হায়দুনা তশেংনা থৌবাং তৌববনি । অহম্মদসু সমাজগী মাযোক্তা লেপ্পী, ঐসু অদুগা জল্লাল্উদ্দীন্স্ লেপ্লী । মসীদা নহাক্লা ঐগী থৌনা হাপফম থোকই । ঐহাক সমাজগা মাযোক্লবা ঙম্লবসু ফৈ, ঙমদ্রবসু ফবে, লেপ্প্দি লেপকর্নি । ঙমলে, ঐখোযনা মায় পাক্লে ফবে । ঙমদ্রে, মাযথীবে, অদু ওইববসু নহাক্কীদমক ঐখোযনা হিংবা যাবা সংসাব অমা থিবা তাই । পুম্নমক অসীদা নহাক্লা ইতেং পীবা অমদি ঐগী পুক্লীং থৌগৎপীফম থোকই । হোয, মদুদা মমা-মপা অহল-লমন, মকু-মনেমগী মিনুংশিং থৌজালগী মহাও অদু ফংদবা যাই । হিংবদি হিংগনি ঙমদ্রগনা শিবগা লোইবে । মীওইবা ঐখোয অসী ওমবসু নত্তে । ঐহাক হিংবা তাববসু নংগীদমক হিংগনি । শিবা তাববসু নংগীদমক শিগনি । যাসমীন্,কবিমতা চিংনগনু, ঐহাকপু থাজৌ । নহাক্কীদমক, ইমা-ইপা, সমাজ পুম্নমক থাদোক্কনি । ঐখোযগী তোঙানবা সমাজ অমদা..., - 'জীনা যহাঁ, মবনা যহাঁ, ইস্কে সিবা জানা কহাঁ... ।' মসীনা ঐহাক্কী অবেপ্পনি, ঐহাক্কী অশেংবা থম্মোইগী ব্রাফম নহাক্কী নফমদা

ঐহাক্না আশা তৌজরম্মী, অদুবু কায়খ্রে । পুম্নমক পরবংর দিগারগী থৌশীলনি । মদু করিমতা নীংশীংবীরুরগনু । ঐহাক মাগী নুংশি খুদোল পামজবী, নুংশি ঈখৌলাংবী অদু নত্তরে । ঐনা পাংবা ঙম্বা, পীবা ঙম্বা অদুখক্তং পীজনীংলম্বনি । ঐহাক মঙোন্দগী করিমতা পাম্বা লৈজদ্রে । ষারৌবা অমদি ষ্বাকৎসু লৈজদে । ঐনা নুংশিজবদি অদুক্কী মতীক চেৎখ্রবনি । মসীমদি ঐহাক ঈশাগী লনাই ইরল ওইজরগে । লৌগে - ফংগে, নীংবীরগনু, নত্তগা কনাগুম্বা অমগী মফমদা পীখ্রো হায়রবসু ঐ য়াজবা ঙম্লরোই । মসীমতংদি ঙাকপিগনি খঞ্জে । পুম্নমক খুদানা অমদি ঈশ্বরনা থৌজানবীগনি । অদুক য়াম্নসু ষ্বাবীরুরগনু, য়াম্না লুনসু খনবীরুগনু ।

অদুম ওইনমক, ঐহাক ষ্বাফম অসীমতংদী থম্মোইদা লোত্তুনা থম্বা ঙমদ্রদুনা খঙহঞ্জনীংবদগী তৌরবনি । ঐনা লৌজরিবা ফিরেপ অসী লাম্লম্বসু য়াই । ঐহাক মফম অসীদা 'সুম লৈরগদি হেন্না লুবা ষ্বাফম অমদি খুদোংচাদবা থোরক্কদ্রা চিংনৈ । অদোমগী মরুপকী লাইবকথীবা থৌদোক থোকলক্কদরা হায়না চিংনবা লৈ । মরম অদুনা ঐহাক দিল্লী থাদোক্তুনা চৎচরে । ষ্বাফম অসীমক্কী খঙহঞ্জনীংদবনি । অদুবু চৎলবনিনা শোয়দনা খঙলক্কদবসু লৈরে । ঐনা ভারত্ থাদোকপা অসীমক্না, পুক্সি অসী মহাক্কীদমক 'পাক্' ওইনা থমজগে খঞ্জবা অসীমক ঙমদবসু..., ঐহাক লম্নানবী ওইখিবসু য়ারি । ঐনা লৌজবিবা ফিরেপ অসিদা মহাক হেন্না নুংঙাইতবা পোকপসু য়াই । থোইদোক্না নুংঙাইতবা তৌবীগনু হায়বীয়ু । অৱাবা, নুংঙাইতবা ষ্বাখল থাদোক্তুনা তৌগদবা ইথৌদা পুক্লীং চঙবীয়ু । মুবারক্বাদ্ (য়াইফ-পাওজেল) পীজরি । করিগুম্বা মতমদা থম্মোইদা অৱাবা, নুংঙাইতবা পোক্লকবদি (পোক্তবদি ওইসনু) অঞ্জুমন্বানুবু নিংবতদি নীংশীংবীয়ু । ঐহাক মাবু করিমতা লান্না লৌজদে, ষ্বারৌবা, নুংঙাইতবসু লৈজদে হায়না অমুক্তংদি নীংশীংবীয়ু । নীংশীংবীদবনবুদি ফৈ, অদুবু...!

দাদা, ঐগীদি কনাসু লৈজদে । ইমা নৌনা কায়নখ্রে । ইবুং-ইপৱা লৈজদে । দাদাবু ইবুংমক্কী হায়না নীংজগে । করিগুম্বা মতমদা নচলবু নীংশিংবীয়ু । অদুগনে দাদা, উন্নদ্রবসু, লাপ্লববসু কাওবতদি কাওনগুমসি । ঐহাক নীংবা কায়রবসু পেন্দবগী ষ্বাকৎতি লৈজদে । অদুগা অপামবা, মিহৌবা হায়বসীমদি থমদবনসু ফরবনি । মীওইবা হায়বসী থম্মোইগী অশোনবা মতাংসু মরাকই । ষ্বাখল, থম্মোইনা শোস্থরকপা মতমদদি খলহৈদবা করি-করিনো হেক খল্লকপা মতাংসু লৈ ।

অদুগনে দাদা, দাদাবু মুন্না খঙবা, মীশক লৈ । মহাক্না দাদাবু মচাগুম্না য়াম্না নুংশিজৈ । দাদাগীদমক মহাক্না থম্মোইশেংনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌরি । অদুম ওইনমক মহাক্না দাদাগীদমক্তা য়াম্না চিংনবা পোকই; য়াম্নসু ষ্বাজৈ । মনুংগী অকুপ্পা ষ্বারীদি হায়দোক্তে, চিংনবদি য়াম্না লৈ । ষ্বাফম অসী ঐনা দাদাদা হায়দুনা পুক্লীং লাঙতক্লহনবদি পামজদবনি । ভাযজান্, পোকমীন্নবা ইবুং অমগুম্না অদোমবু নুংশিজৈ, ষ্বাফম অসী

হান্না-হান্না পঞ্জরে। অদুনা অফ-ফত্ত, হৌনবা-হৌনদবা থোইদোক্লা খলহৌদনা চিঠি অসী হেক্তা ইজক্লবনি। হন্না-হন্না হায়জবগীদমকসু ব্রাহৌবীগনু। নচলবু মওং অমদা লান্না খনবীরম্বসু যাই। পুন্নমক অসীগীদমক ঙাকপীগনি।

ভায়জান্, শেংনা হায়জরবদা, মহাক অমদি অদোম্না করম্বা পুঙফমদা, কবম্বা লম্বীদা, মতৌ করম্না...? লম্বী অদুদা করিগীদমক খোঙদাবীরুরিবনো, খন্দবসু ঙমলক্তে। অদুবু অমুকসু মবায়বক থীরবী, তোল্লবীশিং অদুগীদমকসু ঐহাক খন্দবা ঙমদে। মখোয়সু ঐখোয়গুম্না নুপীনি! সংসারগী অফ-নুংঙাই, যাইফবা পাল্লমগনি। মখোয়গীদমক্তা হোৎনবিরিবা অদুবুসু তশেংনা থাগৎচনিংই। মহাক্কী ব্রাখলদা, ঐহাক্কী করিসু ব্রাক্তে, কনাসু ব্রাংলোই খনবীবিবা, অচুম্বমক্কি। অদুবু মদুমক্তি..., অদুম ওইনমক, লাইবক থীরবীশিং, সমাজনা ওম্থোক্লা শাথীনা ব্রাহনবীববীশিং অদুগীদমক্তদি, দাদাখোয় নক্তনা অতৈ কনা অমত্তা লৈত্রবনি হায়বা অদুমক যাম্না চুমখ্রবা ব্রাফম্নী। ভাযজান্খোযনা হীরম অসোমদা লময়ানবা ওইবীযু। থবক্লা মতেং পাংজবা ঙমদ্রবসু মোবেল্ সপোর্ট তৌজবি। ব্রাখলনদি মতেং পাংজগে। ভায়জান্ যাম্না ইজখ্রে। কান্নদবা ব্রাচোই ময়াম অসীগীদমক তোল্লবী নচলবু ব্রাবৌবীগনু।

দাদা, ঐহাক্কী পুন্সি অসিদি খুদাগী মফমদা শিন্নজরবনি। ঈশ্বরনা পাম্বা মাযকৈদা পুবীরসনু। নুপী ওইবীগী থম্মোইদি লাকওম-ফাঙমদবনিনা থৌনা য়াম্না ফরুবদি চুমদে খল্লী। অদোম অমদি অদোমগী মকুপকী য়াইফ পাও, মাযপাকপা অদুতংদি তাজনীংই। ঐনা ঙমজবা খুদোল খরতংদা ওইববসু তমজগে নীংজৈ। পুন্নমক অমত্তা ঙমদ্রবসু, পিরাং মবীক অনিতংদি শীন্থুবগা থম্মোইগী অমোৎপা পুন্নমক শেংদোকচগে। খুদানা পুন্নমক অসী খাঙবা ঙম্নবগীদমক, নুপীগী মপোক অসী শেমলম্বনি। দাদা, নচলগী চিঠি অসী মতাং অসীদা লোইশিঞ্জরগে। অপাম-মিহৌ অসী থিংবা নুপী ওইবীনা ঙম্বা থবক নত্তে, অদুম ওইনমক, কল্লক-মিহৌবা হাযবসীমদি থম্মোইদা অমুক হন্না সুকলৈ লৈহন্দবনদি ফবে।

ভায়জান্, মুবাবক্..., খুদা-হাফিজ...।"

অদোমগী নচল
"অঞ্জুমন্ বানু বেগম্"

"রাহোঁকো সদা দহের আতা নহী কোই,
তুম্ জৈসে গয়ে, ঐসে ভি জাতা নহী কোই,
এক্ বারতো খুদ মৌত্ভি, ঘবরা গয়ী হোগী,
ব্রো মৌত্কো সিনেসে লগাতা নহী কৌই,
সাকীসে গিলা থা তুম্হে, মৈখানেসে শিকব্রা
অব্ জহরসে ভী প্যাস বুঝাতা নহী কোই।"

# (১৭)

***"As a Social being I have to live among the people and society, and I have to have people and society on my side to be successful. To win people on my side, right speech matters a lot, talk sweet, right action, clear heart and mind."***

ঐগী পবিক্ষা লোইখ্রে। এক্জাম্গী তোৎনবদা কবিমতা চঙলুদ্রবনি। পবিক্ষা লোইবগা হকচাং অমুক ঙম্লুদবে। হৌজিক, থাদোক্লুববা ব্রাখল অদু মকোক কাঙখৎলকই। অহম্মদসু, ঐগী ষ্টদিদা অপনবা থোক্তনবা খনবা ওইবমগনি, লাকখিদ্রে। অদুমকপু..., পবিক্ষা লোইখিবা মতম ফনা যাম্না চোম্থববা ফাওবা, মহাক্না লাক্তবসী কবিননো ? ঐহাকপু মখোযগীদা চৎলুসিবা খল্লম্মী। হকচাং অসী মপুঙফানা হনগৎপা ঙমদ্রি; পুমতেক তেকপ শুম তৌই। এক্জাম্গীদমক খনবদা, ব্রাখল পুম্নমক থাদোক্লুবে। থাদোক্লে খঙবা শাবনি। পুমথা হেক থাদোকপদি কদাইদগী যাগদগে ? হেন্নদুম খল্লম্বসু কনানা খঙবা...!

ব্রাখল খল্লীঙৈদা অহম্মদ ফাওবকই। ঐনা মাবু হবাওনা ওক্লুনা ফমহল্লম্মী। বাবী-বাতাই খবা শাববা মতুংদা, অঙ্গুমন্গী চিঠি অমা ঐঙোন্দা থাবকখিবদু ঐনা মঙোন্দা যেংহল্লি। মদু যেংলবা মতুংদা মহাক, নুংশাম্বব মপী অমা শাংনা হোল্লি। মাগী মাযথোং অদু যেংবদা কযা নুংঙাইবমদে।

মহাক্না তপ্না "ফবে কমদৌনি ? মসিদা থোইনা পুক্নীং চঙলুদবনা ফবেদা...! কবি উপাইদি লৈ ? হৌখ্রবদি হৌখ্রেদনা..., লোইবে।" হাযবকই।

"মহাক যুম থাদোক্লুনা চৎখ্রে হায। দিল্লীদগী চৎখিবতা নত্তনা ভাবত পুমথা থাদোকখ্রবা ওইবমাল্লে।" হাযনা ঐহাকসু শোম্থাংনবম্মী।

"ওইবমাল্লে...! চৎখিবা অসীনা ফবে। চৎলমদ্রবদি ঐখোযগী ভায়জান্না মখোযবু থাদোকপগী ব্রা লৈতে। মখোযনা যুম থাদোকখিবদগী অমবোমদা ফববনি। অদুবু তশেংনা ভাবত থাদোকখ্রে হাযর্বাদ ঐদি খঙদে।"

"অঙকপা নুপীনি। মহাক্কী ত্যাগ্ অসীদি, থাগৎপদা মতীক চাবীনি। অহম্মদ ঐহাক ব্রা অমদি হংগে।" ঐহাক্কী ব্রাফম অদুদা মহাক্না মুন্না য়েংলকই।

"নহাক্না মাবু অসুক লাযনা থাদোকপা ঙম্বা অসী..., নং মাবু কবিমতা নুংশিদবা ? নত্রগনা হুস্নবানুদা কবম্বা, মঙোন্দগী হেনবা কবি মগুণ্ লৈবগে ? ঐহাক্কী ব্রাখলদদি..., মশক-মতৌদসু হুস্নবানুদগী অঙ্গুনা হম্থবা নত্তে। অদুগা মহৈ-মশিং,

লাইরিক-লাইশু অদুগা মরল-মথুম পুন্নমক্তা পুমহেন্ ... ? নহাক্না মাবু অসুক লায়না করম্না থাদোকপা ঙম্লীবনো ? মসীবু.... ?"

"নংগী অসীবু ফাগিরা ? মদুবু করম্বা ব্রাহংনো ?" হায়রগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। মহাক্কী মীৎয়েং অদুদা চৈনাখোল অমা য়াওবগুম তৌই । করিগীদমক ঐনা মঙোন্দা ব্রাহং অসী হংলুরিবা হায়না ইথন্তা নুংঙাইরমদে ?

"ঐগী অসী ব্রাহং নত্তে । ব্রাহং অসীমক কান্নদবা আর্থ য়াওদবনি হায়বা ঐহাক খঙই । মসীমক ঐহাক ইথন্তা নুংঙাইতদুনা শোনবনি ।"

"নহাকসু সুভাসিনিবু থাদোকপা তারিবা, থাদোকপা ঙম্লীবা অদুনি । মসীদা খল ওনবগী ব্রাফমদি কদাইদগীনো ?"

"খল ওনবগী নত্তে, ওন্নবা তারবসু সুভাসিনিনা যাসমীন্দগী হীরম খুদীং হেল্লম্বসু য়াই । অদু ওইরবসু ঐহাক সুভসিনিবু নুংশিবদি তৌখিদ্রি । ঐহাক মাগী মরমদা করিমতা খঙদে হায়বা য়াই ।"

"মরুপ ! শক ফজবা, গুণ্ লৈবা, মরল-মথুম্না ঙাক য়াবসু নত্তে । মদোমদদি তোক্লসি । নহাকসু পুম্নমক অসী খঙলীবনি । নহাক্না হৌদোরক্লবনিনা ঐহাক হায়রগে। অঞ্জুমন্‌বানু, হীরম খুংদিমক্তা অব্রাৎপা অমত্তা লৈতে । পুমহেন-হেনবী নুপী অমনি । মসিদি ঐনা নঙোন্দগী হেন্না খঙলমগনি । নক্লবা মরীনি, মামুজান্‌গী মচানুপীনি। অহল-লমন্না হীরম খুদীং য়েংলগা লেপ্পখিবনি । হৌবদগী মাসু ঐসু পুম্নমক লোইনা খঙনৈ, য়ানৈ । ঐখোয় অনি য়াম্নসু নুংশিনৈ । মাগী থম্মোইদসু ঐবু লাৎলমগনি । ঐগীদমক মহাক্কী মঙলান অমা শাগৎলমগনি । ঐহাক মাগী শক্তম, মাগী ব্রাখল নত্তনা, অতৈ অতোপ্পা নুপী অমগী ব্রাখল করম্না খল্লুগনি ? তশেংনমক ঐসু মহাক নত্তনা অতৈ খন্দে । ঐখোয় অনিমক অমনা অমবু থম্মোইনুংদা লাৎনরকপনি । অদুবু পুক্সি অসিদা, করম্বা পুঙজাদা, লমফৈ অমরোমদা লাকখিবা...! ঐহাক অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ কয়া মায়োক্লরবা মতুংদা মসী ওইরকখিবনি । মহাক ঐনা হায়জবদা হরাওনা য়াবীরকখি । থম্মোই মচেৎ-মচেৎ তানা থুগাইরগা য়ারকপনি হায়বা ঐসু খঙই । মহাকপু থম্মোই কায়হল্লগা ঐহাক করি নুংঙাইগনি ? মঙোন্দা চৈফু পীবনি, অদুবু চৈনাদি ঐ ইশাদা ফংই। মহাক্কী কখোকপা ঙম্বা শক্তিনা ঐবু মায়থীবা পীরম্লে । অসুম্না ঐগী থম্মোইবু মথক-মখা ওলহনখি । ঐনা হায়জবা অদুদা মহাক্না য়ানীংদবা উৎলম্লবা..., ঐহাক অসুক য়াম্না থম্মোইদা নুংঙাইতবা পোক্লমদবা য়াই । মহাক্না ঐগী নীংবা থুংগনি হায়রবদি হায়দুনা, য়াম্না লায়না, মাগী থব্রায় ফাওবা কৎলম্লগে খনখিবা অদুনা ঐহাক ওস্তোক্না শাথীরবা চৈনা অমা ফংহৌরবনি । মহাক্কী মফমদা ঐহাক চাওরবা লমন তোল্লবনি । মহাক্না কায়নবদা,

ঐহাক ব্বারল্লোই হায়নদি নংসু খল্লল্লোই ।" হায়রগা মহাক স্বর মপী হোল্লি ।

"মরুপ, নহাক্কী ফিরেপ অমদি খোঙফম অসীমক্তী ওম্বোক্লা চেৎখ্রে । ঐহাক ওইরল্লবদি ঙল্লোই । অদুবু নহাক্লা লমজীংবদগী ঐহাক নতুং ইল্লিবনি ।"

"খঙদ্রে মরুপ, ঐখোয়না লৌরীবা ফিরেপ অসীবু চুল্লীবরা লাল্লিবরা খনবদা য়াম্না লুশিল্লক্লে । ঐহাক অসী মীওং অমা হায়বদু ওইরবনি । ঐগা নক্করুবা, লোয়নকবা মীপুম খুদীংমকপুসু ব্বাহল্লে । পাক্লবা ঈয়ায়দা ইরাক্লহল্লে । অঞ্জুমন্ অমদি নহাকপুসু, ঐনা ওম্বোক্লা লুরবা ফিভম অসীদা শাথীনা ব্বাহল্লবনি । মসীসু ঐ খন্দবদি নত্তে । পুম্নমক অসী খনবদা, ঈশানা ঈশাবু ব্বারৌজবা অমসু পোক্লবনি । নহাক্লা করি খল্লমগনি ঐ খঙদে । নহাক হিন্দুনি খঙনা-খঙনা, মুসলীম্ নিংঙোল অমগীদমক ঐনা নংবুসু কয়াদা  শাথীনা লুরবা ফিভম অসীদা পুশিল্লবা ...! অদুগা থৌ লৈতনা থৌ থিবা হায়বা অদুসু ঐহাক ওইরবনি ।"

"মরুপ, নহাক ঐবু মরুপ্পী হায়রগা অদুগুম্বা ব্বাফম অদুবু...! নংগীসীবু ঐবু চৈরিবরা ? মরুপ অমদি নুংশিবদা জাত্, ধর্ম্ম, মজহব্ হায়বা অমুক লৈব্রা ?"

"মরুপ, ঐবু লান্না লৌগনু । ঐনা তৌরিবসী করিনো ? ঐ খনফম খঙদ্রে ।"

" হিন্দু-মুসলিম্, ধর্ম্ম-মজহব্কী ব্বাফম, মরুপ অমনা মরুপ অমদা মদু পুশল্লকপা হৌনদে । ইমান্-ধর্ম্ম করিনো ? জাত্, হিন্দু-মুসলিম্...! ঐখোয়গী ধর্ম্মদি, মানব্তা, ইন্সানিয়ত্  হায়বসী নত্রা ? মীওইবা জাতি অসী অমত্তা নত্রা ? ঐহাক শিবা তারবসু, নহাক্কী নমাঙ থাদুনা শিগনি । হিংবা তারে, নহাক্কী নতুং ইন্দুনা, হীরম অসিদদি হিংমীন্নগনি ।   নহাক করিসু চিংনফম থোক্তে ।"

"ঐগী ব্বাফম অসীদা নহাক ব্বারৌগনু । মীওইবগী অশোনবা মতাং কয়া লাকই । নংগী ব্বাফম অদুমক্লী ঐনা হায়নীংলম্বসু । ঐখোয় হিংলে হিংমিন্নগনি, শিবা তারবসু শিমিন্নগনি । অরা-নুংঙাই খুদীংমক শরুক য়ামীন্নরসি ।"

"মদুমক্লী মরুপ, ঐসু নংনা পাম্বা লম্বীদা অঙম্বা তেংবাংনবা, ঈশানা পাম্না লম্বী অসীদা লাক্লীবনি । ঐগী খোঙফম শোয়রক্লবসু নহাক্লা শেন্নগদবনি । নহাক্কীদমকসু ঐ লৈরি । হৌখ্রবশিং অসি হৌখ্রসনু, চিংনরুরনু । পুক্লীংগী অরেপ্পা ব্বাখল অদুদি ঐখোয় থমগদবনি । মসীদগী হোংবদি চুমদে।"

"ঐহাক্কী খোঙফম অসী হাইরকপা মতাং হায়বদু যৌরবনি । ঐনা খ্বাইদগী নুংঙাইতবদি অঞ্জুনা দেশ্ থাদোক্তুনা চৎখিবা অসীসু মরম অমনি । মহাক্লা লৌখ্রিবা ফিরেপ, থাংখ্রিবা খোংফম অসিমক য়াম্না শাথীনা নীঙবা কায়বগী খোঙথাং অমনি । ঐনা য়াম্না চিংনবা ব্বাফম অমসু.. ! মহাক্কী লিংজেল্, মহাক্কী থম্মোই ঐ য়াম্না মুন্না খঙই । ঐনা চিংনরিবা অসিমকসু শোয়রোই । মহাক মপুন্সিদা অমুক হন্না য়ুম পানবগী ব্বাখল লৈররোই । মহাক্লা ঐগী নীংবা কায়দনবগীদমক, ঐগী ইরাল পুম্নমক মহাক্লা

নোক্লা নোক্লা মায়রোং য়াখিবনি । মসীমক মহাকনা ঐবু থম্মোই, শেংনা নুংশিবগী খুদম্নী । মহাক খঙনা-খঙনা, ঐখোয়গী থবক থৌরাং অসি কায়দনবা হায়দুনা, ঐখোয়গী ইতেং ফজনা পীরম্লবনি । মহাক্লা হন্দক লৌখ্রিবা ফিরেপ্ অসিমক্তী...! ঐহাকপু পাক্লবা ঈয়ায়দা লংথরম্বগা চপ মান্নরে ।"

"মরুপ্, অদুক্ হাক্লা থম্মোই পীকথবসু তৌগনু । ঐখোয় ঈশা-ঈশাগী ইথৌদি তৌদবা য়াদে । ঐখোয়বু ইথৌ তৌননবা ঈশ্বরনা থারক্লবনি ।"

"চুম্মী ইথৌদি পাঙথোকপা তাবনি মরুপ্ । হিন্দুগী গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা 'কর্ম্ম পাঙথোকউ, কর্ম্ম অদুগী ফল্ খল্লুগনু ' হায়রম্মী । ঐখোয়সু ঈশ্ববনা কর্ম্ম তৌ হায়দুনা থারক্লীবনি, কর্ম্মদি ঐখোয় তৌদবা য়াদে, তৌবা তাবনি । পৈগম্বর হজবত্, হোসোন্না মায়থীরগনি হায়বা খঙনা-খঙনা মশাগী মথৌ পাঙথোকপদা অজিত্কী মফমদা মায়থীখি । কারবালাদা, অরাম-খৌরাংবা খাঙনা-খাঙনা থবায থাখি । অদুবু মশাগী কর্ম্মদগীদি মায় লৈখিদে । য়েক্লবগী মখুত্তা থবায় থাপ্রবসু, শিববা মতুংদা মাগী মগুণ্ হেনখি । অদুনা ঐখোযসু ঈশাগী ইথৌ পাঙথোকপদা নীংহন্নবদি চুমদমাল্লে হায়না খল্লী । ফল্গীদমক ইথৌ তৌবা নত্তে হায়না খল্লসি ।"

"অদুনি ভায়, ঐহাক লম্বী অসিদা খোঙদাদ্রিঙৈদদি, চিংনবনা পীক থল্লম্মী । হৌজিক্তি থাংজিল্লুরবা খোঙফম অসী হন্দোকপদি চুমদ্রে । অৱাবা, খুদোংচাদবা পুম্নমক মায়োক্লবা তাই । শিবা তারবসু হন্দোক্নে হায়নদি খন্দ্রে । "

ঐখোয় অনিমক থম্মোইদা অচেৎপা ৱাশক্কা লোয়ননা লেপ্লরম্মী । ঐখোয় অনি চেৎনা কোন্নরম্মী । ঙসি অমুক ঐখোয়না নীংলীবা অসিগী মতাংদা, অচেৎপা খোঙফম অমগী ৱাশক অমা, ঈশা-ঈশাগী থম্মোইদা অমুক্কা হন্না লৌনবে হায়না খল্লী । থম্মোযদা ফাওরকপা ঈশাগী তৌফম থোকপা ঈথৌদি তৌবা তাবনি । ঙম্বা-ঙমদবা, মায়থীবা-মায়পাকপা হায়বদুদি ঐখোয়গী খুত্তা লৈবা নত্তে । তুংগী অফ-ফত্তা ফল্ খকক্তমক য়েংবনদি করম্না থবক পাঙথোক্কনি ? অদুবু মীওইবা ঐখোয়গী থম্মোই অমদি ৱাখলনা থৌরী চিংনবা অসীদি হৌনশানি । ঈশাগী, ইমা-পাবুংগী, সুভাসিনিগী, অঞ্জুমন্ বানুগী ...! পুম্নমক অসি খন্দবসু ঙমদে, নীংশীংদবসু য়াদে । নীংশিংদবা, খন্দববু য়ারবদি করিগীদমক ৱারুগদগে ? নীংশিংবা তাই, খনবা তাই, অৱাবসু খাঙবা তাবনি । খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লবা তাই ।

অহম্মদনা - "নহাক পাও তারবরা ? ঐহাক ঙসাইমখৈ, ৱারী-ৱাতাই ময়াম অসীনা ইকাওবু-কাওরুরে । " হায়রকই ।

"করি পাওনো ? ঐদি পবিক্ষাগী হোৎনবগা, পরিক্ষা লোইরবা মতুং, মঙা-তরক্লী অসি হকচাং কয়া নুংঙাইতদুনা মপালকা থোক্ত্রে । করিগুম্বা ঈ-পাও অমত্তা তাদে । খবরকাসু পাদ্রে ।" হায়না ঐনা মঙোন্দা য়েংলম্মী ।

মাগী মরায়বক্তা তম্বা, মখোয়গী ফিভম অসিদা অসুমক লৈজবনা হেন্না ফরগনি হায়না খল্লেদা । মখোয়না মরম ওইদুনা নহাক্কী ইমুংগী শান্তি শোয়দনা কায়গনি । অহল-লমনগী আশা পুম্নমক 'উত্তা ঘী হৈবা' হায়বদু তাগনি ।"

"ইমা; ঐহাক যাসমীন্বু থাদোকপা সুকঙম-ঙম্নরোই । থব্রায় অসী থাবা তারবসু অদু মঙায়রে । ঐগীদি লেপখ্রবনি, অমুক হল্লরোই ।"

"ফরে-ফরে, নহাক্না অদু য়ৌরবনিনা ইমাগী হায়নীংঙাই থোইনা লৈত্রে । অদুবুনে..., করি হায়গদবনো ইমা ভব্ তাদ্রে । চিংনদবদি ঙমদে, ওম্ফেক্লেদি লুরেদকো !"

"ইমা, থোইনা চিংনবীরুনু, ঐখোয় ইথৌদি তৌবা তাই । ঈশ্বর লৈরি । ইমাগী নতেং, ইমাগী আশির্বাদ পীবীয়ু । ঐখোয়গী ইতেং পাবীয়ু ।"

"ইমাগীদি, ইমানা হেক ঙম্বমখৈ নখোয়গী নতেং পাংগনি । করিমতা চিংনগনু, নখোয়গী মঙ্গল্ ওইবা অদু ঈশ্বরদা প্রার্থনা কৎচরি । অদুগনে ইবুংঙো, যাসমীন্, হুস্নবানু, ব্নাহিদা মখোয় অহুম্মক অসী ঐহাক্কী মীৎয়েং মখাদা চাওরকপী ঙাক্তনি । মখোয়বু ইমানা ঙসিফাওবা করিদা শোয়খিগদগে হায়দুনা শেন্নরক্লীবনি । ইমানা মখোয়বু মেট্রিক পাস তৌহল্লকপনি । কলেজ তমজনীংবনি মখোয়, ঐনসু য়াম্না কন্না হোৎনবনি। অদুবু নাদিরাবাই হায়বী অসীনা শিখাঙ-খাঙদুনা তমহনখিদবনি । ইমাগী ব্নাখলগী পোৎলুম অসীসু য়াংলগনি । অদুগা, মখোয় অহুম অসী ঐনা হেন্না থাগৎপদি নত্তে, মফম অসীগী নুপীমচা পুম্নমক্তগী অথোইবীনি । ইমাগা খরদং হেন্না নক্লবা মরী অসী ...!" হায়রগা চপ লেপখ্রে, মখা অমুক তাখিদ্রে ।

"ইমা, কবি করম্বা নক্লবা মরী..., কনাগা...?" হায়না ঐনা হংলম্মী ।

"ইবুংঙো ব্নাফম অসী তোক্লসি, ইমা ঙসিদি হায়রোই । নহাক ব্নারৌগনু । নোংমা, মতম লাকখিগনি । মতাং চাবদা ইমানা নহাক্কী নফমদা পুম্নমক হায়গনি, তমগনি । নঙোন্দা হায়নীংবা ব্নাফম কয়ামুক লৈরি । নহাক্না য়াবীবা-য়াবীদবদি ঐহাক খঙদ্রে । নঙোন্দা শীন্ননীংবা, শীন্নগদবা ব্নাফম কয়ামুক লৈরি । মতম অদু লাকখিসনু।"

"করি করম্বা ব্নাফমনো ইমানা শীন্নবীনিংলিবা ? হায়বীয়ু ইমানা হায়বদা নচানা য়ারোইদবসু লৈতে, পুম্নমক য়াজগনি । করিমতা চিংনবীগনু । নচানা ঙম্ববু ওইরবদি পুম্নমক অদু পাঙথোক্লবা শোয়দনা হোৎনজগে ।"

"ঙসিদি ইমা হায়ররোই, নংঙোন্দা শিন্নগে হায়নদি খল্লী । অদুগনে ব্নাফম অমদি..., ঐহাক বৃন্দাবন্, রাধাকুণ্ড নত্রগা হরিদ্বারদা লাই নীংখ্রগে হায়না খল্লম্বনি । নহাক্না উন্নবদগী, ঐহাক পোক্লফম ইমা লৈপাক মণিপুরবু য়াম্না নুংশিরক্লে । অদুননে ইবুংঙো, নখোয়গী থবক অসীনা মঙ্গল ওইরবা মতুংদা, ইমাবুনে ইমা লৈপাক্তা অমুক্তদি পুবীয়ু । ইথম্তা চৎপসু য়াববুদি য়াই, অদুম ওইনমক নহাক্না চৎমীন্নরবদি ইমাগী খুদোংচাদবা

লৈবোই খল্লী । নহাক্লা যানীংদ্রগদি...?

"ইমা মদুগীদমক্তা কবিগী চিংনবীবিবনো ? মদুদি যাম্না লাযখ্রবা পোৎনি । ইমানা ওম্থোক্লা লুনা খনবীবে । নচাবু লম্লানবনি, অতোপ্পনি খনবীগনু । ঙসিদগী নচামক্লী হায়না খনবীয়ু । ঐখোযগী থবক অসিবু পাঙথোক্লবা..., ঐহাক ইমাগা নমৌনুপীগা লোযননা মণিপুরদা পুদুনা চৎকনি ।" হায়না হায়বম্মী । ইমানসু যাম্না নুংশিনা কোনবীবগা ঐগী লাইবক্তা চুপ্নীবম্মী । "মঙ্গল ওইয়ু ইবুংঙো ।" হায়না কোক্তা নানবীবম্মী । মমীত্তগীসু মপি তাবকই । ঐহাক ইমাদা মুন্না যেংজবম্মী । থম্মোইদা কবিগুম্বা অমা ফাওবকই । তশেংনমক কন্না লৈত্রবী অসীবু হায়নীংঙাই লৈতনা মিনুংশি পোক্লম্মী । ঐহাক্লা ইমাগী মমীত্তগী শীল্লুবক্লীবা পি অদু তৈথোকপীবম্মী । থম্মোযদা অপেনবা, নুংঙাইবা পুল্লপ্না পূল্লবগুম তৌবম্মী।

ইমানা কবিগুম্বা ব্রাফম খবদি লোৎপগুম তৌবি । কবিগীদমক, কবি কবম্বা ব্রাফম ওইবমগবা ...? ঐহাক্লা চিংনজবা খবসু লৈবি । ঐনসু হংদ্রে, ইমানসু হায়বক্ত্রে । মবম অদুনা মখা থোইদোকপা তানদ্রে ।

অহম্মদকা ইমাগসু ব্রাবী-ব্রাতাই কযামুক শা-নবে । মখোযনসু খন্নবা যাবা খন্নে, অদুবু ফল্‌দি তাবা ঙম্বপোৎ নত্তে । ইমাগা ঐহাক্তা যাম্না নকশিন্নবগী মতৌদা মহাকসু হবাওবম্মী । মখাগী থৌবাং জল্লাল্‌উদ্দীন্‌গী সজেসন্, মহাক্কী থবক থৌশিল ঙাইবদা তাবে । পুন্নমক লেপ্পববা মতুংদা ইমাসু চৎখিবম্মী । অহম্মদকা ঐহাক্তসু থোইদোকপা ব্রাবী মখা তানকদবে । ঐখোয অনিমক ব্রাখলদি পোৎথানবমদ্রে । বাখলদা যাম্না কুইনা তুম্মীন্‌-তুম্মীন লৈনকববা মতুংদা ...। ঐহাক্লা - "অহম্মদ ঙসি মঙানি শুবে । শবাব্ মহল্‌দা চত্তবা..., ঐহাক অমুক্তং চৎনীংই ।" হায়বম্মী ।

মহাক অহানবদা যাবমদে । অদুম ওইনমক ঐহাক্লা কন্না তকপদগী মহাকসু যাবম্মী । মহাকসু চৎনীংলিবনি, ঐগী ইতৌ যেংগদবগী তৌবা ওইবম্না যাই । নুংথিলগী মতম অসী নাদিবাবাই বেগম্, শবাব্ মহল্‌দা লৈতবা মতম্নী । মহাক লৈতবা মতমদনি ঐনা মফম অদুদা চৎনীংলিবা.... । মহাক উন্নববদি শাওনীংলকই, ব্রাহং কযা হংলুদুনা বা থোকপা যাই । মানসু চৈবকপা যাই, ঐসু মদুগী পাওখুম পীনীংলক্কনি, ব্রাহংসু হংনীংলক্কনি । চৈক্কবসু যাবি, অদুনা মহাক লৈতবা মতমদা চৎনীংই । নুমিদাংব্রাই অমদি নুমিদাংগী শবাব্ মহল্‌দি ঐহাক অমুক হন্নসু চৎনীংলুদ্রে । মদুনা ঐবু যোৎখিগদবগুম নীংই । মকওইনা নুমিদাংগী শবাব্ মহল্‌দি ঐহাক অমুক হন্নসু উদবা লাই নীংই । মদুনা যাসমীন্‌বু ঐঙোন্দগী মুনখিগদবা হায়বা ব্রাখল অসীদসু ঐহাক অদুক্কী মতিক শাথীনা অকিবা পোকই । লৈতাফম খঙহন্দে ।



# (১৪)

*"Love is a many splendoured things.*
*I can see it in the warmth of your smile.*
*In the blush of the flowers.*
*In that nuaghty sparkle in your eyes.*
*In the silver lining behind the clouds.*
*In the purity of the air.*
*In the innoceence of your gaze."*

গাড়ী মখোল তাবদা হুম্নবানুনা থোঙ হাংদুনা, ঐখোযবু যাম্না তরাম্না ওক্লম্মী। ৱাহিদাগা হুম্নবানুগা অনিনা ঐখোয়বু ড্রোইংরুমদা ফমহলম্মী। ঐগী মীৎনা যাসমীন্বু থিরম্মী উবা ফংলক্লবদা..., ঐগী লাঙতক্লবা অমদি চিংনবা পোকই। ঐহাক লৈতানা লৈবা, ফম্না ঙমলক্তে। ঐগী লাঙতক্লবদু মখোয়সু খঙলম্না য়াই। অহম্মদনা নোকফেৎ তৌবগা "জনাব্কী হকচাং কয়া ঙমদবগুম তৌই। বানু, যাসমীন্বু কোক চীকপগী গুল্লী খবদং, ঈশিংগা কোন্ননা পুহল্লক্লবদি ...!" হায়না ফাগি তৌরকই।

হুম্নবানুগা ৱাহিদাগা চপ মান্ননা - "যাসমীন্সু মশা ঙমদে হায়দুনা মাগী কাদা হীপ্লী। মহফিল্কা যাওদবা ঙসি হুম্মী শুরে।" হায়না হায়রকই। লোয়নননা মখোয় ময়ামগী মীৎয়েং পুল্লপ্না ঐঙোন্দা থল্লকই।

ঐহাক ফল্লম্বদগী ফুক হৌগৎলম্মী। ইকাইবগুম তৌনা অমুক তপ্না ফমথরম্মী। অহম্মদনা হুম্নবানুদা ঈঙ্গিৎ অমা তৌখি। মখোয় অনিনা ঐঙোন্দা - "সোমদা লেঙবীরকউ।" হায়রকই। ঐহাক ঙাইঙমদনা ইফিং-ফিংনা মখোয়গী মতুং ইন্দুনা চৎলম্মী। অহম্মদতি অদুমক ফমদুনা লৈহৌরম্মী। মখোয়না লমজিংদুনা ঐবু কা অমগী মপাদা - "অসোমদা লেঙশনবীয়ু।" হায়না কা অদোমদা মখুৎনা থিন্দুনা তাক্লকই। লোয়নননা - "যাসমীন্, সুকুমার ভায়জান্ লেঙলকই।" হাযরল্লগা মখোয় অনি হন্দুনা চৎখ্রে। ঐহাক কা অদুগী থোঙ অদু হাংদোক্লুনা ইঙনা-তপ্না চঙলম্মী। মহাক ফম্মুংদা হীপলম্বদগী হৌগৎলক্লুনা, মফি-মবোল শেমজীল্লগা ফম্মী। ঐবু উবদা, মহাক থাজদবগুম্না, ঐঙোন্দা মুন্না, মমীৎ কুপ্তুবমখৈ য়েংলকই। মীকুপ খরগী মতুংদা হবাও-মোমোন তৌরদুনা, ইকাইবগী মওংদা লুকথখিরম্মী। ঐসু ঈশানা খঙনরা, খঙদনবা নোকফেৎ তৌখিমাল্লে। জ্ঞান্ ইতা-তাদনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশন্দুনা, মাগী ফম্মুংদা ফমথরম্মী। মহাক্কী মখুৎ অদুবু তপ্না পায়শিল্লম্মী। মহাক্সু মখুৎ অনি চঙদুনা ঐগী খুত্তা পায়শীল্লকই। ঐখোয় অনি, কৌসু-কৌনদে, ৱা-লানসু অমত্তা ঙাংনদে। মফম-মবাং অমত্তসু খঙদে, পুমঙাও-ঙাওবগুম তৌরম্মী। মতৌ অদুদা, কযাম কুইখ্রবগে হায়বসু

ভাব্ তাদে । লুকথবম্না মমায হাইগৎলকই । ঐখোয অনি মীৎ চানবম্মী । পাযশীন্নবম্না খুৎ ইখং-খংবগুম্না থাদোক্লবম্মী । ঐনসু কবিমতা হাযদ্রে । মতাং অদু ফাওবা ঐখোয ব্না অমত্তা ঙাংনবমদে । মহাক্লসু হৌদোবক্লে, তুম্মীন-তুম্মীন যেংনদুনা লৈনবম্মী ।

"যাসমীন্, ঐহাক... ঐহাক নংবু উদনা লৈবা ঙমদ্রদুদা লাক্লবনি ।" হাযনা ঐনা হাযবম্মী । মহাক ব্নাদি ঙাংদনা 'ঐসু নংবু উদনা লৈবা ঙমদ্রবীনি ।' হাযবগী মওংদা, ঐঙোম্দা মুন্না যেংলকই । মমীৎ অদু ঈবা চেল্লদুনা মমায় লুকথবম্মী । "নংবু অহানবা উবদা অমদি মফম অসীগী মওং-মতৌ অসিদা, ঐহাক তুক্কচবা পোক্লম্মী । অদুবুনে, ঐহাক হৌজিক্তী নংবু উদ্রবদি লৈবা ঙমদ্রে । উদ্রে লৈবা ঙমদে উনীংই । উববসু লাঙতক্লে, মসীবু কবিগীনো ? ঐহাক তৌফম অমা ঈখঙ-খঙদে । মসীবু ঐতনা তৌবববা? ইথন্তনা খল্লববা ? নহাক্তি কবিমতা ... ?" হাযনা হংলম্মী । লোযননা ঐ মহাকপু মীৎ কুপ্তবমখে যেংলম্মী । যেংবগী পেনবসু নাইবমদে ।

ঐগী ব্নাহে মপুঙ ফাদ্রিঙৈদা, মমাযদি হাইগত্তনা, লুকথদুনা "ঈশাবু থাজবা ঙম্লক্তবগুম্না অমা পোকই । ঐগী লাইবক্ অসীনা .. ! ঐহাক্ অসীবু অদোম্গী মতীক্ চাববী অমবা হাযনা ঈশা ইথন্তা চিংনজবক্লে ।" হাযনা মহাক্লা হাযবকই ।

"কবিগীদমক্ অদুক্ যাম্না থম্মোই অদু পীক্থবিবনো ? নশাবু থাজদ্রিবা, চিংনবিবা কবিগীনো ? নশানা-নশাবু সেলফ্ কন্ফিদেন্স থম্মু ।"

"ঐগী চীন্ অসীনা হাযজগদবা, চিংনবা অমদি ইকাইবা পোক্চৈ । হাযবদি হাযজনীংই, থাজবীবোইদবা..., মদুদি খঙ্বা ঙম্জদ্রে । অহান্বা, অহম্মদ সাহেব্না ব্নাবী তৌবীবদগী, নুংঙাইববা আশাগী মওলান্ অমা শাগৎচদুনা অদোমবু ঐগী ঈশ্বরমক্লী খন্না থম্মোইদা লাৎচখি । ঐনা হাযজবদা থাজবীবোই । শক্সু খঙ্জদ্রি, বাবী খক্তদা ঈশা ইথন্তনা শাগৎচখিবা আশানি । অহান্বা উন্নজবা নুমীৎ অদুদা, ঐগী থম্মোইদা মঙাল্ অমা... । মদুবু কবম্না, ঈশ্বরনা মসীবু.. ? ঐহাক্ শাথীনা ঙর্ক্খি । চহী মবি-মঙাগী মমাঙদগী ঐগী থম্মোইদা লাৎচবকখিবা শক্তম্না, মাঙদা মুর্তি ওইনা স্বযং ফাওবীবক্লে খন্দুনা খুবম্জখি । নুমীৎ অদুদা, ব্নাবী-ব্নাতাই শাববা মতুংদা অদোমগী পুক্নীংদা, ঐহাকপু মওং অমদা নুংশিবীবগুম্নদি তৌবীবগা, তশেংনমক থম্মোই যাওনা লৌশনবীগে হাযবগী আশাদি... ! ঐহাক্লদি লাম্না ফংজখিদে । মীওইবগী হৌনশা, নহাওইবগী ঈবাং খবতনি ফাওবিখিবা... । মাসী চুমদববনে ? অনিবকশুবা উন্নবা নুমীৎ অদুদদি, অবেপ্পা, অচেৎপা ব্নাখল অমগী ঈহুল্, ঐঙোম্দা যাম্না ফজনা ফাওজখি। নুমীৎ অদুদা ঐগী থম্মোই অসী তশেংনা অদোম্গী মফমদা অমুক্কা হন্না কৎচখিবনি । কনা খঙদ, কনা উদনা ঈশা ইথন্তা কৎচবনি । নুমীৎ অদুগী জগোই ঈশৈগী মহফিল্, অদোম্না যাম্না শাথীনা হৈনবীদবা অদু উজবদা, ঐহাক্কী থব্নায়-হক্চাং, আত্মা মৈথক্তা

ফোঙদোক্লবনি । মতাং অসীদা খ্বাইদগী মরু ওইরিবদি নহাক্কী সহযোগ্নি ।"

"হিংবা-শিবা ঐহাকসু করিমতা চিংনজদ্রে । চানবীবা, নুংশিবীবা অদুখক্তনি ঐহাক্লা পামজবা ...! অশেংবা থম্মোইগী নুংশিবা প্রেম্ অদুখক্তং পীনবীয়ু । ঐহাকপু মফম অসীদগী মুক্তিদং ফংহনবীয়ু । মতুংগীদমক তুংদা থোক্লবা হায়বদুনি । মীওইবগী অপাম্বা, অনীংবগী পান্দম লোইবা লৈবসু নত্তে । অনীংবা খুদীংমক থুংবসু ঙম্বা হৌনদে। মফম অসীদদি, ঐহাক মীকুপ খুদীং খাঙবদা ৱারে । স্বর অসী ফুন্দুনা শিগদৌরে । শিবা তারবসু অহাঙবা মপালগী সংসার অমদা, অশেংবা নুংশিৎ-নুংশা মরক্তা শিবা ফংজগে।" হায়রগা ঐহাক্কী খোঙ অসী কোন্দুনা হীক্লা-হীক্লা কপ্পী । ঐহাক্লা মহাকপু কোনখৎত্তুনা, ইথানুংদা চেৎনা কোনশিনল্লম্মী। মহাক্লসু ঐবু চেৎনা কোন্দুনা, মাগী মীৎলুদগী লোইবা নাইদনা পিরাং শীম্থরদুনা হীক-হীক চিংদুনা লৈখ্রে।

নীংথীরবী মীৎস্না অনিমক্তা, গঙ্গা-যমুনাগী লাইজনা, গঙ্গোত্রি অমদি যমুনোত্রিদগী চেম্থরকপগুম লেপ্তুনা শীম্থরি । মহাক্কী অদুগুম্বা শক্তম অদু য়েংলুরগা ঐগী থম্মোই, নুং-পান ফাওনা চৈনা ফংবগুম তৌই । থম্মোই অসী নীক্লম্মী । ঐহাক্কী মীত্তগীসু পি তারক্লম্মী । মহাক্লা, মহাক্কী মাইথোং থম্বাল অদু থাঙ্গত্তুনা ঐঙোন্দা চিংনা য়েংলকই । তঙাংলবী মচীম্বাল অদুনা গুলাবকী লৈনাগুম্না তনিক-তনিক্লম্মী । ঙৌনা লংলবী য়াতোন, শজি মীত্তাগুল্লবী মীৎস্না অনিনা হাইরপ তুকথরম্মী । মীৎচিনা হাইফেৎসু অমুক য়েংলকলম্মী । অসুক নীংথীবী, পুক্নীং হুনবগী মশক ওইবী, থম্মোইবু শুদ্ধহৎনবগী মতৌ ...! মহাক্কীদমক, পুন্সি অসী, থৱায় অসীসু করিগীদমক পাম্মুরুগদগে ? সমাজবু করিগী কিরুগনি ? অসুক ফজবী শক্তমদি স্বগগী লাইরেম্বী, অপ্সরাদগীসু হেল্লবীনি । মহাক্কীদমক্তী ঐহাক কনাবু কিরুগনি ? করিগীদমক চিংনরুগনি ? ঐহাক মাবু মফম অসীদগী শোয়দনা পুদুনা চৎকনি । পুম্নমক ঐহাক মায়োক্লগনি । ঙমগনি করিগী ঙমদনি । ঙম্লে হিংগনি । ঙমদবা থোক্লে মহাক্কীদমক থৱায় অসী থাদোক্কনি । অসুক য়াম্না চমজখ্রবী, অসুক য়াম্না ফজখ্রবী অসীবু, মল্লবা নোরোক্কী কোম অসীদা করম্না হুন্দোক্লমগনি ? অসিনি ঐনা হন্না-হন্না খল্লিবা, থম্মোইদা কন্না নৈনরিবা ...।

ঐনা মাবু ইথানুংদা চেৎনা,হেন্না চেৎনা কোনশিল্লম্মী । মহাক্লসু ঐঙোন্দা চেৎনা কোনশিল্লকই । ঐহাক্লা মাগী মরায়বক্তা হন্না-হন্না চুপলম্মী । ঐনা চেৎনা কোনবগী মতীক..., মহাকসু ঐবু হেন্না হেন্না চেৎনা কোনশিল্লকই । কনাগুম্বা ফত্তবা, শকউদবা খরনা মাবু ঐগী ইথাদগী মুন্দুনা পুখিগদৌবগুম থম্মোইদা ফাওরকই । পুন্সিচুপ্পা, মপোক অসীমগীদি মহাকপু থাদোক্লরোই খন্না, মহাকপু ঐনা অমুক্কসু হেন্না চেৎনা কোল্লম্মী । মহাক্লসু উরীনা উপালদা য়েংপগুম্না, ঐঙোন্দা চেৎনা য়েংশীল্লকই ।

স্বগগী অপ্সরাপুর লৈকোন্দা, প্রকৃতিগী লৈখলগুনা লৈরাং লৈশাৎ তপ্পী । ফুগায়না

শাংলীবা লৈবাংগী লৈনম্না মায়কৈ শীন্না মালংদা শন্দোক্লী । থাবল্গী মণ্ডাল্গনা মাল্লেন্ ফিণ্ডৌ-ফৌনা, পুমলং-লংনা ঙাল্লম্মী । তনৌববী থোংলবী মাগী মখুৎ অদু নান্দুনা শান্নরুই। চেক্লাশিংনা নুংশিববা সুবদা শৈবাংলকই । মলযা নামিবা মালংবসু লিবি-লিবি হুন্নকই । নুংশিববা লৈবাংগী লৈনম পুবক্তুনা মায়কৈ শীনথুংনা শন্দোবকই । মহাক্কী ফিজি অমদি শল্লাংশিংনা হাই-হুন্নী । শল্লাংগী মনম্না থম্মোই ইথক হৌহল্লী ।

মহাক্কী খুজেং পালোইনদুনা ঈশিং চাইবীগী নীংথীজবা শক্তম্ যেংমীন্নকই । মচু তবেৎকী চুমথাঙ অদো কয়াদি নীংথিজখবে । মহাক্না মখুৎ থিল্লদুনা 'ইন্দ্রধনুষ্' হাযবক্লম্মী। ঈশিং চাইবীগী মপান্দা লেপমীন্নবম্মী । ঈংলবা লাইজগী লৈবীক যৈবকই । উনাদা পক্লীবা লীক্লাশিংনা মোতিগুম্না নিক-নিক কয়াদা নীংথীজবিবা ...! লৈচিলগী মপৈনা লশিং অকাপ্পা মফোলগুম, ঙৌবোক-ঙৌনা, মপৈ-মপৈ, শংবানববা অতিয়াগা, মুবৈনববা চীঙদোলগগী মবক্তা,মীকুপ খুদীংগী মখল-মথেলগী শক্লোন হোংলকই । নোংচুপকী চীঙয়া পক্লা শংবানবা অতিযাদা, নোংজাবীনা লৈচিল মবক্তা সনাগী মহী চাইখাযবকই । অঙৌবা উবোক শঙ্গু পাইবম্মী । চীঙনুংগী হাবি খোংলকই । উথুম্না 'তুম্-তুম্' শৈদমলকই।

নামীবনা হুন্নদা,মহাক্কী শাডীগী ফিজি-ফিনানা হবাওনা জাগোই শাবি । থাজসু তপ্পা চৎলী নোংচুপকী অতিযাদা,লৈচিল মবক্তা কেকু লোংপী শান্নবি । ঐনা শান্নর্কাব মাগী শাডীগী ফিজি পাযদুনা ...! নীংথীববী অনৌবী মাইথোংনা খোযকম-মোমোননা যেংলকই । মীৎ মবি, মীৎচানকই, হাইফেৎ যেংলম্লগা মোমোন তৌনা লুকথখি মাইথোং অদো ! ঐগী থম্মোইবু খোয়বাংহল্লি । হেন্না-হেন্না ঈখৌ লাংহল্লে । যেংজনীংবা মাইথোং থাজদো মখুৎ অনিনা তপ্পা খুমখি । হেন্না অমুক্কা খোযবাংহল্লি, হেন্না লাঙতক্লে । মখুৎ অনিদো পায়দুনা তপ্পা লৌথোক্তুনা থবায তানা যেংজবম্মী । অহীং লাইবেম্বীনা মখুৎ হাইব-হাইবদুনা তপ্পা তপ্পা চৎলম্মী । রতীদেবী লেঙথোবকই অভীসাব...!

*কাম্‌দেব অমদি রতীদেবীগী 'অভীসাব !'*

থম্মোই মিহুল ঈথক হৌবম্মী । মাযকৈ অমদা যেংলুবদা, মচু তবেৎকী চুমথাংনা অতিযা মকোযদা, চীঙখোঙদগী চীঙদোললোমদা লীকং শানা লৈতেংলিবা মবক্তা, লৈচিলগী লৈবাং চোইজাইনবম্মী । চেক্লা শঙ্গু পাইবম্মী । উবোক পবেং পাইবি । চেক্লা কযাগী মখল-মথেল নুংশিববা শৈশক্লা মায়কৈ শীন্না নিল্লম্মী ।

মহাক্কী গুলাব লৈনাগুম্লবী লীক্লম চাববী, তঙাংবী চীম্বালদা নোংথাং কুপ্পম্মী । অবাপ্পদা বাঁশি খোঞ্জেল তাবম্মী । কনাগুম্বা শাযবনা গজল্ শৈবাংলকই, ঈশৈগী সুব পাল্লকই । কোকিলনা 'কুহু-কুহু' খোঞ্জেল তল্লম্মী । তাম্নানা 'তাম-তাম' শৈখুমলকই । খোইনীংনা খোম্বাংলকই । শৈইল্লী উথুমসু । খোইমুশিংসু লৈবাংশিংগী নাপদা ঙংলুবি । কনাগুম্বনা শবী-নামুংলকই । মাগা-ঐগা খুৎকা-খুৎকা খুৎশম্নানা, খুজেং

পালোইনদুনা, হৈকোল-লৈকোল খুদীংদা, হৈরাং-লৈরাং থিমিন্নরুই । তাইবং শেম্বা মপু ইবুংঙো, ঈশ্বর মাগী খুয়াখাদা কৎচননবা... ! মহাক্না পামজবী লৈরাং আতরগুলাব্, অনারকল্লি, রজনীগন্ধা, (কুন্দাল্লে অঙৌবা অথোনবা) রাত্কী রানী, (থাবল্লে) চম্পা চমেলী, (লৈহাও লৈরেন) গুল্দাওদী, চন্দ্রমুখী, জুহী, যাসমীন্ (জাতি কুপ্পী) কয়া হেক্কুনা কৎচরম্মী । ঈশ্বরগী থৌজাল পীনবীয়ু খুরমজে । ইকোক নোঞ্জে ।

নুংঙাইরবা মঙলান অমগী কল্পনাগী ঈচেলদা তাওথরুবা ...! মহাকসু ঐগুম্না কল্পনা তৌরমগদ্রা ? ঐনা মাবু কোন্দুনা কয়া কুইনা লৈরুরবা খঙদে । লাপতক্না ইমা চাঁন্দবীবী মখোল অমদি থৌদোমলকপদা ঐখোয় অনিমক মঙফাওনৈ । খংপ্রেক খংনা ঐখোয় অনি থাদোক্লরম্মী । ইখং-খংনা, তথক-তথক য়েংনরগা ঐখোয় হন্দোক্লে । ইবান্নীমক লু-লুকথদুনা ফম্লরম্মী । ঐনা হাইফেৎ উবদা, ইমা চান্দবীবীসু ঐখোযগী ইতৌদা মমীত্তা ঈরা চেনবগুম তৌই । ঐখোয়বু নুংশিনা য়েংবীরম্মী ।

ইমানা - "ঐহাক মখোয়গী নতৌ অসী য়েংবা ঙমলক্রে কমদৌসিগেনে ?" হায়না মথন্তা শোনবগুম তৌই । ঐখোয অনিদি ব্বা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা তুম্মীন-তুম্মীন ফম্লরম্মী । মহাক ফম্মুংগী মচি অমদা তুম্বক তাশীন্দুনা ফম্লী।

ইমাবীবীনা মখা তানা শোল্লকই - "হে ঈশ্বব, দয়াময়, থৌজানবীয়ুকো । নংনা ঐখোয়দা করি করম্বা লম্বী অমা পীবীগদৌবিবগে ? তার্কপিগদববা লম্বী অদো খরা থুনা তাকপীরোগবা প্রভু ! ঐখোয় পুম্নমকপু অব্বাবা অসীদগী কনবীদুনা, মঙালগী সংসার অদুদা পুবীরোগবা হে দয়ানিধি... ! হে সমাজ ! সমাজগী তৌবা ঙম্বা ঠিকাদাবশা, নখোযগী নুংঙাইননবা, নখোয়গী অপাম্বা থুংননবগীদমক শেমখিবা নিতি-নিয়ম্দা, মরাল লৈজদ্রবী তোল্লবীশিং অসীবু করিগীদমক অসুক শাথীনা ঙৌদুনা লাক্লবীরিবা ...? নুঙগুম্না কল্লবা নখোয়গী থম্মোই অদুদা তোল্লবীশিং অসীবু মিনুংশি হায়বদো করিমতা পোত্থ্রবরা ? থৌজালগী মীৎয়েং, প্রেম্গী লাইজ মবীক অমফাওবসু খীকপীবরোইদরা ? কল্লীদকো নখোয়গী থম্মোইদো ...!"

ইমানা ঐখোয় অনিগী ইনাক্তা চঙশীল্লক্লুনা ফম্লগা, মহাক্না ঐখোয় অনিবু নুংশিনা কোনবীরদুনা নানবীম্মী । মহাক্কী মিনুংশিগী খুৎনান অদুদা থম্মোই অসী খরদং শান্তি ফংবগুম তৌই । ইমানা - "ইমাদি থব্বায় অসী ওস্থোক্লা ব্বাগ্রেদা, করম থোক্লগবা !" হায়রগা স্বর মপী হোল্লম্মী । "ফরে ঈশ্বরনা তম্বনি, ঈশ্বরবু থাজৌ । পঙব্বাসু ব্বারুনুদা ইচাশা ! ঐখোয়গীসু মতম লাকখিনি । খরা খাঙবা তাবনি । ইবুংঙো, ঙসিগীদি নহাক হল্লো, মতম অসী থেঙগ্রে । অহম্মদসু ঙাইহৌরবনি । কুইনা লৈথোকপা চুমদ্রে । নাদিরাবাই লাকপা মতম ওইরক্কদৌরে । য়ৌরো-য়ৌরো ।" হায়রকই ।

ঐখোয় থোইদোকপা ব্বা ঙাংনদ্রে । মীৎকা-মীৎকা য়েংনরগা, ঐহাক উপাই

লৈতনা তপ্না খোঙ থাংদোবক্লে । মহাকসু চিংনা-চিংনা য়েংহৌই । অহম্মদনা "চৎলসি লাকও" হায়বগা মাঙ থাদুনা থোকখ্রে । হুস্নবানুগা রাহিদাগনা - "ভায়জান্ য়ৌবীবো, ঐখোয় লৈজহৌবগে ।" হাযবকই । ঐহাক রাদি ঙাংদনা মীৎযেংনা 'চৎলগে লৈহৌবো' হায়বগী ঈঙ্গিৎ তৌবস্নগা থোবকই । অহম্মদ গাড়ীদা ফমদুনা ঐবু ঙাইবম্মী । ঐহাকপু হোট্টোলদা থিল্লস্নগা মহাক হনখ্রে ।

ঐহাক ঈশাগী ইথৌ, লাইবিক-লাইশু, থবক-ইনখাং কবিমতা পুক্লীং চঙবা ঙস্নমদে । রাখলগী ঈপাক্তা ঈবাক্লবম্মী । চময়্নবতনা পিক থল্লম্মী । রাবক্লবা, নীংবা থুংদ্রবা মতমদা ঈশ্বর নীংশীংবা হৌনশানি । হে ঈশ্বর....!

নুমিদাংগী মহফিল্....! শবাব্ মহল্গী মুজরা (জগোই-ঈশৈ) ...! খল্লুবগা শাথীনা খোযবাংলকই । নাদিবাবাইগী শবাব্ মহল্দগী, যাসমীন্, হুস্নবানু, রাহিদাবু কনবা ঙমগদ্রা ? হে ঈশ্বর থৌজানবীযুকো, অকিবগী মশক অদুতদি থোকহনবীগনুকো!

শবাব্ মহল্গী শক্তম অকিবগী মশক্লী । 'যাসমীন্...., ঐহাক মহাক্কী শক্তম অদু উদুনতা লৈবম্মী । তৃস্না-চাবা ইয়া যাবমদে

*"In the silken softness of Love.*
*I see her beauty.*
*As the sparkling down twilight.*
*A warmth in her smile.*
*That beholds a caress for a lifetime*
*Nothing more could I want.*
*Than to have her beside me.*
*Today and forever."*



# (১৫)

ঐহাক থোইনা খোয়জংলুবা লৈতনা টেবলদা লৈরম্বা লাইরিক অমা পায়খত্তুনা পারম্মী । লাইরিক অদুগী চেপ্টর অমদা, ৱারী অমা থেংনরম্মী । "***Venus of the Melos***" মেলোদ্বীপ্তা ফংখিবা ভেনসকী ৱারী অমা ঃ -!

পেরীস সিটিগী 'লুভর' ম্যুজিয়মদা 'ভেন্যুদ্যা মেলো' হায়বা মুর্ত্তি অসী ঙসিফাওবা লৈরি । মসীনি ভেনসকী শক্তম অমদি ৱারী ...। মেলো কৌবা ঈথৎ অদুদগী ফংখিবা মুর্ত্তিনি । করম্বা যুগ্কী করম্বা মতমদা, মসীবু শিল্পী কনানা শারম্লীবা ? ৱাহং অসীমক মতমগী ঈরোন্নুংদা লৈরোন চনখ্রবগুম্মী । হৈ-শিংলবা গ্রীক্ শিল্পি অমনা শারম্বা নুঙগী মুর্ত্তিনি 'ভেনস'... ! ৱাহং কয়ানি, পাওখুমসু কয়ানি । কানানদি খঙবা ঙমগনি ? পুম্নমক মাগী-মাগী ৱাখলগী মপা লাকপা ঙাক্তনি । পুম্নমক খঙঙমদ্রবা ৱারী ঙাক্তনি, যুগ্ কয়াগী মমাঙগী..! খঙননবগী লংলা লংজীনসু মখল-মথেলনি ।

মোপারনসকী সিমিত্রিদা লৈরম্বা খুদম খরদগী চাওবাক্লা খঙনরিবদি ঃ- সিমিত্রি অদুগী মোংফমগী নুঙ অমদা অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ । "মেলোদ্বীপ্কী ভেনস মুর্ত্তিবু পুথোকপিরম্বা - দ্যুমো দুরভিল্" ইতিহাসনসু, দ্যুমো দুরভিল্বু ভেনস পুথোকপা মীশক্লী হায়না পীরি । ইতিহাস অমদি সিমিত্রি অনিগী মথক্তা দ্যুমোদুরভিল্না চীঙ লেম্না, চাওথোক্লা লেপ্লী । মরম অদুনা কনানসু খঙবীদ্রবা, শাক্ষি প্রমান্ লৈত্রবা, মীচঙ লৈজদবনা শোল্লবা, তোল্লবা মীচমগীদি চন্নফম লৈতে । ৱাফম অসীমদি অশেংবনি । পাখং অমগী থম্মোই শোক্লবা ৱারী অমা... ! কনানা খঙবীগনি ? কনানা নীংশিংবীগনি । অদুবু থম্মোইগী ৱারীনি ।

কবিনা শৈথারি:... "ভেনস মুর্ত্তিসু মঙ-মঙঙি । মহাকসু অকাওবগী ঈরোন্নুংদা লুপখিবরা ? মহাক্কী থম্মোইদা নুংশিবগী ঈরীক খরদংদি ঙসি লৈরমখিগদ্রা ? মহাকপু থৌদু নুঙদগী, মুর্ত্তি লাইরেম্বী ওইনা পুথোকপিরম্বা শিল্পি অদুগীদমক...? গুহাগী মন্দির মনুংদা মতম কুইনা লৈরোন্নুংদা লৈরক্লবা ভেনস মুর্ত্তিনা, মন্দির অদুবু নীংশীংলমগদ্রা? পুম্নমক মঙলানগুম্না মাঙখ্রবা শতাব্দীশিংগীদমক খল্লমগদ্রা ? মহাক্লা নীংশিংলমগদ্রা ? প্যাগান্ যুগ্কী গ্রীক্ তীর্থ যাত্রীক্শিংবু, অদুগা মখোয়না কৎলম্বা ঘট্-অর্ঘ, ধুপ্কী ৱারীশিং! মহাক্লা লৈনুংদগী কোরৌ মঙাল ফংখিবা অদুগা লোয়ননা..., ভুন্তিয়েন্ কৌবা পাখং অদুনা, থায়না মমাঙঙৈগী গ্রীক্ প্রেম্গী মন্ত্র শোঙ্ঙখিবদু..., মহাক্লা নীংশিংলমগদ্রা ? মরমদি, মহাক্লা কোরৌমঙাল ফংখিবগী অয়ুক অমদা, নুঙওইনা লৈরম্বদগী মহাক্লা অমুক

হন্না লাইরেন্বী, দেবীগী খুভম ফংখিবনি। শুক্ষৎনবগী মশক ওইরবী নুপী হায়বদু ওইরকখিবনি।"

চাওরাক্লা চহী চনিরোমগী (তরানিপাল শুবা শতাব্দী) অদুব্রাইদা থোকখিবা থৌদোক্লী। নোংমা, লেসতাফাত্ কৌবা জহাজ অমা, এজিয়ান্ সাগরদা লৈবা, মেলোদ্বীপ্কী তোর্ব্বান্দা থুংলম্মী। নিম মচুগুমনা শংবানববা ঈশিংগী ঈথক্লা কোয়শিনবা দ্বীপ্ অদুগী ঈমায় অদু অদুক্কী মতীক ফজরম্মী। চহী কুনমুক শুরবা, তনৌ-তনৌবা পাখং অমা জহাজ অদুগী হিরোই ওইনা যাওরম্মী। মহাক ঈথৎ অদুগী তোর্ব্বান্দা কোয়না চত্তুনা সমুদ্রগী নীংথীরবা ঈথক-ইপোমগী দৃশ্য অদু য়েংলম্মী। মতম অদুদা লৌমী অমনা মহাকপু কৌরক্লম্মী। মহাক্তি, হৌখ্রবা প্যাগান্ যুগ্কী অমদি রোম্গী ইতিহাস নৈনজবা অমসুং নীংশীংবতনা হৈনজবী ওইরম্মী। প্রকৃতিগী ফজবা শক্লোন্দসু মহাক্কী থম্মোই, ইপোমদা তাওজবন্নীবনি। মাবু কৌরকপদু, মহাক যাম্না তন্না চংলম্মী। লৌমী অদুনা লৈপাক তৌখায়রিবা মফম অদুদা মখুৎনা থিল্লদুনা তাক্লক্লম্মী। মদুদা লৈরন্নীবদি, নুঙগী মুত্তি অমখক্লী। ফিজোল কুপত্রবা, মহাশিল্পি কলাকারগী নীংথীরবী খুদোল পুক্লীং হুববী ভেনসকী মুর্ত্তি.... ! ফজবদগী ফজরবী মুর্ত্তি অদুবু উরুবদা মহাক্লা খল্লম্মী। অসুক ফজবা অসুক নীংথীবা, শক্তম লৈরমখিগদ্রা ? মচীন্দকী খোম্থোক অমা থোকখিবম্মী ...!

"মসীনিদনা নীংথীরবী, ফজবগী দেবী, এফ্রোদিতে...!"

খুৎহৈবগী খুৎনা শোকপদা নুঙদা থব্রায় হাপ্লগুম নীংথীরবী, ফজবা খিবীক্লা তিল্লবী, ভেনসকী মুর্ত্তি অদুবু মখোয়না য়াম্না থব্রায় য়াওনা অমদি ব্রানা হোৎনদুনা লৈনুংদগী লৌখৎলম্মী। ভুন্তিযেন্ কৌবা পাখং অদু, অরিবা যুগ্কী ইতিহাসকী মুর্ত্তি অদুবু উজবগা হরাওজবগী মপা লৈরমদে। মহাক্কী থম্মোই অদু তবং-মালংদা তাওবম্মী। নুংঙাইবগী রাগ্ অমদা তাওথরম্মী। মঙলান অমদা ...!

নুমীৎ অদুগী সন্ধ্যাদা ভুন্তিয়েন্ফ্রান্স কোন্সল্ মোন্সিয়োব্রাদনা তুর্কি সবকাবদগী য়াথং লৌদুনা ফ্রান্স য়ৌহন্নবা পাও পীখি। য়াম্না থব্রায় য়াওনা হোৎনজখিবনি। থা মখায অমা হেল্লবা মতুংদা, মিলটরি পার্সনেল্ ওফিসার দ্যুমো দুরভিল্বু থাবক্লম্মী। অদুবু করিগুম্বা তেংবাং অমত্তসু পীবমদে। মপুক্লীং ফাওবসু থৌগৎপীবমদে। মথংদা গ্রীক্কী পুরোহিত্ অমা অমুক লাকই। মহাক অদুনা শেল হাৎলুবগী মাগী মরাল কোক্লবা, মুর্ত্তি অদুবু তুর্কি সকারদা খুদোল ওইনা কৎননবগীদমক কন্না হোৎনরম্মী। মচীল চত্তবা, ইচম-চম্বা হিরোই, ভুন্তিয়েন্ হায়বা পাখং অদু, তৌরিবা পুম্নমক অদু উরুবদা মথব্রায় শোক্লা নুংঙাইখিরমদে। মী মচা, মীচঙ লৈজদবগী কবি উপাইনো ...? মীচঙ, সঙ্গতনা মরুনি !

মতম খরা লৈরগা লেসতাফাত্ হায়বা জহাজ অদু মেলোদ্বীপ্ থাদোক্তুনা, কন্সটান্তিনেপল্স তান্না খোঙশাল্লম্মী। মফম অদু য়ৌরগা ফ্রান্সকী এম্বেসেদর মারকুইস

উনা শাবা মুর্ত্তিগী আতলান্তাগীদমক মমীং খঙদবা হিরোই অমা নীংবা কায়খি। কনানা খঙগনি, জহাজগী কেপ্‌তেন্‌ অদুসু ঙাওচৎনরম্বা য়াই ...!? মথংদা ম্যুজিয়ম্‌গী কর্ম্মচারি অমগী মপুক্সি লমখাঙদা লোমখি। অকোনবদা, মীচমসু নত্তবা, ওফিসার, এরিক্‌কুত্‌স মথন্তা মপুক্সি লোমহল্লখি।

নুঙনা শাবা মুর্ত্তিগীদমক...! উনা শাবা মুর্ত্তিগীদমক...! ভেনস কয়া..., আতালান্তা কয়া...? কনা-কনা, করি-করি ...?

মখোয়শিং অদুনা তশেংনা অঙাওবা ওইরবদি...! 'নুংশিবা' হায়বা অসিদগী হেন্না শাথীনা ঙাওবা অমা অমুক সংসার অসিদা লৈরমখিগদরা ? লৈরম্লরোই! তশেংনমক 'নুংশিবা' নংসে অঙাওবনি। জগত্‌কী মনুংদা নঙোন্দগী হেনবা অঙাওবা কনা লৈরি ? থব্রায় পান্দবা মুর্ত্তিগীদমকসু থব্রায় থাদোকপা ফাওবা ঙম্লরি। অদু ওইরবদি ঐহাকসু যাসমীন্‌গী মনীং থুংননবগীদমক অঙম্বা হোৎনফম থোক্লা ? যাসমীন্‌; ঐগীদি ভেনসনি, আতলান্তানি। ঐহাক অঙম্বা হোৎনগনি। ঙমদ্রগা থব্রায় ফাওবা থাদোকপদা করি কায়বগে ? ঐহাক শোয়দনা থবক অসি পাঙথোক্কনি। অশাবা মুর্ত্তিগীদমক পুম্নমক থাদোকপা ঙম্লরি। অদু ওইরবদি ঐহাকসু মহাক্কীদমক্তি... ! ঙমফম থোকইনা, ঙমগনি করিগী ঙল্লোই ? ঐহাক নহা নত্রা, মান্নী ঙমগনি। ঐহাক ভেনস উরুদ্রি, আতালান্তা উরুদ্রি। ঐগী ভেনস অমদি আতালান্তাদি 'যাসমীন্‌' নি। থব্রায়গী মবেম্মা, চান্নথোইবী...!

থব্রায় পান্দবা নুঙ অমদি উনা শাবা মুর্ত্তিসু নত্তবা... ! কয়ামত্‌, প্রলয়গী মশক ওইরবী, ফজবদসু মপা লৈতবী, নীংথীরবী ঐগী যাসমীন্‌গীদমক ঐহাক সমাজগা মায়োক্লগনি। ঙমলে, য়াইফবনি, ঙমদ্রে, থব্রায় থাবদা করিগী চিংনফম লৈবগে ? লৈগী দোলাই তোংদুনা স্বর্গগী লম্বীদা চৎপনি। নুংশিবগীদমক..., ***রোমিও-জুলিয়ট্‌, হীর-রান্‌ঝা, লৈলা-মজনু, সোনী-মহিৱাল্‌, সিরিন্‌-ফরহাদ্‌, ঢোলা-মারু, খম্বা-থোইবীগী ৱারীনা অমর ওইনা লৈহৌরি। 'সুকুমার-যাসমীন্‌' হায়না মীয়াম্না খঙবীদ্রবসু..., ঐগী থম্মোইদদি মা-ঐগী নুংশিবা 'অমর' ওইহনগনি।***

ৱাখলগী নোংলৈ-নুংশিৎ মরক্তা অকংবা উনা ওইনা কোইপাই পাইরি। কদোমদা পাইগনি, কদাইদা তারুগদৌরি ? খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদনি। যাসমীন্‌বু ঐগী ওইনা ফংবা ঙমগদরা ? মাবু সমাজনদি য়াবগী ৱা লৈতে। ইপা-ইমা অমদি সমাজ পুম্নমক্না মায়োক্লরগে। লাইবকথীবী মাগীদমক...। মহাকপু নোরোক্কী কোম অসিদগী কন্দবা সুকয়া য়াদে। কয়াদা ৱানা খাঙলীবা মহাক্লা...! মহাক্লা ঐবু থম্মোইশেংনা নুংশি হায়বসীমদি ঐহাক তশেংনা য়ারে। মসীবু ঐতগী ৱাখলনা পঙখল-খল্লবরা ? ঐনা লানগদরা ? লানফমদি থোক্তে। ৱাখলনদি ককঙাওনরি !

অহানবা উন্নবা নুমীত্তা, ঐনা মাবু মতম কয়াগী মমাঙদগী শক খঙবগুম্না

ফাওখিবা... ! জগোই শাবী অমবু করম্না ? হায়বা ৱাখল অমগা লোয়ননা তুক্কচবা পোকখিবা ...! অদুগা মাগী মরালদি করিনো হায়নসু খনখিবা ...! ঐগী ঈশক উদ্রিডে, শক খঙনদ্রিডে; অহম্মদকী মচীন্দগী ঐগী ৱারী খরা তারগা, মহাক্কী থৱায়-হকচাং ঐঙোন্দা কৎপা ঙমখিবী ! মদুবু মহাক্কী অপাম্বরা নত্রগা নুংশিবরা ? অদু নত্রগা উপাই লৈজদবী মাগী অফংবা উপাই অমা হেক্তা থিরিবরা ? মদুমক্তি ওইফম থোক্তে । ওহ্নোক্লা চিংনগনখ্রবা ঐগী থম্মোই হায়বদুনি ।

অহানবা নুমীত্তা মহাকপু ফনা নীংথিনা কপহনখ্রে । করেম্নবা, থাজদবা ৱাঙাং কয়াসু ঙাংবীখি । মথং উন্নবদনা মহাক্কী থম্মোইদা হৌবা নোংলৈ-নুংশিৎ পুম্নমক ঐনা অন্তরজামিগুম্না করিগী উখিবা... ? মথংদনা মহাক নাদুনা লৈরম্বা, লৈহৌবা...! মাবু ঐনা পুন্সিগী থাদোক্করোইদবগুম্না ইথানুংদা চেৎনা কোন্দুনা ৱাখলগী লৈকোন্দা মঙলান অমদা তাওথখিবা...? ঐহাক ইথন্তনা মাবু নুংশিবগী লাইবেন্নীগুম পঙখন খল্লবরা ? মহাকসু ঐগুম্না খল্লমগদ্রা ? মহাক্কী মতৌদি খঙদ্রে ।

মাগী থম্মোইদা লৌথুপ-লৌকোই য়াওদনা, ইচঙথৌবা ৱাঙাংনা থম্মোই শেংবগী খুদমদি কয়ারক উৎখ্রবনি । জগোই-ঈশৈ, মুজরা তৌদুনা, নুপা ময়ামগী মবক্তা লৈরবী মহাক্লা, ইকাই-নুংশি য়ান্নবা অমদি থম্মোই শোক্লা কপ্পা হৌনদে । তাৎ নত্রগা লৌনম তীবীসু ওইফম থোক্তে । মরমদি মখোয়নবু নীংলবদি নুপা হায়বসীদি মখোয়গী মখুৎ ওইনাগী থবক্নী । খুৎকাপ্পীনা কাপ্লতদা তোরা-তুনা কেন্নরিবনি । মহাক্ল ঐগী খুত্তা হন্না-হন্না চুপখিবা...! হৌজিক্তা থোকখিবগুম ঈশা ইথন্তা নুংঙাইজবগী ইহুল অমা ফাওরম্মী । ইথন্ত খুত্তসু অমুক হন্না য়েংলুই । থম্মোইদা নুঙাইবগী ঈথক-ইপোম কারকই । মসীসু শাথীরবা অঙকপা ময়াইনি ।

অহম্মদকা হুন্নবানুগা, জল্লাল্‌উদ্দীন্‌গা ৱাহিদাগা মখোয়গীনা করম্বা ফিভমদা, কবি থাক্তা লৈবিবা ? ঐগীতা নত্তনা মখোয়গীসু খল্লুরি । খন্দবসু য়াদবনি । মখোয়সু ঐঙোন্দগী হেন্না শাথীনা লুনা খল্লম্বসু য়াবি । অদুমকপু মখোয়গী ৱারী-ৱাতাই ঐনা তারুবদি নত্রে । ঐখোয় অমগা-অমগা থোইদোক্লা কবিসু খেন্নবা লৈতে । খেন্নরিবা হায়ববু অহম্মদকা ঐহাক্কা সমাজগী পল, মকওইনা অহল-লমনগী য়াবা-য়াদবগী অথিংবা চপ্‌ মান্নরি । জল্লাল্‌ উদ্দীন্‌গী ওইনদি ঐখোয়গা খরা খেন্নবা লৈ । মহাক্কীদি পুম্নমক মহাক মশাগী খুত্তা লৈ । মহাক্কী অহল-লমন লৈখিদ্রে । মাগী মথক্তা ৱা ঙাংবীনবা কনাসু লৈতে । অদুগা সহরগী ইনাকখুনবা, মচীন চৎপশিংগী মশীং থারকপদা, নহা ওইনা মহাকসু অমনি । সমাজনা মঙোন্দা য়েংনবগী মথৌ তাদে । মঙোন্দা কনানা য়েংশনবীগনি ? অদুগী মথক্তা মহাকপু ঙাংবী-চৈবীগদবা লৈতে । সমাজনা য়েংশল্লক্লবসু

চুম্বী, শবান-মুর্ত্তি, মীওই-মিতৌ চুম্না ফজঞবী লৈশাবী অমগা পাংখক্নী ।

চহী চামগা য়াংখে (তরামাপল শুবা শতাব্দী) রোমগী মমাঙগী ৱারীনি । নোংমা ইটালীগী ঈশিংগী লাম্মী অমনা, আটলান্তিক্ মহাসাগরগী সমুদ্রগী ঈথক্তা মী অমগী হকচাং অমা তাওবা উরম্মী । লাম্মী অদুনা অকি-অখং লৈতনা য়াম্না কন্না হোংনদুনা, মাগা চৎমীন্নরিবা মরুপ-মপাংশিংগী মতেং লৌদুনা, ঈশিংদা তাওরক্লীবা হকচাং অদুবু জহাজদা লৌখৎলম্মী । হকচাং অদু লৌখৎলবা মতুংদগীদি, মদু উনা শাবা নীংথীজগ্ৰবী, য়েংবগী পেনবা নাইদ্ৰবী নুপীগী শক্তম অমনি হায়বা খঙনরকই । মীয়াম্না মুর্ত্তি অদুবু থৱায় তানা য়েংনরম্মী । মমৈথংদা মুর্ত্তি অদুগী মখোঙ খোঙয়া থম্বালদা ইরম্বা ৱাহৈ অমা মীয়াম্না থেংনরম্মী । ৱাহৈ অদুদি :-"আতালান্তা...!"

মুর্ত্তি অদু লৌখৎলবা মতুং-অদুদা, মদুগী মপু কনানা ওইগদগে হায়না খন্নবদা অচৌবা ৱাথোক অমা ওইরম্মী । সমুদ্রগী ঈপাকথক্তগী জহাজদা পুখৎলকপা মতমদা ময়াম পুন্নমক অদু মাগী-মাগী থৌদাং খরা নত্ৰগা খরদি, শরুক য়াবা য়াওখিবা, অঙম্বা মতেং পাংনখিবা ঙাক্তনি । মরম অদুনা মীয়াম পুন্নমক অদু মাগী-মাগী হক ফংননবগী ৱাফম লোইনমক্লা ফোঙদোক্লরক্লম্মী । অদুগীসু মথক্তা ফজবা পোৎশক্কী মপু ওইনীংবা হায়বসী মীওইবা খুদীংমক্কী হৌনশানি । মদুনা মরম ওইদুনা মতাং অদুদা অচৌবা সমস্যা অমা ওইবম্মী । অচৌবা ৱাথোক অমা ওইরক্তদৌরবদা..., মদুগীদমক জহাজ অদুগী কেপ্তেন্ অদুনা মীয়াম পুন্না মিটিং অমা কৌরম্মী । মিটিং অদুদা মীয়ামগী ৱাফম কয়া খন্নববা মতুংদা, ইহান-হান্না মুর্ত্তি উবা নুপা অদুদা, মুর্ত্তি অদুবু পীবা হায়না য়া-নরদুনা, অহানবা উবা নুপা অদুদা পীখিবম্মী । অদুগা নুপা অদুবুনা মহাক্কী থা অমগী তলব অদুনা মীয়ামবু পার্টি অমা কৌহন্দুনা পীজ-পীথক তৌহল্লম্মী । মদুদা নুপা অদুনা য়াম্না হরাও-তয়াম্না পার্টি অদু পাঙথোক্লম্মী । মদুবু লুহোংবা অমগা মান্নে হায়না মীয়াম মরক্তগী খরনা ফোঙদোক্লরকখি । মুর্ত্তি ফংজরিবা নুপা অদুসু য়াম্না হবাওজখি । তশেংনমক মহাক্লা, মহাক্কী থম্মোইনা খোয়দাজরবী, নুংশিজরবী অমগা লুহোংবগুম্না নুংঙাইজখি। নহা অদু হায়নীঙাই লৈতনা পেঞ্জরম্মী ।

নহা ওইরিঙৈ পুন্সিগী অপাম্বা পোৎশক ফংবদা নুংঙাইজবা অদুনি । ফজরবা মুর্ত্তি অদুবু মীয়াম মমাঙদা লেন্নজবদা মহাক্লা কয়াগী মতীক নুংঙাইজরমগনি ! হায়রীবা থৌদোক অসীগী ৱারী খুদীংমক অচুম্বনি হায়রি । হিহোনবা পাখং অদুনা মুর্ত্তি অদুবু মহাক্কী তুম্ফম কাগী মফম অমদা নীংথীনা শেম-শারদুনা, মাগী ফম্মুং মনাক অদুদা লেপহন্দুনা থমলম্মী । মহাক্লা মুর্ত্তি অদুবু মতম শাংনা মমীৎ হেক কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈথোকই । লুহোংবা নৌরিবা মতমগী অনৌবা-অনৌবীগুম্না, মপুরোইবনা মাগী লোয়নবীগী মফমদা উৎপা নুংঙাইজবা মওং-মতৌ অদুনি হায়নবা লৈ । মহাক্লা নুংঙাইরবা

ৱাখল কয়াগা লোয়ননা, ইকাইবগী মওংসু তৌরম্মী । অসুম্না মহাক অতৈ হীরমশিংদা মপুক্লিং চঙলমদ্রে । মাগী মথৌদা করিমতা থৌশাদ্রে । থবক-ইনখাং কয়াদা, করি অমুক হায়গনি, চাবা-থকপা ফাওবা পুক্লীং চঙলমদ্রে । পুমওন-ওয়াবা তাইবং অমদা মহাক তাওদুনা লৈগে । মুর্তি অদুতবু য়েংজবতনা মহাক্কী মথৌ ওইখ্রে । নোংমদি খঙহৌদনা, কনানো অমনা মহাকপু থাঙনা থিল্লন্নগা জহাজ অদুগী ডেক্তো হন্দোক্লম্মী । মহাক্লা থৱায়গুম্না খন্দুনা লাৎচরিবা মুর্তি অদুসু মফম্ খঙ্দনা মাঙ্খিরম্মী । মহাক্ শাথীনা নীংবা কায়খিরম্মী । হৌগৎ-কাংখৎপা ঙম্দনা লৈরম্মী ।

য়াম্না কয়া থিরবসু মুর্তি অদু ফংবা ঙম্খিদ্রে, অদুম্মক্ মাঙ্খিরম্মী । কনা অমত্তনা মুর্তি অদুগী মরম্দা করিমতা খঙ্বা ঙমখিদ্রে । নুপা অদুনা মাগী অশোকপা অদু ফরক্লবা মতুংদা, মাঙাখ্রিবা মুর্তি অদুবু য়াম্না কয়া থিঁখিসু হায়নৈ । অদুবু মদু ফংবা কৌবা লৌখিদবে। চহী তরেৎ-নিপাল্গী মতুংদা জহাজ অদুগী কেপ্তেন্ অদুনা মহাক্কী থবক্ থাদোক্লমদাইদা, জহাজ অদুগী অরোন্বা মফম্ অমদগী মুর্তি অদু পুথোরক্লুনা ম্যুজিয়ম্দা শিন্নখিরম্মী । মীয়াম্না হায়নরকখিবদি, কেপ্তেন্ অদুনা নুপা অদুবু থাঙনা থিল্লম্বনি । মুর্তি অদু মহাক্লা লাৎশিনবানি । মুর্তি অদুবু সরকারগী ম্যুজিযম্দা শিন্নখিরম্মী ।

হায়রীবা মুর্তি ‘আতালান্তা’ অসী ম্যুজিয়ম্গী কা অমদা য়াম্না চেকশিন্না থমখিরম্মী। ম্যুজিয়ম্ অদুগী থোঙ ঙাকপা, ম্যাদাবিগো কৌবা পাখং অমথক্লা মুর্তি অদুব্রু হেক উকববদগী মহাক্কী থম্মোইদা নুংশিবা হৌখিবম্মী । নুমীৎ খুদিংগী মহাক্লা মুর্তি অদুগী মনাক্তা লাক্লগা, মফম অদুদা লেপ্তুনা মাগী মথৌ পুম্নমক কাওথোক্লুনা মমীৎ আনাদু হেক কুপ্তবমথৈ য়েংদুনা লৈথোকই । ম্যুজিয়ম্ অদুগী মবী লৈনবা ওথোরিটিশিংনা মহাকপু অতোপ্পা মফম অমদা মথৌ তৌননবা থারবসু, মহাক মাগী মথৌ পুম্নমক থাদোক্লুনা মুর্তি অদুগী মনাক্তা হেক্তো লাক্লম্মী । মহাক্লা মাগী থম্মোইদগী ঈহৌরক্লীবা নুংশিবগী কল্লবা ঈহৌ অদুবু মুর্তি অদুগী মফমদা নুমীৎ খুঁদংগী পাওদমজরৈ হায়নৈ । মহাক মশাগী মথৌ অমদি সংসারগী ৱাখলদগী তোপ্পা লৈবগুম তৌবম্মী । মমৈথংদা নোংমদি, নুপা অদো, মহাক্কী থৱায য়াওদ্রবা আশবা হকচাং ওইনা তুরেল অমদা তাওথবকপা মীয়াম্না থেংনখি । মীয়াম্না মহাক্কী মশা অদু তুরেলদগী লৌখৎলুবদা মথবাক্তা থাঙগুম্বনা হক্লুনা, ময়েক লানা, ইরম্বা থেংনরম্মী ... “ *আতালান্তা*”!

মতম্ খরা অমুক্ হৌখিরম্মী । চহী তরামাপল-কুনামুক লৈরবা মতুংদা অমুক্ ‘আতলান্তা’ গী মরমদা অনৌবা ৱাথোক অমা পাওগী চৌশংদা ফোঙদোরকপা থেংনরম্মী। মর্দুদি :-

জর্মন্ লাম্মীগী ওফিসার লেপটিনেন্ট অমগী মরমদনি । মতম অদু পৃথিবীগী আনিশুবা লাম্লাওনা লোইশিল্লকপা মতম অদুৱাইগী ৱারীনি । এারিক্কুত্স কৌবা জর্মন্ আর্মিগী ওফিসার লেপটিনেন্ট অসিনা ম্যুজিয়ম্ অসিদা হেক-হেক লাক্লুনা, মুর্তি অসিবু

*"নহাক্কী আই,এ,এস. কী রিজল্ট, ঙসিগী পেপরদা য়াওরিবসী নহাক খঙদ্রিবা ব্রা ওইরে? নহাক্কা সেকেণ্ড তারে।"* হায়দুনা মাইথোং মকালাম্লা, নিউজপেপর অদু পুথোক্তুনা উৎলকই । ঐহাক থম্মোইদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইজবা অমা ফাওরম্মী । মহাক্কা য়াম্না হরাওনা ঐগী খুৎ পায়রকই ।

"নহাক ময়ামগী পার্টি অমদি তৌবা তাবনি ।" হায়না মহাক নোক্লকই ।

"করিগী তৌদনি ? তৌগনি, ঙসিমক হোরেল নুমিদাংগী দিনর, নখোয়গীদা তৌরগা লোইরেদনা ।" হায়না ঐনা হায়রম্মী ।

"ঐখোয়গী নত্তেনে...। মখোয়গা লোয়ননা, পার্টি মচা অমা ঙসি নুংথিলদা তৌরসি । মখোয়নসু য়াম্না হরাওজগনি । তানসু ফনবু চারে, নাদিরাবাইসু হৌজিক লৈতে । নোংমা-নিনি মহাক হল্লক্তবা য়াই । অদুগা ঙসি জল্লাল্উদ্দীন্গসু উন্নসি । মাসু মাগী মথৌ পাঙথোক্লবা কন্না হোৎনরি । নুমীৎ তরানিমুক্কী মনুংদদি ঐখোয়গী প্লান্ অসী মঙ্গল্ ওইরবসু য়াই হায়নর্দি খল্লী ।"

"ফরে অদুদি হৌজিক অয়ুক, হোষ্টেল্গী মরুপ-মপাংশিংগী পার্টিমচা অমা তৌবা তাই । ? মদুগী থৌরাং কান্তিন্দা শীল্লুরগে । নহাক্কা হোষ্টেল্গী মরুপশিংদা পাও খবা পীবীরম্মু ।" হায়রম্লগা ঐহাক কান্তিন্ লোমদা চৎলম্মী । কান্তিন্দা মযামগী চান-থক্লবা থৌবাং শীল্লীঙৈদা, মহাক্কা মরুপ-মপাং ময়ামগা লোয়ননা লাকমীন্নরম্মী । মরুপশিংনা হবাওবা ফোঙদোক্তুনা ঐগী খুৎ শোকপা, কোনবা তৌরম্মী, খবনা ঐবু থাঙ্গৎলম্মী । ময়াম পুন্নমক হরাওবনা পুন্নাং... Congretulation, মুবারক্ হো, বধাই, পুন্নাং লাঙই । ঐনসু Thank you, সুক্রিয়া, ধন্যবাদ, হায়না খুন্নম্মী । ঐহাকসু হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবম্মী । ময়ামগী থাগৎ-ব্রাহৈশিং অমদি নুংঙাইবা ফোঙদোকপীবা অদুদা ঐহাক য়াম্না পেঞ্জরম্মী । থম্মোই অসী মথুম-মরাং হৌরম্মী । কান্তিন্দা, ময়াম চামীন-থকমীন্নদুনা অদুক্কী মতীক নুংঙাইবা ফোঙদোক্ল-রম্মী । চাবা-থকপা লোইরবদা, ময়াম লোয়ননা হোষ্টেল্দা অমুক লাকমিন্নরে । ময়াম পুন্নাঙ-লাঙলম্মী । ময়াম পুন্নমক অদুনা খুৎ শোক্তুনা থাগৎ ব্রাহৈশিং হায়বীরম্লগা চঙনখিরম্মী। ঐখোয় অনিসু ঐগী কাদা চঙদুনা ফম্মীন্নবম্মী।

ঐনা "মরুপ, ঐহাক য়ুমদা পাও পীদবা, চিঠি ইদবা য়াম্না কুইরে । নং ঙহাক্তা পোৎথাখো । ঐহাক ইমাগা পাবুংগদা চিঠি অমত্তং ইখিগে ।" হাযরম্মী ।

মহাক্কা - "ইয়ু, হৌজিক ইরগা ঙসিমক থাখিবা ফৈ । য়ুমলোমদসু পাও অসী তাবদা য়াম্না হরাওগনি । য়ুমগীতা নত্তনা, মণিপুরগীসু লেমজফম্নী ।"

ঐহাক ইমা-পাবুংগী মফমদা চিঠি ইরম্মী ।

*"পাবুং অমদি ইমাগী মফমদা, লমদম তাম্না লৈরবা নচানা ভক্তি কৎচরি । ঐহাক পরিক্ষাগী হোৎনবদা, ইমা অমদি পাবুংগী মফমদা চিঠি ইবা ঙমজখিদ্রে । ঙসি মঙা-*

তরুক্কী শুরে ! ঐগী পরিক্ষা লোইখিবা...। থোইদোকপা অশোয়-অশাম, নুংঙাইতবা য়াওখিদে । লাইবক ফরবদি ঐহাক ফার্ষ্টক্লাস ফংগনি হায়না খল্লে । ঈশ্বরগী থৌজাল লৈরবা..., ইমা-পাবুংগগী আশির্বাদ ফংজরবদি, ফার্ষ্টমক নত্রবসু সেকেণ্ডদি শোয়দনা তাবা য়াই হায়না ঐহাক আশা তৌজরি ।

য়ুমগী ঈ-পাও তাদবসু কুইরে । ঈ-পাও তানীংই, থোইদোকপা অনা-অয়েক লৈরম্লোই খল্লে । মণিপুরগী ঈ-পাওনা কমদৌরিবগে খঙহনবীরকউ । পরিক্ষাগী হোৎনবদা ঈ-পাও, খবরনচিংবা অমত্তা পারুদরে । থোইদোকপা অহোংবদি লৈরম্লোই হায়না নীংজে ।

ঐখোয়গী কৈল্যানিগীদি পেপর খরা ব্রাংলী হায় । ওরাং মহাক্কা উন্নে, মহাক ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্মী । মহাক্লদি মাগী লোইরগা থোকমীন্নসি হায়রি । অদুবু ইমাগা পাবুংগগী মফমদা হায়জনীংবা অমত্তংদি লৈজে । ঐহাক মতম খরদংগা পম্বজনীংই । ঐগী পি,এচ,দি, অমদি থেসিস্কী ব্রাখল অমা..., মরম অদুনা ঐহাক মতম খরগা পম্বদবা য়ারোইদৌরি ।

ঐগী খুত্তা শেল পওয়াম-য়াম্না লৈত্রে । য়ারগদি অথুবা মতমদা, ঙসি নোংমা-নিনিদা শেল খরা থাবীরকউ । হন্দক মরক হকচাংসু খরা নুংঙাইতে । কৈসু থোইদোকপবুদি তৌদে । তুম্বা, চাবা খরা ব্রাংপা, লাইরিক্কী খরা হোৎনবগী, খরা ব্রারুবগী তৌবনি । থোইদোক্লা খনবীরল্নু । হৌজিক্তি পরিক্ষাসু লোইরবনিনা করিসু তৌররোই খল্লী । হৌজিক ঐগী থবক খরা লৈজরি ।

অদুগা ইমাগা পাবুংগগী মফমদা তমজনীংবা পাও অমদি, ঐহাক্কী আই,এ,এস, কী পরিক্ষা হায়দোক্লে । ইমা-পাবুংগী আশির্বাদ অমদি ঈশ্বরগী থৌজালদগী মায় পাকচরে। ঐহাক, ঐখোয়গী বেইচ্ অসীগী ওইনা সেকেণ্ড তাজরে । ঐহাক্কী থোইদোকপা অতে প্রোব্লেম্, খুদোংচাদবদি করিসু থোইনা লৈজদে । মরুপ অহম্মদ অমদি মখোয়গী ইমুংগী মতেংদগী নচাগী করিসু অব্রাংপা, খুদোংচাদবা লৈজদে । ইমা-পাবুংগী পুল্সি-নুংশাংবা নচানা ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি । ঈশ্বরনা থৌজানবীগনি নীংজে । মতাং অসীদা লোইশিঞ্জরগে ।

নচানা লমদম তাম্না অমুক্কসু হন্না ইমা অমদি পাবুংবু খুরুমজরি ।

অদোমগী নচা
সুকুমার শর্ম্মা
(দিল্লী ইউনির্ভরসিটি)

চিঠি ইবা লোইরদুনা ইন্ভেলপ্তা হাপচিল্লগা, মিং এড্রেসনচিংবা থারে, ঐহাক চৎননবা থৌরাং লোইশিল্লে । "মরুপ, ঙাইবা ব্রারম্লনি । লোইরে লোইরে চৎলসি।"

তাঙ্গা অদুদা "পোষ্টমেন্" হায়না থোঙদা থীল্লকই । ঐনা থোঙ হাংদোক্লুবদা

পোষ্টমেন্ লেপ্লুনা লৈরম্মী । ঐবু উবদা 'সলাম্ সাহেব্' হায়রগা রেজিষ্টার লেটর অমা লানশিল্লকই । ঐসু মাগী সলাম্ ওক্লগা মখুত্তগী চিঠি অদু লৌরম্মী । লোয়ননা মানা পায়রীবা কলম অদু লৌরগা রেজিষ্টারগী রিসিভ্ সহী তৌরগা মঙোন্দা পীরম্মী । "শেলকাদি লাক্লা ? " হায়নসু মঙোন্দা হংলম্মী ।

"লাক্কে সাহেব্, লাক্লবদি ঐহাক পন্দনা থিঙ্গরক্কে ।" হায়না খুম্লকই । লোয়ননা সলাম তৌরম্লগা চৎখিরম্মী । মহাক চৎপ্রবদা থোঙ অদু ঙাশিল্লম্লগা, চিঠি অদু য়েংনা-য়েংনা হঙ্গিল্লকই । চিঠি অদু ইমানা থারকপনি হায়বা খঙই । য়াম্না পানীংবা অমদি পোকই, অদুমকপু অহম্মদনা ঙাইরক্লীবা অসী য়াম্না কুইহবে খন্দুনা, চিঠি অদু মোন মখাদা থমজিল্লগা - "চংলসি ভায় ... ।" হায়রম্মী ।

মহাক্লা - "য়ুমগী চিঠি ওইরবদি ইমাগী ওইরমগনি । য়ুমগী পাও, ইমাগী মপাও হায়বসিদি য়াম্না খঙনীংলমগনি । মদুদুম হান্না পাখোদনা, করি ইরকপগে হায়বা? ঐসু ইমানা করি করি হায়রকপা হায়বদুদি খঙনীংই । ঐবুসু নংগী য়ুমগী অমদি ইমাগী পাও তাহল্লুদনা । নং নথনন্তা লোন্না পাগে হায়রিবরা ? ইমা-পাবুংগী য়াহৈ, ঐবু ফাওবা খঙহন্নীংদ্রবরা ?" হায়না ফাগি তৌরদুনা নোক্লকই । মাগী মতৌ অদুদা, ইমাগী চিঠি অদু পারম্মী । ইমানা অসুম্না ইরকই :-

*"ইমাগী ইবুংঙো... ।*

*নহাক্লা লমদম তাম্না লৈপ্রবনিনা, নহাক কমদৌবি ঐখোয খঙদ্রে । অনা-অয়েক থোইদোকপা যাওরম্লোই হাযনা নীংই । পাবুংগা ইমাগনা ইচাগী পাওদি তানিংঙিদো । নহাক্লী মঙ্গল্ ওইননবগীদমক, ইমানা শ্রীগোবিন্দজিগী চরন্দা লৈ-শু তুলসী পত্র অমদি শঙ্গোম ক্ষীবনচিংবা কত্তুনা প্রার্থনা তৌবি । ইচাগী মঙ্গল্ ঈশ্বরনা পীনবীবা ওইসনু । নহাক ঈশ্বরবু কাওগনু । নহাক্লীদমক্তা ইমাননে য়ুমগী লাইনীংথৌ সনামহী অমদি ইমা লৈমবেন শিদববু চেংনা থাগোম্মরি । ঈশ্বরগী থৌজাল নত্তুনা ঐখোয়না করি তৌবা ঙমগনি । ঈশাগী ধর্ম্ম অমদি ঈশ্বরবু থাদোকপা অমদি কাওবা য়াদে । নশাগী তৌগদবা শিঘাদা থরায় হকচাং য়াওনা হোৎনরবতদা মী ওইগদবনি । ঈশ্বরনসু চানবীগনি । মসী মতম পুমমক্তা কাওগনুকো ।*

*ইবুংঙো, নহাক্লী পরিক্ষা কুইবম্লরোই হায়না নীংই । ঈ-পাও তানীংই । কন্না হোৎনৌকো, নথৌদা পুক্লীং চঙগদবনি । পাবুংগা ইমাগনা নংতগী আশাদা হিংলিবনি। নহাক্লা অফবা, মতীকচাবা মীশক অমা ওইরক্লগা, ঐখোয় নুংঙাই-য়াইফবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি । নংগী শেল-থুমগী অব্রাৎ-অপা লৈরবসু, পাও থুনা পীরকউ । দরকার লৈরবদি নহাক্লী পাও হেক ফংবগা থারক্কে । ইমানা খনবদি হৌজিকমক্তি নংগী অদুক হাক্লা শেলগী দরকার লৈরম্লোইদরা হায়না খল্লী । ইমাসু খঙদবদি নত্তে । লংফৈদা লৈবা হায়বসী শেলবুদি চঙই । অদুবুনে ইবুংঙো শেল হায়বসিদি মীরায়বা য়াদে । য়াম্না হৈ-*

*শিংনা, লীক্লা শীজীন্নগদবনি । তৌদবা য়াদবা, চঙদবা য়াদবা খবচতমক তৌবা তাই । মতম অমদি শেল হায়বসীদি য়াম্না লুপ্পবনি । মবম অদুনা য়াম্না হৈনা অমদি লীক্লা শীজীন্নগদবনি । ইমানা হায়বীবসী নহাক্লা শেল মবম চাদনা শীজীন্নে হায়বা নত্তে । ইমানা যাম্না হায়দ্রবসু নহাক্লা হেন্না খঙজবনি । মকওইনা মতম হায়বসী মক ওইখ্রবনি । অদুনা মতম মাঙহন্নবদি চুমদে । অবেন্না থবক অমদি অবানবা ৱাখলদা লমকৈ চংকনু । নহাক ৱাখল খনগদবনি । ঈশাগী খৌদাং কাওবা য়াদে । নহাকনে মহৈশাগা মান্নবগুম্লা অমা ... !*

*নহাক্কী পবিক্ষা হেক লোইবগা যাবিবমখৈ থুনা য়ুমদা লাকহন্নীংই । নহাক্কা তান্নগদবা ৱাফম খবা লৈবে । নহাক্কা খন্নদবা য়াদবা অকবা থবক্কী । পবিক্ষা হেক লোইবগা, যাববদি নোংমা ফাওবা পঙ্গদনা য়ুমদা লাকহন্নীংই । ইমানা নীংলীবা নংগী পাবুংনা খল্লীবা আশা, নংনা শোয়দনা থুংহনগনি হায়নসু খল্লী । মীগী মমাঙদা নংগী পাবুংগী ইজ্জৎ ময়েং তাহনবা যাবা নত্তেকো নুপামচা ... । নংবু ইমানা যাম্না ৱাখল লৈবা ইচানি হাযনসু আশা তৌদুনা, মীমাঙদা চাওথোকচবিবনি । পাবুংনসু নংতগী ৱাখলদা নুংঙাইজবিবনি । মসী হায়দ্রবসু নংনা হেন্না খঙলীবনি ।*

*ইমানা নংবু উন্নীংবনা যাম্না লাঙতক্লবা পোকই । ইমা, মঙ-হা ইচোই চোইবা অমসু তৌই । মবম অদুনা নহাক্কী পবিক্ষা হেক লোইবগা পঙ্গদনা যাম্না থুনা মণিপুরদা থোবকউ । ঈশ্বরনা নহাক্কী অমদি ঐখোয় পুম্নমক্কী যাইফ-মঙ্গল্ পীনবীসনু । ইমানা নংগীদমক্তদি নুতি নুমীৎ খুদীংগী ঈশ্বরদা প্রার্থনা কংলি । ইচাগী মঙ্গল্ ওইসনু । লাইবিক কন্না পাওকো । নহাক্কী পাও খৌবাংনা ঙাইবি । চিঠি ইবকউ ।*

*নহাক্কী নমা*
*সৈত্যবতি দেবী*
*(ইম্ফাল, মণিপুর)*

ইমাগী চিঠি পাকবগা থম্মোইদা চিংনবা পোকই । অকিবা অমসু অমুক ফাওবকপগুম তৌবি । কবি কবম থোক্লগবা ...? ঐহাক্কী মবমদা য়ুমলোমদা পাও তাববা জাৎলাহায়না চিংনদবসু ঙমদে । য়ুমলোমদা পাও কবম্না ...? তাফম থোকপ্রা ! ইমাগী ৱাফম অসীবু...? শামীন খবা ফংবগী মওং অসীনা কবম্না ? ঈ-পাও ফংবা য়াবগী মবমবু... ? কবিগুম্বা কৈল্যানিনা ...? মাবু ঐখোয়গী ৱাবী অসী তাবমগদ্রনে ? তাববা ফাওবদা মহাক্নদি পাও পীবমগনি হাযবা থাজদে । অদুবু মীওইবগী পুক্নীংগী ৱাদি কনানা খঙগনি ! মৈতৈ মচা অতৈ মযাম অমসু লৈবি । নুংশীৎ শীৎলবদি উনাসু লেঙঙী । ঐহাক চিংনবনা লৈফম খঙলক্তে । চিঠি পাকবগা ঐহাক্লা তুম্মীন্না লৈববদা অহম্মদনা - "কৈদৌববগে তুম্মীন্না লৈববদি ...?" হায়বকই।

"ইমানা পবিক্ষা হেক লোইবগা লাকউ হায়না ইবকই ।"

"পবিক্ষা লোইবগী পাও তাবম্বা য়াই । নংনা য়ুমদা চৎখ্রবদি কমদৌবা ...?"

"করিগী চৎলুগদগে ? ঐহাক মতম খরা পম্থদবা য়াদ্রে হায়না ইরবনি। হৌজিকপু ঐহাক য়ুমদা চৎপা য়ারিবা মতম্না ? কদাইদগী চৎপা য়াগদগে ? ঐনা য়ুমদা চৎলবদি লোনমক শোয়রেদনা ...! লুহোংবগী ব্রাফমসু শোয়দনা হৌদোরক্লনি।"

"হোয়নে... । থবক অসী থুনা পাওথোক্তবা য়াদ্রবনিনে।" হায়না মহাক খরদং নে তাবগুম তৌরম্মী। " অদুদি..." হায়রকই, মহাক্লা মখা তাদ্রিঙৈদা " অদুদি ঐখোয় মখা তাবা করি থৌরাং তৌবা তাই ? থবক অসী তরাই-তরাইবসু নত্তে । য়াম্না মমুৎ তানা থৌরাং খরা তৌদবসু হেক য়াবা নৎত্রি । নাদিরাবাইবু ঐখোয়গী লম্বীদগী করম্না ...? জল্লাল্‌উদ্দীন্‌গী পাওনা করি কমদৌরবা... ?"

"মহাক্লা ঐখোয়দা চাওরবা পল ওইরিবসীগীদমক্লী, জল্লাল্‌উদ্দীন্‌বু ঐখোয়না খৌরাংনা ঙাইরিবসী ! ঐখোয় ঙসি মহাকসু উন্নদবা য়াদে । মহাক্লা পাও পীরকপগী মতুংইন্নদি মহাক পুঙ তরাদদি শোয়দনা শবাব্ মহল্‌দা লাক্কনি হায়না খল্লী । ঐখোয় মহাক্লা উন্নরগা মখা চৎথগদবা থৌরমশিং শোয়দনা খঙবসু য়াই । ঐখোয় খন্নরসি ।"

"ফরে, অদু ওইরবদি চৎলসি অদুগা নঙোন্দা ব্রাফম অমদি হায়নীংই অদুবু ...।"

"করিনো হেক্তা হায়য়ু । নংনা চিংনরিবদু করিনো ?"

"ঐগী ব্রাফম অসী...! " ঐহাক খরা হঙ্গোইরপ তৌই ।

"নংনা অদুক য়াম্না চিংনরিবদু করিগীনো ? ঐবু অতোপ্পদৌনা ...?"

"মতাং অসী লুবতা নত্তনা, খুদোংচাদবা কয়া, প্রোব্লেম্ ময়াম অমসু...! হায়বদি শেলগী দরকার ঙাক্তনি । নংনা খঙলীবদুনি । হৌজিক ঐগী খুত্তা শেল পঙয়াম য়াম্না লৈতে । থবক থোক্লবদি শেলগী দরকাররনি ।"

মহাক্লা ঐঙোন্দা য়েংলগা - "অদুগীদমক নংনা কোইথোক্লীবা...? মদুদা নংবু কনানা মাঠা শাবীয়ু হায়বগে ? নং ঐবু ইকাইবা পীরিবরা ? শেলগীদমক ঐ লৈরিবসীদি ? ঐবু অতোপ্পনি খল্লীবরা ? অদুগা জল্লাল্ উদ্দীন্‌সু শেল-থুমগীদমক চিংনবীবা মীশক নত্তে । মদোমদা নংবু মাঠা শাবীয়ু হায়দে । মতুংদা অদুগুম্না ব্রাফম পল্লকনু । নংনা ঐবু অতোপ্পা ওইনা খল্লেনে । থবক অসিদা ঐগী ইতেংতা পাংবীয়ু । শেলগী থুমগীদমক্তা নংবু খনবীয়ু হায়বরো ?" হায়রকই ।



ঐখোয় শবাব্ মহলদা থুংলম্মী, গাড়ীগী মখোল খণ্ডবগী হৌনবা, মখোয়না ম্রোইংরুম্‌গী থোঙ হাংদোরকই । মনাক অদুদা কার অমসু লৈরম্মী । জল্লাল্ উদ্দীন্‌না হান্নানা য়ৌরক্লম্লে । থোঙ অদু হুস্নবানুনা হাংদোরকই । ঐখোয়বু উবদা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা অহম্মদতা "অদাব্" অদুগা ঐঙোন্দনা মখুৎ লোম্নর দুনা "নমস্তে দাদা" হায়দুনা তবাম্না ওক্লম্মী । মপুক্লীংমকা লাম্বগুম তৌই । মাইথোংদা মোমোম্নবী মতৌ উৎলকই । অহম্মদকা য়েংনরগা, হয়াওনা মাগী শুক্কাৎলবী মীনোক অদু নোকচরম্মী । ঐখোয় তুংথ-মাংথ চঙমীন্নরম্মী । ম্রোইরুমদা জল্লাল্‌উদ্দীন্‌গা ব্রাহিদাগা ফম্মীন্নদুনা ব্রারী শারম্মী । মখোয় অনিনসু ঐখোয়বু তরাম্না ওক্লকই । হৌনবী, সলাম্, অদাব্, নমস্কার, খুৎ শোক্লবনচিংবা তৌনরবা মতুংদা ঐখোয় ফম্মীন্নবম্মী । হুস্নবানুনা- "এক্সক্যুজ মী, ব্রারৌবীনু ঐহাক য়াম্না থুনা লাকচগে ।" হায়রম্লগা মনুংলোমদা চঙখিবম্মী ।

ঐহাক্কী ব্রাখল ইহাঙ-হাঙলম্মী । ঐগী মীৎনা খৌরাংনা ঙাইজবম্মী । মহাক্কী শামীন্ অমত্তং ফংননবা খৌরাংলম্মী । ঙহাক্কী মতুংদা যাসমীন্, হুস্নবানুনা চাগা, অচা-অথক্লচিংবা খরা, ত্রে অমমমদা পুরদুনা থোকমীন্নরকই । মখোয়না ব্রেশিং অদু সেন্টর টেবলদা থম্মী । যাসমীন্ ব্রাদি ঙাংদনা ঐঙোন্না "নমস্তে" তৌদুনা মখুৎ লোম্নবকই। অহম্মদকা জল্লাল্‌উদ্দীন্‌গদসু মখুৎনা "অদাব্" তৌবম্মী । য়াম্না নুংশিনা, মাগী মীৎচীনা হাইফেৎ, মীৎয়েং অদু ঐঙোন্দা তৌরকই । মহাক্কী মদুগী মীৎয়েং অদুনি, ঐহাক্কী থম্মোইদা থুম্না ফাওরেং-লেংলিবা ...! ঐহাক ঈশা অসী ইতাও-তাওবম্মী। পুমশুম-শুমক্কাৎপগুম তৌই । মখোয় অমগা অমগা সলাম্, দুব্রা তৌনখিবা অদু হাইফেৎ খরগী মখৈদি খণ্ডহৌই । অদুবু তশেংনমক ঐহাক তরঙ অমদা তাওবগুম লৈবম্মী । 'অসুক ফজবী, অসুক নুংশিখ্রবী, শক্তম অসীবু কারিগীদমক...?, হুস্নবানুগা ব্রাইদাগনা, চাগা চাননবগা লানশিল্লকপদা ঐহাক জ্ঞান্ তাবকই । হাইফেৎ ঙকচানরুরগা মখোয়দা য়েংলগা চা অদু লৌরম্মী । মখোয় অনিনা ঐঙোন্দা ফাগিগী মীৎচি অমমম তৌশিল্লকই । ঐহাক ইকাইরপ তৌনা য়েংলগা নোকফেৎ তৌরম্মী ।

ইমা চান্দবীবী থোরক্তুনা - "ইচাশা নখোয় লাক্লীবরা ?" হংলকই ।

ঐখোয় ময়াম্নসু - "হোয় ইমা ।" হায়না খুম্লম্মী ।

"নখোয় ময়ামগী য়াইফবা নুমীৎ অদুবু ঈশ্বরনা করম্না মতমদা পুবীরক্কবা ...! খণ্ডব্রেদা করিনো তোঁগদবসিবো !" হায়না শোম্লি । "নখোয় ময়াম ব্রারী-ব্রাতাই শাওকো । ইমা থবক খরা তৌরাখিগে ।" হায়রম্লগা থোকখ্রে ।

ঐখোয়ময়াম ব্রা থোইনা ঙাংনদে । চা থকপা লোইরে । মরক অদুদা যাসমীন্‌গা ঐহাক্কা কয়ারক হন্না মীৎ চা-নখিবা খঙদে । মাসু ঐসু মীৎ চানরগা হেক-হেক লূকথনরম্মী । মহাক্কী খোইরুম মোমোন মীনোক্তুনা ঐগী থম্মোইদা হেক-হেক পাল্লি । তশেংনা নোকপদি নত্তে, মাগী মাইথোং অদুনা মতম পুম্নমক্তা মোমোন নোকপগুম্নতা উবগী ব্রানি । মদুমক্না ঐহাকপু পুমশুম-শুমহৎলি ।

ঐখোয় তরুক..., জোরা অহুম...! ঐতা নত্তে, পুম্নমক মাগী-মাগী ব্রাখল অমমম, সুরগী ইপোমদা লোইনমক তাওনখিবরা খঙদে । থোইদোকপা ব্রা-লান অমত্তসু ঙাংনদে । তুম্মীন-তুম্মীন ফমদুনা পঙলে মরৈনে । ফক্লাং ঘড়ীনা কাং-কাং-কাং...! তরানিথোইরক য়েরকপদা, ঐখোয় পুম্নমক তুম্লুবদগী মীকপ থোকপগুম মহে-মহে তীঙলী-য়াঙলিনরম্মী । কয়াম কুইনা কা অদুদা মী অমত্তা লৈতবদৌনা লৈনরুবনো খঙদে । ঘড়ীনা য়েবা লোইখিবগা, ইমা চান্দবীবীনা চঙলক্তুনা লেপ্লবগা, ঐখোয় ময়ামগী মীৎ-না খরা শিংগৎনরকপগা, মপা চা-নরুরে ।

জল্লাল্‌উদ্দীন্‌না মঙফাওনরকপগুম্না ইমা চান্দবীবীদা য়েংলগা - "ইমা, খুদা-তালানা ঐখোয়বু চানবীরবদি থৌরাং পুম্নমক য়াইফনবা শীনবীরক্কনি হায়না খল্লী । চিংননীংঙাই ব্রাফমসু থোইনা লৈতে । ইন্‌শা অল্লাহ ...; মরুপশিংসু তাবীয়ু । পরবরদিগারগী থৌজাল লৈরবদি, ঙসি মঙা-তরানিগী মনুংদা য়াইফ-পাওজেল অমদি, শোয়দনা তাবা ফংগনি হায়না নীংই ।" হায়রকই । লোয়ননা মহাক্কী মাইথোং মকা-লাম্না উই । ময়ামসু আশাগী মঙাল অমা ফাওরকপগুম্না, মাইথোংদা নুংঙাইবগী মমি অমমম লোইনা তাবগুম তৌনে । ইমানা মচীম্বালদা খুদোম্বী থমদুনা - "নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা থেৎলী হায়নবা লৈবনি । ব্রারী অদু মফম অসীদা শাগনু ।" হায়রগা ঈঙ্গীৎ তৌরম্মী । পুম্নমক ব্রা মখা তাদনা তুম্মীন্না লৈনে ।

অহম্মদনা - "ময়াম পুম্নমক ঙসিগী লঞ্চকীদমক, ঐহাক্না ঐগী মরুপ সুকুমারগী তরফ্‌তগী বার্ত্তন্‌ তৌজরি । ময়াম্না অপাম্বা হোটেল, রেস্তোরেন্ট অমদা থৌরাং তৌজরগে ।" হায়রকপদা, ময়াম পুম্নমক্কী মীৎ ময়াম অদু চপ মান্ননা ঐঙোন্দা য়েংশিল্লকই । ময়াম্না - "করিগীনো ?" হায়না হংবগা লোয়ননা মীৎয়েং অমা অমুক অহম্মদতা য়েংই । মহাক্না মখা তারকই - "ঐখোয়গী মরুপ, মহাশয়গী নুংঙাইবা ফোঙদোকপগী পার্টি মচা অমা ওইনা, ময়ামগা চামীন-থকমীন্ননীংবগীনি । পার্টিগী ব্রাফম নত্তনা, মরুপকীদমক, মাবু ইকাইখুম্নবা ওইনা ঐখোয় পুন্না নুংঙাইবা ফোঙদোকমীন্নসি । হায়না ঐহাক্না ময়ামদা হৌদোকচবনি ।"

ময়াম্না - "করি করম্বা ব্রাফমগী ওইরবনো ?" হংনরকই ।

'ঐখোয়গী মরুপ সুকুমার শর্ম্মজি..., আই.এ,এস, ফংলে । মহাক্না সেকেণ্ড

তাবে। মহাক্কীসু মবায়বক ফবনি, অদুগা মসী ঐখোয় পুম্নমক্কীসু লেমজবা, অমদি চাওথোকচনিংঙাইহিনি। ময়াম্বু, মহাক্না মহাক্কী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা পার্টি অসিদা ব্রেল্-কম্ তৌজনীংবগী ব্রাফম্নী।"

ময়াম্না হরাওবা ফোঙদোক্লুনা "Congretulation" "মুবাবক্হো" "বধাযহো" নচিংবা হায়নবকই। ঐহাক্সু - "Thank You" "ধন্যবাদ" "সুক্রিয়া" হাযদুনা খুম্লম্মী। জল্লাল্উদ্দীন্না ঐগী খুৎ শোক্লুনা - "মকপকী মঙ্গল্ ওইবগীদমক, নুংঙাইবা ফোঙদোকপগী পার্টি অসিদি ঐখোয়না পীফম থোকই। কবিগীদমক মকপ সুকুমাবনা পীগদগে? মকপ ঙসিগী পার্টিগী তৌফম থোকপা পুম্নমক ঐহাক্কী দাযীত্বনি। মসীদা মকপ্লসু যাবীগনি হাযনা নীংই।" হায়বদুনা মহাক্না ঐবু চেৎনা কোল্লম্মী।

অহম্মদনা - "ঐখোয মযাম্না পাম্বা, মযাম্না লেপ্লবা ব্রাফম ঐখোযগী মকপকী থোইদোকপা আপত্তি লৈবোই হাযনা নিংই। ঐহাকসু মকপ জল্লাল্উদ্দীন্গী ব্রাফম অসীমক যাজনীংই। পার্টি অসি ঐখোযনা পীফমদি থোকই।" হাযবকই।

হুস্নবানুনা - "অদুদি পার্টিগী থৌবাং ঐখোযনা হান্না তৌফম থোকই। অদুনা মসীগী থৌবাং ঐখোয তৌজবগে।" হাযবকই।

ব্রহিদানা - "ঐখোয লৈজবি, কবিগী হোটেলদা পার্টি তৌরুগদগে?" হাযবম্মী। জল্লাল্উদ্দীন্না ব্রাহিদাদা মুন্না যেংলম্মী। মদুদা ব্রাহিদানা - "ব্রাবৌবীবনু," নুংঙাইবা ফোঙদোকপা অসীদা ঐখোযগী শরুক ওইহনবীযু।" হাযজবকই।

ইমা থাজমানবীনা - "ইচাশা, ইমা হায়বগে। ইমাখোযগী অসীদা নখোযনা অপাম্বা কবি-কবিনো খবদং শেম-শাবগা চামীন-থকমীন্নবনা ইমাদি..., মদুনা পাম্মী। মমল য়াম্বা অহাওবা চাবা-থকপনা ঙাক নুংঙাইবসু নত্তে। হবাও-হবাও, নুংশিননা ব্রাবী-ব্রাত শাদুনা কবিনো খবদং চামীন্নবা, অদুনা ফবোইদ্রনে?" হাযবকই।

ময়াম্না ইমাগী ব্রাফম অদুনা ফবে হাযনা লেপ্লবম্মী। ইমাবীবীনা ইনাক্তা চঙশীল্লক্লুনা ঐগী লাইবক্তা চুপ্লীবদুনা - "ইমাগী ইবুংঙো মঙ্গল্ ওইযু।" হাযদুনা কোক্তা নানবীবম্মী। ইমাগী মীৎলুদগী পিবাং শীম্বুবকই। ঐহাকসু খঙহৌদনা থম্মোইদা কৈনো'মা ফাওবম্মী। ঐহাক ইমাবু খুকমজবম্মী। ইমানসু ঐবু মথানুংদা চেৎনা কোনবীবম্মী। লমদম অম্না লৈহৌববী ইমামক্ন কোনশনবীবা, চুপ্লীবগুম খঞ্জবম্মী। মযামনা থাগৎপিবা অমদি ইমাগী মিনুংশি অদুনা, থম্মোইদা হাযনীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী ইথিল অমা ফাওবম্মী।

মযাম্না থাগৎপা, খুৎ শোকপা, ইমানা কোনবীবা পুম্নমক লোইনশ্নবা মতুংদা ইকোন-কোন্না, যাসমীন্না ঐগী খুৎ পায়দুনা মহাক্কী মমীৎ অনিমক্তা লাইবক কৎপগুম্না কৎলুবগা, ঐগী খুৎ য়েৎকী খুৎনমদা মচীন্না চুপ্লম্মী। মহাক্কী মাইথোং অমদি

মচীশ্বালদা মোমোন তৌরগা মীৎলুদনা পিরাং শীঙ্ঘরকই । ঐহাক্লা মাবু ইথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লম্মী । ময়াম লৈরিবা অদু ঐহাক থোইনা খল্লুবা তৌদরে । যাসমীন্ খক্তবু উরম্মী । ঙহাক্তি সংসার অসী ঐখোয় অনিতনি খনবগুম...!

· ইমা চাঁন্দবীবীনা থৌদাদুদা, তাক্তুনা হুস্নবানু, ৱাহিদা, যাসমীন মখোয়না চানথক্লবা পুম্নমক শেম-শাদুনা, থোং-থাক্তুনা হোৎনখিরম্মী । মতৌ অদুম্না মখোয়গা ঐখোয়গা পূন্না নুংঙাইবা ফোংদোক্তুনা, হরাও-হরাও নুমীৎ অদুগী লঞ্চ অদু চামীন্নরম্মী । চাবা-থকপা লোইরবা মতুংদা ঐখোয় হল্লক্লে ।

লম্বীদা জল্লাল্না, অহম্মদকা ঐখোয় অনিদা - "ঙসি মঙা-তরুক্কী, হাপ্তা অমগী মনুংদা ঐখোয়গী তিংখং শোয়দনা লৌথোক্লগনি ।" হায়না য়াম্না থাজবগা লোয়ননা ফোঙদোক্লকই । মহাক্লা শীল্লীবা অরোনবা থৌরাং, মদুগী মতুংদা ঐখোয়না চৎথগদবা থবক্কী অকুপ্পা ৱারোল কয়ামুক, খন্নরবা মতুংদা ঐখোয় কায়নরে ।

✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣

ঐখোয় অনি অহম্মদকী য়ুমদা চৎলম্মী । ঐহাক্লা ঐখোয়গী চৎনবীদা অম্মিজান্বু খুরুমজরম্মী । ইমানা ঐবু কোনখৎপীরগা ঐগী লাইবক্তা চুপ্পীরদুনা, কোক্তা নুংশিনা নানবীরকই । ঐগী থম্মোইদা হায়নীঙাই লৈতনা অপেনবা ফাওজরম্মী । ভাবিজন্বুসু খুবম্মী । মহাক্লসু ঐবু কোনখৎপীদুনা নানবীরম্মী । চৎনবী খেন্নজরবসু থম্মোইদা ফাওনরিবা নুংশিবা অদুদি জাত্, ধর্ম্ম লৈবা নত্তে ।

ইচল সাইরাবানুনা হরাওজবগী মপা লৈরমদে । মহাক্লা - "ভাইজান্, অম্মিজান্গা ভাবিজান্গবুদি খুরম্নগা ঐবুদি খুরুমদ্রিবা করিগীনো ? য়াদে ঐঙোন্দসু খরুমগদবনি ।" হায়দুনা ফাগি তৌরদুনা মথৱায় তানা নোক্লম্মী ।

ঐনা - "খুরুমগে" হায়দুনা, খুরুমগদবগী মওং তৌরগা মহাক্কী মনা পায়দুনা চিংলম্মী । "অয়ো ইমা" হায়না সাইরানা লাওরম্মী । "লাল্লে হায়য়ু" হায়না ঐনা হায়রম্মী । মহাক্লা - "লাঞ্জরে-লাঞ্জরে" হায়রম্মী । "মথক্কী অহলদা লঙনরবদি, ননা অসী ফুক্তোক্কদবনি ।" হায়রম্মী । ঐখোয়গী ইতৌদা অম্মিজান্গা ভাবিজান্গসু হরাওনা নোক্লম্মী । অহম্মদনসু 'নথক্কী অহলদা লঙনখোদনা' হায়রগা নোকই । ঐহাক্লা পায়রম্বা মনা অদু থাদোক্লগা - "ইহে, ইচলগী নৌশ্ববী না অসিদি তৎকদৌরেদনা, চিনিমুক ঙাংলে । ওম্থোকপনিদা ।" হায়দুনা মখোয়গা থম্মোই তিন্নরুবদগী, ইমুং-মনুং, ইচিল-ইকপৱা ওইবগী ফাগি তৌনদুনা য়াম্না নুংঙাইবা অমসু ফংজরম্মী ।

অম্মিজান্না - "ঙসিদিনে, ঐখোয়গীদা নুমিদাংগী চাক চামীন্নগদবনিকো ।"

"ঐনা পার্টি তৌফম থোকই । নুমিদাংগী দিনর হোটেলদা ... । "

ঐগী ৱাহৈ মপুঙফাদ্রিঙৈদা -" নংনা লৈরিবসী হোষ্টেল্দনি । অদুগীসু মথক্তা

নহাক ছাত্রনি। অরেম্বদা খরচ তৌবা য়াদে। ইমানা হায়রিবসী ভাব্ তাও। নহাক্লা করিগী খরচ তৌগদৌরিবা... ? ঐখোয়গীদা চাক চরা অমা চামীম্নরগা লোইহরেদনা। নংনা পাস তৌবগীদমক ঐখোয়না নংবু পীজ-পীথক্কদবনি। পাটি ঐখোয়না তৌগদবনি; নংমা তৌগদবা নত্তে, খঙলবরা।" হায়না ইমানা হায়রকই।

ভাবিজান্নসু - "ইবুংঙোদি অতে থোইদোকপা চাদবনিনা ঙা ওইনা তৌরসি। তলসু অদুক য়াম্না পামদবনিনা, চাক ওইনা তৌবা তারে। নংনা পাটি তৌবা, খরচ তৌবা য়াদে। নংবু ঐখোয়না পীজ-পীথক্কদবনি।" হায়রকই।

অহম্মদনা - "ভাবিজান্, হবাই, সব্জী, সন্দেসনচিংবা খরা ফজনা তৌবীয়ু। হবাই মায়রোংবী থোংবা অমদি শোয়বা য়াদে। অরহরদাল্ অসীদি মাগী খ্বাইদগী পামজবীনি। আচার অফবা, অহাওবা লৈরিবরা ?" হায়রকই।

"লৈরি-লৈরি, হৈনৌগী আচার অফবা, সিমলা মির্চিগী অচারসু লৈ।"

ঐহাক্না - "ভাবিজান্, অস্মিজান্, ঙসিদি মণিপুরগী "ঈরোনবা" চাসী। ঐনা তৌগনি, কুইরবনী ঐনা ময়ামবু পীজনীংবা...। ঙসিদি মণিপুরগী ষ্টাইল্, মৈতৈগী খুৎথোং অমদি মথেল খরা ময়ামদা পীজরগে। অমুক্তংদি মহাও য়েংহল্লীংই, অঙ্গাসু চারে ঙসি য়েংবীরো।" হায়রম্মী।

"ফরেনে, তানবু য়াম্না চারে। ঐখোয়গী চাকথোংবী অদুসু নারে হায়দুনা ছুটি লৌখ্রে। অদুনদি নহাক্লা পীজনীংবা মণিপুরী মথেলশিং অদু মখে নংনা থোংলো। সন্দেসনচিংবা অতে হবাইগুম্বা অদুনা সাইরগা ঐহাক্না থোংলগে। অহম্মদকা নখোয় অনি ঙা লৈরুরো। ঐহাক্না সাইরাগনা তৌবা য়াবা থৌরাং তৌরল্লগে। নখোয় খরা থুরকউকো।" হায়না ভাবিজান্না হায়রকই।

ঙসিদি ঐনা কুইনা খল্লকপা আশা থুংলগনি খনবদা নুংঙাইবা অমা ফাওরম্মী। ফনদি কুইরবনি ঐহাক্না মসী খল্লকপা ...। হোষ্টেলদা ইমান্নবশিংবুদি য়াম্না পীজরবনি। অহম্মদপুদি চারবনি। অদুবু খুৎথোঙ অতৈদি চাদ্রি, মখোয়গা ঐখোয়গা থেন্নবা অদুমসু য়েংহল্লগে। মখোয়গীনা মহী য়াম্না হাপ্লগা মৈথক্তা পঙফুক্তা ফুংলগা চেঙ লৈত্রে হায়বা মতাংদা হৈদোক্লগা মহী কংহনবা অদুনা, চাক অদু-চাবদা ইচম-চম্মী। ঐখোয়গী য়াইবগী মওং অসী মখোয়বু য়েংহল্লগে। হোষ্টেল্দা, ঐগীদমক ইমানা থাবীরকখিবা য়োংচাক, ঙারী, উ মোরোক, অতৈ-অতৈ মরোয়-মপাংশিং লৈহৌবা অদু অহম্মদ ঐখোয় অনিনা ঙা লৈবা চৎপদা লৌরুরে। মৈতৈগী চেঙ মোইরাংফৌগী মচং ফজবা অদু পঙয়ামদি য়ামদনা সের অমরোমগা, চাহাঙ পোহরেতোন অমুবী পবা অমরোমগা য়ানশিয়রগা মদুসু ঐহাক্না পুরকই। থৌরাংশিং অদু তৌবা লোইরদুনা, ঐহাক্না মখোয়গী চাকশঙদা চঙদুনা থোং-থাক্লম্মী। চাকসু ময়াং চেঙগী অমা, মৈতৈ চেঙগী অমা, অনি থোক্না

থোংলে। ঐহাক্না থোংলিবা চাকথোং অদু মখোয় ইঙক-ঙক্না য়েংলম্মী।

সাইরানা - "ভায়জান্, চাক অদু চাবা য়াররোই কচ্চা ওইরনি। চেঙ ঙাক্তা ঙায়রনি।" হায়রগা মমীৎ-মনা লংখৎলকই।

"কচ্চা চাব্রল্ পীজবা তারেদনা ...!" হায়না ঐহাক্না ফাগি তৌরম্মী।

অহম্মদনা ঙা শেমলম্মী। ঐহাক্না হোৎনরিবদি চাক্কা, ইরোনবগদনি। অদুবু ভাবিজান্না হায়বদগী ঙাসু ঐহাক্না থোংলম্মী হৱাই, সব্জী মথেলশিং অতৈ সন্দেসশিংদি মখোয়না হোৎনরম্মী। য়োংচাক্কা আলুগা ইরোনবা অদুদা উমোরোক অমত্তমক হাপ্লম্মী। উমোরোক অতেকপা অহুমখক্কা মখোয়বু য়েংহন্নীংদুনা পুরকপনি।

সাইরানা - "ভায়জান্, সিমলা মোরোক অসিদি করি তৌগনি ? শাসু -শাদবসীবু...?" হায়রকই।

"ইবেম্মা মসী নংগী সিমলা মির্চা অদু নত্তে। হোরেল মণিপুরগী ইরোনবা অসী চারবা মতুংদা মসীগী মগুণ্ খঙগনি।" হায়রম্মী।

চাক-ঈশিং থোং-থাকপা লোইরদুনা ভায়জান্ লাকপা ঙাইবগী ওইনা ঐখোয় মপান্দা হকচীক লাংলম্মী। ইনাকখুনবা ইমুংগী হৌনবী, ভাবিজান্সু সাইরাসু থোং-থাকপদদি তোয়না তৌদবগী হৌনবা, হৈশিংবদি কয়া ওইদে হায়বা ঐহাক্না খল্লম্মী। মরম অদুনা ঙসিগীদি মথেলশিং অয়াম্বা ঐহাক্না মৈতৈগী খুৎথোংদা থোংলবনি। ঙা, রৌ থোংবা অদুসু ঐহাক্না হোষ্টেলদগী পুরকপা ঐখোয়গী মরোয় মপাং (নাপাকপী, নাকুপ্পী, শিং, হৈরিবোব্ননচিংবা) শীজিন্নরম্মী। মখোয়গীদা ফংবা তিলহৌ, চনম, হীঙ, তেজপটা অতৈ-অতৈ মসলানচিংবসু শীজীন্নরম্মী। ঐহাক্কী খুৎথোং অদু মখোয়না হৈনরোইদরা হায়নদী ঐহাক কন্না চিংনরম্মী।

ভায়জান্সু হল্লক্লে। ভাবিজান্গা সাইরাগনা চান-থক্লবশিং দাইনীং টেবলদা থেন্দুনা শেম-শাবা লোইরে। ময়াম চাননবা ফমথরম্মী। সাইরানা সলাদ্ শেমদুনা পুথোরকপদু উরুবদা ঐহাক শ্বায় লাওই। ঐহাক্না থল্লম্বা উমোরোক অতেকপা অদু মকক-মকক য়াওবা উরম্মী। ঐনা - "ইবেম্মা সাইরা, নংগী সলাদ্ অসীদি করিনো ? মসীদি শেরেদনা ...!" হায়রম্মী।

"ভায়জান্গী সিমলামির্চ অদুগা টমাতর, গাজর, বীট, খিরা প্যাজ, ধনিয়া, পুদিনা, ময়ান শুরবনি। য়াম্না হাওরদৌনি।" হায়না মহাক হরাওরম্মী।

"লোইরেদনা ইবেম্মা, ঐনা সিমলাগী মোরোক নত্তে। মী খরনা লঙ্কা হায়নবদু নত্তে হায়রেদনা। মসী মণিপুরগী শাথীপ্রবা মোরোক্নি, Gaint নিনে Gaint, be carefull, য়েংউ-য়েংউ, চারগা খঙবা তারেদনা ...!"

চখোম অমমমদং চাবদা ময়াম পুম্নমক হুমাই হুম্নরে। মখোয়গী মতৌ অদুদা

ঐহাক নোকংসু নোক্লীংই, নুংসু নুংঙাইতে । মখোয় ময়াম ঈশীংবু থকপনে, চিনিংবু চাবনে, মতৌ অমা তৌনরে । চাক এনশাং মথেলশিং অদু, ঐগী খুৎথোং অদু মখোয় হৈনরিগদ্রা-হৈনবিরোইদবা খঙদ্রে । ঐহাক্তি ঈশানা থোংজবগা ওইবনে, ঐখোয়গী ইপানাৎ-ইপুনাৎকী চাকথোং অমদি ঈরোনবা অদু য়াম্না হাওনা থোকউরে । অদুতা নত্তনা মৈতৈগী ওইবা মরোয়-মপাং (অকংবা ওইবগী নীংবা কযা থুংদে, অতেকপা ওইরম্লবদি...) শীজীন্নদুনা থোং-থাকপা অদু ফনয়াম্না হাওই । ঐহাক য়াম্নসু চারম্মী । ঐনা নুংঙাইরোই খনবরা খঙদে । "হাওই-হাওই" হায়দুনা মখোয় য়াম্না নীংথীজনা চারম্মী । 'ঈরোনবা' অদু ঐহাক্না, আলু, য়োংচাক মরু অকংবা খরা, কংলা-উয়েন, উচীন্না, থাংজি-উয়েন খরা-খরা য়াম্নদুনা, ঙারী অফবা অদুগা, ঙাথোংবগী মহী খরা, ঙা মতুম খবগা নোইখায়দুনা য়াম্না ফজনা লোনবনি । মদু ময়াম্না যাম্না পাম্না চানৈ । উয়েন্‌শিং অমদি য়োংচাক্কী মবমদসু ঐহাক্না এক্সপ্লেন্ তৌদুনা তাক্লম্মী । মোবোক খরা শাবা অদুদা মখোয় পি তা-নরে । পি তাবদু য়েংনরগা ফাগি তৌনদুনা, ঐখোয ময়াম ব্রা-ব্রা নোক্লরম্মী । মখোয় চাবদি ফজনা চানরম্মী ।

কনানা খঙগনি ? পোকপদগী শীজীন্নরকপা, চা-থক্লকপদি নত্তবনিনা মখোয়না য়াম্না পাম্বদি ওইরমগদ্রা-ওইরম্লোইদরা ? লম-লমগী জাত্,ধর্ম্মগী মাগী-মাগী চৎনবী লৈরি । চীঙ্গাকসু মশা-মশাগী তোঙান-তোঙানবা মতৌ হৈনবী, হৈনদবী লৈবা মশানা তাবনি । মতৌ অদুম্নদি ওইরগা, ঙসিগী ওইনদি নুংশিনবগী ওইবা তাই, য়াম্না হবাও-হরাওনা চাবা-থকপা অদু লোইবে । ঐহাক্না য়াম্না নুংঙাইজবা অমদি, ভায়জান্না য়াম্না হরাওনা ঐনা থোং-থাকপা অমদি মণিপুরগী মথেলশিং অমসুং চাক অদু য়াম্না থাগৎপীবগা লোয়ননা, ফনা নীংথীজনা চাখিবা অদুনি । নুমীৎ অদু ইমুং-মনুং ওইবগী অমত্তা ওইনা, নুংশিনবগী মতৌদা কয়াদা নুংঙাইখ্রবা ...!

অম্মিজান্, ভাবিজান্ অমদি সাইরানা ঐবু লেকখরো হায়না কন্না হায়, অদুবু ঐহাক্না য়াদ্রবদা অম্মিজান্না অহম্মদতা ঐবু হোস্টেল্দা থিল্লুনবা হায়বম্মী । হোস্টেল্ য়ৌরগা ঐখোয় অনি কুইনা ফম্মীন্নদুনা ৱারী শাবম্মী । 'মরুপ জল্লাল্উদ্দীন্গী প্লান্ অদুনা করিগুম্বা মায় পাক্লবদি, ঐখোয় মখাতাবা থবক অসী করি-করি তৌবা তাবগে ? মদু খন্নহৌবনা চুমগনি । মায় পাক্তগনা করি তৌবা তাবা ...? অসীনচিংবা...!

মহাক্না - "মানা শীল্লীবা অদুনা হেক মায় পাকপগা, ঐখোয়গী থবক অসীদা অপনবা করিমতা লৈররোই হায়নদি খল্লী । করিগুম্বা মায় পাক্তগদি মখা তাবদি ঐখোয় অহুম পূল্লগা খন্নবা তারেদনা ...। জল্লাল্গী থবক্তা মায় পাক্লোইদবগী মরমসু লৈতে । ঐখোয় য়াম্না থুনা থবকশিং মখাতানা পাঙথোকপা য়ারনিদা ...। চিংননীংঙাই থোইনা লৈত্রে ।" হায়রকই ।

"হোয়নে, অদুবুদি য়ারসনু, য়ারনি হায়নসু খল্লসী অদুদা... । ঐখোয়না তৌগদবা অসিবু করি-করি তৌগদগে, মদুবুনি ঐনা খনবা থোক্লিবা ...।"

"মহাক্কী থবক অদুনবু মঙ্গল্ ওইরবদি, অপনবা করিসু লৈত্রেদনা, ঐখোয় চৎনবী খরগীমখৈদি ঙাক্তবা য়াদে । ঐখোয়গীসু মখোয়গীসু ইজ্জৎনিদনা ...।"

"মদুদনিনে লুরিবসে ...! চৎনবীসু ঙাকপা তাই, ফোংবসু য়াদবা ! অদুগা অমুক লুহোংলগা ঐখোয়না মখোয়বু কদাইদা থমগদগে ? মসীমসু হান্না খন্নদবা য়াদবনি । জল্লালউদ্দীন্গীদি থোইদোকপা বেরা লৈতবা য়াই । মাগী মথক্তা ব্রা ঙাংবীনবা কনাসু লৈতে । ঐহাক্কীসু মতম খরা হোটেলদরা করিনো লৈরগা ...! মণিপুরদা পুববুদি পুবা তাবনি, অদুবু মসী শাথীনা লুরিবা ব্রাফম্লী । অদুগীসু মথক্তা খাইদগী লুরিবসিদি নহাক্কীনি । মহাকপু নং কদাইদা করম্না থমগনি ? ভায়জান্না কৈদৌঙৈদসু য়ারোই । অস্মিজান্, ভাবিজান্না য়ানীংগদবা ব্রাফমসু নত্তে । সাইরাবানু ফাওবা মসিদা নুংঙাইগদবা লৈতে । মতম খরগী ওইনদি লোৎপগী মওংদসু লৈবা তাবনি । হোটেলদা লৈবা তারবসু ঐখোয় অদুক য়াম্না সেক্রেট অমদি সেভ্ ওইদে । মদুগীদমক খরা খুদোংচাগদবা মওং য়েংবা তাই । ঐখোয় করিনো-করিনো খরদি থৌরাং তৌফম থোক্লা ? খরদং মওং তাগদবা মফম ...?"

"চানক্যপুরিদা, ঐগী মরুপ অমগী বিলদিং অমা লৈ । মদু চাওবসু ফনা নীংথীনা-চাওই । কা মরাং কায়, অদুক য়াম্না নিল্-খোংবসু লৈতে । মী তরামরি-মঙাফাওবা লৈবা ফাউবা য়াগদবা বিলদিংনি । এরিয়া অদুসু নুংঙাইবা, পুম্নমক খুদোংচাবা মফম্নী । মদু মহাক্লা য়োনবমক্তি য়োল্দ্রি, য়োল্লবসু য়ানা লৈ । য়োল্লগসু ঐখোয়না লৌবা য়ানি । হৌজিকমক্কীদি মহাক্কী বিলদিং অদু ঐখোয়না শীজীন্নবা য়াগনি । মদুগীদমক ঐহাক্লা থৌরাং পুম্নমক লোইশল্লবনি । পুম্নমক শেংদোক-খোতোক্লুনা ফিট্ তৌদুনা রেদিদা লৈরে । মদুগীদি খল্লুরগনু । মতুং তারকপনা কোন্না অমুক খন্নবা তাই ।"

"লুদি লুখ্রেদা ভায় ! তুংদা করি থোক্লগবা ?"

"তুংগীনা তুংগী থোক্লবা লাকচরনি । মদোমদা খনগদবা নত্তে । হৌজিক-হৌজিক্কী সমস্যাদা ঐখোয় খন্নবা তাবনি । ঐখোয়-ঐখোয়গী চৎনবী, ধর্ম্ম, মজহব্ কায়দনবা...., অরোনবা মওং অমদা লুহোংবা তাবনি । ঐখোয় মরিগীনা মসজীদ্ অমদা 'নিকাহ' শোন্দবা য়াদে । মৌলবী, ইমাম্ সাহেব্পু নিকাহ শোহনবা তাবনি । নখোয় অনিগীনা মন্দির অমদা হিন্দুগী চৎনবীদা পুজারিনা মন্ত্র শোন্দুনা লুহোংবা তাই । ঐখোয়সু চৎনবী অদু, মখোয়গীদমক য়েংদুনা খরদি তৌবা তাবনি ।"

"নখোয় মরিগী নিকাহ শোনববুদি য়ারেনে । অদুদা ঐখোয় অনিগী, মন্দিরদা হিন্দুগী চৎনবীদা লুহোংবা হায়বীবু মহাক্লবু য়ানীংগদরনে ? মসীদি ঐহাক থাজবা ঙমদে । ঐহাক্কী ওইনদি অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু করিমতা বেবা লৈতে । নখোয়না শীনবা অদুদা হেক্তা য়ারে ।"

"নহাক্লা থাজবা ঙমদে হায়বীবদুবু কবিনো ?"

"মখোয মুসলীম্‌গী চংনবীদা য়োক্লকপনি, চাওবকপনি ।"

"ওইনীংবা ওইসনু, নুপীদি নুপাগী চংনবী সমাজ অদুদা, ধর্ম্ম অদুদা তিনবা হায়বসী হৌনবী, চংনবী ওইবিবনি । অদুগা ঐনা হায়বীবা অসীসু ঐগী ব্রাফম নত্তেনে । মসী যাসমীন্‌গী অপাম্বা অদুনিনে । 'নুপীদি নুপাগী ধর্ম্মগী মতুংইনবা তাবনি ।' হায়বা অসী যাসমীন্‌গী ব্রাহৈনী ভায় ।"

"ফবে মকপ, মসী দিল্লীনি । ঐহাক্কী ওইনদি কবিমতা উপাই লৈতে । নখোযনা ফৈ হায়বদো ঐ য়াবে । খুদীংমক নখোযনা শীনবা তাবনি ।"

"মদুগীদমক কবিমতা চিংনকনু । পুম্নমক ঐখোযনা শীনগনি । জল্লাল্‌গীসু মাগী কোনুংগুম্বা মযুম লৈবি । লৈফমগীসু, মীগীদা কৈদৌবগীদমক লৈগদৌবিবনো হাযনা মহাক্লসু হাযবীবনি । অদুবু ঐখোযগীদমক্তি ঐনা পুম্নমক থৌবাং তৌববনি । শেল-থুমগী মতাংদা নহাক্লা চিংনবম্বা যাই । কবিমতা খল্লুনু, ঐনা হান্নসু হাযখ্রে, ঐগী লৈবিবা অসী নংগীসুনি হাযনা খনগদবনি । নং শেবান্ননা খনবা যাদে । সে ফোর্ম্ অসিদা সহি তৌসে । নংগী নমীংদা একাউন্ট অমা হাংগে ।" হাযদুনা মহাক্লা ফোর্ম্ পুথোবকই । ঐহাক খবা ঙক্লা মঙোন্দা য়েংলম্মী ।

"ঐগী মিংদা একাউন্ট হাংবগী কবি দবকাব লৈবগে । পুম্নমক নংনা হোৎনবি, নংনা হোৎনগদবসু লৈবে । মদুগী মথৌ তাদে ।" হাযনা ঐনা হাযবম্মী । অদুবু মহাক্লা যাবমদে । মানা ঙমদুনা ঐবু ফোর্মদা নমদুনা সোই তৌহল্লম্মী । ব্রাফমশিং অসি খন্নববা মতুংদা মহাক মযুমদা হনখ্রে । ঐহাক লৈহৌবে, ব্রাখল অসী পুম্লাঙ-লাঙই । খোঙফমদি ফনা যাম্না থাংজিল্লে । খুমাঙ যাম্না চাওশীনখ্রে, কবম থোক্লগবা ...? ঐহাক্লা লৌবিবা ফিবেপ, ঐনা তৌবিবা থবক-থৌওং অসীবু কবিনো ? মসীবু হৌনবিববা, চুন্নীববা ? খল্লুবগা চম্মুবা অমা, নুংনাংবসু পোকই ।

✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤

মীওইবগী খুদোং চাবক্রুবা, ফিভম্না লুশল্লক্লবা মতাংদদি, মীগী খনবদগী ঐগীনা হেন্না মক ওইবকই । অহানবদা পৃথিবীগী ব্রাখল খল্লম্বদগী, ঐখোযগী দেশকী, দেশকী মথংদা পোক্লফম ইবমদমগী,অদুদগী ইখুঙ্গং-ঈবৈকায়গী খনবা, মথংদা শাগে-নাতে, মবী-মতা মকপ-মপাংগী খল্লকই । চেকতা-চেকশীল্লক্লবদা যুমগী, ইপা-ইমা, নুপী-অঙাংগী,, ইকোন-কোনবদা ঐহাক ঈশাগীনা খ্বাইদগী মকওই, হাযবা অসী য়াম্না চুমখ্রে । হৌজিক ঐহাক ঈশাগী খল্লকই ।

ঐখোয অনিমক মীগী থবক-থৌবম খুদীংমক্তা থব্রায য়াওবা, মাঙজীল থাবা মীওইনি হাযবীবিবনি । অদুবু ঐখোযগী প্রোব্লেম্ অসীনা মীগী ব্রাখল চঙদ্রে । মবক অসীদা অমিতকা বন্দনাগগী শাথীববা খোঙফম অমা ওইখ্রে  হাযবা পাও ফংলম্মী ।

মখোয়গী অদুগুম্বা শাথীগ্রবা থৌদোক অদু খঙহৌদ্রে । মখোয়নসু করিগীদমক মতাংচানা পাও পীরকখিদবনো । মহৌশাগুম্না মখোয়গা ঐহাক্সু উন্নখিদ্রে । ঐনসু, ওইহরিবা ফিভম অসীনগা..., মখোয়গী মনাক্তা চৎলুদ্রে, ঈ-পাও লৌদ্রে । উন্নদবসু কুইন্নবনি অদুবু মখোয়গী ৱারী-ৱাতাই অমত্তা হংজিল্লুদ্রে ।

অহম্মদকা, বন্দনাগা নক্না তিন্নদ্রবসু, অমিত্‌তি মহাক্কীসু খ্বাইদগী লুনা তিন্নবা মরুপনি । মহাক্নসু মখোয়গী মরমদা ঐঙোন্দা করিমতা হায়খিদে ।

অদুগা অমরোমদা অমুক, চিল্লবা, খুদোংচাদ্রবা মতাং অসীদা, নন্দিনীগা কমলগা অনিগী প্রোব্লেম্ অমসু হাপকৎলকই । মরুপ-মপাংগীদমকসু মতেং পাংদবা য়াদে । অহম্মদকা কমল্‌গদি শক্কীমখৈদি খঙনৈ । য়াম্না লুনা-চান্না তিন্নবদি নত্তে । অদু ওইন্নবসু নন্দিনীদি মহাক্সু লুনা তিন্নবা মরুপনি ।

কমলগা নন্দিনীগা মখোয় অনি অদুক্কী মতীক নুংশিনরম্মী । অদুগীসু মথক্তা অহল-লমন্নসু য়ানরদুনা লুহোংবা তারে । অহম্মদ ঐখোয় অনিসু মখোয়গী লুহোংবগীদমক অঙন্বা মতেং পাংদবা য়াদে । থবক-ইনখাংনচিংবা ঐখোয়না তৌবা য়াবা কয়া য়াওরম্মী, মতেং কয়ামুকসু পাংলম্মী । মখোয় অনিগীদমক ঐহাক্না মতেং কয়াসু পাংলকপনি । মখোয় অনিগী মনীঙ থুংজবা অদুদা ঐহাক্কী থম্মোই অসী তশেংনা পেঞ্জরম্মী । তশেংনমক ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজে । মখোয়গীদমক ঈশ্বরদা খুরুমজরম্মী।

অমরোমদা মখোয়গী নীংবা থুংবা অদুমক কল্লকপা পোক্লম্মী । ঐখোয়গীসু মখোয়গুম্না...! অদু ওইন্নবদি ঐখোয়সু কয়াদা নুংঙাইগবা ...! ঐখোয়গীদি অহল-লমন্দি লায়রদুনা মরুপ-মপাং ফাওবা তাকপা য়াদবা অরোনবনি । মরম অদুনা মরুপ অনিগী নুংঙাইজবা অদুবু কল্লকপা পোকলুবনি । কমলসু ঐগীদি য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপ্নী । অদুগা নন্দিনীদি মরুপসু, ইচলসুনি । মহাক্না ঐঙোন্দা 'রাখি' সু পুল্লি । ঐখোয় অনি য়াম্না চান্নে । কমলনা ঐগী অচেৎপা মরুপ অমা ওইজরবসু, নন্দিনীদি, ইচল-ইচে অমদি মরুপনী । মখোয়গী পুন্সিনা নুংঙাই-য়াইফবা..., ঈশ্বরগী মফমদা নিজরম্মী । মখোয় অনিমক্কী য়াইফ-মঙ্গল ঈশ্বরনা পীনবীসনু । মসীনা ঐগী, মখোয়দা থম্মোইগী খুদোলনি । ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনানি ।

মখোয়গী লুহোংবা অদু, নন্দিনীগী অপাম্বা মতুংইন্না, অমদি নন্দিনীগী ইধৌনা তাকপীরম্বা পাওতাক্কী মতুংইন্না য়াম্না চন্না পাঙথোক্লম্মী । অহম্মদ ঐখোয় অনিসু ঐখোয়না অঙম্বা খুদোলপোৎনচিংবা খরা প্রজেক্ট তৌরম্মী । মখোয়দগী বিদাই লৌদুনা ঐখোয় হল্লক্লে । অহম্মদনা ঐবু হোষ্টেল্‌দা থিল্লম্মী । মহাক্না ঐঙোন্দা বেঙ্ক পাসবুক্ অমা পীরকই । মহাক্না ঐগীদমক তৌরিবা অসী মমল নাইদে ।

"নংনা তৌরিবসীবু করিগীনো ? মসীগী করি দরকারনো ?" হায়না ঐনা

মঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী ।

"মতাং-মতাংগী দবকাব লাক্কনি পায়দা পায়শল্লুসে, মসী চুম্না সুম থমজিল্লু হায়বগী ৱাতনি । দবকাব লৈবগা শীজীন্নৌ, লৈত্রগা তোকউ । লৌশল্লোসে, চুম্না থম্বগী ৱানিদা...। দবকাব লৈবা খুদীংমক ঐনা লোইনমক হোৎনগনি । কবিমতা খল্লুনু, মসী মরুপকী খুদোলনী খল্লু । মসীদা নংনা ৱাখল যাম্না খনবা, চিংনবা নত্রগা ইকাইবগী দবকাব লৈতে । মরুপ্না মরুপকী মতেং খবা পাংবনি ।"

"নহাক্না পুম্নমক হোৎনবি, হোৎনগদবসু লৈবে । ঐনা হান্নসু হাযখ্রবদুনি । মসীগী দবকাব লৈতবনি ।" হাযনা ঐন্য হাযবম্মী ।

"মসী নংনা শীজীন্ননীংবা মওংদা, মতম অমদা হেক্তা শীজীন্নৌ । মীঙোন্দা পীথোক্কেবা কৈনো বেবা লৈতে । অদুবু লুহোংবা নুমীত্তা যাসমীন্দা খবদি প্রজেন্ট তৌবদি ফৈদনা ...।" হাযদুনা মহাক্না নমদুনা পীবল্লগা - "ঐ চৎলে-চৎলে" হাযবগা গাড়ী থৌখ্রে । ঐগী কাদা চঙদুনা পাসবুক্ অদু ফাক্তোক্কুনা যেংলুবদা একাউন্ট অদুগী বেলেন্স লুপা লিশীং যাংখৈ ইবম্মী ।

মথংগী অযুক্তা নিধি, তফিং-তফিংনা লাকই । খু দোং চাদ্রবা মতম অসীদা, ইচল নিধিনা লাক্লীবা অসীনা কবিগী ওইবিদগে খল্লম্মী । কুইনসু উন্নখিদ্রবনি । ঐহাক অমিতখোযগীদা চত্তবসু কুইবে । ঈ-পাও অমত্তসু ফাওনখিদ্রে । মহাক আমেবিকাদা ফেলোসিপ্কী লৈখি হাযবদি তাখি । ইচল নিধিগী ঈ-পাও ফাওবা লৌকদ্রে । নিধিনা অমিত্ ঐখোয অনিবু বাখি পুল্লিবনি । ওহোকপা হাযবদুনি, ঐগীনা লুই হায়দুনা হন্না য়েংলুদ্রে । শোযদনা ৱাবৌবমগনি । ৱাবৌফমসু থোকই ।

"ইবেম্মা নিধি, কবি থবক্কীনো, নংনা ঙন্তানা লাক্লীবা অসীবো ?"

"দাদাখোয়দি যাম্না নুংঙাইশ্ৰমাল্লে । ঐখোয়গী দাদানা আমেবিকা হেক চৎখিবদগী নোংমা ফাওবা লাকপিখিদ্রেনে ?" হায়না মহাক্না ৱাকৎলকই ।

"ইবেম্মা, শাওগনু ঐসু নংনা শাওবমগনি খল্লী । শাওফমবুদি থোকই । অদুবু ইবুংসু ছাত্রনিদো, অদুগী মথক্তা ঐগী-ঐগীনা কল্লী হায়দুনা ...! খঙদেদা ওহোক্লসু চিনখ্রে । মাঠাসু যাম্না শাখ্রেদা ইবেম্মা । হোয, ইবুংনা ৱা খঙদবা তাখ্রে শাওবনু । কবি থবক্কীনো, ইচন্না লাকপগী মবম অদু খঙহল্লোদনা । চৌকিদা ফম্মু, চা থকখিশিকো ।" হাযনা ঐনা মাবু শাওদনবা, থেম্বা, ঙাংবা-শকপা তৌবম্মী ।

মহাক্না - "শাওবুদি শাওদেদা, কবিগী শাওদৌবিনো ? ঐহাকসু খঙজেদা, দাদাগী ষ্টদিদা কন্না হোৎনবীবগী ফল..., আই, এ,এস, তা সেকেণ্ড তাবসীমক, ঐহাকসু য়াম্না নুংঙাইজবিবনি ।" মসীমক ঐখোযগীসু লেমজফম্নী হায়বকই ।

"নত্তেনে নংবু, নংনা লাকপগী মবমদি সুকহায হায়দ্রে । নখোযগী দাদাগী কবি-

করি পাও? বন্দনাগী পাওনা কমদৌগ্ণবা ...?"

"ঐনা লাকচরিবা অসীবুদি নুংঙাইবা পাওনিদা । ঐখোয়গী দাদা লাকলে । বন্দনাসু, রবিনা ঠোক্ তৌবীদুনা কয়া ৱাগ্ণবা ...! অদুবু ঈশ্বরনা চানবীদুনা হৌজিক্তি লোইনমক য়াইফরবনি ।" হায়না মহাক্না হায়রকই ।

মহাক্কী অসী ভাব মেন্ অমত্তা তাবা ঙমদে । নিধিনা ইন্‌ভাইতেসন্ কার্দ অমা পীরকই । ঐহাক মদু লৌদুনা য়েংলম্মী । মহাক্না হায়বা অচুম্বনি । মহাক্না লাকপগী মরম তশেংনমক নুংঙাইবগী পাওনি । মরুপ অমিত (নীরন্) গা ইচল বন্দনা (অনু) গা লুহোংবগী পাও অমদি বার্ত্তন্ পুরকপনি । ঐহাক্না কার্ন্টিন্দা অচা-অথক চাম্মীন্নদুনা, চা-নুং থকমীম্নরম্মী । অতৈ-অতৈ ৱারী-ৱাতাই খরসু শানরম্মী । মতম খরগী মমাঙদগী অমিত্ অমদি বন্দনাগী ত্রেজেদিগী ৱারী পরীং অমসু, মহাক্না য়াম্না মরীক চুম্না লীবকই । ৱাবীশিং অদু তাববা মতুংদা - "অদুক শাথীগ্ণবা ত্রেজেদি অদুবু অমিত্‌নসু বন্দনানসু ঐঙোন্দা করিগীমক তাক্লিবা ... ? অদুগা নহাক্তি..., নংনসু ঐঙোন্দা তাকলক্তবা ...? ঐনা নখোয়গীদা লাক্তে হায়দুনা তৌবিবরা ? " হায়না ঐনা নিধিদা ওনশিন্দুনা শাওজিল্লম্মী । "ঐ লাক্কনি ।" হায়নসু হায়রম্মী ।

ঐগী ইতৌ অদুদা নিধিনা - "দাদা, ঐহাক লানখ্রে, তশেংবদি তৌফম খঙদবনি।" হায়না নিধিনা ঐঙোন্দা শাওদনবা হায়রক্লম্মী । অদুদগী নিধি "দাদা চৎলগে, য়ারবদি ঙসি-হয়েংগী মনুংদা লেঙবীরকউ।" হায়রগা হনখ্রে ।

অসীগুম্বা ঐখোয়গী খুদোংচাদ্রবা, চিল্লবা তাঞ্জা অসিদা মরুপ অমিতকা ইচল বন্দনাগগী লুহোংবা অমুকসু তারবা...! চিল্লিঙৈদা চিনবা, খুদোং চাদ্রিঙৈদা হেন্না খুদোংচাদবা হায়বসীদি হৌনশানি । কমলগা নন্দিনিগা অনিগী লুহোংখিবতা ঙায়রি । চিল্লে, খুদোংচাদ্রে হায়দুনা হুন্দোকপা য়াবা নত্তে । অনিমক মরুপ ঙাক্তনি, খুদোংচাদবা কয়া থেংনরুরবনি । ঈশ্বরনা চানবীবদগী মখোয়গী নীংবা থুংজগদৌরিবা অসিদা অঙম্বা মতেং পাংবা তাই মসী, মরুপকীদমক ঐগীসু তৌফমসু থোকপনি ।

বন্দনা, ঐহাক্কীদি য়াম্না লুনা তিন্নবা মরুপনি । মহাক্না ঐবু মবুংগুম্না লুনা খঞ্জবনি। মহাক্কী ৱারী-ৱাতাই কয়া ইকাইবা-হঙোইবা পুম্নমক থাদোক্তুনা, মরুপ অমগুম্নসু ঐঙোন্দা ৱারী শাজরিবনি । ঐনসু মাবু ইচল অমগুম্না নুংশিজরিবনি । চহীদসু মাদী নন্দি দনীদগীসু খরা নহানি । ইচল নিধিগা মহাক্সু তিন্নবনি, মখোয় মরুপ্নী । মহাকসু ঐবু রাখি পুন্সিবনি । অদুবু মতম খরগী মমাঙদগী মহাক্লসু কবম্না, করিগীদমক ঐঙোন্দা ঈ-পাও অমত্তা পীরকখিদ্রিবা ? ঐহাক নুংঙাইতবা অমসু ফাওবম্মী । অদুবু মহাক্কী খুদোংচাদবা মতমদা, ঐনা হংলুদবা অদুদা মহাক্লসু ৱারৌরম্বা য়াই ।

নন্দিনীনা, মরুপ অমদি ইচে-ইচল ওইবগুম্না, বন্দনা (অনু) অসী ইচলনি হায়না

ঐহাক্লা খল্লী । নন্দিনী, বন্দনা, নিধি মখোয়না ঐবু 'রাখি' পুনবা অদুগুম্মা মথংগী 'রাখি পুর্ণিমা' দদি হুম্নবানুগা ৱহিদাগসু পুলহল্লগনি । সাইরাবানুনা মুসলীম ওইজরবসু, মহাক্লসু ঐঙোন্দা রাখি পুল্লি । ঐগী ৱাখলদা নুপিমচাশিং অসীবু ইচলগুম্মা লোয়নবা, তিন্নবা অসীমুক নুংঙাইবা....! অতৈ লৈত্রে হায়বা য়াই । পুন্সিদা কনাগুম্বী অমখক নত্তনা, নুপী পুম্নমকপু ইচে, ইচল, ইমা ওইনা খনবা পামজে । মসী থম্মোইগী ৱানি, হেক য়াবদি নত্তে । পামজবা হায়বদুনি ।

অমিতকা বন্দনাগগী ৱাবীগী অহৌবা শরুক, ঐনা খঙবদগী, মরক্তা লেপখ্রে । ঙসি নিধিনা ফনা মরীক চুম্না লীরম্লে । মখোয় অনিনা অসুক শাথীববা ফিভমদা তারুরবা ফাওবদা, করিগীদমক ৱাবী শাদ্রিবা... ? ৱাহং অসী ইথন্তা হন্না-হন্না হংজরম্মী । মখোয়দা কা হেন্না ৱারৌরুবা, তাইনকবসু য়াদ্রি । ঐনসু হংলুদ্রে, মতম খরসু উন্নখিদ্রে । মখোয়নসু শোয়দনা ৱাবৌবমগনি । ঐহাক চৎপনা চুম্মী ।

বি,এসসি, পাস তৌরবা মতুংদা অমিত্ এম,এ, দা হোৎনখি । মবম অদুনা মরক-মরক্তা উন্নবা নত্তনা, নুমীৎ খুদীংগী ক্লাসতা ফম্মীন্নবম্বা অদুদি নৎখিদ্রে । মতম্মা, ফিভম্মা মীওইবসী লাপ্নহল্লি । বন্দনাসু কৈদৌখ্রবনো ? মহাক্লা অমিতকী ৱাবী শাবা লেপখি । ঐহাক্লসু হংলুদ্রে, মহাকসু শোযদনা ঐবু ৱারৌবমগনি । মসি ববিগী ঠোক্ অদুনসু ওইরম্বা য়াই । ঐসু ঈশাগী ইথৌসু তৌদবা যাদে । মীগী মীরমসিদা ঐনা অওক-অপা শাবসু চুমদে । অদুগী মথক্তা ঐহাক লব্ এফিয়ার্স অসিদদি কয়া হৈ-শিংবা ওইরমদে । ইন্টরেষ্টসু থোইনা লৌরমদে । যাসমীন্গী অসীনা মওং অমদগী ...! মসীসু মরুপ অহম্মদকী মপান্দগীনি ।

চিল্লবসু চিন্না, খুদোংচাদ্রবসু চাদনা, মবক অদুদা ঐহাক বন্দনাগী যুমদা চৎলম্মী । ঐবু উবদা ইমাইবেম্মা অঞ্জনা দেবী অমদি ইচল বন্দনা. মমীত্তা পিরাং শীম্থুরদুনা, মখোয়গী অৱা-নুংঙাইশিং অদু ৱারী লীরক্লম্মী । ঐহাকসু মখোযগী অৱাবা অদুগীদমক খনবদা শাথীনা নুংঙাইরমদে । পাবুং শ্যাম্ কুশৱাহজিনা মনুং-মতম চাদনা লাইবক থীবদগী লৈখিদবগী ৱারিদা মীত্তগী পিরাং শীম্থুরম্মী । ৱারী অদু অমিতনা নুপা থোক্তবদগীসু অয়াম্বা ওইখিরম্মী । মসীমক অমিতকী অশোয়বনি ।

"অদুগুম্বা খুদোংথীবা অদুদা, ঐঙোন্দা কবিগীদমক পাও-পীরক্তবগে ?" হায়না ইচল বন্দনাদা ৱারৌবা ফোঙদোক্লম্মী । অদুবু অমুক খল্লুরগা "ঐহাক্লা লানখ্রে, খুদোংচাদবা মতাংদা ঈ-পাও লৌদবা, থিদবা, হংদবা, ঐহাক তশেংনা লাল্লবনি । শাওফম থোকপদি নহাক্কা ইমাইবেম্মগনি । ঐহাকসু ৱা খঙমন্দে, ৱাখল খন্দে, ঐবু শাওগনু।" হায়না মখোয়বু থেমজিন্দুনা, নুংঙাইতবা কয়া মপুক্লীং ফাথরম্মী ।

ইমাইবেম্মনা - "থোইদোকপা খল্লুরগনু ইবুঙো । ঐখোয়গী লাইবক্তা অসুম

থোকউ হায়দুনা থোকখ্রবনি। ঈশ্বরনা তন্বা হায়বদুনি। অদুগী মথক্তা ইমাখোয় পুমঙাও-ঙাওখ্রে। মসী পুম্নমক রবিনা থোকহনবনি।" হায়রকই।

"দাদা, তশেংনা ঐহাক দাদাগী ব্রাখল তৌরুদরে, কাওখ্রে। ঐখোয় তাজপুরদা অদুম চেল্লবননি। মতম চানা দাদাগা তান্নরল্লবদি, পুম্নমক অসী ওইরমদবসু য়াবনি। ব্রাখল থেনবদগী থোকখিবনি। দাদা নচনবু ব্রারৌবীনু।" হায়না বন্দনানা হায়রকই।

ব্রারী-ব্রাতাই কয়ামুক শা-নরম্মী। লুহোংবগী থবক-ইনখাং, ঐনা তৌবা য়াবা পুম্নমক নোম্বা-নীকপা য়াওরম্মী। ইমা-ইবেম্মগা বন্দনাগনা পীজ-পীথকসু নীংথীনা তৌরম্মী। লোল তিন্নদবা জাত্ মান্নদবসু তিন্নরুবগদ্র প্রেম্ হায়বা অদু মসীনি। নুমীৎ অদুদা ঐনা তৌবা য়াবা কয়া তৌরন্নগা নুমিদাংব্রাই হোষ্টেল্দা হল্লরুম্মী।

অমিত্কী ময়ুমদা, অহম্মদ ঐখোয় অনি অমুক চৎমীন্নরম্মী। অমিতকী মফমদা ঐনা শাওজিল্লম্মী। "নংনা অদুক য়াম্না নুপা থোক্ত্রিবা করিগীনো? অদুগা ঐখোয়দা ব্রারী অমত্তা শাদবনা করি মরমগীনো?" হায়রম্মী। নিধিবুসু "ঐঙোন্দা মতমচানা পাও পীদে।" হায়দুনা ঐহাক্না নুংশিনসু চৈরম্মী। অব্রা-নুংঙাই ব্রারী কয়াসু ঐখোয় ফোঙদোক্ল রম্মী। অদুবু হৌজিক্তি নুংঙাইবা মতম য়ৌরবনি হায়নসু মোমোন নোকমীন্নরম্মী।

ঐখোয়বু পাবুং শুক্লাজি অমদি ইমা ইবেম্মা আরতি দেবীনা, অদুক্কী মতীক লুনা-চান্না তৌবীরম্মী। মচা নুপাগী মমান্নবনি হায়বগী অদুক্কী মতীক নুংশিবীরম্মী। লুহোংবগী তৌগদবা থবক-ইনখাং, ঐখোয়না তৌবা য়াবশিং অদু ঐখোয়নসু মতেং পাংদুনা থবকশিং অদু নোম্বা য়াওরম্মী।

অমিত্ অমদি বন্দনা, মখোয় অনি মতম খরা খুদোংচাদবা কয়ামুক মায়োক্লরুরবসু, হৌজিক অহল-লমন পুম্নমক্লা লেপ্পরদুনা য়াম্না চাওনা লুহোংলম্মী। ঐখোয়গী লাইবক্তদি অসীগুম্বা অসীদি ওইররোইদকো হায়না ঐহাক ঙসিসু অমুক খল্লম্মী। ব্রাখল অসীমক খল্লুবদা থম্মোই অসী তনিকই।

মরুপকী অমদি ইচলগী মফমদা অঙম্বা খুদোলপোৎনচিংবা খরা পীরম্মী।



# (১৯)

'নাদিরাবাই বেগম্ কৌবী নুপী অমা হিরোইন্ (নম্বর ফোর) গা কোন্ননা, এয়ারপোর্টতগী পুলিশনা ফারে। মহাক্কী মফমদগী নম্বর ফোর পাওদর গ্রাম্ চামঙা ফংলে।' হায়বা পাও অমা খবরগী লামায়দা য়াওরক্লম্মী। মহাকপু ফাবগী পাও অসী ঐখোয়গীদমক্তি খ্বাইদগী নুংঙাইবা অমদি অচৌবা মায়পাকপা অমনি। মসীমক জল্লাল্উদ্দীন্গী য়াম্না হৈ-শিংবা, শেল অমসুং শক্তি লৈবগী খুদম্নী। খ্বাইদগী হেন্না হৈ-শিংবগী প্রমাদ্দি, নাদিরাবাই বেগম্গী শাথীনা তৌবা ঙমখ্রবা খোঙলোয়শিং অমসুং হুয়রোইশিংগী মরক্তা কনা অমত্তনা, থবক অদু জল্লাল্উদ্দীন্গা ঐখোয়গনা তৌবনি, হায়বগী শামীন্ অমত্তা মখোয়না ফংবা ঙমখিদে। য়াম্না লাইবক ফবনি। পুলিশ কেস অদুদা জল্লাল্ অমদি ঐখোয়গী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা মনা-মনিল নাইদ্রিবা অসীমসু মহাক্কী সঙ্গ য়াম্না লৈবদগীনি।

নাদিরাবাইবু ফাখিবদা, নুংঙাইতবা মীওইসু য়াওরম্বা য়াই। ঐখোয়না, মাবু ফাবদা নুংঙাইবা অসীমক্তি হৌনদবনি। অদুবু মহাক তশেংনমক সমাজ অসীগী য়েক্লবনি। তব্রায়ফ্ অমা ওইরগা, ইন্টরেনেসনেল্ মার্কেত্তা নুপী সপ্লাই তৌদুনা লল্লোনবা হায়বসী, মহাক্কী তৌবা ঙম্বগী শক্তিদগীসু হেনমল্লবনি। মসীমক মাগী মতুংদা, সমাজ অসীগী তৌবা ঙম্বা মীওই কয়া য়াওরে হায়বসী মশানা তারবনি।

মরক অদুদা অহম্মদ ইবান্নী, মাগী মরুপকী চানক্যপুরিগী য়ুম অদুদা চত্তুনা, মদুগী দরকার লৈবা খুদিংমক থৌরাং তৌরম্লে। জল্লাল্উদ্দীন্গা অহম্মদকনা থৌরাং পুম্নমক অদু তৌবনি। ঐহাক্তি চুম্না মতুং ইনবতনি। ঐখোয়না, মসজীদ্ অমদা মৌলবী ইমাম্ সাহেব্কসু উন্নদুনা, থৌরাংশিং অসী তৌবদা হাপ্তা অমরোম অমগা অমুক হৌখ্রে। লাক্লীবা জুমেগী (ঈরাই) নুমীৎত্তা লুহোংবগী থৌরাং পাথোক্লবা লেপ্লরম্মী।

নাদিরাবাই ফাখিবগী পাও অদু খবরশিংদা য়াম্না মবীক চুম্না ইনরকখি। লোয়নননা মহাক্কী শবাব্-মহলদা লৈরিবী, উপাই লৈজদ্রবীশিংগী তঙতাবা পুন্সি লেন্ননবা থৌশিলগী মতাংদা, সরকার অমদি লনাই সংস্থানশিংনা পুক্লীং চঙবীনবা আপীল্নচিংবসু তৌনরকই। মতাং অসী য়ৌরকপদা, শবাব্ মহল্গা নক্লরুরিবা ঐখোয় অহুমগী মিংককা খবরদা ফোঙলকপা তারবদি লোইরে হাযনা, ঐখোয় তশেংনা মিপাইবা অমসু পোক্লরম্মী। সবকাব অমদি লনাই ওর্গেনাইজেসন্শিংনা থবক পায়খৎলকপা, পায়খত্তবা, মদু খঙদে। ঐখোয় য়াম্না থুনা থবকশিং অসী অরোনবা মওং অমদু পাঙথোকপা

তাবনি। মখোয় অহুমবু শবাব্ মহল্গী ব্বারীদগী য়াম্না থুনসু, তোপ্পা খাইদোকহৌবনা ঐখোয়গী ঈথৌনি। মদুতনা ঐখোয় পুম্নমক্কী য়াইফবসু ওইবা য়াই হায়নসু খন্নরম্মী।

শবাব্ মহল্গী মতীক ময়াই, ঙাল্লম্বা পুম্নমক অমুবা ফীজঙনা খুমজিনখ্রে। জল্লাল্উদ্দীন্নে, অহম্মদনে, ঐখোয় অহুম্না, ব্বাহিদা, শুম্নবানু, যাসমীন্গা লোয়ননা ইমা চাঁন্দবীবীবুসু পুদুনা, নোংমা তুম্মীন্না চানক্যপুরিদা লাক্লম্মী। মখোয় পুম্নমক শবাব্ মহল্দগী মফম অদুদা লাকপদা য়াম্না হরাওরম্মী। পোন্দগী থাদোকপীরবা উচেক্লা মনীঙ-মখা তমজবগী পাংখকুম উই। ব্বাহিদাখক্তংদি মমাগীদমক, ব্বাখলদা খরদি লাঙতক্লবগুম তৌই। ফরবসু-ফত্রবসু মমা হায়বসীদি মমানি। মহাক কদাইদগী নুংঙাইগদগে ? অদুমকপু মহাকসু অদুক য়াম্না ব্বাবা, নুংঙাইতবদি তৌরমদ্রে।

মহাক্কী য়েংদুনা ঐখোয় ময়ামসু নুংঙাইতবদি ফোঙদোক্লরম্মী। মদুদা মহাক্লা - "ঐখোয় ময়াম্বু পোন্দা য়োক্তুনা থম্বদা মহাক্কী থম্মোইদা নুংঙাইবা, পেঞ্জবা ফাওজখিবা অদু, হৌজিক মশামক পোন্দা লৈরগা মদুগী চপ-চাবা নুংঙাইবা, মদুগী মহাও মহাকসু ফংজরগনি। মদুদা মহাক্কী অপেনবা ওইজরসনু।" হায়রকই।

মহাকসু মমানি হায়বগী তৎনবা য়াদ্রবা মরী অদুখক্কী, থম্মোইগী ওইবা প্রেম্গী ব্বাখল খবদং লৈবতনি। অমরোমদদি, মহাক্লসু মমাবু শাথিনা পেন্দবা অমদি তুক্কচবা পোক্লে হায়বা খঙই। মহাক্লসু মদুমক ফোঙদোক্লম্মী।

ইমা চাঁন্দবীবীদি, জেলদগী থোরকপগুম্না অদুক্কী মতীক নুংঙাইজবদু ফোঙদোক্লম্মী। হরাওবা, নুংঙাইবগী মরক্তা মমীত্তগী পিরাং শীন্থুরম্মী। "ইচাশিংগী মপান্দগী জেলগী পুক্সি, ঐগী মিয়াদ লোইহ্রে। অদুবু ইচাশিংগীদমক, সমাজগী থৌদাং অসীমদি করম থোক্লগবা ...?" হায়না শোল্লম্মী। মহাক্কী চহী কুনমুক্কী পুক্সিদা শবাব্ মহল্গী অখাবা মহাও, অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎ, চৈরাক-চৈফু ময়ামগী চৈনা অমা নৌহৌননা ফাওরকপরা ...? ইমাগী মশাদা, মফম অদুদগী হোংলকপদা, অনৌবা থৌনা, পাঙ্গল, আশা অমা উবগুমসু তৌরম্মী। ময়াম পুম্নমক করিগুম্বা মওং অমদা নুংঙাইবগী ঈথক-ইপোম অমদদি তাওনরে হায়বসীমদি শোয়দ্রে। ঐহাক ঈশামকসু মফম-মরাং খঙদবা ইনিল অমা ফাওরক্লম্মী।

অহম্মদনা - "ঐখোয়গী মরুপ-সুকুমারগা যাসমীন্গা অনিগীনা হান্না, লুহোংবগী থৌরম অসী পাঙথোক্লবা তৌরসি। ঐগী মোত্তি মখোয়গীনা হানবনা পাম্মী " হায়না হায়বগা লোয়ননা ঐঙোন্দা য়েংলকই।

"ঐখোয়গী কোন্না...।" মরুপশিংগীনা হান্না পাঙথোকপনা চুম্মী। অদুনসু ফৈদা...। মদুনা ফরোইদ্রনে ?" হায়না ঐনা হায়রম্মী।

অহান-অকোনগী মরমদা খরা খন্নরে। ফাগিসু তৌনরদুনা - "হোয়-দা অনিগা

মরিগদি, মরিনা হেন্না মরু ওইদনা... !" "দিমোক্রেসি চৎপা লৈপাক্কনিনা মীশীঙ অয়াম্বনা ভোট কায়দনা... !" হায়বনচিংবা কয়া হায়নরদুনা ময়াম গুহাকসু নোক্তুনা অৱা পোৎথানরম্মী।

ঐহাক্কা যাসমীন্দা - "মন্দিরদা হিন্দুগী নিতি, চৎনবীদা লুহোংবা হায়বা অসিদা নহাক্কী অপাম-পামদা করি মোত্ লৈবগে ? নহাক্কা য়ানীংদবা, পামদবা লৈরগদি হায়য়ু । ঐহাক নংগী অপাম্বগী মতুংইন্না, নহাক্কী ননীং থুংননবা হোৎনগে । শেংনা হেক্তা হায়য়ু করি অমতা চিংননু । অশেংবা অদু হেক্তা ফোঙদোক্লসি ।" হায়রম্মী ।

"ঐহাক্কী য়ানীংদবা করি লৈফম থোকপগে ? অদোমগী থৌরাং অদুনা ঐগীদি লাইবক ফবনি । ঐঙোন্দা অদুম্না করিগী হায়বীরিবনো ? অদোমগী অনীংবা, অপাম্বা অদুনা ঐগীসু অপাম্বনি । অহম্মদ সাহেবনা শীনবীরিবা অসীমক লাইবক য়াম্না ফরবনি । মসীমক ঐগীসু অপাম্বনি । ঐহাক্কী অপাম-পামদগী ৱাফম, মতাং অসীদা লৈফমসু থোক্তে খনজে । ঐগীদি অদোম্না পুন্নমক্কী, ঈশ্বরনি, ধর্ম্মনি । পুন্নমক অদোমগী মফমদা লাম্ছোকচরবনি, কৎচরবনি ।" হায়না মহাক্কা মরু লুকথবদুনা তপ্না হায়বকই।

মহাক্কী আত্মা সর্মপন্ অদুমক ঐহাক তশেংনা পেল্লম্মী ।

অহম্মদ, হুস্নবানু; জল্লাল্উদ্দীন্, ৱাহিদা, মখোয় মরিগী, মসজীদ অমদা ইমাম্ সাহেব্না 'নিকাহ' শোল্লে । মুসলীম্গী চৎনবী কায়দনা থৌরমশিং পাঙথোক্লম্মী । যাসমীন্ ঐখোয় অনিগীসু, আর্য্য সমাজ মন্দিরদা, পুজারিনা বেদগী মন্ত্র শোন্দুনা লুহোংবগী থৌরম অদু পাঙথোক্লে । ইমা চাঁন্দবীবীনা, ময়ামগী ইমা শক্না কন্যাদান্ পীবীরম্মী । ইমাগী মমীতুগী পিরাং লেপ্তুনা শীন্থরকই । মদু নুংঙাইবগী পিরাং ওইরম্বসু য়াই । ঐখোয়নসু ইমা শক্না মহাকপু খুরমজরম্মী ।

মৈতৈগী চৎনবী অদুদি নত্রে । ভগবান্গী মুর্ত্তিগী মমাঙদা, পন্দিত্না মন্ত্র থীরগা, ঐনা মাগী তুকশমদা মঙ্গল্ সুত্র শিজনবীরম্মী । মহাক্কী মরায়বক্তা শিন্দুরনচিংবা নম্বীরগা, ঐখোয় অনি লৈ পরেং হুক্লরম্মী ।

চৎনবী থৌরমশিং পাঙথোক্লবা মতুংদা ঐখোয় পুন্না চানক্যপুরিগী য়ুম অদুদা লাকমীন্নরম্মী । দ্রোইংরুমদা ফম্মীন্নদুনা লাইট রিফ্রেসমেন্ট খরা চামীন-থকমীন্নরম্মী। ইমাবীবীনা খুদোলপোৎ লাল্লম্মী । মমল য়াম্বগী ৱা নত্তে, চৎনবীগীসু নত্তে । মদু ইমাগী ওইনা মচাশিংবু নুংশিবগী মওং থম্মোইগী মিনুংশি ওইরমগনি ।

কৈন্যাগী শক্তমদা মখোয় অনিনা মুসলীমগী ফিজোল শেৎলম্মী । যাসমীন্না হিন্দুগী 'শাদিগী লাল্ জোরা' হায়না খঙনবা অঙাংবা শাড়ী শেৎলম্মী। লম-লমগী ধর্ম্ম, মজহব্কী চৎনবী অদুনি । মখোয় অহম্মক কেফম থোকপা, হৌনবা, মেক্-অপ্ তৌরি । লুহোংবগী কৈন্যাগী মখোঙ-মখুত্তা মেহেন্দি য়েক্লম্মী , খোঙজি-খুজি শিরি । মমায়-মমীত্তসু হৌনবী য়েক্লী । লীক কোল কয়া শিরি, লৈ য়াল্লি । হুস্নবানুগা ৱাহিদাগদি মকোক্তা টিকা, মনাতোন্দা নথনিসু য়াল্লি । যাসমীন্দি নথনিগী মহুক্তা হীরা থিনবা

নাশিকা মচা অমা হাপ্লী। মদুমক্রুসু মহাকপু হেন্না রাশি লৈহল্লী।

লুহোংবগী থৌরম অদু লোইরবদা, জল্লাল্উদ্দীন্ অমদি রাহিদা ঐখোয়গা কায়নবা তারম্মী। রাহিদাগী মমীত্তা পিরাংনা থুঙ্খংলম্মী। হুস্নবানুগা যাসমীনগসু নুংঙাইতনা কপ্লম্মী। মখোয় মশেল অমগা-অমগা কোন্নদুনা কপমীন্নরম্মী। ঐখোয়, পুক্সিগী অনৌবা লম্বী অমদা খোঙদাবগী রাখলগা লোয়নননা ইপোম অমদা তাওনরম্মী। অমবোমদা অমুকসু কায়নবগী নুংঙাইতবা চৈনা অমনা য়ৈরকপগুম, থম্মোইদা থুঙ্খংলম্মী। নুংঙাই-নুংঙাইতনা ঐখোয় অমগা-অমগা বিদাই লৌনরম্মী।

জল্লাল্উদ্দীন্না - "মরুপ অনিগা, ভাবি অনি অমদি ইমাবীবী, ময়ামদগী বিদাই লৌজরগে। চৎলমদাই অসীদা ঐনা হায়নীংবদি, পুক্সিগী তাক্কক অমদা, ঐখোয় লোয়নদুনা, অরা-নুংঙাই খরা শরুক যামীন্নরক্নে। মতুংগী পুক্সি অসিসু অরা-অনা পুন্নমক তাথোক-তাশীন তৌনদুনা, পুন্না অদুমক শরুক য়ামিন্নসি। খুদোংথীবা মতাং লাক্লবসু অরা-নুংঙাই পুন্নমক্তা লৌথুপ-লৌকোই লৈনদনা অমনা অমগী মতেং পাংনবা হায়বসী ঐহাক্কী পামজবা রাখলনি। মরুপশিংনা ঐহাকপু নুংঙাই-য়াইফবা মচানি খনবীরম্বা য়াই। ঙসিবুদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাইহিরি। অদুবু কনানা খঙগনি? হয়েংদি ঐহাকসু লম্বীগী ভিক্কারি ওইরোই হায়বা কনানা হায়বা ঙমগদগে? মরম অদুনা ঐহাক মরুপশিং, ভাবিখোয় অমদি ইমাগী মতেং মতম পুন্নমক্তা দরকার লৈ হায়না খনজে। ঐখোয় ঙসিদগীদি ইমুং অমত্তনি হায়বা রাখল অসী খন্নবা পামজে। অদুগা ময়ামগীদমক্তা, ময়াম্বু ঐগী থম্মোইদা অতোপ্পনি খল্লদে। মতম লৈবখিবীক্তা ঐহাক্কী ইতেং দরকার লৈবীরক্লবদি, ঐহাক ময়ামগীদমক ঐনা ঙম্বা তেংবাংগীমক্তা শেম-শাজরি। শেল-থুমগী মতাং লাক্লবসু করিগুম্বা চিংনবা অমত্তা লৈতনা হেক্তা নীংশীংবীরকউ।" হায়রকই।

"মরুপকী পুকচেল চাওবা অসীমক, ঐহাক তশেংনা অপেনবা পোকচৈ। রাফম অমত্তং মরুপ অনিগী মফমদা হৌদোকচনীংই।" হায়না ঐনা হায়রম্মী। মখোয় অনিমক্না "করিনো?" হায়বগী মওংদা ঐঙোন্দা যেংলকই। "শবাব্ মহল্দা লৈহৌরিবী অতৈ নুপীশিং অসীদমক করিগুম্বা খবদং...! হায়বদি মখোয়গী হিংবা য়াবা পুক্সি অমদা লৈজনবা, মখোয়গী তংদু-লৈতাবা পুন্সি অমগীদমক করিনো খরদি পায়খৎপীবা পাম্মী। মখোয মশানা য়াজদবদি খঙদ্রে। অদুবু মসীগী পুক্সি অসীদি মখোয় অয়াম্বনা পামলল্লোই। মখোযতা নত্তনা অতৈ উপাই লৈত্রবীশিংগী করিগুম্বা খবদংদি তৌবীবা পাম্মী। মখোয় থবক-ইনখাং শুজ-নোমজদুনা লৈজবা, মশা-মরোমদোম হিংজবা য়াবা, ইজ্জৎকী পুন্সিগী লম্বী ফংজনবা থৌরাং খরদংদি পায়খৎপীবা পামজে।" হায়না ঐহাক্না মখা তারম্মী।

মদুদা মখোয় অনিসু য়ানীংলম্মী। হমাবীবীসু মখোয় অহুমসু মদুগুম্বা থৌরাং অমা তৌবীরবদি সমাজ অসীগীসু অফবানি হায়বকই। জল্লাল্উদ্দীন্গী পুকচেল চাওবা, থম্মোই তিংবা অদুবুসু ময়াম পুন্নমক পেন্নরম্মী। মাগী-মাগী অনীংবসু ফোঙদোক্লরকই। অদুগী মতুংদা, মথং-মথং ওইনা ঐখোয় অমগা-অমগা কোম্নদুনা

খুৎ শোক্লদুনা, অদাব্, নমস্তে হায়নদুনা বিদাই তৌনরে । ঐখোয় পুম্নমক নুংঙাইত-নুঙাইতনা কায়নরম্মী । মখোয় অনি কার তোংখত্তুনা চৎখ্রে । শক হেক উরিবমখৈ মখোয়সু খুৎ হাইরম্মী । ঐখোয়সু খুৎ হাইরদুনা লেপ্তুনা য়েংনহৌই । কার অদুনা লম্বীগী থেকচিনফম অমদা লৈশীনখিদুনা উখিদ্রবতদা, ঐখোয় পুম্নমক খুৎ হাইবা তোক্তুনা ৱাখলদা তুস্মীন-তুস্মীন লেপ্তুনা লৈনহৌরে । মতম খরা অসীগী মনুংদা শক খঙনবকপা মরুপ জল্লাল্ অমদি ইচল ৱাহিদা কায়নবদা, পুন্সি চুপ্পা অসীমগী কায়নবদৌনা থম্মোইদা নুংনাংবা পোক্লম্মী ।

পুন্সিগী অনৌবা পরা অমনি । তাঙ্কক অমা হৌবদা ঐখোয় পুম্নমক মাগী-মাগী লম্বীদা চৎনখিবা তাবনি । ঐখোয় মওং অমদা কায়নববনি । হুম্নবানুগা যাসমীন্গদি, অঙাং ওইরিঙৈদগী লোযনরকপী, অৱা-অনা কয়া শরুক য়ামিন্নরক্লবী মকুপ, মতারোয কায়নবগী থম্মোই শোক্লা কপ্লম্মী । ৱাহিদাসু মমীৎ অনিমক পিবাংনা পুমচোৎ-চোৎনা চৎখিবনি । মখোয় অহুম্মক হীক্লা-হীক্লা কপ্লখিরম্মী ।

ঐখোয় ফনা কুইনা তুস্মীন-তুস্মীন লেপ্লরম্বদগী, থোইদোকপা ৱা অমুক ঙাংনরুবা তৌদনা, মন্ত্রনা শুদ্ধৎলবগুম্না তপ্লা-তপ্লা মাগী-মাগী কাবোমদা চঙনবম্মী । ইমা থাজমানবীনা - "সমাজগী চৎনবী ...!" হায়না মুকুম-মুকম শোল্লগা মাগী কাগী থোঙ তপ্লা লোনশীনখিরম্মী । মীগী মীরম অসিদা, খাংউথক্কী মকুপ-মপাংশিং অসীনা পুন্সিগী অশেংবা, অর্মদি থাদোক্লবা যাদ্রবা অবেপ্পা হাযবদু ওইববে খল্লকই । ঐগী মকুপ অহম্মদ, ঙহালমুক্কী মপোক্কী মপুঙ ফাখীদ্রবা মকুপ ওইবস্বা তাই । মহাক্লা ঐগীদমক ৱাবীবা, হোৎনবীবা ময়াম অসী, ঐনা করম্না লমন শিংগনি ? মহাক্তা ঐহাক্তা জাত্ তিন্নদে, লোল মান্নদে, ধর্ম্মসু তোঙাল্লি অদুবু থম্মোইদি অমত্তনি, খেন্নবা লৈতে । মীবৈবাক, মীরম অসীদা ঐগী নক্লবা কনা য়াওদনা, পুন্সিগী অনৌবা লম্বী অমদা, খোঙদাবক্লবনিকো ! খল্লুরগা থম্মোই অসী তশেংনা নৌবক্লম্মী ।

থৌনাদি ফনা য়াম্না ফবে । অহল-লমন, সমাজ, ইমা-ইপাবু ফাওবা থাদোক্লে । পুম্নমক অসীগী পোৎলুম পুবা ঙস্বগী পাঙ্গলদি লৈববরা, লৈবগদ্রা... ? তুংগী পোরমগী পোমিৎ, লৌশিং, লাল্লোংদি লৈরববা ...? মতাং অসিদা মদু খনবা মতম নত্তে । থোক্ল-থোক্লবা লাকচরনি । থৌনা লৈবা তাই ।

✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤ ✤

ঐহাক যাসমীন্গী মনাক্তা চঙলম্মী । মহাক অনৌবীগী ফিজোলনা লৈতেংদুনা, মক লুকথনা ফম্মুংদা ফল্লম্মী । কা অদুসু ফম্মুংনচিংবা অদুসু মখল-মথেলগী লৈরাংশিং, লৈ পবেংগী পর্দাশিংনা লৈতেংলি : মসী পুম্নমক মৈতৈগী লুহোংবগী মওংদি নত্রে । ময়াংগী মতৌ অদুনি । ঐহাক ফনা কুইনা লেপ্তুনা মহাকপু মুন্না য়েংলম্মী । খল্লী, কনানা হায়রীবনো ? "তৱায়ফ্ (জগোইশাবী) না মশানা পামজনা, মশাগী নুংঙাইনবগীদমক

কোঠাগী লৈতেং ওইহরিবনি ?" খুৎকী খুৎশা মঙা অসী চপ মান্নদে। 'স্বর্গগী অপ্সরানা মালেমদা খোঙদারক্লে। ঐগী মাঙদা মহাক ইকাইরদুনা মরুলুক্লা খোয়রুম মোমোন নোক্লী, হায়না খল্লী।' ঐহাক মনাক্তা পাক হেক চঙশীনবা ঙমদনা লৈরম্মী। ঈশামক খঙহৌদনা তুংদা খোঙফম খরা হনখিবরা ... ? মহাক্কী লুকথরম্বা মাইথোং অদু পিরাংনা পুমলুপ-লুপলম্মী। ঐহাক তপ্না-তপ্না মনাক্তা চঙশল্লী। ঐগী খুবাম অনিনা মহাক্কী চুবা, খজাই অনিদা চপ্তুনা থাঙ্কৎলগা মুন্না য়েংলম্মী। মচীম্বাল থক-খা অনিদু তনিক-তনিক নীক্লকই। পিরাংনা থুক্কৎলবী মীৎম্না অনিদুনা ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংম্লগা অমুক হন্না তুকথখিরম্মী। ঐহাক্লা, লৈহীনা নীক-নীক লাওরবী ঙাংশং ঙাংবী গুলাবকী লৈনাগুম্বী চীম্বালগী লৈহী অদুবু থম্মোই পেন্না চীল্লোক্লরম্মী। অমৃত ফংজবগুম থম্মোই অসী পেঞ্জরম্মী। মসীনসু নুংশি ঈখৌ অমুক্কা হেলহল্লি।

মহাক্লা তপ্না শোল্লকই - "তোল্লবী ঐগী ইহাকথক্কীদমক সমাজগা মায়োক্লবা, অহল-লমনগী অনীংবা, অপাম্বগী মায়োক্তা লৈবীবা তারবনিকো।"

"নহাক্কীদমক্তী ঐহাক অহল-লমন, সমাজদা নত্তে। থব্রায় থাবা তারবসু থাদোক্লন্লগে হায়না লেপখ্রবনি। মদুগীদমক নং করিমতা চিংনরুনু।"

"কৈসু লৈত্রবী, উফুল্লক্তা তারবী ঐহাক্কীদমক ইমা-পাবুংবুসু ...!"

"পুম্নমক ঐনা হান্ননা খন্দুনা লেপখ্রবনি। মসী তোক্লসিদা...।"

"ঐহাক সুম খল্লু-খল্লুরগা হেন্না-হেন্না কিশিল্লক্লে। ঐনা তৌরিবসীমক য়াম্না চুমদ্রবা অমনি।" মহাক তশেংনা অকিবগী মওং মাল্লম্মী।

"করিগীদমক কিগদৌরিবনো ? নংনা করি লাল্লদুনা ...? ঐনা নহাক্কীদমক লেপ্লী, মতম পুম্নমক্তা নহাক্কীদমক লেঙদনা লৈগনিয়ে। করিগী অদুম্না নপুক্লীং হম্বরি ? থম্মোই অদু অদুম্না পীকথবা হৌনদে।" হায়না ঐনা মাবু কোনশিল্লম্মী।

"ঐদি তোল্লবীনি, সমাজনা তুক্কচরবীনি। অদুগীসু মথক্তা তুং-মাঙ হন্না য়েংবদা, কোয়না থিবদা ঐগীনি হায়না চোংথোকপিননবা কনা লৈত্রবীনি। ঐ অসিবু কনানো ? ঈশা ইথক্তা ফাওবা খঙজদে। ঐগী ইপা-ইমা কনানো ? ঐহাক করি জাতিনো, ধর্ম্মনা করিনো? করিগুম্বা অমত্তা হায়বা ঙমদ্রবী, মবী মখোঙ খদ্রবীনি। ঐহাক লমজা-শরানি।" হায়না মমীত্তগী পিরাং লেপ্তুনা শীক্ছরক্লম্মী। ঐহাক্লা মাগী তারক্লীবা পিরাং অদু তৈথোকপীরম্মী।

"যাসমীন্..., নং করিগী অদুম হায়না হায়রীবনো ? ঐহাক্লা নংবু, কনানো, করি জাত্নো, ধর্ম্মনা করিনো হংগ্রবরা ? ইমা-ইপা কনানো হংখিবরনে ? ঐ মদু হংগে হায়নসু খন্দে, হংসু হংলোই। ব্রাফম অদু অমুক হন্নসু পনগনু। ঙসিদগী নংগী পুম্নমক ঐহাক্লা ওইববনি। ঐগীসু পুম্নমক নহাক্কী।" হায়না ঐনা মহাকপু ইথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লম্মী। মহাক্লসু ঐঙোন্দা চেৎনা কোল্লকই। 'ঐহাক পুক্সিচুপ্পা মহাকপু

খক থাদোক্লোই ।' মহাক্কী মশা তনিক-তনিক তৌবম্মী । কনাগুম্বনা মাবু ঐঙোন্দগী মুনখিগদৌবগুম্না হেন্না চেৎনা কোনশিল্লক্লম্মী । 'হে ঈশ্বর নহাক লৈবা তাববদি ঐগী ব্রাশক ঙাকপা ঙমহনবীয়ুকো । যাসমীন্গা ঐহাক্কা পুন্সিগী ঈপাক অসীদা ঈবাক্লহনবীগনু ।' হায়না থম্মোইদা ঈশ্বরবু চেৎনা থাগোন্নজবম্মী ।

ঐহাক্লা মাবু নীংথীনা ফমহল্লগা ইংথহল্লম্মী । মহাক্কী মনাক্তা ফল্লগা, মখুৎ অনি অদু পাযদুনা মহাকপু মুন্না যেংলম্মী । মহাক্লসু ঐঙোন্দা হাইফেৎ যেংলম্লগা মক লুকথখি । মখুৎ খুৎশাশিং অদু পুম্মুম্না শাংতক-শাংতক তৌবগা মতোল হুইথনা তুমতক-তুমতক কয়া নীংথীজখ্রে । খুজীলসু শাংতক-শাংতক নেল-পোলিস ভাযোলেত্ মচু শঙলি । মহাক্কী লৈহাও লৈবেনগী কুচু অদুগা কযাদি ফজবে । খুবাক-খুনম, খুদাং অমদি খুৎশাশিংদা অঙাংবা মচুগী মেহেন্দিগী লৈবোংশিং অদু ওম্থোক্লা ফজে । মনমসু কযা নুংশিখবে । মদুমক্তি মৈতৈগী কেবগী মওংদি নত্তে, অদুবু ঐহাক মাগী অদুক ফজবী খুৎ অদু যেংবগী পেনবা নাইবমদে । মখুৎ অনিদু চেৎনা পাযশীলম্মী ।

মখুৎ অনিমক্তা সনা অমদি চাগী খুজীশিং ফনা যাম্না শিবি । খুৎশাশিংদসু খুদোপ শিবি । পাম্বোমশিংদা পাম্বোমফাবী ফাবী । মখোঙগী খোঙশাদা খুদোপ, খুজেংদা 'পাযল্' (খোঙজি) শিবি । মখ্বাঙদা খ্বাঙলী ফাবী । ভৌববী ঙকশমদা লীক মখল অহুম মবি শিবি । নাগী লৈ, নাবীগা কোন্ননসু যাল্লি । মকোক্তা টিকানচিংবা সনাগী লৈতেং কযানা লৈতেংলি । হুম্নবানুগা ব্রাহিদাগনা মনাতোন্দা নথনি (নাশিকা চগোগুম্বা মবী য়াওবা) যাল্লবসু মহাক্তি লোং মচা, হীবা থিনবা অমা হাপলম্মী । লীকং মানবী পীশুম অদু হাইফেৎসু যেক্তুনা শেম-শাবম্মী । শজি মীত্তগী মমীত্তাগী কাজল্ থাবি । মশানা তঙাংবী মচীন্বাল অদু পবপল মচুদা খবা ঙাংশনবা লীপস্টীক্লা কযাদি ফজনা...' মহাক্কী শক্তম অদু ঐহাক য়েংবগী পেনবা নাইবমদে । ফজবী অসিবু ঐগী...' হন্না হন্না যেংবগী পেনবা নাইবমদে । অসুক ফজবী শক্তম অসীবু ঐগী ওইনা ফংজবা লাইবক ফৈ খল্লম্মী।

ঐহাক্লা মাগী মনাতোনগী, হীবাগী নাশিকা অদু, খুদোশ্বীনা নান্দুনা শান্নবম্মী । মনাগী লৈশিং অমদি মখোঙগী খোঙজিশিংদা পাযদুনা শান্নে । তশেংনমক লৈতেংশিং অদুগা মহাক্কী শক্তমগা যাম্না চুনৈ । মহাক ফজবগী লাইবেম্বীমক্কী ।

মহাক্লা মক লুকথবদুনা - "ব্রাবৌবীগনু ...। ইমাবীবীনদি, ঐহাক্কী যেক-খোৎলীবা অমদি লীক-কোল লৈতেংশিং অসী মণিপুবীশিংগী চৎনবী নতে হাযনা তাকপিবনি । ঐহাকসু অদুক য়াম্না হেন্না পামজবসু নৎচদে । ব্রাহিদাগা হুম্নবানুগনা, লুহোংবদদি খবা কেবা তাবনি, হায়না যাদদুনা..., অদুগা লুহোংবগী হৌনবী ফিজেৎ-লৈতেং অমদি খবসু কে-মৌগদবনি হাযবদগী ...।" হায়না তপ্না শোল্লম্মী ।

"ঐহাক কৈসু হায়দেদা... ।" নুপী ওইবীগীদি কেবা-মৌবা, ফিজেৎ-লৈতেং

তৌবা হায়বসী পামজবীনি । খরা কেবদি করিসু কায়দেসু, হিন্দুগী শাস্ত্রদা, নুপীশিংগী শৃংঙ্গার তরাতরুক্লা লৈতেংবা হায়বা (সোলহ শৃঙ্গার) গী চৎনবী লৈ ।"

"মণিপুরি নুপীশিংদি কাহেন্না কেবা, য়েক-খোৎপা অমদি লৈতেং তৌদে হায়না তাজে । ঐনা তৌরিবসীমক্তি চুমদ্রবনি । মণিপুরী নুপীশিংদি লীক খরা, নাগী লৈ, খুজী অমদি খুদোপ্তা অমা-অনিদগী হেন্না শিনদে হায়না ইমাবীবীনা তাকপী ...।" হায়না মহাক মরাল লৈরবদৌনা হায়রকই ।

"মাগী-মাগী চৎনবী, লম-লমগী লৈবদি মশানা তাবনি । হীন্দুগী শাস্ত্রগী মতুংইন্না, নুপীশিংনা কেবদা শৃঙ্গার তবাতরুক হাযবসী, কবি কয়ানসু শৈথারিবনি । কবি কালিদাসনা 'শৃঙ্গার রস' কী মতাংদা কাব্যা কয়ামুক ইরন্নীবনি । নুপীশিংগী খোঙদা-খুত্তা, মায-মমীত্তা য়েক-খোৎপা, খোঙজি-খুজি শিবা, লীক-কোল সনানা লৈতেং তৌবা হায়বসী চৎনবীনি । ফজনবগীদমক ফিজেৎ-লৈতেংবনি । করিসু অকাযবা নত্তে, তৌবতবু মফম-মতম, তাঞ্জা যেংদনা মতাং চাদনা কেবদি চুমদে " ।

"ইমাবীবীনা হায়বদি, মৈতৈ নুপীদি নথনি, নাশিকা, নাদা যান্না হুৎপা-খোৎপা, খোঙদা খোঙজি শিবা, খোঙশাদা লৈতেংশিবা, খ্বাঙদা খ্বাঙলী ফাবা অসীনচিংবা, মায়দা বিন্দিয়া, খোঙ-খুত্তা মেহেন্দি য়েকপা, আলতা শঙবা-খোৎপসু চৎনদে, হায়না তাকপি । অদুনা ঐহাক্কী অসী চুমদ্রববা হায়না... !" খঞ্জে । মহাক্না তপ্না হায়রকই ।

"কবিসু কায়দে, ঐনা হান্নসু হায়খ্রে । লৈতেং শিবা, হায়বসী মফম-মতম, মতাং চাবা-চাদবা যেংবা তাই অসীখর্ক্তনি । মসিদা কবিসু অকাযবা লৈতে । নহাক্কী হীবাগী লোং অসীমক্না, নহাক্কী তরামবিনিগী মাইথোং থাজবু মঙাল হাপকৎলী ।" হায়না ঐহাক্না মহাকপু কোনশিল্লম্মী । "নহাক ঐগী 'চৌদহবীকা চাঁন্দ নী ।" মহাক্কী মচীন্দ করি-করিনো খঙদে, মুকুম-মুকুম শোল্লম্মী । ঐহাক্না মাবু ...!

ঐখোয় অনি পুন্সিগী অনৌবা লম্বী অসিদা খোঙদামিন্নবম্মী ।



অহম্মদকী ফিভম ওঙ্খোক্লা লুবে । অযুক-নুংথিলদসু মখোযগী কাববাব যেংশিন্দবা য়াদে । ষ্টোবদা চৎপা, অতৈ-অতৈ ললোল-ইতিক্কী চিনখ্রবা মথৌ লৈবিবনি । কাববাবগী থবক হাযবসিমক্তবু, থবক-ইনখাং তৌবিবশিংদা পুমথা থাদোকপসু য়াবা নত্তে । মবম অদুনা অযুক অঙনবদা মযুমদগী ঐখোযগী ইনাক্তা লাক্লগা, অযুক্কী ব্রেক্‌ফাষ্ট তৌমিন্নবা, ব্রাবী-ব্রাতাই ঙহাক শাবা...। দুকান্দা অমুক চৎপা, দুকান্দগী মযুমদা অমুক লঞ্চ চৎপা..., অদুদগী নুমিদাংগী থোঙ লোল্লম্লগা ঐখোয মযামগা অমুক পূনবা ...। পুঙ খবা লৈবম্লগা মযুমদা অমুক হনবা ...। অযুক্কী ব্রেকফাষ্ট, নুংথিলগী লঞ্চ, নুমিদাংগী দিনব ...। মসী নুমীৎ খুদীংগী ফংবা নত্তে । যুমদা খঙখিবা তাববদি..., হাযবগী অকিবা কযা, লৈবম্মী । হাপ্তা অমদা নোংমা-নিনি অঙীং লৈমিন্নবা নত্তনা , মদুসু চাং নাইবা যাবসু নৎতে । তশেংনা হাযববদা, হুবানবগুম্না... ।শাথীনা খুদোং চাদ্রবা মতৌনি। অবোনবা অসীমক কবিগুম্বা.. '

যাম্না হৈনা-শিংনা হোৎন-হোৎননা যুমদা অম্মিজান্, ভাবিজান্ অমদি সাইবাগী চিংননবগী মবম হেনগৎলক্লম্মী । চিংনফমসু থোকপনি, মবমদি মহাক্কী হান্নগী মতৌগা হৌজিক্কীগদি শাথীনা খেন্নববনি । মখোযগী ব্রাহং মযাম অমনা, মঙোন্দা যাম্না চাওববা পোৎলুম অমা ওইবে । ভাযজান্গী অচেৎপা থবক্কী চৈবাক, অকনবা ব্রাহৈ, অথৌবা মীৎযেং, পুম্নমক্না মহাকপু ইকোয-কোযশীল্লম্মী । মহাক তৌফম খঙলমদে, তশেংনা চমম্লবম্মী । তাঞ্জা অদুদা, ঐখোযগী পাওখুম অদুনা মখোয পেন্দে হাযবসু খঙই । "ঐহাক্কী পবিক্ষা লোইববা ফাওবদা যুমদা চত্তবা কবিগীনো ?" হাযবা ব্রাহং অমসু ঐঙোন্দা নোংমা হংলকখিবম্মী । ঐসু মতাং অসী যৌবক্লবদি, মহাক্কী মতেং কবম্না পাংগদগে খঙদ্রে । ঐনা মতেং পাংবা যাবসু নত্তে । অহম্মদ, হুস্নবানু মখোয অনিমক খুদোংচাদবা কযা মাযোক্লবা হৌবে ।

ভাযজান্, য়াম্না শাওগনবা অমদি যাম্না চিংনগনবা মীশক্কী । সমাজ অমদি মজহব্পু শাথীনা লুনা, থাজনা খনবা নুপানি । কবিগুম্বা খঙলকপা থোক্লবদি কমদৌবা ...? তান চাদ্রবদি খুদোংথিবা কয়ামুক মায়োক্লবা যাবগী মওংদা লৈবে । ঐসু বুদ্ধি-লৌশিং অমত্তা থোক্ক্রে । ঐনদি কবি তৌবা ঙমগনি ? উপাই লৈতে । অহম্মদকী মতৌ যেংবদা ঐহাক যাম্না ব্রাবম্মী । অদুগী মথক্তা হুস্নবানুগী থম্মোইদা নুংঙাইবা অমদি শান্তি হাযবদু লৈবমদ্রে। মখোয় অনিগী থম্মোইদা মতম পুম্নমক্তা লৈতাদবা অমদি লাঙক্লবতনা থল্লম্মী। মখোযগী মতৌশিং

অদু উবদা ঐখোয় পুন্নমক য়াম্না নুংঙাইরমদে । মতম পুন্নমক্তা ৱাখলদা লৃপমীন্নরম্মী ।

ঐখোয় হৌজিক হিনাও অমত্তগী খোঙলোয়নি । পুন্সিগী লমথুংফম খুদীংদা, তোঙৈ খুদীংদা লোয়নবা তাবনি । মতেং পাংনগদবনি, ঐহাকসু ওস্প্রমখৈ মাগী মতেং পাংবা তাবনি । ঐখোয় য়াম্না চেকশীন্নসু হোৎনরি । খোঙথাং খুদীং য়েংবা তাবনি । অহম্মদকী চমম্নরবা ৱাখলবু খরদং ইংথহল্লিবা হায়ববু হুন্নবানুগী খোয়থুন্নবী মীনোক, নুপীওইবীগী, মপুরোইবগী সেবাদা থৱায় য়াওজবা, মহাক্কী ইং-তপ্পী ৱাহৈ-খোনফম, ইংথবা অমদি খাঙবা কনবা, অদুতনা মহাকপু তপথল্লীবা অদু মঙায়রে । অসোমদদি অস্মিজান্খোয়গী মনীঙ-মমাঙ থৎপা ৱাহৎ অমগী মথৎদা অমা... ! তাঙ্গা অসী য়াম্না লুরবা মতাং হায়বদু ওইরবনি । প্রলয় অমা লাকপা য়াবগী মওংদা লৈরবনি ।

"মৈবু, কয়া কুইনা ফিনা কৃপ্তুনা থম্বা য়াগদগে... ?"

নোংমা অয়ুক অমা, অহম্মদকী ষ্টোরদা থবক তৌবা পাখংমচা অমনা তেলিফোন্ তৌরক্লম্মী । ঐখোয়না নুংশা থীরম্বা, চিংনরম্বা অদুমক থোক্লরে । অহম্মদকী ময়াম্বনা ঐখোয়গী থবকশিং অসী খঙলকপদা, শাওবনা মৈ হৌরদুনা নোংমৈনা কাপ্লদগী মহাক্কী মখোঙদা পাল্লম্মী । মহাক হোসপিতাল্দা লৈরে হায়না হায়রক্লম্মী । ৱাফম অদু ময়ামদা খঙহন্নীংদ্রদুনা - "ঐহাক থবক অমা চৎলুখিগে ।" হায়রম্লগা য়ুমদগী থোরক্লম্মী । টেক্সী অমা ফারগা ঐহাক হোসপিতাল্দা চৎলম্মী ।

ঐনা হোসপিতাল্ য়ৌবদা অহম্মদ ইমর্জেন্সী ৱার্দতা লৈরম্মী । মহাক জ্ঞান্ তারমদ্রি । ঈ য়াম্না কা হেন্না শাথীনা থোকাখিবদগী, মহাক্কী মশা অদু ময়েং য়াম্না তানা উরে । মমায় অদুসু তাইফেৎ-তাইনা ভৌরম্মী । ঐহাক নুংশা য়াম্না থীরম্মী, তৌফম খঙলমদে । তৌরিবা মতৌ অসীবু কারিনো ? য়াম্না সেরিয়র্সনি ।

ঐনা - "ডাক্তর, মহাক্কী ফিভম কমদৌরিবগে ?" হংলম্মী ।

ডাক্তরনা - "খুদোংথীনিংঙাইহদি লৈত্রে । গুল্লি লৌথোকখ্রে, কৈসু থোইদোকপাদে তৌররোই । অদুবু চৎথোক-চৎশিন্দা খরা খুদোংচাদবা য়াই । খোঙগী শরু শোকখ্রে । মতম খরগী মতুংদবুদি চৈশুগুম্বা অমা য়াওরগা চৎপবুদি য়াগনি হায়না খল্লী । থবক-ইনখাং অকনবদি কয়া নুংঙাইগদবা মান্দ্রে । ঈ য়াম্না থোকখ্রে, অদুনা ঈ খরা ৱাংলে । ঈ কাপাখিবা তারি । ঈগী থৌরাং খরগা অমুক তৌবীয়ু ।"

"মহাক্কা ঐহাক্কা ঈ গ্রুপ্ অমত্তনি ডাক্তর । দরকার লৈবা ঈ মখৈ ঐঙোন্দগী লৌবীয়ু ।" হায়না ঐনা ডাক্তরদা হায়রম্মী । ডাক্তরগা লোয়ননা চৎমীন্নদুনা ঐঙোন্দগী ঈ লৌদুনা, থৌরাং তৌরগা কাপ্লম্মী ।

ভাইজান্না থিংদুনা হোসপিতালদা কনা অমত্তা লাকহন্দ্রে হায়না তায় । ষ্টোরগী পাখং অদুনা থবক অমগীদমক য়ুমদা চৎলুবদা, থৌদোক অদু থেংনবদগী, অহম্মদকী

য়ুমলোম্নবশিংগী মীওই খরগনা মাবু হোসপিতালদা পুরকপা ওইরম্মী । মরুপ-মপাং খরদি লৈরম্মী । শীনবা য়াবা থবক অয়াম্বা শীল্লন্নগা, পাখং অদুবু অহম্মদকী মনাক্তা লেঙদনা লৈননবসু শিন্নরন্নগা ঐহাক য়ুমদা চৎলম্মী । থোল্লিবা থৌদোক অসীনগা মওং চাদবনে ...! ভায়জানবু কিবনে য়ুমগীসু কনামতা লাক্লদ্রে ।

ঐনা ফিংনা চৎল্লগা, তল্লা অমুক হল্লকপা অদুদা ময়াম ওকচানরম্মী । যাসমীন্না ইনাক্তা চঙশীল্লতুনা - "করি তৌবীরবগে ইকিং-ফিংবগুম তৌবীরিবা অসীবো ...?" হায়না তপ্লা হংলকই "অহম্মদ..." হায়রগা মথা তাবা ঙমদনা লৈরম্মী ।

"অহম্মদ সাহেব্..., কৈদৌরবগে ?" হায়না পাখংনা হংলকই । খুদীংমক্কী থম্মোইদা হান্নদগী চিংনবদি লোইনমক লৈনরবনিনা ! ঐখোয়গী মওং অদুদা বানুসু, ইমাসু ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙলক্লম্মী । মখোয় ময়ামগী মীৎযেংগী ব্রাহং ময়াম ...!!

"য়াম্না থীনা শোকপা নত্তেদা । নুংশা থীনীংঙাই লৈতে । খুদোংথীনীংঙাই করিসু ওইদ্রে । ডাক্তরনা কৈসু তৌবরোই হায়রী । ঈ খরা ব্রাংলী হায়দুনা ঈ কাপহৌবি । ষ্টোরগী পাখং অদুদা শিন্নরন্নগা লাক্লীবনি ।ঐহাক..., ঐঙোন্দগী ঈ লৌবগা অমুক্কসু কাপ্লনবা পীবল্লবনি । নুংশা থীনীংঙাইদি লৈত্রে । অদুমকপু পাওদংদি পীগে হায়দুনা ঐ লাক্লিবনি ।"

হুন্নবানু মমীত্তগী মপি শীন্থদুনা হীক-হীক কপ্লম্মী । শাথীনা তৌফম খঙদবগী মওংনি । মতৌ অদু য়েংবদা য়াম্নসু নুংঙাইনমদে । যাসমীন্‌সু ইমাবীবীসু লোন্না-লোন্না কপ্পবম্মী । ঐহাক কবিসু তৌদবা মান্ননবা য়াম্না ব্রানা হোৎনবম্মী ।

মখোয়বু থেমজিন্দুনা - "কৈসু তৌবোই, করিমতা নুংশা থীগনু ।" হায়বম্মী।

"দাদা, মতৌ কবম্না, কমদৌনা তৌবদগী শোক্লীবনো ?"

"মখোযগী ভায়জান্না, ঐখোয়গী তৌরিবশিং অসী খঙলকপদগী শাওদুনা নোংমৈনা কাপ্পদা মখোঙদা পান্দুনা শোকপনি ।"

ইমানা - "হে ঈশ্বব, কবি মতৌনোনে তৌবিবা অসীবো ?" হায়না শোল্লম্মী। মথব্রায় য়াম্না নুংঙাইতনা উবম্মী । ইমাদি লুকথদুনা লৌথিরম্মী ।

"কবিসু থোইদোকপা তৌদে । থোইনা ব্রাক্লনুদা, অদুমকপু ময়াম লোইশিল্লো চৎলসি । টেক্সী ঙাইহল্লল্লিবনি ।" হায়না ঐহাক্লা হায়রম্মী ।

বানুনা - "দাদা, ঐখোয়না চৎলুরগা অমুক্তা হেন্না নাতে চাদবা ঈরাংকা অমুক থোকলোইদ্রা ?" হায়না কপ্লা-কপ্লা, য়াম্না শাথীনা লাঙতক্লবা, তৌফম খঙদবগী মওংদা হংলক্লম্মী । মিৎলুদগী পিরাংসু লেপ্তনা শীন্থরি ।

"মখোয়গী ভায়জান্না শাওবদগী থিংদুনা, অম্মিজান্, ভাবিজান্, সাইরাবানুনচিংবা ফাওবা, অতৈ-অতৈসু কনা অমত্তা লাকহল্লে। দুকানগী পাখং অদুগা মরুপ-মপাং

খরগনা মাবু হোসপিতাল্দা পুরকপনি। সঙ্গায় হায়বা পাখং অদুদা শিন্নরম্লীবনি। ঐখোয়না মাবু সেবা নীংথীনা তৌবা তাবনি।"

"অদুদি থীনবা য়াদ্রে, ঐখোয় চৎলসি।" হায়না ইমানা হায়রকই।

"লোইশিনবীরো ইমা, ঐ জল্লাল্গা বাহিদাগদা তেলিফোন্ অমুক্তা তৌখিগে।" হায়দুনা ফোন্ পায়খৎতুনা জল্লালদা পাও পীরম্মী। মখোয়সু হোসপিতাল্দা থুনা লাক্কে হায়রকই। ঐখোয় ময়াম হোসপিতাল্দা চৎলম্মী। অহম্মদকী মনাক য়ৌরবদা, বানোনা অহম্মদপু কোন্দুনা কপ্লম্মী। মতৌ অদু উবদা ময়াম পুন্নমকসু কপ্পরম্মী। ঐখোয় পুন্নমক অৱাবগী লৈচিলনা কুপ্তুনা নুংশুক-নুংজানে। মীপুম-খুদীংগী মীৎলুদা পিরাং শীন্থনরম্মী। ঐহাক হৌজিক করি তৌগদেগ খনফম খঙলমদে৷

জল্লাল্গী খঙন-চান্নবা ডাক্তর কয়ামুক য়াওরম্মী। মহাক্লা অহম্মদকী খুদোংচাননবা, নুংঙাইনবা হীরম খুদীংমক শীল-লাঙলম্মী। ময়াম চংদুনা থবক-ইনখাং কয়া শীন্নরম্মী। ডাক্তরশিং, নর্সশিং, পুন্নমকসু য়াম্না থৱায় য়াওনা হোৎনরি। হীদাক-লাংথক, অনাবগী সেবাদা করিগুম্বা অৱাৎপা অমত্তা লৈহল্লমদে।

য়াম্না চেকশিন্না হোৎনদুনা লায়েংলম্মী। হাপ্তা অহুম খরা হেল্লকপদা অহম্মদ য়ুমদা পুরক্লে। লাইবকথীবা থৌদোক্ অদুনা মরম ওইদুনা অহম্মদ্, শোইনাইরবা মীওই অমা হায়বদু ওইরে। ওন্থোকপনিদা করি মতৌনো? হে ঈশ্বর, ঐগী মরুপকী অদুক নুংঙাইরম্বা সংসার অদুবু করম্নো ...! অদুমকপু হৌজিক মহাক্কী ফিভম ফগৎলকপা অদুদা ঐখোয় পুন্নমক হরাওনরম্মী। ঐখোয়গী অমসুং মহাক্কী মরায়বক থীবা হায়বদুনি। চৈশু অমা পায়দ্রবদি মহাক হৌগৎপা অমদি চৎপা ঙম্নরোই। চৈশু পায়রগদি চৎথোক-চৎশিন খরা য়াগনি খল্লী। মশা খরা কনখৎলবদি ৱাকিংষ্টীক্ অমা পায়রগা চৎথোক-চৎশিন ঙমগনি হায়না ডাক্তরনসু হায়রি। প্রাক্তিসকী দরকারনি।

হুন্নাবানু হায়বী নুপীমচা অসী ওন্থোক্লা পুক্লীং চেৎপী, ইং-তল্লীনি। মহাক্কী অদুগুম্বা, খাঙবা কনবী গুণ্ অদুগা লোয়ননা সেবা তৌরম্মী। অহম্মদকী শোইনাইরবা অদু করিসু খন্দনা, মহাক্কী মপুক্লিং থৌগৎপা ৱাহে কয়া ঙাং-শক্তুনা নুংঙাইনবা হোৎনৈ। ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজদুনা, ইবুংঙো মাগী থৌজালবু থাগৎচরম্মী। অদুগুম্বা মতাং অদুদা মহাক্লা খুদাহগী মফমদা চঙজরগা, য়াম্না ইংনা অহম্মদকী ৱারবা থম্মোইবু থেমজিন্দুনা আশাগী ঈরীক থীক্লম্মী। অহম্মদপু মহাক্লা শৌগৎতুনা চৎপনচিংবা মতেং পাংলম্মী। মখোয় অনিগী নুংশিনবগী চাংসু হেনগৎপগুম তৌরম্মী।

বানুনা - "পরবরদীগারনা চানবীরবনি ...!" হায়রম্মী। মহাক্কী ৱাখলদি শিবা-য়াবা থৌদোক থোকপ্তবনি। শিহৌদ্রিবা অসিমক লাইবক ফরবনি হায়না খনবগী মওংনি। মহাক্লা মতম পুন্নমক্তা, অহম্মদকী সেবা অসী, অদুক্কী মতীক থৱায়-হকচাং য়াওনা তৌজরম্মী। ঙাহাক্তা ফাওবা থাদোক্তনা শেন্নদুনা অহম্মদ্কী মপুক্লীংদা

পেন্দবা, নুংঙাইতবা, অৱাংপগী মওং অমত্তা লৈহন্দনা, খঙহন্দনবা, অমদি মপুক্লীং নুংশিখিদনবা, অদুক্কী মতীক চেকশিন্না হোৎনজবম্মী । মহাক্না অহম্মদপু নুংশিজবগী অয়ৌবী খুদম কয়ামুক ঐখোয়না উবা ফংলম্মী । খুদোংথীববা, তাঙ্গাদা কবম্না মায়োক্লগদগে হায়বগী মওং, অমদি মদুবু মায়োক্লবগী থৌনা অদু মহাক্কী মফমদা চপ-চানা লৈবম্মী । মহাক্কী অদুগুম্বা খাঙবা কনবগী শক্তি, ইঙনা-তপ্না, ৱাখল লৈতানা থবক তৌবা, মপুবোইববু নীংজবগী চপ চাবী অশেংবা শক্তম অদুমক্না মবম ওইদুনা, অহম্মদকী খুদোংচাদবা, অমদি অৱাবা পুন্নমক অদুবু মযেং তাহল্লম্মী । মখোয় অনিগী নুংশিনবগী অযৌবী খুদম পুন্নমক, অমনা অমগী মফমদগী ফংলে হায়না নীংই । ফিভম্না অমুক্কসু হেন্না মখোযগী নুংশিনবগী চাং হেনগৎলম্মী । অহম্মদসু অখাঙ কনবগা লোয়ননা, খুদোংচাদবা পুন্নমক মাযোক্লবম্মী । নুপা ওইবগী অচেৎপা খোঙফম হল্লমদে । ময়াম ৱাগানি খনবনবা, কবিনো মহাক অৱাবসু উৎলমদে ।

খুদোংচাদ্রবা মতম অসীদা, খুদীংমক্তা ঐহাক তৌফম খঙদবা হাযবা অদু মাযোক্লবম্মী । অদুবু মরুপ জল্লাল্উদ্দীন্না পুন্নমক যেংশিন্দুনা, শীল-লাঙবগা লোয়ননা, দবকাব লৈবা খুদীংমকসু মতেং পাংলম্মী । শেলগী মতাংদসু মহাক্না ঈশীং হৈবগুম্না হৈথবম্মী হাযবা য়াই । যাম্না তোযনা লাক্কুনা যেংশিল্লম্মী । মহাক্না মতেঙ পীবমদ্রবদি ঐহাক কবিমতা তৌফম খঙলম্লোই, অৱাবা কযা মাযোক্লবমগনি ।

নোংমা, ঈখঙ-খঙহৌদনা, ইচল সাইবাবানু লাকই । অহম্মদ অমদি ঐবু উবগা মথৱায় শোক্না কপ্লম্মী । মবুংবু কোন্দুনা যাম্না কুইনা কপ্পুববা মতুংদা ঐঙোন্দা যেংলগা "ভায়জান্, কবি মতৌনো তৌবিবা অসীবো ?" হায়বগা ঐঙোন্দা কোন্দুনা অমুক্ কপ্পুনা লৈখ্রে । ঐনা মাগী মকোক্তা নান্থীবদুনা - "ইবেম্মা, ঈশ্বরনা তম্বনি, হৌখ্রবদি হৌখ্রে । কবিসু খল্লুবগনু, কবিমতা চিংনকুবনু । পুন্নমক্কী যাইফবা ঈশ্বরনা পীবীগনি । ঈশ্বরগী মফম্দা প্রার্থনা তৌসি ।" হায়বম্মী ।

"ভায়জান্, থোক্খ্রিবা থৌদোক্ অসী... । ৱাফম অদু মীনা চিবোন্-চিবোন ঙাংনবকই । ভাবিজান্গা ঐহাক্কদি থোইনা শাওনীংবা, পেন্দবা পোক্তে । তোয , অঞ্জুমন্বানুগী খনবদা নুংঙাইতবা খবদি ফাওই ।" হুম্নবানু অমদি যাসমীন্দা যে ংলগা "ভাবিজান্খোযবু হন্থনা খন্বদি লৈতে । ঐগী অসী হাযশিন্নবসু নত্তে । থোইদোক্না সমাজ সংস্কারবনি খনবদা অমবোমদা চাওথোকচৈ ।অদুম ওইনমক্ অস্মিজান্দি অহংলনিদো । সমাজ, বিবাদবীগী, খান্দান্গী মমাঙদা ইকাইবা, চোপ্না, নংলবনিনা শাওবা হাযবসী মশানা তাববনি । ভাযজান্গী স্বভাব্তি, খঙবীবিবা অদুনি । বাবীশিং পুন্নমক্ খঙলবদা শাওবনা মৈ হৌবে । ভাযজান্বু হেক উবদা নোংমৈনা কাপ্পনি । মজহব্ অমদি ইজ্জৎপু যাম্না লুনা খনবনি । ভাবিজান্না যাম্না কুপ্না শেন্নদুনা লৈহৌবদগী খোঙদা শোক্লগা, থৱায় হিংহৌবিবনি, নৎলমদ্রবদি... ! নোংমৈ অদু মুন্নবদা ভাবিজান্না থাদোক্তবদগী লাইবক ফবনি । ভাবিজান্ মথন্তনা ঙম্নদবদগী ঐহাকসু যাওনা নোংমৈ মুন্নবনি । ভাবিজান্সু, ঐহাকসু শোকই ।" হাযদুনা মাগী অশোকপা মফমশিং

উৎলকই । মাগী মখোঙদা থীনা শোকপদগী দাগ্‌ফম লৈরি ।

মহাক্না মখা তারকই-" নোংমৈগী মখোল তাবদা, লৈকায়গী ময়াম্‌ চেন্‌শিন্নরক্‌পা, ষ্টোরগী সঞ্জয়না লাক্‌পগা তান চাদুনা ভায়জান্‌ হিংবনি, নত্রবদি.. ! ভাবিজান্‌সু ঐহাকসু শোকখিবগী চৈনাখোলগা, পাখৎপগা, অদুমক জ্ঞান্‌ তাখিদরে । ভায়জান্‌বু করম্বা মতমদা হোস্পিতাল্‌দা পুখিবা ... ! কমদৌগ্গবা করি অমত্তা খঙখিদ্রে । যুমদা ভাবিজান্‌গা ঐহাক্না হাপ্তা অমা হেন্না ফমুংদগী হৌগৎ-কাঙখৎপা ঙমদনা লায়েংদুনা লৈখিবনি । ঐখোয় কনামতা হোস্পিতাল্‌দা চৎপা য়ারোই হায়না থিংবতা নত্তনা, চৎলবদি হাৎকনি হায়দুনা কিহল্লি । ঐখোয় পুম্নমক্‌ উপাই লৈতদুনা কপ্পুনতা লেনখি । অম্মিজান্‌দি ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা অদুমক্‌ লৈখ্রবনি ।

অম্মিজান্না ব্রাফম্‌ অসী চাওদনবা হায়দুনা ভায়জান্‌বু কন্না থেম্মী । ভায়জান্না য়াবা কৌবা লৈতে । 'অহম্মদ শিখ্রে, ঐগী ইনাও লৈতে ।" হায়না অদুক্কী মতীক শাওখ্রে । শিখাং খাঙদুনা লৈখ্রে, থেম্বকা অমত্তা য়াখিদ্রে । ঐখোয় কনা অমত্তা ভায়জান্‌গী মনাক্তা চৎপা য়াবোই হায়দুনা চৎহন্দে । মদুদা অম্মিজান্‌গা, ভায়জান্‌গা য়াম্না খৎনখি । ভাবিজান্‌গা ঐহাক্কদি খোঙ্‌গা নাবগা, কিবগা তৌদুনা, অদুগা ভায়জান্‌বু হেন্না শাওহনবা চুমদ্রে হাযনা খন্নদুনা, হোস্পিতাল্‌দা লাক্‌খিদবনি । আম্মিজান্‌দি, ইজ্জৎ অমদি ভায়জান্‌গী অশাওবা অদুগী খন্দুনা খাঙবা ওইরমগনি । ভাবিজান্‌গা ঐহাক্কদি কপ্পুনতা লেন্‌খিবনি । সঞ্জয়না মরক-মরক্তা লোন্না-লোন্না পাও পীরম্মী ।

ঐখোয় উপাইদি অমত্তা লৈতে । অম্মিজান্না, নক্লবা মরী মতা কৌদুনা ভায়জান্‌বু থেমজিন্নবা হোৎনৈ । য়াবা কৌবা লৈতে অম্মিজান্‌গা ভায়জান্‌গা অমুক্কসু য়াম্না শাথিনা খৎনরে । ভায়জান্‌খোয় তোঙান্না চাখরে । যুমসু হোংদোকখরে । ভাবিজান্না য়াম্না হায়জে, কয়া থেমজৈ য়াবা লৈখিদরে । ভাবিজান্না ফজদে, হায়দুনা য়াম্না কন্না থেম্বনি অদুবু...। " হায়রগা মহাক হীক্লা-হীক্লা কপ্পী ।

মহাক্না মপি তৈথোক্লগা মখা অমুক তারকই - "অম্মিজান্না, শাগৈ-নাতৈগী অহলশিং অমদি উকিল্‌নচিংবা কৌদুনা সম্পতি, লল, থুম্‌ পম্নমক শরুক মরি থোক্লা য়েম্লোক্লে । ষ্টোর, দুকান্‌নচিংবা ভায়জান্দা থুংলবনি । বেঙ্ককী একাউন্ট পুম্নমকসু য়েম্লোক্লে । চে-চাং পুম্নমক উকিল্‌না নোংমা-নিনিগী মনুংদা পুরক্লনি । ভায়জান্‌গী মনাক্তা চঙ্‌বা, চঙনবা মীওই অমত্তা মহাক্না চঙনরোই হায়না ভায়জান্না হায়রী । অদু ওইরবসু ফরে হায়দুনা, ঐহাক্তী খাঙবা ঙমদ্রদুনা লাক্লবনি । ভাবিজান্‌গী মতৌ অদুসু ঐহাক্‌ য়েংবা ঙম্‌দে । ঐখোয়গী যুম্‌ অদু, অম্মিজান্‌না লৈখিদ্রবা মতুংদা ভায়জান্‌ অমদি ভায়জান্‌গী ইচানা ফংগনি ।" হায়রগা অহম্মদতা য়েংলম্মী ।

"অদুগা অম্মিজান্না লৈখিদ্রবা মতুংদা, অতৈ অম্মিজান্‌গী সম্পতি, লল-থুমগী শরুক অসি ভায়জান্‌ অনিগা ঐহাক্কগী ইচাশিংদা য়েনবীরমগনি হায়না উইল্‌ অমসু

ইরে। য়ুমদি অববাজানন্না অহম্মদ ভায়জানগীদমক্তী হায়নসু হান্নবীরম্নীবা অদুনি।"

অহম্মদনা - "ইবেম্মা, ইবুংদি লল্ থুম্ পাম্বা, মিহৌবা করি অমত্তা লৈতে। ইবুংনা পাম্জবদি ইমুং-মনুং, ইচীল-ইনাও, ইচিল-ইকপ্পা ঐখোয়গী প্রেম্ অদুত্তনি। সমাজগী ওইবা থবক খরা তৌবা, মীওইবগী ব্রাখল, মিনুংশি, চান্ননা হিংমিন্নবা, খরাও তন্নাম্না লৈমিন্নবা অদুতবু পাম্জবগী ব্রানি। ঐদি ভায়জানবু করিমত্তা ব্রারৌজদে। কল্লক-মিহৌবা, য়েংথিবগী ব্রাখলসু লৈজদে। ময়াম্বনা মনাওবু ব্রারকপিবনি। হায়না নংননে, ভায়জানগা ভাবিজানগদা খরা তম্মু। ঐহাক কনাবুসু শাওদে। ঐহাকনে ভাবিজানগী লমনসু চাওনা তোল্লবনি। মহাক্তা ঐবু মপোক অমা পোকপীরবনি। ঐহাক শিবগীসু করিসু চিংনদে। করিগুম্বা শিখিবা তারবদি..., ঐনা চিংনবা হায়ববু, নহাক্কীদমক্ মবুংনা মচলগী তৌফম থোকপা লোইদ্রি অসীমগা, সমাজগী ঈচেলদা তিলহনগে, সমাজগী, সংসারগী চৎনরোল্ খঙ্হনগে থৌরাংলুবা, নহাক্কী ভাবিজান্, হুস্নবানুগী ব্রাখল্ অসিগা, ঐহাক্তা নমদুনা হীরম্ অসিদা চিংশিন্দুনা চেন্নরিবা ঐগী মরুপ, নহাক্কী ভায়জান্ অমদি যাসমিন্ অনিগী মতেং পাংবা ঙম্লরোই অসীখক্তনি। অতৈদি করিমতা চিংনদে।" হায়বগা লোয়ননা মহাক্কী মমীৎ ঈরা চেল্লম্মী।

হুস্নবানুনা - "ইবেম্মা, পুম্নমক্ অসী, লাইবকথীবী, মতীক চাদ্রবী ঐগী হাক্তকীদমক্তী। করিসু লৈত্রবী মমল য়াওদ্রবী ঐগীদমক, অদুক নুংঙাইনা, ইংনা শান্তিদা, নুংশিননা লৈরম্বা ইমুং-মনুং কাং-খোং চাইরবনি। নুংশিরবা ইচীল-ইনাও, ইমা, পুমমক কায়নরবনি...।" হায়না কপলম্মী।

সাইরানা - "ভাবিজান্, থোইদোক্তা চিংনবীরুনু। খুদাগী থৌশিলনি। হৌখ্রবদি হৌখ্রে, থোকখ্রবদি থোকখ্রে। নোংলৈ-নুংশিৎপু কনানা থিংবা ঙমগনি? অদুবু নোংলৈ-নুংশিৎ হায়বসী মতম চূপ্পা অদুমক লেঙদনা শীৎতুনা লৈগদবদি নত্তে। শোয়দনা ইংথখিগনি। হৌজিক পুমইং-ইংথখ্রে হায়না লৌবা য়ারে। অদুগা ঐগী ইবুং অনিনা সমাজ সংস্কারগীদমক পায়খৎলিবা থবক অসীগীদমক ঐহাক ঈশামক চাওথোকচৈ। মসীমক মহে য়ানবা অল্লাহগী, ঈশ্বরগী মফমদা দুব্বা, প্রার্থনা তৌসি।" হায়রকই।

যাসমীনন্না চা পুথোরক্তুনা ময়াম থকমীন্নরম্মী। ব্রারী-ব্রাতাই খরা শারবা মতুংদা সাইরাবানুনা যাসমীনদা য়েংলুরগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্তুনা - "ভায়জান্, ভাবিজান্ মশক-শাথিনা ফজেকো। হীরানী হীরা...! হীরা মাঙখিদনবা চেকশনবীয়ুকো। মম্নল ওল্লোক্তা য়ামগ্রেদা ...।" হায়না লওনরকই।

ঐনা "সাইরা, ইবেম্মা, নং অসীদি লাইমা মথোঙ চাদেদকো।" হায়রম্মী।

ময়ামসু মাগী মতৌ য়েংলগা হাইফেৎ নোক্রম্মী। অব্রাবা ব্রাখল গুহাক কাওবগুম্না তৌনৈ। ইমা চাঁন্দবীবী ওসাইমখে তুম্মীন্না ফম্লম্বনি। "ইবেম্মা, সাইরাবানু, নহাক খরা তোয়না লাকউরকো। ইমুং অসীদা লোকপা হায়বদো কাওনথ্রবগুম তৌবা

কুইরবনি । ঙসি ইচানা ময়ামবু নোকহল্লিবসী ওম্ভোক্সা মমল য়ামখ্রে । নহাক পুল্সিযুকো, মঙ্গল্ ওইয়ু ।" হায়দুনা ইমানা নানবীরম্মী । ইমানা সাইরাবু কোন্দুনা মরায়বক্তা চূপ্লীরম্মী । "ইবেম্মা মরক-মরক্তা লাকউকো । নুংশিদকো ইচাদি ...।" হায়রম্মী ।

"লাকচগে, 'সিদগীদি তোয়না লাক্লনি । লাকমন্দুনা অমুক লাক্লনু হায়রকপসু য়ারি ।" হায়না মহাক্লা নোক্নুনা হায়রম্মী, ময়ামসু নোকই ।

ইমানা - "মবুংগী মনাক্তা লাকপদবু কনাগী মতীক লৈরদুনা,ইচাবু কনানা লাক্লনু হায়গদৌরিবা ....?" হায়না সাইরাগী মখুৎ পায়দুনা হায়রম্মী ।

"নিঙোলগা মৌগা তিন্নবসী, ঈশিংগা থাওগগুম্বনিদা ইমা...!"

হুম্নবানুনা - "ইবেম্মা, অদুম্না হায়গনু । ইচল-ইনিং ঐখোয় নুংশিননা, লুনা-চান্না লোয়নসি । ঐখোয়না মতীক চাদবনিনা ...! অদুগীদি খঙদ্রে ।" হায়রম্মী ।

"ভাবিজান্, চুম্না ফাগি তৌর্বনিদা ...। শক অসুক ফজবী ঐগী ভাবিজান্নবু মতীক করিগী চারোইদগে ? মতীক চারোইদৌবিবদি ঐহাক্লী । 'সিদগীদি ঐ তোয়না লাকচরনি । ভায়জান্না থিংবদুদা, শাওবিঙে অদুদা, মদু ইন্দ্রগা ব্রা য়াম্না চাওনরক্লদ্রা খন্দুনা ঙহালমখৈ লাক্তবগী ব্রানি । ভাবিজান্গা ঐহাক্লদি কপ্তুনতা লেল্লক্লবনি । অম্মিজান্গা ভাবিজান্গদি লাক্লনি হায়বদি থাজদে । অদুবু মখোয়সু থম্মোইদা শাথীনা ওমচাক্লবিবনি । মখোয় কা হেন্না শাওবগীদি নত্তে ।"

ইমাবীবীনা - "চুম্মী নুংঙাইফম থোক্তে । কদাইদগী নুংঙাইগদগে ? মখোয়না লাক্তবদা ব্রাবৌরুবা য়াদে । চৎনবী, ইজ্জৎ হায়বা সমাজগী চৎনবোল অসীবুসু তরাইনা লৌবসু চুমদে । মাগী-মাগী মফম-মফমদা য়াম্না চুম্না, মপাঙ্গল কনখ্রবা ঙাক্তনি । চৎনবী ইজ্জৎ হায়বা অসীমক তবাইবা অমত্তা নত্তে ।" হায়রকই ।

সাইরানা - "হৌজিক-হৌজিক শাগেগী অহল-লমনশিং খরসু য়াম্না শাওবি । মখোযগীসু য়েংদবা য়াদে । অম্মিজান্না ভায়জান্বু নুংশিদবদি নত্তে । ফববসু ফত্রবসু মচানুপা অতোল-অতাংনি । মতম খরদি অব্রা-অনা খরা খাঙবীবা তারে । অদুবু কবিগীসু অদুক হম্বনা লৈগদগে ? গনতন্ত্র, সেক্যুলেরিজম্, চৎপা ভারতনি । কনাগী কবি মতীক লৈবগে ? আইন্না য়ারি, ঐখোয়না মীগী মাঙননবা করিসু তৌদে । হিয়ুমেনীজম্দা য়েংদুনা সমাজগীদমক তৌবনি । ইজ্জৎ হায়বসীবু করিনো ? সমাজগী শেঙ্গাও পায়বা, রাজনিতিব্রালা, অচৌ-অচৌবা ওফিসারশিং, নেতাশিংনদি তৌনীংবা তৌবদা ইজ্জৎ মাংদ্রগা...? ঐখোয়না মী মচা ওইবগী...!" হায়রকই ।

ঐহাক্লা - "ইবেম্মা, সমাজ অসীসু মীচঙ-মীখাই য়াম্না নাইখ্রেদা ! মচীল চৎপা, শেঙ্গাও পায়বশিং, ওফিসারশিং, নেতাশিং, ধর্ম্ম, মজহব্কী লুচিংবশিংনা মানা-মানা পাম্বা অদু তৌবদদি কনাসু করিসু হায়নদে । মরমদি মখোয়গী মীচঙ য়াম্না লৈ । মখোয়না মীচঙ লৈরিবসী শেলননি । মীওইবা খুদীংমক মিহৌ চাওই, কান্নবা পাম্মী, খুদোংচাবা

লৌনীংই, অদুননি ।” হায়রম্মী ।

“ভায়জান্, মরম অদুনা হৌজিক্কী মতম অসিদদি শেল তানবা তাবনি । করিনো-করিনো তৌদুনা শেল তান্নবা হোৎনবীয়ু । অদুগা ব্রাফম অমনা হৌজিক সংস্থান্ কয়ানা ভায়জান্খোয়গী মরমদা হংনরকপা, পাও-চেকয়াদা থাগত্তুনা, সমাজ সংস্কারগী মরমদা ইনরকপা অসিদা, শাগেগী মীওই অয়াম্বদি তুম্মীন-তুমীন লৈনখিবসু য়াওরে ।-আইন্নসু অয়াবা পীরি ।” হায়না সাইরানা হায়রকই ।

খবর, পাওচেগী ব্রাফম নীংশিংলুবদা থম্মোইদা খোয়রাংনৈ । খবনা থাগৎপা, খরনা চৈবা মসীদি হৌনশানি । পাওচেদা ফোঙনরকপা হায়বসীদা মফম অসীদা অহম্মদ অমদি জল্লাল্ উদ্দীন্গী ওইনদি অফবা খবা ওইবকপসু ময়াই । ঐহাক্কী ওইনদি পাও অসী য়ুমলোমদা য়ৌবল্লবদি...! ঐগীদি অফবা ওইবোই ।

“ইবেম্মা খঙদেদা, ফননবা তৌবদা, ফত্তবা ওইবসু যাওই । ফত্তবা কযা-কয়া তৌবা মীসু, মখোয়বু অদুম যাবা মীওইসু লৈ ।” হাযনা ঐহাক্কা হাযবম্মী । সাইবাবানুনা - “মদুসু লৈতবা নত্তে ।” হায়বকই ।

“ভায়জান্না শাওবসু, শাওফমবুদি থোকই । অমদুমকপু হন্দক্কী মওং অসিমক্তি খরা হেনববা হায়নদি খল্লী । অম্মিজান্, ভাবিজান্, নহাকপুসু ঐখোযগা মবী অমত্তা লৈনহন্দনবা তৌবা অসীমক্তি...! অদুবু ঐখোযগী থবক অসীনা..., ঐখোয়না লানবনি, শাওফমদি লৈতে । মজহব্ অমদি ইজ্জৎকী ব্রাফম শোকই অদুননি । ”

“ভায়জান্, ঐগী বড়াভাজান্গা, ভায়জান্গা অনিমক অসী ঐগীদী পোকমীন্নবা ইবুং ঙাক্তনি । অদুবু অনিগী খেন্নবা অসীদি মৈগা, ঈশিংগনি । পাকিস্তান্গা ভাবতকনি হায়বা য়াই । বডাভায়জান্ অসীমক্তি পাকিস্তান্দা লৈগদবা মীশক্নী । মহাক্তি ভারত্তা লৈবদি কয়া চূনদে হায়না খল্লী । পাকিস্তান্দা লৈবল্লবদি ফগদবনি ।”

“অদুম হায়না হায়বা হৌনদে, অঙাওবীসিদি...! ফববসু ফত্রবসু ঐখোযদগীদি সেনীয়রনি, ইয়াম্বনি । ঐখোয়না তৌরুরিবা অসীনা লানবদগী, পেন্দদুনা তৌবিবনি । সমাজদা ইজ্জৎ হায়বা অসীসু লুরিবনি । মীওই খবদি ইজ্জৎ মাঙবদগীদি থব্রায থাদোকপনা হেন্না ফৈ হায়না খন্নরিবনি । মসিদা ভাযজান্গী কবি দোষ লৈবগে ? ঐখোয়না লাল্লগা অহলদা তাইনবদি চুমদে ইবেম্মা ।”

“অদু ওইববসু ভায়জান্গা কৌন-ঙাংনদবা, চঙনবরোই হায়ববসু, লল্-থুম য়েন্নবরোমদা চৎথরবদি ফৈদনা ! ঐখোয় পুম্নমক মহাক্কী মীচঙদা লেপ্পু হায়বা....! মদুসু ফোর্সনা নমদুনা, কিহন্দুনা থিংবা, মসীবু অচুম্বা ওইগদবা ? শক্তি লান্না শীজীন্নববু অফবা, থবক্কা, মসীবু অচুম্ববনে ?”

“ইবেম্মা, নং শোয়দ্রে ভায়জান্না নংবু ফজনা য়াবনি ।”

“শক্তি, পাঙ্গলনা মীওইবগী নীংতম্ববু নমদুনা থিংবা যাগদরা ? আত্মাবু ফোর্সনা

নমদুনা খুদুম চনবা য়াগদরাও ? মীওইবগী অপাম্বা হায়বা অমসু লৈনরি । অদুগা মসী মীগী মাঙননবসু নত্তেদনা !"

"ফরে, মসীগী ৱাফম অসী তোক্লসি । ঈশ্বরগী থৌজালনি, ইবুংঙো মানা তম্বা লাক্কনি । ঙসিদিনে নহাক ঐখোয়গা চাক চামীন্নগ্রসি ।" হায়না ঐনা হায়রম্মী ।

✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣

অহম্মদসু চৈশু পায়রগা হৌগৎপা, ইমুং-মাঙ্গোল, থোকপনচিংবা ঙম্লক্লে । মরক অদুদা মখোয়গী উকিল্না মহাক্কী সম্পতিগী দলীল্, বেঙ্ক বেলেন্সনচিংবা, লোকরগী মাল-চাং অমদি কারবারগা মরী লৈনবা চে-চাং পুম্নমক শিন্নররে । মহাক্কী কারবার অমুক হৌরম্মী । মহাক্কী ষ্টোরগী থবক, অতৈ-অতৈ কারবারশিং ঐহাক্না য়েংশিল্লম্মী । হুম্নবানুগা যাসমীন্‌গসু মতেং পাংহল্লম্মী । মখোয়গী হান্নগী মেনেজর অদু ভায়জান্‌গীদা চৎখ্রে । অহম্মদকীদমক য়াম্না ৱাজরক্লবা সঞ্জয় হায়বা পাখংমচা অদু, অহম্মদকী অপাম্বগী মতুংইন্না, ঐনা মাবু মেনেজর হাপলম্মী । মহাক হন্দক, বি,কম, পাস তৌরবনি । মহাক পুকচেল শেংই, নোম্বসু কল্লী । মীগী তৌবীমল খঙবা নহা অমনি । লাইরবা ইমুংদগী হৌরকপা মরম্না, মহাক ষ্টোরদা সেল্‌সমেন্ ওইনা য়াওরগা, প্রাইভেট ওইনা পরিক্ষা থারকপনি । মহাক ফিভম য়াম্না চাদনা লৈরম্বদগী, নোংমা অহম্মদনা মাবু থেংনদুনা মখোয়গী দুকান্দা য়াওহল্লকপনি । মবুদ্ধি-মরৌশিং য়াম্নসু লৈ । ৱাহৈ-ৱাতা, ৱাঙাং-শাঙাংসু তাবদা নুংঙাইবা, নুংশিবা পোকই ।

মহাক্না হৌদোরকপা ৱাফম অমা, ঐহাক্না অহম্মদতা তম্নম্মী । মদুগী মতুংইন্না নোংমা অহম্মদ ঐখোয় অনি, এদভারতাইজমেন্ট অমগী মতাংদা ৱারী শানরম্মী । অহম্মদনা "ঐহাক্কী চৎথোক-চৎশিন ঙমদদদুনা হীগুনতা লৈরবনিনা থবক পুম্নমক নহাক্না ফননবা অদুমক শীল্লো ।" হায়রকই ।

মহাক্কী ৱাফম অদুগী মতুংইন্না, সঞ্জয়গা ঐহাক্না য়াম্না কুপ্না খন্নরবা মতুংদা, প্রোজেক্ত অদুগীদমক্তা টেন্দর অমা সব্‌মীত্ তৌখিরম্মী ।

অহম্মদনা মহাক্কী সম্পতি অমদি কারবারদা, মহাক্কা চপ মান্ননা ঐহাক্কী হক থম্নম্মী । ঐবু মহাক্না, অদুক্কী মতীক লুনা অমদি নুংশিনা, অমত্তা ওইবগী মতৌ তৌরম্মী । পোকমীন্নবা ইচীল-ইনাওদগী হেন্না, মহাক্না ঐবু লুনা-চান্না, চেৎনা লোয়নরম্মী । ঐহাক অসী মহাক্কী পুম্নমক্লী, মহাকসু ঐগী পুম্নমক্লী হায়না ফোঙদোক্লম্মী।

# (২১)

নোংমা অয়ুক অমদনি। অহম্মদকা ঐহাক্কা ফম্মীন্নদুনা বারী শান্নরম্মী। হুস্নাবানুগা যাসমীন্‌গনা ব্রেক্‌ফাষ্ট অমদি চানচিংবা থৌরাং তৌরি। গেটতা, কার মখোল তায় হায়দুনা য়েংনরম্মী। সঞ্জয় টেক্সীদগী কুমথরক্লুনা য়াম্না হৰাওনা ঐখোয়না ফন্নীবা অদোমদা চঙলকই। মহাক্না - "Good Morning Sir, Good Morning Madam" হায়দুনা ঐখোয়দা মথং-মথং ওইনা সলাম্ তৌরম্মী।

ঐনা- "মেনেজর সাহেব লেঙশল্লু।" হায়দুনা মহাকপু ফম্ননবা হায়বম্মী।

"য়াজরে সার ...। সার, মেনেজব সাহেব হাযবদু হাযবীগনু। সঞ্জয় হায়না কৌবীয়ু। ঐহাক য়াম্না ইকায়জৈ।" হায়রকই।

অহম্মদ ঐখোয় অনিনা - "হোয়নে - হোযনে ফম্মুনে।" হায়রম্মী।

"সাবনা ঐহাকপু মী ওইননবা শেম্বীবকপনি। ঐবু সঞ্জয হাযনা ননাও অমগুম্না নুংশিবীবা অদুখক্তনি ঐহাক্না পামজবদি...।" হায়না অমুকসু হায়বকই।

অহম্মদনা - "সঞ্জয, ইনাও ইবুংঙো, ঐহাক ইনাওগী অমদি ঐগী মকপ, নখোয অনিগী লমন চাওনা তোল্লবনি। ঐনা ঙসি হিংলিবা, ঐগী শিংলীদা চেল্লীবা ঈ অসী মরুপকী ঈনি। সঞ্জয়, ইনাওগী নতেং..., নখোয় অনি নৎলমদ্রবদি, ঙসি ঐহাক হিংলন্নরোইদবনি হায়বা ঐ খঙই।" হাযরগা মমীত্তা ঈবা চেল্লী।

"মরুপ, হৌখ্রবা ৱাফম অদু খল্লুবনু। ঐখোয়না ঙস্বা, মকপ অমনা তৌবা যাবা, মতেং খরা পাংবগীদমক করিগী লমননো ? মরুপকী মফমদা লমন তোল্লে হাযবসীবু হৌনববা ? নহাক্নসু ঐখোযগীদমক তৌবিবা অসীদী...?"

সঞ্জয়নসু - "সার মদু খনবীরুনু। ঐনা তৌজখিবা অদুদি কবিসু লৈতবনি। ঐহাক লম্বীগী চাক্লীবা ওইরমগদবদগী সাবনা ঐবু মী ওইননবা শেম্বীবকপনি। সাবখোয়গী লমন চাওনা তোল্লীবা ঐহাক্নী।" হায়রকই।

"সঞ্জয়, করিগীনো ইনাওনা ঙন্না লাক্লীবা অসীবো ?" হাযনা ঐনা হংলম্মী।

যাসমীন্‌গা হুস্নবানুগনা ব্রেক্‌ফাষ্ট তৌননবা হায়বক্লম্মী।

সঞ্জয়না - "সারখোয় ব্রেক্‌ফাষ্ট তৌবীরো ঐহাক ঙাইজগে।" হায়রকই। "য়ুমদা লাক্লগা ইনাওনা চাদনা লৈবা য়াব্রনে ? অদুগনে, ঐখোযবু ভাবি কৌগদবনি। মেদাম, মেম্ সাহেবকা কৌবদি য়াদ্রেকো।" হায়বগা যাসমীন্‌গা হুস্নবানুগনা মহাকপুসু নমদুনা ফমহল্লগা, ঐখোয পুন্না চামীন-থকমীন্নবম্মী।

সঞ্জয়না - "ঐহাক্না লাকচরিবা অসী, ঐখোয়না সবমীত্ তৌখিবা, প্রেজেক্তকী

কেন্ট্রেক্ত টেন্দরং অদু পাস তৌরে। টেন্দরগী তোতেল্ এমাউন্ট লুপা কড়োর তরাতরেংকা লাক্ষ মরিফুমঙানি।" হায়রকই।

পাও অদুদা ময়াম পুন্নমক্কী মাইথোং মকা লাম্নরম্মী।

অহম্মদনা - "ঐহাক্তি মতম পুন্নমক্তা য়ুমদা লৈরবনিনা, মরুপকা, ইনাও সঞ্জয়গনা ফননবা শীনবীরো। ঙসি নোংমা-নিনিগী মনুংদা নুমীৎ অফবা অমা য়েংলগা থবকসু হৌননবা হেক্তা তৌবীরো। ঐসু ময়ামগী মতেং পাংবা ঙম্বসু য়ারেদা ...। ঙল্লবদি ঐসু মতেং পাংগনি।" হায়রকই।

"নহাক পোৎথাদুনা লৈয়ু। থবক্কী মতাংদা, পাঙ্গলদি লায়রদনা ব্রাখল ফাওবা খনগনু। সঞ্জয়গা ঐগনা হোৎনগনি। নং করিমতা খল্লুনু।" হায়রম্মী। সঞ্জয়দা ওনশিন্দুনা - "সঞ্জয়, বেঙ্ককী পাওদি কমদৌরে ?" হংলম্মী।

"সাব, কড়োর অনিদি কেঙ্কতা বেলেন্স লৈরি। জল্লাল্উদ্দীন্ সাহেবনা পীরকপা চ্যেক্ দিপোজীত অদুগা পুন্না কড়োর মবি শুবে। বেঙ্কনা কড়োর তকক্কী শেনফম লোনসু যাবে । কড়োর তরুক-তরেৎ ফাওবনা শীন্নবা য়াবাজাৎনিদা।"

অহম্মদনা - "কড়োর তরা লৈরবদি ...; মরক্তা রন্নীং লাক্লবদি, রোতেসন্ তৌদুনা মথং-মথং য়াম্না লায়না চলাইবা যারেদনা।" হায়রকই।

সঞ্জয়না - "সার য়ারনি, থবক্কী প্রোগ্রেস লৈরবদি...; লাইবক ফববদি লুপা কড়োর তরুক-তরুক মখাযদি শেন্দোং লৈবা য়াই। সেদ্যুল্ তাইম্দা ফজনা থবক লোইববদি, এক্সত্রা, লাক্ষ মবিফু-মরিফুতরা অমসু শোয়দ্রে। থবক্কী প্রেগ্রেসপুদি শোয়দনা ঙমগনিদা -" হায়বকই।

"হোয়, মদু লাইবক্কী ব্রানি। শেন্দোংগী ঙাক খনবসু চুমদে। সেবাসু খরা তৌবা তাই। প্রোজেক্ত অসীনা মীযামগী কান্নগদবা অদু খনবদগী মসী ঐখোযনা পায়হৌবা ফৈ খন্দুনা তৌবনি।" হায়না অহম্মদনা হায়রকই।

"জল্লাল্গী শেনফম অসী কমদৌবনো ?" হায়না ঐনা অহম্মদতা হংলম্মী।

"নোংমা মহাক লাক্লম্বা অদুদা ঐনা হংলুবনি। মদুদা মানা পীরকখিবা শেনফম্নী।" হায়না অহম্মদনা হায়রকই। অমুক মখা তারকই - "মরুপ, ঐখোয়গী ওফিস মনাক্কী ক্বাটব অদুগী শোগা, কারগী শোগা ইনাও সঞ্জয়দা শিন্নবীখো। সঞ্জয়, নহাক ক্বাটরদা হোংজিল্লো। কুইরবনি ঐনা খল্লক্লীবা...। অদুদা ভায়জান্গী য়াকা য়েংদবা য়াদদুনা লৈরকপনি। ইমাগা নঙগনা মীগী য়ুমদা, ভারাদা লৈবদু ঐহাক য়েংবা নুংঙাইতে। থবক হৌরবদি, নথৌসু য়াম্না চিল্লনি। গাড়ী য়াওদ্রবদি য়াররোই।"

"ঐনা কার অসী শীজিন্নরবদি সাবখোয়না কমদৌবা ...? য়ানিদা, ঐহাক টেক্সীনা মতাং-মতাংগী অদুমক চৎচগে" হায়না মহাক্না হায়রকই।

ঐনা ক্লাটব অমদি কাবগী শো অদু সঞ্জয়দা শিন্নবম্মী - "সে, মসী পাযশল্লু। ঙসিমক ক্লাটবদা হোংজিল্লো।" হাযনসু হাযবম্মী।

অহম্মদনা - "মকপ্, ইবুংঙো সঞ্জয়গী থাগী তলব্ অসী লুপা লিশীং নিপাল শুহনবীবো। অদুগা ক্লাটব অদুগী দবকাব লৈবশিং অতৈ-অতৈগী শীজীন্ননবা লিশীং মঙা অমা কেস ওইনসু পীবীখ্রো।" হায়বকই।

"সাবখোযনা ঐগীদমক তৌবিবিবা অসী, ঐহাক কবিনা লমন শিংজগনি ?" হাযবগা লোযননা, মহাক্কী মমীত্তা নুংঙাইবগী মীৎলু ঈবা চেল্লম্মী। মহাক্লা শোশিং অদু লৌবম্মী। ঐহাক্লা লুপা লীশিং মঙা অমগা লৌথোক্লুনা মঙোন্দা পীবম্মী। মদু লৌবগা, ঐখোয় মযামদা মখুৎ লোন্নদুনা মথং-মথং "নমস্তে" তৌবল্লগা মহাক চৎখ্রে।

অহম্মদনা - "ঐখোযনা টেন্দব ফংলিবা, বেঙ্ককী লোন্ ফংলিবা অসীদি, পুম্নমক অসী জল্লাল্গী মতেঙদগীনি। মহাক্কী সঙ্গ যামখ্রে।" হাযবকই।

মখোযগী মবমদা ব্রাবী শানবিঙৈদা, জল্লাল্গা ব্রাহিদাগা কাবদগী কুমথবক্লুনা ঐখোয়না ফল্লীবা অদোমদা চঙলকই। মখোয অনিবু ঐখোয যাম্না তবাম্না ওক্লম্মী। ব্রাহিদা, হুস্নবানু, যাসমীন্ মখোয অহুম মথং-মথং কোন্নবম্মী। ইমাবীবীগসু কোন্নবম্মী। মখোয ইমুংলোমদা চঙমীন্নখ্রে। জল্লাল্নে, অহম্মদ ঐখোয অহুমসু কোন্নদুনা হবাওবা ফোঙদোক্লবম্মী।

জল্লাল্উদ্দীন্না - "ঐ মযাম উন্নবগা পাও পীবমগে হাযদুনা লাকপনি।" হাযবকই।

অহম্মদ ঐখোয অনিনা - "কবি পাওনো ?" হাযনা খঙনীংনা হংলম্মী।

"ঐখোয, বিজিনেসকসু মবী লৈননা নিউযোর্ক চৎপা তাবি। ব্রাহিদাবুসু কোযবা ওইনা, আমেরিকা চৎপসিদা পুবীবগে হাযনসু খল্লী।"

"মদুদি য়াম্না ফবা, যাম্নসু নুংঙাইবা ব্রাফম্নীনা ...।" অহম্মদনা হাযবকই।

"মকপ কযাম কুইনা লৈবক্কনি ?" হাযনা ঐনা হংলম্মী।

"পংকুই কুইবোইদা, কুইববদা থা অনিদগী পঙহেন হেল্লোই। অদুবু তম্বদি ঙমদে। থবক্কী মতুংইন্না, থা অহুম-মবি চোঙ্খবসু খঙদে। চপ-চাবদি হায়বা ঙমদে।"

"কৈদৌঙৈ চৎকদৌবিবনো ?" হাযনা ঐখোয অনিনা হংলম্মী।

"ঐগী থবক্তি ইমর্জেন্সি ঙাক্তনি। হোবেল নুমিদাংগী ফ্লাইত্তা চৎপা তাবে।"

অহম্মদনা - "এঃ যাম্না থুখ্রেদা..! ঐহাক্কী কবিগুম্বা অমা হাযগে খল্লম্বনি। অদুবু মকপক্কী চৎলমদাই অসীদা খুদোংচাববোই...।" হাযবম্মী।

"কবিগী খুদোংচাবোইদৌবিবনো ? কবিনো হেক্তা হাযযু, কবিমতা চিংননুনে। মদু ঐ হৈনদে। শেল-থুমগী ব্রাফম্না, কয়ামুক্কী ব্রানো ?"

"শেলগীদি নত্তে, গাড়ীগী দবকাব লৈবে।" হাযনা অহম্মদনা হাযবম্মী।

"হেরা ভায়, অদুগী ওইরে ? ঐগী কার অসী লৌহৌরো । ঐদি চৎকদৌরে, দরকারসু লৈত্রেদনা, ৱাহিদাগী অহনবা অমসু লৌবীগে হায়দুনা তৌবনি । দিলিভরি তৌগদবতা ঙায়রবনি । মদুওইনা লৌগে হায়রবসু চে-চাং পীরমগে ।"

"ঐখোয়গী টেন্দর অদু পাস তৌরে । থবক্কী মতাংদা গাড়ীগী মথৌ য়াম্না লৈগদৌরি অদুগীনি । অহনবা লৌবা তাবদা শেলগীসু খুদোং খরা চাদে । অদুগীসু মথক্তা থবক্কীসু শেলগী মথৌনি ।" হায়না অহম্মদনা হায়রকই ।

"Very good news, মদুদি য়াম্না নুংঙাইবা ৱানিনা । চেকশিন্না হোৎনবীয়ুকো। শেলগীসু থোইনা চিংনরুনু, হেক্তা হায়বিরকউ ।"

"য়াম্না ফনি, পুম্নমক অসী মরুপকী মতেঙদগীনি । ঐখোয় মরুপকী য়াইফবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি ।" হায়না ঐনা জল্লাল্দা হায়রম্মী ।

"অদুগীদি করিসু খনবীরুনু । অঙম্বা মতেং পাংনবগী ৱাফমতনি ।"

অহম্মদনা - "লৌবা তারবদি কয়ানো ?" হায়না হংই ।

"কয়ানো হায়বদি কবিনো ? মমলগী ৱা ওইরবদি য়োন্দে । মরুপ্না শীজীন্ননবা লৈতে হায়রগদি লৌবীয়ু শীজীন্নবীরো হায়বগী ৱানি । মরুপশিংগী মফমদগী ঐনা শেল লৌগদবা ...? " হায়না জল্লাল্না পীশুম শুকলকই ।

"মরুপ, লুপা লাক্ষ মরিগী কার অমবু হেক লৌদুনা শীজীন্নবা হায়বসীবু ...?" "মরুপতি হায়রগা মরুপকী আর্থদি খঙবীদ্রমাল্লে... ?"

অহম্মদনা - "মরুপ সুকুমারনা শীজীন্ননবা হায়দুনা তৌবনি । ঐগী অদুসু সঞ্জয়দা, শীজীন্ননবা হায়দুনা পীথোকখরে । ঐগীবুদি লৈত্রবসু করিসু কায়দে । ঐদি য়ুমদা অসুমমক লৈগদবনিনা ...।" হায়রকই ।

"মরুপ অনিমক্কী দরকার লৈরক্কনি । ঐগী অসীনা মরুপ সুকুমারদা পীজরবনি। মারুতি অমা অদু মরুপ অহম্মকী ওইনা থম্বীয়ু । অনিমক অসী লৌবিরো । 'সিদগী হনখিবগা, অনিমক ড্রাইভবদা হেক্তা থিলহল্লক্লগে । হৌজিকমক্কী দরকার ওইরগনা ঐখোয় টেক্সীদা হনখিগে য়াইয়ে । করিগীদমক অদুক য়াম্না কোইথোক্লীবনো ? অল্লানা পীবীবা ঐগী লৈরিবা পুম্নমক অসীদা মরুপশিংগীসু শরুক য়াওরিবনি । মসীমদি কাওবীগনু । ঐবু অতোপ্পদৌনা ...। ঐহাক্তি পুন্না লৈমিন্নসি হায়জখ্রিবা অদুনি । অদুদা মরুপনা য়ুম অসী ৱায়শীল্লুরে, মীনা নুংঙাইরোই হায়বদুদা তৌবনি ।"

"হৌজিকমক্কী দরকারবুনি নত্তেদা, কোন্নগী ৱানিদা মরুপ...!"

"হোরেল এয়ারপোর্ট চৎপদি কমদৌদৌরিবা ?" অহম্মদনা হংলম্মী ।

"মদুগীদমক ৱাবীয়ু হায়দেনে । গাড়ী ৱাত্তে, নুংথিল পুঙ অনিদা কার অনিমক ড্রাইভরনা থিল্লক্কনি । নখোয় অনিনা অমমম শীজীন্ননবা, অদুগা মরুপ সুকুমারগা,

বানুগীদমক তন্নীবনি। মসী তোল্লবী নমা ঐগী থম্মোই শেংনা পীবা খুদোলনি। অদুগনে, ইমানা করিগুম্বা খরা ইদুনা থম্লবনি মদু কোন্না পাউ। উপুগী শোদি ইমানা চৎলমদাইদা শীন্নগনি।" হায়রগা বানুবু কোন্দুনা কপ্লম্মী। বানুসু হীক্লা কপ্পী। ঐখোয় পুম্নমক অৱাবগী ঈপাক্তা লোয়নমক তাওরম্মী।

যাসমীন্না - "পুক্নিগী অৱা-নুংঙাই কয়া শরুক য়ামিন্নরক্লবী নহাকপু থাদোক্তুনা চৎকদবসী ওন্থোক্লা লুনা থোক্লেদকো। অদুবু চত্তবা য়াদবনিনা চৎলুখিগে। নবুংঙোবু লুনা-চান্না তৌকো। ঐসু, ঐগী ইবুংঙোবু থৱায়-হকচাং য়াওনা সেবা তৌবা ঙম্বা ওইজগে। ঈশ্বরগী মফমদা ঐখোয়বু শক্তি পীবীনবা নিসি। অহম্মদ সাহেব, ঈশাগী, হকচাংগী চেকশীনবীয়ু।অতৈ থোইদোকপা খনবীরুনু।" হায়রম্মী।

অহম্মদনা - "ঐগী হকচাংদি করিসু তৌদ্রেদা, পাঙ্গল খরা শোনবগী ৱাতনি। হৌজিক কনখৎলে, নোংমা-নোংমগী কনখৎচরক্কনি।" হায়রকই।

ময়ামগী মওং-মতৌদা সঞ্জয়সু মপুক্লীং, নুংশিরমাল্লে মহাক্লা যাসমীন্দা - "ভাবিজি, ৱাখল নুংঙাইতবা থোইনা তৌবীগনুদা। মণিপুর য়ৌরগসু ননাওবু কাওবীনুকো। সিদদি ঐনা ঙমজবা খুদীংমক হোৎনজরমগে।" হায়রম্মী।

"ইনাওবু করিগী কাওগদগে কাওরোই। থবক চেকশীন্না তৌকো।"

"সঞ্জয়, নঙোন্দা লোয়নমক শিন্নরিবদুনি। ইনাওনা ফনবা শীল্লম্মু। ঐগী মরুপপু নহাক্লা চেকশিন্না শেন্নগদবনি। থবক-ইনখাং য়াওহনবা য়াদে। মরুপ্পু মতম খরা শাংনা পোৎথাহনবা দরকারনি। ঐসু য়ারিবমখৈ থুনা লাক্লনবা তৌগে।"

"সার,করিমতা চিংনবীগনু। ঐহাক্লা ঙম্বমখৈ হোৎনজগনি।"

নুংমিদাংগী, চাক লোইরে। সঞ্জয়সু ঐখোয়গা পুন্না চামীন্নরম্মী। মাগী-মাগী ৱাখল, থম্মোইদা কায়নরর্গনি হায়বগী মৈচাক্লা ওমদুনা লৈনবনরা করিনো ? চাবা-থকপা ইচঙ-চঙনদ্রে। চায় হায়বা থোক্লা অদুক খরা-খরা চানরগা ঐখোয় পুম্নমক হৌগৎনরে। ৱাখলনবু নুংঙাইত্রবদি চাবা ফাওবা য়াদবা হায়বসী হৌনবনি।

সঞ্জয়না - "ঐহাকসু য়ৌজখ্রগে, হয়েং মতমচানা লাকচরগে।" হায়রগা চৎখ্রে। নুংঙাইতবা মঙ-মঙবগুম, ঐখোয় পুম্নমক তুফক-তুফাই চন্নরম্মী। মরুওইবা ৱারী খরা শা-নরবা মতুংদা, 'মতম অসী য়াম্না থেঙজীনখ্রে। ঙহাক-ঙহাক পোৎথানরসি' হায়দুনা মাগী-মাগী কাদা চঙনরে। ঐখোয় খুদীংমক লূন্নবা পোৎলুম অমমম পুবগুম্না তৌনরম্মী। মসীরা মীওইবগী পুক্নি।

যাসমীন্ ফম্মুংদা ফল্লদুনা, মপুক্লীং নুংশিনা কপ্লম্মী। "ঐহাক তশেংনা য়াম্না শাথীনা অকিবা ফাওরক্লে। করি থোক্লগদগে খনবদা, চিংনবতনা থম্মোই অসী থল্লে।"

খল্লুরগদি, তশেংবমক ঐহাকসু অকিবা অমদি চিংনবনা অচৌবা পোৎলুম

ওইরবনি। ইমাগীদমক খল্লুরগসু লৈতারমদে । ইমাগী ফিভম্মা কমদৌরমগদগে খনবদা থম্মোই নীকই । অদুগা যাসমীন্‌বু পুশিন্দুনা চঙবদা করি থোক্লগদগে খনবদা পুম্মম-মম্‌লম্মী । মহাকপু পুবনা ফরিবরা, পুদবনা চুম্লীবরা খল্লম্মী । ইমানদি 'পুবনা চুম্মী, লোৎপা ফত্তে' হায়রম্মী । মদুসু অচুম্বনি, লোৎপা য়াগদবসু নত্তে । য়াম্না কিগনবসু ফতে খল্লী । থৌনা পুম্নমক খোমজীল্লগা,করিসু খন্দবা শাদুনা মাবু থেল্লম্মী । মহাকপু ঐগী ইথানুংদা কোল্লগা, মকোক্তা নানবীরদুনা - "করিগী কিগদৌরিবনো ? ঐ লৈরিবসীদি,করিমতা চিংনরুনু, ঐহাক্লা পুম্নমক মায়োক্লগনি । নহাক ঐবু থাজৌ, নংবু ঐনা পুন্সিগী থাদোক্লোই । ঐখোয় কনাবু করিগী কিগদগে ? নং-ঐ থম্মোই তিন্ননা নুংশিনরিঙৈদা, কনানা করি তৌবা ঙমগদগে ? করিসু খল্লুনু, ঐবু থাজৌ, ঐহাক্লা নংগী লেপ্লীদনা । ঈশ্বরবু কাওগনু ।" হায়না থেমজিল্লম্মী ।

"অদুগী নৎচদে । ঐহাক শিবা তারবসু করিমতা চিংনবা লৈজদে । শিবগীদমক্তি ঐহাক অকিবা করিমতা পোকচদে । ঐহাক্লা চিংনজবদি, ঐনা খ্বাইদগী কিজরিব্‌দি ...! ঐগী ইবুংঙোবু, থব্বায়গী মণিবু ঐঙোন্দগী নমদুনা মুনবীখিগদ্রা ...? সমাজনা ঐবু কাওথোকপীরক্কদ্রা হায়বগী চিংনজবা, অকিবা অমা থম্মোইদা কন্না ফাওরকপগুম তৌই । হন্দক মরক অসী ঐহাক মঙ-হাসু য়াম্না শাথিনা নুংঙাইতে । ঐখোয়বু নমদুনা খাইদোক্লনবা হোৎনবীরক্কদ্রা হায়বসীনি, ঐহাক্লা য়াম্না শাথিনা কিজরিবা...!" হায়না মহাক্লা ঐবু চেৎনা কোল্লকই । মহাক্লা অদুকী মতীক চেৎনা কোল্লম্মী । মহাকী মশা অদুসু নীকপগুম তৌই । ঐনা মাবু নুংশিনা কোন্দুনা নানবীরম্মী ।

"মঙগী ব্বাবু, ব্বা ওইনা খনবা হৌনদে । করিমতা খল্লুনুদা, ঈশ্বর লৈরি । পুম্নমক ঈশ্বরনা ঙাকপীগনি । ঐখোয়গী খোঙফম হন্দোক্লোই ।"

"তোল্লবী ঐগীদমক্তা সমাজগী মীনোক-মৈশা লাংবা তাবা... ! ইমা-পাবুংগী মায়োক্তা, মখোয়গী আশা, অপাম্বা পুম্নমক্কী ওন্ন-তৈননা তোল্লবীগীদমক্তা অব্বা-অনা কয়া খাঙবীবা তারবনিকো ...!" হায়রগা মহাক কপ্লম্মী ।

"করিনো নংনা হায়রীবদুবো ? করিগীদমক অদুম্না ব্বাখল হম্থরিবনো ? অদুক য়াম্না থম্মোই পীকথবা হৌনদে । কপকনুসে ....। নংনা অদুম হায়না নীংহন্নরবদি ঐবু করম্না, পুম্নমক অসী মায়োক্লগদগে ? অদুম্না অদুক শাথিনা হম্থবা হৌনদেদা ...। মসীনিনে পুন্সি হায়বসী । অব্বাবা, খুদোংথীবা কয়ামুক মায়োক্লদুনা পুম্নমক থেংনবা তাবনি । মসীবুনি পুন্সিগী পরিক্ষা হায়রীবসে । পরিক্ষা অসিদা মায় পাক্লনবগীদমক মথৌ শঙবা দরকারনি । অব্বা-অনা, খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লবা তাইদনা, লাম্থেংনবা তাবনি । মসীদি হৌবা ফাওবা হৌদ্রিঙৈদা নহাক্লা করিগী অদুক য়াম্না নীংহন্নরিবনো ? ঐহাক্তি নংবু থৌনা য়াম্না লৈবী, লৌশিং চাওবী, খাঙবা কনবী অমা ওইহন্নীংলি ? থম্মোই অদু

ওইরবনি। ইমাগীদমক খল্লুরগসু লৈতারমদে । ইমাগী ফিভম্মা কমদৌরমগদগে খনবদা থম্মোই নীকই । অদুগা যাসমীনবু পুশিন্দুনা চঙবদা করি থোক্লগদগে খনবদা পুম্মমমম্লম্মী । মহাকপু পুবনা ফরিবরা, পুদবনা চুম্লীবরা খল্লম্মী । ইমানদি 'পুবনা চুম্মী, লোৎপা ফত্তে' হায়রম্মী । মদুসু অচুম্বনি, লোৎপা য়াগদবসু নত্তে । য়াম্না কিগনবসু ফতে খল্লী । থৌনা পুম্নমক খোমজীল্লগা,করিসু খন্দবা শাদুনা মাবু থেল্লম্মী । মহাকপু ঐগী ইথানুংদা কোল্লগা, মকোক্তা নানবীরদুনা - "করিগী কিগদৌরিবনো ? ঐ লৈরিবসীদি,করিমতা চিংনরুনু, ঐহাক্না পুম্নমক মায়োক্লগনি । নহাক ঐবু থাজৌ, নংবু ঐনা পুম্নিগী থাদোক্লোই । ঐখোয় কনাবু করিগী কিগদগে ? নং-ঐ থম্মোই তিন্ননা নুংশিনরিঙৈদা, কনানা করি তৌবা ঙমগদগে ? করিসু খল্লুনু, ঐবু থাজৌ, ঐহাক্না নংগী লেপ্লীদনা । ঈশ্বরবু কাওগনু ।" হায়না থেমজিল্লম্মী ।

"অদুগী নৎচদে । ঐহাক শিবা তারবসু করিমতা চিংনবা লৈজদে । শিবগীদমক্তি ঐহাক অকিবা করিমতা পোকচদে । ঐহাক্না চিংনজবদি, ঐনা খ্বাইদগী কিজরিবদি ...! ঐগী ইবুংঙোবু, থব্রায়গী মণিবু ঐঙোন্দগী নমদুনা মুনবীখিগদ্রা ...? সমাজনা ঐবু কাওথোকপীরক্কদ্রা হায়বগী চিংনজবা, অকিবা অমা থম্মোইদা কন্না ফাওবকপগুম তৌই । হন্দক মরক অসী ঐহাক মঙ-হাসু য়াম্না শাথিনা নুংঙাইতে । ঐখোয়বু নমদুনা খাইদোক্লনবা হোৎনবীরক্কদ্রা হাযবসীনি, ঐহাক্না যাম্না শাথিনা কিজরিবা...!" হায়না মহাক্না ঐবু চেৎনা কোল্লকই । মহাক্না অদুক্কী মতীক চেৎনা কোল্লম্মী । মহাক্কী মশা অদুসু নীকপগুম তৌই । ঐনা মাবু নুংশিনা কোন্দুনা নানবীবম্মী ।

"মঙগী ব্রাবু, ব্রা ওইনা খনবা হৌনদে । করিমতা খল্লুনুদা, ঈশ্বর লৈবি । পুম্নমক ঈশ্বরনা ঙাকপীগনি । ঐখোয়গী খোঙফম হন্দোক্লোই ।"

"তোল্লবী ঐগীদমক্তা সমাজগী মীনোক-মৈশা লাংবা তাবা... ! ইমা-পাবুংগী মায়োক্তা, মখোয়গী আশা, অপাম্বা পুম্নমক্কী ওন্ন-তৈননা তোল্লবীগীদমক্তা অব্রা-অনা কয়া খাঙবীবা তারবনিকো ...!" হায়রগা মহাক কপ্লম্মী ।

"করিনো নংনা হায়রীবদুবো ? করিগীদমক অদুম্না ব্রাখল হম্বুরিবনো ? অদুক য়াম্না থম্মোই শীকথবা হৌনদে । কপকনুসে ....। নংনা অদুম হায়না নীংহন্নরবদি ঐবু করম্না, পুম্নমক অসী মায়োক্লগদগে ? অদুম্না অদুক শাথিনা হম্বুবা হৌনদেদা ...। মসীনিনে পুম্নি হায়বসী । অব্রাবা, খুদোংথীবা কযামুক মায়োক্লদুনা পুম্নমক থেংনবা তাবনি । মসীবুনি পুম্নিগী পরিক্ষা হায়রীবসে । পরিক্ষা অসিদা মায় পাক্লনবগীদমক মথৌ শঙবা দরকাররনি । অব্রা-অনা, খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লবা তাইদনা, লাম্থেংনবা তাবনি । মসীদি হৌবা ফাওবা হৌদ্রিঙৈদা নহাক্না করিগী অদুক য়াম্না নীংহন্নরিবনো ? ঐহাক্তি নংবু থৌনা য়াম্না লৈবী, লৌশিং চাওবী, খাঙবা কনবী অমা ওইহন্নীংলি ? থম্মোই অদু

শৃঙ্গার' না লৈতেংদুনা 'দুল্‌হন্' গী শক্তমদা ঐবু ঙসি উহল্লু । নুমীৎ অদুদংসু নহাক্কী কৈন্যাগী শক্তম অদু তশেংনা মপুঙ ফাদে হায়বা ঐ খঙই । ঙসি ঐহাক্কী অনীংবা অসী মপুঙ ফাহল্লু । নহাক্কী মপুঙফাবা শক্তম, নুপী ওইবীগী কেবা-মৌবা, ফিজেৎ-লৈতেং পুম্নমক অমত্তা ৱাত্তনা ঐবু উহনগদবনি ।" হায়না ঐহাক্না য়াম্না নুংশিনা থেল্লম্মী । মহাক ঐঙোন্দা মুন্না, ইঙক-ঙক্না য়েংলগা লৈরম্মী ।

ঐনা মাবু মখুৎ পায়দুনা পুরম্মী । হুস্নবানুবু কৌথোক্লগা - "বানো, ইমা চাঁন্দবীবীনা করি হায়রুবনো খঙদে । যাসমীন্‌সে, কেবা-মৌবা কাওরমাল্লে । লুহোংবা নুমীত্তসু থোইনা হেন্না কেবা-মৌবা তৌখিদে । মহাক্না সন্যাসীনীগুম্না লৈবা, ৱাখলগী পোৎলুম পুবগুম্বা, অসী ঐহাক থৱায় নুংঙাইতে । মাবু হৱাওহনবা, নুংঙাইহনবা পাম্মী। মহাকপু লুহোংবগী দুল্‌হন্‌গী শোল্‌হ শৃঙ্গারনা লৈতেংবীদবা য়াদে ।"

হুস্নবানুনা - "চুম্মী দাদা, মহাক লম্বোইবীদৌনা তৌরে । ফনি দাদা, ঐহাক মাবু চপ চানা কৈন্যা অমগুম্না লৈতেংবীগে ।" হায়রগা যাসমীন্‌গী মখুদাং পায়দুনা মঙোন্দা য়েংলগা নোক্লম্মী । ঐঙোন্দা অমুক য়েংলগা, মহাক্কী দ্রেসীংরুম্‌লোমদা পুশনখিরম্মী । লোয়ননা ঐঙোন্দা মমীৎনা কৈনো'মা তৌরম্মী ।

নুমিদাংগী পুঙ তরানিথোই, ফক্লাংগী ঘড়ীনা য়ৈরকই । যাসমীন্‌দো হৌজিক ফাওবা লাক্তে । হুস্নবানুগী মনাক্তা ঐনা থিল্লুবা চাওরাক্লা পুঙ অনি হেনখ্রে । অসুম ফমদুনা লৈবদু হকচাং অসী মুন্থরকই । পুঙখায়মুক খরা হেন্না অমুক হৌখ্রবা মতুংদা, ঐখোয়গী কাগী থোঙ হাংদোবক্লম্মী । যাসমীন্ অদু হুস্নবানুনা পুশক্লম্মী । মখোয় অনিমক কেবদা হাইরপ মান্নরম্মী । অদুবু যাসমীন্‌দী তশেংনমক 'দুল্‌হন্' গী ফিজেৎ-লৈতেং অদুনি । তশেংবমক মৌ অনৌবী কৈন্যা অমনি । হুস্নবানুনা, যাসমীন্‌বু ঐগী ইনাক্তা হাইফেৎনা থক ইনশিল্লম্লগা মীৎচী খৎলম্লগা চেনথোকখিরম্মী ।

মহাকপু মখুদাং পায়দুনা ঐগী ইনাক্তা ফম্মুং অদুদা ফমহল্লম্মী । অঙাংবা রেশম্‌গী শাড়ীনা মকোক খুম্নদুনা ফম্লীবী মহাকপু য়েংবদা তুম্মীংবনা উইথরুরবা মীৎ শিংকৎলকই । মহাকপু হুস্নবানুনা লুহোংবা নুমীৎকী কৈন্যা অমগুম্না লৈতেংবীরক্লম্মী । হীন্দু শাস্ত্রগী নুপীগী লৈতেং, সৃঙ্গার তরাতরুক হায়নবদু চপ চানা শুরমাল্লে হায়না নীংই । মৈতৈ সমাজদা চৎনদ্রবসু ....। ফজবদি অদুমক ফজে ।

চন্দন্‌গী নুংশিরবা মনম্না ঈথক হৌরম্মী । মখোঙ-মখুৎতগীনা, মমায় মমীৎ, মকোক-মশম ফাওবা নীংথীবা খিবিক্লা লৈতেংলি । মখোঙ-মখুৎকী খুজীলশিং অঙাংবা মচুগী নেল্ পোলিশ শঙলী । ভৌরোক-ভৌবী মখোঙগী খোঙপাক-খোঙনমদা অমদি খুৎকী খুবাক-খুনম, পুম্বুম্নমা তুম্লবী খুৎশাশিংদা অঙাংবা মচুগী মহেন্দিগী লৈরোংশিং ফজনা য়েক্লী । মখোঙগী খোঙশাদা খুদোপ, খুজেংদা ফজখ্রবা খোঙজি শিরি । মখুৎ খুৎশা মঙা-মঙাদা খুদোপশিং মরীগা কোন্ননা খুৎনমদা অমদি খুদাংদালৈতেং, খুজী ময়াম

অমসু ঙৌরোক ঙৌবী মখুদাংদা শিরি ।

লাইবক্তা বিন্দি, কুম্কুম্, নন্নী, বিন্দিয়াগী লৈরোংশিং য়েল্লী । পীশুম অমদি মীৎপান্দা, পাদা আইব্রোগী খুৎয়েক, কাজল্নচিংবা থারিবা অদুমক হৈ-শিংলবা মেক্-অপ্নি ।·লৱাই শিংগ্রেং অমদি লাইবক্কী নাকম অনিরোমদা টিকাগী সনাগী নীংথীরবা লৈতেং ! নাপগী সনাগী মরীগা কোন্ননা শম্বুলদা ফাদুনা জুম-জুম হাইরিবা নাগী সনাগী লৈতেং ....! ঈশিং য়োংপা উগদবা মানবী খৌরি, ঙকশমদা, শিরিবা সনাগী লীকশিং ! ঙৌরবী খৌরি অমদি ঙকশমগী লৈতেং ওইরি । লীক খরা অমনা ৱাং-চাওরবী থাবুমদা ঙা-থেংনা শান্নরিবগুম তৌরি । ইনখৎলকপগী মঙাল শন্দোক্লী ।

চেংতকপী খ্বাঙদা খ্বাঙলীগী পরেংনা ঙাম্ছোইরি । তুমতকপী নাতোন্দা নঠনি, মবী অদুনা খজাইদা ঙা-থেংলদুনা, নাগী মথক্কী লুতুংগী শম্বুলদগী য়াম্থুরি ।

ঐহাক্না মাগী মকোক খুন্নীবা শাড়ী অদুগী মায়খুম অদু হাইদোক্লুনা মুন্না য়েংলম্মী, মুন্না অসুম য়েংলম্মী । মহাক্কী মমীৎ মীৎস্না অনি অদু উইরুম-উইরুম তুকথরদুনা, মরু লুকথরগা তুম্বক তাশীন্দুনা ফম্লী । অসুক ফজবী অসীবু, খাঙঙুথক্তা অবেম্বদা মাঙহল্লমগদৌই । খল্লুবদা অকি-তুজুংবা ৱশখল অমুকসু পোল্লম্মী ।

ইনখৎলকপী, মোং-হাদবী, তপ্পবী, পুকচেল ঈংলবী, মথোৎ কারকপীগী নৌনা মঙাল শন্দোরক্লিবী নীংথীজবী অদুমক্লী । অমকপা, অরানবা ৱাখল পোক্তবী, থোৎ-নৌরবী , ফজবী, নোল্লুকপীগী গুণ্না, থম্মোইবু অপেনবা পোকহনবী অদুগুম্বী শক্তম্লী । সন্ধ্যা য়াচঙবগী লিরি হুম্বা মালংবনা য়ৈবদা নৌনা হাইনা খাঙজবী বসন্তগী লৈকোলদা শাৎচবী লৈরাং জাতীকুম্লীনি ।

মহাক্কী মীৎস্না অদুনা য়েংলকপদি অদুক্কী মতীক ইংই । মুশীল মুবী মীৎনহা অসী কয়াদা ইংখ্রবা, হাইরপ্না কোয়রাওনরদুনা ...! মেঙলবী মীৎপান, মীৎস্নাগী থক-খাগী ফজরবী, কোল্লপ্না তৌবী পাশিংগী পরেং, মীৎ মনুংগী নিম মচু হাইরপ্না থাববী ঙৌরোক ঙৌবী নাকল অনি হুইথরিবী মীৎস্না...! মদুগী ময়ায়দা লৈরিবা মুশীল মুববী মীৎনহা অনিদা ঐহাক্কী শক্তম ময়েক শেংনা তারি ।

লৈহাও লৈরেল, আতরগুলাব অঙৌবগী লৈয়োন লৈনাগী মচু, পৃল্লগা ওইবা কুচুগুম্বীনি । লাইবক মতাফবী অদু কোইরপতি তৌনা পাক্তক্লা ... । মদুগী মথক্তা শল্লাংশীং হৌগ্রি । অমুবা রেশম্গুল্লবী, শাংলবী শল্লাংশি, লাইবক্কী শিংগ্রেংদা টিকানা লৈতেংলিবা, শল্লাংশিং অদু মুশুক মুনা, ইরং লংনা লেঙ-লেঙ চৎপগুম্মী ।

মুশুক মুবী পীশুম অনি অদৃ লিরুংগুম্না নীংথিনা শাংনা হুইথগ্রি । মীৎপাল অনি অদু, অরংবা নোংথাঙগী মঙালগুম্বী মতৌনি । গুলাবক্কী লৈনাগুম থোৎনা-নৌনা তঙাং-তঙাং মতম পুম্নমক্তা লৈবী চীম্বাল অদু ঙাংশং-ঙাংবা লীপস্তীক্লা থারপ তৈরদুনা লেঙ-লেঙ চৎপগুম্মী । মতম পুম্নমক্তসু মোমোম্তা তৌবা মানবীনি । ঙসিদি ইখঙ-খঙহৌদনা

মথন্তা হেক নোক্লক্কদবা মাল্লম্মী। ফল্লপ, তুমতকপী নাতোনদা নঠনিনা শান্নরি। ঙৌরবী কুচুদগী হাইরপ্না ঙাংশনবী থোংলবী খজাই অনিদা নাপগী সনাগী লৈতেংনা ঙা-থেংদুনা শান্নরিবা উবদা কল্লকপা পোকই। ঙৌরোক ঙৌবী লংলবী, ফজরবী য়াগী পরেংশিংনা মহাক্কী লৈতেং অমা ওইনসু অমুক্কসু হেন্না ফজহল্লি। পুম্মুম্নরবী থোংলবী পাম্বোমশিং, খুদাংশিং অদু ঐহাক হন্না-হন্না য়েংনীংই।

ঐহাক্লা মাগী খুৎ অনি পায়দুনা শান্নরম্মী। মহাক্কী পুম্মুম-পুম্মুম তারগা শাংতক-শংতক্লা মতোল তুম্বী খুৎশাশিং অদু কয়া নীংথীজপ্রে! মহাক খুজীলদি খাক্তে, অদুবু মহাক্কী মতোল তুম্বী, শাংতকপী খুজীল অদুনা মরম ওইদুনা খুনমলোমদগী য়েংলবা অদুগা নেল্ পোলিশ শঙলবদি, খুজীল খাক্কীবোই নীংই। মখুৎ অদুদা মেহেন্দিগী লৈরোং য়েক্লীবা অদুনগা ফজবনে। ঐহাক মাগী মখুৎ অদুগা, মাগী মীৎম্না অনি অদুগা, নাতোনগী নঠনিনা ঙা থেংদুনা শান্নরিবা গুলাবকী লৈনাগুম্বী মচীম্বাল, তঙাংবী খজাই অদুগবু তশেংনা কল্লকপা পোকই। খুৎশেম য়াওদ্রবসু মশানা ফজদুনা লৈরবী মহাক, খুৎশেমগী লৈতেংনগা য়োম্লবনিনা অদুক্কী মতীক নীংথজখরে। মহাকপু ঐ থাঙ্গৈশেংনমক কল্লকপা, মিহৌবা, নুংশিবা, পাম্মুবা পোক্লম্মী।

ঐহাক্ করিগুম্বা লাইয়েকপা চিত্রকার অমা ওইরম্লবা...! মহাক্পু ইমাঙ্দা ফম্হল্লগা, মখল্-মথেল কয়াগী মচু শেম-শারগা, চূনগদবা মচু খন-খন্দুনা, মহাক্কী শক্তম্ য়েক্লমগনি। কবিগুম্বা ঐনা লাইয়েকপা হৈরমদুনা মাগী শক্তমবু য়েকপা ঙম্লবদি 'মোনালিশা' না কৈদৌনগনি! মহাক্কী অয়েকপা লাই অদু পৃথিবী ফাওহনগনি। 'লিওনারদো দা ভেন্চী' মায়থীরম্গনি। যাসমীন্গী মফমদা মোনালিশাসু মায়থীগনি।

অদুগা ঐহাক্লা নুঙ্ নত্রগা উনা মুর্ত্তি শাবা হৈরম্লবা... ! যাসমীন্গী শক্তমগী মুর্ত্তি শারমগনি। মুর্ত্তি অদুনা বিশ্ব-জগত্ শীনবা থুংনা ফাওরমগনি। যাসমীন্গী মুর্ত্তিগী মমাঙদা, 'ভেনস' 'আতালান্তা' পুম্নমক মায়থীদুনা মকোক্ নোল্লম্গদবনি। যাসমিন্গী মুর্ত্তিবু উরগা, য়েংলগা, ভুন্তিযেন্ ফ্রান্স, দ্যমোদুরভিল্ কয়া-কয়া কক্ঙাওনরম্বা য়াই। যাসমীন্গী অশাবা মুর্ত্তিবু য়েংলুবদা ম্যাদারিগো, হিরোই, কেপতেন্, এরিক্কুতস কয়া ঙাওচংনরম্বা য়াই। মথৱায় মাঙনরম্বসু য়াই।

মরম অদুনা যাসমীন্গী শক্তম য়েক্লরোই। মুর্ত্তিসু শাররোই। যাসমীন্, ঐহাক খক্তগিনী, ইথক্তগীনি। কনাগুম্বা অমত্তগী ওইবা য়ারোই, ওইসু ওইহল্লোই। মহাক্তি ইতোম্তগীনি, ঐহাক্তগীনি। শবাব্-মহল্ তুম্না মাঙহনখ্রে। যাসমীন্দি ঐগীনি। ঐখোয়বু কনানসু কায়নহনবা ঙম্লোই, কায়নহনবসু য়ারোই।

"কৈদৌবীরবগে ? করিনো মুরুম-মুরুম শোনবীরিবা অদুবো..... ?" হায়না যাসমীন্না, মাগী মীৎচিগী মেঙলবা মীৎয়েং অদুনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। মদুমক নুমিদাংৱাইগী হৈনম্-লৈনমগী ইপোমগা ঈরোইনবী মেঙলবী মীৎয়েং অদুনি। মালংগী

ইপোমদা হবাও-মোমোন নোকচবী, তনৌবী, মোং-হাদবী অদুমক্কি । ওম্বোক্লা পুক্লীং হুববীনি, কবি, কবম্বা ব্রাহৈনা ফোঙদোক্কদগে ঐহাক খঙদে।

ঐনা- "নহাক্কী শুক্ষৎনীংঙাইগী মশক্ ওইববী মাইথোং থাজ, নীংথীবী মীৎয়েং, মীৎচিগী তেল্, মোমোন্ নোকপী মীনোক্ পুম্নমক্ অসী উবগা, মসীবু য়েংলগা ঐহাক্, স্বগগী অপ্সরাপুবগী লৈকোলদা যৌববগুম তৌই । মবম অদুনা ঐহাক নুংঙাইববা মঙলান অমদা তাওদুনা চোইবোল লোল্লীবনি । নংঙোন্দগী হেন্না ফজবী অসীবু অমা লৈবমখিগদবা ?" হায়না মহাক্কী মখুৎ অনি অদু থাঙ্গৎতুনা চুপলম্মী ।

মহাক্লা মীৎচিনা হাইফেৎ ঐঙোন্দা য়েংলগা মক লুকথবদুনা যাম্না ইংনা, ইকাইবগী মতৌগা লোযননা "কৈসু লৈতবী ঐহাকপু অদুক যাম্না থাগৎপীবিবা অদুবু...? ঐহাক্তি শাথীনা মতীক চাদ্রবী অমনি ।" হায়না তপ্না শোল্লকই ।

"নশানা-নশাবু অদুক যাম্না হম্বুনা খনবা হৌনদে । য়েংওই, নহাক্কী নখুৎ অনি, নংগী খুৎশাশিং অসীমকসু ঐহাক্কী ইফমর্দদি 'পবস মণি' গুম্বনি । অদুগা নহাক্কী মেঙলবী মীৎচিগী মীৎযেং অসীনা 'কৌস্তুভ মণি' নি । অমুক্সু নংগী মোমোন মীনোক্তনা মতম পুম্নমক্তা লৈতেংলিবী, গুলাপ্কী লৈনাগুম্বী, তঙাং-তঙাংবী চীন্বাল অসীনা ....' মসীনা লাই মযাম্না সমুদ্র মন্থন্ তৌবদা ফংখিবা 'অমৃত' অদুমক্কুম্বনি ।" হাযদুনা, ঐহাক্লা মাগী মচীন্বাল্ অদুবু খুদোম্বীনা শোক্লগা ঐগী চীন্না অমুক চুপ্লম্মী । মদুদা মহাক্লা ইকাইবদুনা হেন্না লুকথখিবম্মী ।

মহাক্কী মখদাঙ অদু ঐগী খুৎদোম্বীনা থাঙ্গৎলদুনা, য়েংজবম্মী । মহাক্কী মীৎস্ন' অনিদু উইকুম্-উইকুম তৌবম্মী । মচীন্বালদা খোইকম্ মোমোন নোক্লম্মী । মহাক্লা হবাওজবা, নুংঙাইবা, মাইথোংমকা লাম্না নোকপা অদুমক্কী ঐহাক্লা পাম্বা, য়েংনীংবা... । ঐহাক্লা অসুম য়েংলম্বদগী মহাক্কী লীক্লানা চোৎপা মাল্লবী মচীন্বাল্, গুলাবকী লৈনা অদুবু ঐগী চীন্না তপ্না খৌবোম্ থন্না চীলোক্লবম্মী ।

ঐহাক্লা মাবু ইথানুংদা চেৎনা কোনশিল্লম্মী । মহাক্লসু ঐবু চেৎনা কোল্লকই । ঐখোয অনি নুংঙাইববা ঈপাক অমদা ঈবোইমিন্নবম্মী । ফজগ্রবা লৈবাং কযানা ফুগাযনা শাৎলবা ঈথৎ অমদা শান্নমীন্নবম্মী । লৈবাং খুবাম্-খুবাম্ পাযদুনা চাইশিন্নবম্মী । ঈশিং খুজোক্ খুজোকসু চাইশিন্নে । কোয়চেল চেন্দুনা, কোযতান- তান্নদুনা হবাও মথোই কামীন্নবম্মী । ব্রাবদুনা ঐখোয অনি স্বব থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা ফম্মীন্নে । ঐহাক্লা মাগী মখুদাং পাযশিল্লম্মী । মহাক্তি মক লুকথদুনা তুম্মীন্না ফম্লী ।



অয়ুক্তা হোকরনা খবর পীরম্মী। খবরদা এম, এস, সি, গী পরিক্ষা হায়দোকপগী ফল্ য়াওরম্মী। অহম্মদনা ময়াম কৌরগা - "সুকুমারগী এম, এস, সি, গী পরিক্ষা হায়দোক্লে। মহাক্লা ফার্স ক্লাস ফার্স তারে।" হায়রম্মী।

ইমাবীবীনা ঐহাকপু কোল্লগা, মমীত্তা নুংঙাইবগী পিরাংগা লোয়ননা ঐবু আর্শিবাদ পীবীরম্মী। ঐহাক্লসু ইমাবু খুরমজরম্মী। যাসমীন্‌গা, হুস্নবানুগা হরাওবগী মপা লৈরমদে। অহম্মদসু অদুক্কী মতীক হরাওরম্মী। ময়াম্না হরাওবীবদু উরগা ঐহাকসু নুংঙাইবগী মপা লৈরমদ্রে।"নুমিদাং পার্টি তৌগদবনি।" হায়না অহম্মদনা হায়রম্মী। মখোয় মখৈনা মদুগীদমক থৌরাং তৌরম্মী।

প্রোজেক্তকী থবকসু য়াম্না নীংথীনা প্রোগ্রেস তৌরে। মদুগী হোৎনবদা ঙহালমখৈ নীংশিংলুদ্রে। ঐহাক্কী পোৎ-চৈ, লাইরিক্-লাইশু, ফি-রোল, কোল্-লীক্লচিংবা ময়াম অমা হোষ্টেল্‌দা লৈহৌরি। 'পোৎ-চৈ লৌরুখিগে' হায়রল্লগা ঐহাক হোষ্টেল্‌দা চৎলম্মী। ঐনা চঙখিবদা দরৱান্না - "সলাম্ সাহেব, ঙহাল মখৈ কদাইদা লৈবীরুরবগে ? অহানবদদি য়ুমদা চৎশ্রমাল্লে খল্লুই। অদুবু সাহেবকী চিঠি য়াম্না লাকই। য়ুমগী ওইরমাল্লে, ঐনা থমলি লৌজরুখিগে। ঙরাং ঙহালদি পুন্না চিঠি অনি- অহুম্ম লাকই।" হায়রগা মহাক্ চৎখিরম্মী।

ঐহাক মিহুল চোংলকই। কাগী শো হাংলগা, চঙশিন্দুনা পোৎ-চৈশিং লোইশিল্লম্মী। দরকার লৈবশিং পেকীং তৌরম্মী। থোইনা মরু ওইদবমখৈ থল্লে। দরৱান্‌নসু লাক্লুনা ঐগী ইতেং পাংলরে। ঐহাক্লা - "পোৎ-চৈশিং অসী নহাক লৌজরো" হায়দুনা মঙোন্দা পীরম্মী। মহাকসু য়াম্না হরাওজরে।

মহাক্লা ঐঙোন্দা চিঠি মঙা তরুক্ পীরকই। ঐহাক্লা চিঠিশিং অদু পাদুনা য়েংলম্মী। থা অমা-অনীগী মমাঙদগী নুমীৎ তরানি, হাপ্তা অমা, মরি মঙানি কান্না কাননা ইরকখিবা চিঠি ঙাক্তনি। ঐবু "য়ুমদা য়াম্না থুনা লাকউ, লাক্তবা য়াদে।" হায়বা ৱারোল ঙাক্তা ইরি। অতে মরম থোইদোক্লা পন্দে। ঐনা চিঠি পারিঙৈদা দরৱান্না ঐগী পোৎ চৈশিং গাড়ীদা হাপচিল্লম্মী।

ঐনা কাদগী থোরকপদা পোষ্টমেন্‌গা অমুক মায়োক্লরম্মী। মহাক্লা সলাম্ তৌরকই। "সাহেব্ টেলিগ্রাম্... ।" হায়দুনা পীরকপদু ঐহাক্লা লৌরম্মী। মদু য়েংলুবদা "*MOTHER SERIOUS *COME SOON *IMEDIATLY*" করিনোনে ?ইমাগী ফিভম লুরবা ! খুদক্তা থুনমক লাকউ হায়বা ! কয়াম শাথীনা নারবজাৎনো ...?

ঐহাক লৈতাদবা, য়াম্না লাওতক্লবা অমা ফাওরম্মী। লুম্লবা খোঙথাঙদা থোরক্লুনা গাড়ীদা ফল্লম্মী। তৌফম খঙদনা গুহাক ফল্লবা মতুংদা গাড়ী থৌরকই।

ঐনা য়ুমদা চঙখিবদা ময়াম ঐবু ওাইরম্মী। ঐগী ইতৌ অদু উবদা অহম্মদনা - "কৈদৌরবগে নংগী নতৌসিবো... ?" হায়না হংলকই। ঐনা টেলিগ্রাম্ অদু মঙোন্দা পীরম্মী। মহাক্লা মদু য়েংলগা, কুইনা লৈরুরবা মতুংদা - " অদুদি হৌজিক কমদৌবা তারি... ?" হায়না য়াম্না লাঙতক্লনা হংলকই।

হুম্লবানুগা যাসমীন্‌গসু অমগা অমগা য়েংনরম্মী। ঐখোয় অনিদসু য়েংলক্লম্মী। মখোয়সু য়াম্না শাথীনা লাঙতক্লবগী মতৌনি।

"ঐহাক ভাব্ তাদে, অদুবু ইমাগী ফিভম ফত্রে হায়বসিদা.... !"

ইমাবীবীনা - "ইবুংঙো, ইমানা হায়নীংবদিনে ! য়েংওই, ইমাগী ফিভম লুনা লৈরে, হায়রবনিনা নহাক য়াম্ন'থুনা চৎপনা চুমগনি। ইমা হায়বসীদি সংসারদা কোয়না মৈরা চমদুনা থিবদা ফংলরোইদবনি। পুন্সিদা ফনা য়াম্না তৌদুনসু ইমাগী খোল্লাং নামগী লমন শিংবা ঙমদে হ্যয়নবিবনি। তাঞ্জা অসীদদি ইমানসু নংবু উনীংলমগনি ইমাগী সেবা তৌফম থোকই পম্ববা চুমদে খল্লী।" হায়রম্মী।

অহম্মদনসু - "চুম্মী মরুপ, ইমানা হায়রীবসী অচুম্বনি। ইমা হায়বসী কোয়না থিবদা ফংগদবা নত্তে। নহাক চৎপনা চুম্মী।" হায়বকই।

ময়াম পুম্নমক্লা "চৎপনদি চুম্মী" লোয়না হায়নরে। মরম অদুনা চৎপদদি তারে। অদুবু ওম্বোক্লদি মওং চাদে, ওম্বোক্লা লুরে। মতাং অসী ...!

ইমাবীবীনা - "ইবুংঙো সুকুমার, নহাক চৎননবা থৌরাং তৌরো। ইবেম্মা যাসমীন্‌বুসু পুবীরো। করিমতা চিংনরুনু। অসুম্না কুইনা লোৎতুনা লৈবসু চুমদে। কবিগী লোত্তুনা লৈগদৌরিবনো ? অহল-লমন, ইমা-পাবুং খঙহনফম থোকই। লোৎতুনা লৈবনদি অফবসু ওইরোই। মখোয়না য়াবা-য়াদবনা ব্রাফম অমনি। অসুম তুম্মীন্না লৈথোকপদি চুমদে। অহল-লমন খুরমগদবনি। য়াবীদ্রগনা নখোয়গী অনীংবগী মতুংইন্না তৌফম থোকপা মশানা তাবা লাক্কনি। নখোয় অঙাংসু নত্রে, লাইবিক লাইশু হৈরবনি। অহলশিংসু ব্রাখল শোয়দনা খল্লক্কনি। ব্রাখল অদুক য়াম্না হস্থবা হৌনদে।" হায়রকই।

"হৌজিক ঐখোয়না চৎলুবদা অফবা ওইগনি হায়বসী কয়া থাজদে।"

"মদোমদা খনগদবা নত্তে, নংগী তৌফম থোকপা নথৌদি তৌবা তাবনি। লাইবক থীদুনা ইমানা করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্লো... ! থোক্তবদি ওইসনু। অদু ওইরবদি মচাগী মমৌগী মশক উদনা... ! মদু চুমদে হায়না খল্লী। চৎপনা চুম্মী। মখোয়না য়াবীরে, খ্বাইদগী লাইবক ফবনি। য়াবীদ্রগনা, নখোয় অমুক, 'সিদা লাক্লগা লোইরেদনা ! অহম্মদকা নখোয় লোয়ননা, নখোয়গী কারবার অসী তৌদুনা লৈমীন্নবদা কনাগী মখা

পোনগদবসু নত্তে। ইমানা নারিঙৈ অসীমক অমরোমদদি তান য়াম্লবু চারবনি। শাওনীংবা কয়া লৈরবসু শাফরগদবনি।" হায়না ইমানা হায়রকই।

অহম্মদনা - "ইমানা হায়রীবসীনা ফগনি। ঐখোয় তুম্মীন্না লৈথোকপসীমক চুমদে। ইমাগী অনাবা হায়বসীসু অরুবা মতাংনি। নং চৎলুরো, যাসমীন্‌বু ইমা-পাবুং খুরমহন্দুনা থৌদাং পাঙথোক্লুরো। নুপামচাগী নথৌ পাঙথোকউ।" হায়রকই।

হুস্নবানুনসু - "দাদা, চৎপীরুরো, থোইনা চিংনবীরুনুদা, ঈশ্বরনা পুম্নমক্কী য়াইফনবা শীনবীগনি। ঐখোয়সু ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজগে। চিংননীংঙাই করিসু লৈতেদা...। য়াম্না লুনা খনবীরুনুদা। অফবা ৱাখল খল্লগা লোইরে।" হায়রকই।

"ফরে হয়েংমক চৎনবা তৌবা তারেদনা...।" হায়না ঐনা হায়রম্মী।

ইমানা - "অদুনি, নুপানবু নশাগী নথৌদা অমদি হীরম খুদিংদা নীংহন্নবা, কিবা হৌনবরা ? অদুগা ইমানা হায়নীংবা অমসু লৈ।" হায়রকই।

"করি ওইবীরবনো ? হায়বীয়ু কৈদৌবগে ?"

"ঐহাকসু পোক্লফম লমদম মণিপুরদা অমুক্তংদি য়ৌনীংই। মণিপুর য়ৌরগা, অদুগী মতুং তাবদি, ইমাগী লাইবক্তা তমলমগদ্রা, তন্নস্লোইদরা ? রাধাকুণ্ডদরা লাইনীংদুনা লৈজখ্রগে। ইমাগী নীংজবা অসীতদি থুংহনবীয়ু করি হায়বগে ?"

"ইমানা পাম্বীরিবদু ঐহাক শোয়দনা পাঙথোকচগে। ঐখোয়গা পুন্না হেক্তো চৎমীন্নরগা লোইরে কৈদৌবগে। ইমানা অদুক লুনা খনবীরিবা করিগীনো ?"

ঐখোয় চৎননবগী থৌরাং তৌরম্মী। অহম্মদনা টেলিফোন পায়খত্তুনা সঞ্জয়দা হয়েংগী এরোপ্লেন্‌ টিকেত অহুম, ইম্ফালগীদমক লৌননবা হায়খ্রে। থবক-ইনখাং পুম্নমক শীন্নরম্মী। প্রোজেক্তকী থবক, কারবারগী অতৈ-অতৈ হীরম পুম্নমক ঐহাক্না সঞ্জয়গী মফমদা য়াম্না চেকশীন্না শিন্নরম্লে। নুংথিল চুপ্পা অদু ময়াম অদুগী চেনবা হোৎনবম্মী। ইমা বীবীসু নুংথিল কদাই-কদাইদনো য়াম্না চৎলুবা মাল্লী।

নুমিদাংৱাইরম ঐখোয় ময়াম পুন্না ফম্মীন্নদুনা চা, থকমীন্নরম্মী। ঐহাক্না "নহাক থবক-ইনখাং য়াওরুখিগনু। নশা অদু ফগৎনবা, কনখৎনবা হান্না হোৎনখো। হকচাংনা মরুনিকো। সঞ্জয়দা ঐনা পুম্নমক শিন্নরম্লবনি। মহাকপু নংনা হেন্না খঙলীবনি। মঙোন্দা শিন্নবদা চিংনীংঙাই করিমতা লৈতে। মহাক য়াম্না চেকশিল্লী।" হায়রম্মী।

তাঞ্জা অদুদা সঞ্জয়না এরোপ্লেন্‌গী টিকেত্‌ অহুম পুদুনা লাকই। ঐখোয় হয়েং শোয়দনা চৎপা লেপ্লে। ৱাখল অসীদি লৈতারমদে, শাথিনা চরাংনবম্মী। য়াম্নমক খোয়রাঙবা, ইহৈ-হৈনীংদবা অমা পোকই। নুংশিরবা মরুপ অমদি ইচল হুস্নবানু কায়নরগনি খনবদা, থম্মোইদা অকনবা চৈফু অমগী চৈনাখোলগুম ফাওরম্মী। অদুবু চত্তবদি য়াদ্রবনি। ইয়ুম, ইরমদম, ইমা, ইপাগী মনাক্তা চৎপবু হৈনীংদ্রিবা অসিসু

করিগীনো ? মসীসু য়াম্না অঙকপনি, ইথন্তা খনফম খঙদে ।

"মরুপকা কায়নরগনি খনবদা, থম্মোইসি হায়ফম খঙদনা অ্যাবা অমা পোকই। নখোয়বু ফীভম অসীদা থাদোক্লম্বা হায়বসীমক ঐহাক ইপাম-পাম দবনি । মরুওইনা নহাক্কী ফীভম অসীগা, থবক ময়াম অসীগা থনম্বা অসী চুমদবনি । অদুবু মরুপ চত্তবা য়াদ্রবনিনা চৎলুখিগে । ইচল ইবেম্মা ব্রারৌগনুকো । ঐগী মরুপ অসী নহাক্কী নফমদা শিন্নরিবসীনি । নহাক্না মাবু নীংথীনা য়েংউ, চেকশিন্না শেন্নৌকো । মহক্কী মশা কনখৎনবা হোৎনৌ, মনীং থুংহল্লুকো ।" হায়না পাওমেন্নবম্মী ।

"দাদা, মহাক্কীদমক নচল লৈজরি করিমদা চিংনবীগনু । ঐহাক থব্রায় থাবা তাববসু মহাক্কীদমক্তি করিমতা চিংনজরোই । দাদাগী অমদি ঐগী ইমান্নগী যাসমীন্গীদমকসু ঈশ্বরদা প্রার্থনা কৎচগে । দাদানা ঐগী মরুপ অসীবু মীরায়বীরোই হায়বসু খঙ্জে, অদুবু থম্মোইদা য়াম্নদি মিপাইজে । মাসু ঐসু লাইবক থীরবী ঙাক্তনিদো ! মহাক্কা কায়নগনি খনবদসু থম্মোই অসী পুবা ঙমদরে । অদুবু ...! লেঙবীকরো, ইমাইবেম্মা, কবিসু তৌদবা ওইসনু । য়ারিবমখৈ থুনা অমুক হনবীরকউ ।" হায়রগা মমীত্তা মপি শীন্থবকই। মখোয় অনি কোন্নদুনসু কপমীন্নরম্মী । যাসমীন্দি ব্রা ইঙাং-ঙাংলমদে, মমীত্তদি পিরাংতনা পুমচোং- চোৎলম্মী।

অহম্মদনা - "মরুপ, পুম্নমক অসী হৌনবনি, করিমতা চিংনরুনু । চৎলুরো, য়ৌবগা মরোল পুম্নমক থুনা খঙহল্লকউ । ইমাগীদমক নীংথীনা হোৎনৌ, লায়েংবদা খুদোংচাননবা 'সিদা পুরক্লবা তৌ । অদু ওইববদি মাঙজৌননা কোল্ তৌরকউ । ঈশ্বরনা চানবীদুনা করিসু থোইদোকপা তৌদবসু ওইসনু । অদু ওইববদি, য়াম্না থুনা লাক্লবসু হোৎনৌ । সোমদা থবক য়াম্না লৈরি । সঞ্জয়না পুববুদি হেন্দোক্লা ওম্মী । অদুবু মাগী মতেং অসী নহাক্লা নত্রবদি... । ফরে মসী অরায়বনি । ইমাগীনা খ্বাইদগী অকুবনি। অতৈ খল্লুরনু, থবক্কীদি করিমতা চিংননীংঙাই লৈতেদা... ।" হায়রবই ।

ইমাবীবীনা - "ইবুংঙো অহম্মদ, হুস্নবানু, লাইবকথীবী অসীবু নহাক্কী নফমদা ইমানা অমুক্কা হন্না শিন্নরবনিকো । মহাক অসে ইমাগী ফিজিগী ললনি খনবীয়ুকো । অদুগা ইমাদি লাইবকথীবী ওইবনা, মহাক্কীদমক অউনপোৎ করিমতা তম্বা ঙমদ্রে । যাসমীন্গীসু করিমতা ঙমদ্রে ।" হায়রগা বানুদা - "ইমাগী ইবেম্মা বানু, নহাকনে নবুংঙোবু ঈশ্বরমক্কী খন্না, লুনা- চান্না নীংগদবনিকো । নবুংঙোনা নুংৎ ইরোইদবা অমত্তা তৌরোইদবনি । খঙলেদনা ইবেম্মা, নহাক্কীদমক নবুংঙোনা...! ইচুং-মনুং কায়নবতা নত্তনা শোইনাইরবা মীশক হায়বদু ওইরবনি । মসী খঙনা চৎকদবনি । মহাকসে নংগীদমক্তি ঈশ্বরমক্কী হায়বসী মতম পুম্নমক্তা কাওরোইদবনিকো ।" হায়রকই।

"অদুগনে, ইমাগী অলমারি মনুংদা উপুমচা অমা য়াওরিবনি । মদু নখোয় অনিদা শিন্নরবনি । মসীনা ইমাগী লৈজবা ললনি । ইমানা ঙমজবা লীক্-কোল্ খরা, শেল খরা

সমাজ সংস্কার অমদি তোল্ল-তারবশিংগী থবক কয়া পায়খৎকঁদবা য়াম্না লৈরি । মরুপ অহম্মদপুদি মীরায়বা য়াবা নত্তে । মহাক্না ঐগীদমক তৌবীরিবসী অতৈ অমনা তৌবীগদবা লৈতে । মরুপ জল্লাল্সু ঐখোয়গীদি ওম্ব্লোক্না নুংশিখ্রবা মরুপ্নী ।

মরুপ অহম্মদনা মহাক্কী মরল্-মথুম্, সম্পতি পুম্নমক মাগা ঐগগী হক্ চপ্ মান্ননসু থন্নীবনি । জল্লাল্নসু ঐখোয়দা পীরিবা মতেং অসী অঙকপনি । মথং তাবদা শবাব্ মহল্দা লৈবী নুপীশিং, অমদি অতৈ কনা লৈজদ্রবীশিংগীদমক মওং চাবা মশা মরোমদোম লেপচবা য়াবা থবক খরসু পায়খৎনবা ঐখোয় খন্নরি । ঐখোয়বু ঈশ্বরনা থৌজানবীরক্কনি হায়নসু খল্লী ।" হায়না হায়রম্মী।

মহাক্না - "ঈশ্বরনা থৌজানবীবা পীনবীসনু ।" হায়রকই ।

"ঈশ্বরবু কাওবা য়াদে । সংসারগী মীপুম খুদীংমক্না ঈশ্বর লৈ হায়বসীমদি অয়াম্বনা থাজনরিদনা ...। মাগী-মাগী ব্রাখলগী মতুংইন্না ধর্ম্ম তোঙানবা, চৎনবী মান্নদবগী ব্রাফম্না অমনি । অদুম ওইদুনসু চৎনবী হায়বসী মফম মতমগী অওনবসু নাইবনি "অদুগা চৎনবী অসি মীনা শেম্বনি । মীয়ামগী য়াইফনবা নিয়ম অদু চৎনবীনি । মীওই খরা কাঙলুপ খরগী নুংঙাইনবগী শেম্বা চৎনবী অদুদি ঐখোয় য়ানীংদে ।"

"অদুবু মতম শাংনা চৎনরক্লবা চৎনবী অসীবুদি করম্না ...?"

"কান্নদে, নংগী থম্মোইদা লৈরিবা চিংনবা অদো থাদোকউ । য়েংওই, 'হম্সে হৈ জমানা' হায়বদো নীংশিংউ । সমাজগী চৎনবী অমা ঐখোয়দগী অমুক হৌরগদবনি । হিয়ুমেনিজম্গী সংসার অমা খঙলেদনা ...!"

মহাক তূম্মীন্না ফন্নী । "নমায় অদু চাকখুম চঙলুবগী হামুক ও-করিও য়েংনীংদে চৎলো । ঐনা হান্নসু হায়খ্রে, মৈতৈ নুপীনা লীক-কোল লৈতেং য়াম্না শীজীন্নদ্রবসু, য়াম্না য়েক-খোৎত্রবসু...! নংবু ঐ মৈতৈ নুপী ওল্লু হায়দে । বানোগী কাদা চঙলগা ফজনা মেক্-অপ্ তৌহল্লগা লাকউ । নুপীগী কেবা-মৌবা, লৈতেং শৃঙ্গার তরাতরুক অমত্তা ব্রাৎত্তনা লৈতেংলগা লাক্কদবনি ।" হায়না ঐনা মঙোন্দা হায়রম্মী ।

মতম পুম্নমক্তা মহাক মেক্-অপ্ তৌদে । লীক-কোল লৈতেং শিদে । করিগুম্বা অব্রা পোৎলুম পুবগুম্বা অমা তত্তনা উই । মতম অয়াম্বদা মহাক্কী অব্রাবা ব্রাখল লোৎননবা হোৎনরিবা অদু ঐহাক তশেংনা নুংঙাইতে । মরম অদুনা ঐহাক মাবু হরাওহনবা, নুংঙাইহনবা পাম্মী । হুম্নবানুসু অব্রা পোৎলুম পুদবা নত্তে । অদুম ওইনমক, মতম অয়াম্বদা অহম্মদকী মফমদা কে-মৌনা, নুংঙাইনা ওইনজবা কেজবগী মতৌ উই ।

ইমা থাজমানবীনা ঐখোয়গী মণিপুরীগী চৎনরোল কয়া য়াম্না, অমদি করি হায়না তাক্লুরবনো খঙদে । মহাক মশাগী কেবা-মৌবা, লৈতেংনচিংবা লোয়নমকসু থাদোকখ্রে। ঐহাক মাবু মথব্রায় নুংঙাইহনবা তশেংনা পাম্মী । মরম অদুনা মাগী মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলগা - "যাসমীন্, ঐনা হায়রীবা অসী অশেংবনি, ঐবু থাজৌ । নহাক্না 'শোল্হ

থবক থৌরম খুদীংমক্তসু অদুক্কী মতীক মচু তারম্মী । লোযননা তোল্লবী, উপাই লৈজদ্রবী অমবু বদনাম্‌গী লৈনাংলক্তগী কনবা ঙম্বগীদমক ঐগী থম্মোইদা অপেনবা অমা ফাওবম্মী । অদুগা মহাক্কী অখাকপা লৈতনা, থম্মোইশেংনা তৌবা সেবা অমদি খোযথুল্লবী খোনফম্না ঐহাকপু পুমশুম-শুদ্ধাংলম্মী ।

ব্রাখল অসীগী ঈথক্তা তাওবদুনা ফল্লীঙৈদা, যাসমীন্ ইমুংগী থবক-ইনখাং লোইবগা চঙলকপা অদু খঙহৌদ্রে । মহাক্না - "করি ব্রাখল তৌবীবিবগে, অমুক চিন্তা তৌবীববো ? কবি ব্রাখলদা লুপ্পীবিবনো ? " হাযবকই ।

ঐনা মঙোন্দা হাইফেৎ যেংই, মখুদাং পাযদুনা চিংশিল্লগা ইনাক্তা ফমহল্লম্মী । মহাক্না ফমথবক্লবদা, মঙোন্দা মুন্না যেংলম্মী । ঐনা মুন্না যেংবদুদা - "কৈনোনে, ঙাওববো ? ব্রা-লানকা অমত্তা ঙাংদনা অদুক মুন্না যেংবীবিবদুবো ?" হাযদুনা নোকফেৎ তৌবগা মমায অদু লুকথখিবম্মী । মতৌ অদো ইকাযবগী মওংনি ।

ঐনা মাগী চোইজাইনববী শল্লাংশিং অদু হাইগৎলগা মঙোন্দা যেংদুনা - "ঐহাক চিন্তা তৌবা নত্তে, ঙাওসু ঙাওদে, চুম্না ব্রাখল অমা খল্লীবনি । হোয়, ঙাওববুদি ঙাওবে। ঐনা ঙাওবীবসী নংগী শক্তম অদুদনি।" হাযবম্মী ।

"কবি ব্রাখল খনবীবিবনো ? অদুগা শকথীবী অসীগীদমক কবিগীদমক ঙাওবীগদৌবিবা.....?" হায়না নোকফেৎ তৌবকই ।

"অসুক ফজবী, অসুক নীংথীবী, নুংশিবগী লাইরেম্বী অসীবু বল্লিগী-হামেঙ ওইহল্লমগদৌই খল্লুবদা, থম্মোই অমদি হকচাংদা তুজুংবা ফাওবকই খল্লল্লীবনি ।"

"অদুক যাম্না নুংশি-চানবীবসী, মতীক চাদ্রবী ঐগীদি খ্বাইদগী লাইবক ফবনি । অদুক হাক্লসু হেঞ্জিন্না চানবীবা অদুবু, নুংশিবীবা...! অদুবু ঐহাক্কী থম্মোইদদি চিংনবগী নোংলৈ-নুংশিৎনা হেন্না কন্না ফুজীল্লকপগুম, হেন্নদুম থম্মোইদা ...!"

"কবিনো নংনা হায়বিবা, ঐবু চিংনবা, থাজদবা...?

"অদোম্বু চিংনবা-থাজদবা...! ব্রাফম অদু নৎচদে, ব্রাখল অদুদি ওন্নরে । ব্রাখল অদুমদি ঐহাক কৈদৌঙৈদসু খঙ্গদে । ঐগী লাইবক অসীবু থাজবা ঙমজদবগী ব্রাফম্নী । ঐহাক মঙ-হাগুম্না থোকই । অদুগা লাইবক ফৈ  হায়নসু খঙ্গরিবনি । শিববসু যারে, তৌবতদি শিবা তাববসু অদোমগী ইনাক্তা শিজগে ।"

ঐনা মহাক্কী মচীলদা খুৎ খল্লগা - "অদুম্না হায়গনু যাসমীন্ ! অদুগুম্বা অদুবু চীন্দা পনবা হৌনবরা ? ঐখোয় নুংঙাইনা পুন্সি লেনমীন্নগদবনি । নশাবু অদুক হম্থনা খল্লীবা করিগীনো ? কান্নদেসে, নুংঙাইতবা ব্রাখল খনগনু হায়না ঐনা কয়ারক হন্না হায়খবে । নুংঙাই-নুংঙাইবা ব্রারি শাশি । য়েংওই, হন্দক্কী প্রোজেক্ত অসী ঐখোয়না হৈ-শিংনা হোৎনববদি, অদুগা লাইবক ফরবদি লুপা কড়োর তরুক-তরেৎতি শোয়দনা, হেন্না তোংগনি । মসীনা ঐখোয়গী মিংচৎসু ওইবা য়াবা মবমশিংসু লৈ । অদুগা ঐখোয়

অদুক য়াম্না পীকথগদবা নত্তে । থম্মোই চাওংথোকউ, ব্রাখল লৈতানা খল্লু । ইংনা, খাঙবা কনবগা লোয়ননা, ব্রাখল খনগদবনি । মীওইবা ঐখোয়দি খাঙবা কল্লগা পুন্সি অসি মহৈ য়ানগদবনি । ব্রাখল ইংথগদবনি, ফিরেপ অমা লৈগদবনি । খুদোংথীবা মতমদা পাখৎলোইদবনি । মায় লৈদুনসু হেক্তা চেনগদবা নত্তে । খুদোংথীবা অদুবু খাঙবা কনবগা লোয়ননা ফিরেপ অমদা মায়োক্লগদবনি । মায়োক্লবা ঙম্লোইদবা লৈরবা ফাওবদা, কিদুনা, পাখত্তুনা হেক্তা চেনবদি হেন্না খুদোংথীবা নংবসু য়াই । নাথৈদুনা লৈরগা খুদোংচাবসু য়েংবা তাই । মায়থীরবা ফাওবদা হনবা লৈতনা হোৎনবা তাবনি । হোৎনরগা খুদোংচাবসু ফংগদবনি । অব্রাবা ব্রাখল থাদোকউসে । কান্নদে, নুংঙাইবা ব্রাখল খল্লু । কবিমতা চিংনরুনু ঐ লৈরিবসিদি । ঐনা নহাক্কীদমক লেপ্লী । অদুগী মথক্তা ঐখোয়না থাংজিল্লীবা খোঙথাঙ অসী সমাজদা ফিদম অমগীদমক্লী । করিগুম্বা পান্দম অমা তানবদা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লবা হায়বসীদি মশানা তাবনি।"

"তাকপীরিবা পুম্নমক অচুম্বা, অফবা পাওতাক ঙাক্তনি । অদুম ওইনমক সমাজগী পল, চৈরাক অসী করম্না মায়োক্লগদগে ? অব্রাৎপা, অশোনবা খিবিক্লা থল্লবদা খাঙবগী শক্তি অদুসু মশা মথন্তা লোইখিদুনা খাঙনবগী পাঙ্গল লৈরক্তে । ঐহাক্কীনি হায়না হন্না য়েংবদা কনাসু উদ্রবনি । ঐহাক্লা হান্নসু হায়জখ্রে । ঐহাক অসীবু কনানো ? ঐহাক্কী ইপা-ইমা কনানো ? হিন্দুরা, মুসলিম্লা ? কদাইদগীনো, করিনো, মরী-মখোঙ হৌবকফমসু খঙদে । মসিদা ঐহাক্লা থম্মোই, পুকচেল করম্না চাওগদগে ? অদুগী মথক্তা কোঠাগী তব্রায়ফ্...! মসীদবু করম্না পুক্লীং ফাথগদগে ? করি য়েংদুনা ঐহাক, সমাজগী মমাঙদা ...? ঈশানা-ঈশাবু শক খঙদ্রবদা, মীয়ামদা করি হায়না শক তাক্কদগে ? ঐগীদি পুম্নমক অব্রাৎপা ঙাক্তনি । মসিদনি মীওইবনা খাঙবা ঙমলক্তদুনা আত্মাঘাত্ তৌনরিবা... !" হায়না মহাক্কী মমীত্তগী মপি তারক্লম্মী।

মহাক্কী ব্রাহৈ 'আত্মাঘাত্' হায়বদুদা শ্বাই লাওই । থম্মোইদা থুক লাওবা অমগা লোয়ননা মহাক্কী মচীন্দা খুৎনা মেল্লগা - "করিনো যাসমীন্ ...? করিনো নংনা হায়রীবা অদো ? অদুগুম্বা ব্রাহৈ অদু অমুক হন্না পনগনু । করি, আত্মাঘাত্ হায়বা... ? ব্রাহৈ অদুবু চীন্দা পনবা হৌনবরা ? ঐনা কয়ারক হন্নসু হায়খ্রবা নত্রা ? নংগী অহল-লমন, ইমা-ইপা কনানো, নং হিন্দুরা, মুসলীম্লা হায়না ঐনা নঙোন্দা হংখ্রবরা ? হংগে খনখিবসু লৈতে, হংসু হংলোই । শেংনা হায়য়ু, নং ঐবু নুংশিদ্রা ?" হায়না হংবগা লোয়ননা মাবু চেৎনা কোল্লগা মকোক্তা তপ্না-তপ্না নাল্লম্মী।

"ঐবু করি হায়না খুম্মু হায়বীরিবনো ?" হায়না মহাক্লা ঐগী ঙক্তা মপাম্বোম অনিনা কোল্লগা লেংবান্দা মকোক্লা ঙারদুনা কপ্লম্মী ।

"নঙোন্দা, নংগী মরী-মখোঙগী ব্রাহং অমত্তসু হংগে খন্দে । নহাক্কী থম্মোইদা

মতম পুম্নমক্তা য়াম্না শাথীনা হন্থবা ব্রাখল অমা লৈরিবদো, মদু থাদোকউ । নংগী নশক-নতৌ, নগুণ্, নংগী কবি ব্রাৎপগে ? নথৌনা লৈয়ু । ঐখোয় হিংমিন্নগনি । হিংনবগীদমক, ঈশাগী হক্কীদমক পুম্নমক মায়োক্লবা তাই । কান্নদেসে, কপকনু, ঐহাক লৈবি । কবিগীদমক অদুক য়াম্না নীঙহন্নবিবনো ? ব্রাখল, থম্মোই চাওথোকপা তম্মুসে । সে, পোৎথাবো তৃম্না থেম্মুসে ।" হায়দুনা ঐনা মহাকপু ঐগী তম্পাক্তা মোন খাঙহল্লগা, মহাক্কী মশম অদু নাম্দুনা থেল্লম্মী । মহাক্কী পিবাংতনা চোংলবী মীৎস্না অনিদুনা ঐঙোন্দা যেংলম্লগা মমীৎ অদু তুকথখিবম্মী । মপাম্বোম অনি অদু তপ্না থাঙ্গৎতুনা, ঐগী ঙকশমদা চেৎনা কোল্লকই, উবীনা উপালদা যেৎপগুম্না ...!

মহাক্না তপ্না - "ঐহাক্কী থম্মোইদা শাথীনা লাঙতক্লবিবা অসী, ঐহাক ঈশাগীদমক নৎচদে । ঐগী ব্রাখলবু লৈতাহন্দ্রিবা অসীমক অদোমগীদমক্তনি । ইশুংলাংগীদমক মাযদা কালী তৈবদা তাবে খঞ্জবদনি ।" হায়বকই ।

মহাক্কী ব্রাহে তাবগা হেন্না-হেন্না নুংশিবকই । মহাক্কী মাযথোং থম্বালবু হন্না - হন্না চুপলম্মী । অদুবু কবি থোক্লগবা খনবদদী লাঙতক্লবনা থল্লম্মী । মকোক-মমৈ শম-বা ঙমদ্রবা ব্রাখল কযা মথং-মথং লাকই । হৌবকফমসু খঙদে, লোইশনফমসু খঙদনা চনৈনদুনা লৈবম্মী । ঐগী ইতম্বাক্তা হীপ্লীবী যাসমীন্, মক্তবী থম্মোইগী মবেম্মা, মিপাই চাওববী ! মহাকপু কনাগুম্বনা ঐঙোন্দগী মুনখিগদৌবগুম ফাওবকই । কবিগীনো ঐগী থম্মোইবু অসুক যাম্না চিংনহল্লীবসীবু ? মহাকপু মুন্না 'সুম যেংলম্বদগী মহাক্কী মাইথোংদা তাবক্লীবা চোইজাইনববী শন্নাংবু অসুম শান্নবম্বদগী, মহাকপু নুংশিনা কোনশিল্লম্মী । অসুম কোনশিল্লি, হেন্না চেৎনা, হেন্না-হেন্না...' পিবাংতনা থুম্ধৎলবী মীৎস্না অনিনা, অমুক হন্না উববোইদবা মতাগুম ঐঙোন্দা যেংলকই । মহাক্কী মপাম্বোম অনি অদুনা ঐহাকপু কোনবা অদু হেন্না চেৎনা কোনশিল্লক্লম্মী । কবি মতৌনো মানা ঙসি তৌবিবা অসীবো ? অদুগা ঐগী থম্মোইদা অসুক যাম্না লাঙতক্লবা ফাওবিবা অসিনা কবিগীনো ? থম্মোই অসীসু মাগী মতৌ অদুনবা খঙদে । পিবাং মবীক অনিদং মহাক্কী মবাযবক্তা তাখিবম্মী । উইশিল্লম্বা মহাক্কী মমীৎ অদু পাঙথোবক্তুনা ঐঙোন্দা যেংলকই । মহাক্কী মীৎযেং অদু ব্রাহংনা থল্লম্মী । মদুগী পাওখুম ওইনা, তঙাংলবী গুলাবকী লৈনাগুম্লবী, লৈহীতনা তনীক্লবী চীম্বাল অমদি ফুগাযনা লৈশাৎ তন্নীবী মাইথোং থম্বালবু থম্মোই পেন্না চীল্লোক্লখি হন্না-হন্না...! অমুক হন্না ফংলবোইদবগুম, মমাঙদসু অমুক্তা ফংখিদ্রিবগুম... ' থম্মোইদা চিংনবা অমনসু হন্না-হন্না ওৎলবি ।

অহীং অদু ফনা থেঙশ্রে । পুমচীক-চীকশ্রে । কবিগীনো ঙসি, ঐগী থম্মোইনা অসী যৌনা শীকথবিবা অসীনা ...? ঐ অসিবু পাঙদ্রবা অমবা ? ফৈ, ননীং তৌনা নৈয়ু । থম্মোইবু মথক-মখা ওনবা মখৈ, পেন্ননবা ওৎলু, ঐহাকপু ! হে নোংদম্বা,

নংনা করি হায়না তম্বীরিবা ? নংনা ঐবু নুংঙাহইহনবীগদৌরিবরা, ৱাহনবীগদৌরিবরা ? ঐ অসী নুপা থোকমদ্রে, করিগীদমক অসুক লুনা খল্লুরিবনো ?

"যাসমীন্, ৱরিমতা চিংনরুগনুকো, চিংনরনু ঐহাকসু নুপা অমনি । নংগীদমক ঐ লৈরি ।" হায়না মহাকপু অমুকসু থেমজিল্লম্মী । মহাক্কী থম্মোইদা হুমজিল্লক্লিবা চিংনবগী নোংলৈ-নুংশিৎ, অমদি খনজিল্লিবা লৈচিলবু করম্না কোকহনসিগে খন্দুনা মদু কোক্লনবা ঐহাক্লা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী ।

*"নুংমিদাংৱাইগা সজ্ঞ্যাগা তিন্নখি,*
*নুমিদাংগা অমম্বগা পুনশিন্নখি,*
*চিকপক-চীকপা, অমম্বগা তিনশীন্নখি,*
*তুমীন্না শমীন নাইদনা লেপ্লীবা,*
*লোল্ থোক্তবা, চীক্লা তুমীন লেপকনু ।*
*নুংশিবা খোয়থুব্রবা ৱাহৈ অমত্তদি হায়য়ুবা,*
*ঙাইখো, লেপখো চৎখিনু, পাওদমলমখো,*
*নঙোন্দগী অচীকপগী নুংশিরবা মরোল...,*
*নুংশিবা লৈনম অমত্তংদি ঐসু খুদোল তমগে,*
*মদুনা অপেনবা ওইয়ুকো নহাক....।"*

য়াম্না কন্না হোৎনদুনা মহাকপু খরদি ইংথহল্লে । তূম্বসু য়াদ্রবনিনা, মাগা ঐগা হৌখিবা ৱারী কয়াবু অমুক হন্না, থোকখিবা থৌদোক কয়া নৌহৌনা নীংশীংনরম্মী । মহাক্লা খবা তপথরবদা, ঐহাকসু খরদং পোৎথাবা ফংবগুম তৌই । নোংঙানগদবসু কুইরম্মরোই । ঙহাক-ঙহাক তূম্বা য়ানবা হোৎনরম্মী । করম্বা মতমদা তূমথখিবা খঙহৌদ্রে । তূম্বগী মথোঙসু নীংথীনা খঙদে ।

ইকুই-কুইদনা অহীং হৌখ্রে । অয়ুক অদু কনা অমত্তা হৈনীংবা উদে । ৱা-লান থোইদোকপা ইঙাং-ঙাংনদে । ঙাংদবা য়াদবা খরমখৈ ঙাংনবা নত্তনা ! মেচিনগুম্না মাগী-মাগী মথৌ পাঙথোক্লে । ব্রেক্ ফাষ্ট চামীন্নরগা চা-নুং থকমীন্নরম্মী । অদুক চারী-থক্লীবা হায়বদুনি । মহাও ইরৈ-লৈনদবগুম তৌই । ৱা থোইনা ঙাংনদ্রবসু থম্মোইনুংদদি অমগা-অমগা ৱারী শাবা লেপ্পদবগুম ফাওই । ৱাহৈগী খোম্থোক য়াওদ্রবসু মীত্তদি লোইনমক ইফাও-ফাওনৈ । পুম্নমক খঙনৈ, ফোঙদোক্লে, পুকমেন-পাওমেন্নে । ইঙ্গিৎনা লোইনমক খঙনবা ঙাক্লী । মসী ওইবা তাই, থম্মোইগী ৱারোলদি থম্মোইতনা খঙই হায়নরিবা ...। থম্মোই মশেলগী ঈঙ্গিৎকী ৱারোল ...!

যাসমীন্গী মচীন্দগী - "হে ঈশ্বর, তশেংনা নং মফম অমদা লৈরবদি, লাক্লগা ঐবু লম্বী তাকপীয়ুবা । সুকুমারজিদি অথোইবনি । অদুগা ঐহাক্তি অদুক্কী মতীক

তোল্লবীনি। ঐহাক্তি মাগীদমক মতীক শুকচা চাদবীর্নি। তশেংনমক মাগী মশাইকোন্দা ঐহাক্কী পুন্সি অসি লেঞ্জবা ফংগদরা ? মসী ঐহাক খঙবা ঙমদে। ঐনা মহাকপু কয়ামুক য়াম্না নুংশিজবগে হায়বদুদি, ঈশ্বর নহাক্না অমদি মহাক্না খঙবীরমগদরা, ঐ খঙদে। অদুমকপু ঐহাক, মাগীদমক মতীক চাদে হায়বদি ঈশামক্না খঙজে। ঐহাক তৌফমসু খঙজদ্রে। অদুমকপু..., হে ঈশ্বর ! ঐহাক্না মরম ওইদুনা মহাক্কী য়ুম, ইমুং-মনুংগী খুদোংচাদবা, অমাঙবা, অনর্থ হায়বদুতদি থোকহনবীগনুকো। মসীখক্তংদি ঐগী প্রার্থনানি।" অসী হায়না মুকম-মুরুম শোন্দুনা লাই খুরম্না অদু ঐহাক মরুমদগী তারম্মী।

মতমদি লেপ্লু য়াদে, অদুম হৌখি। মতম য়ৌশিল্লক্লবদা, হেন্না অৱাবা অমা ওইবকই। চৎপা তাবনিনা ঐখোয় থৌরাং লোইশিল্লি। মরুপ-মপাংশিং খরসু ঐখোয়বু উন্নবা লাকই। সঞ্জয়সু ওফিসকী মী খরগা লোয়ননা লাক্লে। মশক খঙদবা নুপী অহল অমগা ইমা থাজমানবীগা ৱারী-ৱাতাই খবা শাবা উই। ৱারোলদি থোইদোকপা তারুদরে। নুপী অদুনা ইমাদা করিগুম্বা চে-চাং খবা মযোম ওইনা পীরম্লগা চৎখিবম্মী। মকপ-মপাং খবনা ঐখোয়বু থিন্দোক্লম্মী।

ঐখোয় য়ুম থাদোক্লম্লে। পুক্লীং নুংশিবকই। অহম্মদসু ঐখোয়বু থিন্দোকপা য়াওরম্মী। মহাক নাবা ফরকপদগী ঙসিনা অহানবা য়ুমদগী মপালথোকপা নুমীৎনি। সঞ্জয়গা লোয়ননা থবক তৌবা মীওই খরসু ঐখোয়গা লোযনবম্মী। মতম খবা লৈবম্বা য়ুম অদুবু চিংনা য়েংলম্মী। থম্মোই অসী ফুনগৎলকপগুম তৌই। যাসমীন্, ইমা, হুস্নবানু, মখোয়দি মমীত্তা ঈবা চেন্নরম্মী। মখোয় য়াম্না নুংঙাইতনা উই।

ঐখোয় এয়াবপোর্ট য়ৌরে। অমগা-অমগা কায়নরমদাইগী বিদাই পীনবগী ৱাহৈ, পুকমেন-পাওমেন্নবা নত্তনা থোইদোকপা অতৈ ৱাবী শানদ্রে। দৃশ্য অদুমক্তী কায়নবগী তশেংনা অৱাবা শক্তম্মী। লোল যাওদবা থম্মোইগী অচিকপা ৱারোল ঙাক্তনি। ঐখোয়গী লগেজনচিংবগী চ্যেকিং, অতৈ-অতৈ থবকশিং পুম্নমক সঞ্জযগা কর্ম্মচারিশিং অদুগনা তৌখ্রে। বুক্ তৌবা-খোৎপা লোইখ্রে। এবোপ্লেন্গী মতম্, ঈশাগী চ্যেকিং মতম য়ৌদ্রিঙৈদা, ময়াম কোফী থক্তুনা ঙহাক ফম্মীন্নবম্মী।

ঐহাক্না - "মকপ, হকচাংগীদমক য়াম্না চেকশিল্লু, ইচল হুস্নবানুবু লুনা তৌবীয়ুকো।" হাযরম্মী। অমুক হুস্নবানুদা "বানু, ইচল ইবেম্মা, ঐগী মরুপ অসী নহাক্না চেকশিন্না শেন্নীকো। চাবা-থকপা, হীদাক-লাংথক মতম চানা-চানা..., পুম্নমক নহাক্না হেন্না খঙলেদনা। নখোয় কাযনগদবা, খোঙ থাংদোক্লদবা অসী খনবদা য়াম্না নুংঙাইতে। অদুবু করমদি তৌনি ? য়াবিবমখৈ থুনা লাক্লনবা তৌগে, ঐখোয়নে চৎলুখিগে। ঈশ্ববু কাওগনুকো।" হায়রম্মী।

"ইনাও ইবুংঙো সঞ্জয়, নহাক্না পুম্নমক ফননবা শীল্লম্মুকো। মরূপ অহম্মদপু

থৱায় অমদি হকচাং অনিমক ৱাহনবা য়াদে । খুদীংমক অসী নহাক্লা ফননবা শীনগনি হায়বগী আশাদা, ভার পুম্নমক নঙোন্দা শিন্নরগা ইয়াম্বা চৎলিবনিকো ।"

"য়াম্না ফনি সার । ঐহাক্লা ঙম্বমখৈ হোৎনজগে ।"

"নঙোন্দা ঐনা কয়ারক হন্না হায়খ্রে  সার হায়নু হায়না ।"

মহাক্লা - "খঙজরে সার, নো সার, হোয় খঙজরনি দাদা..!" হায়দুনা তৌবদুদা ময়াম মীকুপ অমত্তংদি নোকফেৎ তৌনৈ । ঐনা মাবু কোন্দুনা মনঙ্গদা পোপ-পোপ ফুরম্মী । মহাকপু নুংশিনা নানবীরম্মী ।

এরোপ্লেন্ থৌরাং তৌরে, পেসেঞ্জরশিং প্রোসিদ তৌবীরো হায়না এনাউন্স তৌরকই । অহম্মদকা ঐহাক্কা কোন্নরম্মী । বানুগা যাসমীন্‌গসু কোন্নরম্মী । বানুনা ঐঙোন্দা খুরম্মী । করিগীনো খঙদে থম্মোই অসীদা করিগুম্বা অমনা পানবগুম থুক লাওবা ফাওরম্মী । ঐহাক মাবু মুন্না য়েংলগা মীৎলু ঈরা চেল্লম্মী । মহাকপু কোন্দুনা মকোক্তা নান্দুনা আশির্ব্বাদ পীরম্মী । যাসমীন্‌না অহম্মদতা "আদাব্, অহম্মদসাহেব, খুদা হাফিজ্" হায়দুনা মখোয় অনি, খুরম্বা ওকপা তৌনরম্মী । ঐখোয় মখা তাবা ৱাদি ঙাংনদরে । মীৎনা য়েংনবা নত্তনা, মীৎলুদদি পিরাংনা থুক্নাৎনরম্মী । বানুগা অহম্মদকনা ইমাদা খুরম্মী । ইমানা মখোয় অনিবু কোন্দুনা - "মঙ্গল্ ওইয়ু । বানু নপুরোইবগী সেবা নীংথীনা তৌকো। অহম্মদ, বানুবু নহাক্কী নফমদা অমুক্কসু শিন্নরবনি ।"  হায়রম্মী।

ঐনা - "তাঞ্জানা য়াখিদবগা, ৱাখলনা চরাংনবগা ...! ইচল সাইরাগা, অম্মিজান্, ভাবিজান্‌খোয়দদি পাও পীরমদরে । পুমকাও কাওই । উন্নরমদনা চৎপা তারে । অসঃ খল্লুরগা য়াম্না নুংঙাইতে । ঐ য়াম্না চুমদে, উন্নরম্বদি চুম্বনি । সাইরাদং ফাওবা...। পাওতদি পীরম্বা চুম্বনি । ওম্থোকপা মতৌ হায়বদুনি । বানো নংননে, পাও খরা পীবীয়ু । শাওদনবা নীংথিনা তম্মুকো । ঐহাক চুমদেদা...।"

ঐখোয় প্লেন্‌দা কাখৎলম্মী । মখোয় ময়াম লেপ্তুনা মখুৎ হাইর-হাইরদুনা ঐখোয়বু বিদাই পীরকই । ঐখোয়সু ঙহাক লেপকক তৌদুনা খুৎ হাইদুনা মখোয়দগী বিদাই লৌরম্মী । ৱাখল অসী ইনুং-নুংঙাইতে । তাঞ্জা অদুদা ইচল সাইরাবানু, মীয়াম লেপ্লীবা অদোমদা চেনশল্লক্তুনা ময়াম মরক্তা লেপ্লগা মখুৎ হাইরকই । ঐহাক্কী থম্মোইদা থুক লাওবা অমা ফাওরম্মী । ঐহাক কাখৎলুরগা প্লেন্‌গী সিড়ি থাক অনি-অহুম হন্দুনা কুন্নম্মী । অমুক্কসু কুমগে তৌরম্মী ।

এয়ার হোষ্টেজ লৈশাবী অদুনা - "সার, নো মোর তাইম্, প্লীজ...!" হায়রকই। ঐহাক তাম্না লেপ্লীবী ইচল সাইরানা মখুৎ হাইরিবদু য়েংলম্মী । সাইরানা ঐবু য়েংলগা মমীৎ-মমায় রুমালনা তৈথোক্লী । মহাক কপ্লী হায়বা খঙই, ঐগী মীত্তা ঈরা

ঈহৌরম্মী । ঐহাক য়াম্না নুংঙাইতনা মাবু য়েংলগা খুৎ হাইরম্মী । রুমালনা মায়-মীৎ হাইফেৎ নাম্থোক্লগা খুৎ থাঙ্গৎলম্মী । ইচলবু মতাংচানা উন্নরম্বা, ৱাহৈ খরদা ওইববসু ঙাংন-শক্লদুনা বিদাই লৌনবা, পীনবা ফংদবা..., ঐবু মচা-মনাওগুম লুনা তৌবীখ্রবা অম্মিজান্, ভাবিজান্বু উন্নরমদ্রবা... ! ৱাখল অসী য়াম্না শাথীনা নুংঙাইবমদে । ঐগী মীত্তগী পিরাং মরীক অনিদং তাখিরম্মী ।

অসুম্না ঐখোয অমুক হন্না কায়নবে । খল্লুবগা থম্মোই অসী নীকপগুম তৌখি । ওম্থোক্লা শাথীনা খাঙবা ৱাখ্রবা চৈনা অমা ফংবগুম...! মখোয়সু লৈহৌরে । ঐখোয়সু মখোয খ্বাই পুম্নমকপু থাদোক্লমদুনা, পাক্লবা, লোইখম নাইদ্রবা অহাঙবা অতিয়াদা...। সহব কয়া, খুঙ্গং কয়া, চীঙ-তুবেল, অহাঙবা লবুক-লমহাং কযা লান্না পাইদুনা ইয়ুম মায়কৈ পাংলক্লে । মসীবা ঐখোযগী পুন্সি ? নুংশিববা মকপ-মপাং পুম্নমক কায়নববা ......!! অম্মীজান্, ভাবিজান্ অমদি সাইবাদা পুকমেন-পাওমেন্নবা ফংলমদ্রবা ...! 'হাকপু, ওম্থোক্লা ৱাখঙদে খন্নবমগনি ।



## (২৩)

*"বসকী দুসব্বার হৈ, হর কাম্‌কা ঐসা হোনা,*
*আদমীকো ভী, মৈঁ অসর নহীঁ, ইন্‌সান্ হোনা ।*
*গিরিয়া চাহে, হৈ খরাব্ মেরে কাসানেকী,*
*দরো দীব্বারসে তপ্‌কে, কি হৈ জান্ ।*
*বসকী দুসব্বার হৈ, হর কাম্‌কা ঐসা হোনা,*
*আদমীকো ভী, মৈঁ অসর নহীঁ, ইন্‌সান্ হোনা... ॥"*
*'-মীর্জা গালীব্'*

'ঐখোয় লাক্কনি', হায়না ঙরাং ব্রক্ককোল্ তৌখিবনি । চীন্দগী 'ঐখোয়' হায়বা ব্বাহে অদু থোক্‌খিবদা পাবুং খরা ঙকচানবগুম তৌখি । কোল্ অদু পাবুংনা রিসীব্ তৌরকখিবনি । ঐহাকসু খৌতক চায় । ইম্ফাল তুলিহল্ এয়ারপোর্টতা প্লেন থুংলে । ঐখোয় প্লেন্‌দগী কুমথরম্মী । ঐখোয়বু উবদা পাবুংনা করি..., ঐ খনফম খঙদে । মিহুন তীঙ-তীঙ চোংহই । ড্রাইভরনা, ঐখোয়বু ওক্লম্মী । পাবুং উদে, অতৈ থোইদোকপসু লৈরমদে । ব্বাখল অসী খরদংদি য়াংবগুম তৌই । ইমা থাজমানবী অমদি যাসমীন্‌গা ঐহাক্কা, লোয়নরকপদু উবদা, মহাক খরা ঙকচানবগুম তৌরম্মী । ঐখোয় ব্বাদি থোইনা ঙাংনদ্রে । ঐখোয়গী পোৎ-চৈ য়ৌরক্লবদা মদু গাড়ীদা হাপচিল্লে । ইমাগা যাসমীন্‌গা মনীঙদা ফমহল্লগা, ঐনা ড্রাইভরগনা ফম্মীন্নরে । গাড়ী অদু থৌরক্লে ।

ঐহাক করি তৌগদগে খনফম খঙদে । করি থোক্লগবা মদুসু খঙদে । ব্বাখল অমত্তা থোক্তে, চমন্নে । হৌনবনা করি, হৌনদবনা করি অমত্তা ভাব্ তাদে । লম্বী-লমশাঙ লীকপদু-ঐখোয় ব্বা-লানসু ঙাংনরমদে । ইমাসু, যাসমীন্‌সু তুম্মীন-তুম্মীন লৈনখি । ঐহাক্লসু ব্বা অমত্তা হৌদোক্লমদ্রে ।

যাসমীন্‌বু ঐহাক করম্না...? মণিপুরগী চৎনবীদদি য়ুমদা হেক পুশন্নদে । তিন্নবা মরুপ-মপাংশিংগীদা থন্নগা, অহল-লমন্দা পাও পীরগা, কোন্না অহলশিংনা লৌররগা পুশন্নবনি । মাবু ঐ কনাগীদা থৈরুগনি ? অদুগীসু মথক্কা ঙরাং-ঙহাক্তা চেল্লকপসু নত্তে । থা মরি-মঙা হেল্লবা, মন্দিরদা লুহোংদুনা ঐগী নুপীনি হায়দুনা লৈমীন্নরক্লবীনি । মহাক্কা ঐহাক্কা অমত্তা ওইনা লৈরক্লবনি । মহাক্লসু য়ুমগী নুপী অমা ওইনা থব্বায়-হকচাং য়াওনা ঐগী সেবা তৌরক্লবী ...! মাবু পুরক্লগা, মণিপুরদা ইয়ুম য়ৌরবদা, য়ুমদা পুশন্দ্রবদি, মহাক্লা করি খনগনি ? মখোয়গী চৎনবীদসু ঈশা-ঈশানা য়া-নদুনা লাক্লবদি, অহল-লমন খুরুম্বা হায়বসীদি তৌনরিবনি ।

মহাক্না ঐখোয়গী চৎনবী খঙবসু নত্তে । অদুবু ইমা থাজমানবীনদি শোয়দনা, মরু ওইবমখৈদি তাকলমগনি হায়ববু ...! অদুগীসু মথক্তা ঐনা মাবু কনাগীদা থৈরুগনি ? ঐহাক্না মতম শাংনা মীবমদা লৈববনিনা, নক্লবা মরুপ-মপাং খুদক অসিদা কবম্না ...? মফম খঙদে, ইমানসু কবিমতা হায়দ্রে । ঐনসু হংদ্রে, তাসু-তান্নদ্রে। খন্না-খন্না য়ুমদি য়ৌশল্লক্লে । কবম্না ...?

থোক্লবা অমা লাক্কনি, ঐসু নুপানি । য়ুমদা হেক্তা চঙবা তাই । লম্বী-লমশাঙ লাকপদা, ড্রাইভব, ইমা, যাসমীন্ মখোয কবি খল্লমগদগে খঙদে । ব্রাখলদা উংলিঙৈদা, ভাব তাহৌদনা য়ুম য়ৌবে । ইমা কমদৌবমগদগে খনবগা, ওইবিবা ফিভমগা মিহুল, তীঙ-তীঙ চোংই । গাডী থৌজিন্দুনা শুমাঙগী গেবেজ মপাদা খাম্মী । লৈকায অমদি শাগৈগী অহল-লমন খবসু তিল্লম্মী । ঐহাক শ্বাই লাওই । মাঙলেদনা, ইমাগী মশা ঙমদে হাযবদুবু...? কোকচাওবী ফুং কায, মীত্তা তন্দন পাইবম্মী । ঐহাক কাবদগী যাম্না তপ্না কুমথৈ । গাড়ীদগী কুমথবগা, ঙহাক থম্মোইদা হৌবক্লীবা নোংলৈগী ঈহৌবু ফাথনবা হোৎনবম্মী । অদুম্না হোৎনবিঙৈদা, ইমুংলোমদগী - "ইচা য়ৌবক্লেদনা...!" হাযদুনা ইমা প্রপ্-প্রপ্ চেম্থোবক্লুনা ঐগী ইনাকলোমদা চঙশীল্লকই ।

ঐহাক শ্বব শাংনা হোম্বম্মী । ইথন্তা পুক্লীংদা "হবে কৃষ্ণ" শোল্লি । অদুবু থংনবা মীকুপ্তা, অমুবা লৈচিল মপৈ অমনা অমুক হন্না কুপশিল্লকই । ইমানা ঐগী ইনাক্তা তফিং-তফিং চঙলকই । ঐনা যাসমীন্দা ইঙ্গিৎ তৌবম্মী । মহাক কাবদগী তপ্না কুমথবকই । মাবু হেক উবদা ইমাগী খোঙফম চপ লেপ্পী । যাসমীন্গা ঐখোয অনি চঙশীন্দুনা ইমাগী খোঙশোক্লা খুবম্মী । ইমাগী খোঙফম খবা তুংলোমদা হন্দোকখিবম্মী । ঐখোয যেংনবগা তৌফম খঙদনা তুম্মীন্না লেপ্পুনা লৈনবম্মী ।

তাঞ্জা অদুদা পাবুংসু ইমুংলোমদগী - "কদায, ইচা লাক্লে, হাযবা... ?" হাযদুনা প্রপ-প্রপ থোবকই । ঐখোযবু উবদা পাবুংগী খোঙথাং চপ লেপখি । ঐখোয অনি চঙশীন্দুনা পাবুংগী খোঙ শোক্লা খুকমগে তৌবদা, পাবুংগী খোঙফম খংহন-হন্দোকখিবম্মী। ঐখোয অনি তৌফম খঙদনা হাইফেৎ অমুকসু যেংনবগা লু-লুকথদুনা লৈনবম্মী । তিল্লল্লীবা মযাম অদুসু তুম্মীন-তুম্মীন অমগা-অমগা মুকম-মুকম, চিবোন-চিবোন, কবি-কবিনো ঙাংনবম্মী ।

অসুম লেপ্পুনা লৈববদি কুম্মৈ ওইবনি । ঐহাক্তি নুপানি, ইযুম্মী । খবগী মখৈদি খাঙবা ঙম্বসু যাই । মহাক্তি নুপীনি...!? খল্লীঙৈদা..., মফম-মবাং অমত্তা খঙহৌদনা। "মহা চঙালগী মচা, মপা-মমাবু চঙহাৎ-হাৎপা ঙম্বা, শাগৈ-নাতৈ চেম্থবা, নোবোক তাবা...! নংতা হাৎলগা লোইবে ...!" হাযদুনা ঐঙোন্দা খুপাক্লা, খুৎতুম্না লেপ্পুনা পঙফুদা ফুজীল্লকই । খজাই, চূবা, খদাঙ, নাতোন্নচিংবদা পঙথাদা থাজিল্লকলম্মী ।

ইমানা চেনশীল্লক্রুনা - "মীগী মমাঙদা অদুম্না হৌনদে...!" হায়দুনা পাবুংবু খাম্বা হোৎনরম্মী । কদোম্নদগীনো খঙহৌদে, দারীদা ঙারম্বা, অহলগী চৈশু লীচৈ তুগোনবী অমা তাপ পায়খৎলগা, ঐগী নক্তদা শেৎ-শেৎ-শেৎ পংকন্দা কহুরকই । উপাই লৈতে, ঐসু ঙম্বমখে তুম্মীম্না খাঙলম্মী । ফুবা লেপ্তে, ঐ খাঙবা ঙন্নক্রদুনা খুরু-খুদক কুম্থরম্মী । ইমানা খাম্বা অম্নদি চৈ অদু মুনবা হোৎনরম্মী । পাবুং শাওখিবনা মৈ হৌরম্মী । হন্না-হন্না ফুরক্রম্মী । ইমাগা চৈ মুন্নবদা নাম্থোরকপা চৈ অদুনা ঐগী লাইবক নাকচিদা হাইফেৎ শাথীরবা চৈফু অমা য়েরম্মী । ইমাদসু চৈ মতোন্না খরা শোক্লম্মী । ইমানা ঐবু কোনশিলম্মী । ময়াম্না পাবুংবু ফাজীন্দুনা খামগদবগী হোৎনরম্মী । ঐগী লাইবক্তগী ঈ থোক্রুনা লৈপাক্তা তপ-তপ তারকই । ফি-রোল, ফুরিৎ পুম্নমক চেম্থরকপা ঈনা পুমতৈ-তৈরম্মী ।

ইমা থাজমানবী কারন্দগী কুমথরক্রুনা ঐহাকপু কোনশিনবীরম্মী । ইমাবু হেক উবদা পাবুংগী, চৈ মুন্নরম্বা, ঐঙোন্দা ফুগদবগী হাইগৎলম্বা চৈ, পায়রম্বা খুৎ অদু তেক্লবগুম, চৈশু অদু লৈম্নায়দা তাখিরম্মী । ইমা থাজমানবীনা পাবুংগী মনাক্তা চঙশীন্দুনা - "অঙাংশিংনা ব্রাখল থেনবদগী থোকপ্নবনি । লানখিবা পুম্নমক ঙাকপীগনী ।" হায়না চপ লেপ্তুনা লৈরিবা পাবুংগী খোঙ শোক্লা খুরম্মী ।

পাবুং পুমঙক-ঙক্লা - "নং-নংগী নচানুপী..." হায়রগা মীৎ-না চপ য়ুংখক্রুনা যাসমীন্দা মুন্না য়েংলম্মী । "বীম্বু-বীম্বু..!" হায়রগা কোক পায়দুনা ফমথখিরম্মী । করি-করিনো মুকুম-মুরুমসু শোর্নখি ।

"ব্রাখল অদুদি ওন্নবে । অদুগুম্বা অনর্থ অদুদি কদাইদগী...!" হায়না ইমা থাজমানবীনসু তপ্না হাযবম্মী । পাবুং শকফম হঞ্জিনখিরম্মী । ঐহাক ঙকসু ঙকই । নুংসু-নুংঙাইবগুম তৌরম্মী । থম্মোইদা, ব্রাখলদা..., ঐহাক্লা খনখিবা, চিংনখিবা পুম্নমক নোংথাংগুম্না খংঙাল-ঙাল্লকই ।

লেপ্তুনা লৈরম্বদগী, ঈখঙ-খঙহৌদনা যাসমীন্..., শুমাঙ অদুদা লোংনা হাইথরকই । তান চাকবা হায়বদুনি । মহাক্তা ঐহাক্তা নক্লনা লৈরম্বদগী, ঐহাক্লা ফুক হৌগক্তুনা কোনশিলহৌদুনা লৈমায়মক্তি য়ৌহৌদ্রে । মহাক জ্ঞান্ মাঙদুনা ব্রাম্থখিরম্মী । ঐহাক্লা মাবু ফৈবম্নরগা তৌফম খঙদনা লেপ্তুনা লৈরম্মী । করিনো ঐনা তৌগদবা...? চঙশীনবসু হ্নদ-হন্দোকপসু ঙমদা, উ য়ুংবগুম্না চপ য়ুংদুনা লৈরে । ইকাইবা নংবা, পেন্দবা, চৈফু-চৈনা মরক্তুদা কপ্লীংবা অমা পোক্লকই । করিনো যাসমীন্ মংনা মতাং অসীদা...?:মীত্তগী পি তাল্লক্লম্মী । খোল থোক্লা কপনীংলকই । ঐহাক য়াম্না কম্না, কপ্পদি খাঙবা লাক্লবম্মী । হে ঈশ্বর ...!

":ইবুংঙো:নুপামচা, লাকও-লাকও । নুপীমচাদু ব্রাম্থখরে । মাবু হান্না অমুক্তা

লায়কন্নখিসি । পুরো, পুশল্লো, নংগী কাদা অমুক্তা হান্না পুশনখো ।" হায়দুনা ইমানা মমৌবু হাইফেৎনা কোনবোই,করিওই তৌরদুনা, ঐবুসু কোনবীরগা ঐহাক্কী কারোমদা পুশনমীন্নরম্মী । মহাকপু ঐগী ফম্মুংদা তপ্পা থমদুনা হীপহল্লম্মী । ইমা থাজমানবীসু তপ্পা ঐখোয়গী তুংইন্দুনা ঐগী কাদা চঙলকই । ইমানা, মহাক্কী লবাইদা ঈশিং য়েবীরম্মী। ইমা থাজমানবীনা মখোঙ-মখুৎ নোইবীরম্মী । মহাক জ্ঞান্ পাক হেক তারক্কদবা মান্দে । ঐ করি তৌগনি, তৌফম খঙদনা ফুম্বংনদুনা চপ য়ুংনা মাগী মাইথোং অদুদা য়েংদুনা লৈরম্মী । ফনা কুইরবা ফাওবা জ্ঞান্ তাবক্লবা অদুদদি মণ্ডল-মণ্ডল খল্লকই ।

মহাক্কা ঐগা হরাও-তযাম্না হিংমীন্নগনি খল্লুবা অবেম্বা ওইরগদবা... ? ঐগী ফম্মুং অসীদা ঙসি মহাক্কী অরোইবা য়াহীপফম ওইবদা তাশ্রবোইরে । ঈশাগী শোক্লীবশিং অদুগী চৈনা অমত্তা ফাওদবগুম তৌই । মপানগী চৈনাদগী নুংগী চৈনাখোলনা হেনজিল্লক্লম্মী । পাবুংনা চৈখিবা মীচৈসু নাকোংদা হন্না-হন্না তাবকই । থম্মোইদা অকনবা চৈফু পীবগী চৈনা ফাওরম্মী । ঐনা মহাকপু কবিগীদমক পুবক্লববা...? ঐগী পুন্সিদা পাবুংনা ফুবদি লাযবদুনা অমুক্তা ফাওবা চৈ-থাংবা, ঐ খঙখিদ্রি । ঙসি অহানবা ওইনা..., অদুগা খুৎফম, চৈফম তানা...! পুক্লীং অসী হেন্না নুংশিবকই । ফবে, মহাক্লা কবিগুম্বা ফত্ত-নুংদা হেক থোক্লবা...! ঐহাকসু কৈনো অমা হেক্তা তৌবগা শিবগে হায়না, ব্রাখল অসী চপ য়ুংনা লেপলম্মী ।

মিনিট তরামঙা-কুনলোমগী মতুংদা মহাক স্বব তপ্পা-তপ্পা লাক্লম্মী । মমীৎ অদু য়াম্না তপ্পা পাঙথোরকই । মহাক্কী মমীৎনা ঐবু কোইথি-থিবগুম তৌবম্মী । ঐবু উবদা মহাক হৌগৎকে তৌবম্মী । অদুবু হৌগৎপা ঙম্বগী শক্তি য়াওদ্রে । ঐনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফমথবম্মী । মহাক্লা মখুৎ অদু তপ্পা, য়াম্না ব্রানা থাঙ্গৎতুনা ঐগী লাইবক অমদি চীম্বালদা নান্দুনা তৈথোকলম্মী । মাগী মখুত্তা ঈ তৈবকপদু উবদা, হৌজিক্তদা শাথিরবা চৈনাখোল অমগা অমুক নৌনা ফাওরকই । মহাকসু মমীৎ উইশিন্দুনা চৈনা অমা খাঙবগুম তৌরি । মমীত্তগী মপি মরী-মবী খজাইদা চেম্থবকই ।

ইমা, করম্বা মতমদা থোকখিবনো খঙহৌদে । ঐখোয় মখা থংবগী পাবুংতোনগী মচানুপী, ইচল মেমচৌবীগা লাকমিন্নরম্মী । ইচলনা ঐঙোন্দা য়েংলগা - "তামো, নচল অমুক্তা য়েংজগে । ইমাচৌবী, তামোগীসি খরদি ফোৎপা তারে ।"

ইচলনা লাইবক্কী অশোকপা মফমশিং চামথোক্লুনা ফোৎলম্মী । অতৈ-অতৈ মফমশিংসু হীদাক-লাংথক তৌরম্মী । ঐঙোন্দা য়েংলগা যাসমীন্গী মমীত্তগী পিরাং শীম্থরকই । মহাক অমুক হন্না জ্ঞান্ মাঙবগুম তৌখিবম্মী । ঐনা মাবু মশা নোমদুনা, কোন্দুনা ফনা কৌই, মহাক তাদ্রে । ইমা থাজমানবীগা, ইচলগনা যাম্না কন্না সেবা হোৎনরম্মী । য়াম্না কুইনা হোৎনববা মতুংদা মহাক জ্ঞান্ অমুক লাকই । ঐহাক ফম্মাঙদা

লেপ্তুনা তৌফম খঙদনা লৈরম্মী । কোক শাথীনা ঙাওরকপংঙুম তৌই । মীং অসীসু তন্দন-পাইরম্মী । মফম-মরাঙ খঙহৌদনা ঐহাক তুশল্লম্মী । ইমাগা, ইচলগা, ইমা থাজমানবীগনা ঐবু কোনখৎলি, ঐহাকপু সোফাদা হীপথহল্লম্মী, ইচলনা হীদাক কাপ্পী। ঐহাক মীৎ উইশিন্দুনা ৱাখল লৈতাদনা লৈরি ।

ইচলনা যাসমীন্বু য়াম্না চেকশিন্না য়েংলবা মতুংদা তপ্না "তামো, ইনম্মসি মশা ৱাই শংদ্রে ।" হায়রকই । থম্মোইদা করিগুম্বা মওং অমগী নুংঙাইবগী ঈহুল অমা ফাওরক্লম্মী । করিনো খঙদনা ঐহাক যাসমীন্দা য়েংলগা নোকফেৎ তৌরুই । মহাক্তি ঐঙোন্দা তঙক-তঙক য়েংলকই । ইমাদি মমীৎ-মনা লংখৎলকই । ইমা কাদগী থোকখিরম্মী । ইমা থাজমানবীনা মখুৎ লোন্নরদুনা ঈশ্বরবু খুরুমজরম্মী । নোকফেৎ তৌরদুনা যাসমীন্গী মনাকোংদা লোন্না করিনো খরা হায়খি । যাসমীন্গী পিরাংনা চোৎলবী মাইথোং অদুনা ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলকই । মহাক্কী মীৎয়েংদা মঙাল অমা ঐনা উরম্মী । মহাক ইকাইরবরা করিনো মমীৎ অনি অদু উইশিনখি । মহাক্কী থম্মোইদা করিগুম্বা মওং অমগী নুংঙাইবা ফাওবগুমদি তৌই । অদুবু ঐখোয়গী চিংনবগী লৈচিলনা মায়কৈ কয়াদগী নোংলৈ-নুংশিৎকা লোয়ননা হুমজিল্লকই ।

ইচলনা - "তামো, ইনম্মগী মশা অসী য়াম্না শাথীনা শোঙ্খ্রে । খরা নীংথীনা চোক্ তৌবা চুমগদ্রা হায়না খল্লী । য়ারগদি হোসপিতাল্দা পুরগা ফজনা চোক্-অপ্ তৌরগা লায়েংথোকহৌবনা ফগনি । মশা চোকথরিবা অসীসু কনখৎনবা গ্লুকোজনচিংবা কাপ্পসু চুমগনি । নত্রগদি হেন্না শোঙ্খখিবা, শোকচিনখিবা য়াবগী চিংননীংঙাইসু ওই । তামোখোয়, ইমাচৌবীখোয়না য়াবীনীংদ্রগদি, ঐনা য়াম্না কন্না হায়জবদি ঙমদে । অদুবু য়েংহৌবনা তুংদা অফবা ওইগনি হায়না খঞ্জে । করিসু থোইনা অকায়বদি উদে । অদুম ওইনমক মতাঙ চানা চেকশীলহৌবতনা তুংদা য়াইফবা ওইগনি ।" হায়রকই ।

ইচলনা হায়রীবসী চুম্বদি চুম্মী । অদুবু ঐহাক চিংনবা অমসু পোকই । ঐনা ইচলদা তপ্না হংই - "য়েংওই ইচল, তামো ৱা অমা হংগে । নংনা হায়রীবসীবু, ইমাচৌবীখোয়না শেরান-তুরান...! হায়বদি এবোরসন্, অঙাং মাঙহন্নবকা...?"

ইচলনা ঐগী ৱা লোইদ্রিঙৈদা - "করি ৱানোদা তামো...! ৱাফম অদুবু কনানা...? অদুগী মথক্তা মসীগী ৱা অসী কনাসু খঙনরমখিরোই । খঙলীবা হায়ববু কা অসীদা লৈরিবা ঐখোয়গা ইমাচৌবীগদনি । ইমাচৌবীসু হৌজিক্তা মপাল থোকপ্ত্রি । কনাগসু ৱারী-ৱাতাই অমত্তা শা-নদ্রি । ঐহাকসু লাকপদগী মপাল থোক্ত্রি । তামোনা মওং অমদা খনবীরে । হোয়, পাখত্তুনা ইনম্মা ৱাঙ্খদ্রে হায়নবুদি হায় । অদুবু স্তান্ তাহৌরেসু হায় । ইমাচৌবীনা ঐবু কৌরবদি তামোগী অশোকপা য়েংনবগীদমক কৌরবনি । ঐহাক তামোগা পোকমীন্নবা নত্রবসু ঐদি তামোবু পোকমীন্নবা ইবুংগুম্না খঙ্গরিবনি । ইমাচৌবীনা

তামো শোক্লে হায়বা তাবদা ঐ চেঞ্জবক্লীবনি । চহী কযামুক উন্নব্দ্রবা মতুংদা ঙসি অহানবা ওইনা উন্নবিবনি । নচলবু থাজবীয়ু তামো । ইমাচৌবীখোয়না অমদি অতৈ কনানা, হায়বে হায়নসু লৌবসি । অদুবু ফনা হায়জববসু ঐহাক তামোগীদমক, নচল পাম্বোম তিংজবমগে । ঐনা ঙস্না খুদীংমক হোৎনজগে । নচলগী শিনফম অসী মীওইবগী সেবাগীদমক্তনি । শেল তানবগী ব্রাখল ঙাক নৎচদে । মসিদা পুকচেল শেংবা, মিনুংশি, থৌজাল, অখাঙ কনবা, ইথৌমশক খঙবা, অচুম্বগীদমক শিবা কিদবা, নীংহন্নদবা, অসীনচিংবা কয়ামুক দবকাব লৈ । ডাক্তবগী শিনফম হাযবসী শেলগী ঙাক খনগদবা নত্তে, সেবাগী ব্রাখলদা তৌগদবনি । হোয, ঙসিগী মণিপুব সমাজদদি ডাক্তবশিং অসী শেলগী ঙাক খনবগুম তৌবে । মখোয লাইগুম্না ঙাক মশানা-মশাবু খন্নবে । নাবিবা মীওইশিং অদু মখোযগী থৌজালদা লৈবগুম তৌবে । শেলগী ব্রাখল ঙাক্তা তৌনবে, সেবাগী ব্রাখল, মিনুংশিদি লাপথ্রে । নচলগী ব্রাখলদদি মদুমক্তি লৈজদে । ঐগী সেবাদা মীনা পেনবীবা, হবাওজবা, নুংঙাইজবা অদু পামজৈ । নচলবু থাজবীয়ু, কবিমতা চিংনবীগনু । তামোগীদমক নচল লৈজবি ।" হাযবকই ।

"ফবে, অদুদি ঐ নহাকপু থাজদুনা নঙোন্দা পুম্নমক শিন্নগদৌবিবনি । নংনা ফগনি হাযনা খনবদো, তামো যাবে । নংনা ফননবা তৌবো । নহাক্লা ফৈ খনবা হোসপিতাল্ অমদা পুবগা যেংলসি, চৎলসি ।" হাযনা ঐনা হাযবম্মী ।

"ইনক-নক্লা, ঐখোযগী মনাকসিদা, তামো নিবঞ্জন্গী ক্লিনীক্ অমা হাংলে । ঐহাকসু তামোগী অসিদা য়াওজবি । মদুদা পুবগা নীংথীনা অমুক্তা যেংথোক্লবা তৌসি । নকসু নকপা, অদুগা সেবা-লাংবাসু নচলনা তৌজববদি খুদোং চাবনিদনা ...। পুম্নমক্কীসু খুদোং চাগনি হাযনা নীংই ।"

"নংনা ফননবা শীল্লো । তামোদি ব্রা যাম্না ঙাংনীংদ্রে ।"

"ইমাচৌবীখোয়গা হাইফেৎ তান্নবদি চুম্ববা হাযনা খল্লী । মখোযনা যাবীবে যাম্না ফবে, য়াবীদ্রবসু নচলনা ফননবা শীঞ্জগে । ইনম্মগী মশা অসী যাম্না শোম্থবে, মযেং শাথীনা তাবে । তৃম্বা-চাবা ব্রাৎপতা নত্তনা ব্রাখলনা শোম্থবসু মাল্লি ।"

"খঙদে, নঙোন্দা শিন্নবিবসিনি । নংনা ফননবা নীংথীনা হোৎনৌ । খবা থুনা পুবসি, চৎসিনে ।" হাযনা ঐনা ইচলদা হাযবম্মী ।

ঐগী লৈতাদবা মতৌ অদুদা ইচলনা - "তামো তপথবীখো । নচলনা পুম্নমক শীঞ্জগে । অদুগা তামোসু পোৎথাবা দবকাবনি । তামো যাওবীদ্রবসু যাগনি । কবিমতা চিংনবীনু নচল লৈজবি ।" হাযনা মহাক্লা হাযবকই ।

মহাক্লা যাসমীন্দা - "ভাবি, ঐহাক তামোগী মচল নুপীনি । ঐগী মিং মেমচৌবী কৌই । ময়াম্না ঐবু ইচল হাযনসু কৌবী ।" হাযনা শক তাক্লদুনা হিন্দিদা ব্রাবী-ব্রাতাই

শানৈ । ইচলনা মখা তানা - "ভাবি আপ্ বহুত শুন্দর হৈ ।" হায়রগা ঐঙোন্দা ওনশিল্লকুনা - "শক য়াম্না ফজেকো, অদুনা ঐখোয় তামোনা, অদোমগী ফজবা অসীদা চান্ননা ঙাওরবা ওইরমগনি ।" হায়দুনা মখা তানা মনম্মদা লঙনরম্মী । যাসমীন্ মেমচৌবীদা য়েংলগা চীন্বাল নাকচিদা হাইফেৎ মোমোন তৌরম্মী । অদুবু কুইদে য়াম্না থুনমক শকফম হঞ্জিনখি ।

যাসমীন্না - "আপ্ভী বহুত সুন্দর হুঁ ।" হায়না হয়রকই মখোয় অনিগী মতৌদা ইমা থাজমানবীসু মাইথোং খরা মকালাম্বগুম তৌই । ইচলগা ইমা থাজমানবীগনা যাসমীন্বু খরদি ইংথহল্লে । অদুবু মহাক ইনুং-নুংঙাইতনা উরম্মী ।

ইচলনা - "তামো, ইনম্মসি মশক শাথীনা ফজেকো...!" হায়না ঐঙোন্দা অমুক্কসু লঙনরকই । ঐ ব্রাদি ঙাংদনা ইচলদা য়েংলগা মীৎ শুকই । অদুবু ইচল থোইনা থৌশারমদে । মহাক মোমোন নোক্কুনা ঐঙোন্দা লঙনবা তোক্তে ।

"ইচল, তৌগদবা থবক তৌ । মতাঙ অসী ফাগিগী তাঞ্জা নত্তে । নংনা ফননবা শীনগনি হায়বদাই । য়েংওই, অমরোমদা ঐহাক ইরাল লৈরবা অমনি ।"

"তামো, নচল লোইনমক খঙজরে ।" হায়রগা মহাক শকফম হঞ্জিল্লী । ইচলনা ইমাখোয়গা তান্নরগা যাসমীন্বু নর্সীং হোম্দা পুননবা শীল্লম্মী । মরক অদুদা ঐহাক লাইহৌগুম্বা অমসু কন্না তৌরক্লী । ঈশা অসী মৈদগী হেন্না শাগৎলক্লে। ইমাখোয়সু তশেংনা থম্মোইশেংনা য়ারিবরা, করি-করি খনবা লৈবনো খঙদ্রে । ইচলগী ব্রাফমদা য়ারে । মহাকপু পুবদু ঐসু চৎকে হায়না হৌগৎলম্মী । হকচাং অসী মওং অমা তৌরম্মী । চুম্না লেপ্পা ফাওবা ঙমলক্তে । ইচলনদি ঐহাকপু "তামো হীপুনা লৈবীয়ু, হৌগৎপীগনু । খরা পোৎথাদবা য়ারোই ।" হায়না কন্না হায়বনি । ঐহাক তুশনগে তৌরম্মী । তপ্না অমুক যাসমীন্গী মনাক্তা ফমথরম্মী । যাসমীন্দা - "চিংনগনু ঐ লৈরি । নশা অদু চোক্ অমুক্তা তৌথোকউচো । ইচলনা পুম্নমক ফননবা শীনগনি । ইমা চাঁন্দবীবী নহাক্তা লোয়নগদবনি ।" হায়রগা মহাকপু নানবীরম্মী ।

ঐহাক্কী কোক অসী উরু-উরু লৈরম্মী । তন্দন পাইবগা লোয়ননা জ্ঞান্ মাঙবগুম্বা অমা তৌরম্মী । হকচাং অসীসু শীনবা থুংনা চীকলম্মী । শাথীনা চৈনাখোল ফাওরকই । ঐহাক চৎপা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে ।

পৃথিবী অসী মথক-মখা ওনবগুম তৌরম্মী । লাইহৌগা লোয়ননা হকচাং শীন-থুংনা চীকপা-শাবগুম্বা ফাওরকই । লাইবক নাকচিগী অশোকপা মফম, ইচম্না ফোৎখিবা অদুসু শাথীনা চীকপা-নাবা ফাওই । নঙ্গল, নাতোন, চুবা খজাই, ফৈবাক, খুবোম্ন-চিংবদা শাথিনা পোল্লম্মী । উনশা তৎতুনা ঈ থোকপা মফমশিংসু য়াওরম্মী । হৌজিক্তা হকচাংদা চৈনাখোল লাকপগুম তৌরকই । ঐহাক হৌগৎকে হায়না হোৎনরম্মী । অদুবু

হৌগৎপদি ঙমদ্রে । ইমানা ঐবু কোন্দুনা নীংথীনা হীপহল্লম্মী । ঐহাক মাবু খিন্দোকপা য়াওগে খনবনি অদুবু কবি উপাই লৈবি ! ঐ তৌফম খঙদে, ঈশা-ইথন্তবু শাওনিংলকই । ঐহাক জ্ঞান্ মাঙলম্মী, মফম খঙখিদ্রে । মঙ-হাগুম্না মপান্দা ব্রা ঙাংবগুম্বদি হাইফেৎসু তাবম্মী । পুম্নমক মঙ-হাগুম্না তৌখিবম্মী ।

ঐনা জ্ঞান্ তাবকপদা ইমানা নুংশাথীবগা লোয়ননা, ঐবু অদুক্কী মতীক নুংশিনা কোন্দুনা থেম্মী । "পাবুংগী অশাওবা হেনমনখিবনা নহাকপু ফুবকপনি । পাবুংগী শাওবা খবদং ইংথনবা তৌকো । নুপীমচা অসীগী কবিগুম্বা ফত্তবা, খুদোংচাদবা অমত্তা থোকহল্লোই । নহাক নীংথীনা পোৎথাদুনা লৈয়ু ।" হায়না ঐবু কন্না থেল্লম্মী । ঐ চৎনিংই হায়দুনসু হৌগৎপা ঙমদ্রিবনিনা উপাইদি লৈত্রে । ইমাগী যাথং ইনবা নত্তনা কবি তৌগনি ! ঐহাক্কী থম্মোইদা যাসমীন্‌বু মীকুপ অমা ফাওবা ইনাক্তংগী লাপথোকহন্নীংলমদে । অদুবু হৌজিক কবিনো তৌগদবা ?

লাইহৌনবা, পেন্দবা, নুংঙাইতবনবা হকচাং অসী নীল্লম্মী । ঈশা অসী শীনবা থুংনসু মৈ হৌবগুম, নুং-পান তূনা শাবম্মী । ব্রাদী থোইনা ঙাংনদ্রে, মীৎনা অযাম্বা ঙাংনবে হায়বা তাই । হকচাং পুম্বা পুমতেক-তেকই । কোক্তা শোকখিবা অদু ঈ যাম্না থোকখি । মদুনসু ওইবা য়াই । যাসমীন্‌বু ইমা থাজমানবীগা, ইচলগগী মফমদা, ব্রাদী ঙাংদনা মীৎনা ইঙ্গীৎ তৌদুনা শিন্নবম্মী । মীত্তগী পি মফম খঙদনা তাবক্লম্মী ।

ঐনা তপ্না "য়েংওই, যাসমীন্, নংগা লোযনদুনা চৎনীংবনি । অদুবু ঐহাক হৌগৎপা ঙমদ্রে । নহাক্কী নশা অদু চ্যেক্-অপ্ তৌথোকলুবো । ইচলগা ইমা থাজমানবীগনা নহাকপু শেন্নগনি । কবিমতা চিংনগনু ঐ নংবু ঙাইবমগে । লাপ্না চৎকদবসু নত্তে, ইনক-নকপদনি । ইচল অসী ঐগী যাম্না থাজবা মীশক্লী । নংগী দবকাব লৈবা খুদীংমক মঙোন্দা হাযযু । নং যাম্না থুনা লাকউ ।" হাযনা হাযবম্মী ।

মহাক ব্রাদি অমত্তা ঙাংলমদে । মমীত্তনা য়েংলকই । ঐগা থাদোক্লবা হাযবসী মহাক কয়া যানীংদে হাযবা খঙই । মাবু চিংনদনবা, ঐগী ইতেং পাংদুনা ইমা থাজমানবীগা ইচলগনা থেল্লম্মী । মতৌ অদুম্না মাবু থাজহন্দুনা, থেমদুনা লাযেংবা চৎহনখ্রবদা... ! থম্মোইদা অকনবা, শাথীববা চৈনা অমগা লোয়ননা, হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমদনা ফম্মুংদা যাতাদুনা লৈহৌবম্মী । লাইহৌগা কোন্ননা অমুক-অমুকসু জ্ঞান্ মাঙলম্মী । ঈশা পুম্নমক হুমাংনা পুমচোৎ-চোৎলম্মী । ইমানদি ঐবু সুকথা-থাদোক্তনা, চেকশিন্না শেন্নবীবম্মী ।

ইমানা - "মেমচৌবী কৌকগে ।" হায়দুনা চৎখি । ইকুই-কুইদনা ডাক্তব বমেসকা লাকমীন্নবম্মী । ইচলনা মাদি মনম্মবু থাদোক্লীংদ্রে, হাযদুনা বমেসপু থাবকপনি । ডাক্তবনা হীদাক কাপ্পন্নগা হনগ্রে । পাবুংসু ঐগী অশোকপশিং অদু যেংলম্মী । ব্রাদি কবিমতা ঙাংদনা, নুংশিনা অমদি যাম্না নুংঙাইতবগী মওংদা নানবীবক্লম্মী । পাবুংগী মমীত্তা ঈবা

চেনবগুম তৌই । ঐগী ওইরিবা ফিভম, ইমাগা, পাবুংগনা ওইরিবা মতৌ, খল্লুবদা মীত্তগী পি তারক্লম্মী । মপা-মমাবু নুংঙাইহনবা, মনীং থুংহনবা ঙমদ্রবা, মখোয়বু ব্রাহন্নবা, মীমাঙদা ইজ্জৎ মাঙহনবা মচা হায়বদু ওইরবনি হায়বা ব্রাখল অমা...! ব্রাখলনরা, লাইহৌনরা, হীদাক কাপ্লম্বা, অদুনরা খঙদে । ঐহাক অমুক হন্না জ্ঞান্ তাখিদরে । অদুমক তৃমখিবরা কৈনোমা...!

মীকপ থোরকপদা নুমিৎ তারম্লে । হৌগৎকে হোৎনবদা ঙম্লমদে । ঐহাক য়াম্না শোম্থখ্রে । হকচাং অসি শীন-থুংনা পুমনা-নারম্লে । পুমতেক তেকই, অমুক্কসু হৌগৎকে হোৎনৈ, ঙমদে । ইমা থাজমানবী, যাসমীন্, ইচল কনা অমত্তা উদে । মখোয়বু ...? হৌজিক ফাওবা...? মতম অসী য়ৌথ্রবদা ...?

"ইমা, মখোয়বু হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রিবরা? " হায়না ইমাদা হংলম্মী ।

"নোংমা-নিনি লায়েংদুনা লৈহল্লো হায়না ডাক্তরনা হায়রে । মরম অদুনা মখোয়বু নর্সিং হোমদা লৈহনবা তারে ।" হায়না ইমানা হায়রকই ।

"করিনোনে ? চুম্না চ্যেক্-অপ্ তৌববু..! করিগীদমক নর্সিং হোমদা লৈহনগদৌরিবা ...? নাতৈ চাদেদা ইমা ?"

"মশা অদু খরা কনখৎনবা হায়দুনা গ্লুকোজনচিংবা কাপ্তুনা কন্না হোৎনরি । করিমতা নুংশাথীগনু ইবুংঙো । ঐনা হায়বা থাজদ্রগা নংগী তামো নিরঞ্জন্ কৌগে মঙোন্দা হংঙু ।" হায়না ইমানা নুংশিনা ঐবু থেম্বগুম ঙাংলকই ।

"ইচলবু অমুক্তা কৌবীরকউ । ঐহাক য়াম্না ব্রারে ইমা - ।"

ইমানা কৌরুদুনা ইচল লাকই । মহাক্না ঐগী সেবা-লাংবা নীংথীনা তৌরম্মী । মাগী সেবাগী নত্তে ঐনা পাম্বদি...,! মহাক্না - "তামো, ইনম্মদু নোংমা-নিনিদি হোসপিতালাইজ তৌহল্লো হায়না ডাক্তরনা হায়বদুদা...। ইমাচৌবীখোয়, ইমা থাজমানবীগসু, ময়াম তান্নবদা নোংমা-নিনিদি লৈবা তারে । তামো করিমতা চিংনবীগনু, নচল লৈজরি । ইমা থাজমানবীসু লৈরি । তামোগী হকচাং কনখৎনবা হান্না অমুক্তা হোৎনখিসি ।" হায়রকই । ঐগী হকচাংদা তারিবা চৈফমশিং অদু য়েংলগা ইমাগী মমীত্তগী পিরাং লেপ্তুনা তারকলক্লম্মী । ইমাদি কপ্তুনতা লৈরবনি । মখোয়না অশোকপা মফমশিংদা হীগা-য়ৈবা, হীদাক-লাংথক তৈবনচিংবা তৌবীরম্মী ।

"ইবেম্মা, নং তামোগী সেবা খরা নীংথীনা তৌবীরম্মু । ইমাচৌবী চাক-ঈশিং অমুক্তা হোৎনগে । অসোমগীসু নংনা খরা অমুক্তা পুবীখো । চাসু শেমলক্কে । নং তামোগী হীদাকসু কাপকদবা নত্রা ?"

"য়ানি ইমাচৌবী, চাক-ঈশিং হোৎনবীরুরো । ঐহাক তামোগী হীদাক কাপ্পা মতমসু ঙাইজগে । ইমাচৌবী ব্রাখল অদু য়াম্নসু খনবীনুদা ।" হায়না ইচলনা হায়রকই ।

ইমা থোকপ্পবদা, ইচলদা - "ইচল, ননম্মদি কনাদা শিন্নবম্মী ?"

"তামো, অদুগীদি করিমতা চিংনবীনু । ইমা থাজমানবীসু লৈ । অদুগা ঐনা খ্বাইদগী থাজবা নর্স নুপীমচা অনি লৈ । মখোয় অনিদা মবম পুম্নমক চেকশিন্না শিন্নবন্নবনি । তামো নিবঞ্জন্‌নসু যাম্না থবায় য়াওনা য়েংশনবীবি । ঐহাকসু অহীংদি মফম অদুদা লেঙদনা লৈগনি ।"

"মহাক্কী ফিভম কমদৌবিবগে ?"

"পুম্নমক নোর্মেল্‌নি । মশা শোন্থবা..., পাখৎখিবদগী তৌবতনিদা ।"

"নংননে, তামো হৌগৎপা ঙমদদুনা লৈবনা লাকপা ঙমদ্রে হায়না তম্মু । মহাক্কী মথবায় ব্রাদনবা, নহাক্না ব্রাবী-ব্রাতাই শাওকো " হায়বম্মী ।

ইচলদা হায়নীংবা ব্রাফম য়াম্না লৈ, অদুবু ঐনা পঙহায হায়গদবসু নুংঙাইত্রদুনা মখা তাদ্রে । ঐগী সেবা তৌদুনা কুইনা লৈবন্নগা, ইচলনা চাক-ঈশিং পুদুনা চৎখ্রে । নুমিদাং ওইববসু যাসমীন্‌গী মনাক্তা অমুক্তং চৎকে খনবনি । অদুবু হৌগৎপা ঙমদবমখে লাইহৌ তৌবে । ইমানা ঐবু অঙাং নচাদৌনা চাক ইল্লম্মী । খল্লুবদা পুক্নীং নুংশিবকই । মমানা মচাগীদমক কয়াগী মতীক ব্রাজবা, কযাদা নুংশিবীবিবা...! চীন অসী হুমুক খাবদুনা চাবসু কবিমতা যাবমদে, অদুনা ঐহাক চাক চাদ্রে ।

ইমাগা পাবুংগনা অহীং নোংশোয়বা তূমদনা ঐবু শেন্নবীবম্মী । পাবুংদা ইমানা কবি-কবিনো য়াম্না ঙাংলম্মী । ঐহাক অমুক ভাব্ তাই, অমুক তাদে । "এম,এস,সি, আই,এ,এস, পাস তৌববা নচানুপা পাখং, অদুগীসু মথক্তা মৌ অমসু পুবক্লবা...., মীগী মমাঙদা, অসুম্না অসুক থীনা তৌবা অসীবু হৌনববা ? কবিনো মহোয পাবুংবু ঙাওববা ? অমুক্তসু খুপাক্লা শেৎ থাবক্লগা হৌজিকপু ...!"

"মহৌশাদগী য়াম্না শাওগনবসু নত্তে ।" হায়না ইমানা মখাতানা হায়বম্মী ।

"হৌজিকপু কবিনো তৌগদবা ....?" পাবুং তৌফম খঙদবগী মতৌনি ।

"মখোয়নবু কবি-কবি হায়বীবগে ?" হায়না ইমানা হংলম্মী ।

"মখোয়গীদি..., হোঙদবা যাদে অসীনি ! ব্রাফম অসী তপ্না ইবান্নী খন্নগদবা ব্রাফম্নী । নুপামচাসু তূমথখ্রমাল্লে । কবিনো খবা খন্নকসি ।" হায়বগা ইমাগা পাবুংগা কাদগী থোকমীন্নখি । ঐবু তূমখ্রে হায়না খনবা ওইবমগনি । ইমানা ঙাং-শকপদু পাবুং কবিমতা শাওদনা, খুমদনা লৈখি । কবম্মনো অদুক শাথীনা শাওবম্বা অদু খংইং-ইংথখ্রে। মওং অমা শুমহোং হোংবগুম্না তৌবে । ঐহাক্তি যাসমীন্‌গী খনবদা তূম্বা, চাবা-থকপা চঙদে । অদুবু উপাইদি লৈতে, জ্ঞান্‌সু অমুক-অমুক মাঙই ।

ঐনা জ্ঞান্ তাবকপদা, ইমা ঐগী ইনাক্তা ফমদুনা লৈবম্মী । "ইমা, মতম অসীবু...?" ইমাসু পোৎথাবীকবো । ঐসু তূম্বা যাববা যেংজগে ।"

*"মতম য়াম্না থেঙখ্রে। নং-তূম্বা থেম্মু। ইমাসু নংগী ফম্মাঙসিদা থারগা তূমগে। সোফাদা অদুম তূম্লবসু য়াইদা।"* হায়না ইমানা হায়রকই। ওম্খোকপনি, ঐবু সুকথা থাদোক্লোইদৌরি। যাসমীন্‌গী মনাক্তা চৎপা য়াবগী ৱাফম লৈতে। ঐ যাসমীন্‌বু উন্নবা ফংলরোই খল্লুবদা মীত্তগী পি তারকই। করিগীনো মখোনা যাসমীন্‌বু নর্সিং হোমদা থমখ্রিবা...? মহাক্না ঐবু উদবদা ৱারমগদবা, খল্লমগদবা ...! ঐ, নুপা থোক্তে, পাঙমন্দ্রে। ঐহাক ফুগ হৌগত্তুনা থোক্কে তৌবদা কোক শাথীনা ঙাওরম্মী। ইমানা ঐবু কোন্দুনা - "করিনো ইবুংঙো, নংনা তৌরিবসীবো ? কদাইদা চংকদৌরিবনো ? তুশন্দুনা তোক্লরনিনে। নশা অসী য়াম্না চোকথরি ঙাইখো তপথখোনে। করিগীনো নংনা অসুম্না ফিংগৎলিবসীবো ?" হায়রকই।

"ইমা, ঐ মাগী মনাক্তা চংকে।" হায়রম্মী। ঐহাকপু ইমানা কোনশিল্লদুনা - "ইমাগী ইবুংঙো, করিনো নংনা হায়রীবসিবো ? নশা নথন্তা চুম্না লেপ্লফাওবা ঙমদনা করম হায়না চংকদৌরিবনো ? অদুগা ইমানা হায়রীবসী মুন্না অমুক্তা তাখো। মতম অসী য়াম্না থেঙখ্রবনি। হৌজিক মতম চাদ্রে, হয়েং নোংঙাল্লগা চংসি। অদুগী মথক্তা নংগী পাবুংগী অশাওবা অমদি মথৱায় নুংঙাইতবা, থম্মোইদা চাক্লীবা অসীসু খরা খল্লু। হৌজিক মতম চাদে, অহীং অসীদা অদুম্না তৌরগনু। নহাক ৱাখল অমুক্তা খন্থখো। নংনা চংনীংলিবদুদগী ইমানা হেন্না চংহন্নীংই। নশা ঙমদবদুদা, হৌগৎপা ফাওবা ঙমদবদুদা তৌবগী ৱানিনে। হয়েং অয়ুক ঙন্তানা চংলগা লোইরেদনা ইচাসিদি...।" হায়দুনা ঐবু ফম্মুংদা হীপথহল্লম্মী। ঐহাক জ্ঞান্‌বুদি ফজনা তারে। কোক শাথীনা ঙাওরম্মী। চংপা ঙম্বগী শক্তিসু লৈতে। করিনো তৌগদবা ...?

"ইমা, ৱা খরসু নঙোন্দা হায়নীংই। নংগী পাবুং মীয়াম্না শকখঙনরিবা মীরক তিল্লিবা, মমীং লৈবা ওফিসার অমনি। মীনসু সন্‌মান্‌ তৌরিবা, মচীল চংলীবা মীশক্নী। পাবুংগী মায়থীবা, মীগী মমাঙদা ইকাইবনা মমায় ফীরুক খুম্বা হায়বসী নহাকসু খল্লুনে। মী, জাত্‌কী মচানি। অচৌবা ওফিসারনি। ইনাক খুনবা, মতীক মগুণ্‌ লৈবা কাঙবুনি। হৌজিক ফাওবসু মীদি করিসু হায়দ্রি। লৈপাকমচা তারি। নহাকসু ঐখোয়গী অমত্তা পোকচবা ইচানি। ইচানা মমা-মপাগী মায় চোপ্লনবা তৌবদি নংসু পাল্লম্লোই। নহাক্না ঐখোয়গী মায় ঙাক্তুবদি....। ঐখোয়বুদি মীমাঙদা ফীরুক খুম্লবসু খুম্লগে। অদুবু নহাক অমুক্তংদি খন্দুনা য়েংউনে। নং এম,এস,সি, ফাষ্ট পোজিসননী। আই, এ,এস, সেকেণ্ডনি, ফরবসু-ফত্রবসু ব্রাহ্মণ্‌ মচানি। নহাকপু মীনা করি হায়না খনগনি ? করি হায়না ঙাংনখিগনি ? নংবু মীনা থীনা ঙাংনবা ইমা পামদে। নংনা ইমাগা পাবুংগগী খন্দ্রবসু, নংগী পাবুংগা ইমাগদি ইচাগীদমক খন্দবা ঙমদে। নহাক অসী ঐখোয়গীদি মণিনি খঞ্জরিবনি। নংনা ইমাবু নুংশিরবদি অমুক্তং

হন্থনা ব্লাখল তৌ । ইমানা কলেজদা ছাত্র-ছাত্রি মযাম তন্বীবিবা ...। মীযাম্মা ইমাবু ফিদম্নীংঙাই ওইবা মমানি হায়না শীঙথানবীবিবা, পুম্নমক অসী লোইনমক মাঙজবা তাবববা ?" ইমাগী মমীৎ ঈবা চেল্লশ্মী । মথব্লায় যাম্না নুংঙাইত্না উবশ্মী ।

"নহাকপু ইমানা য়োক-থাকপদা, ঐগী অশোয়বা কবিবু লৈখ্রবনো ? ইমাগী কবম্বা দোষ লৈববনো ? নহাক্লা ইমাগী ব্রা অমত্তা লৌনীংদ্রিবা অসীবু ? নহাক্কী কবিদা শোযখিগদগে হায়না শেন্নজবকপনিকো, হে ঈশ্বব ! অদুগীসু মথক্তা ঐখোযগী পুন্সিদি নুমিদাংব্লাই ওইবক্লবনি । নহাক্কী তুংগী য়াইফনবা খনবদগী ইমাখোযবু মৈবক্তা...!"

হাযবগা ইমানা মমীত্তগী মপি শীম্থদুনা হীক-হীক কপলকই । ঐসু তৌফম খঙদে । ইমাগী মতৌদু যেংবসু নুংঙাইবমদে । কবিনো ঐনা তৌগদবা... ? হৌজিকপু ঐগী খোঙফম হন্দোকপা য়াবিবা মতাংলনে ? তৌফম শাথীনা খঙদবা মতৌনি ।

ঐগী যাসমীন্...? শাওনিংবগা, নুংঙাইতবগা, তৌফম খঙদবগা পুন্দুনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা, ঐহাক ফুগ হৌগৎলশ্মী । কোক অসী শাথীনা ঙাওবদুনা ফম্মুংদা তুশিল্লশ্মী । ঐগী ইতৌ অদুদা ইমাসু ইপা-পাখৎলশ্মী । ঐহাক্লা - "ইমা অদুবু..., অদুবু কবিনো হৌজিক ঐনা তৌগদবা অসীবু ...? ঐ হৌজিকমক হেক শিববদি পুম্নমক অসী কোক্লগদবনি । খুদীংমক শান্তি ওইবগনি " হাযবশ্মী । থম্মোই অসী মৈথক্তা, খাংদা ঙৌবগুম্না থোক্লে । খাংদগী চোংথবগা মৈতাল অবাবদা অমুক তাবে ।

"ইমাগী ইবুংঙো, হায়হৈদেনে, অদুগুম্বা ব্লাহৈ নচীন্দা পনগনু । তৌহৈদে, ওন্নবা, ফত্তবা ব্লাখল অদু হৌনদে । বীষ্ণু-বীষ্ণু, হবে কৃষ্ণ, শিবা...., পলহৈদেকো!"

ইমানা মমীত্তা মপি শীম্থদুনা কপ্পদু উবগা, থম্মোই অসীসু কাযগদৌবগুম তৌবকই । তৌফম অমত্তা খঙদনা... ! প্রোক প্রোক হেক চাকই । ঐ কদোমদা চৎকনি ? নাকল অমদা মালেম পৃথিদগী হেন্না লূম্বী ঐবু পোকপী ইমা...! নাকল অমদনা থব্লায় ওইবিবী ঐগী যাসমীন্ ...! মহাক্লা কবম্না খাঙবা তাবা, কবম্না লেনগদবা ...? মহাক্কী হন্না যেংবদা কনা লৈবি, ঐ নত্তনা ...?

"ইমা, ঐহাক অতে কবিমতা খঙদে । ঐ মাবু থাদোকপা সুকঙম-ঙম্লোই ।"

"নং ইমাবু কবিমতা নুংশিদ্রববা ইবুংঙো ?" ইমানা কপ্না-কপ্না হাযবকই ।

"ইমা, ঐবু কবি তৌ হাযবীবনো ? কবিনো ঐনা তৌগদৌবিবা অসীবো ? নত্তেনে, হৌজিক ঐহাকপু কবি তৌ হাযবিবনো ?"

"ইমাগী ইবুংঙো, ইমাগী মায অসী অমুক্তদি নংনা ঙাকউনে ।"

"মতাং অসীদবু কবম্না ইমা-পাবুংগী মায ঙাক্লদগে ? মতৌ কবম্না ইমা-পাবুংগী নীংবা থুংহনগদৌবিবনো ? মতৌ কবম্ননো....?"

"ইমাগী ইবুংঙো, ইমানা হাযবদি...! মহাক অসীবু পুবা কাযনবো, মাবু খাইনবো

হায়বা নত্তে । য়েংওই, সে ইমা ব্রা হায়গে, মুন্না তাও । ইমাগা, পাবুংগনা লেপ্পরুরিবা অসীসু নহাক্কী য়াইফনবা হায়দুনা তৌরুবনি । মসীতদি নংনা ঙাকউ হায়বগী ব্রাতনি । লুহোংবা অসীতদি কায়হনগনু হায়বগী ব্রানিনে । থৌরাং পুমলোই লোইরবা অসীবু করম্না ...? মসী ইজ্জৎকী ব্রাফম্নী, শিবা য়ারিবা মতাংনিকো । লুহোংবা অসী নংন্না য়াবীরো । মসীবু কায়বা তারবদি ইজ্জৎ মাঙবতা নত্তনা,ইজ্জৎ মাঙহনবগী দাবি..! মদু তোক্লসী, কেশ অমদি নাতে চাদবা খংন-চৈনবা, মীহাৎ-মীপুন ...! পাবুংগী, ইমাগী, নহাক্কী ইজ্জৎ মাঙবতা নত্তনা থব্রায় ফাওবা মাঙবা য়াবা লৈ । মতীক-মগুণ্ লৈখ্রবা, সঙ্গদা, ইনাক খুনবদা, ঐখোয়না মনাক নকউবা সুকয়া য়াররোইদবনি । অচৌবা ওফিসার, শাগে খুৎ কনখ্রবা মখোয়বু ইজ্জৎ মাঙহনবা হায়বসী..., মীবু ইজ্জৎ মাঙহনবগী থীরবা বদনাম্ অসীসু কোকপা লৈররোই । সমাজদা মায় থমফম লৈতে ।”

“ইমা বদনাম্দি অমবু ওইরবসু অদুমক লৈরগদবনি । অদুগা ইমানা তাকপীরিবা অসীবু ...? মীগী মচানুপীসিদি কমদৌবা ...? অদুগী মথক্তা, ঐগী ঈ, ইমাগী, পাবুংগী নশু...! মহাক অসে, ইমাখোয়না তোপ্পা খল্লবসু, নমৌ নত্তে নীঙলবসু ঐগীদি..., ঐগী নুপীনি । মহাক মশা ব্রাই শংদ্রবীনিনে । মতাং অসীদা ঐনা মাবু লৌনম তৌদুনা থাদোক্কদবা...! হৌনদবা ঙাক্তা...!”

“ইমানা হায়বীবসি নহাক ভাব্ তাবা ঙমদ্রেনে ?”

“করিগী ভাব্ তাবা ঙল্লোইদৌরিবনো ?”

“মাবু থাদোকখ্রো, মহাক্না কাযনরো হায়বগী ব্রা নত্তেনে । মহাকসু অদুম লৈজসনু । হায়ন-শীঙনরুরিবা অসীসু কায়দনবা শীনসি হায়বগী ব্রাফল্লীনে, ইমানা হায়রীবসে । লুহোংবা অসী কায়হনগনু হায়বতনিনে ।”

“মদুবু করম্না ওইথোক্কদৌরিবনো ? ইমা ঐ ঙল্লোই, মদু ঐনা ঙম্বা ব্রাফম নত্রে । ঐ সুকঙম-ঙল্লোই । নাতে চাদবা ব্রাফম্নী ।”

“ফরে-ফরে, নংনা ময়াদ্রবনিনা..! নংগী পাবুংসু মানা নীঙবা অমা লৈজরমগনি। মাসু মানা থোকপা উপাই য়েংজরসনু । ইমাগীদি উপাই লৈতবনিনা...।” হায়রগা কদোমদগীনো খঙহৌদে । Poison লীক্লী অমা থক্কদবগী থাঙ্গৎলকই । ঐনা - “মাঙলে ইমা...” হায়দুনা ইমাগী খুত্তগী লীক্লী অদু মুল্লগা লংথোকখিরম্মী । ঐহাক শাথীনা পাখৎপা অমগা লোয়ননা ইমাবু চেৎনা কোল্লগা কপ্লম্মী ।

“ইমা, ইমা নচানা লানখিবা পুম্নমক অমুক্তদি ঙাকপীয়ু কৈদৌবগে ?”

“নং করিসু লান্দে । মচাগী মনীং থুংহনবা ঙমদবা, মচানা হেক তৌবামখৈ য়াবা ঙমদবা, মতীক চাদবা মমা ঐনা লানবনি । নংগী ব্রাফম হংহৌদবগী অরানবনী । অদুবু নহাকপু করিমতা খঙহনখিদবমক্তী নত্তে খল্লী । ফরে, ইমাবু অমুক খাম্লগনু । উপাই

লৈত্ত্রবনিনা লম্বী থিবা তাবনি । ইমানা লৈত্ত্রবা মতমদদি নংগীসু ননীঙ থুংহৌরগনি ” হায়রগা ইমা মপুক্লীং য়াম্না নুংশিনা কপ্লম্মী ।

“ইমা, নচানা লানবা ঙাক্তনি । করিনো তাকপীরো, করি তৌজৌ হায়বগে?”

ইমা ব্রা ঙাংদনা কপ্পুনা লৈরম্মী । ঐহাক তৌফম খঙদে । খাঙফম লৈতে । “অদুবু ইমা, মসীবু ওইবা য়াবা ব্রাফম্লনে ?”

“কবিগী য়াবোইদৌবিবনো ? মসী মীনা তৌনদবা, সমাজনা সুকয়া যাদবা থবক্লা ? নুপানা নুপী অমদগী হেনবা যাদে হায়বা নিয়ম লৈববনে ইবুংঙো ?”

“ইমাগী ব্রাফম অসীবু...? অনি লোনবা হাযবসী কবিনো খঙবীববা ? মসীদি ইমা, ঐহাকপু কবি...? কবি হাযনা হাযগদগে ইমা ?”

“মসী নত্তনদি, অতৈ অতোপ্পা পান্বে অমা লৈত্ত্রবনিনে ইবুংঙো ।”

“ইমা, মদু নচাগী থম্মোইনা সুকযা-যানীংদে । মীগী মচা..., অমত্তসু নত্তনা অনিমক্কী মফমদা মীনম্বা...? ঐহাক যাসমীন্‌গী মফমদা..., মসী ঙম্লোই । মীনম্বা..., মী অমত্তদা নত্তনা মখোয অনিমক্কী মফমদা মীনম্বা... ।”

“ইমাগী ইবুংঙো, নংবু কৈদৌবগে ? মতাং অসী যাম্না লুববনি । মদুদা থোইনা খল্লবগনু কৈদৌবগে । মখোযগী মবাযবক্লনী । নং ইমাগী ব্রা অসী অমুক্তা ইল্লু । ইমাগী থম্মোইনা ইচা পোকচবগী মহৈ যাল্লে খঞ্জগে । ইমাসু নংনা খল্লীবা, চিংনবিবা, ব্রাবীবা পুম্নমক খঙদবা নত্তে খঙই । অদুবু উপাই লৈত্ত্রবদি হৌনবা, হৌনদবা ...! হাযনবা লৈ, ‘লিলসু শিনবা, চৈশুসু তেক্তনবা’ তৌবা তাবনিনে ইবুংঙো । ইমানা হান্নসু হাযখ্রে, লুহোংবা অসীতদি নংনা যাবো, মসী কাযহল্লগনুনে । নংনা লৈমীন্নবোই হাযববসু..., ইমানা ফননবা শীনগনি । লুহোংবা অসীতা নহাক্লা যাবো । নং ইমাবু কবিমতা নুংশিদ্রববা ?” ইমাগী মমীত্তগী মপি লেপ্পুনা শীন্থবকই । ঐবু পোকপী ইমাগী মীৎলু পিবাং অসীবু ঐহাক ...! ঐনা তৌগদবসীবু কবিনো ?

“ইমা, খুদোংথীবা অমা নাম্থোক্লবা হোৎনবদা, হেন্না খুদোংথীবা অমা অমুক বার্ত্তন্‌ তৌবা তাববা ? ফননবা শীনবদা মমৈদা মী অমত্তা নত্তনা অনি হাৎপগী পাপনা নচাগী পুন্সিদা মৈবি ওইনা শোযদনা...! হে ঈশ্বব ...! ঐহাকপু মী হাৎপদগী হেন্না শাথীববা মওং অসীদা... ? মসিবু করি মতৌনোনে ?”

“মসিদা হাৎপগী, পাপ্‌কী ব্রাফম কদাইদগী পুশল্লক্লীবনো ? তাঞ্জানা য়াদ্রবনিনা ঙম্নবা হোৎনবা তাবনি । নংগী পাবুংসু ইমাসু, নংনা পুবক্লীবী অসীবু তাম্থোক্কে হায়দেদনা ? খাইনৌ হায়বসু ঐখোয হায়দে । ঐখোযগী চৎনবী, ঐখোয়গী ধর্ম্মনদি, মসীবু ঐখোয সুকযা-যাফম থোক্তবনি ।পুম্নমক অসী সমাজনসু য়াগদবা ব্রাফম নত্তে । অদুবু ইমা কবিসু হায়রবোই । নংগী পাবুংসু কবিমতা হায়ববোই । মসীগী মনা-

উপাই লৈরি ? ফরে, পেন্দবগী ব্রাকৎতি লোইবা নাইদে । মাঙজৌননা খজিক্তং খঙলম্লবদি, মখোঙ কোন্দুনা সেবা তৌজহৌরম্লবদি ...! মদুগী খুদোংচাবা অদুতং ফংজরম্লবদি, থম্মোই অসী খরতা ওইরবসু পেঞ্জরমগদবনি । পেনদি-পেনখীদ্রেদা, পেলহৌদে । মোং-হাদবী, ব্রা য়াম্না ঙাংদবী, ব্রাখলগী ঈপাক্তা লুপ্তুনতা লৈবী, চীঙ-লেম্বী ইমাবু শক খঙজহৌদ্রে । ইচল বানোবুসু মরম শেংনা তাক্লম্বগী, ইমানা খুদোংচাবা ফংখিদ্রবা ...! ইমা লৈনা-লৈনা, ইমা কৌবা ফংদ্রবী, ইপা লৈনা-লৈনা মশক খঙজদ্রবী, লাইবক থীরবী ইচল ইবেম্মা ...! মবুক্তগী হেক তাবা মচাবু মচানি খঙহনদবা, মচানি হায়জবা ঙমজদবা ..! নাদিরাবাই, নহাক অসী মপোক-মপোক খুদীংদা নোরোক্কী কোমদা লৈগদবীনি । মপোক খুদিংগী নোরোক্তা তাগদবনি ।

ইবুংগী ইবেম্মা বানো, ইমাদি ঐখোয়বু থাদোক্কুনা চৎখ্রে । ইমা, অমুক হল্লক্করোই, কৌরুবগীসু কান্নররোই । ইবেম্মা, ইচলগীদমক পাবুং লৈ, অদুবু ...! থোইদোক্তে । নংগীদমক নবুং ঐ লৈরি, করিমতা চিংনগনু । চৎখ্রবী ইমাবু অমুক কৌদুনসু লাক্লরোঁই । ফরে চৎখ্রসনু, অমরোমদা লাইবক ফবী ইমানি । পাবুংগী মশক উঙ্জরগা, মখোঙ-শোক্লা খুরমজরগা, পাবুংগী মাঙ-থানা চৎখিবা মরাইবক ফরবীনি । ইমাগীদি নীংজবা আশা, মনীং থুংজখরে । নীংবা কায়হৌরিবদি, পেলহৌদ্রিবদি ঐখোয়তনি । খ্বাইদগী লাইবক থীহৌরিবদি ইচীল-ইকপব্রা ঐখোয়নি । ইমাবু ফাওবা মশক খঙহৌদ্রবা...! ওম্থোক্লা নীংঙমদে । মসীবু করম্লনো ...? ইমানা মতৌ করম্লা অসুক থুনা ...!!

মসী নংনা ঐঙোন্দা হংবদা, ঐহাক পাউখুম পীনবা লৈতে । নীংঙমদবা, পেন্দবা, খোয়রাঙ-খোয়শাওনবা, থম্মোইগী চৈনাখোল খিবীক্লা ঐগী ঈশাদা পুময়োম-য়োমশীল্লকই । লম্মৈনা ইকোয়-কোয়না চাকশীল্লক্লগা ময়ায়দা চোংদুনা, ঐহাক মৈশা খাঙলী । কনবীনবা, ইতেং পাংবীনবা কনা হন্না য়েংবদা উদ্রে । কয়া কুইনা মীৎ উইশিন্দুনা লৈরুবনো খঙদে । মীৎ পাঙথোরকপদা ইচল লৈরমদ্রে । করম্বা মতমদা চৎখিবনো খঙহৌদ্রে । ঐনা ব্রা ঙাংদনা মীৎ উইশিন্দুনা লৈখিবা অদুদা, ঐহাক তূমখ্রে খং দুনা মহাক চৎখ্রবা ওইরমগনি । ইচল অসীসু ওম্থোক্লা ব্রাজরে ।

ঐহাকমক্লা অসী য়ৌনা তৌফম খঙদ্রবদা, ইমা থাজমানবীবু কায়নবদা যাসমীন্দি কমদৌরমগনি ? হে ঈশ্বর, উফৈ অমত্তদা পুন্না কাইদোংমীন্নদুনা চীল্লোক্লজরম্বা চেক্লা অনিবু ফারগা তোঙান-তোঙানবা পোন্দা, মখোঙদা ঝিঞ্জুর থাংদুনা, মশক উন্নহন্দনা থম্বীরবদা চেক্লা অনি অদুনা করি ওইবা হৌনৈ ?

নুংঙাইতবা মঙ-মঙবগুম, ঐহাক মঙদ্রঙ অমদা লৈরম্মী । ব্রাখলসু নুংঙাইতবগী-নুংঙাইতবা ঙাক্তা ...। ঙহাল অয়ুক-নুমিদাংসু চাবা য়াদদুনা চাদ্রে । ঙরাং অয়ুক ইমাগী সেবাগী ব্রর্ত্ত তৌরে নুমিদাংসু চাদ্রে । ঙসি অয়ুকসু চানীং-থক্লীংবা করিমতা ফাওরমদে ।

হকচাং অসীদি পুমহাই-হাইবে । শাথীনসু চোকথবম্মী । ওইবিবা মওং, তৌবিবা থৌদৌ অসিনা কবি মতৌনো ? হে ঈশ্বর, পুম্নমক অসী মঙ ওইবন্নবদি ওষ্ছোক্লা নুংঙাইখ্রনিদকো' চীন অসীসু পুমখা-খাবম্মী । ঐহাক্কী ইতৌ অদুদা ইমাগী ব্রাজবসু খম থেংলে । মমানা মচাগীদমক ব্রাবা অসীসু ব্রাবা জাৎনি । মসী ঐসু খঙদবদি নত্তে । অদুবু হন্দক্কী মতাং অসিদি ঐহাক , মখোযনা ব্রাবীবিবা অসী মবম চাই হাযদুনা খনবা ঙমদ্রে । ঐগী লাইবক অসিসু ওষ্ছোকপগী লাইবক হাযবদুনি । মসীবু কনানা হৌনবনো ? ঐবু মী ওইবিববা? নুপা অমগী মথৌ পাঙথোকপা, চপ-চবা ফিবেপ লৌবসু ঙমদবা... ' মমা মপাবু পেলহনবা, নুংঙাইহনবা, পাম্বেমতিংবসু ঙমদবা ...' ঐগী লেপকদবা ফিবেপ্তা লেপ্পসু ঙমদবা ...'

পাবুংদি ব্রা থোইনা ঙাংখিদবে । তুম্মীন-তুম্মীন ফমদুনা লৈবম্মী । শাগৈগী মযাম, অহল-লমনশিংনা থবক-ইনখাং পুম্নমক শীল লাঙই । পাবুংগী থম্মোইদসু কবিগুম্না খবদি শোযদনা ফাওই হাযবা ঐ খঙলে । ঐহাক্লা মবম ওইদুনা পুম্নমক অসী থোক্লববা ? নুংঙাইতবা, নুংনাংবা, পুম্নমক্লা থম্মোইদা ওমচাক্লবিবা অসি খঙবীবা কনামতা লৈবন্নবোই । ঐগী থম্মোইগী অব্রাবা অসীদি কনা অমত্তনা খঙবা নত্তে । মীযাম পুম্নমক্লা পাবুংগী মতৌ অদুগীদমক, মবাল শীদুনা দোষ পীবীবদি ঐঙোন্দনি । অশেংবা অদুদি কনানসু খঙদে । ঐহাক্তনি অশেংবা খঙলীবদি ..' অদুবু ঐনা কনাদা তাইনকগনি ? পাবুংদি ঐঙোন্দা মীৎনফাওবা কন্না যেংখিদবে । ইমাখক্তংদি পাবুংগী মতৌ অদু চিংনবা খবা লৈবা মাল্লী । অদুম ওইনমক থবক্কী তাঞ্জানা ব্রা অমত্তা ঙাংদনা তৌফম থোকপা মথৌ তৌদুনা লৈবম্মী । কনানা খঙবা, ওমলিবা মৈ অসীনা মৈবী থোক্লা চাকলকপসু ...' ঈশ্বর ইবুংঙো মদুতদি থোকহনবীগনু । ঐহাক্লা ব্রাবগীদি লাইবক্কীনি ব্রাজবগে । ইমাগা পাবুংগা অনিগী মবক্তা লৈইদি চিংবীগনু ।

"বব বার্ত্তন্ লাক্লে" হাযনা মপাল্লোমদা লাঙনবকই । ঐহাক থম্মোইদা থুক লাওবা পোকই । ঈশাদা শ্বাই লাওবা অমগা লোযননা হুমাং অনপ্পী কাবকই । ঐহাক যাসমীন্গী মফমদা নমথাক তৌবা তাববা ' মহাক্লা হাযখিবা ব্রাহৈশিং নীংশীংলকই ।

*"অদোমগী মীৎয়েংনা খঙবীবে,*
*ঐহাক্লা পুন্সিগী পম্বুং ফংজরে,*
*অদোম ঐগীদি ঈশ্বরমক্কী ।*
*মতম পুম্নমক্তা নতুং ইঞ্জগে,*
*মীরায়বীনুকো শবাব্-মহল্গী লৈবাংনি খম্মা ... ।"*

ঐহাক লুহোংবা তাববনিকো ' যাসমীন্..., মহাক্কী থম্মোইনা কবি খল্লমগনি ? মহাকপু মসী খাঙবা ঙল্লমগদ্রা ? ঐনা তৌবিবা অসীবু কবিনো ? মসিবু চুন্নিববা ? ঐবু চেনখ্রসিবা মদুসু খোঙ-খুৎ পুম্নমক অসিসু পুনশিনখ্রগুম, কবিগুম্না অমত্তা

ৱাখলগী ঈরোন্নুংদা ঈরাক্লদুনরা অহীং তূম্বা য়াদনা হৌগ্রে । নোং ঙাল্লকপদা, ঙহাক তুমথরুরমাল্লে খঙহৌদ্রে । নোং পুমঙান ঙাব্দুনা নুমীৎ থোক্লম্লে । ঐহাক হৌগৎপদা কোক ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌই । কোক অমদি হকচাংগী মফম অয়াম্বা চীক্লী । পুমতেকসু তেকই । ইপঙ-পঙথবগুম তৌরদুনা, তৌফম খঙদনা ফমদুনা লৈরম্মী । ইমানা চান-থক্লবা পুদুনা চঙলক্লম্মী । ঐঙোন্দা নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংলকই।

"ইমাগী ইবুংঙো, নুংঙাইতবা ৱাখল খনগনু । ঈশ্বরনা তস্বনি, ইবুংঙো মাগী থৌজালনি । মহাক্কী লিলানি খুন্দুনা, ইবুংঙো মাবু থম্মোইদা চেৎনা থাগোল্লৌ । মতম পুন্নমক্তা ঈশ্বরবু কাওগনু ।" হাযদুনা ঐগী ইনাক্তা ফমথরকই । ঐবু নানবী-খোৎপীদুনা অশোকপা মফমশিং অদুদা মুন্না য়েংলম্মী ।

"ইমা, নচাগী পুন্সি অসিদা নুংঙাইবা হায়বদুদি খক ওইররোই ।"

"কবিনোনে নংনা অদুক য়াম্না থম্মোই পীকথরিববো ? নুপা ওম্বোক্লা মানখিদ্রেদা...! য়েংওই, করিমতা ৱারুনু, নংগীদমক ইমা লৈরি । নংগী পাবুংসু শাওবা নম্ভে । ইজ্জৎকী ৱাফমগা ওইবনে, মীগী মমাঙদা চোপ্পা তারে খল্লুবদা অফ-ফত্তা খন্থবা ৱাৎখিবদগী থোর্কখিবনি । ইজ্জৎ অমদি হায়দোকখিবা ৱাফমদা মিকানবনি ।"

"ঐহাক কনাবুসু শাওবা, ৱারৌবা লৈজদে । ঐহাক্লা পেঞ্জদ্রিবা, ৱারৌজরিবসি ঐগী লাইবক অসীবুনি । ঐহাক কনাদা করিবুদি হায়রুগনি ?"

"কান্নদেসে, থম্মোই অদুক য়াম্না পীকথবা হৌনদে । নুপানবু ৱাখল খরসু চাওথোকউ । সে-সে তল অসী হান্না অমুক্তা খরা চাশিল্লুসে । নশা অদু খরা শোক্লা উবে । ইমা য়েংবদা নুংঙাইতে । ঙহাক লৈরগা চা অমুক থকশি ।"

"ঐ অরাম-খৌরাংবা পোক্ত্রে । করি তৌগবনো, শিখিবনা হেন্নবু ফরবনি।"

"করিনোনে নংনা ঙাংলীবদুবো ? হাযহৈদেনে ইবুংঙো । সেনে, খরা থেমদুনা চাশীল্লুনে ।" হায়দুনা ইমানা ঐবু অঙাংগুম্না ইনবীরকই । ইমানা ঐঙোন্দা শঙ্গোম গ্লাস পীরদুনা, থক্লনবা হায়রম্লগা থোকখ্রে ।

শাগৈগী অমদি লৈকাইগী অহল-লমন খরা ফমদুনা মপান্দা ৱারী-ৱাতাই শারি । মাঙুপ্তা অরাংফম, অমদি নহা-অহল, নুপী-অঙাংশিং খরসু পোৎ-চৈ শেম-শারম্মী । মী ময়াম অমা থবক-ইনখাং নোল্লী । ৱালহৌশঙদা বামোন নহা পুজারিশিংনা তল, সন্দেস, মিকচরনচিংবা অচা-অথক শেম-শারি । নহা-পাখংমচাশিংসু থবক শুরি । লৈশাবীনচিংবা, ইমা-ইবেলশিং খরসু থবক তৌরি । ময়াম পুন্নমক অসী লুহোংবগী লাঙলীবনিকো খল্লুবদা, ঐহাক লৈফম খঙলক্ত্রে । হৌগত্তুনা চেন্নীংলম্মী । ঐনা নোংঙাল্লগা তূমথরুরিবা অসীনা কমদৌননো ? ঐবু হৌজিক অহল-লমন, ময়াম মমাঙসিদা...? থোক্লবা অমা লাকচরনি । ঐহাক লোন্না যাসমীনবু পুরগা চেনখ্রসিরা খল্লকই । ইমা-

পাবুংগী খল্লুরগা...; প্রেম্ অসীনা ঐগী খোঙ অসীবু চেৎনা পুনশ্রমাল্লে। ঙসি অসী লৈ-চন্দন্ নুমীৎ হায়বদু ওইবা তারে।

ঐহাক যাসমীন্গী মনাক্তা অমুক্তদি চৎলুবনা চুম্মী। কোক অসী হৌজিকসু ঙাওরি। অদুবু হেক্তা চৎলগে খন্দুনা হৌগৎলম্মী। তাঙ্গা অদুদা ইমা থাজমানবী চঙলকপা অদু ঐহাক খোঙনাওদগী উরম্মী। করিগী ওইরিগবা খনবদা মিহুল তীঙ-তীঙ চোংই। খোক্তুনা ইমাবু ওক্কে খল্লী। খন্না-খন্না ইমানা, চঙলকপা অদু য়েংদুনা লৈরম্মী। ইমাগী মশা অদু য়াম্না থীনা চোকথনসু উই। করিনো; অহীং অমদবু অদুক থীনা ফিভম ওনবা ...? হায়না ব্রাখল খল্লীঙৈদা, ইমানা অহল-লমন ফল্লীবা অদোমদা চঙখিবম্মী। ইমা থাজমানবীনা পাবুংগী খোঙশোক্না খুরুম্লগা - "ঐহাক্না লানখিবা পুম্নমক ঙাকপিগনি। অদুবু অঙাংশিংবুদি কায়নহনবীগনু, মসীতদি ঐহাক নিজগে। মসিদগী হেন্না অতে হায়জনীংঙাই লৈজদে। ঐহাক চৎচবগে, শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লাই নীংজখ্রগে খল্লী। অশির্ব্বাদ পীনবীযু।" হায়বল্লগা অমুক্তা খুবল্লগা, ইমা তপ্না হৌগত্তুনা শুমাঙদা কুমথখি। পাবুংদি হোয-মাই, ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা মক লুকথদুনা লৈহৌবম্মী।

অহল-লমন ময়াম তিল্লিবশিং অদুসু ইঙক-ঙক্লবগুম তৌই। ইমাদো, শুমাং মতোন য়ৌফাত্তনা মকোক ঙাওবগুম তৌদুনা হাইবং-হাইবং চৎলী। কবি তৌববনো, ঐগী ইনাক্তা চঙবা, ঐগা উন্নবগী ব্রাখলসু লৈতবগুম...! ঐহাক, ইমাগী মওং অদুদা পাখৎপা অমগা লোযননা মপাল্লোমদা চেনথোকই। মফম খঙহৌদনা লৈমাযদা হুইথদুনা তুখিরম্মী। ঐহাক্না চেনশিন্দুনা ইমাবু কোনখৎলী। ইপা-পাখৎলম্মী, কবিনো তৌবিবা অসীবো ...? ঐহাক ফমথবগা ঐগী তম্পাক্তা ইমাগী মকোক থমদুনা মোন ওইনা খাঙহল্লম্মী। কবি মতৌনো তৌবিবসীবো ? জ্ঞান্ পুম্নাঙ মাঙলম্মী।

"ইমা করিনো তৌরিবসীবো........?" হায়না হংলম্মী। ইমাগী উইশিল্লম্বা মীৎ অদু তপ্না পাঙথোবক্লগা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংশিবা মীৎয়েং অমনা যেংলকই। ইমানা য়াম্না তপ্না - "ইবুংঙো ইমাগী নিংজবা থুংলে। ঐগী লাইনীংসু মহে য়াল্লে। অব্রাৎপা অমত্তা লৈত্রে, নহাক্না উন্নবদগী ইমাগী পুক্নিদা খুদীংমক ফংজবে। ইমাগীদি পেল্লে, অদুবু নহাক অমদি যাসমীন্গীদি কবম থোক্লগবা, ইমাদি উবা ফংলবোই। ইমা চৎলগে, নচল বানুবু কাওগনুকো। মহাক নংগীদি নচলনুপীনিকো ইবুংঙো।" হাযবগা ঙহাক লেপ্পুরগা - "ইমাগী ইবুংঙো, মরাইবক থীববী যাসমীন্বু মীবায়বীগনু, মহাকপু থাদোকপীগনুকো।" হায়না যাম্না ব্রানা হায়বগা মীৎ অনি অদু তপ্না উইশিনখি। স্বব খংচাও চাওবল্লগা পীকথখ্রে। ঐহাক হাযফম-তৌফম অমত্তা খঙলমদে। পাখৎপা অমগা লোয়ননা - "নত্তে ইমা, নত্তে-নত্তে মাঙলেদনা...! নচাশিংবু থাদোক্তুনা কবিগী..., কবম্না অসুক থুনা...! নত্তে ইমা!" ঐহাক থম্মোই অসী পুবা যাবমদে। ইমাবু কোল্লগা ও-খোংনা কপ্লম্মী। "হে ঈশ্বর, কবি মতৌনো তৌরিবা অসীবো ? মসীবু হৌনববা ?

পোকপদগী নুংঙাইবা মশক খঙলংক্রবী ইমাবু নংনা করিগীদমক অসুক থুনা ঐগী ইফমদগী মুন্দুনা পুবীরিবনো ? ইমাবু নুংঙাইহনগনি খল্লম্বা ঐগী আশা পুন্নমক নহাক্না করিগীদমক থুগাইবীরিবা ..? অসুক নুংশি-হৈতবা...! মসীবু হৌনরনে ?

অহল-লমন তিল্লিবা ময়াম অদু কোয়রাঙ-লাওই । নহা খরনা "ডাক্তর ডাক্তর" হায়না লাওনরকই। খুদক অদুদা ইচলগা ডাক্তর রমেসকা চেল্লক্লম্মী । মখোয় অনি চঙদুনা য়েংবা হৌনবা য়েংলম্মী । মখোয়সু, মখোয়গী মথৌ পাঙথোক্লম্মী ।

ডাক্তর রমেসনা ঐঙোন্দা য়েংলগা, ইচলদা অমুক য়েংই । মহাক্না মঙক হাইরম্মী । ইচলনা ঐগী লেংবান্দা মখুৎনা তপ্পা পায়রকই । ঐহাক ইচলদা মুন্না য়েংলম্মী । ইচলনা - "তামো, ঈশ্বরগী লিলানি ।" হায়রগা ঐগী ইতৌ অদুনরা, মহাক্কী মমীত্তসু পি তারক্লম্মী । "তামো, ইমাদি ঐখোয়বু থাদোক্লুনা চৎখরে...!"

ডাক্তর রমেসনা ঐগী ইনাক্তা নকশীল্লক্লগা - "তামো, ৱী আর ভেরী সোরী" হায়রকই। লোয়ননা ঐহাক্কী লেংবান্দা মখুৎনা চেৎনা পায়রকই ।

"ওম্থোকপনিদা, ৱাজরবী, ননীং থুংখিদ্রবী, লাইবক থীরবী ইমা! পুন্সিদা অৱাবতনা নশরুক ওইরবী ! নুংঙাইবা হায়বদো মশক খঙজদ্রবী...! চৎলোকো ইমা, অসুক ৱানা সংসার অসিদা লৈগদবগী শরুক চৎখিবনসু হেন্না ফরে । সংসারগী অৱা-অনা অসিদগী লাম্থোক্লবনি । নহাক্কী আত্মানা শান্তি ওইনা ইংনা পোৎথাবীরুরোকো। ইমাগী করিসু নতেং পাংবা ঙমখিদ্রে । নচাবু ৱারৌবীনুকো ইমা । নচাগীদি করিসু লৈজদে, মীৎলু পিরাং খরদং শীম্নজবা নত্তনা ...! হয়েংমুক্কী মপোক্তা নচা ওইনা পোক্লগা লমন শিংজরগে ।" ঐহাক্কী থম্মোই ফুনগৎলম্মী । চেকখায়গদৌবগুম...!

ইমাগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু চৎনবী, হৌনবী ধর্ম্মগী নিয়মদা, অগ্নীদেবতাদা দান্-সংস্কার তৌরম্মী । মচা অমগী তৌফম থোকপা অদু ঐহাক্না পাঙথোকচরম্মী । "ইমানা নীঙজরম্বা বৃন্দাবন, রাধাকুণ্ডদা নচানা ইমাগী সেবা ফংজগে ।" হায়না অগ্নীদবতাদা প্রার্থনা তৌজবম্মী । পাবুংদি ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা তুম্মীন্না সংস্কার তৌবা অদু য়াওরম্মী । মীৎ কুপ্তবমখে চাক্লীবা চিতাদা য়েংলম্মী ।

*"May the Almighty*

*Rest her soul in peace"*

"ইমা, ঈশ্বরগী খুয়াদা শান্তি ওইনা ইংনা পোৎথাবীরুরো । নচাগী মীৎকী পিরাং খরদং তর্পন্ কৎচরি । লাইরৈপাক্তগী ইমানা য়েংবীরকউকো ।"

***"ন জয়তে মৃয়তে বা কদাচিন ঃ***

***ন যমঃ ভুতবা ভবিতা বা ন ভুযহ ঃ***

***অজো নিত্যহ সাসবতো যমঃ পুরানোঃ***

***ন হনয়তে হনয়মানে সরিরে ॥"***

সংস্কাব লোইবদা নুমিদাংব্রাই ওইবে । ঐহাক লাইহৌ কন্না হেক্তা তৌবে । হকচাং অসী থক-থক নীক্তুনা ফম্মুংদগী হেন্দনা হীগুনা লৈবম্মী । ইচলনা ঐবু হীদাক-লাংথক কাপ্তুনা হোৎনবম্মী । মহাক্না তৌবা হৌনবা সেবা লাংবা, পুন্নমক তৌবম্মী । মপান্দদি লুহোংবগী থৌবাং কন্না হোৎনবি ।

ঙসি লৈখিদ্রিবী ইমা থাজমানবী কনানো ? পাবুংদি শোয়দনা খঙলমগনি । খঙলবসু-খঙদ্রবসু হৌজিক কৈদৌরুখিনি ? পুন্নমক লোইখ্রে । ঈয়ায়দা তাওবম্বা কোঙ্গোলনা তাকখিবগুম্বনি ! হে ঈশ্বব ! মাঙজৌননা খঙজবল্লবদি ...!

"তামো, ব্রাখল পঙখন-খনবীকবগনু । নুপাদি থৌনা খবা লৈবীবা তাবনিকো ! পুকচেল খবা চাওথোকপীবো । তুংদা লাক্কদবা পুন্নমক মাযোক্লবীবা তাবনি । লেপ্পখ্রবা, হায়দোকখ্রবা অদুদি ঙাকপীবা তাবে । মসীদা কাহেন্না খনবসু তৌবীকবনুদা ...।" হায়না ইচলনা ঐবু থেমজিনবা ওইনা হাযবকই ।

ঐনা - "ইবেম্মা, তামো কবিসু খন্দে । অদুবু চিংনবা খর্বদি লৈ । ফবে, মসী পুন্নমক তোক্লসি । অদো নমম্মদি কমদৌহৌবি ?" হাযনা হংলম্মী । ঐহাক ওম্বোক্লা শাথীনদি লাঙতক্লবম্মী । অদুবু ঈশাবু নোর্মেলদা লৈনবা হোৎনবম্মী ।

"কবিসু থোইদোকপা অকায়বা লৈতে । ঙবাংসু -ঙসিসু গ্লুকোজ কাপ্তুনা, হীদাক লাংথক পীজবা, কাপ্পা তৌবি । ঙসিদি মশা অদু ফনা নীংথীনা তেকখৎলে । নচল লৈজবি কবিমতা চিংনবীগনু । তামোগী হকচাং কনখৎননবা অমুক্তা হান্না হোৎনখিসি । লাইহৌ অসীতং ফববদি কবিসু তৌববোইদর্বনি । লাইহৌ থাননবা হীদাক অমুক্তংগা কাপখিসী । মতাং অসীদা তামো নাবা যাদে ।" ইচলদু ওম্বোক্লা ব্রাজবম্মী ।

"ঐগীদি লাযবীদা, ননম্মদু নঙোন্দা শিন্নবিবসীনি । যাম্না চেকশীন্না শেন্নবীয়ুকো । ইমা থাজমানবীনা মফম-মবাং খঙহৌদনা লৈখিদবসীদা মহাক হাযনীংঙাই লৈতনা ব্রাবমগনি । মদু পুন্নমক নহাক্লা যেংশিনগদবনি । মফম অসীদা মাগী কনাসু লৈত্রে । ঙবাংসু ঐ মাগী মনাক্তা চৎপা ঙর্মখদ্রে । ঙসিসু তৌবিবসীনীদো...। পুন্নমক নংনা হেন্না খঙলীবনি । ঐসু মাগী মনাক্তা চৎপা চুম্মী । ঙবাংদগী মসী খন্দুনতা লৈববনি। য়াববদি নংনা ঐহাকপু মাগী মনাক্তা অমুক্তা পুদুনা চৎলুবা কৈদৌবগে ? ঐবু ...!"

"তামোগী ফিভম অসীদা কদাইদগী ...? ঐনা হায়জবিবসীনি, ইনম্মগীদমক্তি ঐহাক লৈজবি, কবিমতা চিংনবীগনু । নচলনা পুন্নমক ফনবা শীঞ্জগে । ইনম্মগী মথব্রায ব্রাদনবা, তামোবু ব্রাবৌদননবসু ঐহাক্লা হোৎনজগে । তামোনা লাক্তবগীসু ব্রাবী শাববনি। হৌজিক, সিদগী চৎপ্লগসু মবীক চুম্না তমজগে । ঙসাই নুংথিল চুপ্পসু ঐহাক ইনম্মগী মনাক্তা, লেঙদনা লৈজবিবনি । ব্রাবী পুন্নমকসু শাজববনি । ঙসি নুমিদাংসু ঐহাক ইনম্মবু থাদোকচবোই । তামোগী ব্রাবী শাজগে, শাওদনবা হাযজগে ।" হায়না ইচলনা

ঐবু তপথনবা কন্না হায়রকই । মহাক্লা অমুকসু মখা তারকই - "তামো, ইমা থাজমানবীনা খঙহৌদনা লৈখিদবা অসীমক্তি ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে । য়াম্না চীঙ-লেম্নী, মবুক-মপাও ফখ্রবী ইমানি । তামো, ইনম্মদো য়াম্না শাথীনা মথৱাই নুংঙাইতে । য়াম্না কপখ্রে, মতৌদো য়েংবদা ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে । ঐখোয়মক্লাঅসুক নুংঙাইতবা, পেন্দবা অসীনদি মহাক্তি...! অরোইবা ওইনা ইমাগী মশকসু উবা ফংহৌদ্রে হায়না য়াম্না শোল্লি । অদুবু কমদৌনি, ঈশ্বরগী নোংদম্লী খনবদা তারে ।" হায়রগা স্বর মপী হোল্লম্মী ।

ইচলগী পাওদম অসীনরা; ইমানা খঙহৌদনা লৈখিদবগী মৈচাক্কা, যাসমীন্‌গী খনবদরা, ঐহাক তৌফম খঙদে । থম্মোই অসী মথক-মখা ওনবমখৈ খাঙবা ঙম্লমদে । স্বর মপী হোল্লগা, খা চীক্তুনা খাঙলম্মী । মীত্তগী পি লেপ্তুনা তারক্লম্মী ।

"ইবেম্মা, মতাং অসীদবু ঐনা হীপ্তুনা লৈবা মতম ওইরিবরা... ?" হায়না উপাই লৈতনা ইচলদা মুন্না য়েংলম্মী ।

"হকচাং ঙমদ্রবনিনা করমদি তৌগদগেদো তামো ?" হায়না ইচলনা ঐবু নাল্লকই। মীৎকী পিরাংসু তৈথোকপীরম্মী ।

"ইবেম্মা, তামোগী নুংঙাইতবা, পেন্দবা অসী করি হায়রুনি ? শাথীনা নুংঙাইতে। ইমাগী খনবদসু, যাসমীন্‌গীসু, পেন্দবগী-পেন্দবা ঙাক্তনি । মরম কয়াসু লৈরি, পুম্নমক অসী মুন্না খঙলবদি নহাকসু হেন্না নুংঙাইরোই । মসীগী শাংখ্রবা ৱারীশিং কোন্না মতম চানা নখোয়সু খঙলক্কনি । মতমদুদা ৱাখল খল্লবদি পেন্দবা কয়াসু অমুক হন্নসু লাকপা য়াই । মতাং অসীদদি ঐহাক ননম্মগী মনাক্তা লৈফম থোকপনি । ঐহাক অসে য়াম্নসু পাঙমন্দ্রে । মীসু লাইসু ঐহাক য়াম্না শাওনীংই, শাথীনা পেন্দে ।" হায়রগা ঐ ৱা ঙাংদনা কুইনা লৈরম্মী। ইচলসু মাগী মথৌ, ঐগী সেবা, হীদাক-লাংথক পীজ-পীথক, হীদাক কাপ্পনচিংবা তৌদুনা লৈবম্মী । ঐঙোন্দা হাইফেৎ-হাইফেৎসু য়েংলকই।

"ইমা থাজমানবীদো ৱাজরবীনি । মপুক্সিদা নুংঙাইবা মশক খঙদ্রবীনি । চৎখিবা অসীনদি ফরবনি । ৱারিবদি লৈহৌরিবা ঐখোয়নি । ইমাদি অৱাবা কোকখ্রে । ঐখোয়তনা পেলহৌদবগী ৱাতনি ।" হায়না ঐহাক্লা ইচলদা য়েংলগা শোল্লম্মী ।

"অদুবু কমদৌনি তামো ? চৎখ্রবদি চৎখ্রে, ঐখোয়না থিংবা ঙম্বসু নত্তে । ৱায়, নুংঙাইতে হায়দুনা ঐখোয়না মতুং ইনবা য়াবসু নত্তে ।"

"ইবেম্মা, নহাক 'সিদা কুইনা লৈবা চুমদে । ননম্মবু থাদোকহন্নীংদে ঐদি । মহাক মথন্তা তৌফম খঙলম্লোই । মপুক্লীংসু নুংশিরমগনি । মাগী কনাসু লৈবা নত্তে । নং য়ৌরো, নংননে ৱারী নীংথীজনা শাওকো । ঐনা তৌরিবসী শাথীনা চুমদ্রবনি ।"

"তামো, করিমতা চিংনবীনু । নচলনা ফননবা পুম্নমক শীন্নরম্লগা লাকচরিবনি । ইনম্মবু ঐনা চেকশিন্না য়েংজগনি অদুগা মরম পুম্নমক ঐহাক ৱারী শাজগে।

তামোগী ফিভম অসীদা নচলনা হেক থাদোকচনীংদদুনা তৌরবনি । ঐহাক তামোগী হীদাক কাপলম্নগা চৎচগে । ৱাখল য়াম্না নুংঙাইতবসু তৌবীনুদা ।"

"নহাক্না শোয়দনবা শীল্লম্নবদি ফরে । ঐসু নংগা ৱারী শা-নরগা অৱাবা অসী খরদি পোৎথারিবনি । ঐগী ৱারী শাফম কনাসু লৈতে । অদুবু ননম্মবুসু থাদোকহন্নীংদবগী ৱানি । ঐগী অৱাবসি নংদি খরা খঙলম্বা য়াই ।" হায়না মঙোন্দা মুন্না য়েংই ।

"তামো, করিগুম্বা অমা... ।" হায়না ইচলনা হাযরকই । ঐহাক্না ইচলদা য়েংলম্মী। মহাক্না - "ঙসি অয়ুক অঙনবদা, ইমা থাজমানবীনা তামোদা পীয়ু হায়দুনা ঐঙোন্দা চিঠি অসী পীরম্বনি । ঐহাকসু করিগী চিঠিনো খন্দুনা খুদক্তা তামোদা পীগে হায়দুনা লাকপনি। ইমানদি নুমীদাংৱাই পীয়ু হায়রম্মী । ঐহাক লাকপা মতমদদি ইমাদি...! অদুগা তামো, ইমাগী মশানা খঙজবা লৈবরা কবিনো... ?" হাযরগা মহাক কপ্পা খাঙলম্মী । ঐহাকসু তশেংনা তৌফম খঙদনা লৈরম্মী । নুং-পান ওল্লম্মী । কপ্লীংবা খাঙবদা, মায়কৈ অমদা-অমদা কোযবৈ-লৈদুনা য়েংলম্মী । মীৎ অসীদদি পিরাংনা থুম্মাৎলকই ।

"থৌদোক অদুনা খঙহৌদনা থোকখিবদুদা, চিঠি অদু তামোদা পীবা মতাং চাদ্রদুনা...।" হায়রগা মহাক্না চিঠি অদু ঐঙোন্দা পীবকই । চিঠি লৌবগা ঐহাক পাবা ঙম্লমদ্রে । চিংনবা অমদি নুংঙাইতবনা লাকহৎপগুম তৌই । লাঙতক্লবনসু অমুক খাঙঙমদবা অমা ফাওরকই । চিঠি অদু পানীংবনসু ঙাইঙম্লক্তে, অদুবু অকিবসু পোক্লম্মী।

খুৎ অসী নীকলপ তৌরম্মী । ফাক্তোক্লুনা য়েংলুবদা অসুম্না ইবম্মী ।

*"ইমাগী ইবুংঙো....!*

*ইমানা নঙোন্দা থিংখিবদুনি ।'অদুবু মদু নংতনি খঙলিবা, পাবুংগা-ইমাগনদি ঐবু দোষ পীনীংলম্বসু য়াই । মসী পুম্নমক হৌখ্রবনিনা কান্নদ্রে । নহাক যাসমীন্‌বু লুনা-চান্না তৌবীয়ুকো । মরায়বক থীরবী নুপীমচানি । মহাক্কী হন্না য়েংবদা কনা লৈত্রবীনি হায়বা নংনসু হেন্না খঙলীবনি । মহাক্কী হায়ববু নহাক মঙাযরে । নংনা মাবু মুসলীম্‌ নিঙোলনি হায়না খল্লম্বা য়াই । মহাক মুসলীম্‌ নত্তে ।*

*ৱাহিদাগী মবোক্না মমা নাদিরাবাইগনা হুস্নবানু অমদি যাসমীন্‌বু পুরকপা, অনাথ-আশ্রম্‌ অদুদা, ঐখোয়না দিল্লী থাদোক্লমদাই নুমীৎ হুম্নি ৱাংলিঙৈগী নুমিদাংৱাইদা, ঐহাক চৎলুবনি । নুমীৎ অদুদদি থোইদোকপা মরী-মখোঙ খঙবা ঙমখিদে । ঐহাক্না খঙনবা নুপী অমা আশ্রম্‌ অদুদা থবক তৌরম্মী । মঙোন্দা ঐনা শেল-থুম পীরগা অশেংবা, অকুপ্পা মরী মখোঙ খঙননবা থিহল্লম্বনি । নুপী অদু ঐখোযনা দিল্লী থাদোক্লমদাইদা লাক্লম্মী । মহাক্না হুস্নবানুগা যাসমীন্‌গগী মরী-মখোঙ, মরী লৈনবা চে-চাং রেকোর্ড পুম্নমক ঐঙোন্দা শিন্নরকই । মতম ফংখিদবনা মদু য়েংবা নংখিদে । ইম্ফাল য়ৌববা মতুংদা য়েংলগা খঙবনি । চিংনবদি কয়ামুক লৈবনি ।*

যাসমীন্ অসী বাঙ্গালী ব্রাহ্মণ্ অমগী মচানুপীনি । মমাগা মপাগনা মচানুপী পুদুনা দিল্লীদা কোয়বা লাক্লম্মী । নত্রগা থবক্কী লাকপা ওইরম্বসু য়াই । মতাং অদুদা লাইবক থীবদগী ট্রেন্ এক্সিদেন্ট থোক্লুনা মপাগা-মমাগা শিখিরম্মী । অওাং অদু অনাথ আশ্রম্দা য়োক্লকখি । অদুগা হুম্নবানুগী মরমদদি - নহাক্লসু হান্না চিংনবা অমদি খনবা লৈরম্বসু য়াই হায়না নীংই । ঐহাকসু চিংনবা লৈনা-লৈনা, মহাকপু ঐনা লুনা-চান্না, নুংশিনা য়োকচরকপনি । ঐগী ব্রাখল অমদি চিংনবা অসী কনাগুম্বা অমত্তগী মফমদা ফোঙদোক্তে। অশেংবা অদু খঙলীবদি নাদিরাবাইতনি । হিংচাবী অদুনা, করিগীদমক ইচাবু ঐগী ইথাদগী মুন্দুনা ...! মহাক্না করিগীদমক ঐঙোন্দা দন্দি অসী পীরিবা... ! ইচাবু ইচানি হায়বা খঙহন্দনা, খঙদনা, চিংনবা অমদি করিগুম্বা থম্মোইগী মরী..., থাজবা, আশা অমদা, মাবু ঐনা লুনা-চান্না, নুংশিনা, তৌজদুনা লেল্লকখিবনি । থম্মোইগী ইথিল অমদা, নুংশিজবা প্রেম্ অদুবু..., অশেংবা ঐগী ইচানি হায়বা ফোঙদোকপা ঙমখিদে । মরম চাবা শাক্ষি প্রমান্ লৈতে । করম্না হায়গনি, করম্না ফোঙদোক্কনি । পুম্নমক অসী চিংনবতনা মঙোন্দা খঙহনবা ঙমদনা মহাক্না ঐখোয়গা কায়নরক্লে । তাঞ্জানসু য়াখিদ্রে । অদুবু থম্মোইনদি খঙগনি, মহাকসু ফাওরমগনি হায়নদি খল্লী। ইবুংঙো নহাকসু ফাওদ্রনে ? চপ চাবা প্রমান্দি ফংখিদবনা ...! মসীরা ঐখোয়গী সংসার ? পুমচাই-চাইরবা সংসার অমা... !

ঐনা চিংনরম্বা, খল্লম্বা পুম্নমক অদু অচুম্বনি হায়বগী চপ চাবা প্রমান্, অশেংবা খুদম, ঙরাংতমক খঙলি । মসীগী পাও অসী ইমানা বানুদা খঙহনবদি ঙমগনি নীংদ্রে । নহাক্না খরা খঙহনবীয়ু । মমা অমা ওইনা ইচাগী প্রেম্ ফংখিদ্রে । মহাকসু মমা লৈনা-লৈনা মমাগী মফমদা কেজবা ফংদ্রবীনি । অদুবু হৌজিক্তি মবুং অমা লৈরে, খন্দুনা ইমাগী থম্মোই অসী পেঞ্জরে । মমা ঐগী লাইবক থীবা, বানুগী মরায়বক থীবনি। পুম্নমক অসী ইবুংঙো, নহাক্কী নফমদা শিন্নরবনি । হৌজিক্তি ইমা পেল্লে, ইমাগী চিংনবা করিগুম্বা অমত্তা লৈত্রে । নহাক লৈরবনিনা ঐ করিসু ব্রাদ্রে ।

ইমানা নহাকপু অহানবা হেক উবদগী চিংনবা পোকখি । মরম অদুনা নংগী মরী-মখোঙ হংবগা লোয়ননা, হীরম অসীদা থিংখিবদুনি । হোয়, সুকয়া য়াদে হায়দুনা ক্রুক লাকশিন্দুনা থিংববুদি থিংখিদে । তশেংনসু নুপীমচাশিং অসীগী খনবদা, থিংবা ঙমখিদে । করিগুম্বা মরম খরদগী নহাক্কী নফমদা ইমাগী অশেংবা তাকখিদবনি । ঐনা মতাং চানা তাক্কনি হায়খিদনা ....! হৌজিক্তি ঐনা তাক্লবসু নহাকসু অশেংবা অদু খঙলম্লগনি । নহাক লৈরবনিনা বানুগীদমক ইমা থোইদোক্না চিংনবা, অব্রাবা লৈত্রে । ইমা-ইচা ঐখোয় পুম্নমক অমনা অমবু করিমতা খঙনদনা কায়নহল্লুরগা অমুক হন্না উন্নহল্লক্লীবা অসীমক ঈশ্বর মাগী মপাল নাইদ্রবা থৌজালনি হায়না খল্লসি ।

*ইমানা খঞ্জবা আশা...! শক্তম অদু অমুক্তং উজবগা সংসাবদগী বিদাই লৌজগে, হাযবা ব্রাশক অমগা লোয়ননা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজবকপা কুইববনি । মদুমক ফংবা ঙমদ্রগাদি লাইফমদা লাই নীংদুনা লৈজখ্রগে খল্লম্মী । ঈশ্বরগী থৌজালদগী ঐনা নীংজবা পুন্নমক, ঐগী ইচানুপাগী মপান্দগী শোযদনা ...! ইবুংঙো মহাক্না লেম্লমক পীনবীগনি হাযবসীসু ইমাগী অবেপ্না থাজবনি । হৌজিক্তি লাইফমদা চত্নুনা অমুক লাই নীংলুদ্রবসু যাবে । ঐগী নীংজবা আশা পুন্নমক ইচাগী নপান্দগী ফংলে । নচল বানুবু নীংশীংবীযুকো। মখোযগী মফমদা ইমাগী পাও নংনা খবা পীবীখো । নংগী মরুপ অহম্মদ যান্না ফবা অঙাংনি । অহম্মদকা হুন্নবানুগা ইমানা আশির্বাদ পীবি । নহাক অমদি যাসমীন্গীদমক ঈশ্বরদা থৌনিজবি । যাসমীন্গী মফমদসু ঐহাক্না পুন্নমক শিন্নববনি, খুদীংমক তাক্লবনি । মহাক মাগী অহল-লমনগী মবী মখোঙ, হৌবকফম থিনীংবা মাল্লি । ইমাগী খুত্তগী চে চাং পুন্নমক মহাক্কী মফমদা শিন্নখ্রবনি । নহাক্না মাগী মতেং পাংবীযু । নখোয অনি চঙদুনা থিমিন্নৌ । ইমাগী পুন্সিদি লোইখ্রসনু । ঐগী নীংবা থুংলে, মসি ইচাগী নপান্দগীনি । ইমাগীদি অমুক শাংথনা হিংলুদুনা কান্নদ্রে । হিংনিংবগী আশাসু লৈত্রে । নখোয থোইনা অব্রাবা, নুংঙাইতবা তৌগনু । নহাক অমদি যাসমীন্ নুংঙাই যাইফবা ওইযুকো। অব্রাবা, নুংঙাইতবা খর্বদি মাযোক্লববা যাই, অদুবু নখোয পুন্নমক নুংঙাই যাইফনা পাল্লুকো । ইমানা নখোযগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা হন্না-হন্না প্রার্থনা কৎচবি । ইমাগী অচেৎপা ব্রাশক্তী ... । সংসাবগী মাযা অসী থাদোক্লগে অসির্নি । মঙ্গল ওইযু ।*

*নহাক্কী নমা*

*থাজামানবী (চাঁন্দবীবী) দেবী ।*

চিংনবা অমদি লৈবনি...' পুন্নমক অসী ইমানা হান্ননা তাকপীবম্লবদি...' ইমাগীদমক নচানা কবিগুম্বা অমত্তসু তৌজহৌদবে । কর্বিমতা তৌবা ঙমখিদ্রে । নচাবু ব্রাবৌবীগনুকো । ওম্থোক্লা পেলহৌদেদকো । পুন্সিগী তার্ক্ক খুদীংদা অব্রাবতনা শরুক ওইখ্রবী, খুদোংথীবতা মায়োক্লখ্রবী ...' কনানসু খঙখীদ্রবী ইমানি । তুবেলগী কৌশীঙ ওইনা তাওথবক্লগা ঙহাক্তং তোর্বান্দা পল্লম্বগুম, ঐখোয়গা পূল্লম্বা, ঐখোযগী মীৎমাঙদা হাইফেত্তং উৎলম্লগা তাওথখ্রবী ইমা... ' হন্দক মপোক্কীদি লোইবেকো । মৈতান্না ব্রাখৈববনি । ইমা নহাকপু অমুক হন্না পুন্সিদা উববোই । ইচল বানুদা কবি হাযনা পাওদমগনি ? মহাক্না হংলকপদা ঐনা কবি হাযনা পাওখুম পীগনি ? ওম্থোক্লা পেনখিদ্রে, শাথীনা নীংঙমখিদ্রেদা ...! নচাগী পিবাং মবীক খবা অসীনা ইমাগী নফমদা ভক্তিগী তর্পন্ কৎচবি । লৎনদবা লৌবীযুকো ইমা, নচাগী ভক্তি প্রেম্গী খুদোলসে...'

কবম্লা অসুক থুনা, ঈখঙ-খঙহৌদনা ...? মঙ-হাগুম থোকখ্রিবা ....? পেন্দে, থম্মোই অসী কাযববনি । ব্রাখল অসী হেন্না পঙথবকই । নুংবংনবা নত্তনা কবি

মনিল নাইদনবনিনে ইমাখোয়না হোৎনরিবসে । নংনা খোয়দানা পুরকপা অসী ইমাসু য়ারে । ঐখোয়গী চৎনবী ধর্ম্ম-কর্ম্মদসু নংগী নথৌদাং পাঙথোকউ । ঐখোয়গী ইজ্জৎসু কল্লু । নংসু খল্লুনে মসীবু নংগী নথৌ ইনৎমক নত্রবরা ? ঐখোয়গী নীংবসু নংনা থুংহল্লু কৈদৌবগে । সমাজগী চৎনরোলসু খরা ঙাকউ । লুহোংবা অসীতা নংনা য়ারো । নহাক বর অমা ওইনা লুহোংফালতা ফম্মু । নংনা পামজবা নংগী নুপীগা অদুম লৈমীন্নৌ । ঐখোয়না পামজবা, ঐখোয়গী ইমৌ অদুতা লুহোংদুনা পুরক্লগা ঐখোয়দা শিন্নৌ । মসীতংদি ইমানা নঙোন্দা নিজরগে ।" হায়দুনা ইমাগী মমীত্তা পিরাংনা পুমচোৎ-চোৎনা ঐঙোন্দা খুরমগে তৌরকই।

ঐহাক পাখৎপা অমগা লোয়ননা - "ইমা হৌনদে, নচাবু পাপ্ লঙশিনহনবীগনু ।" হায়দুনা ইমাগী মখোঙ কোল্লম্মী । "ইমা নচাবু মৈরক্তা লংশিদুনা, ওস্থোক্লা লুরবা থৌদাং শিন্নবীরেদকো ।" হায়না ঐহাক কপলম্মী । ইমানা ঐবু কোনশিনবীরম্মী । ইমাগী মথানুংদা ঐহাক মায় উপশিন্দুনা কপ্লম্মী । ইমানা ঐগী কোক্তা নানবীরকই । ঐহাকপু ইমানা কয়ামুক নুংশিবীবগে হায়বসু ঐ খঙই । ঐনসু ইমাবু কয়ামুক নুংশিজবগে হায়বা ফোঙদোক্লবা ৱাহৈ লৈতে । ঐহাক ইমাগী য়াথং অসী করম্না ঙাক্কনি ? অদুগা করম্না, করিগী হীক্তোক্কনি ? মসীবু ঐহাক ঙমফম থোকপ্রা?

"ইচাসিদি অদুক যাম্না লুনা খল্লুরনু । কমদৌনি পুম্নমক অসী মায়োক্লবা তারেদনা । য়েংওই, ইমা ৱা হায়গে, অদুক লুনসু খল্লুরনুদা ।"

"ইমানা সমাজগী য়েংদুনা ঐবু লান্না খনবীরবসু, ঐনা পুজরক্লীবা নমৌ অসে অশেঙবা হীরানী হায়বসীমদি খঙবীয়ু ।"

"হোয়নে, মশক্তা, মতৌদা, মগুণ্দা করিমতা অৱাৎপা লৈতে খঙই । অদুগা ইমানা পামজরিবা ইমৌ অসীসু করিসু ৱাত্তে, শেংগ্রবা মণিনি । মসী নংসু কোন্নদি শোয়দনা খঙলক্কনি । অতাঙবা নুপীমচানিনে মহাকসু ।"

"ফরেনে, ঐবুদি ইমা-পাবুংগী য়াথং ইন্দুনা য়াজরগে । মসীবু নুপী ময়ুম্নবু য়াগদরা ? ঐনা নুপী অমা পুরক্লে হায়বা মখোয়বু খঙদ্রিবরা ? অরাপ্লসু নত্তে, অসুক নক্ল রিবা অসিদবু... ? অদুগা মসীগী মতুংদা ওইরক্কদরা ফল অদু কয়াদা খুদোংথীগদবা... ? মদুগী দায়ীত্বদি কনানসু পুবীরোই । ইরাল পুম্নমক ঐঙোন্দা থঙজিল্লক্কনি । মচানিঙোলবু অনি লোনবগী অতোপ্পী ওইহনবা...! নত্তে, মসীবু মখোয়নবু য়াগদরা ? মসিবু মখোয়গী করি করম্বা ৱাখলনো ?"

"নংতা ঐখোয়না হায়বসী য়াবীয়ু । নুপী ময়ুমগী দায়ীত্তা পুম্নমক পাবুংগা ইমাগনা লৌগনি । মদুগীদি করিমতা খল্লুরনু ।"

"ইমাগী ৱাফম অসী হৌজিক্কী থবক পাঙথোকপ্রগা লোইরে অসীখক্তনি । তুংগী ওইরক্কদবা অফ-ফত্তদি করিমতা খনবীদরে । মমৈদনা অশোয়বা, অরানবা, ফত্তবা

পুন্নমক ঐঙোন্দা লোইনা তারক্কনি ।”

ইমানা করি-করিনো য়াম্না ঙাংলম্মী । উপাই লৈত্রদুনা - “ফরে, ইমানা অদু য়ৌরবনিনা নচা য়াজরগে । অদুগা মসীগী অফ-ফত্ত ফল্ পুন্নমক্তি ইমাগা পাবুংগনা পুবীগদবনি । মরুওইনা মখোয়নবু য়ারবদি...।”

“মদুগী দাই পুন্নমক ইমানা পুগনি । নংনবু লুহোংবসী য়ারবদি খুদীংমক ফননবা শীনগনি । করিমতা চিংনরুনু ইচাসিদি ।”

ইমানা কন্না তকমনবদগী ঐহাক উপাই লৈরমদ্রে । ঐহাক য়াবদা তারবরা... । মীত্তগী পি তারক্লম্মী । যাসমীন্গী মাইথোং অদু শংশংনা উরকই । ঐহাক্না মাগী মফমদা নমথাক তৌবা তারবনিকো !? অসঃ হে ঈশ্বর...!

“ইমাগী ইবুংঙো, য়েংওই ৱাখল থোইনা নুংঙাইতবা তৌগনু । ময়ামগী অপাম্বা অসীদং থুংহল্লু । অতে পুন্নমক ইমানা শীনগনি । নহাক কবিমতা চিংনগনু, মখোয়গী মপাবুং অদুসুনে নুপী অনি লোনবনি । অদুনা মসিদা কবিমতা চিংননীংঙাই লৈতে ।”

“ইমানা হায়বগী অদুক..., য়াথংবুদি ঙাকচরগে । অদুগা যাসমীন্গী খুদোংচাদনবদি শীনবীগনুকো । মদুতদি থোকহনবীগনু ।”

“করিগী খুদোংচাদবনোনে ? মহাকসু ইমৌনিনে ।” নহাক অমুক চক্রি তৌরনুকো । নংগী অমদী ইমৌগী করিগুম্বা অকাযবা অমত্তা থোকহল্লোই । ইমা লৈরি, নুংঙাইতবা ৱাখল খনগনু । য়াম্না হেন্না লুনসু খল্লুনুদা...। ”

“ইমাগী নীংবা থুংননবগীদমক, তুংদা লাক্কদবা অৱাবা খুদোংথীবা পুন্নমক ঐ মায়োক্লরগে । অদুবুনে ইমা, নচাগী পুক্সি অসিদদি নুংঙাইবা হায়বদুদি সুকওই-ওইররোইদো ...! মসী ইমানসু খঙবীরমগনি ।”

“করিগী ওইদদগে ইচাসিদি, অদুম্না খনগনু । ইমা পেল্লে, মঙ্গল্ ওইয়ু । ইচাগী পুক্সিদা ঈশ্বরনা য়াইফবা পীনবীসনু । ইমাননে ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌরি । ইমানা নংবু অশির্ব্বাদ পীরিবসীনি । পাবুংসু শোয়দনা হরাওজরনি ।”

ঐহাক করি থোক্লগদগে খঙদে । খুৎ অনিনা কোক পায়দুনা, নাকোং মেন্দুনা, মীৎ উইশিল্লগা খাঙবা নত্তনা উপাই লৈতে । তুংদা লাক্কদবনা করি...? “ইমা ঐ মহাক্কী মনাক্তা অমুক্তদি চৎকে ।” হায়না হায়রম্মী ।

“ইমাগী ইবুংঙো, নহাক লেপ্না ফাওবসু ঙমদ্রে । করম হায়না চৎকদগে ? অদুগী মথক্তা হৌজিক মতমসু চাদ্রে । নোংঙাল্লগা, অয়ুক্তা ওইনা চৎলসি । নুংঙাইতবা থোইনা খল্লুনু । নশা অদু য়াম্না চোকথবে, তূম্বা থেম্মু ।” হায়দুনা ইমানা ঐবু থেমজীনবীরকই । উপাই লৈতে, তশেংবমকসু মতমদি চাদ্রে । চৎপদি চুম্বনি অদুবু...। ঐবু হৌগৎপা, লেপ্না ফাওবা ঙমদ্রিবা অসীবু, ঐহাক অসুক য়াম্না শোম্বুগ্রবা ...? !

পাঙ্গল থোক্কবা ...! অফ-ফত্ত, অচুম-অরাল ব্রাখল খন্ননবা, খনবা ওম্বগী শক্তি ফাওবসু লৈত্রবা ! ঐগী লম্বী পুন্নমক থিংব্রবা ! থম্মোইদদি অকনবা নোংলৈ-নুংশীংনা মথক-মখা ওন্ন শুরু-শুরু নৈরকই । কোক অসী, পৃথী মথক-মখা ওনগদৌবগুম উরু-উরু লৈরকই । তৌফমদি করিমতা খঙদে । হীপ্লা-হীপ্লা মীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা কন্না খাঙবা লাক্লরম্মী । অসীগুম্বা মতৌ, অসুক ব্রাবা অসীবু হৌনবরা ?

"বর বার্ত্তন্দি লাক্লে, বরদি ফি-রোল হোংদ্রি, চন্দন্ ফাওবা থিন্দ্রি ।" হায়না ঙাংন-ঙাংনা ইমাগা অরাংফম্না, বর শেন্নবা হায়বদুরা অহল অমগা লোয়ননা চঙমীন্নরকই । ইমানা তপ্না - "ইবুংঙো, ফি-রোল হোংলসি । ইমা লৈরি করিমতা খল্লুনু । সে চন্দন্ থিনশি ।" হায়দুনা ঐহাকপু হৌগৎপীরম্মী । ইচলসু চঙলক্লুনা মতেং পাংবীরকই । ইমানা ইচলদা - "মেমচৌবী, নং তামোগী চন্দন্ অমুক্তা থিল্লুসে ।" হায়রকই । ইচলদু তিঙক-মায়ঙক চারম্মী । অদুম ওইনমক ইমাচৌবীগী য়াথংনি । ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা, মহাক্লা ঐবু চন্দন্ থিনবীরম্মী । ঐহাক উপাই লৈতনা হংনা শাবা লাইথিগুম্না, চন্দন্ থিনবীরগা, অহল অদুনা ফৈজোমকা শেৎপীরম্মী । ঐহাক মন্ত্রনা শুদ্ধৎলবা নত্রগা নেশানা পঙথরবা মী অমগুম্না, পুমপঙ-পঙনা, মখোয়না তৌবিবমখৈ, ঐহাক য়াবা তারবা ...! ওম্বোক্লা উপাই লৈত্রবা অমা ওইরবনিকো !

বল্লি তৌরমদাইগী, হামেঙগী মরায়বক্তা শিন্দুর নম্বীদুনা পুজা তৌবীবা অদুগা, মখোয়না ঐঙোন্দা তৌবীরিবা অসীগা করিবু খেন্নরিবগে ? মতৌ অদুম্না বর বার্ত্তন্গী হৌনবী অদু লোইখিবম্মী । ঐহাক্তী ঈশা অসী পুমপঙ-পঙখিরম্মী । পুমচোক-চোকথরে, পুমতেকসু তেকই । পাঙ্গল য়াওদবতা নত্তনা, হৈনীংবা-হৈনীংদবা, ব্রাখলসু অমত্তা থোক্লমদ্রে । করিনো ঐনা তৌরিবা অসীবু ...?! উপাই লৈতনা ঐহাক ফম্মুংদা হীপথরম্মী । জ্ঞান্ মাঙবগুমসু তৌই । ইচলনা হুমাই হুম্বীরকই । ঐহাক তরঙ অমদা তাওবগুম অসুম তাওরম্মী । ইমাগা ইচলগনা করি-করিনো ঙাংনবগুম তায় । মরোলদি করিমতা খঙদ্রে । মখাদি করি ...? ঐহাক জ্ঞান্ অদুম তাখিদরে ।



# (২৪)

ঐনা জ্ঞান্ তাবকপা মতমদা ইমাগা-পাবুংগা ইনাক্তা ফমদুনা লৈবম্মী । ইচলনা - "কৈসু থোইদোকপা তৌববোই, নুংশা থীনীংঙাইদি কবিমতা লৈতে । তামোগী মশা অসী যাম্না চোকথমনখিবননি । লাইহৌসু লৈত্রে, কাপখিবা হীদাক অসীনা য়াবনি । কবিসু তৌববোইদা ইমাচৌবী ।" হায়বম্মী ।

ইমানা - "ইচল নং'সিদা 'সুম লৈবো । অহীং-নীংথিনা শেন্নবা ফৈ ।" হাযবকপা অদুসু ঐহাক তাবম্মী । মীৎ অসীদি ইপাঙ-পাঙনীংদে ।

"ইমাচৌবী, নুমিদাং পুঙ তবামাইথোইগী অদুৱাইদা অমুক্তা হীদাক কাপ্পা তাই । মবক অসিদা হীদাকশিং অসী পীজবীবম্মু । চা, শঙ্গোম কবি-কবিনো খবা তোযনা পীথকপীবম্মু । ঐহাক ক্লিনীক্তা অমুক্তা চৎলুখিগে । যাম্না থুনা লাকচগে ।" হাযবম্লগা ইচল থোকখ্রে । মীৎতি পাঙদে ভাব্না শাবনি ।

ইমানা ঐবু শঙ্গোম পীথকই, হীদাক পীজে । অঙাংমচাগুম্না অদুক্কী মতীক লুনা, চেকশীন্না সেবা তৌবীবম্মী । পুঙখাযমুক খবা হেনবদা ইচল লাকই ।

"ইবেম্মা, ইমাচৌবীসু জ্ঞান্ তাদ্রে । নহাক, নংগী তামোবু নীংথীনা সেবা-লাংবা, কবিনো তৌগদবা অসীবু ...? শোযবা তাবেনে তৌবিবসে ।"

"ইমাচৌবী থোইনা নুংশা থীবীকনু । কবিসু তৌবোইদা ।"

"চাক-ঈশিংকা অমত্তা হোৎনদ্রি । ইমাচৌবী চাক থোংননবা তৌগে । নচীল-নৌপৱা পূন্না চাম্মীন্নবো ঙসিদি । চা অমুক্তা লৌবো লাও ।" হাযদুনা ইমাগা ইচলগা চঙমীন্নখি । ঙহাক্কী মতুংদা ইচলনা চাগা বিস্কুইটকা পুদুনা লাকই । ঐহাক চানীং-থক্লীংবদি পোক্তে, অদুবু ইচলনা ঐঙোন্দা থেমদুনা বিস্কুইট ইল্লকই । মহাক্না হাযবদুদা নুংঙাইখিবোই খন্দুনা, ঐখোয অনি চা থকমীন্নবম্মী ।

"ইচল ননম্মদি কমদৌহৌবি । ঐবু মনাক্তা ঙহাক্তা চৎপসু ঙমদ্রে । মসীবু হৌনবিববা ? মতাং অসীদা মত্রবদি নাবগী মতমসু লৈত্রবদৌনা ...?"

"তামো, ইনম্মা কবিসু তৌদে । মশাসু ফনা নীংথীজনা কনখৎলে । তামোনদি নুংঙাইববোই..., অদুবু ইনম্মদু কদাইদগীবুদি নুংঙাইগদগেদো ?"

"মহাক ৱাখল য়াম্না নুংঙাইবম্লোই । ঐবু শোযদনা ৱাবৌবমগনি ।"

"ঐহাক্না, তামো নাদুনা হৌগৎপা ঙমদদুনা লাক্তবনি, হাযবা অশেংবা ৱাবীশিং

অসী লোইনমক তন্নবনি । ইনম্মনা তামোবু ব্বারৌবগী মতৌদি উদে । অদুম ওইনমক নুংঙাইফমদি কদাইদগী লৈরগদগে । তামোগসু উন্নদা, তামোগী নাবগী ফিভমসু খঙদা..., মথন্তা তরক্লা... ! অদুগা ইমা থাজমানবীনা খঙহৌদনা লৈখিদবনে... । য়েংবদা ওহ্মোক্লা নুংঙাইত্রে । তামো, পাবুংহনগা ইমাচৌবীগনা শীল্লীবা অসীবু ঐদি ওহ্মোক্লা পেন্দেদা ! অদুবু তামো ফিভম অসীদা অহলশিংবু মরাল শীবসু হেক য়াবা মতাং থোক্কে । ঐনা য়ানীংদ্রিবদি, নুপী ময়ুমগী অহলশিং অদুনি । পুম্নমক খঙনা-খঙনা মখোয়না তৌরিবা অসিবু ...! অহল-লমন খরা চত্তুনা লুহোংবা অসী তোক্লসি হায়রুবদা নুপীগী মপা অদুনা সুকয়া-য়াদে হায়, অতোপ্পী ওইরসু ওইসনু লুহোংদবা সুকয়া য়াদে । নখোয়না লুহোংবা কায়হল্লবদি, ইচানুপী হু পীজদুনা হাৎকনি । অদুগা ইজ্জৎ মাঙবা, ইকায়বা পীবদগী, ইচানুপীনা আত্মাঘাত্ তৌদুনা শিবনি, মসী হায়দুনা কেস তৌগনি, হায়রকই হায়নে । ওস্থোক-ওস্থোকপা মী, অঙকপা করেক্তরগী মীশক্লী সুভাসিনিগী মপা অসীসু । তামো থোইনা খনবীরুনু, লুহোংলগা চৎনবীগী ওইনা মপাম চাক্কৌবা ফাওবদং লৈবীরম্মু । নোংঙানবগা ইনম্মা যাসমীন্ পুরগা চৎপীখরো । মদুনা ফরনি ।" হায়না ইচলনা হায়রকই । মহাক্কী অসীবু ঐবু থেল্লীবরা ? তৌরিবা অসীদা শাওনীংদুনা হায়রীবরা ? ঐহাক ভাব তাবা ঙমদে ।

"ফরে ইচল, পুম্নমক ঈশ্বরনা তম্বা লাক্লনি । নংনা 'সিদা লৈথোক্লবদি ননম্মদি কমদৌবা ...? নহাক মাবু থাদোকপদি চুমদেবো ।"

"তামো করিমতা চিংনবীগনু । ঐনা লোইনমক শীঞ্জরম্লবনি । নচল লৈজরি, করিসু নুংশা থীনীংঙাই লৈতে । ব্বারী পুম্নমকসু শাজরন্নবনি ।"

অহীং নোংশোয়বা অদু ইমাগা ইচলগনা ঐবু সুকথা-থাদোক্তনা শেন্নরম্মী । ঐগী হীদাক-লাংথক হোৎনবদা ইচল অহীং সুকতুম-তুন্নমদে । পাবুংসু মরক-মরক্তা ইনাক্তা চঙলক্তুনা য়েংলম্মী। ঐহাক চাক্তী চাবা য়াদদুনা চাদ্রবনি । নোংয়াই মতুংদা হকচাং অসী খরদি য়াংবগুমদি তৌরম্মী । হকচাং অসীদি পুমতেক তেকই । তূম্বসু ইয়া-য়ারমদে । যাসমীন্গী মনাক্তা চৎনীংবগী ব্বাখলনা, ঐহাক ফম্মুংদা হীপ্পদু মৈথক্তা লৈবগা চপ মান্নরম্মী । হৌগৎকে হোৎনববু হৌগৎপা ঙমদে । নোংঙাল্লমদাইদা তূম্নীংবা খরা ফাওরকপগুম তৌই । য়াম্না কন্না খাঙবা লাক্লরম্মী । অদুবু তূমথগ্রমাল্লে।

ঐনা মীকপ থোরকপদা পুঙ মাপল হেল্লম্লে । ইমানা ঐবু চীন-খা শেংদোকহল্লম্মী । ইচলনা চা পুরক্তুনা থকমীন্নরম্মী । চা থক্লা-থক্লা "ইচল, ননম্মদুবু ...? নং ঙরাংদগী সিদা অদুম লৈরবনি ?"

"তামোনা নুংঙাইনা তূম্বদুদা ঐনা হৌদোক্লমদ্রবনি । ঐহাক ইনম্মগী মনাক য়ৌজরুরে । হকচাং অদু ফনা নীংথীনা কনখৎলে । 'তামোদি, অহীং নোংশোয়বা

তূমদ্রে । নোং ঙাল্লকপদা মশা খবা ইংথবদুনা তূমহৌবি  হায়না ব্রারী শাবম্বনি ।"

"নত্তে, মাবু লুহোংবগী ব্রাফম অসীষু খঙলববনে ?"

"তামো, ইনম্মদু ঐখোযগী  লোল খঙদবগী ব্রাতনি । মহাকসু মীনিনা কবিগী খঙদদগে ? লৈকায় অসীদা পাও অসী খঙদবা, তাদবা কনা লৈবিবগে ? পাংবুংহল, ইমাচৌবী অদুগা সুভাসিনি অমদি মখোযগী অহল-লমনশিংবু খঙদবা কনা লৈবগে ? তামোবুসু খঙদবা কনাসু যাওদে  । পাও অসীসু লৈবাক পুঙজাও থীল্লবগুম্বনি । ঐনবুদি তামো নাদুনা হৌগৎপা ঙমদবদগী তৌবনি হায়নবুদি ব্রাবী শাবনি । অদুম ওইনমক মী পুম্নমক চপ মান্নদে । হোসপিতাল্‌গী ডাক্তর, নর্শ, ব্রার্দ এটেন্দন্ট, অতৈ-অতৈ কয়ামুকসু লৈবি । ইনম্মবু নুংশিবসু, কল্লকপসু যাওবমগনি ।  ঐনসু পুঙ কুনমবি মাগী মনাক্তা শেন্নবসু ঙমদ্রে । ইনম্মদু তামোগা উন্ননীংবগী মওং মাল্লি । 'সিদা   লাক্লীংবগী ব্রাফম হৌদোক্লম্লগা লোইশিন্দনা তোকশ্ত্রে । ঐসু, মথব্রায নুংঙাইজনবা হায়দুনা চৎলুসি হাযবম্মী । মদুদা - "নংগী দাদানা লৌবদ্রবদি কবম্না চৎকনি ?" হাযদুনা হংলকই । ইনম্মগী থম্মোইদা চিংনবা যাম্না লৈবা মাল্লী ।"

ইচলগী ব্রাফম অদু তাবদা, থম্মোই অসীদা থাঙনা থিনবগুম চৈনাখোল ফাওবম্মী । খুদক অদুদা মহাক্কী-মনাক্তা চৎকে খল্লী । অদুগা ঐনা মঙোন্দা হাযগদবা অসীনা কবিনো ? মাবু খুদক অসীদা য়ুম অসিদা পুবকপা তাই । অদুমক তৌকবদা কুম্মে অমুক ওইবগদ্রা ? ঐ মাগা উন্নগদবা অসীবু ....? লুহোংবা অসী কায়গে কাযবসনু । মদুনবু হেন্না ফবগনি । ঐ হৌজিকমক মাগা উন্নদবা য়াদে । ঐ হৌগৎলগা ঈশা অসী হাইবং-হাইবং তৌদুনা থোক্লম্মী । ইচলনা তিঙক-মাযঙক্রনা য়েংহৌই । ইমানা তান্নবক্তুনা ঐবু ফাববে । "ইমাগী ইবুংঙো, নং ইমানা হাযবা অসীর্তাদ  যাবীয়ু । ঙসি অসিতদি নং মহাক্কী মনাক্তা চৎলুখিগনু । ঙসি খক্তদি..., হযেংদগীদি ইমা কবিমতা হাযববোই । নংনা থোকপা, নংনা তৌনিংবা তৌবদা কবিসু  থিংলোই । ঙসিতদি নং ইমানা হাযবসী ইল্লু ।" হাযনা কপকদৌবগুম তৌবকই । ইমাগী মতৌ অদুদা ঐ উপাই অমত্তা লৈতে । কবিনো ঐনা তৌগদৌবিবা অসিবু ? পাঙ্গল, শক্তি অত্তা যাওদ্রে ।

ইচলনসু - "তামো, মীগী মমাঙদা কুম্মে ওইবনি ফজদে । ঙসিতদি অব্রাবা, নুংঙাইতবা পুম্নমক অসী খাঙবীবো ।" হায়দুনা যাম্না নোল্লুক্লা, নুংশিনা হায়বকই । ঐহাক খোঙ-খুৎ তেকপগা চপ হেক মান্নে ।

মখোযগী মতৌদো..., ঐগী লৈজবা শক্তি পুম্নমক মাঙখি । ইমাগা পাবুংগগী মনীংতদি থুংজবসনু । মখোযগী নীঙবসী থুংহল্লগে । অদুবু মসীবু হৌনবিববা ? কবিনো তৌবিবা  অসীবু ...! পাঙ্গল, বুদ্ধি-লৌশিং পুম্মাঙ-মাঙখ্রে । অহীংদা মঙলাক্লদুনা শিবম্নবদি ফবমগদবনি । শিবমদ্রিবা অসীবু কবিগীনো ? ঈশ্বর ঐনা নঙোন্দা কবি

লানখ্রবগে ? করিগীদমক্তা ঐবু অসুক শাথীনা লাক্লবীরিবনো ?

মখোয়না ঐবু কোল্লগা পুশন্দুনা ফম্মুংদা হীপহল্লম্মী । ইচলনা শেন্নদুনা, সেবা-লাংবা তৌদুনা লৈরম্মী । ইমানা ঐবু থেম্বা হৌনবা থেন্নল্লগা, লুহোংবগী থবক-ইনখাং নোমখিরম্মী । ঐহাক্কী বুদ্ধি চম্মন্নরম্মী । মঙগুম্নসু থোক্লম্মী ।

"ইচল, নংনা হেন্না খঙলীবনি । লুহোংবা অসী ঐনা য়ানীংবা ব্রাফম সুকনৎ-নত্তে । অদুবু ইমাগা পাবুংগনা অসুক য়াম্না মসিদা থব্রায় য়াওরীবসি করিগীনো ? ঐ মসী ভাব্ তাদে । ঐনা য়াম্না হেন্না ঙক্লীবদি, মখোয়গী মমাগা মপাগা অদুনি । নুপী মশা অদুমকসুনি । ইবেম্মা, তামোদি চিংনবতনা পিক থল্লি । মসীবু হৌনবরা ?

"তামোনা হায়বগুম্না ঐসু ঙকই । হোয়, পাবুংহনগা ইমাচৌবীগদি হায়নরুবা ব্রাফম ঙাক্লবগী তৌবা ওইরমগনি । অউনপোৎসু পঙয়াম য়ামলোইদবদি নত্তে । নুপী ময়ুমনা তামোবু য়াম্না পামজে হায়বসিমদি শোয়দ্রে । করিগীবুদি পাল্লোইদগেদো । তামো, ইচম-চম্বা মীসু নত্তে ।" হায়না ইচলনা ঐঙোন্দা য়েংলকই ।

"ফরে অব্রাবা, খুদোংচাদবা অসী খাঙলগে । ঐগী লাইবক্লনি হায়বা তারে । ননম্মবু থেম্বা নংগী দাইনি । ব্রারীশিং অসী শেংনা তমগেরা ? নংনা খল্লগা তৌরো। মাবু য়াম্না চিংনহনবা, ব্রাহনবদি চুমদে । ঐহাক মচা অমা ওইবগী থৌদাং, ইমাগা-পাবুংগগী মনীংতদি থুংহল্লগে । মখোয়না পাম্বগী মতুংইন্না চৎনবী ঙাক্লুনা লুহোংবসীতংদি য়ারল্লগে । হয়েং লুহোংবগী নোং হেক ঙানবগা মাবু পুদুনা দিল্লীদা চৎখ্রগে । ননম্মদা ব্রারী ফজনা শারম্মু । মহাক্কী মথব্রায় ব্রাহনগনু, চিংনহনবা, মপুক্লীং নুংশিহনবা য়াদেকো । নহাক্লা তামোবু নুংশিরবদি, শিন্নরিবা অসী কাওগনু।"

"তামো, ঐ খঙজরে । নচলনা ঙম্বমখৈ হোৎনজগে ।" হায়না ইচলনা ঐহাকপু খরগীমখৈ ইংথহন্নবা হোৎনবীরম্মী ।

ঐহাক, মঙ-হাগুম্না, ঈশাশি পুমপঙ-পঙনা, ইমা-পাবুং অমদি ময়াম্না হায়বা অমদি মখোয়না তৌরিবমখৈ ইন্দুনা লুহোংলে । মন্ত্রনা শুল্লবগুম তৌ হায়বা খুদীংমক তৌরম্মী । ব্রাখল অতৈ করিমতা খনবা ঙমদে । যাসমীন্ কমদৌরমগনি ? মসিতনি ঐহাক্লা লেপ্তুনা খল্লীবা । মহাক্কী মাইথোং অদুতনি ঐহাক্লা উরিবা । ঐহাক্কী ঈশাপুম্বা ঈরুম-লুম্মী, ইফা-ফাজীল্লী । বুদ্ধি-লৌশিং ফাওবা পুম্মাঙ-মাঙবগুম তৌরম্মী । মখোয়গী পোৎশেম-যাদুকা হায়বদু তৌরবা জাৎলা ? নত্রগা হীদাক থারবরা ? ফত্তবা ব্রাখল ঙাক্তা খল্লম্মী । অদুবু ঐগী ইতৌ অদুদা ইমানদি য়াম্না ব্রাজরম্মী ।

"ইমা, ঐগী ঈশাসি পুমপঙ-পঙথৈ । নখোয়না পোৎশেম-যাদুকা হায়বদু তৌরবা জাৎলা নত্রগা হীদাক্কা পীজরবরা ? ঐবু কৈনোমা ইতৌ তৌই ।"

"করি ব্রানোদা ইবুংঙো ? ওম্বোক-ওম্বোকপা, হায়হৈদবা ব্রা ঙাক্তা নংনা

ঙাংলী'সীবু করিনো ?" হায়না ইমানা ঐগী ঈশা পায়দুনা, মীৎ নান্দুনা য়েংই। "চাবা-য়াদবা, তৃম্বা ব্রাৎপদগী তৌরিবনি। কৈসু তৌরোই, ব্রাখল লান্না খনবা হৌনদে।"

"ইমা ঐ য়াম্না চোকথরে, য়াম্না শাথীনা ব্রারেদা ...।"

"ইবুংঙো, য়েংওই নংনা চাক চারক্তীবসী চরা মঙা শুরে। অহীংসু তৃমদবা কয়া কুইরে। নশাদু য়াম্না শোম্বুরে। চাদবগা, তৃমদবগনা তৌরিবনি। সে, গ্লুকোজ অসী থকচীল্লুসে। শঙ্গোম খরগা অমুক থকসি।" হায়দুনা ইমানা ঐবু গ্লুকোজ পীথক্লম্মী। "চাক লোইনরক্লনি। কৈন্যা থিল্লক্লবদি চাক খরা চারগা পোৎথানবা তৌসি।"

মপান্দা কৈন্যা থিল্লকপগী ঢোল্ মখোল তারকই। "ইবুংঙো, নং' সিদা হীপ্লসি চুমদ্রে। নশা অদু ঙমদ্রবদি লাকও, ইমাগী ফম্মুংদা ঙহাক হীপ্তুনা পোৎথারো লাও। ইচল, মেমচৌবী, নংগী তামোগী মনাক্তা খবা লৈয়ুসে। শঙ্গোমকা থকমীন্নৌ।" হায়দুনা ঐবু মখোয় অনিনা কোন্দুনা পুরগা ইমাগী ফম্মুংদা হীপহল্লম্মী। ইচলনা শঙ্গোম ইনবীবকই। ইমাদি কৈন্যা ওকপা থোকখিরম্মী। অদুগী মতুংদা ঐহাক কযা কুইনা তৃম্নুরবনো খঙদ্রে, ইমানা ঐবু হৌদোরকপদা জ্ঞান্ তাবকই।

"ইবুংঙো, হৌগৎলোসে চাক খবা চারগা পোৎথানবা তৌরসি।" ঐহাক ইমাগী য়াথং ইনবা ওইনা চাকশঙদা চঙদুনা চাক চাবা ফল্লম্মী। চাক-এনশাং মহাও কবিমতা খঙদে। য়োৎপা ইয়া-য়াদে। ফনা হাওনা থোংলবসু চাবা য়াদ্রদুনা তোক্লে।

যাসমীন্গী মনাক্তা চৎকে খন্দুনা মপান্দা থোক্লম্মী। নক্লবা মরী-মতা খবা, শাগৈগী লৈশাবীমচাশিং চাকশঙদা লৈহৌরি। চাকশঙদদি মখোয় ব্রাবী-ব্রাতাই শাদুনা লাঙলি। মপান্দদি পুমচীক-চীকই। ঐহাক চৎলগে খন্দুনা থোরকই। গেট শো লোল্লম্লে। গেট কারগা চৎকে খন্দুনা কাখৎকে হোৎনবদা ঙমদ্রে। হকচাং অসি থক-থক নীকই। কোক ঙাওবে, মীৎ তন্দন পাইবম্মী। কোক অসী উরু-উরু লৈবম্মী। তুগে তৌবদুনা গেটকী বার পায়রগা ঐহাক তপ্না ফমথরম্মী। ফনা কুইনা ফল্লবা তুংদা উপাই লৈত্রদুনা ঐগী কারোমদা চৎলম্মী। ইমানা লোন্না - "কবিনো ইবুংঙো ? হৌজিক মতম চাদে। নংনা চৎকে হায়রবসু হয়েং নোং ঙাল্লগা চৎলু। চঙঙো-চঙঙো, লাকওসে নিংথিনা পোৎথারুরো।" হায়রকই। ইমাগী মতৌ অদুসু ওম্বোক্লা ব্রাজরে।

ঐহাক ব্রা অমত্তা ঙাংলমদনা তপ্না চঙলম্মী। কৈন্যা, মৌ অনৌবী..., সুভাসিনি হায়বীদো ফম্মাঙদা থারিবা কার্পেত্ অদুদা মরু লুকথদুনা ফমলম্মী। ঐবু উবদা নাকল অমবোমদা থৈদোক্তুনা তাশীন্দুনা ফমখি। মমায় খিত্তং থাঙ্গত্তুনা হাইফেৎ য়েংলকই। ঐনা য়েংশিনখিবদা মপা চা-নরুদুনা মীৎ চা-নবম্মী। মহাক লুকথখি। ঐগী খোঙথাঙ চপ লেপ্লম্মী। কদোমদগী ব্রাখলনো ?! মাগীদি মরাল করিসু লৈবা নত্তেকো ! অহল-লমনগী য়াথং ঙাক্লীবনি। ঐহাক্লা মখোয় অনিমক্কী মফমদা ইবাল লৈরবা ! করিগী...,

ঐনা মাগী মফমদা ইরাল লৈগদৌরিবা ? যাসমীন্গী মফমদা মীনম্লে, ইরাল লৈরে, হায়বদি য়াই । মহাক্না খঙনা-খঙনা করিগী...? মরাল লৈরিবদি মহাক্নী ।

ফম্মুংদা হীপথরম্মী । "সুভাসিনি.., মিং হেক্তা কৌরে । য়াম্না ৱারৌরগদ্রা?"

মহাক্ন ঐঙোন্দা মিৎচিনা হাইফেৎ য়েংলগা - "ঐগী মিং কৌবদা করিগী ৱারৌগদগে ? অদুবু অদুক য়াম্না কোইথোক্না ব্যবহার তৌবীদ্রবসু, তাকপীনীংবা হেক্তা তাকপীবদা করি অকায়বা লৈবীবগে ?" হায়রকই ।

"ঐগী লমচৎ-শাজৎ খঙবীরম্লগনি । ঐহাক লমচৎ চুমদবা লৌনম্বা মীশক্নী । নুপীবু শান্নপোৎকুম খল্লবা মীশক অমনি হায়বা খঙবীরমগনি । মসীদা অদোমগী করম্বা ৱাখল....? করি করম্বা আশাদা ...? করিগীদমক মসিদা ...!"

"ঈশ্বরগী থৌশীল কনানা খঙগনি ? অহল-লমনগী য়াথং ঙাকচদুনা...! ঐগী থৱায় হকচাংদি অদোমগী মফমদা য়াম্না মাজৌননা কৎচম্লবনি । হৌজিক্তি ঐগী পুন্সি, থৱায়-হকচাং, ঐহাক্নী ওইজদ্রে । অদোমগী য়াথং ঙাক্না, তুংইনবা ঙমজবা অসীতদি পীনবীগনি হায়না আশা তৌজৈ ।" হায়না তপ্পা হায়রকই ।

"অদুদি-, অদোমসু হান্ননা পুম্নমক অসী খঙলবনি নত্রা ? খঙনা-খঙনা কবম্না .....?" ঐনা ৱা হৌকরিবা অসীনা করিগী ? মহাক্না খুন্নক্নীবা অসীনা করি....?

"ঐহাক্তি ঙবাংতমক খঙজবনি । হোয়, খঙনা-খঙনা হায়বীবা অদু লানবদি নত্রে । খঙনা-খঙনা চঙজরক্লবীনি । তাকপীনিংবা পুম্নমক হেক্তা তাকপীয়ু । ইরাল লৈ হায়না লৌবীরবসু ইবালগী প্রায়শ্চিত...! ঐনা ঙম্বা ওইজরগদি পুম্নমক পাঙথোক্লবা হোৎনবদা নীংহন্নজবোই । য়াথং ইনবা ঙম্বা, বর পীনবীয়ু ।"

"অহল-লমনগী মায় চোপ্তুনবা, অদোম্না য়াবীবদগী, ঐহাকসু ওম্থোক্না ৱানা মচা অমা ওইবগী থৌদাং পাঙথোক্লে । অদোমতা নত্তে, ইরাল অসী ঐগীসু চাওনা লৈ। মসীগী মখা তাবদি, অদোমনসু অদোমগী অনীংবা, অপাম্বা লম্বীদা চৎখিবদা ঐহাক থিংজবোই । ঐহাক্নীসু ঐগী অপাম্বা লম্বীদা, অদোম্না অপনবা পীবীরোই হায়না আশা তৌজবা য়াগদ্রা ? হৌজিক ঈশানা-ঈশাবু দন্দি পীজবা তারক্নী ।"

"হায়বীরিবা ৱাফম অদুবু ৱাহংলা, পাওখুম্লা ? ঐহাক ভাব্ তাবসু ঙমজদ্রে । ৱাহং ওইবীরগদি পাওখুম করম্না পীজগদগে ? অদুমকপু অদোমগী লম্বীদা ঐহাক্না অপনবা পীজবগী থৌনা অমদি হক লৈজদে । অদুগা তাকপীরিবা, ঐগী অপাম্বা লম্বী, হায়বদুমদি ঐহাক্নীদি, ইথন্তনা করম্না লেপকনি ? মদুগী হক অদুসু অদোমগীনি । ঐহাক ঈশানা-ঈশাবু দন্দি পীবা তারবসু অদোমগী য়াথং ইকোক থোংনা য়াজগে । ঐগীদি অদোম্না তাকপীবা অদু শোয়দনা পাঙথোকচগনি ।"

"খঙনা-খঙনা য়াবীরিবা অসীবু অদোমগী করম্বা আশা লৈবীবগে ?"

"খঙনা-খঙনা..., হায়বীরিবা অসীমক্তি,মতম য়াম্না খুয়ৌনখ্রে । মসীদা ঐগী করি উপাই লৈগদগে ? ইরালবুদি, উপাই লৈজদবনিনা য়াজরগে । আশা তৌদে হায়বদি হায়মনবা থোক্কনি । ৱাফম অসী হৌদোকপীরক্লবনিনা হায়জরগে । ইকায়বা খঙদবীনীদি হায়বীনু । অহল-লমন্না য়া-নবনিনা অদুগা শক খঙনদবসু নত্তবনিনা ঐহাকসু আশা তৌজে । মতাং অদুদা কৎচখিবা থম্মোই, থৱায়-হকচাং করম্না হেক.......? কৎচরুবা ইরাল ওইরম্বসু য়াই । ইরাল পীবীগে হায়বগীদি পীবীয়ু।"

"অদুনদি মসী ঐগী ইরালদি নত্তে । ঐগীসু ইরালবুদি সুকলৈ লৈতে হায়বদি...! অদুম ওইনমক ঐহাক্তি তৌগে হায়না তৌখিবমক্তি নত্তে । অহলশিংনা ঐগী ইরাল ওইহন্নবা শীনবীবনি । মখোয়গী মচা ওইরুবা অসীমক ঐগী খ্বাইদগী লাইবক থীবনি।"

"ঐহাকসু হান্না খঙলমদ্রবসু, খঙনা-খঙনা হায়বা তারে । উপাই লৈতবদগী ইরাল লঙজখ্রে । তৌগে হায়না তৌবা নত্তবা, নমদুনা লঙজহনবা ইরালগীদমক পীবীনীংবা দন্দি পীবীয়ু । তাকপীনীংবা অদু তাকপীয়ু । মদুমক পাঙথোকপা ঙম্বগী থৌনা-পাঙ্গলসু পীবীয়ু । তাকপীয়ু করি তাকপীগদগে ?" হায়রগা হায়ফেৎ য়েংখৎলকই।

"ঐনা করি হায়গদগে ? তৌবতবু ফিভম্না য়াদবদগী লানমিন্নবে । লাল্লিবসীগী মরম থিরুবগীসু কান্নদে । অৱাবা খুদোংথীবা মায়োক্লগদৌবিবদি ঐখোযতনি । মসীদা য়াবীরুরিবসীবু করিগীনো ?" ঐসু মাবু হাইফেৎ য়েংলুরি ।

"নুপানা মরাল কয়া তৌরবসু সমাজনা অদুক য়াম্না তাথী-তাওইদে"। প্রায়শ্চিত্ তৌবদা য়াম্না লায়না থোকই । নুপী ওইবী ঐখোয়না খোঙফম অমত্তং শোয়খিবদা সমাজনা ওহ্ণোক্না শাথীনা তাথী-তাওইনৈ ।"

"ঐনা হান্নসু হায়জখ্রে । ঐহাক লমচৎ-শাজৎ মাঙলবা মীশক্নী ..।"

"অদোমবু লমচৎ মাঙলে হায়বদি ঐহাক খনবা ঙমজদে । থম্মোই পানবা মীশক অমনি । নুংশিবগী পুজারি অমনি হায়না হায়জনীংই । মিনুংশি খঙবগী অমদি হায়বা ইনবগী লাংদা থুরবা... ! 'উরোক নমাঙদা লাং, নতুংদা তেন' হায়বা অদু ওইখিবনি । থৌনাদি খরা ৱাৎপা ওইনা ...!" হায়রগা চপ লেপখি ।

মহাক্কী অরোইবগী ৱাহে অদু য়াম্না তপ্না মথন্তা শোনবগুম তৌই । ঐবু থৌনা ৱাৎলী হায়না মহাক্না লৌই । করেম্নবম্বসু য়াই । মহাক্নদি থৌনা কয়াম্না লৈবদনা ...?

"মসিদা অদোম্না য়াবীরুবিবা অসিদি করিগীনি হায়সিগে ?"

"মসীমক ঐগী ইরালনি হায়বীবা তারবরা ? তৌবতদি অহল-লমনগী ইজ্জৎকী ৱাফম্নী । লুহোংগদবা হুম্লিতা ঙায়রবদা ইজ্জৎ নিলাম্ তৌবা অসীবু ঐগী ইরালনি হায়বীরবদি ঐহাক য়াজরে । অহল-লমন্না অদুক কন্না ইনশীনবদা অদোম্নদি কম্থোকপা ঙম্বীদ্রগা ...? ঐগী ইথক্তসু অহলশিংনা ইজ্জৎকী পোৎলুম থোঙ্গৎপীরকখি । অদুগা শেংনা হায়জরবদা, থম্মোই মশক খঙলুদনা কখোকচরুবা, ইরাল লৈরবা থম্মোই

অসীবু ব্বারকপা ঙমজদবননি । অতোপ্পা কনা অমত্তদা থঙজনজররোই । থম্মোইবু ব্বারকপা ঙমদবী ঐগী ইরালগী মতিক চাবা দম্দি পীবীনীংবা চৈরাক অদু পীবীয়ু । মদুগীদমক ঈশানা য়াজরে ।”· মহাক থম্মোই শোক্লবরা করিনো হীক্লা-হীক্লা কপলকই।

মহাক্লা কপ্পা-কপ্পা মখা তারকই - “ঙসি, ·চহী কয়াগী মতুংদা অহানবা উন্নজবনি । ঐহাক ব্বা য়াম্না ঙাংজগ্রে । ইকাইখঙদবী অমা হায়বদু ওইরে । তৌবতদি মসী, অহল-লমন্না হায়বা ইনবী, হায়বা মিংথোল অদু পামজরুবগী মহৈনি । অদুগা থম্মোইসু মশক খঙদনা পামজরুবা, নুংশিজরুবদগী...! মসী থম্মোই কৎচরুবগী, ইকায়বা খঙদবী ঐগী ইরালনি । নুংশিজরুবা, পামজরুবা অসীনা ইশুং-ইমান্নবী অমগী মফমদসু তশেংনা লঙজবা হায়বদু ওইরে । ব্বাখল খলহৌদবা, অপঙবা থম্মোইগী ইরালনি ।” হায়রগা মহাক শাথীনা হীক-হীক চিংলদুনা কপ্লম্মী ।

নুপীনা কপ্লসি য়েংবদা নুংঙাইবদি নত্তে । অদুম ওইনমক ঐ মহাকপু থেম্বদি পাল্লমদে । ঐনা মাবু কপহনবসু নত্তেনা ...। ঐ মাবু থীনা চৈগে খনবনি । ঐহাক মঙোম্দা চৈসু চৈদে । অদুনা কপাকে হায়বমখৈ কপচসনু কৈদৌনিগে ?

অদুবু মহাক্লা হায়রীবা অসীসু চুমদবদি নত্তে । নুপা ঐনদি অহল-লমনগী য়াথং হীক্তোকপা ঙমদ্রগা, মহাক্লদি করম্না ঙমফম থোকপগে ! মহাক্কা ঐগা পুক্নিদা অমুক্তা ব্বারী শাখিদ্রি । ঙসিনা অহানবা ব্বারী শা-নবনি । মহাক মশক ফজৈ হায়ববুদি খঙই । মহাক অসুক য়াম্না থম্মোই নৌবমগনি, ঐবু নুংশিবমগনি হায়বদি খল্লুদে । মানা ঐবু নুংশিবা ...! মসীবু ওইবা য়াবরনে ? অদু ওইরবসু ঐনদি করম্না ? মসীবু ওইথোকপা যাবা ব্বাফম্না ? ঐগী যাসমীন্গী হক মানা করম্না ফংফম থোকপগে ? মদু সুকওই-ওইথোক্তে । মহাক্লা ফনা ফজদুনা, ফনা ফদুনসু যাসমীন্গা চাংদম্নবদি কদাইদগী ... ? মসি সুকওই ওইথোকলোই । ওইবা য়ারোইদবা ...!

মহাকসু নুপী অমনি । থম্মোই পাল্লি । পুকচেল শেংনা, থব্বায় হকচাং, পুক্লীং লোইনমক ঐহাক্কী ইফমদা কৎচরি । ঈশ্বরবু শাক্ষি থমদুনা তরেৎলক হন্না কোয়দুনা, কুণ্ডো পরেংসু হুকলকখিবনি । ঐনা থম্মোইদা করিমতা খন্দ্রবসু বেদ মন্ত্রগী মতুংইন্নসু, অদুগা মহাক্কী মঙকশমদা কুণ্ডো পরেং হুকখি । থম্মোই শেংনা কৎচবা মাগী নুংশি খুদোল করম্না লৎনগনি ? চমজরবী, থম্মোই শেংবী, অহল-লমনশিংগী য়াথং ঙাকচরিবী ...! অদুগীসু মথক্তা লাইরিক-লাইশু হৈরবী, মশক-মতৌ ফজখ্রবী, অচৌ-অশাং মচা অমনা ঐঙোম্দা অসী য়ৌনা নোঞ্জনা, নোল্লুক্লা চঙজবক্লীবা... ! মরাল পুম্নমক (মশানা তৌবসু নত্তবা) য়াজরিবা, চঙজবা, নোল্লুকপা, কথোকপা, নুপী ওইবীগী গুণ্ পুম্নমক, লৈরিবী অসীবু মীরায়বা ...? মসীবু চুম্লিবরা, হৌনরিবাবা ?

করিনো ঐনা খল্লুরিবা অসীবু... ? অহলগী য়াথং ইন্দুনা লুহোংলবসু মাগী মশক য়েংলোই । মহাক্কা ব্বা অমত্তা ঙাংনরোই খনখিবা নত্রা ? মাবু থীনা চৈ-থাংদুনা, যুম

অসিদা লৈবা ঙমদনবা, অকনবা, অয়াকপা ব্রাহৈনা মহাকপু তাম্ভোক্লবা তৌগে লেপখিবা নত্রনে? অদুগা করিগীনো ? ঐনা মাবু হেক উবদা থম্মোই অসী পেৎথরদুনা, মনীং-মমাঙ শম্নদবা, মরী লৈনদবা ব্রারী শারুরিবা ? মঙোন্দবু ব্যবহারকা তৌরদুনা কেথরুরিবা ? মসীবু যাসমীন্গী মফমদা মীনম্বা নত্রনে ? ইসঃ করিগী থম্মোই নৌথরুরিবা ...? মিনুংশি লৈবকা শারদুনা ...? মিনুংশি য়াম্না লৈরবদি নপুন্সিদা কবিমতা তৌবা ঙম্নরোই । মী ওইবোই, নুংঙাইবসু ফংলোই । কাহেন্না মিনুংশি খঙবা চুমদে । নংনা হৌজিক ব্রাবীবসীসু কা হেন্না মিনুংশি খঙবগী, মীঙমদবগীনি খঙলববা?

মীথীবোং নংনা যাসমীন্গীদমক শিবা তাববসু শিগনি হায়না ব্রাশকখিবা কাওরববা ? পুকচেল লেপ্তুবা, ঙহাক-ঙহাক্কী খনবা, পাঙদবা নংদি শিজখবো । হিংবগী করিসু কান্নরোই পৃথী' লূম্নবনি । নশাগী ফিবেপ লৈত্রবা, ফিদম যাওদবা নংনা হিংলগা ইমুং-মনুংগীসু, সমাজগীবু করিবু কবি কান্নগদগে ? চাবী থাবগা চৎপা, ঙমোক পীজবগা থেম্বা য়াবা নঙবু মীরা ? নুপী ওইবম্নবদি 'মীরান খাঙবা ঙমদদুনা লমজা পুগদবা' মীশক্কী । নংতা শিজখবো..., নং শিজখবো, নং শিজখরো । হায়না মাযকৈ খুদীংদগী লাওশিল্লক্লম্মী । ঐহাক তাবা, খাঙবা ঙম্নক্তবে । খুৎ অনিমক্লা নাকোং অনিমক্তা মেনশিং দুনা খাঙলম্মী । হেন্না য়াক্লা ময়েক শেংনা তারকই, থীববা মীচৈ... ।

নত্তে; শিবনদি ফরবমক্কী, অদুবু ঐহাক শিবদি য়াদ্রি । ঐ যাসমীন্গীদমক হিংখিগনি । মহাক ঐগীনি, মহাক্লা ঐগী পুন্সিগী লোযনবীনি । ঐগী অহানবা নুংশি খুদোল মরু হুনখ্রবী, নুংশি মমী তম্নবীনি । মহাক নত্তনা ঐ কনামতবু নুংশিবা ঙম্লোই । ঐ কনামতবু নুংশিদে, নুংশিবোই । পুম্নমক ঐগী যেক্লবনি । ইমা-পাবুং, সুভাসিনি ঐগী য়েক্লবনি । ঐগী নুংশিবী যাসমীন্..., ঐ নংগীদমক হিংলিবনি । হৌজিকসু নংগীদমক হিংখিগনি । শিবা তাববসু নহাক্কীদমক শিগনি । অতৈ কনামতগী ব্রাখল খল্লরোই । ঐহাক কনাগীসু মব্রা তাববোই । কনামতগী মব্রা ইল্লবোই ।

মহাক্ল ব্রাজবকপা, ঐবু নীংজবকপা, নুংশিজবকপা ...! কৈসু লৈত্রবী সুভাসিনি..., মহাক্লা হেক য়াববা ? খঙনা-খঙনা মানা কবিগীদমক মশুং-মমান্নবী অমগী মফমদা য়েৎকে খল্লীবা ? কবিগীদমক অহলশিংগা লৌতুনবগা য়েৎলরিবা ? মহাক নুপী নত্তবরা ? নুপীগী অব্রাবা খঙদবা ? মহাক্লা লঙজবা মবালগী দন্দি ফংফম থোকই । মহাকপু মতীক চাবা চৈরাক পীগদবনি । মহাকপু লাক্লগদবনি, ব্রাহনগদবনি। মবালগী মতীক চাবা দন্দিদি মহাকপু শিবগী অকনবা চৈবাক ফাওবা পীবা য়াবনি । করিগীদমক মহাক্লা ঐগী যাসমীন্গী মফমদা অওক-অপা শাদুনা ওৎলরিবা ?

হে থম্মোই ! করিগীনো নংনা মাবু উরুবগা নীংহন্নরিবা ? করিগীদমক মিনুংশি পোক্লু রিবা ? মহাক্কী ফজবী শক্তম, তৌশিন্নবা পিরাং উরগা পুক্লীং নৌথরিবদি করিগীনো ? মিনুংশি চাওরিবা ...? মিনুংশি চাওবা নহাক্তি ব্রাবা তাবনি । মহাক্কী মীৎলু পিরাং তৈথোকপিনীংলুরিবা অদুনা করিগীদমক... ? নং খঙদ্রা, মহাক্কী মীৎলু পিরাং অসী গুম্ভীরগী পিরাংনি । চেকশিল্লু, 'ক্রোকোদাইল্ তিয়ারস' হায়নরিবনি । মনাক নক্লুনু

শোয়দনা য়োৎচখিনি । মহাক্কী মীৎকী পিরাংদা থম্মোই শোম্ভুরিবা নহাকপু নুপারাও? নংদি পাঙখিদ্রবা মীশক্কী । মহাক অসীদি শরৌশিনবা য়াওবগীদমক দন্দি ফংবদা মতীক চপ চান্নবনি । মহাকপু দন্দি পীবা, ৱাহনবা...! মরালগী চৈরাক্তী মতীক চানা লাক্লফম থোকপনি । মহাক্লসু যাসমীন্‌গী মফম কনবা য়াবরা ? করি মতীক লৈরদুনা ? ফৈ...., ঐ মাবু লাক্লগনি । ইমাগা-পাবুংগসু ৱাহনগনি । মাগী মমা মপাবুসু ৱাহনগদবনি। মখোয় ময়াম চণ্ডদুনা, ঐগী যাসমীন্‌গী মফমদা য়েৎলীবা করিগী? যাসমীন্‌না মখোয়দা করি লানখি ? শরৌ শীন্নবা মীপুম খুদীংমক চৈরাক পীফম থোকই । হয়েংমক ঐহাক যাসমীন্‌গা লোয়ননা শিমীন্নরগা হেক লোইরেদনা ...! পুন্সি অসিদা অমুক হন্না ৱাররোই । ঐহাক করিগী ৱারুগনি ? ঐখোয় অনিগী পুন্সিদা য়েৎপা মীওইশিং অসী মশক ফাওবা য়েংনীংদ্রে । ঐখোয়না শিরগা মখোয় পেঞ্জহৌরসনু । ঐখোয় অনিগা মাগী খোয়জিখাদা মমী তম্লীবা জিবা অদুগা ঐখোয অহুম হু চাদুনা শিমিন্নবগা লোইরে । ঐখোয়না শিরগা মখোয় পুন্নমক্কী মনীং থুংনা নুংঙাইজহৌরগনি । ঐখোয়না নুংঙাইবা পামদবা মখোয় নুংঙাইরসনু । করিবু কান্নগনি, ইনীং তৌনা হিংবা ফংদ্রবা । ঈশাগী ইথৌসু পাঙথোকপা ঙমদ্রবা, কান্নদ্রে, অর্থ য়াওদবা পুন্সিনি ।

হে অহীং কৌবী লাইরেম্বী, নহাক খরা থুনা চৎখ্রোগবা কৈদৌবগে ! অয়ুক লাইরেম্বী, নহাকসু খিৎ থুনা লাকউ । ঐহাক নংবু ঙাইবদা ওম্থোক্লা ৱারেদা ! তাম্লবসু চত্তবা, কৌরবসু লাক্তবা নখোয়বু করিনো ? নখোয়গী থম্মোই অসি শাথীনা কনখ্রেদা ! ঐনা ৱারীবসী নখোয়দি করিমতা উদ্রবোই ? ঐগী যাসমীন্ কমদৌরিগদগে ? ইমা থাজমানবী লৈরম্লবদি খরসু শাফগদবা ...! ঐহাকসু, অসী য়ৌনা ৱারমলোই । মহাক্তী ইমাগী অরোইবা মতমদসু উন্নহৌদ্রবনি । মহাক্লা ৱারমগদবসী ...! ঐহাক মাগী মশক উদনা ঙসি হুম্লি লেনবসী ওম্থোক্লা শাথীনা ৱারেদকো । উপাই লৈজদ্রবী মহাক্কী মনাক্তগী ইমা থাজমানবীবু অসুক থুনা শেক্তুনা পুবিশ্রবনিকো ! হে নোংদম্বা, নংসে মিনুংশি খঙমন্দে ! তোম্লবী মহাক্লা করম্লা, শক খঙনদবা, লোল তিন্নদবা মরক অদুদা ঐবু উদনা করম্বা ফিভমদা লৈরিগবা ? অদুগী মথক্তা মহাক মশা ৱাই শংদ্রবীনি । ঐনা মনাক্তা লেঙদনা লৈরগা মহাক্কী মথৱায় চাওজগদৌরিবনি । মথম্তা তরক্লা...! অদুগা ঐগী লুহোংবগী পাও তারগা, মহাক্কী থম্মোইদা করি ফাওরমগনি ? করিগীদমক ঐনা মাবু নর্সিং হোমদা থারুরিবা ?

ঐহাক ফম্মুংদা অসুম হীপ্পদু ঙম্লক্লে । থম্মোই অমদি হকচাং অনিমক নীকপগুম তৌরকই । নীংবা কায়বা, পেন্দবা, অৱাবা, সংসারগী খুদোংথীবা পুম্নমক্লা পুক্লপ্পা হৌনদুনা লাক্লগা ঐগী থম্মোই অসীদা শুরু-শুরু নৈদুনা মথক-মখা ওনগদবগী হোৎনরকই । করিনো, করি তৌগদগে হায়বা অমত্তা মফম-মরাং খঙলক্তরে । করিনো ঐনা তৌরিবা অসীবো ? করি তৌসিগে ? মসীবু হৌনরিবরা ? অসুক লাপ্পা মহাকপু

পুবীবক্লগা, ঐঙোন্দগী লাপথোক্লা থন্নগা, ঐনা ইনৌ-নৌনা লুহোংবা ...? নুমীৎ হুম্নী ঐগী শক উহন্দনা, ঐনা লোত্তুনা লৈববা ? মসিদবু মহাক্লা ...! ঐহাক কোক ঙাওবকই। থম্মোই অসী মথক-মখা ওল্লকই। ঐ অসীবু অসুক যাম্না পাঙদ্রবা ...? অসুক য়াম্না তৌফম খঙদবা, উপাই লৈতবা... ! শাথীনা পাঙ্গল থোক্তুবা, ব্রাখলসু থোক্তুবা ...? ঐগী লম্বী পুম্নমক থিংবীখ্রবা! অসুক্কী মতীক শাথীনা তোল্লবা...!

মহাক্লা ঐবু মিনুংশি খঙদবা, শাদগী হেন্না তোল্লবা মীশক্কী হায়না খল্লমগনি। উপাই লৈত্রবী, কনা লৈজদ্রবী মহাকপু মতোমতা হুন্দোক্তুনা থম্বীবা ! মহাকপু ঠোগ্ তৌবীবে খল্লমগনি। ঐনা শকখিবা ব্রাশক পুম্নমক ওইদবা, তৌশিন্নবা, মীনম্বা তাৎ ঙাক্তনি খল্লম্বা শোযদ্রে। ঐহাক্কী কোক অসী মথৌ তৌবক্তে। ঐহাক ঙাওদুনা চৎকদৌবিববা কবিনো অমা তৌবকই। কোক অসী পুবা ঙমলক্তে। ব্রাখল অমত্তা চুম্না খনবসু ঙমলক্তে। থম্মোই অসী চেখায়গদৌবগুম তৌবকই।

হীপ্লীবা ফম্মুং অসী মথক-মখা ওল্লকই। ঐগী মীত্তা যাসমীন্না তৌফম খঙদনা ককঙাওনবা, কিবগুম মমীৎ-মনা তথক-তথকপা অদু উবম্মী। মমীত্তগী পিবাং মবী মবী, জব-জব শীম্বুবি। মদুতমক অসুম উই, অতৈ থোইদোকপা নীংশীংলুদ্রে। হীক-হীক লাওনা কপ্পগী খোঞ্জেল অমা তাবকই। ওম্বোক্লা মপুক্লীং নুংশিনা কপখ্রে। যাসমীন্না কপ্লীবনি হায়না খল্লুই। ফম্মাং অদুদা কার্পেত্তা ফম্লগা কাংথোলদা ঙাবদুনা কপ্লী। অদুবু যাসমীন্ নৎলমদ্রে। মৌ অনৌবীনি। ঐহাক জ্ঞান্ তাবক্লম্মী। অদু ওইববসু মদুদা থোইনা পুক্লীং চঙলুদ্রে। ঐনা খল্লীবদি 'যাসমীন্ কমদৌবমগনি' অসিতনি।

উপাই লৈতবগী পান্থে...! অসুম খল্লী, ঐসু ঐনা তৌজবগী মহে ফংলে। মহাকসু মানা তৌজবগী মহে ফংজবতনি। মসী ঐনা তৌগে হায়না তৌবা নত্তে। নম-হাদুনা মীৎ উইশিনবা হোৎনবদা মীৎ অসীসু অনাবা ফাওবক্লে। তূম্বদি যাবা কৌবা লৈত্রে। নিদ্রা লাইবেম্বী অদু সুকলাক-লাক্লবোইদৌমাল্লে। নাকল অমদা য়াতাবা ব্রাবদুনা অমরোমদা য়াওনবগী শহুমদা কপলম্বা অদু লেপখিবম্মী। নোং ঙানগদবা কযাম্না ব্রাৎলীবা ? য়াম্না থুনা ঙালহন্নীংখ্রেদা। নোং অসি ঙাল্রেদা ...!

মহাক্কী ফম্মাঙদা অদুম ফম্লী। ঐহাক অমবোমদা অমুক ওন, অমবোমদা অমুক ওন, হীপ্পদু ব্রাবক্লে। উচিন্না নোং ঙানগদৌবে। চবোই-তেতু খোংবগী মখোল তাবকই। ঙহাক্তং লৈবগদি ক্বাক খোংলক্লগনি খল্লী। নোং পুমঙানবুদি ঙান্দ্রি। অদু ওইববসু, ঐ যাসমীন্গী মনাক্তা চৎলগে। ঐহাক হৌগৎলম্মী, খোঙ লৈপাক তাদবগুম ইতাও-তাওবম্মী। মল্লী-মল্লী তৌবি। ঐ যাসমীন্গী মনাক্তা প্রপ-প্রপ চৎলম্মী। মমাঙদা চপ-লেপ্পী। ঐবু হেক উবদা মহাক কয়াদি হবাওজবে। অদুম গুইনমক, ব্রাকৎপা অমদি ব্রাবৌদুনা ওইনবগী মীৎযেং অমনা যেংলকই। মনাক্তা চঙশীন্দুনা ফম্মী। মহাক তশেংনা ব্রাবৌবে, মমীত্তগী পিবাং শীম্বুবকই। মী অতৈসু লৈবা উদে, ইহাঙ হাঙই। ঐহাক্লা মাগী

মমীত্তগী তারক্লীবা পিরাংশিং অদু তপ্লা-তপ্লা তৈথোকপীরম্মী। মহাকপু কোনশিন্দুনা, পিরাংতনা তনিক্লবী মাইথোং থল্লাল লৈহী অদুবু থম্মোই পেন্না চুপলম্মী। মসিগী নুংঙাইবা অসিসু.... !

"ঐখোয় অনিনা নুংঙাইনা হিংবসে য়েংনীংদবা মী য়ামখ্রে। ঐখোয় অনি হু চারগা নত্রগা থৌরী য়াল্লগরা শিমীন্নরুরসি। মদুদা মখোয় পেঞ্জহৌরসনু।" হায়না ঐনা মহাক্কী মখদাং অদু খুৎশানা ইনখৎতুনা লুকথরিবা মমায় থাঙ্গৎলম্মী। গুলাবকী লৈনাগুম্বী মচীম্বালদা খুদোম্বীনা নান্দুনা শান্নরম্মী। চোইজাইননা তারক্তুনা মায়থোংবু খুমগদবগী হোৎনরিবী শল্লাংশিং অদুবু খুৎনা হাইদোকপীরম্মী।

মহাক্না ঐবু চেৎনা কোনশিন্দুনা - "শিবদি হৌনদেদা ...! মদু পাঙদবগী মতৌনি। ঐ শিবা কিবদি নত্তে। নহাক্কী নুংশি খুদোল অসীগীদমক খনবদা ঐহাক শিবদি শিনীংদ্রি। ঐখোয় কদাইদনো অমদা চৎলগা হিংমীন্নরুসি। শিবা য়াদ্রি।"

"ঐদি তশেংনা হিংনীংদ্রে। ঐনা হায়বা নংনা য়ানীংদ্রিবা করিগীনো ? ঐদি তশেংনা শিরগে হায়না লেপ্পবনি। ঐগী ব্রাফম অসি নঙনে খল্লু।"

"নংগী ব্রাফম অদো তশেংনা পাঙদবগী ব্রানি। সংসার অসীদি মীনা নুংঙাইবদা কল্লকপনি। ঐখোয় শোয়দনা নুংঙাইরকখিগনি। মতম খরা অসী ব্রারবসু ব্রানা খাঙবা তাবেদনা। মীনা ঐখোয়বু কল্লকচববসু কল্লকচসনু কৈদৌই হায়বগে ? ঐখোয় অনি চৎমীন্নখ্রসি। ঐগী ললথুম-সম্পতি য়াম্না লৈ। ঐখোয় নুংঙাইনা চৎমীন্নখ্রসি।"

" নং ঐনা হায়বা অসী যাদ্রবনিনা, নং কদাইদা চৎকে হায়রীবনো চৎখ্রো। ঐদি চৎপদি চৎলোই। নংনা য়াদ্রবসু ঐদি শোয়দনা শিরনি।"

"শিবা হায়বদুদি ফত্তে, তৌগনু শিবদি য়াদ্রি। ঐহাক্তি ইচা অসী য়োকখিগনি। মাবু মী ওইননবা শেমখিগনি। নংনা ঐগা চৎমীন্ননীংদ্রবসু ঐ ইথন্তা চৎলনি। ঐবু মীনা হাৎকে হায়দুনা তান্নরক্লে। নংসু ঐগী ইনাক্তা লৈতে। ঐদি ইচাবু মী ওইননবা শেমদবা য়াদে। ঐহাক হৌজিক্তি কনামতগী মতেং লৌনীংদ্রে। ইথন্তা লৈবনা হেন্না শান্তি ওইরনি খল্লে। অদুগনে নং নথন্তা আত্মাঘাত্ তৌবদি তৌগনু। মদু হৌনদবা, য়াম্না তৌহৈদবা থবক্কী। চৎমীন্নখ্রসি হায়বা য়াদ্রবনিনা ঐহাক চৎলগে। নং লৈহৌরো, ঐবু ব্রারৌগনু। নং নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লুকো। নংদি অনৌবা আশা অমদা নুংঙাইনা লৈবা য়ারেনা ? হৌজিক্তি নুংঙাইগদবা মতম্নী।" য়রগা মমীত্তগী মপি শীন্থরকই।

"করিনো নংনা হায়রীবদুবো ? ঐ করম্বা আশাদা নুংঙাইগদৌরিবা ?"

"নং লুহোংলে, মৌ অনৌবীগা যুম্বান অনৌবগী ব্রাখল, নুংঙাইরবা সংসার অমদা তাওথমীন্নদুনা নুংঙাইবা য়ারেনা কবিনো ?"

"নঙোন্দা কনানা হায়রীবা ? ঐনা ব্রারীবা চাক্কীবা অসীদি নং উদ্রেনে ?"

"লুহোংবগী 'হনীমুন্ ইন্জোয়' তৌবীয়ু 'কন্গ্রেচুলেসন্'....।" হায়রগা, মহাক মচীম্বালদা মোমোন-মোমোন নোক্লম্মী। মমীৎ অনিদদি ইঙা থাগী নোংজুগুম্না অবেপ্পা

লৈতনা পিরাংগী ঈচেল মবী-মবী শীছবক্কী। ঐহাক্কা মহাক্কী পিবাং তৈথোকপীগে তৌবদা, মহাক ঐঙোন্দগী লাপথোকখি। "ব্রাবৌবীগনু ঐ চৎচবে। পিবাং অসী মপুং ফানা শিন্থজসনু" হায়বগা মমায় লৈথোকখ্রে।

"ঙাইখোনে যাসমীন্, নংনা ঐবু..., মবমদি খঙদনা ব্রাবৌবিবা কবিগীনো? নং ঐগী উপাই লৈতবা অসী কবিমতা উদ্রেনে?" হায়বম্মী। মহাক হন্না যেংদনা মখোঙ থাংবা হৌখ্রে। "ঐগী উপাই লৈতবা অসী অমুক্তদি য়েংলকউনে নংবু ...।" ঐহাক্কা মাবু তান্নবম্মী। চেনবদা মঙম শান্দে, মহাক্তি খবা-খবা অসুম লাপথোকখি। কনা-কনানো খবনা ঐহাকপু ফাবম্মী। ঐগী খোঙ-খুৎ, খ্বাঙ, ঙকশমদা যোংহৌ-কোলহৌনা য়োংহীং-ফলাং চল্লগা পাংতিংদুনা কন্না-কন্না ফুবকই। ঐহাক যাসমীন্‌বু কৌদুনা চৈনাখোল খাঙলম্মী। যাসমীন্ ঐবু চিংনা-চিংনা য়েংলগা মমীত্তা পিবাং মবী-মবী শীছবদুনা, ঐঙোন্দগী অসুম লাপথোকখি। মহাক কপ্পা-কপ্পা চেনখিবম্মী। তুংহন্নসু হাইফেৎ যেংলকই। অদুবু অদুম তামখি। মমি-শামি মালংদা তিনখি।

ঐনা "যাসমিন্, ঙাইখো ঐসু লাক্লগে। নংগা লোযননা চৎমীন্নবসি।" হাযনা লাওবম্মী। মহাক মমায ফওবা, লৈদুনা হন্না য়েংলমদনা চৎখিবম্মী।

"যাসমীন্, ঐ লাক্লে ঙাইখো।" হায়না ঐগী লৈজবী পাঙ্গল, থৌনা পুম্নমক পুথোক্তুনা কন্না লাওখি। "যাসমীন্... ঙাইখো...।"

"ইবুংঙো, নুপামচা, নুপামচা কৈদৌবে?" হাযনা ইমানা লাওবকই। সুভাসিনিনা ঐগী ঈশা নোমদুনা হৌদোক্লকই। ঐহাক ইঙাও-ঙাওবগুম তৌই। ঈশা অসী হুমাংনা পুমলুপ-লুপ্লম্মী। অফিং-অফাই ওইনা ফুক হৌগৎলী। "অসঃ, মঙনীদনা...! হবে কৃষ্ণ..।"

ফবে, ঐ মাবু পুবগা ঙসিমক দিল্লীদা চৎপা তাই। ঐ মাবু পুবগা চত্তবা যাদে। ফম্মুংদগী হৌগৎলম্মী। কোক অসী ঙাওফিং-ঙাওফিং থোং হাংলগা মপাল্লোমদা থোক্নে খন্দুনা মখাদা কুমথবম্মী। মীৎসু তন্দল্ পাইবম্মী। হৌজিকমক যাসমীনগী মনাক্তা চত্তবা যাদে। সিড়ি কুমথগে তৌবদা ঐগী খোঙফম শোযগ্রমাল্লে। ঐহাক মখাবোমদা মথৎ-মথৎ থবো-থবো ওন্থবম্মী। খোঙ অসী তেকপ্লববা কৈনো ..., মখোলসু ফনা হৌখি। কোক্তসু কন্না য়ৈখিবগুম তৌখি। শাথীববা চৈনাখোল অমগা লোয়ননা কোক অসী উক-উক লৈবম্মী। উং লাওবা অমা ফাওবগা লোযননা, তন্দল্ পাইবম্মী। হকচাং অসী হুমাংনা পুমচোৎ-চোৎলকই। ঐহাক মীৎ অসী উবক্তবে। অদুদগী কবিগুম্বা পোকখায়বগুম্বা মখোল অমগী মতুংদগীদি ঞ্জান্ অদুম মাঙখবে। অমুক্তং খংঙাল্-ঙাল্লম্লগা, পুম্মম-মম্বগুম্না তৌগ্রে, মফম খঙখিদবে।



## (২৫)

*"আহকো চাহিয়ে এক্ উম্র অসর হোনে তক্,*
*কোন্ জিতা হৈ তেরে জুলম্ কো হোনে তক্,*
*আসকি সব্র তলব্ ঔর তমন্না বেকার - ,*
*দিল্‌কো ক্যা রঙ্গ-রূপ্ উম্র জিগর হোনে তক্,*
*হম্‌নে মানা কি দগা ফুল্ ন করেঙ্গে,*
*লেকিন্, আঁখেঁ ন মীল্ জায়েগে,*
*খাক্ হো জায়েঁগে, হম্ তুম্ খবর হোনে তক্ ।*
*আহকো চাহিয়ে এক্ উম্র অসর হোনে তক্... ॥"*

*'.....মীর্জা গালিব্।'*

জ্ঞান্ তারকপা মতমদা, ঐহাক ফম্মুংদা লৈরম্মী । নীংশীংলকই, ঐহাক খোঙফম শোয়দুনা সিড়িদা তুবদগী মখাদা থরো-থরো ওন্থদুনা জ্ঞান্ মাঙখিবনি । কনা-কনানা ঐবু ফম্মুংদা থাংজিল্লিবা ? ঐহাক মীৎ পাঙথোক্তুনা কোয়েং-য়েংলম্মী। মহাক ঐগী খুয়াদা নুংশুক-নুংজাননা মরু লুকথদুনা ফম্লী । ইমানা ফম্মুংদা ইনাক্তা ফম্লম্মী । পাবুংসু ফম্মাংদা লুখম ওইরপ্পা, চৌকিদা লু-লুকথদুনা ফম্লী ।

ইমানা - "ইচা জ্ঞান্ তারেদনা ...।" হায়না স্বরমপী শাংনা হোল্লকই । ময়াম পুম্নমক্কী মাইথোংদা নুংঙাইৎবগী মমি ফাওরকপগুম তৌরম্মী । ইচলনা - "তামো হীদাক অমুক্তা কাপচগে ।" হায়দুনা ঐগী পাম্বোমদা হীদাক কাপ্লম্মী । ঐগী মায়-মীত্তুগী হুমাং অদু ইমানা নপথোকপীরম্মী । শীৎ-নান্দুনা হোৎনরম্মী ।

ঐহাক যাসমীন্‌গী মনাক্তা চত্তবা য়াদবনি । ইফিং-ফিংনা হৌগৎকে তৌবদা, ঐহাক হৌগৎপা ঙল্লমদে । খোঙ য়েৎথংবগী খুজেংদা অমদি কোক্তা শাথীনা নাবা ফাওরম্মী । হকচাং অসী হুমাং শ্বাই কাংলম্মী । হৌগৎকে হোৎনবা অদুদা ইমা-পাবুং অমদি মহাক্লা ঐবু ফারম্মী । মখোয়না ফাদ্রবসু ঐহাক হৌগৎপা ঙম্বগী পাঙ্গল য়াওদ্রে । ঈশা পূম্বা হুমাংনা পুল্লপ লুপ্লম্মী । লব্রাস শাৎপা চৈনাখোল ভসু ফাওই ।

ইচলনা - "তামো, পোৎথাবীয়ু হৌগৎপদি খুদোং চাখিরোই । ফিংগৎপীখিগনু ।"

"ইচল, ঐবু কৈদৌরবগে ? কয়াম থীনা শোক্লবগে ?"

"কৈসু হেন্না থীনা শোকপা নত্তেদা তামো । কোক্তা খরা অদুগা খোঙদা শোকপনি । করিসু তৌরোইদা, মরাইনা ফজনি । ইংনা অমুক্তা পোৎথাবীয়ু ।"

"নুপামচা, কবিনো তৌবিবা অসীবো ? অদুক ফিংবা হৌনববা ? ইপাবু জ্ঞান্ অমা তাদ্রেনে তৌবিবসে ।" হায়দুনা ঐগী মাযদা, লাইবক্তা নাল্লকই । "ইচা জ্ঞান্ তাববনিনা..., ইচাশা পাবুং থবক-ইনখাং খব হোৎনকখিগেকো ।" হাযবগা থোকখ্রে।

"ইবেম্মা মেমচৌবী নহাক তামোবু চেকশিন্না, নীংথিনা যেংদবা যাদে । থাদোকপা যাবা নত্তেকো । ননম্ম'বেম্মগা নখোয় অনি সেবা নীংথীনা তৌ ।"

"ইমাচৌবী, ঐহাক তামোগী পোৎথাবা যাননবা, হোৎনজগে । ইনম্মা'বেম্মসু লৈবি । মতম অসী যাম্না থেঙখ্রে । চাক-ঈশিংগী থৌবাং তৌবীকবো ।

"খঙদ্রে ইবেম্মা, তৌবিবা অসীবু কবি মতৌ হাযগদবনো ?" হাযনা ইমানা মুকম-মুকম শোল্লম্মী । "ফবে অদুদি, নখোয ব্রাবা থিবা যাদেকো । ইমা থবক খবা তৌকখিগে ।" হাযবগা ইমানা ঐঙোন্দা নান্দুনা যেংলল্লগা তপ্না থোকখ্রে ।

"ইচল্ পুঙ কযা তাববগে ?" হাযনা ঐনা হংলম্মী ।"

"অযুক্কী পুঙ তবা মখায খবা হেল্লে ।" হাযনা ইচলনা হাযবকই ।

"এঃ...., অদুদি ঐহাক যাম্না কুইনা জ্ঞান্ মাঙলুববা ব্রা ওইবে... ?"

"হোয, পুঙ তক্কলোম খবা হেল্লে । তামোনা, অমুক জ্ঞান্ খবা তাবগুম্ তৌই, অমুক জ্ঞান্ মাঙদুনা লৈবক্লীবা অসি...। হৌজিক্তি কবিসু তৌববোই ।"

ঐহাক হৌগৎকে হাযদুনা কন্না হোৎনবম্মী । অদুবু ঙম্লমদে । খোঙ অনিমক শাথীনা নাবা ফাওবম্মী । যেৎথংবা খোঙ অসিমদি পুমপঙ-পঙবগুম তৌই । ঐহাক চিংনবা অমসু পোক্লম্মী। কবিনো ঐগী খোঙ অসীবু ...!

মহাক্লা যাম্না নুংশাথীজবগী মওংদা - "নত্তে হৌগৎপিখিগনু, হকচাং অদু শাথীনা চোকথবে । যাবগদি নীংথীনা ইংনা, জ্ঞান্ তানা অমুক্তা পোৎথাবীযু । অপাম্বা, অনীংবা লৈবীবগসু ঐখোযদা তাকপীযু ।" হাযবকই ।

"ঐগী খোঙ অসীবু ...!" হাযনা শোল্লগা, খুৎনা কোক অর্মদি লাইবক্কী অনাবা ফাওবীবা মফমশিংদা মাদুনা যেংলম্মী । লাইবক্তা প্লসটব নপ্লীবদু থেংনবম্মী । কোক্তসু বেন্দেজ য়েৎলম্মী । লুখম যেৎথংববোমদা যাম্না কন্না নাবা ফাওবকই । খোঙ যেৎথংবা অসীমদি যাম্না লূম্বা, শাথীনা নাবা অমদি ইপঙ-পঙথদুনা পাঙ্গল অমত্তা থোক্লমদে । খুজেংগী মখামখৈদি পুমপঙ-পঙবগুম তৌই । ঐবু খোঙ নামা যাওদ্রববনে ? খোঙদা অসুক শাথিববা চৈনা ...! মসীবু কবিনো । ঐহাক পাখৎপা পোক্লম্মী ।

"তামো, যাম্না থীনা শোকপা নত্তেদা । কোক্তা খবা শোকপা অদুনা জ্ঞান্ মাঙলুবতনি । খোঙদা চৈনা খবা হেন্না ফাওবীবম্বা যাই । খোঙ যেৎথংবদা ফ্রেকচবগুম্বা...!" হায়না ইচলনা হাযবকই । মখা তাবকই - "বেন্দেজ, প্লসটব তৌবে । থোইনা থীনা শোকপা নত্তেদা...! নীংথীনা অমুক্তা পোৎথাবীযু ।

"করিনোনে ইচল, ঐ হৌজিক হীগুনা লৈবা য়াবা মতম নত্তে। ঐহাক যাসমীন্‌গী মনাক্তা চত্তবা য়াদেনে। মহাক্না উন্নদবা সুকয়া য়াদবনিনে। ঐ মাবু পুরগা দিল্লীদা চৎপা তাবনি।" হায়রগা ঐ কন্না হোৎনদুনা নমদুনা হৌগৎলম্মী। ফম্মুংদগী খোঙ অসী ফম্মাংদা হেক থাদুনা লেপখৎপদা চিং লাওনা কোকচাওবী কারম্মী। ঈশা পূম্বা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। লেপ্পা ঙমদদুনা তুশিল্লম্মী। সুভাসিনিনা ঐবু শেন্নরম্বরা ...? অফিং-অফাইদা থোকখিবনি। মহাক্না ঐবু কোনশিন্দুনা তুবমক্তি তুহৌদরে। ইচলসু ঐবু কোনশিন্দুনা ঙাক্লম্মী। মখোয় অনিনা ঐবু ফম্মুংদা নীংথীনা হীপহল্লম্মী। খোঙদা শাথীবা চৈনা ফাওবা অদুনা ঐহাক জ্ঞান্ মাঙগে তৌরম্মী। মীৎ উইশিন্দুনা অনাবা চৈনাখোল অদু খ'ঙবা হোৎনরম্মী। খোঙ য়েৎথংবদা প্লসতর বেন্দেজ তৌরম্মী। "খোঙ অসী ককপা তাববা ?" ঐহাক অমুক জ্ঞান্ তাখিদ্রে।

✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣ ✣

য়াম্না তপ্না ৱা ঙাংনবগী মখোলগুম্বা তারম্মী। মরোলদি খঙলমদে। কয়া য়াম্না কুইববা মতুংদনো খঙদে। ঐহাক অমুক জ্ঞান্ তারক্লম্মী। ইচলগা মখোয় অনিনা ঐগী সেবা-লাংবা কন্না তৌদুনা হোৎনরম্মী। ঐহাক সিড়িদা খোঙফম শোয়দুনা তুবদগী ওম্থবা অদুদা খোঙ অসী তেকখিবা শোয়দ্রেদনা ..! কোক্তা, লাইবক্তা ফোৎপা মাল্লি। খোঙদা প্লসটব তৌবিবা অসীনদি ...! খরা শাথীনা শোক্লম্বা তাই। য়াম্না কা হেন্না অনাবা ফাওই। হকচাং শীন-থুংনসু নাবা ফাওরম্মী। মখোয় অনি চঙদুনা ঐগী সেবাদা ৱাজরম্মী। হুমাই হুমদুনা, মায়দগী হুমাং নপথোক্লুনা হোৎনরি। ঐগী হকচাং অসাসু নীকপগুম তৌরকই। পুঙখায়মুক্কী মতুংদা খরদী পোৎথাবগুম তৌই। ইমানা ঐবু কোনখৎলগা শঙ্গোম পীথক্লম্মী। ইনাক্তা ঙহাক ফন্নল্লগা ইমা অমুক থোকখ্রে।

"ইচল, ননম্মা যাসমীন্‌বু অমুক্তা কৌবীরুচো।" হায়না ঐনা হায়রম্মী। মদুদা মখোয় অনি অমনা অমবু য়েংনরগা মমীৎ- মনা ঈথক-থক্কৎনবগুম তৌরম্মী। 'যাসমীন্ কৌরু' হায়বদা মখোয়না থক্কৎনবিবা অসীবু ...! করি হায়রীবনো ?

ইচলনা - "ইনম্ম'বেম্মা, ৱারৌবীগদ্রা ? ঐহাক তামোগা ৱারী খরা অমুক্তা...।" হায়রগা মাবু থোকখিনবা ঈঙ্গিৎ তৌরম্মী।

"ইবেম্মা, ঐহাক থোকখিগে য়াইদা। করিগী শাওরুগদগে। অদুবু ইমাইবেম্মগী য়াথং তামোবু থাদোক্তনবা...। অদুগী মথক্তা ইনম্মদি য়াম্না চম্না খঞ্জবনি। অরোল-অথুপ, লৌনম, নমথাক করিমতা লৈজদে। শাননীংবা ৱারী শাবদা চিংননীংঙাই করিমতা লৈতে। ঈশানা পুম্নমক খঙনা লাক্লবনি। ঐখোয় অনি চঙদুনা সেবা তৌবা য়ারে খন্না লাকচরবনি। সেবা ফংহনবীদ্রবসু, অহল-লমনগী য়াথং ইন্দুনা, সমাজগী চৎনবী অদুতদি ঙাকচগে খঞ্জরিবনি। অদুবু থৌদোক অসীমক্তী য়াম্না চুমদবনি।" হায়রগা ঙহাক লেপ্পুরগা

- "নহাক্লসু ইনম্মবু ইবাল লৈ হায়না খল্লবদি খঙদ্রে । অদুবু ঐগীদি কবি উপাইনো ? নহাক্লা ইনম্মবু দোষ লৈতে খন্না খবদং নুংশিবীববদি ...! ব্রাবী অদুমক শাবদা য়াম্না কায়বগদ্রা ? ঐহাক কনাদসু কবিমতা যেৎচবোই । ঐগী ফত্তবসু শেংনা, নহাক্লা হায়নীংবা হায়য়ু । ঐ কবিগুম্বা অমত্তা শাওবোই । নখোয় তামোগী সেবাতদি তৌজগে । ইচলনা য়াম্না হেক্তা চিংনবগবুদি থোকখিগে ।" ঐঙোন্দা হাইফেৎ যেংলগা থোকখিগদবগী তৌবম্মী ।

ইচলনা - "ইনম্ম'বেম্মনবু চিংনবীদ্রবদি কৈসু কায়দেদা । ঐহাক্লা শাজগদৌবিবা ব্রাবী অসী ইনম্ম'বেম্মনা তাবদা কয়া নুংঙাইবোইদবা হাযদুনা ঐনা খঞ্জবতনি ।" হাযবগা মাগী মখুৎ ইচলনা পায়দুনা খাল্লম্মী । মহাক তপ্না মাগী ফমফমদা মক লুকথদুনা ফমথখিবম্মী । ঐঙোন্দা হাইফেৎ ব্রাকৎপগী মীৎযেং অমসু...!

"কবিগীদমক ঐনা নুংঙাইবোইদৌবিবনো ইচল ইবেম্মা...? ঐহাক্কী ইবাল লৈববদি শাওবসু যাই । নহাক্লা ঐবু মীতোপ্পী হাযনা খল্লেনে ?"

ফনা য়াম্নদি পবা লৌশল্লক্কী । অহল-লমন্না যাবগী ওইবা তাই ।

"অদুগী ব্রাফম নত্তেদা ইনম্ম'বেম্মা ! ব্রাবী হাযবসীদি অফ-ফত্ত, অবোল-অথুপ হাযবা কয়া অমসু লৈদো । ইনম্ম'বেম্মবুদি ঐহাকসু খঙজৈদা ...।"

ঐহাক মখোযগী ব্রাবী অদু শাংথহন্নীংদ্রে । "কবি ব্রাবীনো ইচল ? ননম্মা যাসমীন্না কবি-কবি হাযবকপগে ? মহাক কমদৌহৌবি ? ঐহাক্লা যাদনা..., অহলশিংনা নমদুনা লুহোংবা অসী মহাকসু তাববা নত্রা ? মহাক শাথীনসু নুংঙাইবল্লোই । মাগী ফিভম কমদৌহৌবিবগে ? মহাক শাথীনা ব্রাবৌবমগনি । নংনা মাবু থেমজনদ্রা ?" হাযনা ঐনা সুভাসিনিবু কবিমতা থওই-ব্রাওইদনা ইচলদা হংলম্মী ।

"তামো, ব্রাফম অসী...! নচলবু ব্রাবৌবীগনু ।" হাযবগা ইচল ব্রা মখা তাদনা তুম্মীন্না অমুক লৈখিবম্মী । মাগী মওং অসীবু ...? ঐহাক চিংনবনা পীক থল্লম্মী ।

"কবিনো কৈদৌববগে ? হাযযুনে ইচল...।" হাযনা ঐনা তকশীল্লম্মী ।

"তামো, ঐহাক য়াম্না নুংঙাইতে । মীশিং অসী পুকচেল য়াম্না পীকপ্রে । শাগী শাজৎ ঙাক্তা ...। কনা-কনাগী থৌইনশিলনো হাযবদি খঙদে । ঙবাং অহীং...।"

"ঙবাং অহীং কৈদৌববা ...?" ঐহাকসু থক্কৎপা অমা পোক্লম্মী ।

"নর্স অনিগা কম্পাউন্দব অমগা ব্রার্দ এতেন্দেন্ট অমগনা, ইনম্মবু লাইফ এতেম্প..., পোইজন্ কাপ্পুনা হাৎননবা থৌবাং তৌবল্লে ।"

"কবি হায়বা ...? কনানা..., কনা-কনানা...?" ঐ হৌগত্তুনা চেন্নীংলম্মী । হৌগৎকে তৌবদা, মখোয় অনিনা ঐবু ফাবদুনা হীপ্পনবা হাযবম্মী ।

"অদু কমদৌববা...? নত্তে ননম্মবু...?" ঐহাক ইপা-পাখৎলম্মী ।

"ঈশ্বরগী থৌজালদগী, ঐহাক্লা মতমচানা থেংনহৌদুনা ইনম্মগী থব্রায

কলহৌবনি ।" হায়রগা ইচল অমুক চপ লেপ্তুনা লৈরম্মী ।

"ঐ হৌজিকমক চত্তবা য়াদে, চৎকেসে । ইবেম্মা ঐবু খরা শৌগৎলু ।"

"নত্তে তামো, ফিংগৎপীখিগনু । অমুক্তা তপথৰীয়ু ।"

"নং ঙরাং ঐঙোন্দা করিগী তাক্তে ?" ঐনা ইচলদা ৱারৌনা য়েংলম্মী ।

"থৌদোক অদু ঙরাং অথেঙবদা থোকখিবনি । মদুগী নৈনরিঙৈদা মতম অমুক হৌখ্রে । মতমসু চাদ্রে, অদুমকপু ঐ তামোগী নাক্তা চেল্লক্কে তৌবনি । ইনম্মনসু ঐবু থাদোক্লীংদ্রে । টেলিফোন্ লাইন্‌সু ককথৎলমদুনা ফোন্‌ফাওবা তৌবসু য়াখিদবনি । ঐসু নুংঙাইতবনে, চিংনবনে, ইনম্মবুসু অহীংচুপ্পা শেন্নদুনা লেনখি । তাঞ্জা অদুনসু তামোদা পাও পীননবা শীনবসু ঙমখিদ্রে । ইপা-পাখক্তুনা বুদ্ধি পুম্মাঙ-মাঙখিবনি । নৈনবা য়াবা নৈনরিঙৈদা নোংঙাল্লক্কদৌরে । তামো নীরঞ্জন্না পুম্নমক দাই লৌরদুনা থবকশিং শীনবীরবদা স্বর খরা হোনবা ফংজরম্মী ।"

"ৱাখল খিত্তুং য়াংলদুনা চৌকিদা ফম্না-ফম্না নোংঙানবা ঙাইরম্মী । ঐ ঙহাক্তুং উইরুমাল্লে । ঐনা মীৎ পাঙথোরকপদদি ইনম্মদো লৈরমদ্রে । তোইলেত্‌লোমদা লৈব্রা য়েংই, লৈতে । কোইথি-থিবদা ফংদ্রে । ঐহাক তশেংনা পাখৎপা অমা ফাওরম্মী ।" হায়রগা ইচল কপ্পম্মী । মরু লুকথদুনা মরাল লৈরবা অমগুম্না ...।

পাও অদু তাবদা ঐগী কোক্তা বজ্র তারকপগুম থোক্লম্মী ।

"তামো, ইনম্মনা, মাবু মণিপুরদগী চৎখিনবা শীনবীয়ু হায়নসু হায়রম্মী । অদুবু ঐনা, ইনম্মা ঐহাক লৈরি । তামোসু হেক য়াদবদগী তৌবনি । হায়নসু থেমজিনবনি ।"

"মহাকপু হাৎকে হায়নসু থৌরাং তৌরম্লে । অদুগা মহাক মফম খঙদনা মাঙখ্রে । মসিদা মাবু হিংলমখিগদ্রা ? হৌজিক ঐনা মাবু থিগদবসিনা করম্ননা ? ঐগী ফিভম অসিদা ঐনা কমদৌনা খোঙ্গুল লীবা ঙমগনি ? করিনো হৌজিক তৌগদবা অসীবো ...? হে ঈশ্বর, করিনো নংনা ঐঙোন্দা তৌবীরিবা অসীবো ? নঙোন্দা ঐনা করি ইরাল লঙজখিদুনা, করিগী অসুক য়াম্না শাথীরবা দন্দি অসী পীবীরিবনো ? মসীবু হৌনরিবরা ... ঐবু...?" ঐহাক কপনীংলম্মী ।উপাই শাথীনা লৈতে । মতাং অসীদা ঐ কান্নদ্রবা মীনি । খা ক্রক চীক্তুনা খাঙলম্মী । খুৎ-শা প্রোক-প্রোক থেক্তুনা খাঙলম্মী ।

"তামোনদি নচলবু ৱারৌবীবা য়াই । ঐনা ইনম্মবু তামোগী নাক্তা চৎসি হায়না য়াম্না কন্না থেমজবনি । ইনম্মনা, 'ঐহাক নংগী তামো অমদি পাবুংখোয়, ইমাখোয়গী মফমদা পোৎলুম ওইনীংদ্রে, য়েৎনিংদ্রে । অদুগা ঙসি লুহোংলিবী ইনাও অদুগী মফমদা য়েৎলরোই ।' হায়নসু হায়রম্মী । ঐনা থেম্বদসু, তামোগী নাক্তসু নোংঙাল্লগা চৎসি হায়না কন্না হেক্তা য়াখিদবনি । ঐহাকসু অহীং অদুদা করিমতা উপাই লৈতে । মতাং অদুদা ৱাখলসু অমত্তা থোক্তবনি । তামো, ঐহাক উপাই লৈজদ্রবী, ইনম্মবু য়াম্না

নুংশিজবনি। থোকখিবা পূম্না মঙগুম্বনি, জ্ঞান্ তাদে।"

"অদুবু ফত্তবা শবৌ শীনবশিং অদুগী থৌবাং লায়না পাঙথোকপদা খুদোং চাননবা ওইনা থোকখ্রে।" হায়না ঐনা ইচলদা ৱাকৎপগুম য়েংলম্মী। ঐহাক তৌফম খঙদে। বুদ্ধি-লৌশিং অমত্তা থোক্তে। পুম্নপঙ-পঙশীল্লম্মী। হৌগৎপা, চৎপা ঙমদুনা, কোযচেন-চেন্দুনা থিকগনি হায়বসু লৈত্রে। মাবু কনানা..., থৱায় য়াওনা থিবীকবগী ৱাফম অসীমা থাজবা ঙমদে। ঐহাক খাঙবদা শাথীনা ৱাবম্মী। থম্মোই অসী ফুনগৎলম্মী। তশেংনমক ঐহাক ও-খোংনা কপনীংলম্মী। অসীগুম্বা লুববা মতাং অসীদা ঐহাক্না খোঙ তেক্কুনা লৈববা...! উপাই লৈতবা...! ঐগী অৱাবা অসী কনানা উবীগনি?

মহাক কদাইদা চৎলমগনি? কদাইদা লৈবমগনি? হিংলমখিগদ্রা? মহাকপু হাৎননবা শবৌ শীন্নবল্লে। মফম অসীদগীসু চৎখ্রে, মাঙখ্রে। মী ফত্তশিং অদুনা ফাদুনা পুখি হায়বসু খঙদে। মশানা চৎলগে হায়না চৎখিবা ওইববসু কবম্না...?

"ইচল, ননম্মবু, কবিগুম্বা মীফত্তবশিং অদুনা শবৌ শীন্নদুনা ফাখিবকাদি...?" ঐহাক্কী থম্মোইদা চিংনবতনা পিক থনখ্রে। থম্মোইদা অকিবা, তুজুংবা পোল্লম্মী। মহাক হিংলমখিগনি হায়বা থাজবক্তে। কনা অমত্তবু ঐহাক থাজবক্তে। ঐগী মীনি হায়বা, যাসমীন্বু নুংশিবীবা কনা লৈবিবগে? নর্সিং হোমগী মীশিং অসীসু পুকচেল শেংদ্রবা...? শেলগীদমক, মবাল লৈতবা ফাওবামীবু হাৎননবা হোৎনববা? থৌদৌ অসিমক, মসিদা মবী লৈনদবা মীনদি অসীগুম্বা অসী তৌবা হৌনদে।

কনা-কনা ওইবিগবা? ইমা, পাবুং..., মখোযগী মমা, মপা...? ঐখোযগী শাগৈগী মী..., মখোযগী মী...! মহাক অমদি ইচলবু ফাওবা ঐহাক চিংনদবা ঙল্লক্তে। কোক অসী উক-উক লৈবম্মী। ঐহাক খাঙবদা শাথীনা ৱাবেদা। অসুম্না ৱাহনবীগদবগী শরুক ঐগী পুক্নি অসী লোইশনবীদ্রিবা কবিগীনো?

"তামো, ইনম্মবু ফাখিবমক্তি নত্রে। ইনম্মনা মশানা লোন্না চেনখ্রবনি। ঐহাক্না ইনম্মবু কোইথি-থিবদা, গেটকী চৌকিদাবনা 'ফিমুনা মশা পুম্নমক কুপশনবী, পাগুল নুপী অমা থোকখিবা উহৌই।' হায়বকই। ঈশ্বরনসু ঙাকপীগনি। ইনম্মদু মহাক্না নীংজবা মফম অমদা চৎপদা থোইনা অপনবদি থোক্লমদবা যাই হায়না খল্লী। ইনম্মনা মহাক্কী কবিগুম্বা অনীংবা অমগী মখাপোন্না, পান্দম অমদা চৎখিবা মাল্লি।"

"মদুনা নহাক্না খনবগী ৱানীদনা! কনানা খঙগনি, লম্বী-লমখাঙদা মাবু ফাদুনা হাৎতোকপিখিবম্বসু যাবি। নত্রগনা মথৱায নুংঙাইতবা, পেন্দবদগী মথন্তা আত্মাঘাত্ তৌবম্বসু...! বিষ্ণু-পিষ্ণু, হে ঈশ্বর...!" ঐহাক শ্বাই লাওই। যাসমীন্গী খল্লুবগা কোকচাওবী ফুং-লাওনা কাবম্মী। মহাক্কীদমক্তি কবিমতা খঙদ্রীবা মফম্নী। লোল, লম্বী-থোং, লম্মীৎ-তুম্মীৎ, মী, কবিগুম্বা অমত্তা খঙদবা অমম্বা মঙলৈপাক্নী। মহাক্না

মতৌ করম্না, কদাইদা, কমদৌনা চৎলংমগদগে ? মহাক কদাইদা... ? চৎলমগদরা নত্রগা মী ফত্তবশিং অদুগী মখুত্তা শরৌলাংদা ...? মথব্রায় নুংঙাইতবা, পেন্দবদগী করিগুম্বা ফত্ত-নুংদকাদি ...! হে ঈশ্বর নহাক্লা ঙাকপীয়ু, কনবীয়ুকো । মহাক্লা ব্রাগদবদো ঐঙোন্দা ব্রাহনবীয়ু । করি মতৌনো তৌরিবা অসীবো ? মাগী মরাল করি লৈরদুননোনে মহাকপু অসুম্না অসুক য়াম্না ব্রাহনবীরিবসিবু ? অসঃ..., অসীগুম্বা লুরবা তাঞ্জা অসীদা ঐহাক্লা খোঙ তেক্কুনা চৎপসু ঙমদ্রবা... ? অসুক শাথীরবা দন্দি পীবীরবা ...? ঐ অসীবু শিখিদ্রিবা করিগীনো ? শিরবদি ফরগদবনি । অব্রাবা পুম্নমক অসী কোক্লগদবনি । অব্রাবা কোক্ল নবা পাম্বে...?

"ইচল, ঐঙোন্দা হু লীক্লী অমত্তা পীয়ুবা ..., প্লীজ...।"

"তামো হায়হৈদেদা...! অদুগুম্বা ব্রাখল হৌনদে ! অদুম্না হায়বীগনু ঈশ্বর লৈরি । পুম্নমক ইবুংঙো মহাক্লা ঙাকপী-শেনবীগনি ।" ইচলগী মমীত্তগী মপি শীম্বরক্লম্মী । ঐবু নুংশিনসু য়েংলক্লম্মী । মখোয় মীৎয়েংদা হায়জবা অমা...!

"ইচল ঐহাক হীংনীংদ্রে । ঐগী অব্রাবা অসী অমুক্তা কোকহল্লুবা । অসুক য়াম্না উপাই লৈত্রবা, অসুক শাথীনা তোল্লবা ? হু ফাওবা ফংবগী হক লৈত্রবা...!"

"তামো, নচলসু ইনম্মগী খনবদা শাথীনা নুংঙাইতে হায়জরিবা অসীনি । তামোনা নুংঙাইবীদ্রিবা অদু ঐখোযসু খঙজে । অদুম ওইনমক তামোগীদমক খনবদা পাবুংহন, ইমাচৌবী, ইনম্ম'বেম্মা, ঐখোয় খুদীংমকসু...। তামো খলহৈদেবা ব্রাখল অদুদি থাদোকপীয়ু । ময়ামসু ঈ-পাও লৌনরি । ঐহাকসু নুংঙাইমন্দদুনা মী খবা থাদুনসু কোইথি-থিহঞ্জরুববনি । মখোয়না হায়ববু, ইম্ফাল গৌহাটি চেল্লীবা নাইট সুপর বস অমদা বুখানা কুপশনবী, ইনম্মগী শাওং-শাদা অদুগা মান্নবী নুপী অমদি য়াওখ্রে, হায়বা পাওদি ফংই । মতম য়াম্না কান্নখিবনা ঐখোয় ইনম্মবু ফংহৌদ্রবনি । ঐহাক্লা তামোদা, ইনম্মা মাখিবগী পাও তমজগে হায়না লাকপদা, লাইবক থীবদগী, তামো শোক্কুনা জ্ঞান্ তাদনা লৈরম্বদগী, তামোগীদমক হোৎনরিঙৈদা মতম চানা ইনম্মগী খোঙ্গুল লীবসু ঙমহৌদ্রে । ইনম্মবু সেবা তৌবা নর্সশিংদা, ইনম্মনা বস পার্কিং অমদি লম্বীনচিংবা হংলম্মী হায়নসু তম্মী । তামোনা পুঙ মঙা. তরুক জ্ঞান্ মাঙদুনা লৈখিবদুদা নচলগীসু ব্রা তান্নফম কনা মত্তা লৈখিদে ।" হায়বগা লোয়ননা, মহাক মথব্রায় য়াম্না শাথীনা নুংঙাইতনা মমীৎ ঈরা চেন্দুনা, অমদি মরাল লৈরবা অমগুম্না তৌরম্মী ।

"ঐহাক পুঙ মঙা-তরুক অন্কন্সেস ওইনা লৈবা হায়বা অসীবু ...? নত্তে, ঐগী খোঙ অসীবু কয়া থীনা শোক্লবগে ? ঐগী হকচাং, কোক অসীবু য়াম্না থীনা শোক্লবরনে ইচল ? খোঙ অসী ককপা তারবরা... ?"

"তামো, মদু হায়হৈদেদা করিগী কক্লগদগে ! কোক্তসু খরা শোকই । খোঙ

য়েংথংবগী খুজেংদা ক্রেকচর ওইরে । খোঙগী চৈনাখোলনা, কোক্তা শোকপা অদুগা জ্ঞান্ মাঙখিবনি ॥ হাক্লদগী হকচাং য়াম্না শোনবগা ...! জ্ঞান্ অমুক তাবগুম তৌবা অমুক মাঙবা তৌদুনা মত্রম থন্না শাংদ্রে । আদা পুন্নগা লায়েংবগী মাকম খন্নরিবনি । ঙসিগীদি টিকেত কংবা ঙম্রদ্রে ?" হয়েং ওইনা চংননবা খন্নরিমাল্লে ।"

"কদাইদা চংলগী খন্নরিবা ?" হায়না ঐনা ইচলদা হংলম্মী ।

"গৌহাটি নত্রগা দিল্লীদন্না পুবগী মাকমদা খন্নরিবামাল্লে ।"

তাঙ্গা অদুদা তামো নিরঞ্জন্গা লোয়ননা পাবুংগা ইমাগা চঙমীন্নরকই । তামোনা - "ইবুংঙো, ঐ নহাকপু য়াম্না কুইনা শেন্নরম্বনি । ইয়াম্বগী থবক্রুদি য়াম্বনিনা অমুক চংলুরে ॥ নহাক জ্ঞান্ তারে হায়বা তাবদগী, থবক ময়াম অমা খাদোক্লমদুনা লাক্লীবনি ॥ খোকস্ত্রিবা থৌদোক অসীগী মাকম নহাকসু খঙলম্বা য়ারে হায়না নীংই । থৌদোক অসীগী মতাংদা ইয়াম্বসু য়াম্না নুংঙাইখিদ্রে । ঐহাক্কীদি মসীনা কারবার হায়বদুসুনি, শিনবস্থীদো । মীয়ামগী সেবা তৌবগা লোয়ননা, ঐগী ইন্‌কম্ লাক্রবগী লন্নীনি ॥ মসীদা ইয়াম্বা বদনাম্ চারে, ঐহাক্কী চেকশীন্দবা হায়বদু ওইরে । মীওই থরবুদি ফারে ॥ য়াইদগী লাইবক থীবদি ইনাও নুপী অদুদি থিবা ফংদ্রে । পাবুংতোনগা ইন্দোমচাথানদি ঐবু মারৌবীবা য়াই । থায়নগী মাখল চেন্দুনা, ইজ্জৎ অমদি চংনবী, ধর্ম্ম, মাংবা-শেংবা ময়াম অসিদা...। ধর্ম্ম অমদি সমাজ নিতিনা নক্সাতুনা মীওইবগী নিতি হায়বদুমদি খনবীখিদ্রে । অদুগা মথকথোংবা ওফিসারবু কিবদগী লুহোংবা কায়দনবা শীনবদগী মোক্লীবনি । নুপী ময়ুমগী কাঙবু অসীসু থন্না হকমল্লী । অদুগা নংসু নুপা মোকথন্দবা মীনিদ্দো । নহাক্রো নুপা থোক্লন্নবদি...!" হায়রকই ।

"চেকশীন্নরবদি পুম্নমক ঐঙোন্দা লোইনা তারক্লগনি । হান্নসু ঐদি হায়জখ্রে । চুপ্নী তাম্মো, ঐহাক্রো নুপা থোক্তন্নবদগীনি ।" হায়না শোল্লম্মী ।

"অমুক্রা হেন্না নুংঙাইতবদি..., ঐখোয়গী মী ঙাক্তনা থোকস্ত্রিবা থৌদোক অসীগী মরমনি । মখোয়না শীনবনি, মসীমক য়াম্না শাথীনা পুকচেল পীকপনি । চুম্না পুকচেল শীকপত্তা নত্তনা, মবুক ফত্তবা য়াম্না পঙনা ফত্তবগী থৌদৌনি । শিবা-নাবা থোক্লগবু মখোয় নাম্বোকপা য়াগনি খনবা ওইরমাল্লে । হোয়, অহানবদা ঐহাক ঈশামক অমদি ঙাক্তনা নর্স থন্না, ইচলসু জেলদা লৈরবা য়াই । অদুবু অচুম্বা অদুদি লোংপা য়ারক্রোই । মখোয়না শামদবা ইনাওনুপী অদুবু হাংলগা মখোয় নাম্বোকপা য়াগদ্রা ? অদুগা ইরাল কবিয়ত্তা লৈজদবা ঐখোয়বু মাহল্লগা বদনাম্ শীন্নগা মখোয়বু নুংঙাইগদ্রা ? হৌজিক ঐহাক্তি মখোয়গী খন্দবা ঙমদদুনা খল্লী । পুলিশত্তা রিপোর্ট তৌগদবসু শাজল থোক্ত্রে । ইমুং-মনুং ঙাক্তা ওইবসিদা ...! পাবুংতোনগা অমদি নহাক্কী বা ঙাদন্নদি ঐহাক খঙ্গানদুনা লৈরবনি ।" হায়রগা ঐঙোন্দা য়েংলল্লগা .... !

"[illegible]" — [illegible]

তামোনা, মকোক খুমদুনা লাপতক্লা লেপ্পীবী সুভাসিনিদা য়েংলগা "লৈকায় অসিদা লৈমীন্নবা ঙাক্তনি । শাগৈ-নাতে, ইমুং-মনুং ঙাক ওইরবনি । মসীদা অসুক পুকচেল পীক্লা শীল্লম্বা অসীমক্তি... । মসী য়াম্না চুমদবা, হৌনদবনি । মসীদি মীওইবগী শাজং নত্তে । শা-ঙাগী মতৌগুম্বনি ।" হায়রকই ।

ইমানা - "ইবুংঙো নিরঞ্জন্, কনা-কনাগী থৌইনশীন্নো ? ইন্দোমচাদি তশেংনমক হীরম অসিদা করিমতা খঙদবমক্নী, ঈশ্বরনা খঙগনি ।" হায়রকই ।

"ইন্দোমচা, ফারীবশিং অসীবুদি অতোপ্লসু য়াওরি । কম্পাউণ্ডর অমা, এতেন্দেন্ট অমা, খুরাতোনগী মচানুপী নর্স অমা, অতোপ্পা নর্স অমগনি । মখোয়দা শেল পীদুনা নেক্লীবা, শীল্লীবনা, ইচললনুপী নর্স অমনা শীনবনি । পুম্নমক অসিগী মকওইনা, শরৌ শীনবনা ঐখোয়গী পাবুংহনসু য়াওরমাল্লে । অশেং-অমাং, জাত্-বিজাত্ য়াম্না খায়বা অহলনিদো । ইমাহনবীগা ইন্দোমচা তোম্বীগনা, থবক অসীদা মরুওইনা শীল্লমাল্লে । খ্বাইদগী মরুওইনা মাষ্টর প্লান্ তৌরিবনা ...।" হায়বগা তামোনা সুভাসিনিদা য়েংলুরগা - "ইবেম্মা সুভাসিনিগী পাবুংগা, পাবুংতোনগা, ইবেম্মখোয়গী ইমা অহল অদুগননি হায়না লোয়নমক ফোঙদোক্লবক্লে । মামাগা, ইনেগনা লুপা লিশিং হুম্ফু খরচ তৌখ্রে হায়না হায়নবি । ইমুং-মনুং ঙাক্তনা ঐগী নর্সিং হোম্দা বদনাম্ পীবীরে । মসীদি য়াম্না চুমদবা থৌদৌনি । মরাল লৈত্রবী, মশা-ৱাই শংদ্রবী, ঐখোয়গী শাগৈগীসু মৌ...! ইবেম্মখোয়গী মামা অসী অচৌবা ওফিসারনি । অদুবু থম্মোইদি পাঙচাও-চাওদে । ইবেম্মবু অতোম্বী ওইহনবসু কৈসু লৈতনা খল্লী । মাগী অনীংবদু থুংদবা য়াদে অসীনি । অদু ওইরগদি মরাল লৈজদবী নুপীমচা অদুদা করিগী তাইনরিবা... ? মহাক্লা লৈপাকমচা তাবা মীশক অমা ওইরবদি লুহোংবা অসী লেম্না তোকপসু য়াদ্রা ? লুহোংদ্রিঙৈগী মমাঙদা মপাম্ছোংদা মহাক্লা লেমথোক্তুনা 'ঐখোয় কায়নবা য়াদে । ইচানুপীগী মরাইক্লা অসুম থোকঙউ তমখিবননি । নুপী অনি লোনবা মীনা তৌনদবদি নত্তেদনা ...।' করিগী হায়রি ? ঐহাক হান্নদি ব্যবহার য়াম্না তৌজরম্বনি । ঙসিদগীদি মাবু কৈসু লৈতনা খল্লে । মরীলসু লৈতবা, হুরানবগী শাজং...! শেঙ্গা-থুমজানা হারবা মীশক্লবু ফবা হৌনদে । মসীদা পাবুংতোলখোয়না অদুক কিবিরুববু করিগীনোনে ? ঐনা হৌজিক ময়াম অসীগী য়েংবদা পুলিশতা রিপোর্ট তৌগদবসু চমম্নদুনা লৈরে । ইবুংঙোসু মখোঙ অসীনা ...।"

"ইচাগী ক্লিনীক্তা বদনাম্ লৈগদবা থবক তৌরম্বা অসীমক্তি য়াম্না চুমদে ।" হায়রগা পাবুং নুংশাম্বর মপী অমা শাংনা হোল্লগা লুকথরম্মী ।

"ইবেম্মা সুভাসিনিবু পোকপী ইমা, ইনেতোম্বী অদুনদি, মহাক্তি করিমতা খঙজদবা মাল্লি । পাও অসি তাবদা য়াম্না শাওই, মামাগা ইনেগা য়াম্না থীনা খৎনরে হায়নসু তায় । লুহোংবা অসীমকসু মহাক্তি তোক্লসি হায়দুনা য়াম্না কন্না হায়জে হায়নৈনে ।

ঐগোন্দা ইনে অদুনা "ইবুংঙো, মনুংদা লোইশিন্ননবা তৌবীয়ু । পুম্নমক বদনাম্ চাবা তাবে । ব্রাফম অসী চাওথোক্লগা অফবসু ওইবোই ।' হায়না কপ্পুনসু হায়জবম্মী । ঐহাক্কী ওইনদি পুলিশ তাক্লবসু অকায়বা লাক্কদবা হায়বগী চিংনবা লৈ । তাক্লগনা ব্রাফম অসী য়াম্না কা হেন্না চাওগদৌবি । অমবু ওইববসু, অমবু ওইববসু ঐগীদি বদনাম্ হায়বসীমদি শোয়দ্রবনি । পাবুংখোয, পাবুংতোনখোয, অহল-লমন খবনসু তুম্মীন্না মনুংদা লোইশিন্নবা পাম্মী । ঐহাক হায়ফম-তৌফম খঙদে । বদনাম্ অসীবুদি শোযদ্রে । কেশ অমা ফাইল্ তৌবনদি, আইনগী মতুংইন্না তৌফম থোকপবা হায়নদি খনবনি । ইমুং-মনুং, মবী-মতা ঙাক ওইর্বসিদা খনফম খঙদ্রে, ব্রাখল অমদি পাঙ্গলসু ইথোক-থোক্লে । মসীদা তৌগদবসি কবিনো খঙদ্রে ।"

"ইচাগী ব্রাফম অসী যাম্না চুম্মী । অদুমকপু যাবিবমখৈদি মনা-মনিল নাইদনা মনুংদা তাইশিন্নদুনা লোইশিন্ননবা তৌবনা ফবোইদ্রনে ইবুংঙো ? অহল লমনশিং পূন্নগা ব্রাত্তেম্নদুনা, লোইশিনবর্নদি ফগদবা খল্লীনে ।" পাবুংনা হায়বকই ।

সুভাসিনিনা - "ব্যবহাবদি থোক্লে । ঐহাক কবিগুম্বা অমত্তা হঙ্গৎচগে । মবাল কবিমতা লৈজদবী নুপী অমবু হাৎননবা শীল্লন্লে । মসীদা তুম্মীন্না তোকপদি চুমলোইদ্রা খঞ্জে । আইন্গী মীৎযেংদসু, মীওইবগী চৎনবোলদসু..., অবানবা তৌবগীদমক আইন্ হায়বা অমা লৈবিবনিনা, আইন্না মবাল লৈবা মীওইশিংবু দন্দি পীজবনা চুমগনি । ঐ ঈশামকসু ইবাল লৈববদি মদুগী মতীকচাবা দন্দি ফংজসনু হায়জনীংই । অদুগী মথক্তা, মী অমা মফম খঙদনা মাঙখ্রে । শিবা-নাবা থোক্লম্লবদি কমদৌগদগে ? তুম্মীন্না লৈবা যাগদ্রা ? হৌজিক ফাওবা থিননবগী থবকসু অমত্তা পাযখৎত্রি । মসীদি যাম্না চুমদে । পুলিশতা মতম চানা রিপোর্ট তৌবীবম্লবদি, শোযদনা ফংবসু যাবনি । মী অমা মাঙখিববু তুম্মীন্না লৈথোকপীবা অসীমক্তি চুমদববা খঞ্জে । মসীদা কনাসু ইন্তবেস লৌবীদবসীদি.... ঐহাক্তি য়াজনীংদে । মসিদা খবা থব্রায যাওনা থিবা-খোৎপা হোৎনবিবসী ইচলখক্তনি ।" হায়বকই ।

পাবুংনা - "ইবেম্মা, ইচানা হায়বীবদো যাম্না চুমখ্রবা ব্রানি । অদুদা পুলিশ হায়বসিদি পুলিশনিদো । আইন্ মখুত্তা পাযববনিনা, আইন্ ঙাক্লীবনী হায়দুনা মনীং-মখা তৌবক্কনি । খুদোংচাদবা কয়া থোকপা যাই । শেলসু মবম চাদনা তিংবা শোযদ্রবনি । অদুগা ঐখোয়তনা হঞ্জিল-হঞ্জিল চোপ্নগদৌবি । শাগৈ অনিগী অসুক যাম্বা মযাম অসী চেন্নগদৌবি । ঐখোয ইশেলমক্তা তুংফাওবা নুংশিনববোই । পাবুংদি খৎন চৈনবা, নুংঙাইনদবসি কযা পামদে । তুম্মীন্না লোইশিন্নবগা...' হোয, ইচাগী নর্সিং হোম্গী মিংদা ফজদবা, বদনাম্ খববুদি লৈবা য়াই । অদুমকপু ব্রাফম অসী যাম্নামকা ফোংবমক্তি নত্তেদনা । মনুংদা লোইশিন্নববদি মীযামদা ব্রা-ব্রা লাওবমক্তি ওইবোইদনা ? অদুগা পুলিস য়ৌববা হাযবদুদি লৈপাক পুঙজাও থীনবগুম্বনি, কবি

হায়বগে ? মাঙখ্রিবা নুপীমচা অদুবুসু ঐখোয়না মনুংদা লোন্না থিবা তাইদনা, থিদবদি কদাইদগী য়াগদগে ? মহাক গৌহাটি চেনবা বসতা য়াওখ্রে হায়বসীমদি চুন্নগনি হায়না খল্লী । থোইনা ফত্ত-নুংদদি থোক্লরোই । শরৌ শীল্লল্লীবশিং অসিনা ঐখোয় মশেল...! ইবুংঙো নীরঞ্জন্, ব্রাফম অসী য়ারিবমখৈ চাওথোকহনগুমসিদা...।" হায়রকই ।

"ঐগীদি কেশ তৌরবসু-তৌদ্রবসু বদনাম্‌দি অদুমক চারগদবনি । মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াবসু নত্তে । ঐগী ক্লিনিক্তা কনানা লায়েংবা লাকপীনীংগদগে ? অদুবু ঐহাক ডাক্তর অমনি । ঐহাক্কী অফবা থবক্তা, ঈশাগী ইথৌদা মীয়াম্না থাজবীরগদি শোয়দনা লাক্কনি । ঙসি ফাওবদা ঐগী ফত্তবা মিং অমত্তা লৈত্রি । ডাক্তর অমগী মথৌ, মীগী মতেং পাংবা, মীবু পেলহনবা, ঙাকপীবা, সেবা অমদি মিনুংশি হায়বসীনা ঐগী ফিদম ওইজবগদবনি । ঐগী অফবা থবক্লা ঐগী তুংগীসু থোইনা চিংনদে । ঐগী ওইর্নদি অহল-লমন ময়ামগী মফমদা ব্রাফম খরা থমজরগা মখাতাবা ব্রাফম লাকচরগনি । অহল-লমনশিং খরা লৈহৌরি । পাবুংতোলগা ইবুংঙোগগী ব্রাফম্মা হেন্নদি মরু ওইবনি । ইবুংঙোগীনা করি ব্রাখল লৈবগে ? পুলিশ কেস তৌবা তারগদি..., ইবুংঙোদি চৎপসু ঙমদদুনা লৈরে । মসীদা চেন্নবসু খুদোং চারোই ।"

"তামো, ঐগী ব্রাফম খনবীরুদ্রবসু য়াজরে । ঐদি মী ওইদ্রবনি । ঐহাক্লা হান্নসু হায়জখ্রে । চেকশীল্লক্লবা মতমদদি ঐঙোন্দা লোইনমক তারক্লগদবনি । ময়ামগী ফননবা অদুম শীনবীরো । ঐহাক্কী ব্রানা থোইনা মরুওইগনি নীংজদ্রে । "

"ইবুংঙোদি চৎপা ঙমদ্রবনিনা, পাবুংতোনগা, ইন্দোমচাগদি ঙহাক্তং ময়াম খন্নবা অসীদা য়াওবীদবা য়াদে । ইবুংঙো, ইনাওগী অনীংবা, অপাম্বা অদুসু ইয়াম্বা তশেংনা খঙনীংই । ইনাওগী ব্রাফমসু মরুওই ।"

"তামোনা অমাঙ-অতোং থিবীদনা, ঙাকপীবগী ব্রাখল লৈবীরবনিনা, অহল-লমনগী ব্রাফম অমদি ময়ামগী অপাম্বা অদুমক, তামোখোয়না ফগদবা অদু অদুম্মক খন্নবীবো । হৌজিকপু কৈদৌরুনি ? ঐগী হায়বা মীশক অমত্তা লৈত্রবদা করি উপাই লৈরিবগে ? ঐ ইথম্ভনি । মীদি লায়রদুনা লাই ফাওবনা ঐবু শাথীনা লাক্লবীরে । মাঙখ্রিবা নুপী অদুগী কনাসু লৈবা নত্তে । শিরম্লবসু কনানসু করিমতা হায়রক্কদবা লৈতে । করিমতা চিংনবীরুরনু । " হাযরগা ঐহাক কপ্লম্মী । ইকাইবা হায়বদুসু লৈরক্ত্রে । উপাইসু লৈতে, থম্মোই অসী প্রোক-প্রোক চাকই । ব্রা ঙাংনীংলক্ত্রে । ইনাক্তা মী অমত্তা লৈহন্নীংলক্ত্রে ।

"ইনাওগী ব্রাফম অসী, পুক্লীং য়াম্না নুংশিরে হায়বা ঐ খঙই । অদুবু ইবুংঙো অহল-লমনগী ইজ্জৎকী ব্রাফম্নী । ব্রা-লান থোক্লবা হায়বসীমক ইযাম্বসু কয়া পামদবগী হায়বনি । অদুবু আইন্‌গী মতুংইন্না চৎথবনদি চুম্মী ।"

সুভাসিনিনা - "অহল-লমনগী ব্রাফমদা ঐখোয়গী ইথৌবুদি লৈতে । অদুম ওইনমক মী অমা মফম খঙদনা মাঙখ্রে । অদুগা তুম্মীন্না লৈথোক্লবদি..., মসীবু চুম্লনে ? ঐখোয়গী ব্রাবুদি তাবীদদুনা ঙাক্তা লাক্লবনি ।" হায়রকই ।

"নুপীমচানা হায়বিবসী অচুম্বনি পাবুংতোন । পুলিশতা রিপোর্ট অমদি তৌবীবনা চুম্মী । নুপীমচা অমা মাঙখ্রে হায়না ইচম-চম্বা মওংদা...। অদুগা রেডিওদা, দুরদর্শন্দা পাও পীবসু ফগনি । মী খরা থাবগা থিহনবসু ফৈ । ঐনা পাও খবা লৌবদসু গৌহাটি চেনবা বসতা য়াওখিবগী মওংদি লৈবে । মদুমক্লা শোযদ্রে হায়বদি কনাসু হাযবা ঙমদে ।" হায়না তামো নিবঞ্জন্না হাযবকই ।

"মাবু অমুক কোইথি-থিবীকদবনবু ফবে । তোল্লবী অদু মথব্রায খুবাক্তা হাপ্তুনা চেল্লম্বা য়াই । মী হায়বা জাত্ অসীবু মহাক্লা থাজগদবা লৈত্রে । অদুগী মথক্তা মহাক্লা ব্রারমগদ্দবা, অব্রাবা, খুদোংথীবা কয়া মাযোক্লবমগদবদো ...! অদুবু মহাক্কীদমক খনবীগদবা কনাসু লৈতে । মবাযবক্কীনি, ব্রাজসনু, শিববসু শিজখ্রসনু ।"

"অদুম্না হাযবা হৌনদে ইবুংঙো । থৌদোক অসী মফম খঙদনা থোকখ্রে । থোকহন্নীংদবা থৌদোক্লী, নহাক্কীসু লাইকথিবা হাযবদুনি । ঐখোয মযামসু ইচেন-চেন্নবে । পেন্দবনদি পীক থল্লবনি । খ্বাইদগী হেন্না লাইবকথীবনা, নহাক্লা শোক্তুনা লৈবা অসীনি । মক ওইবিবা অমনা, ইবুংঙোবু হযেং পুননবগী অসীমসু কমদৌবা পাবুংতোল ? মতমসু লৈত্রবনি । থবকশিং অসী অবাযবা অমত্তা নত্তে ।"

ইমানা -"মাগী তামোনা হাযবীবা অসী অচুম্বনি । পাবুংনা নুপী মচা অমা মাঙখিবা অসীগী, রিপোর্ট অমদি তৌবীকবনা চুমগনি । অদুগা ইবুংঙো নিবঞ্জন্, গৌহাটিদনা ফগদবা, দিল্লীদনা ফগদরা ?" হাযবকই ।

"ইন্দোলমচা, ফবগী ব্রাবুদি দিল্লীনা ...। অদুদা সিট্-নুংগী ব্রাফম, সিট্ ফংদদুনা খুদোং চারোইদ্রা হায়না খনবগী ব্রানি ।"

"তামো, ঐহাক লাযেংদ্রবসু য়াবে । ঐবু অমুক্তা চীক্লা পোৎথাহনবীযু । প্লীজ লীভ মি এলোন্ । ঐ অমুক্তা পোৎথাজগে । খন্নবীগদবা খন্নবীরুবো " ।

"ব্রাখল অদুক য়াম্না হন্থগনু । নংনা ফবগা, থবক পুম্নমক নং নশানা তৌবা তাবনি । নশানা তৌদ্রবদি কনানা তৌবীগনি ? অহানবদা নশাগী হান্না খনখো । অতে পুম্নমক নশাবু ফরবদি, কল্লবদি ঈরায়-লাযবা ব্রানি ।" হায়না তামোনা ঐঙোন্দা তপ্না হায়রকই । চুম্বদি চুম্মী, অদুবু ব্রাফম অসী...!

"ফ্লাইট্ টিকেট ফংননবতা হোৎনবীযু । হোসপিটাল্গী সিট্কীদমক্তদি খনবীকনু । ঐনা থোকপা তৌজগে ।" যাসমীন্গী ব্রা ঙাংনবদি কান্নরবোই খঙলে।

"ইবুংঙো ইন্দোমচাদি নহাকসু য়াওহন্নীংই ।"

"ইন্দোমচা, হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসীদা ঐহাক ক্লীনীক্ থাদোকপদি

খুদাংচাররোই । ইচলগা লোয়নবীরো ।"

"অদুদি, ইচলনে, পাবুংনে, ঐহাক্কা, নুপীমচাগা..., মী মঙা চৎপদি কয়া নুংঙাইতে । কনানো অমতংগা, মী তরুক্কী থৌরাং তৌসি । মী অমগা টিকেটকা নংনা ফননবা অদুমক শীল্লোনে ।" হায়না ইমানা হায়রম্মী ।

তামোনা - "ফরে ইন্দোমচা, ঐ শীঞ্জরগে । ডাক্তর রমেস ওইনা চৎনবা ঐ শীল্লগে । য়াম্না ফবা অঙাংনি । মহাক য়াওরবদি খুদোংসু চাগনি । টিকেটকী মরমসু মঙোন্দা শীন্নরগে । অদুদি, পাবুংতোলগা ইন্দোমচাগদি, ময়াম তিল্লিবা অদুদা ঙহাক্তং লেঙঙুরসি । ইবুংঙো, ইয়াম্বসু নংগা লোয়ননা চৎনীংবনি, অদুবু মতাং অসীনা খুদোংচাদ্রে । নং ব্রারৌরনুকো । পোৎথানবা তৌ, ইচল নংগী তামোগী নুংঙাইনবা হোৎনৌকো । ইবুংঙো, ইয়াম্বা চৎলে ।" হায়রগা তামো থোকখ্রে । ইমাগা পাবুংগসু ঐঙোন্দা য়েংলম্লগা তুম্মীন্না থোকমীন্নখিরম্মী ।

ঐহাক ব্রাখলগী ঈরোন্নুংদা লুপ্লম্মী । অসুক চাওবা ব্রাথোক অমবু তামো নিরঞ্জন্না তাইশিন্নবা হায়বসী মনুংদা ব্রা য়াম্না লৈরম্বা তাই । কারবারগী মীশক্লীনা কনানা খঙগনি ? মহাক্তি শেল য়াম্না ফংবসু য়ারি । ঐহাক্তনি ঈরাক্লরিবা ...! বজ্র তারক্লুনা লব্রাইদা খায়বদগী হেন্না শাথীখরে । পৃথিবী মথক-মখা ওনবা প্রলয় অমা লাক্লুনা পুম্মাঙ-মাঙহল্লম্বগা চপ মান্ননা ঐঙোন্দা থোক্লম্মী ।

থব্রায়দগীসু হেল্লবী যাসমীন্...! করিগীনো নংনা ঐবু মৈরক্তা লংশিল্লম্লগা...? নহাকপু নথন্তা, কনাগা, কদাইদা...? নংনা ব্রারমগদবদো ? নংবু কদাইদনো ? নংবু হিংলিবরা, কমদৌরিবগে ? নংগীদমক ঐনা করিমতা তৌবা ঙমদ্রবা...?

কুইরবা মতুংদা সুভাসিনিনা - "ইচল, পুম্নমক অসী ঐহাক্তি করিমতা খঙজদনা মখোয়গী য়াথং ইঞ্জরিবনি । মখোয়না ঐহাকপু করিনি হায়না খন্দুনা...? অদুগা অমুকসু অসুক শাথীনা তুক্কচখ্রবা থৌরাঙ অসী তৌরিবা ? ঐবু মখোয়না হায়বতা য়াবসিদা য়াম্না কা হেল্লবনি । ইচল ঐদি মখোয়না শীল্লীবা অসী য়ানীংদে । কেস অমদি রেজিষ্টার তৌফম থোকই । করিগুম্বা লাইবক থীদুনা ফত্ত-নুংদা থোক্লম্লবদি ...? থোক্তবদি ওইসনু, ঈশ্বরনা কনবীসনু । মমৈদা তারক্কদবা ফল্ অদু কনাদনো ? মী মাঙখিবগী থিবা-খোৎপগী ব্রাফমদি কনা অমত্তসু থওইনা খন্নদেনে । মসীবু হৌনরিবরনে ? কয়াদা লায়না খনখ্রবা ...!" হায়না য়াম্না শাওনা হায়রকই ।

মহাক্লা ইচলদা ব্রারী শাবনি, অদুবু মানা হায়রীবদু ঐঙোন্দনি । মহাক্কী অদুগুম্বা অশাওবা শক্তম অদু ঐহাক থাজবা ঙমদে । মহাক শাওবকাসু হৈবোইরে । শাওবদসু নীংথীবী শক্তম অমদি লৈ । কনানা খঙগনি, মশাগী মরাল, দোষ কোক্লনবা হায়দুনা তৌবা ওইরম্বসু য়ারি । ঐহাক হৌজিক কনা অমত্তবুসু থাজদ্রে, কনাবুসু নুংশিদে । ঐহাক জ্ঞান্ মাঙলম্মী । মখোয়গী ব্রারী অদু তাখিদরে ।



## (২৬)

*“মপোক থীবা ঐহাকসে, কনাগী আশাদনো ?*
*নহাক কায়না’ মৈচাকসে, করম্না খাঙগনি ?*
*নহাক যাওদ্রবা পুন্সিসে, কমদৌনা হিংগনি ?*
*মিনুংশি চাওবা কনানো ? হু খরদং পীবীয়ু ।*
*থম্মোই পানবা লৈরবদি, শিবগী দন্দি পীবীরো ।*
*অসুক ব্রাবা চৈনাসে, করিনা কোক্কনি ?*
*লাইবক্না করেম্নবীরে, নোংদম্বনসু খোঙগাওনবীরে ।”*

ঐহাক মঙ্-হাগুম্না লৈবন্মী । খোঙ-তেক্লবা মীনা কবি উপাই লৈগদগে ? সুভাসিনি, তপ্না হৌগত্তুনা চৎখিবন্মী । ইচলনা - “ওম্ভোকপনিদা ...! যাসমীন্ ভাবিদো, মবুক্না ফবিবা, ঙাংথোবকপা ব্রাহৈ-খোনফম্না ইং-তপ্লীবা, ফজবিবা, তাবদা কযা নুংশিবিবা, মশক্না-মশক ফজবিবা, মাগী মশাদা অব্রাৎপা অমত্তা লৈতে । অদুবু মহাক কমদৌবমগবা... ?” হায়না যাম্না নুংঙাইতনা শোনবা তায ।

ঐ হীপ্না ঙমলক্ত্রে । কমদৌগনি, কবি উপাই লৈবি ? হৌগৎপা ফাওবা ঙমদে । ঐহাক অসে শাথীনা উপাই লৈত্রবা, কান্নদ্রবা মীবেম অমা ওইববা ? হৌগৎ-কাঙখৎপা ঙমদ্রবা, খোঙ তেক্লবা, ঈশাসু নাববা, কান্নদ্রবা মীওই অমনা তৌগদবা অসীবু কবিনো ? শিবসু নত্তবা..., অহীংবা অমগী তৌফম থোকপসু তৌবা ঙমদবা ! শাথীববা ফিভমদা, খাঙবদা ব্রাববা চৈফু অমনা থম্মোই মচেৎ-মচেৎ তানা থুগাইবীরবা ...! থম্মোই অসীদা ছুবিনা থূম্না লেংবগা চপ মান্নবন্মী । অসুক শাথীবা ফিভম অসীদা কবিনো...? ঐহাক মতৌ কবম্না খাঙগনি ?

যাসমীন্ হাযবী অদুবু কদাইদা চৎলমগদগে ? মথন্তা মতৌ কবম্না কদাইদা ...? উপাই লৈত্রবী, শোল্লবী নুপী মহাক্না, কনাগীসু মতেং যাওদনা কদোমদা ...? অসুক পাক-চাওখ্রবা মালেম অসীদা, মহাক্কী মতেং পাংবীনবা কনা লৈবমগনি ? মতম অসীদবু, লম্নানবা কনানা মহাক্কী মতেং পাংবীবমগদগে ? মীবু-মীনা তুহৎপতনা থল্লবা সংসার অসীদা, মহাকপু কনানা উপাই তৌবীগদগে ? খুদোংচাবতা লৌননবা হোৎনবনা চৎনবী ওইববা, অতোনববু লাকথুবীবনা হৈ-শিংবা শক্লবা যুগ্ অসীদা মহাক্না কবম্না...? অদুগীসু মথক্তা মহাক মশক-মতৌ ফজখ্রবী, নহা ওইবিবীনি । মহাকপু ঐনা, ঐগী পুন্সিসিদা অমুক উন্নগনি হায়বগী আশা উদ্রে।

*ঐহাক্কী থম্মোই অসী প্রোক-প্রোক হেক চাকপমখৈ খাওফম খওলমদে । ঐগী* উপাই লৈতবা মতৌ অসীদা, সংসারগী লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমক্কা হরাওরিবরা ? কনানা ঐগী ইতৌদা অৱাবা ফাওরমগদগে ? কনাসু লৈররোই । সমাজ অসীগী য়েক্লবনি ঐহাক । মখোয়না ঐগী ইতৌ উরগা, শোয়দনা হরাও, নুংঙাইবা পোক্লরমগনি।

যীশু খৃষ্টবু, মখোঙ অনি, মখুৎ অনিদা য়োৎপী থাজনবীরগা, ক্রোসতা পাং তিংদুনা থম্বগী চৈনা, মৈচাক অদু কয়া য়াম্না ৱারমগনি । মদুমক্কী হায়বা য়াই ঐনা ৱারীবা অসী... । মদু য়েংবা ৱাবগীরা, নুংঙাইবগীরা সিফাই অমনা যীশুগী পুংনোপ্তা তানা, থূম্না লেংখিবা ...! মতৌ অদুগুম্না ঐহাকপুসু মুক্তি পীবীরবদি ওম্থোক্লা। নুংঙাইখ্রনিদা ...! চৎপা ঙমদনা শৈগদবগী শরুক শিবনা ফৈ ।

ইচলনা ঐহাক্কী মীৎকী পিরাং তৈথোকপীরগা - "তামো, ঈশ্বর লৈরি । উপাই লৈত্রবা ঐখোয়গীদি ঈশ্বরগী মফমদা চঙজবা, ইবুংঙো মাবু থাজবা তাই । অৱাবা, নুংঙাইতবা খরা কাওননবা হোৎনবীয়ু । ইনম্মা, থোইদোকপা, অপনবা য়াওদনা, মহাক্না য়ৌনীংলিবা মফম অদু য়ৌনবা, ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌসি । তামোগী হকচাংনা মরুনি । অহানবদা তামোগী হকচাং অসী কনখৎনবা, খোঙ অসী ফননবা হান্না হোৎনখিসি । হকচাং কনখৎলবা মতুংদা পুম্নমক য়েংবা, থিবা, চৎপা তাবনি । হৌজিক্কীদি করি উপাই লৈরিবগে ?" হায়না মহাকসু কপলম্মী ।

"ইবেম্মা, ঐহাক ঈশ্বরবু ফাওবা থাজরক্তরে । ঐহাক্কীদমক খনবীবা, ৱাবীবা, কনা লৈরিবগে ? শাগৈ-নাতৈ, সমাজ অসীনা পেন্নরি । মহাক্কীদমক খনবীবা কনাসু লৈতে । ইমাগা, পাবুং ফাওবনা যাসমীন্‌গীদমক করি খল্লীবগেনে ?"

"তামো, মীপুম খুদীংমক মফম-মতম্না উপাই লৈহন্দে । তামোবুসু নচলবুসু উপাই লৈহন্দ্রিবা অসিনি । অতৈ কনা-কনাসু মাগী-মাগী উপাই লৈরমদবা য়াই । অদুম ওইনমক তামোগীদমক্তী নচলসু লৈজরি । অদুক য়াম্নসু ৱাখল অদু পীকথবীগনু । ঈশ্বর হায়বসী অদুক শাথীনা মিনুংশি হৈতবসু ওইরোইদা । তামো, খরা খাওবীবা তাবনি । হৌজিক খাওবা নত্তনা উপাই লৈত্রে তামো ।"

সুভাসিনি ত্রে অমদা শঙ্গোম গ্লাস অনিখক হাপ্তুনা পুরক্লগা চপ লেপ্তুনা ঐখোয়না ঙাংনরিবা অদু তারম্মী । ঐঙোন্দা হাইফেৎ য়েংলগা "ৱারৌবীরিবা অদু অচুম্বমক্কী । অদুবু চাবা, থকপা মপুঙ ফাদবগা হকচাং অদো য়াম্না শোম্থরে । হান্নদগী শোম্থবগা, শোকখিবা অদুদসু ঈশু খরা হেন্না থোকখ্রে । শঙ্গোম অসী অমুক্তা ফানবীয়ু ।" হায়দুনা লানশিল্লকই । ঐহাক পাক লৌগদবসু লৌদনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী । "ঐহাক্না পুরকপনি হায়দুনা ফানবীনীংদ্রবসু...। হকচাংগীদমক য়েংবীদুনা ...।" হায়রগা মাসু, গ্লাস লানশিল্লক্কীবা মখুৎ অদুনা শঙ্গোম অদু অদুমক পীদুনা লৈরম্মী । ফনা কুইরবা তুংদা ঐনা মঙোন্দা মীৎ খারপ য়েংলগা, শঙ্গোম গ্লাস অদু লৌরম্মী । হাইরপতি অনম কনবা জাৎ ওইরে । গ্লাস অমনা ইচলদা পীরম্মী ।

ইচলনা, "ইনম্ম'বেম্মগীদি কদায়...?" হায়না হংই ।

"ইবেম্মা - ইনম্মদি থক্তুবসু য়ারেঁদা ...।" হায়না খুন্নকই ।

ইচলনা - "য়াদে কৈসু..., সে মসীনা ইনম্মা'বেম্মগী । ঐগীদি, ঐ হেক্তা লৌজরুরগে ।" শঙ্গোম গ্লাস অদু মনম্মদা নমদুনা পীরম্লগা, ইচল চংখিরম্মী । ওহাক লৈরগা মাগী শঙ্গোম গ্লাস অমা পায়দুনা লাকই । মতম অদু ফাওবা ঐখোয় অনিমক শঙ্গোম অদু পায়দুনা লৈরি । ইচলনা ঐখোয় অনিদা অমদা অমুক, অমদা অমুক য়েংলক্লম্মী । ইচলনা ঐগী ইনাক্তা ফম্লগা "তামো হীদাক চাননবা তৌরসি শঙ্গোম অদু থকপীরো ।" হায়রকপা অদুদা ঐহাক হৈনীংদনা, শঙ্গোম অদু থক্লম্মী ।

ইচলনা - "ইনম্ম'বেম্মা, ঐখোযদি মী মথাঙ-মথাঙনি । অদুগা নুপীনিনা ঐখোয়গী ঈবা চংকদবা মতাং অসী য়াম্না ব্বাংলী । ইনম্ম'বেম্মনা ব্বাফম অসীগী মতাংদা হায়বীখিবা অদু ...। ঐখোয়গী সমাজ অসীদি মীনা তৌই হায়বা অদু হেক্তা মতৌ তম্মী । অদুগা মশা-মশাগী বাইত অদু য়াম্না খঙই, কাহেন্না পাম্মী । মশাগী দিউতি অদুদি মশক খঙদে । নুপীবুসু য়াম্না হন্থনা থম্লীবনি । ঐখোয়না অহলশিংগী ব্বাফমদা খুৎ থিংজিল্লদুনা কৈদৌরুনি ? ইনম্ম'বেম্মগী ব্বা কনানা তাবীগদগে ? হান্নসু তাবীখিদ্রবা নত্রো ? হোয় পুম্নমক নম-হারবসু...! মী অমা ইচাও-চাওনা মাঙখিবা অসীফাওবা থওইবীদবগুম তৌরিবা অসী উবীরেদনা ? অদুবু ঐখোযনা কনাদা ব্বাকৎলুগনি ? মসীমক্তি মিনুংশি য়াওদনা মতৌনি ।" হায়রকই ।

"চুম্মী ইচল ইবেম্মা, মরম ওকই, হায়বা ইল্লি, হায়না থাগৎপা পামলকপা, অহলশিংগী য়াথং য়াম্না ইনবা, মসীসু য়াম্না ফত্রবা অমনি । মখোয়গী য়াথং ইন্দবা ওমদবগী দোষনি, ওসি ঐনা ওইরিবা অসীমক...।" মহাক্কী ব্বাফম অসীসু লানবদি নত্তে ।

ইপা-ইমানা হায়বা ইনবা, মখোয়বু ব্বারৌহনবা, নীংবা কায়হনবা পামদবদগী, ওসি ঐহাক্লা অসীগুম্বা অব্বাবা অসী নংলরিবনি । করিগীদমক ঐনা যাসমীন্‌গীদমক পাম্বোম-তিংবা ওমখিদ্রিবনো ? করিগীদমক অহল-লমনগী য়াথং ইল্লুরিবা ..? হায়বা ইনবা, মরম ওকপা হায়বা মেদল্‌না ঐগী পুন্সিবু নরক্ ওইহনগদৌরবা... ? ঐনা হায়বা ইনবগীরা, মখোয়না হায়বমখে য়াবগীরা? যাসমীন্‌না মফম খঙদনা মাঙখীবা অসী ফাওবদা থওইদ্রিবা ? মসীমক মরম ওকপগী মনারা ?

ঐহাক্লা - "ইচল, তামোদি চা থক্লীংইদা।" হায়রম্মী । মদুদা মহাক হরাওবগী মতৌ মাল্লম্মী । ত্রেগা গ্লাসকা পুদুনা চখিরম্মী । ইচলনা হীদাক-লাংথক পীজরম্মী । ঐহাক হীদাক চানীংবগী মথোঙসু খঙদে । নাবা থুনা ফনিংবগী ব্বাখলসু য়াওরমদে । মঙদ্রঙ অমদা লৈরম্মী । চা থক্লীংই হায়খীবা অদুসু থোইনা থক্লীংবগী নত্তে । করি ব্বাখলদগী হায়খিবনো খঙদে । মরক অদুদা সুভাসিনিনা চা পুরক্তুনা ঐঙোন্দা পীরম্মী।

ঐহাক চা থক্লা-থক্লা - "ইবেম্মা, ঐগী দাইরী অদুবু ...?" হায়না ইচলদা হংলম্মী । সুভাসিনিনা ঐগী মোন মখাদগী দাইরী অদু লৌথোক্লগা লানশিল্লকই । দাইরীদগী

টেলিফোন্ নম্বর ইচলদা পীরগা - "মসীগী নম্বরশিং অসী লৌদুনা য়েংউ । ফংলগদি ঐহাক ব্বারী শাগে । কোক অসী ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌই । ঙহাক্তা তুম্মীন্না হীপকে ।" হায়নসু ইচলদা হায়রম্মী । ঐহাক কোক অসী শাথীনসু ঙাওই । মীৎ অসী চেজেং উইশিন্দুনা খাঙবা হোৎনরম্মী ।

ইচলনা - "তামো য়ারে, লাইন ফংলে ।" হায়দুনা রিসিভর অদু ঐঙোন্দা পীরকই । ঐহাক্না ফোন্ পায়রগা - "হল্লো, অহম্মদ..., য়েস সুকুমারনি । হোয় প্রোজেক্তকী থবক কমদৌরি ? য়েস-য়েংই, ফরে, মহাক অফবা অঙাংনি । নুমীৎ হুম্নি-মরিনি হকচাং ঙমলদ্রে ।.... অং... হুম্নবানু, কমদৌরি ?.... অং......অং..... ফরে, য়াম্না ফরে । লাইবক থীবা হায়বদুনি । ঐহাক এক্সিদেন্ট..., হায়বদি সিড়িদগী ওন্থদুনা তুশিনবদা খোঙ তেক্কুনা লৈরে ।.... কোক্তসু খরা শোকই । ... নংনা ফগদবা, খুদোংচাগদবা য়েংদুনা এন্গেজ তৌরম্মু । সিট এরেঞ্জ তৌহল্লম্মু । ঐ হয়েংমক ফ্লাইটতা লাক্কনি । এয়ারপোর্টতা ঐখোয়বু ওক্লম্মু । ........ঐখোয় মঙা-তরুক লাক্কনি । ইমাগা পাবুংগসু লাক্কনি ।..... য়েস, য়েস..., পায়হল্লু ..., বানো.., ইবেম্মা । হোয়-হোয়..., অং-অং...। মহাক-মহাক বাথরুমদা লৈখি । খরা কুইগনি । .... ব্বারী কোন্না শারো । অমুক তৌরক্কনু । ব্বারী অতে ঐখোয়না লাক্লগা ইংন া-তপ্না শারসি... । হোয়, হয়েং...।" হায়রগা ঐহাক রিসিভর থল্লম্মী । ঐহাক্কী খোল নীকখিরম্মী । মীত্তগী পিরাং তপ-তপ তারকই । হুম্নবানোনা যাসমীন্গা ব্বারী শাগে হায়রকই । ঐনা করম্না ব্বারী শাহনগদৌরিবনো ? অশেংবা ব্বাফমসু হায়দোকপা ঙমদ্রে । করি মতৌনো ? থম্মোইনুংদা মৈগী চীঙ ওমখৎলম্মী । প্রলয় অমা লাক্কদৌবগুম...!

"ইচল, তামোবু কমদৌসিগেনে ? হুম্নবানুদা, ইমা থাজমানবীনা মনুং-মতম চাদনা, ইখঙ-খঙহৌদনা লৈখিদবগী পাও, যাসমীন্না মাঙখীবগী পাও অমত্তা পীবা ঙমদ্রে । ওন্থোকপনিদকো ইমা, নচা ঐখোয়বু অসুক থুনা, মফম খঙদনা হুন্দোকপীরম্লবা ...? মসী পুম্নমক অসী করম্না ব্বারী শাগনি ? ইমানা ইরম্বা চিঠি নংসু খঙলবনি । হুম্নবানু, ঐগী ইচলনি, নংগীদি নচে...। ইমা থাজমানবীনা, মহাকপু মচাগুম্না আশা অমদা য়োকচরকপনি । অশেংবা, চপচাবা খঙদবনা মচানি হায়না ফোঙদোকপা ঙমখিদ্রবনি । নদিরাবাই হায়বীদো লাইমা ফত্তেদা । মমাগা মচাগবু ফাওবা পুক্নিচুপ্পা হেক খঙনহনখিদবনিকো... । মসী ঐহাক্না ফোঙদোকপা ঙমদ্রবনি । মসীদি ইচল, নহাক্না ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা ফোঙদোকপা তাই ।" হায়না ইচলদা হায়রম্মী।

"তামো, নচলনা হেক ঙম্নমখৈ তামোগী মতেং পাংজগে ।"

"ওন্থোকপনিদা ইমা..., ঐখোয়বু মফম খঙদনা হুন্দোকপীরম্লে । মসীবু মতৌ করম্না মখোয়দা ব্বারী শারুগনি ? হুম্নবানো ঐগী ইচলনি । যাসমীন্ বঙ্গালি ব্রাহ্মণ্ অমগী মচানি, হায়না ইমা থাজমানবীনা তাকপীরম্মী । মহাকপু হৌজিক কদাইদনো ? মহাক্কী অকুপ্পা মরী মখোঙ ঐহাক্তি খঙদে । মশাদা ইমানা শিন্নগ্রে হায়বদি হায় । মশানবুদি

খঙলম্লগনি। অদুবু মহাক কদাইদা চৎলমগনি, কদাইদা, কমদৌনা লৈবমগনি ? মহাকপু হিংলমখিগদ্রা ? মশাগী মবী-মখোঙ থিবা চৎলমগদ্রা নত্রগা...? করম্বা মওংদা কদাইদা ঐনা মহাকপু থিরুগনি ? করম্বা অনাথ আশ্রম্দা মাগী মরী-মখোঙ ফংগনি ? যাসমীন্ মাঙখ্রে হায়বসু ঐগী চীল অসীনা পাও অসী পীবসু ঙমদ্রে। ব্রাফম অসী মখোয়গী মফমদা ফোঙদোক্কদবা ঐহাক তশেংনা কিবে । ঐ অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংলে হায়না কবম্মা ব্রারী শাগনি ? হয়েং দিল্লীদা শক্ত-শক্তা উন্নববা মতমদা..., খঙদবা য়াদ্রবা মতাংদা খঙজরসনু । ঐহাক মখোয়গা ব্রারী শাবা ঙমগনি হায়বদি থাজদ্রে । পুম্নমক অসী ঐগী ইরালনি। ঐনা মরম ওইদুনা যাসমীন্ মাঙখ্রবনি। কনানসু ঐবু ঙাকপীবোই। ঈশ্বরনা ফাওবা ঐবু ঙাকপীফম লৈতে। থোকখ্রিবা, ওইখ্রিবা পুম্নমক অসী ইচলবু পাও অমহনবা তাই। ঐহাক্কী চীন্দগীদি... ঐহাক ঙম্নরোই , ঐহাক ঙম্নরোই । ঐহাক অহম্মদ অমদি হুম্নবানুগী মফমদা তশেংনা ইবাল লৈবগনি। যাসমীন্গী মফমদসু মীনল্লবা, মহাকপু ঠোগ্ তৌবীববা মীশক্কী ঐহাক। ঐগী ইরালদি কনানসু ঙাকপীগদবা লৈত্রে।" ঐহাক মুরুম-মুকম শোল্লম্মী।

"যাসমীন্..., নহাক কবিগী অদুক খোঙহৌ থুখিবগে ? নংনা ঐবু ব্রাবৌববুদি চুম্মী। অদুবু শক্তা-শক্তা উন্নবগা ব্রাহে খবদংতা ওইববসু হায়নবল্লবদি ...! শাওফমবুদি থোকই, নংনা শাওবা লান্দে । ঐহাক নহাক্কী নফমদা তশেংনা লাল্লবনি । নহাকপু নর্সিংহোমদা থাকবা অদুমক্কা ঐবু লালহনখিবনি । অদুবু - অদুবুনে, নংনা ঐবু অমুক্তং উন্নবল্লগা, নহাক্কী পেন্দবা ব্রাকৎ অদু ঐঙোন্দা ফোঙদোক্কুনা খঙহল্লম্লবদি ...' ঐবু চৈবল্লবদি, ঐগী মায়দা তিল শীৎচল্লন্নবদি..., ঐহাক পেল্লমগনি ।"

"নংনদি খঙখিদ্রেদো, ঐহাক্কা নংবু মীবায়বদি নত্তে । তশেংনমক ঐ উপাই লৈতবনি, চমম্লবনি । অহলশিংগী অশাওবা, নহাক্কী নশা শোকপা অমদি তুংগী খনবদা ...! ফগদ্রা খল্লুদুনা থোখিবনি। ঐগী লাইবক্তসু ঐঙোন্দা মীনশ্বীরে। নংবু উন্নবা ফাওবা ফংহনবীখিদে। ঐগী থম্মোইবুসু নংনা খঙখিদ্রমাল্লে। নহাক্কা ঐবু য়াম্মা পাঙদবা ওইনা লৌদুনা ব্রারৌখিবা ওইরমগনি । পুম্নমক ঐগী ইবাল ওইবা, ঐ য়ারে । পুন্সিনা, লাইবক্তা থওইবীদ্রবা, নোংদম্বনা করেম্মবীরবা ঐগী পুন্সি অসীমক কান্নদ্রবনি । মসীদা ঐনা হেন্না পেন্দ্রিবদি ..., নংগী ব্রাকৎ, নংগী মীচৈ অমত্তা তাদবা অসীনি। নংনা থীনা-থীনা চৈরম্লবদি পেল্লমগদবনী। নংগী থম্মোইদা পেন্দবা মৈচাক কযা ওমদুনা পুরমগদবা, ঐবু তুক্কচরমগদবা অদো ...!"

ঐহাক ইথম্ভা পংঙাংদা ঙাংলম্মী । মীৎলু পিরাং নংসু ঙহাক্তা লেপখোগবা ! ঐগী মীৎ অসী উশিল্লক্করে । ঐগী ইতৌ অদুনরা, ইচলগা সুভাসিনিগসু মমীত্তা পিরাং শীঙ্খবগুম তৌই । ইচলনা কপ্পদি মবুংগী মতৌ য়েংবদা নুংঙাইতবা, মনম্মা যাসমীন্গা নোংমা-নিনি লোয়নরুবগী নুংঙাইতদুনা কপ্পা ওইরম্বা য়াই । অদুবু মহাক্তা পিরাং শীঙ্খরিবসিদি করিগী... ? ঐহাক ভাব্ তাবা ঙমদে । মহাকসু নুংঙাইতে হায়ববুদি শোয়দ্রে । মশাগী মরায়বক থীবগীদমক পেন্দবা, নুংঙাইতবগী কপ্পা শোয়দনা

ওইরমংগনি । কল্লদি মান্নরবসু আর্থদি তশেংনমক্, শোয়দনা খেন্নরমগনি !

ঐখোয় অহুম লৈবা কা অদু মী অমত্তা লৈতবদৌনা উন-ৱাইমুক চীক্লম্মী । ঐহাক থম্মোইগী চৈনাখোলনা হেনমনখিবনা, খোঙদা, কোক্তা অমদি হকচাংগী মফম অতৈদা শোক্লীবশিং অদুগী চৈনাখোল থোইনা ফাওরমদ্রে । ঐহাক হৌজিকমক কোয়চেল চেন্দুনা, মহাকপু খিগদবা মতাঙ অসীদা ...! ঐহাক খা ত্রুক-ত্রুক চীক্লম্মী । জ্ঞান্ ইতা তাদনা ফম্মুংদগী ফুক হৌগংলী । অদুবু লেপ্পা ওমদনা ফম্মাংদা অমুক তুশিল্লম্মী । ঈশা পুম্নমক হুমাংনা পুমলুপ-লুপলম্মী । চিং-লাওবা চৈনা অমনা লৱাই শাংলী । মীৎ অসী তন্দল পাইরম্লগা ইমম-মম্লম্মী । "কৈনো-কৈনো তৌবীরিবদুবো?"

"করিনো তৌবীরিবা মতৌ অসীবো ? খোঙ য়াদ্রে, হকচাং পুম্নমক অশোক-অপন ময়াম লৈরে । অদুম্না ফিংগৎপিবা হৌনদেদা । অনাবা মফমশিংদা হন্না-হন্না চৈনাখোল ফংলগা হেন্না-হেন্না ৱারগনি । ঈশাবু অদুক শাথীনা ইথন্তা চৈরাক পীবিরিবা করিগীনো ?" হায়না মহাক্না মমীত্তগী মপি মরী-মরী শীম্থরদুনা হায়রক্লম্মী ।

"তামো, ফিংগৎপিগনু । তামোগী হকচাং অসী য়াম্না শোম্থরবনি । নীংথীনা পোৎথাদ্রবদি হেন্না শোক্লক্কনি । খুদোংথীবা, অৱাবা অসী ঐখোয়সু খঙজে । অদুবু তামো, হৌজিক য়াম্না ইংথবা দরকাররনি ।"

তাঞ্জা অদুদা নুপীমচা অনিখকসু লাক্লুনা, ইফিং-ফিংনা মখোয় মরি চঙদুনা ঐবু ফম্মুংদা থাঙ্গত্তুনা হীপহল্লম্মী । মখোয় ময়াম্না ঐগী সেবা-লাংবা হোৎনরম্মী । ইচলনা নুপীমচা অনি অদুবু সোফাদা ফমহল্লী । সুভাসিনি তপ্না হৌগত্তুনা থোকখিরম্মী।

"করি থবক্কীনো নখোয়না লাকপবো...?" ইচলনা নুপীমচা অনিদুদা হংলম্মী।

নুপীমচা অমনা -"ইচে'ম্মা, ঐখোয় অনি ইচে'ম্মবু উন্নজনীংদুনা ক্লিনিক্তা কোয়থি-থিজরক্ররবনি । ইচে'ম্মা লাক্লরোই হায়বা পাও ফংজরে । 'সোমদা লৈখি হায়বা তাজবদগী 'সিদা হেক্তা লাকচরবনি ।" হায়রকই ।

"করিগীনো নখোয় অনিনা ঐবু উন্ননিংলিবদি ...?"

"ঙরাং অয়ুক যাসমীন্ ভাবিনা চিঠি অসী ঐঙোন্দা পীরম্মী । নুমিৎদাংৱাই ইচে'ম্মদা পীয়ু হায়না শিন্নরম্বনি । মদুদা ঐহাক চিংনবা অমসু পোকই । ইচে'ম্মগা লোয়নদুনতা লৈরগা, চিঠি অসী ঐঙোন্দা পীরিবা করিগীনো হায়নসু খল্লম্মী । মতম অদু ইচে'ম্মদি ৱার্ডতা রাউণ্ড চৎখিবা মতম্মী । ঐহাকসু ইচে'ম্মগা য়াম্না থুম্নমক উন্ননীংলম্মী । অদুবু লাইবক থীবা হায়বা তারে । খুদক্তুমক্তদা ডাক্তরনা ঐবু, লোয়ননা অনাবা অমগীদমক চত্তবা য়াদ্রে হায়বদগী অদুম চৎলবনি । ঙসিসু ঐ হেক য়ৌরকপগা ইচে'ম্মবু থিজরক্লীবনি । পাও অসী তাবদা ঐখোয়সু ইঙক-ঙকই । ওস্থোক্না নুংঙাইখিদ্রে । যাসমীন্ ভাবিদো য়াম্না ফবনিদা ..., মশক্না ফজরিবা!" হায়না নুপীমচা অদুনা হায়রক্লম্মী । অমুক মখা তারকই - "যাসমীন্ ভাবী অমদি ইমা থাজমানবীগী সুইট কেশশিং অসীসু ডাক্তরনা পুথ্রো হায়দুনা পুজরক্লীবনি ।" হায়দুনা সুইটকেশ অনিগা চিঠি অদুগা লোয়ননা

ইচলদা শিন্নরম্মী। ইচলনা সুইটকেশশিং অদু নাকল অমদা ইনশিন্দুনা থমখিরম্মী। চিঠি অদু মখুৎনা পায়রম্মী। চিঠি অদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈখিরম্মী।

নর্স অনি অদু - "ইচে'ম্মা ঐখোয় য়ৌজরগে।" হায়রকই।

সুভাসিনিনা চা পুথোরক্লুনা "ঙাইখো ইবেম্মা, চা থকখিসি।" মখোয়বু খামদুনা চা পীথক্লম্মী। চা থকপা লোইরবদা "ইচে'ম্মা, ইনম্ম'বেম্মা, ঐখোয় য়ৌজরগে" হায়রগা নুপীমচা অনিদু চৎখ্রে।

মখোয় চৎখ্রবদা, ইচল মেমচৌবীনা ইন্‌ভেলপ্ অদু মথক মখা ওন্দুনা য়েংলগা, শেগায়দুনা মনুংদগী চিঠি অদু লৌথোক্লম্মী। চিঠি অদুগা কোন্ননা অতোপ্পা ইন্‌ভেলপ্ অমসু য়াওরম্মী। ইচলনা হাইফেৎ য়েংলুরগা চিঠি অদু ফোংনা পাবকই।

*"নুংশিজরবী ইচল ইবেম্মা মেমচৌবী ...।*

*ইচলনা ঐগীদমক য়াম্না ৱাবীখবে। ইচলগী লমন য়াম্না তোল্লবনি। হন্দক্কী মপোক্তদি ইচলগী লমন শিংবা ঙমগনি হায়বা থাজদরে। মথংগী মপোক্তা ইচীল-ইনাও ওইনা পোকচবা হায়না ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি। ঈশ্বরনা চানবীদুনা ইচীল-ইনাও ওইনা পোকচরবদি মতম অদুদা লমনশিংবা ঙম্ববা য়েংগে। নহাক ভাবিবু ৱারৌগনুকো। চৎলমদাইদা নঙোন্দগী বিদাই লৌবা ঙমখিদ্রে। নহাক্কা উন্নবমদ্রে। উন্নরম্লবদি নংনা ঐবু চৎহল্লোই হায়বসু খঙই। মরম অদুনা ঐ নংবু উন্নবমদ্রবনি। নহাক শাওগনু। ঐহাক নখোয়' তামোগী পুসিদা মতম খবদং, মফম খঙদনা খোঙলোয় ওইরুরে। ঐনা অচৌবা মবম অমা ওইদুনা, তামোগী পুস্সিদা অপনবসু ওইবে। মতুংদসু অকায়বা কয়া লাকপসু য়াই। অহল-লমনগী ইজ্জৎ মাঙবা, সমাজদা বদনাম্ কয়া থোক্লগনি, হায়না খন্দুনা ঐহাক কনা অমত্তগী মফমদা তাক্লমদনা চৎলবনি। য়ারগদি তামোগা ঐহাক্কগী মরী অসী ফোঙদোক্তবনসু ফরবনি। মসীবু ওইবা য়ারোইদরা?*

*ইচল, ভাবিবু ৱারৌগনুকো। লাম্নসু খনগনু। নহাক্কা ঐবু লুনা-চান্না, নুংশিনা তৌবীবা, ঐহাক খঙই। ঐহাকসু নংবু য়াম্না নুংশি। অদুবু লাইবক্লা ঐখোয় কুইনা লোয়নৌ হায়না তম্লমদ্রমাল্লে। ঐহাক কনা অমত্তদা করিগুম্বা দোষ অমত্তা তৌজদে। ঐগী লাইবক্লনি, মতীক চাদবীনি। অদুগা ইচল-ইবেম্মা, অতোপ্পা চিঠি অমা য়াওরীবা অসী নখোয়গী তামোদা খরা শিন্নবীয়ুকো।*

*নহাক্কী লমন্ অমুক্কসু তোল্লবনি। ৱারৌগনু কায়নরসিকো। ঈশ্বরনা পুন্নমক্কী মঙ্গল্ পীনবীসনু, ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা প্রার্থনা তৌজরি।*

***"নহাক্কী লাইবক থীরবী ভাবি"***

***যাসমীন্ (যশোধরা দেবী, ভট্টাচার্য্য)***

চিঠি পাবা লোইরবদা, ঐখোয় অহুম্মক তুম্মীন-তুম্মীন্না অমগা-অমগা হাইফেৎ য়েংনরম্মী। ৱাদি অমত্তা ঙাংনরমদ্রে। মতুংদা ইচলনা - "তামো, ইনম্মসে তশেংনমক তামোবু থাদোক্লগে হায়না শেম-শারগা চৎখ্রবনি। লুহোংবা নুমীৎ অদুদা নত্রগা মমাঙদা

চিঠি অসী ইবনি ॥ মহাক চংজগে হায়বসী শোয়দনা লেপ্পদুনা ইমন্নবনি। নুমীৎ অদুদা চংনবগী খুদোংচাবা ফংদবা নত্রগা তাঞ্জা চাদবদগী চংপা য়াদবা ওইরমগনি । লাইবক থীখিবা, নুমীৎ অদুগী নুমিদাংদনা ঐখোয়না মঙদাখলওবা খল্লুদবা, খোকহুমীংদবা থৌদোক অদু খোকপ্রবা মত্তুংদা, মহাক খুদোংচাবা মওং য়েংদুনা তাল্লবা চেনখ্রবনি হায়না নীংই । কয়াদা লাইবক থীগ্রবনো ?” হায়রকই । ইচলগী মমীত্তগী মপি তারক্লীবা অদু ঐহাক উরম্মী ।

মহাক্কী মপি অদু তৈথোক্লদুনা, ইন্‌ভেলপ্ অমদু ঐঙোন্দা পীরকই । ঐহাক খুৎ অসী নীক্লো-নীক্লো চিঠি অদু লৌরম্মী । লৌবদি লৌরে, চিঠি পাগদবা তশেংনা অকিবা পোক্লম্মী । অমরোমদসু পানিংবনা ঙাইঙল্লক্তে । হেক পাগদবসু কিরে । তৌফম অমা খঙলমদে । ঐহাক ওষ্ণোকপা মওং অমদা পুমপঙ-পঙশনখিবগুম তৌরম্মী ।

“নর্স নুপীমচা অদুদা চিঠি পীরম্বা অদু, ঐহাক্লা মতম চানা খঙবা ঙমখিদ্রে । মদু খঙলক্লবদি ..., ওষ্ণোকপনিদকো, লাই ফাওবা য়াওনা হেক্তা য়েংলবা হায়বদুবা ? পুম্নমক অসী অমত্তা মতম চানা খঙহৌদবনি ।” হায়না ইচলনা শোল্লি ।

চিঠি অদু কিনা-কিনা ফাক্তোক্লগা পাগে হায়না হোৎনরম্মী । কোক্ অসী শাথীনা চীকই, ঙাওসু ঙাওরম্মী । মীৎ অসী পিনা ময়েকসু অমত্তা উবা ফংলমদ্রে । কোক চীকপা, ঙাওবা, হকচাংগী মফম কয়ামুক্তা চীকপা অমদি খোঙনাবগী চাংসু হেনগৎলকপগুম ফাওরম্মী। পুম্নমক অদু কন্না, খা চীক্তুনা খাঙবা লাক্লবম্মী । চিঠি অদু খুৎ অনিনা থবাক্তা চেংনা কোনশিল্লগা, মীৎ অনিমক চেজেং উইশিন্দুনা তুম্মীন্না হীগুনা লৈরম্মী । মহাক্কী শক্তমতমক উরক্লম্মী ।

ইচলনা - “তামো কৈদৌবীরবগে ? য়াম্না চীক্লবরা ?” হায়না হংলকই ।

“ইবেম্মা, তামো কোক অসী শাথীনা ঙাওরে । হকচাংগী মফম পুম্নক্তসু চীকই । চিঠি অসী পাগদবসু তশেংনা কিবে । নুংঙাইবা পাও হায়বদু তাগদবসু লৈত্রে । ঐহাক য়াম্না ৱারেদা । ঈশিং খজিক্তদি থক্কে ” হায়না ঐনা তপ্না হায়রম্মী ।

সুভাসিনিনা জগ্‌তগী ঈশিং গ্লাসতা হৈরম্মী । ইচলগা মখোয় অনিনা ঐবু শৌগৎপিরগা ঈশিং ইল্লকই । ঐহাক তশেংনমক শোক্সুরমাল্লে । ঈশানা ইথক্তা হৌগৎচবা ফাওবা ঙমদ্রে । ঈশিং খরা থক্লবা মতুংদা ঐহাক তুম্মীন্না মীৎ উইশিন্দুনা হীপ্লম্মী । কির-কিরবা, ফত্রবা ৱাখল ঙাক্তা লাকই । ইচলদা চিঠি অদু পীরগা - “ইবেম্মা, চিঠি অসী নহাক অমুক্তা পারক্কউ, তামো তাগে ।” হায়রম্মী ।

ঐনা পীরীবা চিঠি অদু ইচলনা লৌরগা, সুভানিনিদা য়েংলম্মী । সুভাসিনিনা ‘পাও’ হায়বগী ঈঙ্গিংকুম তৌরম্মী ।

ইচলনা - “ফনি তামো, নচল পাজরক্কে ।” হায়দুনা চিঠি অদু পারকই ।

মখাগী ৱারোলশিং অসী, চিঠী অদুদা ইরম্মী । ইচলনা পাথরকই ঃ-

*“থরায়গী মবুংঙো...!”*

*“লাইবক থীরবী ঐগীদমক অমুক হন্না ৱাখল তৌবীকরগনু । ইবুংঙোনা মরাইবকথীরবী অসীগীদমক ৱাবা য়াবামখৈসু ৱাখীখরে । অমুক মখাতানা*

ব্রাহঞ্জনীংদ্রে । মবম অদুনা, ঐগীদমক খনবীদুনা, অমুক হন্না ব্রাবীকবগনু । ঐগুম্বী তোল্লবী, মবী-মখোঙ খঙদ্রবী, জাত্ তিন্নদবী, মফম খঙদবী 'তরাযফ্' অমগীদমক ইবুংঙোনা হন্না-হন্না অব্রাবা, ইকাইবা নংবা অদো তোল্লবীনা পামজদবে । মতীক চাদ্রবী ঐগীদমক ইবুংঙোনা মীনোক-মৈশা লাংদুনা, সমাজগী পল লান্দুনা, অদুতা নত্তনা চৈফু-চৈনা কয়া খাঙবদো, ঐহাক খাঙবা ঙমজদে । তোল্লবী, নালাগী তীল অসীগা লোযননা হেক চেন্নবিবমখৈদি হেন্না খুদোংথীবতা ওইবগনি । মবম অদুনা ঐহাক চংচববনি । চংলমদাইদা নয়াথং লৌজদবগীদমক লঙজখিবা ইবাল ঙাকপীযুকো।

তোল্লবী ঐবু অমুক থিবা-খোংপা তৌবীবগনু । ঐবু থিবদা শেল-থুম অমদি মতম মাঙহনবা তৌবীবগনু । ঈশ্বরনা তম্বনি, ঐগী লাইবক্লা পুবা মফমদা চংচববনি । ঐগীদমক ঈশ্বরনা তম্বা মফম অমদি শোযদনা লৈবমগনি । মফম অদু যৌজবা ঙম্বা পীনবীযু । ব্রাখল যাম্নসু পীকথবীগনু । পুন্সিবু লমখাঙদা মাঙহনবদি পাঙদবনি। ঐহাক ঈশ্বরবু থম্মোইদা চেংনা থাগোন্নজবগা ঐগী পম্বুং অদু থিজকবগে । ঐহাক ইবুংঙোগী নুংশি খুদোল, ঐগী খোইজিখাগী থম্মোইগী মণি অসীবু তাইবং মঙফাওনহঞ্জগে । মদু ঙমজবা ঐগী পাঙ্গল অমদি বব পীনবীযু । তাইবং মঙফাওনববা তুংদা, সমাজগী মীবক তিলহন্নবসু শোয়দনা হোংনজগে । ঐনা হেক ঙমজবমখৈ হোংনদুনা মতীকচাবা মীওই অমা ওইহন্নবা শীঞ্জগে । ইবুংঙোগী মিংচং সমাজদা ঙালহন্নবা, থব্রায থাবা তাববা ফাওবদসু হোংনজগনি । মসী পুম্নমক ঙমজবা ঐবু মঙ্গল আশিৰ্ব্বাদ পীনবীযু । ঈশাগী ঈথৌদা অমদি ইচাবু শেম্বদা নীংহন্নজবোই ।

ইমা চাঁন্দবিবিনা মনুং-মতম চাদনা ঐখোয খ্বাই পুম্নমকপু থাদোক্তুনা তাইবংপাল থাদোকখিবা অসীমক্তি, ঐখোযগীদমক্তি খ্বাইদগী লাইবকথীবনি । তশেংনমক ঐহাক থম্মোই অসী কায়ববনি । কনা লৈজদ্রবী ঐগীদি পুমলোই লোইখ্রে । মপুন্সিদা নুংঙাইবা হাযবদো অমত্তা ফংজখিদ্রবী ইমানি । অদুবু অমবোমদা মবাইবক ফবীনি । পুন্সিগী ব্রাশক, নীংজবিবা মপুবোইবগী মশক উজবগা ঐখোযবু থাদোকখিবা ধৰ্ম্ম কাযদবী ইমানি । পেনবদি পেলহৌদে, অদুবু কবমদি তৌগনি ? মপুন্সি তেল্লকপনি হাযবা তাবে । পেশ দবগীদি কবি হায়গনি, হাযফম খঙদে । অহান-অকোনগী ব্রাফমতনি খন্দুনা থম্মোই ফাথজবি । মবাযবক থীবীদো, ব্রাজখ্রবীদো চংখ্রসনু । ইমা অদুসু ঐগুম্না মবাযক থীবীনি । অদুবু অমবোমদদি মবাযবক ফবীনি হায়জনীংই । পুকচেল চাওববা ঐগী ইবুংঙো, মহাক্কী মচানুপাগী মতম্বাক্তা, ইমাগী অবোইবা যাহীপ ফংজখিবা, পোক্লফম অমদি মপুবোইবগী মমাঙদা অবোইবা স্বব হোন্দোকন্সখিবা, ঐহাক তশেংনা পেঞ্জে । ইমাগী আত্মানা শান্তি ফংবা ওইসনু । ঈশ্বরনা মাগী আত্মাবু শান্তি পীনবীসনু । ঈংনা পোংথাবা ঈশ্বরনা পীবীগনি ।

ঐগী চান্নজববী হুম্নবানু, ইবুংঙোগী ইচল ইবেম্মা... । ইমাগী অবোইবা মতমদা উন্নখিদবা..., ঐহাক ঈশামকসু উন্নবা ফংজহৌদবা..., ঐখোয তশেংনা

লাইবকথীবনি। মমাগা-মচাগা শক্তা-শক্তা উন্নদুনা, ফোঙদোক্লদুনা, পুকমেন-পাওমেন্নবসু ফংখিদরে। মতাংচানা খঙনরম্লবদি কয়াদা পেল্লমগবা...! ইমানা হুম্নবানুগীদমক শিন্নরম্না থৌদাং ঐহাক পাঙথোকপা ঙম্বরা য়েংজগে। ইবুংঙোনসু ঐগী চান্নবীগীদমক অমদি নচলগীদমক তৌফম থোকপা পুম্নমক তৌবীরক্কনি হায়না আশা তৌজে। হুম্নবানু, ৱাহিদা লাইবকথবী ওইসনু। ঐহাক্ল মখোয়গীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা কৎচরি। মখোয় ঐগুম্না লাইবকথীবী ওইদবা ঈশ্বরনা পীনবীসনু। ইমানা শিন্নবীরম্না ৱারম খরগী মখৈদি ঐহাক্ল চিঠি ইদুনা বানুগী মফমদা থাজখ্রবনি। চিঠি ফংলগা মহাক পুম্নমক খঙলগনি। থম্মোয়দি শাথিনা শোক্কনি।

ইমা থাজমানবীনা, লাইবকথীবী, ঐহাক্কী মরী-মখোঙ, য়াম্না ৱানা থিবীরুদুনা, ঐঙোন্দা শিন্নবীরম্লে। ঐহাক ,ঐগী হৌরকফম খোঙ্গুল লীজরুরগে। চৎলমদাইদা য়াথং লৌজবগী খুদোংচাবা অদু ফংজখিদ্রে। মসীগীদমক ঙাকপীয়ু হায়না অমুক্কসু নিজরি। ঐহাক্কী নীংজবা অসী মহৈ য়ানবা মঙ্গল্ পীনবীয়ু। ইমানা ঐঙোন্দা তাকপীরম্বা, শিন্নবীরম্বগী মতুংইন্নদি, ঐহাক অসী বঙ্গালি ব্রাহ্মণ্ অমগী মচানুপীনি। ইপা-ইমা নুংঙাই-য়াইফবা মীশক ওইরম্মী হায়না তাজে। ইমাসু-বাবাসু লৈখিদ্রবনিনা, অদুগী মথক্তা তোল্লবী ঐগী মীচঙ লৈগনি হায়বদি কয়া থাজদে। মতীক চাবা শাক্কি ;প্রমান্সু পুথোকপা ঙমগদবা আশা উদে। ইচম-চম্বা চে-চাং খরা, ফোটো খরতনি ইমানা ঐঙোন্দা শিন্নবীরম্বা...। মীচঙ লৈতনদি খুদোংচাবা কয়া ফংনদ্রবা মতম্মী। অদুবু ঈশ্বর লৈরি, মসী মঙায়রে। আশাবুদি থোইনা হেন্না তৌজরুদে। ইপা-ইপুগী সম্পতি ফংগনি হায়বগী আশাদা ঐনা খোঙ্গুল লীজনীংলুবসু নত্তে। চুম্নতগী ঐগী হৌরকফম মরী-মখোঙ অদুতং অশেংবা খঙজনীংবগী ৱাফমতনি। হৌজিক্কী সমাজদা কল্লক-মিহৌবতনা থল্লবা মতম্মী। মরম অদুনা লল্-থুমগী আশা তৌরুবদি, মায়া মরিচিকা তান্নবগুম থোক্কনি। ঐগী অশেংবা অদুখক্তং খঙজবা, লংলা-লংজীল অদু ফংজবা ঈশ্বরদা নিজরি। পাক-চাওখ্রবা মালেম অসীদা পাঙ্গল শোল্লবী ঐহাক্কী ৱাখল, নীংজবা আশা অসী মহৈ য়ানবা ঙমগদ্রা চিংনদবদি ঙমজদে। অদুম ওইনমক ঈশাগী ঈথৌদি তৌদবা য়াদে। মহৈ ফংবা-ফংদবদি ঐগী লাইবক অমদি ঈশ্বরগী থৌজাল মঙায়রে।

ইমানা মহাক্কী লৈজবা মরল-মথুমদগী হুম্নবানুদা শেল-থুম খরা, লীক-কোল খরা পীবীরম্না অদু অদোমসু খঙবীরিবা অদুনি। মদুগী লেমহৌবা পুম্নমক অদু ইমানা, ঐহাকপু মচানুপাগী মমৌনি হায়দুনা ঐঙোন্দা লোয়নমক পীবীরম্মী। মখুৎমক্তা লীক, লৈ, খুজী, খুদোপনচিংবা লৈতেং পুম্নমক ঐঙোন্দা লোইনমক শিজিনবীরম্মী। মদুগা লোয়ননা, ইমানা নহা ওইরিঙৈদা মহাক্কী মপুরোইবা, অদোমগী পাবুংনা পীবীখিবা লীক-কোলশিংসু তোঙান্না পীবীরম্মী। ইমানা ঐহাকপু মচা ওইনসু, মমৌ অমা ওইনসু পুম্নমক অদু শিন্নবীরম্বনি। লাইবক থীবদগী ইমানা শিন্নবীরম্বা থৌদাং খরদি ঐহাক ঙাকপা ঙমজরোইদৌরে। মসীগীদমক দোষ তৌবীগনু।

ঐহাক ইবুংঙোগী মফমদা করিগুম্বা খরদং নিজগে। নিজবগা লোয়ননা করিগুম্বা

খরদংগসু শিন্নজনীংই । নীজবিবা অসী ইবুংঙোনা য়াবীদবসু তৌবীবোই হায়নসু আশা তৌজে । ইমানা ঐঙোন্দা মচা অমদি মমৌ ওইনা নুংশিবীদুনা শিন্নবীরম্বা ইমাগী নীংশীং খুদমশিং অসী, ঐহাক ইনাও ইবেম্মা সুভাসিনিগী মফমদা পুম্নমক অসী শিন্নজরন্নগে । ইমানা বরগা লোয়না পীবীরম্বা, লীক অমা, খুদোপ অমা, লৈ জোরা অমদি, ঐহাক ইমাগী খুদোল ওইনা লৌজরে । অতৈ পুম্নমক্কী শিন্নজবগে । ইবুংঙোগী নীংশিং খুদম মঙ্গল সুত্র অমদি ঐখোয়গী লুহোংবা নুমীৎকী লৈতেং লীক-কোলশিং অসীদি ঐহাক্না পুদুনা চৎচরে । অতৈদি ইনাও ইবেম্মগীদমক লোইনমক শিন্নজরবনি । ঐগী ইখুৎমক্না ইনাও ইবেম্মগী মফমদা খুদোল তমজনীংবনি । ইখুৎমক্না তশেংনা ইনাওগী মশাদা লৈতেংজনীংবনি । অদুবু লাইবকথীবনা মদুগী খুদোংচাবা তাঞ্জা অদুদি থোকখিদ্রে । অদোম অমদি ইনাও ইবেম্মা সুভাসিনিগী লুহোংবা অদু ইমীৎনা উজনীংলম্বনি । মদুগী খুদোংচাবা অদুসু ফংজখিদ্রে । উবমক ফংদ্রবসু ইখুৎমক্না মঙোন্দা শিবীবমক ফংদ্রবসু, খুদোল অসীদংদি হকথেংননা পীজনীংলম্বনি । লুহোংবা নুমীৎকী অহীং অদুদা মীওই খবনা ঐহাকপু লাইফ্ এতেম্ তৌদুনা শীঙনরম্বা অদুগা, ঐহাক্কী নীংজবা অমগনা ঐহাক মফম অসী য়াম্না থুনা থাদোকচবা তাখি । ঐহাক অদুক য়াম্না শিবা কিবগীদি নৎচদে । ঈশা ঈথন্তা ওইরম্লবদি কবিমতা চিংনজরোই । অদুগীসু মথক্তা ঐহাক অসী কনানো ? মসী তশেংনা খঙনীংলকপনা মফম অসী থাদোকপা তাখ্রে । ঐবু হাৎকে তৌবম্বগী ব্রাফম অসীমক্কী ঐহাক পঞ্জনীংদবনি । অদুবু মতাংনা য়াদদুনা পঞ্জববনি । ঐহাক্কীদমক্তি শিবা করিমতা চিংনজদে । অমরোমদা হিংলুবগীসু কবি কান্নখিগদগে ? অদুদা অদোমগী নুংশি খুদোল অসীমতংদি লেম্না মাঙহঞ্জনীংদে । তাইবংপাল ফাওহঞ্জনীংই হায়না হান্নসু হায়জখ্রে । মহাকপু মী ওইনবা শেম্বা, ইবুংঙোগী ওইনা নুংশি খুদম ফংজবা, অসীমতংদি ঈশ্বরগী মফমদ প্রার্থনা তৌজরি । ঈশ্ববু চেৎনা থাগোন্নজবি । ঐহাকপুসু বব পীনবীয়ু।

অদোমগী মৌ অনৌবীগী মফমদা করিগুম্বা খবদং হায়জনীংই । ঐবু হৌনবা খঙদবীনি হায়বীগদ্রা ? ইনাও ইবেম্মা, ইনাও হায়জরে । ইনাও ইবেম্মা সুভাসিনি, মিংসু পঞ্জরে ব্রাবৌগনুকো । শকসু খঙনদবী, লাইবক থীবী নচেমগী চন্নবা খুদোল খরদং অসী, নচেম্না থম্মোই শেংনা শিন্নজববনি । ইনাওনা লৎনদনা লৌবীয়ুকো । লোয়ননা ঐহাক্কী থব্রায়দগীসু হেল্লবা, থব্রায়গী ইবুংঙো.... । নহাক্কী নফমদা ইচেম্না থম্মোইশেংনা শিন্নজরন্নবনি । ঐনা অমুক হাযকবগীদি থোইনা কান্নদে । পুকচেলশেংনা, থম্মোই য়াওনা নবুংঙোগী সেবা তৌকো । লাইবকথীবী নচেমদি ইবুংঙোগী সেবা মপুঙ ফাবমদ্রে । ঐহাক্না চেন্নকবদগী নবুংঙোগী পুক্নিদা,মাইথোংদা অমুবা কালি তৈবে । মক্রুবী নহাক্কী থম্মোইনা নবুংঙোগী মায়দা তৈবীবা কালি অসী তৈথোকপীবকউকো । মসীদংদি ইনাওগী মফমদা হাযজনীংই ।

খঙদবদগী, নচেম্না, ইনাওগী মফমদা অযেৎপা খবা থোকখ্রে । খঙলুদবনা থোকখিবনি, খঙলবনিনা প্রায়শ্চিত্ তৌজববনি । থম্মোই শেংনা, লৎনদনা লৌশীল্লুকো । ঐনা হেন্না হাযজীনবা নত্তে, তাঙলবা হীবানি । চেক্শীন্না লুনা-চান্না

তৌকো ইনাও ইবেম্মা । অদুগনে ইবুংঙো, ইনাও ইবেম্মবু লুনা-চান্না তৌবীয়ুকো, মীরায়বীগনু । পুন্সিদা অসুম থোকউ তমখিবননি । ঐহাক কনাবুসু ৱারৌবা লৈজদে । কনাগী মফমদসু পেন্দবা, নুংঙাইজদবা অমত্তা তৌজদে । নীংববুদি কায়বীরম্বা য়াই । ঐহাক্কীসু খ্বাইদগী লাইবক থীবনি । খাঙবা ঙম্বা পনখে অদু ফাওবদি খাঙজরগে । ঙাইবা ঙম্বা, লেনবা য়াবা মতম অদু ফাওবা ঐহাক ঙাইজগে, লেঞ্জরগে । অদুম ওইনমক আশাদি য়াম্না ৱাংলে । পুন্সি হায়বসী তম্বা ঙমদে ।

অরোইবদা ঐহাক্না হায়জনীংবদি, অৱাবা, নুংঙাইতবা,পেন্দবা পুম্নমক থাদোকপীয়ু । খুদীংমক কাওননবা হোৎনবীয়ু । পুন্সি অসী ফাগীনি হায়না লায়না খনবীগনু । অদোমগী থম্মোই, থৌনা লিংজেল পুম্নমক খঙজরবনি । পুন্সিবুদি লায়না খনবা তৌবীগনু । অমুক্কসু হায়জরিবা অসিনি, তোল্লবী ঐগীদমক করিমতা খনবীরুরগনু । ঐনা ৱাশকচরিবা অসীনি । ইবুংঙোগী নুংশি খুদোল, অসীবুদি মতীক চাবা মীশক অমা ওইহঞ্জগে । মতমচানা নফমদা শোয়দনা শিন্নজগে হায়নসু ঐহাক খঞ্জরি । পুন্সিসিদা নোংদম্বনা মতেং পীবীদ্রবী ওইবনিনা, মসীবু থাজবা য়াবা ৱাফম্না হাযবদি ঐ খঙজদে । ঙসি ফাওবদা, লাইবক্না করেম্নবীবে হাযনা হায়জনীংই । ঈশ্বরনসু মতেং পীবীদ্রে । অদুমকপু আশাদি লোইজদ্রি । পুম্নমক ঐহাক মায়োক্নবা অমদি খাঙবা ঙমজবা থৌনা পীনবীয়ু । বর, মঙ্গল্ আশির্ব্বাদ পীবীয়ু । ইথৌদাং পাঙথোকপা ঙমজগে।

অমুক্কসু হন্না হায়জরিবসিনি । কৈসু লৈত্রবী ঐগীদমক অমুক হন্না অৱাবা ৱাখল খনবীরুবগনু । ঐনা খঞ্জবা, খঙজবা খরা লৈজে । মরম অদুনা হন্না-হন্না হায়জরিবা অসীনি । ঐগীদমক চিংনবীরগনু, ৱাবীরুরগনু । অমুক খোঙ্গুল লীবীগে হায়না খনবীরুরগনু । ঈশাগী তৌফম থোকপা ইথৌদা পুক্নীং লুপ্না, থৌদাং পাঙথোকপীয়ু।

হৌরকফম ফত্রবী, লাইবকথীরবীনি । ঐগী কম্মগী ফল্নি । মদুগী মহৈ ঐনা ফংজবনি । অৱাবা খাঙবদা হৈনরবীনি । থোইনা অমুক চিংনীংঙাই লৈতে । চৎলমদাইদা অরোইবা ওইনা অমুক্তংদি শক্তম অদু দর্শন্ তৌজনীংবনি । মফম-মতম্না য়াখিদরে । ঈশ্বরনসু মতেং পীবীদরে । বিদাই লৌজরমদনা চৎচবগীদমক ঙাকপীয়ু । ৱারৌবীগনু হায়না অরোইবদা অমুক্কসু হায়জরি । নোংমদি শোয়দনা দর্শন্ ফংজরখিগে । লাপ্না খুরুমজরি .... । বিদাই নিজরি পীনবীরসি । 'অল্‌বিদা... !'

ইনাও ইবেম্মা অমদি অদোম য়াইফবা ওইবীয়ুকো । অদুগা, ইমাইবেম্মা অমদি পাবুংগী মফমদা নচানা খুরুমজরি । লানখিবা পুম্নমক ঙাকপীগনি । ঐহাক কনামতবুসু দোষ তৌজদে । মঙ্গল্ আশির্ব্বাদ পীবীয়ু । অরোইবা ওইনা খুরুমজরি।

ইচল মেমচৌবীগী মফমদা ঐহাক্কী লীক মচা অদুগা খুদোপ অদুগতদি পীবীখো । ইচলদো ৱাজখ্রবনি । নুংশিখ্রবী ইচলনি ।"

"Congretulation, শাদি মুবারক্ ... । খুদা হাফিজ"

"অদোমগী তোল্লবী ননাই -,
যাসমীন্ বেগম্"

ঐখোয অহুম্মক ৱা অমত্তা ঙাংনদে। তুম্মীন-তুম্মীন লৈনবম্মী। চিঠি অদু পাবা লোইখিবা ফনা কুইববা তুংদা ইচলনা ঐঙোন্দা লানশিল্লকই। ঐহাক চিঠিদু পাযবগা মীৎ উইশিন্দুনা মৈচাক অদু খাঙবা লাক্লবম্মী। কবিগী অসুক শাথীনা কল্লবা চৈনাখোল পীবল্লীবা ...? যাসমীন্ নহাক্কী থম্মোই মচেৎ কযা থোক্লা কাযখ্রে হাযবা..., ঐ উদ্রবসু খঙই। ঐগী খজিক্তং থৌশাহৌদবা মীকুপকীদমক, নহাক্লা অদুক যাম্লা পেনখিদ্রবা, নংগী নীংবা শাথীনা কাযখ্রবা...! মসীবা ঐগী সংসাব... !

নহাক্লা ঐবু অদুক্কী মতীক ৱাবৌখ্রবা ? নংনা ঐবু অসুক শাথীববা ইবাল লৈহল্লবা ...! নংগী ফজববা ৱাহৈ খুদীংদা,নংগী কাযববা থম্মোইগী শক্তম মমি তাবি। নংগী থম্মোইগী চৈনা ঐহাক্কী থম্মোইদসু ফাওই। পেন্দবগী ৱাকৎ অমত্তা যাওদ্রবসু, নহাক্কী ৱাহৈ পুম্নমক্তা ৱাকৎ ঙাক্তনা পিক থল্লি। নহাক্কী পেন্দ্রবা থম্মোইনা লৌখ্রিবা ফিবেপ..., নংনা ৱাবমগদবা,চাক্লমগদবা অদু . .! থম্মোই অসী নীকই।

ঐগী ওইবিবা ফিভম অসীদি নংনদি খঙখিদ্রে, উখিদ্রেদো ! নহাক্লা ঐঙোন্দা ৱাবৌবমগদবদো ...! ঐঙোন্দা বাবৌবগা নশা নথন্তা নবাল শীজদুনা নথন্তা তাইনজবিবা ...! মতাং অসীদা ঐগী ইতেং পীবীনবা কনামতসু লৈখিদ্রবা ? মীদি লাইবদুনা লাইফাওবা ঐঙোন্দা যেৎপিববা ...? মসীবু হৌনববা ? ***'It is hard to die, harder then live.'*** মাযকৈ খুদীংমক পুম্নম মমশীনখ্রে। ঐহাক অমুক্তসু জ্ঞান্ মাঙলম্মী।

ঐহাক্লা জ্ঞান্ তাবকপা মতমদা ইমা-পাবুং, ইচল, সুভাসিনি মখোযনা ঐগী সেবা তৌবম্মী। কা অদুদা শাগৈগী অমদি, সুভাসিনিখোযগী অহল লমনশিং, মী ফনা যাম্লা লৈবম্মী। মযাম পুম্নমক, ঐনা খোঙ তেক্তুনা ঈশা নাদুনা লৈবগী নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লবম্মী। হযেংমক পুদুনা লাযেংবা চৎনবগী ৱাফমদা নুংঙাইবা -ফোঙদোক্ল বসু যাওবকই। অদুবু যাসমীন্গী মবমদদি, কনাগুম্বা অমত্তগী মফমদগী কবিগুম্বা ৱাহৈ অমা ফাওবা তাবা ফংলমদে। মহাকপু থিবগী ৱাফম কনাসু খন্নদে। জাত্ তিন্নদবগীদমক, মহাক মী অমনি হাযবগী, কবিগুম্বা মমল অমত্তা লৈত্রবা... ?

মখোযগী ৱাবীশিংদগী, শবৌ শীন্নবশিংনা লুপা লাক্ষ অনি হেন্না তিংদুনা, তামো নিবঞ্জন্ অমদি অতৈ মীওইশিংগী মচীল মেনখ্রে হাযবসু ঐহাক ভাব্ তাবে। থবক অদু অবোনবা ওইববসু ইফোং-ফোংলে হাযবসু তিল্লিবশিং অদুগী ৱাবীনা অদুমক তাকচবে। খ্বাইদগী ঙক্লীবদি যাসমীন্ হাযবী অদুনা মফম খঙদনা মাঙখিবা অদুবু...., মবমচৎ চুমদবী নুপী অমা ওইনা, মশাগী মবাল লোৎনবা, পুলিশপু কিদুনা চেনখিবা তাহন্নবা ৱাবী অমা শেমগৎ-শাগৎপা লাক্লবি। মখোয মযাম্লা ঐহাকপু ইংথননবসু, মানা-মানা থোকপা ৱাহৈ কযা হাযনবক্লম্মী। লাযেংনবগীদমক লুপা লিশীং যাংখৈ মতেং পাংবগী ৱাবীসু যাওবকই। অদুগা যাসমীন্বুনা মবাল শিবীবি।

মযাম্লসু ঐবু পুক্লীং থৌগৎলম্মী। মখোয মযামগী ৱাহৈশিং অদু তাকবগা ঐহাক কবি কবম্বা ৱাখলদগীনো খঙদে। ঈখঙ-খঙহৌদা ফাক-ফাক নোক্লম্মী। ঐহাক যাম্লা

কুইনা নোক্লম্মী । ঐগী ইতৌ উরগা ব্বারী শা-নরম্বা, ঐঙোন্দা পাওতাক পীরম্বা ময়াম অদু ইঙক-ঙক্লা তুস্মীন-তুস্মীন লৈনখি । মমীৎ-মনা ইথক- থক্কৎলম্মী । ইমা-পাবুং, ইচল অমদি সুভাসিনিদি মমীৎ-মনা পুমলং-লংখত্তুনা ইপা-পাখৎনরম্মী । ঐনা নোকপমখৈ নোক্লরগা, ময়ামবু মথং-মথং য়েংলম্মী ।

“বাহঃ-বাহঃ মণিপুরগী গৌড়িয়া বৈষ্ণব্ ধর্ম্মগী অহল-লমন পুম্নমক্‌পু থাগৎচরি । ধন্যনি, ফিদম্নফম্মী । ধর্ম্মগী, ইজ্জৎ, চৎনরোল ঙাক্লবগীদমক, তোল্লবী, মরাল করিসু লৈজদবী নুপীমচা অমবু লমচৎ নাইদবী অমনি হায়না মরাল শীবীরিবা ...! ইরাল লৈরিবদি ঐহাক্কী, ঈশানা ইরাল য়াজরি । দন্দি পীবীগদবদো ঐঙোন্দা পীবীরো । ধর্ম্মগী লুচিংবশিং, নিংথৌগী ফম্নাইবশিংনা, যীশু খৃষ্টবু মরালগী দন্দি পীখিবা অদুম্না, ঐহাকপুসু দন্দি পীবীরো । ইখোঙ অনি, ইখুৎ অনিদা য়োৎপী থাজিনবীরো । পাং তিংলগা হন্টরনা ফুদুনা লাক্লবীরো ।” হায়না লাওরম্মী ।

ময়াম পুম্নমক তুস্মীন-তুস্মীন লৈনরম্মী । ইমানা - “ইমাগী ইবুংঙো করিনো নংনা তৌরিবা অসীবো ? অহল-লমন্দা অদুম্না ঙাংবা হৌনবরা ?” হায়রকই ।

“ঐগী লায়েংনবগী লুপা লিশীং য়াঙ্খে মতেং পাংবীরিবা থাগৎচরি । ইমা লুপা লিশীং য়াংখৈ অদু অহল-লমন ময়ামগী চাকচা-হৈজাননবা হন্দোকপীখো । দিল্লীতা যৌননবা শীনবীযু । নচাগী লায়েং শেলগীদমক মীগী মতেং দরকার লৈতে । লুপা লাক্ষ কয়া পুথোকপিগদবা, নচাগী মরুপ-মপাং দিল্লীদা য়াম্না লৈ । নচাগীদমক মথব্বায় ফাওবা থাদোক্নদবা মরুপসু লৈজে ।” হায়না ঐনা শাওনা হায়রম্মী ।

সুভাসিনিসু - “ঐহাকসু হান্না শেলগী দরকার লৈতে হায়জখ্রবনি ।” হায়রকই।

তিল্লম্লীবা ময়াম অদু ব্বা-লান থোইনা ঙাংনদনা, অমমম, অনি-নি তৌদুনা মথং-মথং মাঙনখ্রে । কা অদু পুমচীক-চীক্লম্মী । ঐহাক মীৎ উইশিন্দুনা লৈরম্মী ।

ফজবা খিবিক্তগী পুমহেন-হেনবী, মহাক ঐগীদমক্তা নোংদম্বনা শেম্লম্বনি । মহাক অদো স্বর্গগী লৈপাক্তগী, মতম কুইরবগী তুংদা ঐগী ওইনা পৃথিবীদা খোঙদারর্কাখবনি । কনাগুম্বা লমহেনবা মীৎয়েংনা ফংখিগদরা মিপাইজখিবনি । চীঙদা শাৎপী ইঙেম্লেগুম, মফম খঙদনা কেনখিবা ...! শবাব্ মহল্‌গী লৈকোলনুংদা শাৎপী ....! মালংবগী কল্লবা শহুম্না য়েবদা লৈরাং চোইজাইননা কেন্দুনা, মায়কৈ খঙদনা হুমদুনা পুবীখ্রবা ...! মালংবসু কৈদৌদে, লৈরাংনা লৈশাৎফম চাদবনা, লৈখোক লোয়দুনা কেনজবনি... ! অব্বাবা খাঙলীবা, লাইবক থীরিবদি..., যাসমীন্ ঐখোয় অনিগী মপোক অসীনি । কনাদা তাইনরুনি, কনাদা ব্বাকৎলুগনি ? মথোঙ খভদ্রবা পুন্সি ...!

‘অনারকলিবু, মখোঙ-মখুৎ, মখ্বাঙ, মঙকশমদা য়োৎহৌ-কোৎলহৌনা য়োৎহিং-ফলাং চন্দুনা, কৈশুমশঙদা তমথীনা লাক্লবিবা, সলিম্‌গা কায়ননবা শীনবীবা , চেকপলদা শুরুং চন্দুনা হিংনা-হিংনা ফুমখিবা ...! সলীম্‌না কমদৌখিবা...!’

ঐহাক হিংনা-হিংনা খাংদা ঙৌরবা ...! খাংদগী চোংথোক্লগা, অশাবা শয়ি

মৈতাল অবাবদা তাববা ...!' হিংববু অসীবা ? শিবসু ঙমদবা, হিংবসু লুববা ! পাঙদেদা ঐহাকসে ! অসুক নুপা থোক্তবা, পাঙদবা অমা, সংসাব অসিদা কবিগী হিংলিবা ? ঐগুম্বা মীওই অমা, সংসাবগী মফম খুদীং কোযথি-থিবদা অমা অমুক ফংলবোই । কবিগী হিংলি ? মায়কৈ খুদীংদগী খোল্লাও অসীনা কন্না-কন্না লাওশিল্লকই । ঐহাক খাঙবদা শাথীনা ব্রাবম্মী । মহাক্লা অব্রাবা কযা মায়োক্লবমগদবা ...? মাবু হিংলমখিগদ্রা ? অদুগা ঐ হিংবগী কবি অর্থ লৈবি । কবিমতসু তৌবা ঙমদ্রবা শিখিবনা হেন্না ফৈ !! হাযবা খোঞ্জেলগী প্রতিধনিনা মায়কৈ খুদীংদগী খোম্থাং যৈবকই।

"শিখিবনা হেন্না ফৈ" ইথন্তা কন্না লাওক্লবমাল্লে । ইচলগা মহাক্কনা ঐবু কৌবকই । - "তামো..., তামো, কবিনো অদুম্না হায়হৈদেদা ...। "হাযনা মখোযনা হাযবকই । মখোয়গী নুংশা থীবগী মতৌ ...!

ঐহাক তুম্মীন্না লৈবম্মী । ঈশা অসী লৈফম খঙলক্তে । হুমাং অনপ্পী কাবকই । মখোযনা ঐগীদমক নুংঙাইনবা তৌবা যাবা, হৌনবা সেবা কযা তৌবম্মী । নুংগী ওইবা থম্মোই মৈচাক, পানগী হকচাংগী চৈনাখোল অনিনা ঐহাকপু নুং-পান ওন্না খাঙফম খঙহল্লমদে । অসুক ব্রাবা মৈচাক, অসুক শাথীবা চৈনা, অতোপ্পা অমা লৈবমখিগদ্রা ? খাঙবদা ব্রাবেদা, থম্মোই অসে ওম্থোক্লা চাক্লেদকো ...!

ঐহাক কযাম কুইনা জ্ঞান্ তাকদ্রবনো হাযবসু খঙদে । তবঙ অমদা তাওক্লববনি । ইচলনে, ইমানে, সুভাসিনিগনা, কৌবকপা, ঐগী সেবা তৌবম্বা অদুদা ভাব্ তাবকই । ঐহাক্লা মোন মখাদা কোযমা মাবম্মী । সুভাসিনিনা - "কবি ওইবীববনো ?" হাযনা যাম্না ইংনা-তপ্না হংলকই ।

ঐহাক মঙোন্দা মুন্না যেংলুরগা - "চিঠি অনি অদু ...?" হাযবম্মী ।

মহাক্লা চিঠি অনি অদু মোন মখাদগী তপ্না লৌথোক্তুনা ঐঙোন্দা লানশিল্লকই । ঐনা চিঠি অনি অদু লৌবগা মদুদা মুন্না যেংলবা মতুংদা ইমাদা পীবম্মী । ইমাসু ইঙক-ঙক্লা, ঐঙোন্দা যেংলগা তপ্না লৌখিবম্মী । ঙহাক ব্রাখল তৌবগা ইমানা মদু পাবম্মী । চিঠি পাবা লোইববদা, ইমাগী শক্তম, মওং মতৌ অদু অশাবা মুর্তিগা চপ মান্নবম্মী । যাম্না কুইনা ইমা ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংলমদে ।

কুইববা তুংদা ইমানা মথন্তা - "চহী কুনমঙাগী মথক্তা ঐহাক কবিমতা খঙদনা মঙদা লৈবন্নবা... ? ঙসি শুম্নী-মবিনিদা ঐনা চিংনবা ফাওবকখিবা ...! ঙসিতা অশেংবা খঙলী । তশেংনা চুম্নবা...! অদুগা নুপীমচাশিং অদুনা কমদৌবমগবা ...?" শোনখি । ঐহাক্তি যাসমীন্‌গী মাইথোং থম্বাল অদুতমক উবম্মী । মীৎ চেজেৎ উইশিল্লগা খাঙবা নত্তনা কবি উপাইনো ? মসীবা ঐগী পুন্সি ...? মসীবা ঐগী সংসাব ...!

*"ঐগী নীংশীংবগী ঈচেল, মীৎমাঙদা ফাওরকই,*
*শংবানবা অতিয়াগী পাক-চাওবা নাপ লৌরুই,*
*লোইবা-খন্বা নাইদনা শন্দোক্লীবা মায়কৈদা,*
*ব্রাখলনা কোয়না-থুংনা কোইপাই পাইরুই,*
*কদাই ফাওবা, কয়াম কুইনা 'সুম পাইগনি।*
*নোংমা নক্রগা নোংমদি শোয়দনা চোকথদুনা লেপকনি,*
*অরোইবা কৌবা পাক্লবা ঈপাক্তা লূপকনি,*
*মসীমদি অচুম্বনি, লেমহৌরিবদি নীংশিংবতনি।"*

*"বার মিজারে মা গরিবান্ ন চরাগে, ন গুলে,*
*ন পরে পরব্রানা সোজাদ্ না সদাই বুল্‌বুলে॥"*

'মৈ থানবীগনু, লৈরাংসু থাবীগনু, ঐখোয়গুম্বা তোল্লবশিংগী মোংফমথক্তা, মৈরিদা মাঙদনবা মৈরানবীগী মথব্রায়, অদুগা খোইনীংনসু শৈহেক তমদনবা --- ।) হায়বা মোগল্ শাহজাদি জহাঁনারাগী মোংফমগী শৈরেং অদু নীংশিংলকই। প্রলয় অমা লাক্কুনা সংসার অসী লোইশিনদ্রিবা করিগীনো ? ঐগী সংসার অসীখক্তুং নৈখায়বীরল্লগা করিগী নেমথখ্রি ? মায়কৈ-শলাই খঙদবা, করম্বা অমম্বা মফমদা মহাক্ল চৎখ্রবা ...? পুক্সিদি লেপ্পা নাইদে। চৎপা তাবনি অসীরা... ?

*"দরো দিব্রারপে, হজরতসে নজর করতে হৈ,*
*হম্‌তো সফর করতে হৈ, হম্‌তো সফর করতে হৈ !!"*
*'....নব্রাব্ ব্রাজিদ আলি শাহ'*



লোইরবা



*("শবাব্ মহল্‌গী লৈরাং" লোইশিঙ্গদ্রি, মখা ঙাইবীগনি)*

**মীয়ামগী সহযোগ্ ফংজরবদি য়াম্লা থুনা পুথোকচরগনি ।**

১। “শবাব্ মহল্গী লৈরাং” (অনিশুবা শরুক্)

২। “খুৎশেম্গী মৈগী চীঙ্” (উপন্যাস)

৩। “খোম্থাং য়েখিদ্রবা সুর” (উপন্যাস)

৪। “অরোইবা পাও” (উপন্যাস)

৫। ‘বির শহীদ্, অমর জৱান্”

(অথৌবশিংগী পুন্সি ৱারীশিংগী খোমজীনবা)



১৯৪৫ ইং জুলাই২১, নোংমাইজিংদা পোকই। অপোকপা, অপোকপী, শ্রীযুক্ত তোম্বেম শর্মা শ্রীমতি নুপীমচা দেবী। সোসিয়েল- ৱার্ক, সমাজ সংস্কার, সাহিত্যদা থৱায় য়াওরকই। 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ্', 'কলচরেল্ ফোরম্' আই, পি, টি.এ, গী মেম্বরসু ওইরম্মী।

শেমগৎ-শাগৎপগী অপুনবা সংস্থান্ লিংখৎনবা হোৎনবকই। ১৯৬৯ ইংদা "মণিপুরি সাহিত্য সেবা সঙ্ঘ" লিংখৎলি। "লিচিং" চেফোঙ, ইদিতর ওইনা পুথোকই। রাজস্থান্গী 'কোট্টা কো-ওপরেতিভ ট্রেনিং কলেজ' দা ট্রেনিং চৎলুই। ১৯৭০ ইংদা রাজনিতিদা খোঙদাবকখি। ইম্ফাল বেষ্ট দিষ্ট্রিক্ট "য়ুথ কংগ্রেস" কী জেনেরেল সেক্রেটরি, প্রসিদেন্ট, ষ্টেটকী এক্সিক্যুতিভনচিংবা মথং মথং ওইখি। য়ুথকী অচৌবা থৌদাংশিং লৌদুনা, গৌহাটি, কলকত্তা, দিল্লী, চণ্ডিগর, মদ্রাজ, বেঙ্গলোর, অহম্মদবাদ, ত্রিবান্দ্রম্, বোম্বেনচিংবদা কন্ফরেন্স, সেমিনার, পোলিতিকেল ক্লাস কয়া য়াওরকখি। শিলং, দার্জিলিং, বাঙ্গিনচিংবা মফম কয়াদসু টুদি টুর কয়া চৎলুই। ভারতকী রাজনিতিগী লিদর কয়ামুক্তা লোয়নরকই। শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধী, সঞ্জয়গান্ধী, অম্বীকা সোনি, সিদার্থ শঙ্কর রায়নচিংবশিংগা নকশীন্নখি।

R D.O. লমলাংগী ফাউন্দর মেম্বর ওইনা থবক তৌরকই। কেম্প ওর্গেনাইজর ওইনা উখ্রুলদা কেম্প, সোসিয়েল সার্ভিসনচিংবা তৌরুই। কংখুই, লান্দাং, শিরোইনচিংবদা এক্সপিদিসন্ চৎলুই। য়ুথ কেম্পনচিংবা কয়াদসু অকনবা থৌদাং লৌখি। R.D O. গী 'নন্ ফোর্মেল্ এদুকেসন্' দসু থৌদাং লৌরকই। "ৱার্ল্ড লিটরেসি ওফ কানাদা" গী প্রোজেক্তকী, উখ্রুল নুংবা অমদি ইম্ফাল বেষ্টকী খুঙংশিংদা, এদল্ট এদুকেসন সেন্টর হাংবদা অচৌবা থৌদাং লৌরকই। R.D.O না পুথোকপা " লোয়ালম্" চেফোঙগী জোইন্ট ইদিতর ওইরম্মী। নহাবোলগী থৌরম কয়ামুক্তসু, A.I.R ইম্ফালগী প্রোগ্রামশিং, নাটক্নচিংবদা থৌদাং লৌরকই।

'সরদার পেটেল্ এম্ ই, স্কুল'বু জুনিয়র অমদি হায়স্কুলদা ওনখৎপা, 'খুরখুল অরাং লৈকাইসোসিয়েল ৱেলফিয়র এল্, পি, স্কুল্দগী জে.বি. অপগ্রেদ তৌননবা হোৎনবদা তেংবাংলকই। মসিগীদমকসু চহী অনি-অনি ইহন্না লেপ্পা, (ফ্রিদা) ওবা ওইরকই।

১৯৭৮ ইংদা পঞ্চায়টকী ভোট কাদুনা প্রজাগী সেবা তৌরকই। শোক ১৯৮৩ দা খাদি এণ্ড ভিলেজ ইন্দষ্ট্রিজগী ৱার্ধা, নাগপুর, সুরাট, বড়োদা, বারদৌলি, ভুসাবল, ভালোদ, অহম্মদাবাদনচিংবা টুদি টুর, অমদি কেম্পনচিংবা য়াওরকই। মনুং-হুজিন্না লৈবা খুঙ্গং কয়াদসু চত্তুনা আদিবাসীশিং, হরিজন্শিংগী য়ুমলে-কৈরে, শোংখরবা মওং কয়া উরকখি। তোল্ল-তাররশিংগী সেবানচিংবা তৌজরগী খুদোংচাবা ফংখি। সর্বমতি আশ্রম্দা, মহাত্মা গান্ধীজিগী মরমদা সেমিনারনচিংবা য়াওরকখি। পৌনার আশ্রম্দা শ্রীআচার্য্য বিনোবা ভাবেজিগা হকথেংননা উয়দুনা রাবী ৱাতাইশানজরকখি। পাওতাক কয়াসু ফংজরকখি।

খুরখুলগী মখা-অরাং, ইমা-ইবেমশিংগী য়েৎনবা ত্যাইশিন্নদুনা, খুরখুল সেবোক লৈকায় অমদি অরাং লৈকাইগী সেবিকলচর কো ওপরেতিভ, সোসাইটি, রেজিষ্টার তৌখি। খুরখুলদা সোসাইটি অহম্মকী সেবিকলচরগী লমদা, ইমা-ইবেমশিংবু চহী-চহীগী ওইনা, সরকারগী মায়কৈদগী গ্রান্ট ফংহল্লকখি।

১৯৮৫ ইংদা বেঙ্গলোর, মহিশুর, কেরলানচিংবদা টুদি টুর, ওরেন্টেসন্ প্রোগ্রাম্গীদমক সেবিকলচর দিপার্টমেন্ট অমদি সেন্ট্রেল তসর রিসার্চ সেন্টরদা তক্লদুনা মণিপুরগী সোসাইটি কুনতরুক্কী সেক্রেটরিশিং খনগত্তুনা চৎহনবদা মতেং পাংখি। খুরখুলবু ট্রেদিসনেলগীদমক য়েংদুনা, অমদি য়েৎনবগী থকমলৈবা সোসাইটি অহমবু য়ানহন্দুনা সেক্রেটরি অহম্মকপু প্রোগ্রাম অদুগীদমক খলহনখি। ঈশামক ময়ামগী তেংবাংগীদমক সেবিকলচর ডাইরেক্তরদা হায়নরগা, লনাইখরচতা চৎমীন্নদুনা মতেং পাংজখি।

খুঙংগী এদুকেসনগী মায়কৈদা, হেন্না ফগৎনবগী পান্দমদা, অমদি নহাবোলগী শান্ন-খোৎনবদসু পুক্লীং থৌগৎনবগীদমক "খুরখুল ইলেন্তিভ্ প্রাইজ কমিতি" লিংখৎপদা অকনবা থৌদাং লৌই। কমিতি অসিগী ফাউন্দর প্রসিদেন্ট ওইজরি। "খুরখুল সেবোক লৈকায য়ুথ ক্লব" কী প্রসিদেন্ট মতম শাংনা ওইরক্লী। "ইমোইনু বজার বোর্দ খুরখুল সেবোক লৈকায়গী ফাউন্দর প্রসিদেন্টসু ওইরি।